# HINGLAMBANI EI MAGIDAMAK

A Novel of

## A TRUE LOVE STORY

ফোংজবী :— ক্ষেত্রি. ওবী নলিনী দেবী
ককচিং সুমাক লৈক'ই।



অহানবা ফোংবা :— ৫ নবেম্বর, ২০০০

কোপী মশী‌ং :— ১২০০

মমল :— লুপা ১০০ ( চ'মা )

ফংফম থোকপা :— অইবা

কোভর ডিজাইন : — ক্ষেত্রিময়ুম ইবোয়াইমা সিংহ

কোভর নম্ফম :— পাইওনিয়র ওফসেট প্রিন্টর্স, ককচিং।

লাইরিক নম্ফম :— পম্হৌ প্রেস, ককচিং বাজার

হায়নিংবা ৱারোল পুক্নিংগী
ফোংঙমদবনা চিনবাম্হোংদগী
থম্মোইমনুংদা হৌরকপা মৈরিবু
ফুমহুনা থাঙলিবা নখোয়বু
কৌগে থল্লুবগা থৌনা ফবা
থঙহৌদ্রে মনুংদগী থোকখিবা
‘হিংলম্বনি ঐ মাগীদমক’।

# ৱাহৈ খরদং

তশেংনা ঐদি সাহিত্য লৈকোলগী চৎনরোল করিমত্তা খঙজদে ; কনানা করি ইথি, করি হায়বী। অতুবু পামজকবনা লৈকোলসিদা ৱাখলনা শাবা অশাংবা ৱারী লৈরাং থর থাবা হোংনজে, মথোয়না লৈশাং তম্নকুনা লৈনম খজিক্কং ওইরবস্থু লৈকোল কোয়বা মীশিংদা ফাওহনবা ঙমবদি তোংনজবগী মহৈ য়াল্লে খঙবনি।

মনিপুরী বানান কাংলোন্দা অরাবা অতুম থেংনজরি, পাঙজদবগীনি। পাবীরিবশিংনা চাং নাইদবা বানানগী মওং থেংনবীখিগনি, কম্না হোংনজবনি, হেক্তা শোইথি।

মায়কৈ অমরোমগী মীয়াম্না ঙাওনবা ৱাহৈ অমস্তুং প্রমান-পাস্থে মাঙখ্রগদবদগী কঞ্জনবা কম্না শিজিন্নবা হোংনজে।

অইবা

# ১

## লমনুংশি

চহি য়াম্না নৌরিবৈদগী অঙৌ থবক্কী মী ওইরকখ্রবনি। লাইরবা মপানা নোংঙাল্লমদাই খুদিং মাগী যম্মাঙদা লেপতুনা লৌ চৎনবা হৌদোরকখি। তুম্বা ওকত্রিবা, মোন্দগী মকোক কাংখৎপা ঙমত্রিবা, পাঙথোক্লবা হোৎনবদা উইশিল্লকপনা হেনবা মিৎ অনিবু মখুৎনা নোইরিবা মঙোন্দা নোংমনা অয়াবপা থোন্দা নোংমা অমনা থোংনা-মেঙনা-মুংশিনা থেমতুনা লৌবুক্তা পুনবা হোৎনরিবা মপানা নিংঙমদবা অমদি লোয়নরি হায়বা অঙাং ওইববসু থঙদবা নত্তে, মরম অতুনা মা হৌগত্লবা থক ঙমখিদে। মৌগী থবক্তা মপাগী মতেং কম্বা পাংতুনা শুম্বদি ওল্লকপা চহিদদি শোইদনা স্মুনদা মিং চন্দুনা লাইরিক তম্বা ফংগদৌরিবনি থল্লুরগা লৌরোল্লবা কনা অমত্তনসু মঙোন্দগী অয়ুক্কী থবক পায়বা হালৈনখিদে। কালেনগী মতমদা লৌরিয়া কাচিন য়ানবা, তোকশু পায়তুনা লৈবাক খুগাইবা, চিংজিন্দা লৈখাম পেক্লুনা লৌরি শাবা, লৌহোন ফাইবা, লৌ পেংবা, অতুগা পোইনুদা থাওবা, য়ৈবা, হোনবনচিংবা অকনবা থবক পুম্নমক মপাগী মহুৎ শিন্দুনা শুরক্লবনি। থোদা খুদিংদা তল্লি হায়বা হৈরবত্রবা অঙৌনা লৌশিংগীদমক্তসু য়াম্না রাজখি। মাগী মতৌগুম মুতিগী লৌবুক্তা হুমাংনা লুপখিবা লাইরবা অঙাং কয়ানা মালেমগী শক্লাইবা ওইখিবগী রারীশিংদা মা হায়কম খঙদনা পেঙ্গে।

চহি তরামণাগী লেংগা ওইবা মুপামচাশিংনা শম্পোং মাঙদা হোয়রগা লাঙ্গোল-খুংগু পায়হুনা লৌ খোইরিঙৈ মতমদা শাগৎপা অরাংবা রাখল, অচৌবা আশা অমদি মুংঙাইবা পুন্সি লাওনা পাঙবা মিংনা পুরকপা মঙনি। মঙলান অসিগী মুংঙাইবহু করম্বা চহি মতাং অমদি কাংলুপকী মীওইনা করি মমল পীরগা লৈরুবা ফংগনি, অমুক তাম্নরুবম্সু ঙম্নরোই। অকনবা তেম্পাক-লৈতুম মরক্তা খোঙফম খুদিং খুদি থিবগী চৈনা থাঙলিবা নহাশিংগী উনশাবু মচু ওলহনবা অয়াকপা মুংশা অমদি তত্তনা চামথোক্লিবা হুমাংগী ঈচেলবু থওইদনা ফাওরকপা রাখলগী মুংঙাইবহু নিশা পুম্নমক্কী অথোইবা নিশানি, কুমহৈ পুম্নমক্কী ইহেন হেনবা লিলানি। অহুগুম্বা মুংঙাইরবা লিলা অমা নোংমা মপান থোক্লা শাম্নরকপগী থৌদোক অমা ঙসি কওবা অঙৌনা লৌবুক্তা খোঙনেংলুবগা হেক্তা নিংশিংলকই। লিলা অহুমক্তি তশেংনা মাগী মরুপ্পা শাম্নরকখিবনি। পুমহুনগীদমক মঙারকশুবা লৌওন হাপ্পবা মরুপতুগী মপানা শম্পোং মাঙ চিংহুনা মখোয় অহুম য়াম্না কম্না থোইবা মুমিংনি। তুং ইথং থংনা শোংথরপ শোংথরপ ইল্লিবা মাগী মরুপ মথং ঙম লৌরকপদা চুমদ্রিং কৈদোম রাংমা লাম্না ঙম থোকপ্রে। মহু কাওবা মাদি করিমত্ত থঙদনা যন অনিগী তুং ইল্লি। মতম অমমুং য়োংলম্বু পাম্মুনা শেম্নরিবা মপানা মঙোন্দা ওনশিন্দুনা কম্না লাউরকই -- 'হাই, কৈদৌরে ?' মরুপ্পা ইথং থংনা খুম্নকখি — 'লৈরাংদো।' অহিং চুপ্পা মথোয় অনি মুংশি চিঠি ইবদা তোয়না পম্নখিবা 'লৈরাং' দগী থোরকপনি খঙবনা য়াম্না ঙকখিব্রবম্ন লাঙ্গোল থাদোক্তুনা চেনখিবা মরুপতুগী মতোদা অঙৌনা মহুং শিন্দুনা ইকায়বদি পুহৌখি। মপাগা উনগদবা ইকায়বনা খৈহুনা লৈরবা মরুপপু মুমিং মঙানি চুপ্না থেম্নগা ময়ুমদা পুরকখিবনি।

নোংজু-মুংশা, অথাক-অরাও অমদি উলেন-উনথা মরক্তা হিংনফম-কাথংফম্মি থম্মা স্বর মপী হোনবা মখৈ নোম্নকথিবা অঙোগা লৌবুক্তা লাপ্পবা ঙমদ্রি, অহিং খুদিং মঙদা লৌবুক্কী থবক নোম্মি। শিনফম ওল্লকপনা লৌগী অকনবা থবক অতুমক নোমলুবা ঙমদ্রবস্তু লৌবুক্কী ফজবা য়েংবদি লেপত্রি। ঙসিস্থু ছূটি তম্মাইগী খুদোংচাবা মাঙহন্দনা মতুমক্তা য়েংগে থন্দুনা বসতগী কুমথহৌবনি। জাতিগী সরক অচৌবগা লৌয়ায় লম্বীগা শম্নফম লম্মাই চীংজৌন্দগী হোনা কিলোমিটর মরিগী লম খোঙনা লৌরেন ফাওনা চংতুনা মহৈ-মরোং অমদি মনা-মশিংগী ফজবা য়েংগে থন্দুনা পলহৌবনি।

উকুলনা থানা কুপ্পবা লম্বীদা অঙৌনা মখোঙ থাংবা হৌবদা মু থিলগী পুং অনি তাবক্লে। নিথমথা মপুং ওইবনা মুমিংনা চীংদোন শোক্কদবা লম ওন্দুনা পাবদা লাযনা থোক্লে। খোঙকাপ খব চংলবা তুংদা লুম্বু লুম্বু শাবা মুংশানা নমদা য়ৈহন্দুনা মমায় নোংপোক ওন্দুনা অঙৌ লেপলুই অমেঙবা মুংশানা শুম্বগুম পোত্তুনা মফম লেঙদবনা লম্মাই চী জিন চপ চানা ময়োক্লক্লবে। অথাকপা যন মঙ্গগী য়াঙলেন কোবি মচু লৌববা লাইজীং চী য়া পাবংদা মুম্মা য়ে লম্বদগী অঙৌ মথ মথং মিংফম হোলকপদা নিংশিবা থব তু ইন্নবকখি। চহি চামগা তরাগী মমাঙগী ইতিহাসকী থোদোক অতু মমিংনা শংশঙ উবকপগুম তৌই। যেংখোইবা মেঙ্গবনা মৈতৈ লাম্মী খুজোক অমগা লোয়ননা অচৌবা বৃটিশ তেঙ্গোল অমবু মায়োক্লখিফম চীংজিন্নি, লম্মাই চীজীন লানবন্নি। চীনহায় রাবীদগী তাহৌবা থন্নায় কংখ্রবা মৈতৈ অথোবশিংগী ঈতনা মচু শঙথি হায়নবা তেরা অমদি শহী উজাওশিং অমত্তসু উবা ফংদ্রে, ইকোক কোকখ্রে। ওনখ্রিবা শকফম অসিমক্লা খোদোক

অহুবু কাওখিনবা মরম ওইবদি চুম্লোয়। অহুগা চীংখোঙ অসিগী অগুপ্পা অতোপ্পা য়ারী অমম্ভু নৈরিবনি; য়োং শুংবগী শিনফমদা হৈনরকপা ককচিংগী মীয়োল অমনা চীংখোঙ অসিদগী কোরি শুংখি হায়নরকখিবনি। নিংশিংনফম ওইবা মফম অসিবু থওইবীগা কনা লৈত্রে থন্না মুংঙাইজদবগা লোয়ননা থা পাংনা য়ে লকপদা মাগী মিংফম অচৌবা পল অমদা থেংলুই। লম্নাই চীংজীন্দগী হৌরগা থা নোংচুপ পাংনা কিলোমিটব অমা মথায়রোম শাংনা চংখিহুনা সেকমাই তুরেলগা শম্নরিবা পঙ্গাও অহুদনি অঙৌনা য়েংলুবা। মতম অমদা লম নিপাল পাকপা লম অনিগা থগাই য়াংলম্বা, নকশিন্না য়েংবদা চীংশাং পবেংগুম উরম্বা পঙ্গাও অসিগী শকফম হৌজিক্তি য়াম্না হোংখ্রে। মতুমক্না হৌজিক্কী মীবোলনা লম্বী ওইনবা থোনখিবা ওইনা লৌনরে। অশেংবমক্তি মসি লম্বী নত্তে, লানবম্নি। শা লানগী মতমদা মৈতৈশিংনা লৌরম্বা অকনবা থৌদাং অমম্তুং রাজরম্বগী ময়েক লারবা খুদম পুরিবা মফম্নি। মসিগী মরমদা ইতিহাসনা অহৌবা মখোল থোকহন্দনা তুমিন্না লৈথোক্লম্বগী মতৌ উবদা পেন্নফম থোক্কে। লমদম অসিগী মমি শাম্রনা চিনগায রাবীনা গুংখিবগা লানবন অসি লম্বীদা শোইদনা ত্থাখ্রগনি। চহি চনিয়াখৈরোমগী মমাঙদা নি থৌ অলোংপারানা পোং অমম্তুং অরাগী অচৌবা লাম্মী তেঙ্গোল পুহুনা চীংলোন কয়া লানশিল্লক্ক ভাবদা মৈতৈশিংনা য়েক্কববু থেংননবা থোনখিবা লানবম্নি। খুজু খুংলাই ফন্ত্রিবা, লাল্লোয় মশিং য়ামত্রিবা থুম্নাই অহুনা কয়াদা রাজখিবা। ম্নুপী অঙাং য়াওনা য়েক্রবা মায়রোং য়ানবা চোংথোকখিবনি। লানবন অসিগী মথক্তা চিংথংথোম্বা নিংথৌনা শগোল থুরুপ লাংহন্দুনা নোংশাগী খোল্লাউ লাউখিবনি। লানবন অসি শেম্বদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা হৈরেম খুঙ্গান অহলশিংগী পাঙ্গল থৌনাবু ইরাই লাইনা কাওথোকসীবা হায়বসি

তৌবীমল থঙদবা মীনুংশি চেন্দবা চারোল শুরোল তারোইদ্রা ? সেকমাই তুরেল থংনা লাইরেনশিবী চীংজিনগা পঙাউ অসিগা শম্নহন্দুনা পৈথংলকপা ঈশিংগী মরুম থুপ্না লৈখিবা মৈতৈগী লাল্লোং উবদা যেক্লবগী তেঙ্গোলনা কবো পুংদা পন্দুনা লৈখিবগী ৱারী অঙৌগী মম্পিংমক্না উহৌবগুম নিংশিংলকই ; অতুগা ৱারীশিং অসিবু অঙৌবা চেমায়দা উবা ফংদবগীদমক্তসু সুংঙাইতবা পুবি।

অঙৌ মিংফম হোংতুনা লমথৈ চাওবা লৌবুক্কী ময়ায় থায়না চুমত্রিং চংলিবা লম্বীদা মখোঙ তপ্না তপ্না অমুক থাংবা হৌরক্লে। লমদম অসিবু য়েংলু য়েংলুরগা অঙৌদা মুংঙনবগী মুংঙনবা ঙাক্তা। অসিবু লৌবুক্কী ফজবা মহৈ মরোংনরা নত্রগা মসিগা থাগোম্নরিবা থায়নগী থৌদোকশিংনবা ; অনিমক্না পুনখিবননি হায়বনা অচুম্বা পাউখুম ওইগনি। কম্না নৈনরুদ্রবসু মরম তাকপা ৱারী অমা ফন চোংথোবকই — তোয়না তোয়না মৈতৈশিংগী থৌনা উংথিবত্তু। য়েক্লবা অৱাবশিংগা তংতনা চায়না য়াম্নবা লমদম্নি। মায়পাকপগী মুংঙাইবা থোল্লাউ, মায়থিবগী অৱাবা মীকপথোল তোয়না তাথিবা মফম্নি। মফম অসিদা শাখিবা চরুগী লানবন অমদি লানশঙ কয়াগী ৱারীবু হৌজিক্কী মীবোলদা লিকবদা থাজবা লৈনখিগদ্রা ? ময়াম অসিগী মথক্তা মী লাখ কয়াগী থৱাই য়োক্লিবা মালেম মচেং অসি পলেমগা পাংথক ওইখ্রবীনি। মতু শোল্লবা মৈতৈশিংগী মথক্তা চংথরকপা অৱাশিংগী মীওং - মীনৈ থাঙবা ঙম্নদবদগী মৈত্রবাক্কী মীয়াম্না তাক তাক্না চেম্নখ্রবসু লৈহাও চেনবী পলেম অসিবু থাদোকপা ঙমদবনা চৌংনুং মানুং, উবক-য়ারক, নারক - শীঙলক্তা লোংতুনা অবোনবা লাল্লোংদা অৱাশিংবু তান্থোক্লবা হোংনবদা থৱাইনা পোম্বা ওইখ্রবা থৌনা লৈববা অথৌবশিং অতুগী ঙাবোলশিংনি ঙসি লৌবুক অসিদা নোম্নরিবা।

মরম পুম্নমক অসি অঙৌগী রাখলনা চিংথোরকপদা লম্বী নপ্পা চেল্লিবা ঈথৈখোংগী ঈশিংনা য়ানিংবা উংতুনা রা-রা লাওনা ঙাংলকপগুম তৌই। ফিগী ফজবা ফিবানগী মচুনা হাপ্পগুম লম্বী অসিবু পুক্কিং হুহল্লিবা ঈথৈখোঙ অসি নোংনা থাদোক্লরবা নিংথমথাগী মতম অসিদসু ঈমায় চোল্লা চেন্দুনা লৌবুক অসিগী থরাই হাপ্লিবনি।

অঙৌ য়েংবা তোক্কে। ফৌগী লৌরোক লোইখিবগা নিংথম মহৈ মরোং মথল মথল থাবা হোংনরিবা লৌমীশিংনা লম্বীগী নকল ওই-য়েং অকোয়বা লৌবুকশিংদা পুম্নাং লাংনৈ। আলু তিলহৌগীদমক শেম্বা লৌবুকশিংদগী তোকশুনা ফুগায়বকপা তেম্প্যাকী উকুলনা রাওথাংনবা অতিরাগা শম্নখ্রে। শংলেন মচু লৌরকপা আলু, পেঙ্গু, চনা, কোবীনচিংবগী মরক থারনা পন্দুপ পন্দুপ শাবা মঙংদা হঙ্গাম মপাল পুমঙান ঙাম্না শাংপা হৌরক্রে। ফজবা মচুহু উবগা হুমিংমরুম্নু ঈথক থকংনা য়েংথরক্লি। হুংশা মায়েঙ তারকপা ঙাইরম্বা মু শিংনা অহৈংবা পুত্থনা শহুম ফাওনা শিংপা হৌবকপদা নাপল তাম্নরিবা মনা-মশিং পুম্নমক লেং-লেং চংতুনা জগোই শাবা গৌরকই। মুম্না য়েংবদা মোং-হাদবী মৌ নহাগী খোঙথাংগী তালদগী গৌবকপা মানবনি। মথং তারকপা থুংথেক শাথেক উবগদি স্বর্গদগী কুমথরকপা জগোইশাবীমক্লি হায়নবসু য়াওগনি।

অঙৌ অনকপা অমদি অথাঙ্গদা লৈন-লৈন য়েংহুনা লেপ্পুনা থাংলকপা খোঙ মুপী শোয় য়ৌবকপগা নিংশিংলকপা অমদগী পিশুম কয়া শুরুকই। মরম্না মুপীশোয়গী রাগী; লমদম অসিগী অঙম অথৌ অমগী লাইয় লাথুপ্পি। লিপোক্লবদা হংজোয়নবদগী

রারীগী লিখুন মাঙথিগদৌরি। অদুবু অদোদি নহা ওইনা তাখিবা রারীদু মফম অসি য়ৌরকপদা ঙসিদা থোকখিবগুম নিংশিংলকই। ককচিং নিংথৌ শামুরোইবগী অম্মা-পোল্লোই রারীনি। খুংকন পাঙনবা মরল-মথুম পুকৈ চাউবা নিংথৌ অসিগী মতমদা ককচিং প্রজা ইংনা তপ্না পাম্নখি। মীয়াম্না নিংথৌগী হৈ-শিংবদা থাগৎনৈ। অদুবু লমচংকী অশোনবা অমনা মহাক্না মীয়ামগীদমক তৌখিবা অফবা থবক পুম্নমক উংতা ঘী হৈবগুম অরেম্বদা মাঙখিবনি। নিংথৌনা অকনবা য়াথং তাওথদুনা লৈকাই লৈকাইগী মৌ কাংলুপ কাংলুপ কেবচীংদা তোমখিন ভানবা শঙ্গ'ইদা পালি নাইনা মুমিদাং খুদিং শিন্নাইবল কাহন্দুনা মোইথাপ নাইহনখি। অচেংবা তাঙ্গাদা নিংথৌনা মিংয়েং কাবন চল্লুবা মুপীশিং থোইশাওনরক্তুনা নিংথৌগী শঙ্গাইদা লান্দাখি। মংথ'যগী খুংলায়র্দ ফিশা তেম্লি। খুংশু তেম্না য়ান্দুনা হাংলবা নিংথৌগী অশিবা মশা শে'য়দা নমশিনখি। মুমিং অদুদগী শোয অসিগী মমিং মুপী শোয 'কৌখিবনি। মতম অদুগী মুপীশিংগী ঈজ্জৎপু কঞ্জনবা থৌনাবু য়াংনা থাঙ্গংল্লুববশু অংঙৌগী মচিন্দা মুকম-মুরুম শোল্লকই, — 'গৌজিক্কী মন্মগী মুপীশিংনা তেম অদু মথুংনা থাঙ্গৎনবা পৌনা লৈবিব্রা?' ভাইহাক নোম্বদুনা থল্লুবদা চৈনবা পাউথুম থন টরকপদা অংঙৌ মংথাঙ লাওনা থাংলকই। মাগী ইশোগী থোঙকাপ উবদা মাগা লাকমিয়বা লৌথোংগী ঈচেগনা কম্না তান্নদুনা মংঙান্দা নকশিল্লকই। মানা কবি থল্লি, কবি হায়বি থঙনিংবগীনি। মাগী পুক্লিংগী য়া থঙলবা ঈথৈথোংনা মাবু নিংশিংহন্দুনা হায়রকপগুম তৌই — 'শামুরোইবা নিংথৌগী মপাম্না ঐনা তাইবং ফাওরকপনি। ঐ মৈতৈ লৈবাকী অহানবা লৌউ-শিংউগী ঈথৈথোংনি। ঐবু উবদা নিংথৌ গরিবনিরাজ কল্লকপনা থম্না হনখিবনি।'

লুকথরুবা ওক হায়গংতুনা অঙৌ মথা চীংখোঙ পরেং য়েংলুবদা উরুমগী শরুক্না মায়ৱে। অহুবু নোংপোক থংবা মরিংশিংগী চীংশাংবুদি মুংশানা থাদোকত্রি; চুমন-চরুখোক্না সনা মচু লৌরি। মুমিংনা নোংচুপ চীংদোন্দা ফমজুনা ঙাইহাক পোত্থারুগে মতাগুম হাইথরকপগা। অহৈংবগী চাং হেনগংলক্লবস্থু অঙৌদদি করিমত্ত ফাওত্রিবগুম থৌশারুবা লৈতে, খোঙথাং তপ্প্রি। মিং; নাকোং, পুক্লিং লোইনা মথৌ চিল্লি। লম্বাদগী থর লাপ্পা মুপী অনি খোইদোকত্রিবা লৌবুকী ময়ায়দা লৈবা ফুদিং অমদা চরু কনবা অমদি ফুদিং থপ্পা উরুবদা মথোয অনিবু অঙৌনা রুথ অমমুং ওরপা ওইনা নিংলুই। অহল ওইরবী মনেমু থাদোকপা ঙমদবনা অতোপ্পা মুপাদা মমুম পানগ্রে য়াদনা লৌবুক্তগী ফৌ চবোং খুন্দুনা থাংখিবী লুপ্র্রা নহা অনিগী লি ক্কেন পুবী মুপীশিংগী মফমদা অঙৌনা করিগী কোক নোল্লোই? মুপী অনিনা তুমিং তংখিবনা হংনখিহুনা নংহৌবরেংম্ব মতাগুম তহা তহা চিরক থপ্লকপগী ফৌজুম-ফৌহাম পুহুনা চংলিবা মুংশিংনা নেংথক্রা কোম্নপল্লি যৌনা লম্বী অমা শেমগ্রে। কেংম্নু পল্লি হায়রগা অঙৌনা থলুই, মশাবু অমুক হম্না তাকচরকপনি, মফম অতু মতম অমদা কোম্নুং ওইরম্মী হায়বদি শোইইদ্রে। মতু মৈতৈগী নত্তে, খুমনগী নত্তে, মোইরাংগীসু নত্তে; অৱাগীনি। হায়বা ইন্দবী নি থৌগী মমোম অমা লোই থারকফম কোম্নু হুনি। মফম অসি অনিতুগা লাঙ্গাওদা তেমখোক্তুনা এবোপ্রেন তাকম শেম খিবদগী কোম্নুংগী মমি মাংত্রবসু মতম কুইনা খুগাইদনা থম্নম্বা কোম্নুংগী মশক-মওং উহৌবগী বারী কোং-কোং শারি। পোৎশেম্না মী ঙাওহনবা ওম্মী, লাইরানা মুপী কাবা যায়, কায়নহনবম্নু ওইথোকই হাযবনচিংবা মন্ত্র যন্ত্রদা চেৎনা লুপচবা কাংলুপকী মুপা অমনা নোংমা মানা থজবা অহল অমদগী কোম্নুং অমনবা অসিগী অংকোয়বদা অৱা নিংথৌনা ফুম্নম্বা শেনফু

অমা মুমিদাংদা ইরং লংনা কোয়পাই পাইত্তুনা লৈরে হায়বা রারী অমা তাখি। মুপা অত্তুনা মাগী মুপী অঙাং কাওবা তাক্তনা অহিং খুদিং অচিকপা মফম অত্তুদা চৎতুনা শেনফু লুম্বদা তুম্বা রাংপগী লায়না নারক্তুনা থাঙ্‌থক্তা মপুন্সি লোমখি।

অঙৌ অশাংবা স্বর অমা হোন্দোক্লগা থা থংবা চীংশাং পরেংদা অমুকস্থু য়েংলুই। অশংবা চরৈ থোল্লিবা চীংশাং অত্তুদা অঙৌবা লৈচিনগী পরেং অমনা খ্বাংচেৎ লাক্লরে, মতুগী মথক হাইগৎনা উরুমদা পাইবা উরোক পবেং পরেং তশেংনা য়েংবদা মুক্তাগী লিকফাংমক্লি হায়গনি। নোংচুপ চীংশাং শিন থুংনা নোংজাবীদা মভাল শিন্নবল্লগা মুমিংনা মযুম চংখিনবা হোৎনবকই। মুংশাগা কায়নবগী পুংফম নকশিল্লকপদা হঙ্গাম মপাল হৈনিংদবা শকফম উৎলকই।

পরেং পরেং নাইনা ময়ুম মায়কৈ পাংলকপা যনশিংগী মথোঙনা থোংপদা পাইথংলকপা উফুলনা অম্রাংথংবা মায়কৈ ময়েক শেংলক্তবগা অঙৌ থোঙথাং থর তপথৈ, উফূল থৈনবা হোৎনবনি। মুমিদাংরাইগী ফজবা শকফম পুরক্লিবা যনম্রাম উরবস্থু লৌবুক্তী মীয়ামদি খুৎথাবা কাউনখ্রবগুম লেপ্তুনা শুনরি।

কাংলুপ কাংলুপ নাইনা থবক শুরিবা মীশিংনা ঙাংন-শানবকপা রারী অঙৌনা থক তাখিদবা নত্তে, তত্তুমক মুংঙাইবা মতাংস্থু য়াওরিবনি। মথোয়গী রারীদা ইমুং মঙ্গুং যুম্বানবদগী হৌবগা মহৈ মশিং তম্বা, লৈঙাক্লোন, নিক্লান অমদি লালগী ওইবা রাফম বয়া নৈনবত্থ তাবদা অঙৌ ড'ইহাক ঙ'ইহাক লেপখিবস্থু য়াওই।

মুপা অমনা মকল্থি ফুদোক্তুনা মথৌ পোংনা লাউনা লাউনা ঙাংবা তায়—'মুংঙাইদা সতা!— প্রজাগী সেবা তৌজগে চোংথোকচরি, ভোট লেপচরি, মুংশিবীত্থুনা ভোট পীনীযু ওায়নস্থু

লাউজ্ঞবা শারি, ইকায়গেদি হায়ব্রহ্নুনা। হুরানবা লল্লোনবগী মীরেপকা করিদবু থেম্মরিবা? শেলনা ভোট লৈরগা শেন্দোং তাম্নবা হোংনরিবা, পুকপু থল্লবদি কোক কায়রবস্থু মারে হায়রবগী মণ্ডংদা চোংথোরকপা লুচিংবা শাবশিংসিনা মখুং লোম্নবগা থুরম্বগা মীথল ময়াসিদনা। হেক কাথিবা নোংঙানবদগীদি কনাগী প্রজা কনাগী লৈবাক, কনাগী মরুপ লোইনা কাওগ্রবনি। মতু-মচাগী সনা য়াম্না শিনবা, কার ফজবা তোংনবা অফবা লৌফম লৈনবা হুকান প্লোট লেপশিন্নবা অচৌবা সহরশিংদা ফজবা য়ুম শানবা অমদি শক্তি হেনগৎনবা হোংনবদা মবুক লাম্নবা থুমুগ্রংনা মমিং-মনা ওংতুনা মচিঞ্জাক থিবগুম লৈহ্ননা লাকলুফম য়েংলিভেদা মীয়ামগী করি থনবা শওগনি। মথোয়দি পৈশিন্দবা য়াদে, মতোং থন থন্দুনা চারগা নোয়হৌদবা য়াদে। চথম্নরবা সুদামা কয়ানা মথোয়গী থোঙ্গান্দগী মপী তানা হনগ্রবস্থু মথোয়দি গোপীশিংগী থুংতগী সমুদ্রবাংমগী মধুপান্দা লুপতুনা জগোই পেম্না শাগনি। মহুদা শথি-শথা থরনা মনম মহা, মহি-মচুম থর ফংজনবা তাল থাহুনা থুবাক থুগনি। ঐনা হায়রিবসি অতৈগী নত্তে, সনা লৈবাকী সনা মচাশিংগী য়ানি। পুকচেল চাওবা ময়ামসিগী মথাদা নোমহুনা চাজরিবা মীয়ামসিনা থাওগদবসি কদাইদনো? হে ইশ্বর! ধর্ম্মনা হায়বহ্ অচুম্বা ওইরবা, অহুপা নংনা ধর্ম্মবু তশেংনা মোকথৎপীরবা, মথোয়বু মুংঙাইহনবীয়ু। শিরবা মতমদস্থু নংগী ননাক্তা পুরকপা য়ানবা মথোয়গী মরল মথুম কন্না পৈশিলহনবীয়ু।

মুপা অহু ঙাঙবা লেপহৌজ্রি। অহুবু কাংলুপ অমগী রারীদা অঙৌগী মনা চংথিবগুম তৌই। পাথং অমনা লিরকপা রারীনি। অরাং নোংচুপকী ওমথৈ ঙাকপা লানফমদা লৈবা ময়াম্বা সিফাই অমনা ইরকপা চিঠিগী রারীনি। অরাংবা চীংগী লানফম অমদা

য়েক্লবনা কোয়শিনথিবদগী মুমিং থর চিঙ্গাক্কী অরাবগা মায়োক্লরবা কম্পনি অমদা অরাং নোংপোক্কী ভারান য়াম্না য়াওখি। মখোয়না হিংনবগী উপায যে তুনা মক্ষম অতুগী মশা নোইববা চাউর-চাউরবা লুই কষা হাং হাংতুনা চাবা উবদা ময়া নক্না ভাবা মুসলিম খুঙ্গাশিংগী চিন্দগী য়েক্লবগী নাকোং যৌখি — 'হন্দক ভারতনা থারক্লিবা সিক্কাইশিংসিগী থৌনা অমদি তমথিবা মথা হাযকনবা লৈত্রে। মখোযদা চিঙ্গাক পীদনা য়েক্লবা হাংলগা চাকরো হায়না থারক্লবনি।' পাউ অতুনা য়েক্লবশিংবু কিহনবতা নত্তনা নিংহম্নহনখি। মখোযগী কম্পনি য়েক্লবশিংগী লাংদগী মাস্থোক্লুনা লানক্ষম কয়াদা ম'য় পাক্না ম'ঙদা চংশিনখি।

পাখং অতুগী রাবী হেক লোয়বগা অতোপ্পা অমনা অমুক শমথবকই। মাগীতু পৃথিবীদা তোয়না থোকপা প্লেন হায়জেক্ট তৌবগী রারীনি। মাগী রাবীশিংতু তারিনশি না ফিল্মদা য়েংবগুম ফুংঙাইরি।

অঙৌনা মপা অতুদগী থর লাপথোবকপগা থবক্কী ভম লোইশিল্লম্নবা হোৎনবিবা পাখং লৈশাবীশিংগী মবক্তা অমনা কম্পুটবনা তৌবা ভম্বা থবকশিংগী মবমদা কন্না ভংলি অতুগা অতোপ্পা মচি অমদনা ভাবত অমস্থুং অতোপ্প দেশশিংগী সবক'রগী মবমদা নৈনবি। লম্বীগী নাকল অনিমক্তা থবক শুরিবশিং অতুগী মবক্তা অা য়ৌনা লাইবিক হৈবা কষা য়াওরি, অতুগা হৌজিক হৌজিকম্থু ভারতকী তোঙান তোঙানবা বিশ্ববিদ্যালয় কয়াদা তম্লিবা ছাত্র-ছাত্রি কয়া তিল্লে হাযবা মখোযনা ভা ন-পম্নরকপদগী অঙৌনা থঙই। মতুমক্তনা লম্বী অসিদা চংপদা চাওথোকপা পোকচরিবনি, অতুগা থম্মোই ফাওনা নোক্লুনা মচিন্দা শোল্লিবনি — 'লৌবুক্তা বিশ্ববিদ্যালয় লৈবা লমদম অসি নোংমা শোইদনা লৈবাক অসিগী শকয়েং মিংশেল ওইহ্নম থোকই।'

অস্থম অস্থম লাকপনা থুনয়া অকোয়বগী লম্বীশিংদা চৎথোক-চংশিন তৌবা মী থর থর উরক্লে। ফুনাল মরিংশিংনা মৈ থাগৎলম্বা মৈতাল কোমশিংদগী কারকপা মৈথুনা শাথেক কয়াগা লোয়ননা লৈচিন্দা তিল্লুনবা হায়গৎলক্লি। মতু য়েংনা য়েংনা চৎলিবা অঙৌগী নাকোং ময়াদা তাম্ন তাম্নজুনা হয়িংথোই অনিনা ঙরং ঙরং ঙংলবদা মা য়াম্না রাইচিল্লে। হঙ্গাম মপাল মরক্তগী হায়দোরকপা হয়িংথোইশিং অহুনা মমশিল্লকপনা হানথ্রুনি মতাগুম তান্নরকপনি। অঙৌবনা মশিং য়াম্বা শম্বু মফম চানা লৈহন্নবা তৈথিবা থাউগী মনমদা লৈহিগুম নি·হুনা ভাওথিবা থোই ওইরমাল্ল, হন্না হন্না মথুংনা ত'ম্বোকপদা চৎথিদনা লৈরে। শাওনিংলকপদগী থোই অনিহু হাংলগে থন্দুনা চুবাগা প্যানা থুবাক্লা পোপ হেক য়ৈশিল্লুবদা থোই অমদি শিহুনা থোঙপাক মথক্তা তারক্লে অহুবু অমনা ঙংলগা চুবাগী শম মন্নুংদা হুৎতুনা চংখ্রে। মহু থংত্তোকথিগে থন্দুনা থুদোম্বী থিংজিল্লুবদা কম্না চিক্লক্লে, মমুনা থিল্লকপনি। অঙৌ নামনথিবনা ইথঙ থঙনা কিং হেক ফমথৈ। থোই মথোন্দি তাথিদ্রে। মাগী মতৌহু মী অতোপ্পনা উথিরমগজ্রা থন্দুনা লৈহুনা য়েংলকপদা লাপতক্লা নাওরী পাংকী লৌবুক্তা মমৈ থেক্কংতুনা চেল্লিবা যনজাও অমা মশা কেংবা পাথং অমনা কম্না তাম্নবা উকরে। মীগা শাগা শীংনবগী থবক অহুনা মফম অহুগী থৌদোক অমবুম্থু অঙৌগী নিংশিংবনা পুহুনা লাক্লে। কৈজ্রনথিবগী রারীনি। থুহুপ তরেৎ শাংবা কবো কৈজাও অমনা ককচিং থুল্লক্তা মতম শাংনা ঙংথিবগী রাবীনি।

তমথিরবা কৈজাওদি রাইংম্নু থোংবগী মতৌ তম্বা হৈ, উজ্জাও য়ানবগী থোঙ্গেল থোকহল্লি অমদি তাইবং মীওইবগা মাম্নরা লাউহুনা শামৈ হায়না চীংন্নুংগী অশুকপা উমংশিংদা কৈগা তোয়না

থেংনরুবা অহলশিংগী য়াম্নীদা খুন্নকী চুপী অঙাং অহল শুনা হুমিদাং হেক ওইরকপগা থোজেল অমা তাবগা না থাঙ্গংনখি। খুঙ্গা পুম্নমক মপান থোকপা কিনরে, উন্নুং চংবা ঙম্নদ্রে। ঘন, ইরোই, শংগোলনচিংবা য়ুমশাশিং চেকশিন্না থম্নে। নোংমদি খুঙ্গংগী মতাই ওইনা লৈবী হম্নুবী অমনা নোংঙাল্লমদাই মপান থোকলুবদা কৈজাওহনা ইনথুরম্নে। চিক্লম্বা নত্তে, থোংলম্বা নত্তে; লংনরম্বগী মওংনি। অকিবনা কুপ্পবা মীয়ামগী মিংতা কৈজাওনা মাঙদা চংহনা লৈবগুম উনরে। কৈগী থোঙ্গুন ইম্নবদা শোইদনা নাও-বিপাংতা লৈরে থঙনবগা তন্দনা খুঙ্গং কয়া শিন থুংনা মৈহুম মোরোক য়েন্দুনা কৈবল শাবে। শাবোম্ন-কৈরোয় কোখংনরে। অতিং কয়া মিংশেল থাঙনা কৈবলগী অকোয়বদা য়ারেক্লে, অহুবু লুরিবদি কৈবল মনুং চংহনা কনানা অচৌবা শাহিং চাবহনবু হাংপীগদৌরি; থৌনা ফবা ঙাইনখি।

অঙৌনা মাঙওইননা উবিবা শুমাঙ লৌবুকী লমদমদসু চহি থর ঙনখংপা মতমদা অহুপুম্বা থৌদোক অমসু লৈখিবনি। অম্নুক অঙনবদা লৌবুক পাংলকপা পাখং অমগা মুক্কা শাম্নরম্বা কৈনা অশোংবা নারক্কা চংখিবা উহৌবা মুপা অমনা খিবা চংলুই। লুমহুদা লৈরম্বা কৈনা তুংলোমদগী চোংশিল্লকখি। লেংজুম অনিমক্কা থুম্না য়ৈশিনথ্রবা খুজিন শংতোকপা ঙমদ্রবা কৈ অহুবু মুপা অহুনা ফনা কুইনা পোহনা পুখি। অমুম্না মথং মথং মুপা অহুসু শারাক তম্নক্লবা কৈ অহুনা লোংতুনা লৈবা মকমদা কৈবল শারে। চিরবা মতম অহুদা থাঙ তাদা ওজা খনবা মাওই কয়াগী মিং পমৈ। কনানসু শক উংলদ্রে। কয়া কুইনা মীয়াম্না অরাবা থাংহনা লৈখিগনি থল্লুবদা মুংঙাইত্রবা ইরেংবন্দগী থোকচাও থৌনা ফনা চোংথোরকই, কৈবল চংহনা কৈ হাংকে হায়রে।

কুমহৈগুম কৈবলগী অকোয়বদা মীয়াম পৈশুবা মকম অতুদা থোকচাওগী ইমুংগী মীশিংদি করি শল্লমলনি? লাইবক থিবদগী থোকচাও. কৈথ! থাথি। ওদাগী কমন শিংনবা চোংশিনথিবা পাথং অনিনা নম্বুনা থিন্দুনা হাওলবা কৈ উরগা মীয়াম্না মাগী থৌনা অমদি হৈ-শিংবা উনরকথি, মরুমদি কৈগী খুমাং মখোঙ অমা ককথিরম্লে।

অম্নুম্মা শাফম-লানফম থুরক হাংদনা লৈরকপ্রবা লমদম অসিগী ইকোন কোনবা লানবন পঙ্গাও অঙৌনা উরকই। লানকম কয়া মায় পাক্লা চংশিল্লকপা বৃটিশকী তেঙ্গোল থিংনবা শাথিবা ককচিংগী লানবক্লি। কুগী অভাংশিংবু নোংজুবী চীংগোন অমদি মনিংচৌংগী উমংশিংদা থৈদোক্লুনা থমগ্রপা কুপা খুদিংমক্লা মথুংতা থুংলায় পায়হুনা য়েক্লবা বৃটিশ তেঙ্গোল ভাইথিবা মফম্নি। লাল্লোয়শি হুবু নিংশিংলুবদা অঙৌ মোমোন তৌবকই। বৃটিশকী মায়কৈদগী থারকপা পাউ পুবা অমনা পুরকপা চিঠি পাননবা খাইদগী লাইরিক হৈবনি হায়না নাপল লৈজবা লাইনহাবু কৌথোকই। মাগী অতোপ্পা মমিং লৈ, অতুবু লাইরিক্তা লাইগুম হৈ হায়হুনা খাইনা কৌনবা মিংনি। চিঠি হাংদোকলুবদা পোকপদগী উথিজ্রিবা ময়েক্লা ইরম্রে; লাইনহা মমায়দা হুমাং মরিক মরিক কায়। অতুবু চাং তাবা য়াদে থন্দুনা পারকই —'শিং হুং নোক নৈ লং ফু আংকি গুপ থিখৌ তস।'

লাল্লোয়শিংনা মরোল শঙ্ফংবনা লাইনহাবু কোয়শিন্দুনা য়েংনরকই। লাইনহানা চিঠিগী মরোল চুম্না হন্দোকথিবনি -'নিংথৌ ইবুংঙো, নখোয়গা ঐখোয়গা মরুপ্নি, লাল তৌনগমুসি।'

অঙানবা অমদি অমম্বা অনিগী শিম্বা শিন্নবা মতম নকশিল্লক্লবদা লৌবুক্কী মীয়াম খুজু-খুংলায়, অমদি পোৎ-চৈ লোইশিনবা হৌনরকই।

মৌ-লৈশাবীশিংনা অপিকপা লৌরিদা সরুকসকী য়োংলি চংপগুম য়েং-ওই খোঙ-খুং নোম্না চংলি। মনমদা মচা পোত্নুনা, মকোক্তুনা থুমোক পুন্থুনা শঙমুংদা পোং লোইশিল্লুনবা হোবি হোবি চেনশিল্লকপী মুপী অমনা লৌরিদা হাইথুরকপদা মনমগী অঙাংনা শিথ-য়াম্নমখৈ কপ্লকই। হৌগংতুনা চৈনা থাঙলিবী মুপীগুদা চৈগনবা মপুরোইবনা তথি-তথি চৈরকপদা শাওরবা হুইনা হৌনা হৌনা খোঙলি। পিক্তক পিক্তক লেপ্লিবা লৌতাংশঙশিংগী মমাঙদা হুইশিংনা মমৈ ফর ফর হাযরদুনা পাকথ পাকথ মপুশিংবু যুমদা কানবা কৌখোকপা হৌরক্লে।

ইহাং হাংলম্বা লম্বীগুদা হৌজিক্কি অঙৌগী তুং মাঙদা মী মবাং কাযন' চংলরে। মতম অসিদা ঈথৈখোংদা খাবা রাগী খারা অমদা মখোঙ মখুং হামলিবী লৈশাবী অমবু মমান্নবী থবনা ঙাইরি। মমায় মমিং তাবা লোইদুনা হৌগংলকপী লৈশাবীগুগা অঙৌগা মায়োক্লককই, অনকপা লমগী মন্নুংদনি। কুল্লে কুচুদা রাশি পুম্নমক্না তিল্লবী লৈশাবী শকথঙদবা অহলগী মিংযেংদগী যাম্না থুনা লৈখোক্লগা অকংবা ক্ষিনা মমায় - মমিং, মখুং-মখোঙ তৈথোক্তুনা তহা তহা লখীরোমদা মখোঙ কান্থোরকই। রাই-রাই তাবা শম্বু লৈদুনা শমজি নাইনা পুনথংতুনা মমান্নবীশিগী মরক তিনথিবী মুপীমচা অদুদগী অঙৌগী মিংফম হোংবা থক ঙমদ্রে। খোঙকাপ থর হায়গংলগা অঙাং অদুগী মযা নক্না চংশিন্দুনা অঙৌনা মচিন কাখোকলুই, অদুবু হাযফেং ওনশিল্লম্নগা মমায় লৈখোক্তুনা হেনগংগ্রবদা অঙৌগী চিন তপ্না তপ্না উমশিল্লে। মহাক্না লৈশাবী অদুবু মশক খঙদুনা কোগে হায়না থনখিবা নত্তে, শুপ্নতগী 'ইচা ইবেম্মা' হাযনিংখিবনি। মুংশিজনা কৌকবা মিংগৌ অদুগী পাউখুমদা 'পাবুং' হায়না অমুক্তং খুম্নম্বদু

তাবা ফংলবদি লম্বী অসিদা লাকপগী ফংনিংবা মুংতাইবা শরুক অনিদা হেন্নগনি থম্মুবনি। সুপী মচা অহুপী খোঙকাপ তাম্মুনা চৎনিংই অহুবু মংখোয়গীহ্ অয়াবা থওদবা খোঙথাংনি। অসুম অসুম চৎথংখ্রি। থরনা ঈশৈ ঙংই, থরনা কাগি তৌহনা নোংক্লে। মখোয়দা মুংখিল মুমিংচুপ্পা থবক শুরুবগী অয়াবা কদাইদা য়াওরি? পুক্নিংদা তোয়না হংবা 'কনাগী মচাবু ওইরিগব' হায়বা য়াহংনা কুংশিন্নকপদা মাঙংলোমদা কন্না কন্না ইন্নকপগুম তৌই, নাকলদা তুংদা চৎলিবা মীয়ামহু খোইনা য়েংলুদে। অঙৌ মাগী লমথাই য়োরকপদা লৈশিন্নক্লে। মথন্তা পোং অমা কাউরম্বগুম লেপকক লেপকক নাইতোম তারক্লবা লম্বীদা চংনা চংনা শোল্লি —'পুন্সিবু থবক্সি থনবা, অতনবা লৈতবা অমদি অয়াবা কিদবা থুন্নাইদা চাওথংপা অমদি ঈংথবা লৈকম খোকই।'

# ২

## মমাচৌ

থব অহল ওইখ্রবশিং নত্তনা লৈকাইগী মী অযাম্বনা অঙৌগী মুপীগী মখিং খঙনদে। মঙোন্দা ইবেম্মা, মমা, মনে, ইচে, ইনম্মা অমদি মমাচৌ হায়না কৌনখিবনা মাগী অশেংবা মমিং থাদোক্তবুদি কনানম্মু নিংশিংনক্কদ্রে। মাবু মমাচৌ কৌনবসি চহি কুনগী মথা ওইবশিংতা নত্তনা অহল ওইবশিংস্মু অক্তম য়াওশিনখ্রে। তশেংবমক থাদোই লৈকাইগী মমাচৌনি, মমা ওইবী ময়ামগী মকোক চীংবী মমানি। মানা লৈকাইগী মচা ময়াম্মু লুনা তৌবমুক মখোয়নম্মু মাবু মুংশিনা লোয়ননিংই।

লৈরক লমজাওদা কন্থি থোক্কা শমতং-নাতংনবমথৈ ফুনরিবা অঙাংশিং কনামত্তনা থাম্বা য়াদ্রবদা মমাচৌগী মখোল তাববদি ফুনবা তোকই, শাওনবা ফত্থনা হেক্কা চানৈ। মমা ওইবীগী মীচং য়াওদ্রবা থেমজিনবা ৱাহৈদা পেন্দুনা মখোয় নোকমিনৈ।

ছুটি মুমিংশিংদি মমাচৌখোয় মাঙ্গোন্দা অঙাংনা পুমথল থল্লি। মখোয়না ডাংন-শানবা, থংনবা, কপ্পবা অমদি নোক্কবদা থাদোই লুপচৈ; মখোয়বু শেন্নরিঙৈদা ইমুংগী থবক তঙ্খাই নাম্থোকখি-বগীদমক অমুক মুংনাংহৌক্কদ্রবনি। য়াচংবা মতুং ফাওবা মমা মমানা খিরকত্রবা অঙাংশিনা মখোয়গী মমাচৌনা ময়ুম ময়ুমদা খিনবীবা ভাইহ্নুনা য়েন্নাওশিংনা মপীগী অকোয়বদা তাশিন্দুনা

লৈবগুম নকশিল্লকনি, থক চৎনখিরোই মুংখিল ঙাল্লিতৈ মতমদা খুল্লোকপী, মার্বল, চাকথোংবী, কৈথেল কাবী; মুমকানবীনচিংবা শাম্নবদা মীচং শঙ্গনগী অমস্নুং অঙম ত'ম্নবগী ফুন-চৈনখিবা পুম্নমক কাউথোক্লহুনা, লমহেনবা মতৌ থাদোক্লগ্রবগুম মমাচৌগী চাকথোংকমদা তাশিল্লৈ। মাগী থবক চিনবা মতৌদা রাবী লিবীযু হায়বা ভমগ্রবা অঙংশিং অহুনা মঙোন্দগী তাগ্রবা রারীশিংগী মতাং মতাং মতেক মতেক্তা নিংশিংলকপগী মপা থোকউবদা য়েংনৈ। চুম্মী-লাল্লিনা পুম্নিল নিল্লি।

তুংঙৌবীনা হায়, "কবুই কৈওইবনা থাবা ফাহুনা পুখিবহু মাগী মুপী ওইনবনি।"

মায়োক্লনা ফম্লিবী সনাথোইনা য়ানিংদনা য়েংলি, "নত্তে কৈস্নু, চাথোক্লবনি।"

মথোযনিগী মানি-নত্তেদা অস্তম অস্তম কনথংলক্তুনা থুং য়াওনগদবগুম তৌরকপদা থর চাওবী অমনা নমহৎনবা হোংনরকই, "মতু ওইনবস্নু নত্তে, চাথোকনবস্নু নত্তে, মীনাই ওইনবনি।"

থর পীক্লিবী অঙা অনিত্থ য়ানিংনা তুমিন হেক লৈখি। ঙা বীতোনগী রাবীদা মপি শিন্থহুনা তাখিবী অঙাং অহুনা অমুক হংলকই, "মমাচৌ উচেক লা মৈদোং ওনখ্রদি মী ওল্লক্লরোইকো?"

মমাচৌনা খুমগ্রিতৈদা ময়াম্মা লাউহংখি, "উচেক্লবু মী ওল্লি হায়ব্রা?"

মমাচৌ খুমদে, নোক্লিংবদি পোকই, মীনবু উচেক ওনবা য়াব্রা হায়বহুদি মথোয়না নি শি লুব্রি।

হৈবোই হৈতবোই ময়েক্তি ইশেং শেংদনা মমাচৌনা মথোয়দা লিখিবা রারীশিং মতং মতং ওইনা মাপী মাপী কোক্তা চুশিনখিবহু মথং মথং শিন্ন-শিন্ন লিনবা মতম মুন্নৈ। মথোয়গী রারীদা লৈমা শমশাংবীগী, শনাগ্রেনবীগী, হনুবা হনুবী পান থাবগী,

ঙাংবীতোনগী, তোম্বা লাংজেংগী, থম্বেলিনাগী, পেবেংকী হন্নুমানগী মতেক মতেক য়াওরি। য়ারীদা অচৌবা অশোয়বা য়াওজ্রিমখৈ মমাচৌনা থক চুমথোক্কে, অতুম তায়।

অমুক্কী পুং মাপল চপ চানা য়ুমলোম্নবগী অঙাং সনাথোইনা মমাচৌগী শুমাঙদা লেপ্লগনি, করিগুম্বদা মপাং অঙাং মরি-মঙা শুরকপসু য়াওই। মখোয়বু স্কুলদা থিলহনগদবগী ঙাইরিবনি থঙহনা নাম্থোকপা য়াদবা মখৌ ওইনা মমাচৌ থোরকই, স্কুল য়ৌনা চংলুই। পুং মবি তাবদা থোঙ্গান্দা থোক্লুনা ঙাইরমদে হায়বগীদমক সনাথোইনা লাইবিক থাউ মাঙ্গান্দা লংশিল্লগনি কিবনা নুমিৎ য়ুংবা মতুংদগী ঘড়ী তোয়না য়েংবগী হৈনবী মমাচৌদা লৈববনি।

হরাও-কুমহৈগী নুমিৎ পুম্নমক মখোয়গী মমাচৌনা শেম্বনি হায়না অঙাংশিংনা থল্লি। মতুগী মরম লৈ। কুমহৈ খুদিংমক্কী চংনবী ফিজেৎ, মওং, মফম, পুংফম অমদি হোরককম মখোয়দা ফজনা থঙহনখিবননি। য়াওশঙ কুমহৈগী মতমদদি মমাচৌগী য়ুম হরাওবগী তুংফম্মি। য়াওশঙ মৈ থাখিবগা শুমাঙ-মাঙ্গোন্দা নাকথ থেংবা অঙাংনা থম্মা পৈবৈ। লৈশাবী মৌগী কাংবু-কাংবু য়াওরিবনি। মমাচৌগী নুংশিবা য়াহৈনা থুম্লকপা পাউথুম তাগদবগী মাথোয়না থোঙ্গান্দগী হোনা লাউরক্কনি — 'হরি হরি বোল, শেল পীয়ু।' মমাচৌনা মখোয় খুদিংমক্কী মমিং পন্দুনা মনাক নক্লা কৌশিল্লি। অতুগা মথং মথং থুবাক্তা শেল হাপকনি। হরাওরবা অঙাংশিংনা শেল য়েংনা য়েংনা থোকখিবতু শুমাঙ মত্তোন্দা অমগা অমগা ওনশিল্লহনা ঙাংনৈ — 'হাকুমদগীসু কুমশিনা হেন্না য়াম্না হাপ্লকই, মমাচৌদি শেল য়াম্না য়াম্না পীজ্রদো?'

মনাক্তা ওমশিল্লবী লৈশাবীশিংদা মমাচৌনা অমমমতা ওইনা মাগা থগুনবা মিংদা কৌগনি। 'ইতা', 'চাকথেকপী', 'মুমিদাংৱাই', 'অতিয়া', 'লেম্বী', অচুবৈঙ', 'হায়ঘুরা' অসিনচিংবা। মথোয়বু লক্লহুনা কৌথিবা মিংনি। মথোয়না পিক্লিবৈঙদা মমাচৌগী মনাক্তা লৈবদা হৈনখিবত্থু কাউদনা লৈশাবী থবদি শম চিংলৈ, নমগন্দা ফূবৈ, অমদি থজ্বাইদা চুপ্লকই। মমাচৌনা লূপা য়াখৈগী নোট অমা লেম্বীদা পীবগা হায়, "থাবল কনানা ফজ্জৈ হাযবত্থু য়েংদৌবিনি খঙজৌ।"

চাকথেকপীনা মমাচৌগী নাকোদা চেপথহুনা কামশিল্লকখি, "ঐথোয়দা য়েংলগা কৈদৌনি, য়েং-ওইগীত্থু য়েংউ।"

"মায়থাবাসে।" মমাচৌনা নোক্লগা হইনখি। লৈশাবী খুদিংমক চংলমদাহৈদা মমাচৌদা ফাগি অমমম তৌথিদবা যাওদে।

মৌগী কাংলুপশিংদি ঙাইহাক ঙাইহাক ফম্মিন্নহুনা ক্বা, কবোক অমদি অতৈ অথুম অহাও বয়া চামিন্নহুনা ৱাবী শানৈ। চাক চানফম লেপথোক্লে। মযাম্না মমাচৌদা পীসম্বা ববশিংগী মঙ্গুংদা খোইদাজখিবদি 'অফবা নমৌ ফংজৌ' হাযবসিনি।

অপিকপা অঙাং, লৈশাবী অমদি মৌ, চংলকখিবা, লাকখিবা পুম্নমক্কী গিং থাদোইনা অকাউবা লৈতনা কৌবদা মঙ্গোল মচিদা মাগী মতৌ য়েংহুনা ফম্লিবা অঙৌ ওক্কবা ঙমদে। পুক্লিংগী থাগৎ ৱাহৈদা মরোল হাপতুনা মমিৎ থংলি। মীনা উখিগদ্রা কিবনা থাদোই মিপাইনা, থৱাই ৱানা অকোযবদা যেংলকই।

থাদোই চহি য়াখৈ শুরে। মৌ হায়বদগীদি মমা হাযবনা থর হেন্না পকচবা মতম য়োরক্লে। অত্থুবু মাগী শক্কম নৌবি। তুংয়ানগী শকক্তা নত্তনা মাওগী ফজবা হন্দ্রি। মরাং কায়বা, ক্বা হেন্তক শাংবা অঙৌবা য়াওদ্রিবা শমজিনা লুতুংগী

ফজবা ভাক্লি। অউবশিংগী মিংয়েং ফারি। মরাই ওইনা রাংবী তোংগানবী শবান্দু কোম্থবা য়াওদ্রি। হকচাংগী কায়াৎ খুদিংমকী উনশা অথুইবা য়াওদ্রি, শিংলি-তোংশা মশা থিংলি। অশাংবা পানা চেকশিন্না কুপ্পা লুতক উবা অরাওবা মিৎ অনি শেমলুবা লৈতনা লেং-ওৎলি, য়েংথোরকপদা লৌনম চেন্দে। ফজবা পিগুম অনিনা শাওগন্দবা উৎপগুম মিৎলু অনিগী ময়ায় চপ চানা ভমথরপ তৌনা তুমতক তৌবা নাতোম্না পুকচেল শেংবগী খুদম পী। থাবক মকুগুম লংনা ফজরবা য়াবু কুপ্লিবা অপাবা চিনবানগী ইকাই খুম্নবা উৎতুনা ফত্তবা রাহৈ অমত্তা মাগী চিন্দগী থোকখিদ্রি। মানা হায়ফেৎ নোকপা মীনোক অভাংশিংনা মতৌ তমনিংই। লৈহাউ লৈরেন মচু লৌবা পাক্লবা লাইবক্কা তাইননা হায়থরকপা থোই-খোইবা শমজোইনা অমুবা লৈচিল্লনা মচেৎ তাহল্লবা থাজগুম লংলবা খজাই অনিবু কুপখিদনবা হোৎনবদা মথুৎনা তোয়না থোমগৎপগী হৈনবী হৌজিকস্থ থাদোইদা লৈরি। নাপদা হায়রিবা নাইলগী মশেক্না অমুনবা হৈয়াইগুম চোল্লবা মায়থোংদা মিৎথক হাপলিবী থাদোই লৈকাই অহলশিংগী মৌনি, অতুগা নহা ওইবশিংগীনা মমানি; মখোয়গী থাজবা মুংশিবা পুম্নমক মভোন্দা লৈ। অতোপ্পশিংবু মুংশি-চান্ন তৌরুবগী পাউখুমদা খাইনা মাবু লুনা-থাজনা লোয়নবীবগী লেমজরবা ফমফম অমা পীবদা য়েংনফম অমা লৈত্রবনি, মতুমক্না মাগী হিংবগী মহাও হাপফম থোকপনি। অতুবু নোংদম্বনদি হরাও মীনোক তম্না শাৎকায়রক্কে হোৎনরকপা মাগী পুক্লি দা শীভচেপ অমা য়ৈশিন্দুনা থম্বীরে; থাদোইগী মচা অহল মবোল থোক্কে। পোকপদগী শোয়খ্রবনি। মচাশিংগীদমক মমা ওইবীশিংনা পুরিবা অরাবা পোংলুমগী চাং থাদোইদা থর হেনখিবনা তুকথবা মতৌদি লোৎতুনা থম্বা ভমদ্রে, থাদোই লেপ্তুনা মপী শিন্থখিবনি।

থাদোইনা অহানবা উজবা মচামুপা চুং ফিরাল চায়, মশক মতৌ ফজে, রাশি-গুন চংথোল্লি। য়েংবদা মুংশিবা পোকই হায়বদগী লৈকাইগী মীশিংনা মাবু মুংশি কৌনখিবনি। মমা-মপানা খোনবা মিং নত্রবসু অতুম চৎনখ্রে। অঙাংনা চহি অহুম শুরকপদগী মপা অঙৌনা ভারতকী মমিং লৈরবা হোস্পিতাল কয়াদা লায়েংবা পুখি। অঙৌনা রানা তাপ্তরুবা শেল অমসুং থাদোইগী লৈজবা মকোন-মবিক কায়থোক্লুনা কন্না হোংনকবনি অতুবু করিমত্তা কান্নবা ফংখিদে, মুংদা ঈশিং চায়বগা পাংথক ওইখ্রে। মথোয় অনিনা হোংনখিবাময়াম অতুনা পুক্লিংগী নিংঙমদবা অমদি অরাবা তাম্থোকখিহুনা মুংশিগী লাইবক ইশ্ববগী খুত্তা শিন্নবদা তাখি। মুমিং অতুদগী থাদোইগী অরাববু নমথনবা পাঙ্গল থব লাক্লুনা মীবক থোকপা হৌবকখ্রবনি। য়ুমদা তোয়না লৈতবা অঙৌদগী থাদোইনা মচা মুংশিগীদমক মুংনাংবসি শকক য়ান্না হেন্না হৌজিকসু অতুমক লৈরি। অঙাংনা অসুম অসুম চাওখৎলকপগা মৈচাক্কী মকমদা আশা অমা কাওগৎলকই। অঙাংগী মতৌদা থমলুবা আশানি। মুংশি হায়বা ইনবা, মীমুংশি লৈবা লৌশিং থৌবা অমসুং পেন্থোকপা হৈবা মুপামচা ওইরকখি। লাইরিক ময়েক চৎনবা অমদি মশানা হৈনবা শিনফম অমা তমহন্নবা মমা-মপা ওইবা অনিনা কন্না তান্নবা হৌবকই। মুংশিগী পুক্লিংগী রাবোল পুম্নমক মিংনা ফোংদোকপদা খুৎনা মতেং পাংবনি। মিংনা লৌশিং লৌশিন্নবা অমসুং পুথোক্নবা থোঙনি। থোঙ অতুবু মখুৎনা কন্না শেন্নজখি। মওং অসি য়েংলগা, মশাগীসু অপাম্বা লৈবা উবদগী মমা-মপানা মাবু য়ান্না থাপ্পা মফম অমদা লাই য়েক্পা তম্নবা চহি কুইনা থমল্লুরে। হৌজিক্তি মপুং মরৈ ফারবা পাথং অমা ওইদুনা ইমুং-মনুংগী মতেং পাংনবা শয়েং তিংবা হৌরক্লে অমসুং মমা-মপাবু হেন্না হেন্না মুংশিবগী মমি উংলক্লবনি।

য়াচংবা মতুং ফাওবা মমা মমানা থিবকত্রবা অঙাং ময়'ম ঙসিস্থ মমাচৌগী চাকথোংফমদা চিশিল্লবে। মুংশি মতম কাইদনা তঙ্গিল্লক্লুনা চাকশঙদা মুবা অমদা ফম্নগা অঙাংশিংগী মতৌ য়েংহুনা লৈ। অঙাংশিংগা ব্লাবী শাল্লবা হায়বসি মানা য়াম্না পামজবনি, মানা হায়বা থঙবা ঙমত্রবা অঙাংশিংগা য়েংনরগা মরক মরক্তস্থ নোকই। মযুম নিংশিংত্রবা অঙাংশিংগী মথল - মথেলগী ব্লাহংগী পাউথুম পীনবা হোৎনবদা মমাচৌ তৌগে হোৎনরম্বা থবক হেক হেক কাউই; অহুগা অমুকস্থ মথোয়গা ওনশিন্নহুনা লৈরবদি থবক মঙম চৎলবোই থন্দুনা মথোয়না করি হংলি হায়বা তাশিন্নদবা মতাংস্থ লৈ।

মমাচৌথোয়গী ইমুংগী মীশীঙ মরিথক্তনি। বাবাচৌ, মমাচৌ, মুংশি অমদি মনাও মুপাদগী হেন্না অতৈ অতোপ্পা অমা লৈতে, অহুগা মনাও মুপাস্থ অথাপ্পা মফমদা লৈথি, হৌজিকমক্তি য়ুমদা মথোয় অহুমদা লৈবনি হায়বস্থ অঙাংশিংনা থঙই। অহুবু মমাচৌনা চাক থোংবদা মী মঙা নত্রগা তরুক্কী কোল্লনবা অহুম লাঙই। মরমদি করিগুম্বা তঙাইফদবা মুমিৎ থর নক্তনা মমাচৌনা কৈদৌঙৈদস্থ মথহ্না চাক চাথিত্রি; অঙাং থবগা লোয়ননা চামিন্নত্রবদি মপুক থনবা ঙমদবনি।

চাকশঙগী চিদাই ওইবপ ফম্লিবা মুংশিনা করিগুম্বা ব্লাফম অমা মমাদা হংলকই। করি হংলিবনো থঙনিংবনা অঙাংশিংনা মঙোন্দা মুন্না য়েংহুনা লৈ। মমাচৌনা মঙক নোমহুনা থুম্নকই, "হোয় হোয়, ননাওহু কালেন ছুটিদা লাক্কনি।"

মুংশি হরাওনা নোকথি।

মাবু থর হেন্না ময়ামদগী লুনা ভৌই থঙ্গবী সনাথোইনা মচিন কাংথল্লপ তৌনা হন্নু-হনাগী ব্লাহং তৌরকই, "কনানো লাক্কোইহুবো?"

"তামোচা।" মমাচৌনা শোয়দবীদা তাকই, "নখোয়গী তামোচাবু কাউখ্রব্রো ?"

অঙাংশিংতু হৱাওবনা চোংখৎলি। অমনা হায়, "সাস ! ঐখোয়বু তুরেল পান্দা কোইবা পুররনি।"

অতোপ্পা অমনা অমুক নিংশিংলকপতু হায়, "চৌং কাবতু মুংঙাইবনি।"

রাক্ষম অমা খঙনিং নিংশিংলকপগী মওংদা নিংগাংননা হৌগংলগা সনাখোইনা হংলকই, "মমাচৌ, তামোচাগী মুপীচু তিলিগী নং-ত-রা ?"

"হোয়নে হোয়নে," মানা নোংমা অঙৌদা রাবী শাবদা তাখিবা সনাখোইনা কাউরমদবদা ঙক্কক ল্লেংতুনা মমাচৌ নোকই; মমতক তৌবা ইলেকত্রিক থাউমৈগী মঙান্দা মঙোন্দা মুল্লা যেংলিবা অঙাংশিংতুনা করিবু খঙলুগবা খন্দুনা শোম্বাংনরপ খুম্লকপনি, "দিল্লীগীরা, কলিকাতাগীরা, ময়াংলা, মৈতৈরা ওইনিংবা ওইরসম্নু। নখোয়বু উনিংব্রো ?"

"উনিংঙে।" অঙাংশিংগী চপ মান্নবা পাউখুমনি।

খুম থাকপ্রবা য়েঙ্খাংগী মনমদা মতিল য়োংলিবী রিতুনা মখা হংথৈ, "তামো মুংশিদি কনাগা লুহোংগনি ?"

অঙাংগী অচম্বা রাহং ওইরবম্নু মমাচৌ খংপ্রেক খংই। খুমগে খল্লুদে, চাক ঙাইতুনা লুকথবগা ফম্লিবা মুংশিদা য়েংলগা মিংকী পি থাম্নবা হোংনবা তাখি। মমাচৌদগী পাউখুম লাকত্রবদা বোবীনা যাম্না অখঙ-অহৈ শাতুনা খুম্লকখি, "মাদি মরোলম্নু থোক্তুনা কনাগা লুহোংগনি, মমাচৌ নংতবা ?"

খামতুনা খমলুবা পিনা খঙহৌদনা মিংলু অনি থুম্লক্রবদা থাদোই অঙাংশিংবু উহন্দনা তৈথোক্লগা তপ্পা হায়, "মরোল থোকত্রবম্নু লুহোংবা য়াবনি। মাগীদি মশকম্নু মহাদা ফজদৌরিনি।"

সনাথোই চেনশিল্লকুনা মমাচৌগী নমগন্দা ভাথরগা হায়রৈ, "তামো মুংশিগী লুহোংবহু থোইবগা শকহেনগমু য়েংহনসিকো।"

"য়েংহনসি, য়েংহনসি," থাবৈ পায়তুনা লৈরংদগী থাংথরকপা উয়ানগী য়েঙ্গাং ওংলগা মমাচৌনা মোমোন তৌরকই, "বোবীমু, মাধুবালামু, বঙ্কিমমু, রিতুমু, জোহনমু, লুখোইমু, বুঙোমু লোইনা য়েংহনসি।"

"বোবীনা অগ্নকমু কৌথৈ, "মুপীহুবু কনানো মমাচৌ?"

নংগী তামোচৌ ফম্লিবহুদা হংঙুদনা।" মমাচৌনা য়াংনা খুমদোকখি।

সনাথোইনা য়ানিংদনা হায়, "শাওরকনি কৈমু।"

অঙাংশিংনা পুল্লপ মুংশিদা ওনশিন্দুনা য়েংই। মুংশি নোক্লকই, ভাংনরিবা রাফমহু মুন্না খঙনিংবনা মমাদা য়েংহনা লৈ। থাদোই উশিন্নদনা চাক থিবদা পুক্লিং চংলকই।

মুমিৎ তাখিবা মতুংগী অনিশুবা পুংজা য়ৌখ্রে, অঙাংশিংবু পীজনবা থৌরাং লোইশিন্নকপগা মপান্দগী কৌরকপা খোঙ্গেন অমা না থাংগৎতুনা তারগা থাদোয়না ইমুংদগী হৌনা খুমখি, "হো লৈয়ে লৈয়ে, লোইনা লৈ। ঐ চাক হোৎনরি। ইবেম্মা শখি, চংলকথো লাকথোদনা।"

শখি ইমুং চংলকুনা চাকশঙগী থোঙবা পায়দগা নোকুনা হায়, "কৈনোগে সিদি! মুমঙাক তৌহুনা লৈরদি কমদোনি? কাংলুপ ফাবে হায়মি। মমা-মম'শিংহুমু ঐগুম্বী ভাক্তা, হৌজিক ফাওবা মচা মচা থিরকুনা লৈথোকপা ঙম্মীনেসে। লাকও, হৌগৎনবো ঐ নয়ুম নয়ুমদা থিনবীরয়গে।"

"ভাইখো ইবেম্মা শখি," পুখম অপাকপগী চাক থাংদোকুনা থাদোইনা থাম্লকই, "অঙাংশিংসি চাক লোইনা লায়ররিনি। খর খর পীজখিসি।"

"অসিনা অসুম লমদম্মরবনি।" শখি য়ানিংদনা শোল্লি।

"করি? লমদম্মবা হাযবদি?" থাদোইনা ওক্লগা চৈহংলি, "অঙাংশিংসি ঐগী কনানো? মথোয় য়াওদ্রবদি ঐদি চাক চাবস্থ ম্লাদনা। ঙাইথো নংসু ফমথবকথো, য়েঙ্গাং মহাও য়েংখিসি। নখোয় মামাসু ঙসিদি মরূপ অমনা চাকৌরি হায়দুনা চংথোকখ্রে। থোঙলিবসি অঙাংশিংন পাদ্রবদি মাঙলগদবনি। মতু অচুম্বা থবক নত্তে।"

মুংশি হৌগংলক্লুনা শখিবু মথুং পায়দুনা থাম্লগা পুগম মযা নক্লা চিংশিল্লি। শখি চংপা ঙমদহুনা থাদোইগা পুথম অমদা ফম্মিম্নবে। অঙাংশিংনা অপাকপা পুথমগী অংকোয়বদা ফমদুনা মুম্না মুম্না চাবা হৌখ্রে।

চথোম মবি মঙাগী তুদা ঈশিং থজিক্লুং থক্লগা শখিনা হৌদোরকই, "ইনেগী চহি মতাংসিদা ফুগোই-রাঙ্গোইদুনা চাখুমগী থবক্তা নৈশিন্দুনা লৈংসি য়েংবদা ওস্থোক্লা মুংঙাইজদ্রে, লেমজদ্রে। ঐখোয়না পাংজবস্থ ঙমদেদো, উপায় ইরৈমক হেক লৈতবগুম স্থম তৌরিসিদি হাকমল্লবনি। কৈদোগে ইনে মুংশিগীদমক ঐনা হৌদাকচখিবতু অহলশিংনা ইথনমক থম্নবীখিদ্রবা জাংলা? মৌনা সেবা তৌরগা লেমথোকপীবা মতম ওইববনি কৈদোগে?"

থাদোই শখিগী রাফমদা হৈনিংই অতুবু থরাই য়াম্না য়াওশিন্না খুম্বদি ঙমদে, "থঙদেদা ইবেম্মা ঐথোয়গী লাইবকসি; থম্মরুদনবু কৈদৌনি. কনানবু য়াবীরক্কদগে?"

"করি রানোদা ইনে, শখিনা লমজিং রাহৈনা লৌই, "ইবুংঙো মুংশি ফংদবা ময়াম অমা য়ুম পান্নরিনা। মঙোন্দা করি রাংলি, মশক মতৌ, হিংনবা উপায়। অশোয়বা থরসিগীবু। ইনেখোয়গী মৌ ওইবদি লাইবক ফরিবনি।"

থাদোই শথিদা মুংশি মিৎয়েংনা য়েংলগা নোকই, "কদায়দগী ইবেম্মা, নংনা ইনেখোয়বু মুংশিবীতুনা পুংহায় হায়বত্নুনি।"

ঙাইহাক চাবদা লুপলুরবা থাদোই মথুং শেংদোক্লগা চাক হাপ্পবা হোৎনবদা শথিনা মথুং থল্লকই, "ইনে ঐ ওকচরে।"

"অত্নুদি ইবেম্মা নথুং শেংদোক্কো, ইনে অস্নুম হোৎনগে।", থাদোইনা লুখাক খুনগংপা হৌবগা মমাঙগী রা শমথৈ, "ইবেম্মনা হায়রিবত্নুম নংগী মামাগী মকুপ মপাংশিং, মরু ওইনা ঐখোয়গী ইচলমুপী তোম্বীনা হায়রকপা কুইরবনি। অত্নুবু রাফমত্নু থম্মনবা হৌরুবদা পাঙন্দি খোকথিত্রেদা ইবেম্মা। কনাদা করম্না হৌদোকলুনি?"

শথিনা ফিংলপ থাদোইগী মথুং ফারকথি, "ইনেনা তৌবীরিসি করিনো? ঐ য়াওনা য়াওনা। অঙাংশিংনা চাইথাইরম্বসু লোই-শিল্লক্লিবনিনে? থম্বীরো, ঐ শেংজরগে, হৌগৎপীরো ইনেসিমা। অসিগী থৌনাসিননি হৌজিক ফাওবা মৌ থিনি থঙত্রিসি।"

থাদোই নোকই। নহাগী থৌদাং শিন্নবগা হন্দোক্লুনা মচি ওইরপ মুবা অমদা ফমথরে। শথিনা মাঙগী রাফমত্নু অমুকম্নু থিবকই, "কবিম্নু রাবীকমু ইনে ঐখোয় ময়াম লৈজবি। মুংশিগীদমক ঐখোয়না শোইদনা অফবা মৌ অমা থিগনি।"

রাহৈগী লোইশিল্লকপদা শথিনা মুংশিদা য়েই। মুংশি ইকায়বগা হরাওবগা য়াম্নবা মীনোক অমা উংলম্লগা মপান থোকথি। শথিনা মুংশিগা উনবা খুদিং মাগী লুহোংবগী রা হেক হৌদোকই। থরাই য়াওনা ঙাংলিবী শথিনা মমাদা মাগী মৌগী রারী শাবসি মমাঙদম্নু মুংশিনা থঙথ্রবনি।

মুংশি থোকথিবগা মপান্দগী কৌরকপা খোঞ্জেন তাবদা অঙাংশিং ইরাং লাংলকই। থাদোইনা নোক্লা নোক্লা লাউথি, "লোইনা লৈ লোইনা লৈ, নখোয়সু চংলকখো।"

হাম্না কৌরকখিবা খোঞ্জেল অতুমক্না মাঙ্গোন্দগী হায়রকই, "ইচে ঙসিদি ঐখোয় ফমজররোই। মনিংলোমদা কাপ্নখিবগী মখোল তায়। মীস্থ যাম্না লাংনরি।"

অঙাংশিংতু মখোয়গী মমাচৌনা মাঙ্গোন্দা পুখোরক্লে। মমা মমানা মখোয়বু মমাচৌদগী নিবগুম অমমম পুতুনা মথং মথং চৎনখ্রে।

পৈরম্বা অঙাং ময়াম চৎখ্রবা তুংদদি থাদোইগী ময়ুম ইচিক চিকহৌই, মমা-মচাদা তরৎ তরৎ লৈহৌরে। মঙানি থাজনা নোংচুপকী চীংদোন্দা ফমতুনা লৈবা মতমদা অহাংবা অতিয়াগী থরা ম্নীচাকশিংগী মশিং থংহেন হেনগংলকপগুম তৌই। মাগী মাগী লৈফম তাক্লবা হোনংবদা ঙানবা তাম্নরিবা অরুংবা ফজবা ময়াম অতু য়েংলিঙৈদা মোক্তোক, লাইমতোন অমদি খোংয়োন চীংজাওদগী কুমথবকপা মুংশিংনা তম্পাক্কী লমদা অহৈংবা য়েল্লবদা থাদোইগী শককস্থ থুংলরে। মপানগী ওলাংবদি মাঙখ্রে অতুবু মালেমগী কলক য়েংখিনবা চংলক্তনবা চীংলোল কয়ানা পল্লোল থারবা লোংতুনা থম্লিবা মফম অসিদস্থ ইতিহাসকী শকফম মুম্নবদা খোক্লিবা অহৌবা মখোলশিংদা মমা ওইবীশিংনা মহৌশাগী নিংথিবদা পুক্লিং লুপ্না মিকুপ অমা ফাওবা অরা-পোৎথানবা মাগী মশাহুকোন্দা চংজবা ফংজদ্রবনি। মিপাইবা অতুনা থাদোইবুস্থ মপান্দগী য়াম্না থুনা ফক্লাংনা কোয়শিনবা কা মনুংদা তানশিল্লকথি। মাগী কানুংদা ফমতুনা লাই য়েক্লিবা মুংশিদা চংখোকখিদনবা হায়রল্লগা থাদোই মশাগী কা মনুংদা ফৈল্লে। মপুরোইবা হঞ্জিল্লকপা ঙাইবা ওইনা অহুম্লক হম্না পাখ্রবা মচা অতোম্বগী চিঠি অমুকস্থ ফাক্তোকলুরে। অচিকপনা মাগী থরাইবু লাং য়েলহিক্নুম পিকহল্লবদা থাদোইগী থম্মোইদা থল্লকপা রাথল মপান খোরকই —'মৌ অমস্তং লৈজ্জরবদি কয়াদা মুংঙাইজগদবা।'

মানা ইচা, মকপ, ঘুম্বুবেম্বী ওইনা ইনাক্তা ফমতুনা লৈরবদি ঐগী থরাইসি ওথোক্লা পোশ্ত্রনিদা। হৃঞ্জিল্লকখিসন্নু ঙসিদি শোইদবীদা বাবেপ অমা তাদবা য়াদে।'

খল্লুবা রাথলগা তাল চপ চাননা মপান্দগী থোঙ থিল্লকপগী মথোল তায়। অঙৌ হল্লক্রে খঙবনা থাদোই নোকফেং তৌতুনা হৌগংলকই, থরাইস্নু খ'চাও চাওথোকখিতুনা মহাবানীগুম চীং-লেম্না মথোঙ শিংনা শিংনা থাংলগা থোঙ হাংলুবে। থোঙজিন কানশিল্লকপগা অঙৌনা হংলৈ, "অঙাংদি চংথোকখিদেদনা?"

মচাগীদমক রাজবা মপাগী মীনু'শিদা পেল্লবী মমানা তপ্পা খুম্নকই, "হোয, চংথোকখিদ। ঙন্না হৃঞ্জিল্লকপীবসি ফববনি। মনিংলোমগী পাউ তাবীবকপ্রা?"

"তাবকপা নত্তে, উবক্লিবনি। সিফাইনা পুমচাই চাইহৌবে। অহুমদি শিহৌবে।" অঙৌ মফি হোংদোকপগা ঈবোযননা তমথি, "মবাল লৈজদবা মীযাম অমা ফ্রবগা নেংপগা ফিভম হেঞ্জিন্না শোকপা যাওনহৌবে। চহি মতাংসি নংলমত্রবদি ঐ নাম্থোবকপা ঙম্বগী রা লৈতে।"

মরাল লৈজনবশিংনা অরাবা তাবগী পাউদা শাওনিংবনা প্রোক প্রোক চাক্লুনা হিদান্দা মথোঙ য়াম্থতুন ফম্লিবী থাদোইগী মনাক নক্লা অঙৌ ফমথবকই। অঙৌ ফৈগন্দা মথুংনা নাল্ল নাল্লগা অশাওবা ফাথতুনা থাদোইদা ওনশিল্লকই, "অঙাংশিংতু নংনা থিল্লুত্রা নত্রগা মমা মমানা লৌবত্রা?

থাদোইনা স্বর শাংনা অমুক্তং হোল্লগা অঙৌগী নিংলকপা রাথলগী ঈচেন্দা তাওথবা য়াওনবা হোংনতুনা তপ্পা খুম্নকখি, "মমা মমানা লৌরবনি কুইথিদ্রি। শথিনা ইহান হাম্না লাকখি।"

"এ, নংনা শখি হায়রগা, শখিসে ফৈকো।"

"অতাওবা মৌনী। মুপী অশেংবনি। য়েংবীয়ু, মানা লাকত্রিঁৱদা ইমুং অহুনা তৌবম্বা ফিভমহু, পাল্লম্বা য়ুম্বান্দু। পাখ্রা য়ুডাওবনা শেন্নবা রাববা, রারকপা ঙমত্রবা যুথকপা মচা অহুম। ফুনবগা, লাউনবগা, লংথাইনবগা, নোংমতবু অচিকপা খংত্রা, চাক চারা অমা ফাওবা মপা মচা চামিন্নরম্লোই। মরক্তুদা শখি লাকখিবনি। ময়াম্না হায়নখি, মুপী মচাসি ঙাওরনি। অহুবু কয়াদা ফজনা ফাজিনখ্রিবনো, খোবীনা ক্রক-ক্রক লাক্তুনা পুনখিবসি মঙায়। অহানবদা মাগী মুপা য়ুথকপা তোকহন্দুনা থবক চাং নাইনা চংহল্লি। মকুবু খোঙ্গাল লাম্না চা থকপা খোকখিদনবা, অয়ুক ঙস্তাদা চাক পীজখোক্তুনা মনাওশিংবু য়ুথকউদনবা হোংনবদা মীনা কৌরকপদা খুম্বা শংজদবনি। মনাও য়াইমনা মীগা ফুনরে তাবদা মানা খ্বাংচেৎ শেৎতুনা চেনখিবনি, ময়ামদা মনাওনা লানবা ঙাক্তনি ঙাকপীয়ু হায়জরম্লগা চিংতুনা পুরকই। মীগী মপোৎ য়াইরগা খিন্দোকলুনি খন্দবা মনাও অতোম্বনা পুশিল্লকপা পোৎ মানা মপুগী মথুংতা শিন্নরুই। মনাও মুপা অনি হঞ্জিল্লকত্রি ফাওবা মহাক থক তুম্লোই, কয়ামুক য়াম্না খেংলবসু মম্নবসু লৈরক খোক খোক্তুনা য়েংগনি। হন্দা হঞ্জিল্লকত্রবদি মথুংতা থাওমৈ পায়তুনা তিন্নবা মমান্নবশিংগী য়ুমদা হংবা চেনগনি; মতন তনবা শুনিংদবা মখোয়গী ফম্মাংদা লেপতুনা খেমতুনা - নৌতুনা হোদোক্লগা নমদা লোবুক্তা মানা মাও চিংতুনা চংকনি। ইকাইরকপদগী মকুহু য়াহৌ ঙনখংখ্রে। হাকুম্না মনাও য়াইমা, কুমসিনা মনাও অতোম্বা থবক মচা অমমম ফংজতুনা হৌজিক্তি ইমুং অসি কয়াদা খুয়া তুশিংনা ঈংনা পাল্লবা। শখি লাক্লমত্রবদি মপা মচা মরিসি কাক্লা চেন্দুনা লৈকাইগী পোংলুম ওইতুনা লৈরম্লগদবনি।"

"অতুনি অফবা মৌদি ইমুং অমগীতা নত্তে, লৈবাক্কীস্ু মমানি। মমা মতৈমা ওইবী মম্লাম্লা জ্ঞান তাবী অফবী ওইরবতদা ঐখোয়গী খুম্লাই ঈংগদবনি। অতুবুনে, ঐনা চাওথোকচবা অমদি লৈরি, ঐখোয় লৈকাইগী মৌশিংসে শেল থুমগী অম্রাংপা থর লৈজববস্ু মপুক-মপাউদি ফবা ভাক্তনি।"

"লোইনা হেক কৈ, শেম্হোক রাংনবগী তৌবনি। করমদি তৌনি, ইনাক খুনবা তবানা লাইববা অম' শোগংপা ভমদে হায়নরিবনি। য়েংবদদি চাকথ্রবা, পাংলুবদি ভমদবা।"

"শেম্হোক রাংপা মমা-মপা'শিংনা হিংনবা লাল থেংনবদা হরাও মীনোক কাউথ্রে খভজদ্রিবা অঙ'ংশিং অসিগীদমক থল্লুবদা ঐ রাদবা থক ভমদে। সমাজগী উংসবতা মথোয়না নোংমা চাকলুক থুংদবা মীশক ওইহৌগদৌরিব্রা হায়বগী অকিবা লৈ। নোং ভানবদগী থোকথিবা মমাশিংনা মিলদা, লৌবুক্কা নত্রগা কৈথেন্দা চানি থক্কি খভদবা মথৈ নোমলুবদা নোংমতস্ু মচাশিংসি মনিং থুংনা পীজবা ভমত্রবনি। অকে-অমৌ, হরাও-কুমহৈ মথোয়দা শকক থুংদ্রবনি। মথোয়গী পুন্সি শাপ অমগা লোয়নবগুম অস্ুম খোইশাওননা লেল্লি। ঐখোয়না মথোয়বু তেংবাংলুবস্ু ভমদবগুমতৌ, উদবদি ভমদা থল্লুরগা ওম্হোক্কা শাওনিংই। অকুংপদা লৈতৌবা অতোভবদা লৈথোম্নবা শেম্বা সরকার মরোলমরোলসি য়েংলুরগা ভোংকাসি শুকথাবু থাদনিংদেদা। লৈবাক্কী শেঙ্গাও পায়বা ফম্নাইবা, মপী-মপানি হায়না লাউজরিবশিংসিনা করম্বা মতমদা লৌমী শিম্মীশিংগী অৱাবা উবীথ্রবগে। মুংভাইবনা অৱাবা খভদবা খুম্নাইদা অক্কি-অথং থোরকপা হায়বসি লাই হাক্তক্তগীনি।'

"মতুদি চুম্নবনি। মখুংতা থাংজৌ পায়তুনা লোকমুং মামুং, উমং-রাম'দা, য়োপাক্কা নৌবুক্কা, বেবচান থোংহুনা তুবেল

খোংমুংদা অহুগা বিলামাটি, উফুল-লৈখোমগা শাগোল্লহুনা চপ য়ুংবা কৈরাক কাহুনা নোং ক্রুং ঙানবদগী মুমিং তাবা ফাওবা মরূ ময়াঙ তেকপা মখৈ নোমহুনা হুমাংনা ঈরুজরগা মমুম হল্লকপা মুপা অমগী মুমিং কুম্হ্রানিগী অপুনবা খুংগুমন্দগী হাপ্তা অমদা অনিরক্তুং ওফিস চংলগা চৌক্রিদা ফমহুনা উইরুবা মী অমগী নোংমগী খুংগুমন্না হেনবা লৈবাক অসিগী ফজবা মীয়োক মীচান হৈবগী চংনবীসিদা কয়াম কুইনা খাংনখিদৌরি। মপুক পাখোক্লবা অরাৎপা লৈত্রবা মখোয়গী খুংগুমন হেনগৎনবা খোল্লাউদা চদংনরবা ময়াম অমদি কংবা তারি।"

"অহুনি, মুন্না খন্থহৌদ্রবদি অচেনবসু চেংয়োম অতানবসু চেংয়োম হায়বহু তাহুনা নোংমদি অথনবগা অরাম্বগা পুন্না ঈথেংদা লুপমিন্নবা শোইদ্রবনি। চাকথুং ফিথুংদবশিংগী খোল্লাউগা রাংত পাদবশিংগী নাপল মখোই কারকপা হেদোই-হেরাওগা পুন্না মুর অমত্তদা কয়া কুইনা ঙংহুনা লৈখিগনি? অহৌবা মখোলনা কনাগী মীচংদা পোকখায়গদৌরি?"

"ঙাইথো, খল্লুরগা হেন্না হেন্না খোইদৌ শাওগৎনবনি; তোক্লসি লৈবাকী রাসি। রাফম অমা খল্লসি; ইমুং অসি চিকমল্লে, চুমদ্রবনি।"

"মহুসু চুম্মী, অহুম ওইনমক মুম্বানবগী মরোল ফুঙ্গাগী উৎকুম কুপই হায়নবনা খর মুন্না খন্নবা তায়। মীওইবনা খনখ্রবদি করিনো অমদি লাকপনি, থাজসি। ফরে মসিমসু খমথিসি। য়েংউ, ঙসিদগী ঐনা খোরাং মচা অমত্তং পায়খৎকে লেপ্লে।"

"করি খোরাং ওইরবনো, অরায়বা নত্রগা অরুবা?"

"ইরায় লায়বনি অহুবু শীংনবা অমদি য়াওরি।"

"কনাগা?"

"খৌরাংবগা। ঐ ভসিদগী চুকট অমদি চা থকপা তোক্লে।"

"অতুদি য়াম্না ফববনি।"

"অনিসি লেপ্পদা হকচাং অমদি শেলগী তোংজবা লৈরেদনা। কাম্লদ্রবা চিঙ্গাক অনিসিনা ঐবু নোংমদা লূপা তরাদগী কুন ফাওবা চংহল্লি। চাংচংতা থা অমদা লূপা চামডাদি চংলে; অরেম্বদনি। মহু ঐনা কল্লগা সনাখোই, লুখোই অমম্নং মধুবলাগীদমক পোষ্ট ওফিসতা সেবিং একাউন্ত অমমম হাংবীগে। থাদা চামডা চামডা থিথিবসিনা চহি তবামডাগী তুংদদি অভাংশিং অতুগী মতেং অমদি শোইদনা ওইরক্কনি। মমা-মপাশিংদদি হায়রুম্নু। অভাংশিংসি মুংশিদ্রো?"

থাদোইনা অঙোদা মুন্না য়েংই, লেপখ্রবদি শোইদ্রে খঙলুবনা মাগী মীনুংশি চেনবা পুকচেলবু থাগৎপনি। মপূরোইবগী পুকচেল চাওবা মতৌ উবগা থাদোইগী খম্মোই মুংডাইবনা শাংকাইরকই।

———



## লাক্লম্বাদু কনামো

ছুটি নুমিং অমত্তা য়ুমগী থবক্কী নাম্বোক্কুনা পোংথাবা ফংদবা অংঙৌ ঙসি নোংমাইজিং নুমিংসিমদি ত্তৌবগে মত্তাগুম শুমাঙদা চৌক্রি অমদা লোইথিগদোববা নিংথমথাগী নুংশা অমুক তাম্ন উকম অমুক থুপ অযুক্কী চাকঙন চাবগা ফম্লকপনি। মানা শেংলিবা মফি ময়োল্লদা তোয়না য়েংহুনা মশাবু মোংতাই-শুদাইনদে হায়বা লেপথোক্লবা হোংনৈ। চহি মত্তাংগী চান্নবা তাম্বাদা রাথলগী অরূপ-অত্তাও শান্নবা ঈথক্লা মাবু পুবি। মানা থাদোইগীদমক শেং-চাবা অমদি কে-নানবদা পুক্লিং চংবগুম মাগীদমক্তদি অতোপ্পা কনানস্নু য়েংশিনবীনবা লৈতে হায়বগী নুংগী রাকং ঙসিনা থর হেল্লি। থাদোইনা মহু থঙহুনা, মঙোন্দদি ওনশিল্লুদনা নোক্লিং নোক্লিং ইমুংগী থবক নোম্লি। ওইথোকপা নত্রগা ওইথোক্কবা অনিনা য়েংশিন্নহুনা থোরকপা ঙমদনা লৈরিবা মিকুপ-পুংজা-তাপ্পা অমগীদমক পুক্লিংগী লাংতক্লবা মথোয় অনিদা চাং মাম্নরবস্নু মপান থোক্লা ঙাইঙমদবা উংথোকপদি অঙৌনা থজিক মহেল্লি।

লাংতক্লবা অমদি ঙাইঙমদবা হায়বসি পুক্লিংগী থোওংনি। অনিসি মওং হায়ফেং মাম্নরবস্নু হৌরকফমদি তিম্নদে। অহানবা লিলা থোক্লমদাই, মীয়াম মাঙদা রা ঙাংলমদাই অমদি পরিক্কাগী রাহং চে পারমদাইদা ফাওরকপা রাথল অকিবনা মাঙজিংলকপা পুক্লিংগী

লাংতক্লবনি। চাক ভাইবা, অশাংবা খোঙচৎকীদমক ট্রেন ভাইবা, লিলা হৌবা ভাইবা অমদি মুংশি মপাউ ভাইবা হায়বসিনা মুংভাইবগী ঈথিলনা পুক্লিংবু ভাইভনদবা ফাওহনবনি। হৌজিক অঙৌবু মুংগী থৌওং অনিসিমক্তা ওংলি। মরমদি মঙোন্দা লেতাদবা মতৌ অমা লেয়নরি হায়বা লৈমিন্নবা মীশিংনা উই। মৌ ফংনিংবগীদমক অমুক য়ম্না ভাইভমদনা মুংনাংবা অঙৌগুম্বা মকু মশিং য়াম্না লৈরমগনি থাজদে।

হন্দক মবক মৌ থিবগী রাথন্দা লুপথুবা অঙৌগী মওংসি মহৌশাদগী যাম্না হোংলে, ইমুং মমুংদসু অতুগা মপান মীরক তিনবদসু। যুম-কৈ, ঈখোল-শম্বল তক তক থম্মিংবগী অকনবা মিৎযেং লৈরে। ইমুংগী অরাৎ অপা কয়া হেন্না থঙজিনবগা লোয়ননা তুংগী মীরোলদা ওইবকপা যাবা পূন্সিদা শাংনা শাংনা থম্বে। লৈকাইগী লুহোং-খোংদোং দেব - কর্ম্মশিংদা চিংথদনবা হোৎনৈ। মাগী লোইবা নাইদবা ফাগি - জোগাইগী রাবীশিং ইতা তানথিজ্রে, মীনা লিবক্লবসু কয়া থওইনা তাকদ্রে। শকখঙদবা লৈশাবী মচাশিংবু য়াম্না মুংশিনা মচাদা মচাগুম লোযনবগী মুংভাইজবা মঙোন্দা ফাওবকই।

অঙৌ শুমাঙদা থাবা চৌক্রিদা যম্নি হায়বা বাউবমখে রাথল অমদা মরেপ থুম্না লুপথুবনি। রাওথাংনবা অতিয়াদা পাইরকপা তেনরা শম্ব অমগী তে-তেগা লোযনবকপা শহুম্না মাগী রাথল পবীং চাইথাইরবগুম খোকুনা তপ্না হৌগৎলকই। শুমাঙগী অকোয়বদা ভাইহাক চৎলুরগা মায়কৈ থুংনা নোং-চীংগী ফিভম য়েংলকপদা অরংবা সনা মচুগী লৈচিন থবহনা মুমিৎকী মপা তাকুনা ফংনা লৈথিগনি হায়বগী খুদমসু উৎলকই। মুংশাগী মৈশা রাংলকপগা লিরি শিৎপা মুংশিংনা পুবকপা অইংবনা শোক্লবদা পোংশক খুদিংমক ইতন তম্বরকপগুম উই, অতুবু অঙৌদি হৈনিংদবা লৈত্রি।

মচিন থোবা রাখলনা থিন্দুনা হৌদোকথিবনা মিৎ-না ইশিং শিংলি। মমা - মপানা মাগী মৌগীদমক মুংনাংলি হায়বা থোইনা খল্লুদবা মুংশিনা চয়োল অমরোমসি য়ুমদগী মপাল ইথোক থোক্তুনা য়াম্না তুকথনা লৈবা মতৌ অসিনম্নু অঙৌগী পুক্লিংদা মওল মওল থন্নবা মরম ওইরকপনি। অম্নুম থল্লুই, মচা মুপাগীম্নু অনিংবা পামজবা অমা লৈরম্বস্নু য়াবি, হংবু হংসিরা। হংলুবগনা, মাগী অপাম্বত্থু হায়কসি নম্রবদি লুহোংলোই হায়না তকথংলক্লবদি রাকায় থোক্তরা ; মত্থুম্নু লুরিবনি। হংদবদি য়াদ্রবনি। অম্নুম অম্নুম থল্লুরগা মচাগী ইনথংলকপা চহি মতাং অত্থু উরকই। মমা-মপা ওইবশিংনা পাখং লৈশাবী ফারক্লবা মচাশিংগী ওল্লকপা খোঙথাং, মিংয়েং-নায়েং কুপ্পা য়েংলগা লাইফাও করিগী হায়বা ঙম্লোইদগে ; তাশিন উশিন্নদবা হায়বসি মমা-মপাশিংগী কান্নফম থঙদবা থেঙনা ভম্বা পারানি। চহি থরগী মমাঙদা মুংশিনা কনাগুম্বী অমগী রাখন্দা ইরাক্লরে হায়বা অঙৌ থঙথিদবা নত্তে অত্থুবু মাগীত্থু অচাইবা আশা ওইনা উরুবনা মীশক অত্থুগী মশক মমিং থিখিদবনি। হৌজিক্তি থঙহৌদবগী নিংঙমদবা অমনা হেক হেক অঙৌগী কোক্তা য়ৈররে।

মতম অত্থু মুংশি অঙাংগা পাখংগা য়েৎনরিবা লেংগানি, হায়বদি অঙাংদগী পাখংগী থাক্তা হায়গংলকপা য়াদ্রি, শাবেপ ফাদ্রি। অমুক্তা কাতি থাখিদ্রিবা থিন্দোরকপা কুইদ্রিবা মুরি মুরিবা নাতোন শুমাং অমদি চুবাগী কোই য়েংলগা মাগী চহি লেপ্পা লায়না থোক্লি। রাখলগা লৌশিংগা চয়েংনবা মতমনি। রাখলনা লৌশিংবু নমথত্থুনা ওইনিংবা মায়কৈদা চিংত্থুনা পুবা ঙম্লি। কবি, লুচিংবা, ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়র, লিলাগী মী অমদি সিফাইগী অচোবা ফম্নাইবা চহি মতাং অসিনা ওইবা ঙমদবা লৈতে। তোয়না শান্নবা কোক মমুংগী লিলাদা শক্তম মশিং শুনা লাংবা ঙমই। অসিগুম্বা তাঙ্কক অসিদা পুন্সিগী মরূপকীদমক য়াম্না

পাখংচৈ। মসি মহৌশাগী তৌওম্বনা তাইবং মীবু মাগী অচৌবা ফম্বাকসিদা হিংবগী লিলা তম্বীরকপনি, অদুগা মানা পীবা পূন্সি শিন্থা পাংথোকহল্লিংবগী ময়াই হাপ্পীরিবনি। কয়াদা থোং-নৌথ্রবা খেঙ্গোংনো; তুং তারকপা পূন্সিগী থেঙথাং খুদিংদা ময়োল অদুবু পাম্মুনা শোনগনি। অসিগুম্বা চহি মতাং অসি মুংশিদা থুংলবা মতমদনি অঙৌনা থাঙওমদনা রাথিবা; শাফু কন্না ইল্লকদবা নিংবা কায়বগী চৈথেং নংথিগদ্রা কিথিবনি। চৈথেং অদুনা মচাগী থম্মোই থম্বালবু তাইবং ঈমায়থক্তা ফুগাইনা লৈশাং তম্বা ওমহন্দ্রবদি রাকংলুক্ষম লৈতে কিজথিবনি।

অদুবু মুংশিগী মায়থোংদি মকা লামই, হবাউ-তয়াম্বনা থল্লি। কুং-থাবা মুশুক-মুবা মশম মফম চানা মওং চুন্না লৈহন্নবা তোয়না তোয়না শমজেং শিজিন্নবা হৌরকই। উপুদা নপ্পা অচৌবা মিংশেলগা মায়োক্লনা লেপতুনা লৈ-লৈহুনা মায়গী শরুক য়েংবত নত্তুনা হকচাংগী অতৈ মফম কয়াদা, হায়বদি, ঙক, লেংজুম, থবাক খ্বাংনচিংবদা মিংক্ষম থম্লকই। মিংশেলদা তাবা মমি য়েংলগা য়াম্না লুথনা থনবা উই। নোকক্নেং তৌবা শককমছু কনাগুম্বা অমগী মায়থোংগা চাংদম্নবা ওইরম্বা য়ায়। মথন্তু তুমিন ফম্বা মতমদা মচিন্দা ময়োল থঙদবা রাহৈ হেক হেক থোরকই অমসুং খুদোম্বীনা তেবলদা নত্রগা লৈমায়দা ইহুনা শান্নে। মানা লোন্না ইথিবছু মুপীদা কৌনবা মিং অমনি অদুবু অঙৌনা উশিন্নথিদে, তশেংবদি থঙনিংথিদবনি; মবমদি মচাবু পুক্লিং থৌগৎপা মতম ওইদ্রি, অদুগী মথক্তা মঙলান্দা তাহুনা অরেম্বা ওইথিগদ্রা হায়বগী অকিবনা উশিন্নথিদে হায়বন্থ য়ায়। মীওইবনা মতম অমসুং তাঞ্জাগী মথা পোন্দে কয়ম্না হায়গনি, ঙসিদি অঙৌ মমা ওইরগদবী, য়ুম শেনবী মুমশেম্বী অমা লৈহন্নিংবগী ঈথৌ-লাংবনা মিকুপ অমা ফাওবা লৈতানা ফম্বা ঙমশিন্নকত্রে।

উরুম্না লম কনবা হেল্লকপদগী অঙৌ শুমাঙ মতোনগী মুংশা লাংবা মক্মদা চৌক্রি মকম হোংনবা হৌগংলকপদা লৈশাবী অনি থোঙ্গান্দগী চংলকপা উই। মখোয়না মাবু উবদা ইকাইবনা লেপকক নোম্থখি। মখোয়গী ইকাইবা মতৌদা অঙৌনা মুম্না য়েংবা ঙমদ্রে, ইমুংলোমদা ওনশিন্দুনা কৌরকই, "তাবিব্রা? অঙাংশিং লাকই, অমুক্তা থোক্লককথো।"

থোঙনাউদগী য়েংলম্বী থাদোই মপান থোক্লক্লুনা লৈশাবী অনিত্থুবু শকথঙবা ঙম্নবা লাকশিনবা হোৎনরুবগী ক'ন্নবা ফংদ্রবদা মায়থোং পুম্না শিন থুংনা নোক্লগা তবাম্না কৌশিল্লকই, "চংলকউ ইচাশা, ফেনাংকা লৌথোকউব্লুদা, লাও লাও ইমুংদা"

লৈশাবী অনিত্থু য়াম্নদি ইকাইনা, হৈনিংদবদি নত্তনা, মাঙ্গোল কাথংতুনা ইমুং চংখ্রে। ময়াম্ন থংবা কাদা ফম্নবা যুম্নুনা পুশিল্লকপদা মথোয় অনি সোফাদা ফমথরে। মখোয় অনিগী পাথংলপ তৌবা মতৌ হন্থরকপা ডাইবা ওইনা থাদোই মখোয়গা মায়োক্লনা ফমত্থুনা লৈ।

শুমাঙ মতোন্দা মুংশা য়াইরিবা অঙৌ ইমুংদা থাদোইগা লৈশাবীশিং অত্থুগা ডাংনবা বাত্থু তারবম্থু লৌশিনবদি ঙমদে, মরক মরক্তা নোকপগী থোঞ্জেল তাবত্থুনা মথোয় হন্নাওনা বারী শাম্নরি হায়বদি থঙই।

অঙৌনা লৈশাবী অনিমক শকথঙদে, অত্থুবু থর য়াংবীত্থদি করিগুম্বা মত্মদা উগ্রবগুম্ কোকপু নমথাক তৌবা ঙমদবগী নিংশিংবনা পীরকপা পাউ ডাইত্থুনা শুমাঙদা মথুং কারল চম্না হঙ্গং হন্দা চংত্থুনা লৈ। অকাউবগী কিজং মথং মথং হাইদোকখ্রবা তুংদা মুপীমচা অত্থুগা উনখিবা মকম্ থঙনিং হেক নিংশিংলকপগা অঙৌগী চিন্দগী থোরকই — 'চুম্নে'। নোংমা নিংথম মপুংগী মুমিদাংরাইরম অমদা অঙৌনা লৌম্নায় লম্বীগী ঈথৈ-থোংদা মখোঙ-মখুং হামত্থুনা

লৈরিঙৈদা মাবু উখিবনি। মুমিং অদুগা অঙৌনা 'ইচা ইবেম্মা' হায়না কৌগে হোৎনরুবদা ঙমহৌদবদগী মুংঙাইখিদবদু নিংশিংলক্লে। ঙসিদি হরাওনা কৌরুবগে খন্দুনা অঙৌ ইমুংলোমদা' চংগে হেক তৌকই। অদুবু চৎনলোন অমনা মাবু খামদুনা চৌক্রিদা লেম্না ফমহল্লে। লৌয়ায় লম্বীদা চৎন-চৎনা 'কনাগী মচা-মশুবু ওইবিগবা।' হায়না তোযনা পুক্রিংদা হংখিবদু ঙসিমু হোংখিবা লৈতনা চপ মান্নবা হংলবি। পাউথুম যান্না থুনা ফবগী ওইথোকপা নক্লা লৈবে খঙলবসু ঙাইঙমদবনা অঙৌ শুমাঙ মচিদা শাংপা মচু হল্লবা হাওবৈদা নান্দুনা লেপ্পবদগী মরা' ক'যন' শাংলিবা গুলাপ-লোমদা অমুক ওনশিন্দুনা ময়াম মবক্তগী খ্বাইদগী ফজবা অমা হেক্লগা মনম নম ৎমদুনা অঙৌ চৌক্রিদা অমুক হল্লক্লে। খুং য়েংনা পায়বিবা লৈ অদুবু মুন্না যেংলগা মমিং উইশিনখি; কুইববা মতমদা লাঙজখিবা নিংশিং মমি অমা থম্মোইদা তাবদুনা মাগী শকফম ওল্লকই। নিংশিংবগী ঈরোলমুংদা লুপতুনা চৎখ্রগা চহি কয়া হঙ্গংনা লাপথ্রবা তোবৈদা থুংলুবে। ইনথৎলকপা পাখং ওনথ্রবদা খোঞ্জেল শতম অমক্তনা অঙৌবু য়ৈথায়বা পীবা ঙমখিদে। ইমুংদা করি ঙাংনবি হায়বা তাখিদ্রে, মদু নিংশিংলুবা কাউথ্রবনি।

মু শিবদি মাঙখিবা খক লৈতবনি, শিবসু নাইদবনি। নিংশিংলকপা মিকুপ্তা ইনৌ নৌনা মশক হেংদনা চোংথো-বকপনি। তাইবংগী অয়াক - মশিন, অহক-অখা, অব্রা-অন', কল্লক - য়েংথি পুম্নমক্তা পুন্সিদগী তোথাইনা তাস্তোকখিনবা হোৎনরবসু মাদি য়াম্না খাঙবা কন্না থম্মোইগী কাচিন্দা লোৎতুনা লৈ। তাঙ্গা খোক্তুনা নিংশিংবগা থেংনবা মিকুপ্তা মুংশিংনা তেংবাংলুববা মৈরিক্লম ফুং হেক্তা চাকথৎলতুনা প্রলযগী মশক লৌবসু ঙম্বনি। মনক্রে, কংক্রে খল্লুবদু অনৌবা মমায় চোল্লবা

খোইরাদগী চেম্বরকপা খোইহীগুম থুমগনি ; চহিগী অথাপ্পা মাঙ-হন্দুনা নোক্সা খেনা অঙাংগুম শান্নহনগনি। ফিভম অহুমুক ঙসি অঙৌদা খোক্লহুনা নিংশিংবদগীম্মু রাংমা লান্না মমিংতা মথং মথং উরকই।

—মুমিংতু য়াওশঙ মতু৺ চাকচা-হৈজ৺নবগী ইবাং-লাংনবা মতম্নি। কুইদ্রবা নকশিল্লক্লবা পরিক্ষা অমগীদমক লাইরিক্তা লুপথিবনা অঙৌ মপান খোরক্তবা মতম শাংলে। কাগী মথা থংবা খোঙনাউ ময়াদা ফমহুনা লাইরিক য়েংশিনৈঙদা মমা মপা অনিনা মাঙ্গোন্দা ভাংনবা তায়। মমানা হায়খিবা রা অমদা মপানা হংখিবনি।

"করি হায়রা ? ঐখোয় অঙৌগা মুংশিনৈ হায়বা ? ঙই থংবীসে ? ফজেনহৈ।"

"লুম্না ফজবনি।"

"মাগীসি খোইরপ তৌবা শম অসিনা রাশি হাপ্পনি।"

"নাতোন ময়াগী শমক্র অসিননি। মমিং, নাতোন, চিনবান অন্নাংপা লৈতবনি। ভাংখোরকপা খোঞ্জেননা মরোল অমা মুংশিরিবা।"

"নংদি করম্না অহুক মুন্না থঙলুরিবা ?"

"ঐগদি য়াম্না তোয়না উনৈয়ে, মমাহু ঐগী অঙাং ওইরিঙৈ চান্নবী ইভানি।"

"ঐখোয় অঙাংগা মুংশিনৈ হায়বদি কনানা হায়রিবা ?"

"মুপীমচাশিংনা, লৈকাই পাথংগী রাদি লৈকাই লৈশাবীশিংনা লোইনা থঙবনি। ইবুঙোগী মোন মথাদা মাগী কোটো অমা লৈরম্বম্ন থেংনশ্রবনি।"

অঙৌ মমাগী রা তাবদা ইথং থংই, কুক হৌগৎতুনা ইকাই থাঙবা ওইনা খোঙনাউদগী মমাঙ লৈরক্তা য়েংখোকখিবদা মমানা

মপাদা তাকখিবী লৈশাবী অদু মমান্নবী অমগা তপ্না চংপা উরুই। মানা ফনা কুইনা য়েংবনি অদুবু লৈশাবী অদুনা খোঙনাউ মপা অদোমদা থক ওনশিল্লমদ্রে। অঙৌ মখোয়গী লম্বী লিরু-ইল্লুসিরা থনখিদবা নত্তে অদুবু অহল অনিগী ইকাইবনা খিংদুনা থমখি।

মথা অমুক খল্লুদবা শাদুনা লাইবিক য়েংবা লেপখিদ্রবস্নু পারুবা পাবা থুদিংমক্কী মবোল ইখঙ খঙদবগুম লৌশিনবস্নু ইঙম ঙমদনা নুমিৎ নিনি হৌদোকখি।

নুংশিনবগী অঙৌবা খোঙথাংদি উনিংবা অমদি উহল্লিংবনি। মথংদা কাউনদনা নিংশিংনবনি। অদুমগুবা শরুক্কা য়াইফবা নিংনবনি। মবিশুবা মতাংনা রাখল শিনফম চুশিল্লবনি। অবোইবা তাঙ্করা খম্বল্লবনি। অঙৌ ফনা ফজনা পুংথগ্রে; যং লাউনা খম্বনবা মতাং য়ৌবক্লে। ফজবগী মথক্কা শমক্রনা রাশি হাপ্পীদুবু পাথং অমত্তগী মিংযেং চংহল্লিদ্রে। নুমিং কুইনা মাবু উদনা লৈবা ঙম্রক্তবদা অঙৌ নুমিদাংরাই অমদি লৈশাবী অদুগী য়ুমগী মমাঙ লৈবক্তা চংলুরে। মমাঙ পুখ্রিদা ইশিং শোক্রম্বীদু উবদা অঙৌ শ্বাই হেক পাথংচৈ। সনা মচু ফনেক্কী মথক্তা চোঙা মরুম মচুগী ফুবিংনা নমদুনা হঙ্গামপান গমশা ইনবী কৌগন্দবীদু নোংজাবী মঙালগা মায়োক্লনা অঙৌবু উশিল্লবমদনা মখোঙ খোইরপ খোইরপ থাংহনা মযুম চংগ্রে। মাবু কৌবা ঙমহৌদ্রবা অঙৌ লৈবক্তুদা হঙ্গং-হন্দা অদুম মরিবক চংলম্লগা হায়কম খঙদবা অরাবা অমা পুহনা মযুম পাংলকখি। অঙৌ নুমিৎ কয়ানি তুম্বা চাবা চংখিদে। তুংদা চিঠি অমা ইরে অদুগা নুপাগী খোনা কুদোক্তুনা লাইরিক অমদা য়েপ্পগা উশিল্লদবীগী য়ুমদা চুমত্রিং চংলে। মমাগা মাঙ্গোন্দা ফল্লিবীদুগী মনাক নক্কা চংশিন্দুনা অঙৌনা হায়রুই, "নংনা হায়বা লাইরিক্তু অসিনি, পাবা লোইরগা অমুক হল্লকউ।"

অঙৌদগী লাইরিক রায়গে হায়খিদবীদু ঙক্কা য়েংলগা লৈহৌই।

মুমিং হুম্নিগী তুংদা অঙোদা কুলদগী হল্লকপী মুপীমচা অমনা চিঠি অমা পীরে। লাইরিক্তা য়েপখিবা চিঠি পারগা হল্লকপা পাউখুম্নি, পারুবদা খঙলে। মথং মুমিংকী মুংখিন্দা অঙোখোয়দা কোয়রকনি হায়বগী পাউনি। অঙো মুংদা নিক নিক লাওই। লাইরবা ইমুংগী মল্লবা য়ুমদনি লাকনি হায়রিবা। লৈজব্রবা মমা-মপা অনিনা অঙবা খোরাং খর লাংবীনবা মরুপ অমগী মতেং লৌহুনা পাউ ফাওদোক্লে। মতুদা অহল অনিনা কয়াদা লাংতক্লখিবা, হরাওমনবনা মুংঙাইবা কাউখিবনি।

হায়রকখিবা মুমিংকী পুংক্ষম চপ চানা লুকথরপ চংলকখিবহুগী ফজবা অঙোগী লোলনা থাবদা য়োবা কৈদৌউদসু ঙম্লরোই। খোইখোইবা শয়াংনা কা তেম্ন। মনিং ভমা হাই হুম্নকপদা কানবা অমদি ইকাইবা লোংনবা উরেঙ মচুগী গমশা অমা শেন্নরকই। গমশানা থুংদবা তুংগী শরুকপু রাই রাই তাবা শমদোম্না কম্লবা হোৎনৈ। চিনবান্দগী নোকপা হৌরগা মিংনা শমথহৌবী, য়েংদনা মউবী নিংখিবীহু যুম অচুগী মৌদি ওইখিব্রে। মচুগী মরম নাপলনি। অপঙবদগী হেম্না তোনবা লোনচং অমদি নাপল হায়বসিনি, মসিগী ঙাক্লোদা পাম্মুবা কয়া শেংনবনি। মীগী ওইপ্রবীহুবু নিংশিংলুবা মিকুপ্তা হকচাং পুম্বা য়োংনা শোকপা হঙোইগুম ইপঙ-পণ্ডরকপগী লায়না তোংজহৌরবা অঙো য়াম্না পেম্রবসু মহুবু হুম্নোকখিবদি হৌজিকসু ঙমদনা লৈরি।

মিকুপ অসিদা অঙোগী রাখলগী লম্বেন্দা হজং-হন্দা চয়েংলবা নিংশিংবনা চংতুনা লৈরবদা তোঙান-তোঙান খাইদোক্লবা হোৎনরকই। মশাগী পাথং ওইরিঙৈগী রারী মতাং অমগা মচাগীদমক মখোয়না উনিংলিবা পুম্নি-খোঙচংকী শক্তমগা য়েংশিন্নরকপগী রানি। খোইনদি ঙকখম লৈতে, লুবাক অমা হাংদোক্লবদা চিনি চম্পা অমমুং কেতুকীগী মনম পুম্না কাওরকপনি।

অম্রমমতা ওইনা নাত্তোন ময়াদা থম্লবদি মাগী মাগী তোঙানবা মনম শোইদনা ভাক্লকনি। মুংশিবা হায়বসি অপুনবগী লম্বীনি। মসিদা অতেনবা, অশাংবা, অরাবা, মুংঙাইবা অমদি পম্বুং লৈভবা খোঙচং কয়া চংনবি। অঙোনা চহি কুন্থ্রাগী মমাঙদা চংলুবা পম্বুং য়ৌখিম্রবা মুংশি খোঙচংতগী অসুম অসুম হল্লকপনা চৌকিদা পোংথাহ্নুনা কম্লরে হায়ব' মশানা য়াজবকপগা ফুবিংথাউদা হ'পথিবা গুলাপ লৌথোক্লুনা স্বর শাংনা শাংনা চিংশিন্দুনা মনম নম্লকই।

ইমুংদা থাদোইগা লৈশাবী অনিগা ফম্লি হাযবা নিংশিংলকপগা অঙৌ মনা থাঙ্গংলকই। হন্দক্লি মখোয়গী য়াবীহু ফনা ময়েক শেংনা তারে, শকথঙনদবগী ইকাই হঙোয়বনা ফাজিল্লুবা খোঙ্গেল কোমথোরকপা ওইগনি। য়ারী চংথরি।

থাদোই — ঐখোয়গীসিদি মী ওন্থোক্লা তাংজথ্রবা, ইচাশিং ফম্বদা ইমুংসি পিক হেক থল্লি, কয়াদা মুংঙাইথ্রবা। ইমানা ইচা অনিবু অথুম অহাও করিমতুস্থু পীজবা ঙমদ্রে।

অহানবা লৈশাবী — ইমা, অসুক য়াম্না চারবসিদি, অসিদগী হেনবা কবিবু চারুনি।

অনিশুবা লৈশাবী — ইমানা ঐখোয়গীদমক য়াম্না য়ানা চা-মুং হোংনবীরে। মপানগী পাবুংগীদি?

থাদোই — য়ারে য়ারে, নখোয়গীনি। পাবুং চা থকখিদ্রে। নত্তে, ইবেম্মখোয়না চা থক্লিহৈঙদা ঐবু নখোয় তামোহু খিরুখিসিরনে, লাপ্পদি চংথোক্লম্লোই।

অনিশুবা লৈশাবী — য়ারনি ইমা, ঐখোয়গা কোম্না উনজরগে।

অহানবা লৈশাবী — ঐখোয়না মওং হায়রগা য়েক্কদবা লাই ওইবনা ইমাদা শিন্নরগম্মু য়ারোইদৌরি। কোম্না অমুক লাকপনা করগত্রা থৈজে।

থাদোই — ফরে ফরে, ভাইখো। ঐসিনা কাউগনবসিননে, ইবেম্মগী মিংত্রবু মানবী হায়বনিকো ?

অহানবা লৈশাবী — হোয় ইমা, অরায়বা মিংনিদা।

থাদোই — অত্নগা ইবেম্মগীনা বাশি? অহল-লমনশিংগীবুদি কাওরবোই। নখোয় অনি য়ুমদি নক্কত্রা ?

অনিশুবা লৈশাবী — নক্কদে ইমা, ক্লাসকী মরুপ্নি। য়াম্না চান্নজবী।

থাদোই — করি করিদদি ওন্নরি, ইবেম্মখোয়দি ?

অনিশুবা লৈশাবী — বিঃ এ' অরোইবা চহিনি, মীশু ভৌনৈ হাযত্নুনা অত্নক তমশাবা হায়বত্নুনি। কবিবু চল্লদোইনো মত্তমসিদা।

মপান্দা ফমত্নুনা মুপী অহুমগী রারীনবা গুম্না তারিবা অঙোগী কোক্না রাশি কৌবা মিং অমা করিগুম্না তাখিবা নত্রগা থেংনখিবা লৈখিবত্নু নিংশিংবা হোংনরুবদা মায় পাক্নুনা ফুক হৌগৎলকই মিং অত্নু মচা মুপা মুংশিনা মতম অমদা লৈমায়দা নত্রগা টেবলদা তোয়না ইখিবত্নুনি। খণ্ডশিন্নখিদবগী নিংভমদবা কোকথোক্নবা মতম লাক্লে থন্দুনা অঙো হবাওনা ইমুং চংলকই। অঙোনা মায়েংক্নবা সোফাদা ফয়বগা মুপী মচা অনিত্নুনা য়াম্না ইকাইখুম্নবা অমদি হঙ্গোয়জবা উংত্নুনা মকি মরোল ভাশিল-খোমজিল্লি। মখোয়গী হঙ্গোয়বা মাওখিনবা অঙোনা লাউনা হায়রকই, "ইচাশা নখোয়দি করিস্নু চাত্রমাল্লেনে ?"

"ইমানায়াম্না পীজরে, পাবুং।" ইকাই ইকাই অনিমক্না খুম্নকখি।

অঙোনা মখোয়গী মাওগী রারীদা য়াওশিল্লকই, "বিঃ এঃ তম্নরে ? য়ারবনি হৈত্নম হৈমল্লে। ঐখোয়না অঙাং ওইরিভৈদদি বিঃ এঃ কা হায়বসি লমদম অসিদা থুং-থেক্নুনা পাবদা থোক্নম্লিরনি। বিঃ এঃ না ভারতকী রাষ্ট্রপতি ওইবা য়ারবনি। ফরে ফরে, নখোয় অনিগী মিংবু ?"

লুকথহুনা লৈরিবী অনিগুবী লৈশাবীদা হায়ফেং য়েংলম্নগা অহানবা লৈশাবীনা খুমথিবনি, “পাবুং, ঐগীনা মানবী অহুগা মাগ্নীনা রাশি কৌই। তামো মুংশিবু কল্লাংদা থেংনবা অচৌবা লাই অমত্তং য়েকহল্লগে হায়হুনা লাকচবনি। তামো হজিল্লকপা ঙাইবা ওইনা অস্থুম ইমাগা রারী শাম্নজরম্লিবা। অতৈদি থোইদোপা লৈজবা নত্তে।”

“এ, ফৈ ফৈ।” নোংমা কৌবা নংহৌদবগী মুংঙাইতবা কোকথোক্লগে খন্দুনা অঙৌ হৌজিক ফাওবা লুকথরিবী লৈশাবীতুদ। ওনশিল্লকই, “ইচা ইবেম্মা, য়েংউনে ইচা ইবেম্মা, নথোয়গুম্বসি উরগনি ঐথোয়না হরাওনা হিংনিংলিবসি অহুগা অমুকস্থ নথোয়গীদমক্তি রারিবা।”

মরী কয়া লৈনদবা অর্থম্ভ লৌশিনফম থঙদবা অঙৌগী রাফমদা মুপী অহুম্না মঙোন্দা ঙক্লা য়ে হুনা লৈরে।

মুপীশিংহু চঙক্লবি থঙনা অঙৌ মথা শমথৈ, “ইচাশা, নহা ওইবশিংনা অহানবদা তমগদবসি থাঙবা কনবা, অনিগুবদা হোৎনবা কনবা, মথংদা অতোপ্পগী থনবা। কর্ণগী রাহৈশিংহু কাউগম্ভ — ‘মশক্ত থিনা নত্রগা ফজনা লাইরনা নত্রগা ইনাক খুম্না, অনেম্বা নত্রগা অরাংবা শাগৈদা পোক্লকপদি নোংদম্বগী খুজিন-থৌরাংনি হায়বা য়ায়; অহুবু মথা তারকপা পূন্সিগী পান্দমদি মশা মশাগী পাম্বোমগী মথা পোনবনি’ হায়বদি, পূন্সি হায়বসি মশানা শেমজবা শকফম্নি। মসি মীহৌরোন্দগী চুমহুনা লাক্লবনি। মসিবু কাউথোনবগুম রাথল মচা ওইবা মীৎইবনা মপান্দগী শল্লোন্দা য়ে হুনা চৎনৈ। অপঙবব নোক্লনিংবা, অশোন অনাবু য়েংনিংদবা, অতোনবশিংবু উশিংত্তবগী লোনচং অমা থাদোকপা ঙম্নদবগুম উই।”

অনিগুবা লৈশাবী মখুৎ অনি অমুক্লুং চেৎনা পাম্নশিল্লগা স্বর শাংনা হোন্দুনা রাহৈ থর মরক থেংনবা হোৎনহুনা শং

“লৈশাবী অনিবু খোঙ্গাল য়ৌনা থিন্দোকলুরগা হৌজিক্কপী থাদোইনা মমিং মনা লংখংতুনা লপউশিল্লে, “কৈনো মহোৈয় পবুংনা মখোঙ-মহাক্না ইথঙ হেক থঙদনা পঙঙাংদা ঙাংকীরিবুবো ?” থাইনা ওক্তা ওইরিবৈগী লেকচরদু অমুক হন্না ঙাইহৈবীরিব্রা কৈনো মতা অমনি।”

অঙৌ ফম্লিবা চৌকিগী মমাঙগী মখোঙ অনি থাঙ্গৎতুনা তুগে তৌনা লোংথোক্লগা কম্না নোক্লকই। ইঙক ঙক্না য়েংলিবী থাদোহি য়ানিংদবা য়াঙরে, “কদিনো ঙাওবু ঙাওরব্রা? মঙ মঙলিব্রা ?”

অঙৌ শকফম হেংদে ফুরিংথাউদগী গুলাপ লৌথোক্লুনা মনম অমুত্তং নেল্লগা হায়রকই, “ঙাইথোদা, মরম লৈতনা রা ঙাংবা হৌনদবনি।”

“হো কদি মরম্মো? ঐ ভাব তাবা উমদ্রে।”

“মখোয়গী খোঙথাঙ্গা মরোল অমা লৌল্লিবনি, মংদি থঙলোই।”

“এঃ ঐদি শুকথনবু থাল্লুদে।”

“খল্লুনিঙাইস্নু লৈখিদবা অহুগা মখোয়না লোংতুনা পুরকপা লংজিন চিংথোকপন্নু নংনা ঙম্লখিদবা।”

“অহুগী মখোয়গী পাবুংনা করম্না ?”

“ঙাইথানে।”

“হৌয়েম হৌয়নে, অহুগীবুদি খাইগীদি তৌরৈ তরৈং চায়নৈ, থায় পাবুংগীদি পাখং ওইরিবদা ভোরে তরামাথোইবু ঙাবিব্রা কনো; মরম থগ্গ উরমগনি হায়বতু ঐস্নু থাজে।”

“থর রাংবীহুঁ, য়াশি হায়বীহু, য়েংহৌদ্রে?”

“অহু কৈদৌরবা ? য়েংকী পেনববু নাহ্লিদে।

“ঐনা হায়রিবসিদা অহুম থঙজিল্লু, নিংহম্নহনাথিবস্নু চুমদে

অহুগা পুক্লিং থৌগৎপস্থু ঙনমল্লি। ঐথোয় অনিনা লাংতক্নুনা খোঙাংলিবসি মানা কোকহল্লবস্থু য়ারি।"

"হে ঈশ্বর ইবুঙো! মহোয় পাবুং শোইরবোইকো? উম, ঐ হৌজিক্তা লিংশিংলক্লি, মাগী মিৎয়েং-নায়েংদো।"

"অহল-লমন লৈকাই হংহৌব্রো?"

"ঐস্থনে লৈকাইহু থঙহৌদ্রবনিসে। অহল-লমনবুদি শুনা লৈরি হায়। মপাগী মিংনা কমল, মমাগী মিংনা থম্বাল।"

"করিনো হায়রিহুবো, পোৎশক অমত্তনি হায়রানি; অমনা হিন্দী অতুগা অমনা মৈতৈলোল।"

"অদুবুদি মতৈ-মনাও মিং মান্নবা ময়াম অমা লৈরিবসিদি—য়াইমা পাবোৎ, তোম্বী পাবোৎ, মনি পাবোৎ, চাউবা পাবোৎ, ভারীনিদা।"

অচিকপ শুমাঙদা অনিহু ঙসিদি অহৈংবা চিনবান্দা স্থংগী অশাবা কাওনা কম্না নোকই। অঙৌনা ভাইহাক্তং থল্লুরগা হংই, "তাঙ্গা অমা থুংনা লাম্বা ফংবদা লৈরে থল্লো, মহুদা নংগী পুক্লিংদা করি ফাওই?"

"থম্মোইন্নুংদা পৈহুনা লৈবা য়াহৈ ময়াম ফোংদোক্নবা হেংনরিবা ইচাগী মিংনি। য়াথল-লৌশিং অয়েকপা লাইনা উংথোকপা নত্তনা করি উপায় লৈরি। মাগী লোম থঙবীদবগী অৱাবনা স্থপা ওইবগী থৌনা মাঙহল্লবা অমদি অইবংপাজা মাগী শরুক থুংন্ত্রে থন্দুনা মস্থরক্নবা পুক্লিংবু থৌজাল হৈবী মহাক্না স্থংশি ঈরিক থিকপীদুনা অমুক্তং তেকথৎহনবগী মহৈহু শোইদনা চাউফম থোকই। কংথোকপগী পুকচেন্দা ইমুং অসিগী আশাগী মৈরা চুথংপীরবা মহাক্নদা লাইরেম্বীমক্লি থন্দুনা ঐথোয়গী লৈজবা পুস্বা রুংফম থোকই।"

"নং লমজেন্দি ফনা য়াম্না য়াঙলে অহুবু ঐঙোন্দগী থোইবদি ঙমদ্রি।" অঙো চৌকিদগী হৌগংতুনা হঙ্গং হন্দা চংলগা চীং-লেম্বা মতৌদা হায়, "হে ওইজবা থিবা মীওইবা! অঙাং অহু ঐথোয়গী ওইনিংবনা কয়াদা থোইরাংলবা।"

নোকমি মোকমি তৌদুনা মুংশিনা থোংঙ্গানলোমদগী চংলকপা মমা-মপা অনিনা উই।

# ৪

## ঐদি নুংশিবা হৌখ্রে

"নং তশেংনা মুপা অতুগীদমক নপূন্সিসিমা কংথোকপা ওয়ল্লগনি ?"

"মুপা অতুগীতা হায়গনু, ইমুং অমগীদমক হায়বু।"

"মুন্না থল্লু, পূন্সিসি তেন্দবনি, ফনা যাম্না শাংবনিকো। নিংঙমদবগী মৈশা লাংলগনা থরস্থু হেন্না শাংগনি।"

"মৈশা ? পেন্থোকপগী ঈরোলন্নুংদা লুপখ্রবদা কবম্বা মৈশানা রায়রক্কনি ?"

"করম্না পেন্থোক্কদৌরিব্বা ? কবি উপায়নৌ নংনা লেনগদৌবিবা ? লম্বীথু ঐদি উবা লাম্বা শুকফং ফংদে। রারী-রাতাই শানবস্থু যাদা, অফ ফত্ত তাম্নফমস্থু থোক্তা, অরা-মুংঙাই শকক যামিন্নফমস্থু থঙদা, কবম্ননৌ নংনা পানগদৌরিবসি ?"

"রাবী শানবা হায়বসি পাউ ফাওনবা নত্রগা পুক্লিংদা নিংবথু থঙনবা হাযবা নত্রনে ? মাগী থুং-শা অমদি মিংকী লোন্দু ঐনা থঙলবদি করি কায়রি ? অতুগী মথক্তা ঐগী ওইবা লোলস্থু মঙোন্দা তম্বীগনি।"

"করম্না ? বা বা বা হায়না ? ফজরনিহে ইবেম্মা মীয়াম তিনবা মরক্তা, লম্বীদা নোংফাদোক থেংনরগস্থু ঙক ইম্নবদগী হেন্দবা থঙনবিবনি হায়থুনা। মরুপ-মপাং পুন্না চাকচা-হৈজানবা

মফমদা ময়াম্মা রাবী শাম্নরগা মানা মরিং-মরাং ফরক্তা খুং-শা হাই-হুমহুনা বা বা বা, লোয়রে লোয়রে ইবেম্মা, ঐ শেংনমক মাযোক্লবকা ঙমজবোইকো।"

"মবোল খঙদবা চাইনিজ, ফ্রেঞ্চ জপানিজনচিংবা ফিল্ম ময়াম অমা য়েংলিহুদি? মানা শেম্বা তোঙানবা লোলগী ফিল্ম অমা য়েংবহুস্ন্র মুংঙাইত্রনে?"

"খঙদ্রেদা নংগীসিবু করি য়েংহুনা পামলুরিবনো।"

"য়েংফম ইরৈমক লৈত্রবা, চন্নফম খক খঙদ্রবা জাংলো?"

"হোযনে হোযনে, পলহন্নিংলিবহু হায়রগেনে; মশক ফজ্জে, চু-ফিবাল চায়, অহল লমন ফৈ। অহুনদি কৈদৌননি? মখোয়বু মী অমা ওইনা মীশিং চনবা য়াবত্রনে? হরাওনা নোক খেহুনা চংলম্বা মীস্ন মখোয়গুম্বসিগী মতৌ হেক উবদা অরাবা শক্লোন্দা হজিন্নবিবনি। মখোযবু মুংশিবীবহু তোল্লবা জীবনি খনবনিনে, খঙদ্রে?"

"মখোয়বু উবগা পুক্লিংগী মকা লাম্বা ফাথরিবা অহুমক ফববনি। অহুগা অমনা তোল্ল খঙ্করবশিংগী মকপ ওইবশিংগা ঈশ্বরগা নক্লবনি হায়বদি তাদ্রিব্রা?"

"অহুনা অমুক কদাইদগী কবম্বা ধর্ম্মগী বানো? ধর্ম্মগা য়াম্না নক্লবা পাম্লগনা য়ুমকা অমত্তা হেক প'ল্লুদনা লম্বোইবী ওইরোদনা।"

"পুক্লিংসি লম্বোইগ্রবনি, য়াম্না কুইখ্রবা। অহুবু মাগীদমক্লি ঐনা যুম পানগদৌরিবসি। ঐনা লৌবিবদি, ইমুং অহুগীদমক খল্লগা যুম পানগদৌবিবসি পুক্লিংগী লম্বোইবা মথল অমনি।"

"লন-থুম, অপাম-মুংশি, কল্লক য়েংথি অমদি সংসাবগী থাগৎ রাহৈ পুম্নমক পামজব্রবা, থাদোক্লবা মীবু লম্বোইবা হায়বনি। লোনচৎ অহুগা নংগী পুক্লিংগদি লাপ্নব্রনে?"

"হায়বদি ঐসি লন-থুম অমদি থাগৎ রাহৈগী লাংদা থুবনি, শাশিন্নবা মুংশিবগী মিংদা মুপা অহুগী য়ুমদা চৎলিবনি হায়না মীনা খন্নগনি, নংনস্থ অহুম লৌই অসিরা?"

"মশানা তারকদবা লৈরবা।"

"অহুদি কৎথোকপা অমদি মুংশিবা হায়বসিগী অকবা ফমফম তাইবংগী চৎনবীদা শুকলৈমক লৈত্রে? ওইজবা থিবা কৌবা শেল ময়েক্কী মমায় অমনি, মাবু থাগৎফম থোকত্রে?"

"কৎথোকপদা করিবু কান্নরিবনো? লন-থুম কৎথোকপ্রগা লাইর-তাহৌগনি, থরাই কৎলগা সংসারদা হিংহুনা লৈবা ফংদে, পাঙ্গল কৎলগা হকচাং কেমহুনা তোকই।"

"ও, কৎথোকপগী মাওজবসি অহুক য়াম্না চাউবোইরে, খওজিনবদা কান্নগনি। কৎথোকপদা মী অমগী মাওজবা অহুনস্থ লোইরমথিরোই, শোইদ্রে। অহুবু মহুনা অতোপ্পা থরদা কান্নহল্লুবদা মাওথিবা অহুগী শরুক চামা মেনথৎহুনা মীওইববু পেলহল্লি, অহুগা অতোপ্পশিংবু পেলহনবা মীবু তাইবংনা শোন্নৈ, থাগৎনৈ, তুংগী মীরোল কয়ানা কাউদে হায়নবা তাথি। অহু নত্রনে মীওইবনা তান্নরিবসিবু? ঐগী পুক্লিংবু লম্বোইবগী লম্বীদগী লাপ্পা থৈদোক্লুনা মীয়াম্না থয়্নে, ঐ থাওলে, মথংদি পৎথোকচরুবা হুমাংমনগী মহৈ তপ্পা ফংজনবা হোৎনজবদা থিংবীফম থোকত্রে।"

"শিগ্রবা তুংগী রারা? অহুগীদমক ওইরবদি অশিবনা করিস্থ খওদবনি। মাগী মরমদা থাগৎনবা, শোন্নবা, চৈনবা মনানস্থ তাররোই। মথং মপোক্কীদমক ভাংনরিবসি অভাওবগী চোইরোলনি।"

"ফরে, হন্দক মপোক্লা হেন্না লুই হায়বসি ঐ য়ারগে; কৎথোক্লগা ইমুং অম্না শেমগৎপগী লুংভাইবহু হন্দক মপোকসিদা ফংগদৌরিবনি।"

"ইমুং শেমগৎপগী থবকু অতোপ্পনা তৌথিসল্লু, শিন্নথোকথো। নংদি থোঙ থাংজিল্লুম্নু, ফনা লৌনরোই।"

"অতোপ্পা হায়রিবা মীশকু নচিন-ননাও, মরি-মতা নত্রগা ঐগুম্বী নংগী চান্নবী মরূপ ওহ্রম্বা থোক্লবদি, মতুম্সু নংনা শোইদনা য়ৈথায়গনি ?"

"থাম্বদা য়াত্রগনা ফুগনি।"

"মীন্নুংসি চেন্দবা লোনচৎতুনা মফম খুদিংদা অতুপা মতম পুন্নমক্তা নমথবদি ঙম্নগত্রা ?"

"অঙাংনা মৈ লাম্বা থিংবনু নমথবা কৌত্রা? মীন্নুংশি, থোজাল অমদি মুংশিবা লৈতেং রাহৈনি। মীয়াম্না ইকাই খুম্নবীত্রবা মীশক অমদদি রাহৈশিংতু হু তংরেৎকুম মোগনি, য়াই তরেং তিনবগুম থাগনি।"

"ঐগী থোঙথাং অতুগীদমক ইকাই-খুম্নদবা হায়বা রাফম অমা থোবকপদা ঐনা মতুবু লাংবন থোইহীগুম থুম্না থকনি।"

"চেকশিল্লু, মীনা শিবসি চিন্দনি।"

"শাগী থোঙ্গুন থিত্তুনা থাক্লবা লাংম্নু থঙই। ঐগী লম্বী অমত্তনি, অনি লোংলোই।"

"মীনা নংবু অঙাওবীনি হায়নগনি।"

"ফরবনি, অঙাওবীশিংগী তোঙানবা সংসার অমা লৈরম্নবদি মতুনতুম মুংঙাইরমগদবনি।"

"করিগী ? নংগী চোইরোল হেল্লক্লি।"

"মতুদা ঐবু ময়াম্না ইন্থোকপীরেদনা।"

"সংসার অসিনা নঙোন্দা করি অকায়বা পীরে ?

"মসিদা শোইনাইরবশিংবু মীথাবীদবগী চৎনবী লৈ, মতু উবদা ঐ থাঙঙমদে, তুকচ্চে।"

"নংগী অঙাওবগী রাথলবুম্নু তুকচ্চে হায়তুনা অহল-লমনশিংনা রারক্লবদি করম্না থাঙগনি।"

"মথেম্নয়না হকচাংগী ওইবা মরী লাপথোক্লুহনবা ওম্নবস্নু থরাইগী মরীদি থদংপা ওম্লোই, মাঙহনবস্নু ওইথোক্কে।"

"নঙগীসিবু মুংশিবকা হাম্লনবা অম্লুরা, থৌজালা নত্রগা কৎথোকপরা? ময়েক শেংহল্লু।"

"মুংশিবদা তোংহনা কৎথোকপনি। থৌজালদি মানা ঐঙোন্দা পীনবীগদবনি।"

"মুংশিবা ময়েং তারকপা নাইবনি। মকম অমত্তদা তুংগন্দবনি। থম্নাদা তুংবা ঈশিং, ইরোই মচিদা পকপা থোইদিং কয়া কুহনা উবা ফংই? মুংশিবদি করিগুম্বদস্নু মান্তকী নত্রগা অরাং-সেকমাইগী গ্লাস অমনা কোকথোক্লুহনবস্নু ওমই হায়রনৈ। মুম্না থল্লু, হাহৈগী চম্লফম লৈতবা মীদা কয়াম কুইনা মুংশিরুদোইনো?"

"মুংশিবগী লোন্দি চিনবাম্ফোংদগী থোক্কে, থম্মোইদগী থোঙ্গেন য়াওদনা ঙাংনবনি হায়বদি নংনা থঙজিমাল্লি।"

"অমুবা লৈচিল থুদিংমক নোং পুরক্তবনা মংগী থম্মোইদগী ফুইনা মংলকপা অমম্বা নোংগী লৈচিল অকনবা মুংশিংনা হুমদোক-থিহুনা মরিক অমত্তস্নু থিক্লমদনা অহাঙবা অতিয়া লৈহোবদা মীনা করিস্নু ঙক্লবোই। অয়ুক্কী নোংহৌদি অহুম্লস্নু তোগনবনি।"

"চুরুনবা মফম কোইথি-থিবী লৈচিলগী য়ারাহু তোকলো। ঐগীদি লেংদনা হৈথফম ফংহুনা হৌজিক ফাওবদি লাইবক ফবী ওইরবনি। নংগী অকনবা নোংলৈ-মুংশিংকী শাফুদা ঐবু মফম লেংহন্দুনা কণ্ডা ওননবা হোৎনবদি চুম্লোই। মানবী, চাম্লবী মরুপ, নংনা ঐগী পুক্নিংগী য়া থঙদবা লৈত্রে লৌরি।"

রাশিগী হোংলকপা মিৎয়েং অমদি হোল্লকপা স্বরদা চৈনা য়াম্না থাঙলে হায়বা মানবীনা উই। চাংয়েং চংথরুবী মানবী

ঙাইহাক ভুমিন ঋৈরম্বদগী মখোল থোক্লা কপথোরক্লে। তাঙ্গা অহু ঙাইহুনা লৈরম্বগুম রাশিস্ত মানবীবু কোল্লুনা কপ্লকই। অনিমক্লা মোল্দা উপশিন্নুনা থাম্বা ঙমদনা কপ্লকপদা নিঙ্ঙোল কাহু য়াম্না চীং-লেমগ্রে। হাংদোক্লুনা লৈবা থোঙনা উদগী চংলকপা সুংশিংনা য়ৈববদা হায় হুম্লিবী ফক্লাংদা য়ানবা হিন্দী ফিল্মগী শকহেনবীশিংনা মখোয়বু থেম্লকপগুম তৌই। ফক্লাং ঘড়ীস্থু দেং দেং দেং অহুম্লক য়ৈহুনা কপ্তনবা হায়রকখি। মতম অহুদা মানবী চুম্না ফমহুন। ইচাই চাইরবা শম্বু নিংখিনা খোমজিন্নগা তপ্না হায়, "রাশি, নং ঐবু য়াবোগনু। ঐনা অকনবা হাইহেশিং করিগীদমক শিজিন্নে হায়বা নং থঙই। নংগী য়াইফবা ঐগীনি। নংনা অহু য়ৌনা লেপ্লমগনি হায়বা ঐ থল্লুদবনি।"

যণ লাবগী মমিংকুম ঙাংলৈনবা মচু লৌগ্রবা মানবীগী মমিংনা (রাশিদা য়েংবা ঙমদে, রাহৈ থর হাযনবা শেম শাবা ওইনা কোনশিল্লম্বা মখোঙ অনি তিংথোক্লুনা শমদোন মাঙদা পুশিল্লগা মথুংনা নান্দুনা লৈ।

"ঐ শাওদে, ঐগী রারেপসি হেল্লা থঙলুরগা নং সুংঙাইরোই হায়বা ঐ থঙই। অহুবু মানবী. হৌজিক্তি ঐবু পুক্লিং থোগৎলো, থোনা হাপপু।" রাশিনা মথুং য়েংনা মানবীগী লেংজুমদা থম্লগা য়েল্লকপনি, "লম্বী অমিদা নং নম্তনা ঐগী ইত্তেং পাংবীনবা লৈতে।"

অমুবা চীংদোন্দগী ফাওগৎলকপা থাজগী মতৌগুম্না, ইচাই চাইরবা শম্না য়োমখ্রবা রাশিগী মাম্নথোংবু মানবীনা মুম্না য়েংই, পাম্মুখিবনা খোইশাওনৈ। থম্মোইদদি মথা রারক্লিংবনা পেন্দবা থম্না পৈরিবনি। অহুবু খুদক অতুগীদমক্তদি শাওনিংবা কম্না ফাথন্নগা তপ্লপা হায়রকই, "পুরান-ইতিহাসকী সুংশি রাক্সীবুদি কোইথি থিরুরি, অম্লক নক্সা রারী অমা লৈরে হায়রদি থৌশাদনা হেক লৈরম্মীকো ঐসে।"

মানবী মরিল শেংদ্রি হায়বা রাশি থগুই অহুবু চেকশিনবা রা পুম্নমক মঙোন্দা শিন্নবা নত্তুনা মাগী কনাস্মু লৈতবনা অশাওবা নেমথরকপা ঙাইবা ভাবনি। তুমিন তুমিন ফম্নম্বদগী ইংথরক্লবী মানবীনা হৌদোক্লকই, "মীগী মুংশি রারীতমু লিনরি; নংনা মাবু মুংশিকবগী রারীতু লিয়ু হায়বনি।"

"তানিংগদ্রনে?" মানবীনা তকথংলক্লি থগুনা চিনবান ময়াদা তুংলবা পিগী মতুম থব ভৈথোক্লগা রাশিনা ওনশিল্লকথি. "কয়াদা তোনথ্রবা ঐগী মুংশিবা! চহি অস্থক কুইবসি কনাগী মফমদসু তমজবা ঙমখিদবা, কনানসু তানিংলোই কিবনা।"

"অহুবু ঙসিদি ঐ য়াম্না তানিংলে হায়বেদনা।" মানবী অতিংবা পুকচেল উংতুনা পুক্লিং থৌগংলকই, 'তাদ্রিমথৈ য়ুমদা হাল্লাইদৌরিনি।"

মুংশিংকী অযেংপা থাম্নবা থোঙনাউ থিংলুবগা রাশি হাম্নগী ফম্নফমদা কাথংতুনা ফমলে। বাশিনা তুমিন লৈখিবহু রারী হৌফম নিংশিংবনি হায়বা মানবী থগুই. মাসু তানিংবনা তশেংনা হাইঙমদ্রবনি। চিনবান্দগী হৌবকপা মোমোন মীনোক অমনা মায়থোং পুম্বা শিন থুংলবা তুংদা রাশি তপ্পা তপ্পা মচিন কাথোরকই।

—য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈ মতমগী রানি। অয়ুক কাবা প্রাইমারী স্কুলদা তম্লিঙৈগী রারীনি। মতম অহু কয়াদা মুংশিথ্রবা, করম্না কাউগনি! ফিজ্ঞি ফিনা চিংনবগী, শম কোইনবগী, মুং মচানা থানবগী, অশাওবী মিং পন্দুনা লক্লবগী, খুজ্ঞিন-য়ানা শিক্ল-চিক্লবগী কপ্ল-লাউনবা লোক্লবগা নোক থেহনা চেনমিন-চোংমিম্নহুনা শাম্ন-মিম্নবা পুম্নমক্তু লপ্পা হন্দোক্লমহুনা অকাওবগী লৈরোল চনথ্রবসু ঙসি ঐনা হন্দোক্লবা হোংনরি। মসি ঐঙোন্দদি লুনা থোক্কে. মরমদি মম্না থৌরবা নিংশিংবগী খুংলাই অমা মতম চুপ্পগী ওইনা ঐঙোন্দা শিম্নহুনা থম্লম্লে।

ঐখোওগীহ্ মুপা মুপী পুন্না তম্বা স্কুলনি। স্কুল অহুদা ছাত্রশিংগী মান্নবা ফিজোল চৎনব্রি। মানা মানা শেৎনিং-ইন্নিংবা মনিংনি; মুপী মচাশিংনা স্কর্ত অমদি ফনেক অহুগা মুপা মচাশিংনা খোংগ্রাউ অতেনবা নত্রগা অশাংবা, মচু মচুগী। মমাগী ফনেক ফিবান নেৎনা খ্বাংদা পৈথৎলগা স্কুল কারকপী মুপী মচা খর উবগুম ময়াম্বগী খোংগ্রাউ থেকৎতুনা শেংলকপা মুপা মচা কয়াম্ব য়াওরকই। শেংলি ইন্নিবা ফি-রোল অয়াম্বা চয়োল অনিগী মমুংদা অমুক্তা শুনবনি। হায়না হায়না মুপীমচাশিংনদি খরা লুনা উই। মুমিং কয়ানি ঈশিংগা শোরুব্রবা মকোক্কী শম শমজেৎ হাৎতবনা ইফা ফাববা মুপা মচাশিংগী অথন্নবা মনম থওনরে। খোঙউপ ফেনাং তোংদবা মখোঙদগী হৌবগা মশা অপুম্বা মুরানা শ্রৌ-শ্রৌ লাউনবা জাংনি। ফিজেং অমদি মশা খরা নানবা কা.বুবু হিবো হিবোইন হায়না লক্লরিবনি। মাগী মাগী মশক অমদি তৌথোবকপা থবক কযা য়েংলগা মিংথোল কয়া পীনৈ।

কংসি তোম্বা : চৌকিদারগী মহুৎ শিন্দুনা চেম্থোক্তুনা ছুটি থাবগী ক.সি য়ৈকুবদা মাগী হবাওবা লোইরে। মনি পেবেং: পবা ফাদবগী ওজানা ফাল মথক্তা লেপহনবদা মথি চিৎথোরক-পদগী ফংখিবা মিংথোলনি। চুবা লাই : কাংগ্র. পেন্সিল হুরানবদা মহানি। বীমোলা চাইশ্রা : মথুমদগী পুরকপা ওমোক মথস্তা লোম্না লোম্না চাবা হৈগ্রবা য়াম্মীদা, অঙাং খুদিংমক্কী মিং অমমম লোয়না থোম্নৈ হায়বা য়ায়।

ওজাশিংগীস্থ মিংথোল য়াম্না লৈথিবনি। অমদি ওজা য়ায়রোঙ। অশুম তৌবনিদা, কামগায়া পুংকক চাওরবী মুপীমচা অমবু ফাল মথক্তা লেপহন্দুনা পাবা খিহনবদা ফাদে হায়রহুনা ওজা অহুনা য়াম্না শাওনা কৌবুলিয়া মশা অমনা মফৈদা য়ৈরুবনি। মুপীমচা অহু য়াম্বহুনা হায়থগ্রে। থরাই য়ারবা ওজানা চেনশিন্দুনা চিংথৎপা

হোৎনবদা মখোঙ অনিমক ঈনা পুমতৈ তৈবা থেংনখি। অঙাংশিংনা লাউরকপা তাবদা ওজাশিংতা নত্তনা অনকপদা চৎলম্বা মী থরম্থু চেনশিল্লরে। অঙাংশিংগী পাউদমদগী মখুৎ থুবা পাখং অমা-অনিনা ওজাহুদা কিন্না থিল্লকপা খামদোকপা হোৎনরিঙৈদা হুপীমচা অহু মমিৎ পাংথোরক্কুনা মাগী ফনেক চিংথৎলপা নিংজোন মখা ফৈগন্দা য়েংলকই। অচৌবা য়ায়রোঙ অমা কায়খিবগী ঈ-নাই পুমতৈ তৈবা উবে। ওজা হেদমাষ্টরনা অঙাং অহুবু ময়ুমদা চৎহনখ্রে। স্কুল কারকপদা শেক-শেক্কুনা লাকখিবহু হরাও হরাও চেনখ্রে, অহুবু ওজাগী য়েংকী পিশুম মথক্তা অচৌবা য়ায়রোঙ অমা ফাওগংলকখি। য়ায়রোঙ ওজাহু তুংদদি কয়া ফুগনখিদ্রে।

অমনা ওজা পুংয়ৈবা : ক্লাস মন্নংদা মখোঙ কানশিল্লকপগা 'ভরাংগী পারা চিনফা থিহনগদৌরিবনি, ফানবা পাও, নত্রবদি চৈ ভরা' হায়রগনি অহুগা মানা চৌকিদা নাখোক্কুনা তুমখি-গনি। 'ওজা ঐ ফারে' 'ঐ থীবগে' 'ঐস্থু ফারে' না পুম্নিন হেক নিল্লকপদা ইথং থংনা মমিৎ পাংথোবক্লগা টেবলদা মখুৎ অনিনা দং দং খিল্লকনি। অহুনা মাগী মমিং ওজা পুংয়ৈবা।

অমস্থু নিংশিংলক্লে। ওয়স্থোক্লা ফুগনখ্রবা, কিনবনা মাগী ক্লাসতি পারা ফানদবা ইয়াও য়াওদে; অহুবু অমদা নত্রগা অমদা ফুবমদবা হুমিংতি লৈত্রে। নোংমা তরামঙাদগী তবামাপল ফাওবগী শুপ্লাক থিহনবদা ফাদবা অঙাং অমত্তা য়াওদ্রে। মানা পায়রকপা শনৈবী রাশা টেবলদা লেম্না তাহুনা লৈরবদা ওজাহু মমিৎ উইশিল্লগা ঙাইহাক খল্লুই, অহুগা ওনশিল্লকই — 'অঙাংশা নমানা পোকপদগী হুংশিং থাইদ্রিবা কনা য়াওরি নখুৎ থাঙ্গৎলু।' ঐখোয় ময়াম ভকপগুম ইকাইবগুম অমগা অমগা য়েংনরিঙৈদা মধু হোৌগৎতুনা মখুৎ থাঙ্গংলুই। ওজানা মঙোন্দা মুন্না য়েংলগা

গী রাশাহু পায়খৎতুনা চংশিন্নকই অহুগা মধুবু কাল মথক্তা পহন্নগা 'হয়েং চাওরগা যণ হুরানবা য়াওগদবা' হায়হুনা দগা কহ্নরকই। মধু ক্রং ক্রং চোংহুনা কপখি। ওজাতুগী মমিং ন্ত্রবসু ফুবা থোনখি।

মতমহু মতামনি, হৌজিক্কদি য়াম্না খেন্নরেকো। অঙাং ইওই ক ওইনা থংজিন্নবনা হৈনরিবা। থংজিন্নরবাশিংনা মরোল অমা াইনরিবা। পারা কাদবদা মনা লৈরগা খুবাক্লা থানবসি তোয়না াইল্লি। ঐদি মীগী মনা লৈরমদাইদা খুং নিকই হায়হুনা নোংমা াানা ফুখিবদগী কিহুনা কেশোগী মনাহু তিংখত্তা লৈরগা খুবাক্লা াাল হৌনা হেক থারুবনি। মুমিংতুদগী মানা ঐঙোন্দা থানা না যেংলকপদা ঐ কিবনা ছুটি কংসি য়ৈবগা য়ুম য়োনবা নবসি অহুম হৈনবী ওইখ্রে। ফেল হন্না হন্না ওইবদগী ঐখোয়গা দ মান্নরবা কেশো ঐঙোন্দগী চহি মঙাদগী তাদনা হনগনি। া মচাশিংনা ফম্বা মপাগী ফক্লাং হুৎপগী ওজানা মাবু ফুবা গং থওখিদ্রবনি। থংননা ফম্বা মুপা-মচা অমদা নোংমা মানা াখিবা ঐ শেংনা তাহৌই — রাশিসি মশক ফজরমদ্রবদি ঐনা াম্না ফুবগদবনি।' মাগী মশক - মওংহু ঐ সুকহৈ হৈনদে।

মসি স্কুলহুদা তম্লিভৈ, অঙাং ওইরিভৈগী রারীনি। চহি মঙাং হবু অমদি স্কুলহুবু কাউবা ঙমদনা অন্নুম নিংশিংহুনা লৈবগী রারীনি া তাবক্লিবসি। ঐনা মথা চংথদ্রিভৈদা মানবী নংনা য়াগদবদি শিনবা পুম্নমক্কী অথোইবদি অঙাং ওইরিভৈগী মুংশিনবনি।

মুমিংতু অকগী ওজানা ঐখোয়বু কম্না তাক্লম্বনি। মানা ক-বোর্ডতা হোংপা অক অমা ঐখোয়না শিল্লি। মথা তাথনবা থায়না শিনবা লোইবা ঙাইরিবা ওজানা থোঙনাউরোমদা হুনা মমিং থৎলুই। ঐস্ন ওজাগী মিংকম ইন্দুনা থোঙনাউরোমদা থোকলুবনি। ঐঙোন্দগী থর হেম্না চাউবা মুপা মচা অমা

থোঙনাউগী য়োংচে পায়রুনা লেপ্পা উই। হিগোক মচুগী ফুম্নিং হাক লিংপা মুপা মচাহ্ কুচু ভৌই, মরেপ্পা ভম্লপ তৌই, মশক কজে। ওজাগা ম'খোয় অনিগী য়েংনরিবা মিংয়েংহ্ ফাগি ভৌনবা মাল্লি। ওজানা মাবু কা মনুংদা কৌশিল্লগা চোক অমা পীহুনা ব্লেক বোর্ডতা লাই য়েকউ হায়খি। মুপা মচা অহুনা অহানবদা শাম্নু, মথংদা অশাংপা খম্বাল, মথংদা উশাদা তোংবা উচেক, অহুগী মখাদা মখুংনা লাইবিথ পাযবা অঙাং অমা য়েকপা লোইরে। য়াম্না থুনা য়েকখিবনি। মানা য়েকপহ্ থোঙনাউদগী য়েংলিবী ঐখোয ওজা মুপীদা অফগী ওজানা তাকখি -- 'ওজা, যেংবীয়ু অঙাংসিগী হৈ-শিংবসি। মমাঙ নৈকাইদা নৈবা ঐগী মরুপ অমগী মচানি। পোকপদগী মরোল থোক্লবা অঙাংনি।'

—'ও! ওংম্বাকপনি!' ওজা মুপীনা ইথ -থংনা থম্মোই শোক্লা লাউরকখি, —'অসিবু কবি মত্তৌ কৌবনো? মমা-মপাহ্ কয়াদা চাক্লমগদবা।'

ওজা মুপীগী য়াহৈহুনা থম্মোইনুংদা চংলক্লুনা ঐবু য়াম্না য়াহনখি। মুপা মচা অহুদা অমুক্তং য়েংলুরগা মথা তানা যেংবা ঙমদবনা ঐ নোম্নহুনা লৈরে। অহগী ওজানা 'নং মবক মবক্লা লাকউ' হায়খিবগা ছুটিগী কংসি ঠৈরকই। ঐ মহৌশাগী হৈনবীদা তফিং তফিং চেম্বোবকপদা স্কুল গেট ময়াদা তাবা চেক অমদা খুদি কম্না থিকবে। থোঙবী মমাম্নদা কায়রে। ঈ অব অব তারবা থোঙবী চেৎনা পায়রগা অনাবা থাঙবদা কপহুনা লৈরে। ঐনা কল্লিবা মফম অহ্ নক্লা লাইয়েকপা মুপা মচা অহু লাকখি অহুগা মানা গেট ময়াদগী পেরুক থর থংলগা মচিন্দা শায়হুনা অশোকপা মফমদা থোম্নে। ঐ ইকাই-থাঙদা কপ্পা লেপহুনা চোংল-চোংলগা যুম্নদা হল্লক্লে। কনা য়াম্না চংলগা ঐ অমুক্তং ওনশিল্লুই, ডাক্তর মহা অহু চপ লেপহুনা ঐবু য়েংলম্নি।

ঐ য়ুমদা য়ুপা মচা অতুগী মশক মিংতা উহনা লৈবতা নম্ভনা মাগী মরমদা হঙ্গিন হঙ্গিন থনখি, কাউবা শুকণ্ডম ঙমখিদ্রে।

ঐখোয় অঙ্ক ওজাগী মরুপ নহাতু মরক মরক্তা ঐখোয়গী স্কুলদা লাকপনা অঙাং অয়াম্বগা শকথণ্ডনরে। মাগী মমিং য়ুংশি হায়বসি অপিকপা অঙাং ফাওবনা থণ্ডনৈ, পুম্নমক্কী মরুপ ওই। ঐদি নোংমতম্ভ মাগা লোয়নতুনা য়ারীস্থ শায়রুদে, অতুবু মানা ঐঙোন্দা তোয়না তোয়না য়েংই হায়বদি থণ্ডই।

য়ুংশি স্কুলদা লাকখিদ্রে। মাবু উখিদবা চহি অহুমতু য়ায়া শাংনা থোকখি। ঐ ক্লাস সেবেন য়োতুনা য়ুংখিল তম্বা স্কুলদা কারে। চহি য়ামত্রবস্থ থর চাওরৈ কনবগী হৌনবী অহলশিংনা ঐঙোন্দা থোদাবদা ‘লৈশাবী’ হায়না কৌবনা য়ায়ে। মহুগী পাউখুমদা ঐস্থ মীমাঙ থোকপা ইকাইবনা থংলরে। চায়বী ইতা থুলও ময়ামগা পুল্লপ পুল্লপ পুন্দুনা মতম মাঙহল্লি হায়বগী ইমুংগী মীয়া মীচৈ তাবা হোরে।

কুরাও মপালনা মশক উংপা হৌরকপগা হৈপাল-লৈপাল পুম্নমক থোইমুশিংনা য়োমতুনা ঈশৈ তায়বগী মতৌদা পুম্নিল নিল্লকপদা মতম চংনা মশানা শেমজবা উপু মমুংদা তাইবং কনা উহন্দনা শুমহৎপা শক্লোন লৌকরবা কুরাকশিংনা ফজবদা মানা মানা মথোইরে থন্দুনা নাপলগা লোয়ননা কোয়না কোয়না পায়রবে। মতম অতুদা কুম অতুগী য়াওশঙস্থ ঈথক ঈপোম চাওনা মতম কায়দনা থুংলখি। ধর্ম্মগী মিংদা হৌদোকখিবা য়াওশঙ, কুমহৈ পুম্নমক্কগী অথোইবনি। শাবি-শানৌশিংগী ঈথক ঈরাং অমদি হরাও মথোই কাবা টৈবদা অহল ওইবশিংগী পুক্লিংবু অনৌবা য়েন্নিং চোংহনবা ঙম্বা কুমহৈনি। কুমহৈ অসিনা পোৎলুম থোল্লে হায়বগী কনাগী মমা-মপানা শাওবা য়াওগ্রবগে? নোংগৌবীগী শক্লোন লৌতুনা ঙাইরিবা পাথং-লৈশাবীশিংনা

য়াওশঙ মানা হেন্না হেন্না নকশিল্লকপগা থম্মোই মকা লান্না তনিক তনিকপম্ভু হেনগৎলককই। পেনবমখৈ হরাওনবা খুৎ থেক্তুনা ঙাইরিবা অঙাংশিংগী গিংতা উবা মচুগী কুমহৈসিদা পোমশাৎনবী থম্বালনা কেনখিগনি থল্লুদনা ঈমায়দা হায়না ছম্না শাম্লবগী মতৌ চেল্লিবী নৌরিবী মুক্তাশিং তথক তথক্লবী মমিংশিংনা মশুং-মমাম্নবা লাকপ্রা য়েংবা উবদা লৈরক্না ইকাইবনা কোনশিন্দুনা খাওলবনি। অসুম লাংতক্লরবী ঐথোয়গী ইরক্তা থঙহৌদনা পেচকারী মুমিং থুংলখি।

ঐখোয় খুলঙ তরানিথোই লৈবক মচিন্দা কমতুনা অচৎ-অওকশিংদগী শেল নিবা হোৎনৈ। অকনবা ফি মুনবগী থবক্তুদা থৌনা লৈবা মতম্নি। কনাবুম্ব কিদে, হঙোয়বম্ভু থঙদে। অঙাং-শিংনা পেচকারী কাপশিনগদবগী অতুগা পাথং মচাশিংনা অবের তৈগদবগী কোইতান তান্নৈ। মহৈ মহৈ শুমাঙ, য়েনথা ফাওতুনা য়ুমলোমদা চেনশিন্দুনা অহলশিংগী মরুম থুপ্লবা হোৎনরুবদা চৈতুনা তাম্থোরকই। কোয়রাঙ লাঙই, শাওনৈ-থংনৈ চৈনৈ নোক্লে। থোরকপা মী অমত্তা য়াওশঙগী ইরাং চুদবা য়াওদে। চগ-ধুলোক থিন্দুনা, মচু মচুগী অবের চাইর চাঙ্গরতুনা কুমহৈগী মুংঙাইবদা তাওতুনা জগোই শারগা চৎপা পাথং কাংলুপ অমদা লেপ্তুনা য়েংলিঙৈদা পাথং মচা অনি ঐথোয়গী মাঙদা চৎলৈ। অমদি ইতাশিংনা কোয়শিনখ্রে। অঙৌবা মচুগী ফুরিং খোংগ্রাউ শেৎপা অতোপ্পা অমত্তু ঐনা চেনশিন্দুনা মথুৎ কাতুনা থামখি। পাথং মচাতু চপ লেপই, নাম্থোক্লবা হোংনদে। মানা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলি হায়বা থঙলবম্ভু হঙ্গৎনা য়েংলুবা তৌরুদনা মথুৎতু কন্না কন্না নিক্লগা ঐনা হায়খিবনি,—'শেল য়ান্না পীরম্মু।' য়াহৈ অতুমক ইতাশিংনম্ভু মাগী মপাংদা হায়খি।

পাথং মচা অহুনা ওইগী খুদোম্বী মচিন্দা থম্লগা অ-অ-আ-আ হায়রকই। ঐ ইথং থংই, খোঞ্জেলহু তাখিবগুম তৌবনা ঙকপনি। মুংশি মানখিবহু য়েংলুবদা মশামক ওইরম্লে। ঐনা মথুংহু খঙথা থাদোকই, অহুবু মানা ঐগী য়েংকী খুং লামহুনা ফারকখি। ঐ স্বাই লাউই, ইশা পুম্বা লরাই শাংনা তু চুংই। লৈথোক্লবা হোংনবা কাউখিবগুম তৌই, ইপঙ পঙশিল্লি। মথুং ওইনা লাইরিক ইবগী মওং উংলগা মঙক ইন্দুনা ঐঙোন্দা করিগুম্বা থর হংলকই; কবি ক্লাস তম্লে হংবনি, ঐ ফজনা খঙবা ঙমই। ঐনা খুংশা তবেং উংপদা মহাক হবাওনা নোকই। ঐখোয় অনি য়াবী শাম্নবা অহানবা মুমিংনি। মাগী মিংকী মরোম্দা ঐ খুম্বা ঙমদনা উরু উক লৈহুনা থাঙখি। মানা ফুবিংথাউদগী লুপা কুনগী নোট অমা লৌথোক্লগা ঐঙোন্দা পীবা মুম্মা য়েংলিবী ইনে ক্কায়োনবীনা হায়বকই — 'ফিমুনবীম্নু ফজে, অশীবম্নু ফজে।' ঐ ইকাইবনা লৈথোক্লবা হোংনৈ। মতম অহুদা চুমত্রিং লাকখিবা পাথং মচা তরুক্কী মবক্কগী অমনা ঐগী মিংতা অবের চাইশিল্লকই। মুংশিনা মহু ফজনা উখি। মিং থুপখিবনা ঐ ফ্রং ফ্রং চোংহুনা থাঙলে। ক্কায়োনবী ইনে চেনল্লিক্তুনা ঈশিং খুজাই অমনা ঐগী মিং চামথোকপীখি।

ঐনা মিং পাঙথোরকপদা মুংশিনা তাম্নরগা মুপা অমা ফাকই। কেশোনি। মুর্খ লমহেনবহুনা মুংশিবু য়াম্না উশিংহনা ফুনবা শীংলকপা উই। মুংশিম্নু থোঙফম চেংমা থেংননবা শেমই। মখোয় অনি ফনা ফজন। ফুনরে। কাওনৈ-খিম্লৈ-লংনৈ। মুংশিনা য়াম্না লাইনা লাকশিন্দুনা মীনা উহৌনবা বাউত অমনা কেশোবু সরক লৈয়াঙদা হাইহংলগা নমহুনা থমখি। মানা ফুনিংলবদি য়াম্না ফুবা য়ারবনি হায়বা অউবা খুদিংমক্না খঙবনি। অহলশিংনা চেনশিন্দুনা থামদোক্লরবা তুংদা মীখিবোংহু মতুং তৌদনবা

চৈরগা থাদোকখ্রে। ইকাইবা শক্লোন পুন্থনা মুংশিস্থ মপাংগা লোয়ননা চৎখি। ফুনা-নয়বা অহুদা মুংশিগী মফি-মরোল, মকোক, মমায় ফাওবা উফুলনা পুমন্নাও য়াওগ্রবনি। মাগী মশক উখিখ্রে, লাংপগ্রে, অদুবু ঐগীদমক মুংঙাইতনা হনখি হায়বসি থল্লুবদা ঐ লৈকম থওদনা বাখি। য়াওশঙগী মুংঙাইবা ঐঙোন্দগী মাওখ্রে। মঙোন্দা থেমজিনবা নত্রগা থাপং য়াহৈ অমত্তস্থ হায়বা নংহোদে, মতম লৈরম্লগস্থ করি ওইনা হায়রুগনি লাম্বা ফংখিদে। ভুংদা অমুক উনবা ফংখিগত্রা থনবদা মুংবঙনখি লোয়ননা মুমিংতু ফি মুনবা য়াওদনা ঐ ময়ামদগী তোঙাল লৈরে। মুমিংতুদগী হোৎহুনা ঙসি ফাওবা ঐ য়াওশঙ কুমহৈ থোক্লবস্থ পাথং অমত্তগী মথুং পায়হুনা ফি মুল্লক্ত্রবনি।

নোংদম্বনা ঐঙোন্দা লংনবিত্রা, কুমওন মরি হোৎপ্রবস্থ ঐনা মুংশিবু থক উবা ফংখিত্রে। য়াওশঙ খুদিং ঐথোয়গী ফি মুনফম লমলোং চিথেক্তা ঐ অদুম ফমই, মুংশিনা চৎখিবা মারকৈদা তোয়না তোয়না শেংই। লাকদবা মামা-মামা মুংশি থক লাকখিত্রে। মুংশি উত্রবা য়াওশঙশিংহু ঐ হরাওনা অমুক্তস্থ নোকখিদে। শঙ্গুদগী চিংথহোরবা চেক্লানা কওাওননা পাইবগুম ঐ ইতাশিংগী মতুং মারকৈ থওদনা ইনখিবনি।

মানবী, হৌজিক্তি হায়য়ু, ঐগী মওংহুবু মুংশিরুবা হায়বহুরা? নংনা পওথুম পীনিংত্রবস্থ য়াদবা ওয়োইদবা অমদি লৈ — অঙাং ওইরিঙৈদা য়েংখিবা লিলাগী য়ারী কাউদবনি।

মানবী থোঙনাউ ফাওনা অতিয়াগী লৈচিল মপৈ মপৈ অমুক্তং য়েংলুরগা মোমোন নোকখি, থোনকমদদি শাওরকই, "ঐনা ভানিংবদি পাথং লৈশাবীগী য়ারীনি।"

রাশিগী মমা চংলকপদগী মখোয় অনিগী য়ারী চৎথবা য়াদনা মুমিংতু কায়নরে।



## থাবল চোংফমদা

নিংথমথানা মাগী শিন্থা লোইহনা চংথুরবা মতমদা অকোয়বগী চী শাং পরেংশিংবু লম্মৈনা নমহনা শেংহনখিবা, মশানদি পাম-জখিদ্রবা, অমুবা চবৈ অশংবনা তপ্পা তপ্পা শিনবা হৌনরক্লে। মকপ-মীচংনা কুইনা থাদোকপীরবা পাং, তুবেল, পুখ্রি, লৌবুক পুম্নমক মমায চাগ্লে, অথীবা মশক উংহনা মুমিংতা শাওনা শাওনা য়েংবা হৌনরকই। মথোয়গী অরাবা ফাথনবা হৈপাল-লৈপালশিংনা মুংশিবা মনম পীনবদি হোংনরি। মহু উবদা থোইরাংলবা মুংশিংনা ভাওশিন্নবা মতৌদা উশা-রাশা থুদেক্লনা উনা-রানা খিকথরকপদা মালেমগী মকম অয়াম্বা পুমচাই চাইহল্লে। ময়ায় কাখিবনা মীমুংশি পকত্রবা মাগা মাযোল্লকবদা মিপাই থবাইরবা চেক রায়া পুম্নমক চেপ্পা চেপ্পা পাইহনা চংজফম থিনৈ। সাইজিন-লায়াদা নপ্পা শেন্দ্রাংশি গী চি চি মথোলনা পুম্লিল নিল্লবা মতমহুদা অকম মচাগা কোম্লনা মহুম হুমদোকপীখ্রবা চরোয-চোঙাশিংনা লাক্লা লাক্লা থোংনবমু লেপ্পে। অমুম্না বসন্তবু ঈংথ তপথনা লহল্লবদি হেন্না নাথোই-নারাংগ্রগনি হায়বগী কল্লকপগা। লোয়ননা জবা শক্রম থুগাইনবা হোংনরিবা মুংশিংকী থোও'বু য়েংবা মদযনা থোঙ থোঙনাউ থিলবা কাগী মমুংদা মানবী অমদি রাশি হিদান মথক্লা ফম্লি। রাশিদগী লাইবিক অমা লৌরগা

মানবী থর থুনা চৎনিংলম্বনি অহুবু মপানগী থোওং অহুদা চৎপা ঙমদবদগী ফমহুনা লৈখোক্লে। ফিল্ম মেগাজিন অমা ফাক্তুনা য়েংলম্বদগী মখোয় অনিথক্কুং কান্নংদা লৈবগী তাঞ্জা লৌহুনা মানা হৌদোকখিবা রাফমহু কন্না তকশিল্লকই, "সে, রারী মথাহু লিথরো। কদাই কদাইদা করম্বা মতমদা উনখ্রিবনো, য়াম্নবু হৈরম্লি।"

রাশিগী ভাংলবা থজাই অনিগী মথাদা লৈই অনি থোক্লকই। মহু ইকাইবা থাঙনা নোক্লিংবা অমদি হৈনিংবা উৎপনি। থুকউ মথক্তা হায়গংলকপা ফনেক ফিবান অমুক্কুং চিংথরগা রাকং য়াওনা রাশিনা হায়. "থঙত্রে, অসিম্নু নংনা অঙাং ওইরিভৈগীনি তানিংদে হায়দৌরিত্রা, ঐঙোন্দদি ভাইহাক ভাইহাক পঙথবা মতম থুংলগ্রবনি।"

"লৌহু থিত্তা তৌরকম্নু. তাবীগে হায়বনি। পাম্মুমন্না লোৎতুনা থম্বা পোংসি কোকফাই সুজা কাবনি।" মানবী ভাইঙমদবদগী শাওরকথিবনি।

রাশি ওন্থোক্তুনা মমিৎ মথৈ নোকলুরগা লৈশিল্লকই, "য়াওশঙ লোয়বা মুমিং অমদা ইচে চাওবীখোয়না খোমহুনা লৈকাইগী লৈশাবীশিং থাবল চোংনবা শিনবা লাংবা কোইচেন চেল্লে। নহা ওইরিবী ঐখোয়গী থুলঙবু ইচেমশিংনা য়াম্না শিজিন্নখিবনি। মখোয়গী পাউখোন চেনবদা চন্না ফাওবা হেন্নবা য়াওই। অদোমদা য়েংলুরবদি থাবল চোংগদবহু ঐখোয়গীদমক্কুনি হায়বম্নু য়ারবনি। মুমিৎতুগী থাবল চোংবহুদা নংসু য়াওখিবনি, নিংশিংলিনিদা?

অয়ুক ওস্তাদগী পুল্লপ পুল্লপ লাংলকথিবা মুমিদাংরাই য়ৌরকপদা ঐগী কাদা শয়োম ফানা তিল্লরে। চিংথবা য়াওত্রে, থুলঙগী তরানিথোই শুরে। মুমিৎ কয়ানিগী মমাঙদগী চোংবা য়াওগনি হায়বগী ঈথিল অহু মমশিল্লকপা মতমদদি ঈথক-ঈপোম

হৌরক্লুনা ঐখোয়বু তাওথহনবা হৌরকই। অহৌবা মাইকী মখোন্দা খিল্লকপা ঢল-সাইত্রমনা তুখোঙ খুদিং ঈরাংনা মিকপ থোকহল্লে। মীহুলনা ঢলগী মখোল লৌবকই। চাবা থকপা অমদি ইমুংগী থবক পুন্নমক পুমকাউ কাউথোক্লহুনা য়াচংবদগী তৈবা-কেবা অহুম হৌরবনি। ঐগী ফমুং মথক্কু খ্বাইবম্বন্দ ফিয়োনবীগী পোংফমগা অন্না ওইবে, টেবল মথক্কনা মানা মানা পুনবকপা কেনবগী পোংলম্না ইচ'ই চাই। অমগী খুৎতগী অমনা মিংশেল পাউদব, হিমানি অমদি অনৌ-অনৌবা মখলগী তৈনবা পোংলম কযাগী মথক্তা মচু মচুগী লিপস্তিক পাক পাক মুন্নৈ। নোকপগা ঙাঙবগা কবোক পোক্লবহু মঙায, লৌশিনফমদি অমত্তম্ন খঙনদে।

তৈবা-শঙবা লোইনবগা মহৈ মহৈ অপাম্বা ফি থম্নহুনা চিংথোক্লবকই, পক্লবা থন্নৈ। ঐগীদি অশংবা মচুগী সলবার হান্নদগী থন্দোক্লুনা থমখ্রবনি। ভিন খোংগ্রাউ শেংপী অনিহুনা মবোল অমা মবক্লুদা মুপা শানবা হোংনরকখ্রিবা। ঐগী লাইবকী বিন্দি যেংলগা মুপাদা মুপাগী মতৌদা ঙাওরে ঙাওরে হায়হুনা ঈঙোন্দা কোনশিল্লকপদা ইম্থোক্লবা হোংনকবা ঐগী খুৎনা মঙোন্দা থব শৌক্লবগীদমক লাই খুৎশাংবীহুনা ঐঙোন্দা লামলকখ্রিবনি।

ঐখোয় থাবল চোংফম লম্পাক্তা থোরক্লে। ঐগীদমক্তদি পুন্সিদা থাবল চোংনবা লাংবা অহানবা খোঙফম্নি। রারীসিদা ঐ থরাই য়াম্না য়াওবা মাল্লমগনি, মহুমক্তি নত্তবনি, ইমান্নবীশিং অহুগী মতুং অহুক হুল্লুবা হায়বহুনি। লম্পাক য়োরকপদা মখোয়না মমিৎ মনা ইচোই-চোইনা নোক-খেনরকপদা ঐবুদি অরাংপা অমনা তুংলোমদা অম্নুম অম্নুম ইম্থোরকখি।

জেনেরেতর অহুমদগী থাল্লিবা ট্র্যবশিংনা অম্নুকী মতিক ঙাল্লি, মুমিদাংনি হায়ববু নিংশিংদবগুম তৌই; ফনা লাপ্না লৈবা

মীগী মশক তশেং তশেংনা থঙবা ঙম্মে। অঙাং-অশংগী মঙাল অতুনা মীপুম খুদিংমক্কী শকস্থু ফজবা য়াম্না হেনগৎহল্লে। থর নহা ওইবী লৈশাবীশিংগী লেংগানা হান্না চোংবা হৌনবা মাইক্তা লাউথোরকপগা ঈরোয়ননা ঐথোয়বু চিংথোক্লে, ইস্থোক্লরকই। ঐদি থোকপা ইকাইহুনা লৈথরগা থাঙহৌবনি। লৈশাবী চামরোম্না হোদোকথিবত্থু খুংকোয় অমা থুংবগা মাইক্তা লাউথোরকপা ঙাইঙমদনা পাথংশিংনা খুদি থিবা থঙদবা মথৈ হোৎচিন্নখিবত্থুদি ক'রিনো; নংবুদি পাথং অনিনা কন্না মুন্নখিবনি।

পুং অমরোম চোংনরে। মীস্থু অস্থুম অস্থুম থোমজিল্লকই। ঐডোন্দা য়াওনবা থৌনা লাকত্রিবনা য়েংহুনা লৈরে। ঐনা য়াওদনা লৈবদা মী-অহুম মরি কান্ননা লেপ্লিবী ইমাগী ইশৌ উরগা নাকন্দগী ইন্দোমচ'না ঙংলকই — 'কৈদো'রে ফনা য়াম্না ফেংথিবদায় ? করম্বা মতমদা চোংগে হায়বিনো ? য়েংনিংদেকো মীবক ফাক্লবা শারদন'।'

ইত্তাশিং'না চিংথোবক্কনি কিবনা ঐ তুংদা লৈশিল্লগা মথং খুংকোয়দা, মথংদা, অসিগী মথংদা থম্না থম্না অস্থুম য়ৈথোক্লুনা লেপ্লকপত্থু কুইরে। মথৌ নাইদবা পাখং থরনা ময়ায়দা লেপশিন্দুনা লৈবদগী ঐথোয়গী ভলুন্টিয়ারশিং'না ইস্থোক্লবা হোৎনরুবদা নিঙাই শংদাইনবক্লুনা মচি অমদা গ্রুং হুপচিন্নখি। পোপ-পাপ, তুপ-তাপ হাৎলো হাৎলো'না পুম্নল নিন্নরকপগা চিনবান নাতোন্দগী ঈ অর অর তাববা পাখং অনি মপানলোমদা ইন ইন্দুন' পুথোকখ্রে। মত্থু উরগা ঐগী হৈনিংদবা অমুক্তস্থু হেনগৎলকই। লমহেনবশিংত্থু ফজনা থিংখ্রে হায়না ঙুং ঙুং নিন্নরিডৈ চৈরক্তা য়ু ঙাওবা অমনা মখোঙ কাবন তানা কৈরেং কৈরেং লাক্লগা ক্বায়োনবী অমগী টেবলদা দোং হেক উপশিল্লে। ঐগী তুংমক্তদনি। য়েরুম কমলা, শেপ, চন্দ্রা, ক্বা, মনা, মিঠ'ই, চিঙ্গিংগমনচি বা লৈমায়দা পুমচাই

চাইরে। টেবলনা নল্লিবা মুঙাওবন্থু পাথং থরনা চিংথংলুবদা অতোপ্পা লৈকাইদগী নংলমদ্রে, ঐখোয় মমাঙ পরেংগী খুরা কালিমোংহোন ওইরম্লে। কায়োনবী মৌ নহাত্তুনা মুঙাওববু ফুবীদনবা কম্না কনখিবগী মবমস্থু মুপী মরক্তুদা অত্থমক চিবোন চিবোন ঙাংনরকই।

মৌথিং ফজবে, মৌনিপ চাউরে, মীয়ামগী লেমজবা উরে। মান্নবা তান্দা। হাইবিবা খুৎশিংনা শেম্লকপা সমুদ্রগী জোরারনা অকোয়বদা লেপ্লিবা মীয়ামগী তোর্ব্বান লান্দুনা চংখিগদবগী মতৌনি। তুংদা-মাঙদা কারল তাবপ পোল্লাংগী পবম শেম্লিবা খোঙশিংগী ফজবা লাপ্তক য়েংবদনা থরম্থু হেল্লি। খোঙউপ কেনাৎ ময়াম্না তকথায়রকপা লৈমায়দগী পাইখংলকখিবা উফুলনা ট্র্যবকী মঙাল থব হল্থুহল্লবস্থু থাবল চোংবগী ফজবা অমদি চিংলেম্বদি হেনগংলক্লি। মতম অত্থুদা ন্নারী শানবা হোৎনরিবা পাথংদা খুদোং চাবা পীনিংদবনা ছারি শেংপী লৈশাবী শরি অমনা ঙমজবী হৌত্থুনা কম্না চোংনবা হোৎনৈ। নাকল অমদনা মায়কনবা পাথং অমনা ওইগী লৈশাবীদা ওনশিন ওনশিন্দুনা য়েংই, মী থর হেক কুংশিল্লকপগা মপুং-মরৈ ফারবীত্থুদা থেঙ্-থেঙানবা হোৎনরিবা মতৌদা অউবশিংনা মু ঙাইতে। ঐংখোয়না লেপকম মপা য়োরকপদা লৈশাবীমু মমানা চিংথোকলুই।

ইচে চাওবীগা চোংমিন্নখিবা পাথংশিংত্থু মওং তাবা অমত্তা য়াওখিদে। অকোনবদা পায়রকখিবা অনিত্থুনা অমুক থর হেন্না য়েংনিংখিদ্রে; য়েংকিত্থুনা মঙোন্দগী ফনা য়াম্না পুংথৈ অত্থুগা ওইগী পাথংত্থুগী টুপী মতাত্থুনা চৈ কৌবি হায়নৈ। অনিত্থুনা চোংদি চোংদনা তুংদা-মাঙদা চিংবদা ইচে চাওবীদো পাং তিংলে। মত্থু উবদা মমানা শাওবনা পেরে-পেনা খোঙবগুম শোল্লি— 'সিগী ওইরেকো লাংজশারিসে।'

মানবী, নং মুমিংতু রায়মগনিবো, ঙাইহাক্তা ফাওবা শেঙ্গা উথিদে। ঐন' থনবদা অমত্তুনা থাদোকখিদবদগী ওইরমদো মাল্লি। মাইত্তা 'লৈশাবী রিজার্ভ লৌনগন্নুসি, মীপুম খুদিংমক্তা তাঙ্গা শিন্নবগী চংনবী ঙাক্লসি' হায়না লাউরক্লমক্রবদি হৌজিক ফাওববু থাদোক্লমখিরোই। তাঙ্গা লুমত্তুনা লৈরম্বা পাথংতুনা কয়াদি কম্না হোৎচিনখি. নংগী খুৎ পায়খিবদা ঐখোয়না হায়নখিবনি— 'হৌজিক লাউখিবত্তু অসিনা ওইরমগনি।' অমত্তুগী শাথঙনা নংদি মতুকা করিমত্তা উপোৎ নত্তেদা।"

"ঙাইখোদা নংগীতু অতুম্মক লিয়ু, ঐগী অমুক হন্না হন্না পকশিন্নকহংবু করিগীনো; তানিংদসে।" মানবীনা মঙক ফর ফর হাইরকই।

রাশি নোক্তুনা মথা তায়, "মনিঙ লৈকাইগী চান্দনিমুক রাংবা অমত্তা ফাওখিদে, মুপীদস্সু মুপাদস্সু। লৈশাবী অরাংবীতু য়েংলগা ঐখোয়গী নাকন্দা থর হন্নোক্লগা লেপ্পা পাথংশিংনা পংনোক্তা নোকই। অমনা হৌই— 'অত্তেদা চন্নদ্রবস্সু উচেক মহুমদগী মরুম লৌথনবদি কান্নগনি।' অমনস্সু হায়— 'অতুগা থৌরান য়ৌরক্লগনা লৌয়ী অবাংবদা চংহনগদবনি, উথুম মক্কম কোককম য়েংহন্নবা।' ময়ামত্তু রা-রা নোক্লবা নেমথরকপগা অতোপ্পা অমনা শোইদনা কান্নরগনি থন্না মত্ত অমা পীরকই— 'ফায়র সার্বিসতা য়াওহনগদবনি কৈরাক তিংদনবা।'

পাথং কাংবু-অমনা মরোল অমা মোনথী য়েংলগা কন্না হিগংলি। মানস্নুনে, ঙোরোক ঙোরগা ইনোয় নোয়হনা মপুমগা মরেপকা মাঙ্গরে, মখোঙতুমক্তা কন্না হাইবা ঙমজদবা। মানা কাংবুত্তুগী মপা হেক য়োরকপগা অমনা চিংত্তুনা ফৌত্ত ঈশৈগী তান্দা হেক্তা শক্লরকই— 'শবিনা চীংঙম — কাঙুমই। তেনরামা লৈবাক্তা—চৎকুমই।' রা রা নোক্লরিবা পাথং কাংলুপ অনিত্তু ঐখোয়গী ভসুন্টিয়ারশিংনা লাপ্পা হন্দোকখিনবা তকথায়রখি।

অয়াম্বা অয়েংবশিংগী মিংফম লৈশাবীশিংদনি; অদুবু মমা ওইবীশিংগীনা মচা লৈশাবীশিংগী খুৎ পায়রিবা পাখংশিংদা। চোংমিল্লবা পাখংশিংনা লেপতুনা লৈবী লৈশাবীশিং চিংশিল্লুবগী খোইশাওনহনা চোংবা তোকখিবী থরম্বু অদুমক য়াওই। ঐ ময়ামগী মত্তৌতু ফনা য়াম্না উখি, থর হেন্না পুক্লিং চংলুবনা লৈশাবীশিংগী তোঙান তোঙানবা ফিজেংতনি; থাবল চোংবীগা চান্নবা। ছারি চীং-লেমই, নোল্লুকপা ফিজেংনি। সললার য়াক্তক খোকই। খোঙগ্রাউ লম হেন্না উই। ময়েক নাইবী ফনেকী মথক্তা ছাবি মংতক চেকশিন্না উই। মৈতৈ ফনেক চয়া ফজে।

ভাইহাক্না মী য়াম্মনবনা চোংবা য়াদবা মথৈ কুক কুক ইম্নবা অদুগা অমুকস্তু অচোংবা মশিং হুম্বখিবদগী অহাংবা মকম লৈরকপদা শরক শিদনবা হোংনবিবা ঐথোয়গী ভলুন্টিয়ারশিং করম্না মিকুপ নাহুম শিংদে হায়গনি। থরাই য়াঙবা চোংলিবা পাখং লৈশাবী-শিংদা অয়েংবশিংনা ক্কা-মিঠাইনচিংবা লানশিল্লবকপদা চিঠি য়াওরে হুযনা ফাগি তৌনহনা য়া য়া নোক্লে। হরাও মুংঙাইবগী হুম্বা নাইদবা ঈংপোমদা চোংলকপা পুং অনিরোম ফারক্লে। অনৌ অনৌবা তানফমগা চাননা খোংলকপা গিটর অমদি বাঁশি ঈশৈনা চোংলিবশিংবু অরাবা কাউহন্দুনা হেন্না হেন্না হুমাং ভাহল্লি। মুংশিংকী শহুমগী তাল চানা লাংবন ফৌনানা শাবা জগোইগী ইথক-ইংপোমগা ম'ম্না পাখং লৈশাবীশিংগী খোঙ থুংনা শেন্নকপদা ঐস্থ মরক্তা চোংবা য়াওখিবগুম তৌই, খোঙ হেক হেক থাজংলকই। অহাঙবা লম্পাক্তা শাবী-শানৌশিংনা থাগী মকোয় শেন্না জগোই অত্তুদা ঐ লুপখিবনা মিকুপ থর থরদি সংসার পুম্বা কাওথোকখিবগুম তৌখিবনি।

লাংন-নিম্নরম্বা পুম্নমক নৌরিবী-নৌরিবশিংগী মুংঙাই মখোই কারকপগী নিশাদা পুম্না লুপম্মিল্লহনা মিকুপ থরদি তুমিন তুমিন

লৈনখ্রে। মতম অসিদা ঐগী ওইথংবা লেংজুমদা খুং অমনা শোক্লকই। ইথং খংহুনা তুংদা, নাকল ওই-য়েংতা য়েংবদা শোক্লম্বা খুং উদে। লক্লবগী মওংদা শোক্লকপা খুংনি খল্লুবদা খংশাও শাওনিংলক্তুনা তুংদা অমুকম্মু হল্লা য়েংলুই ; পাখং অমা খর হন্দোক্লগা লেপ্তুনা লৈরম্লে। মতোন্দা চিংনবা খম্লে লোয়নবা শকথংদবা মানা উশিংতবগী শাওনিংবনা ঙাইহাক খল্লগা ইকাই ইকি ৱাংমা লানবা লমন পীরগে খন্দুনা শেম শাবে। হায়রিঙৈদা অমুকম্মু হান্নগুম শোক্লকই। হন্দক্তি খুংতু লৌখোক-খিদনা লেংজুমদা লৈরে। য়াম্লা থুনা ঐগী ওইগী খুংনা মখুংতু ফারগা তুংদা ওনশিল্লগা য়েংকী খুবাক শন্দোক্তুনা মথক্তাই তম্লা হুম্লবনি। মুপাহু হৈ-শিংনা লৈখোকখিবনা শাম্বু কম্লা চংখিবা খুবাকী মহৈদি য়ানখিদ্রে, ফাক্লবা খুংম্মু নাম্বোকখ্রে। ঈ ৱাংনা হাম্লগংখিবনা ইশা পুম্বা ফং ফং শাগৎলকই, অহুগা অখিবা ৱাহৈ খর চিন্দগী চোংথোরক্লদবগী কেং কেং চিংহুনা লৈরে। ঐগী থোয়ররবা মিংনা তুংদা অমুক্তা হন্দুনা য়েংলমদ্রবদি অশংবা জেকেং লিংপা মুপাহুনা ঐগী লেজুমদা করিগী শোক্লক-খ্রিবনো হাম্লবা খঙদনা তোক্লম্বম্মু য়ায় ; মানা ঐতোন্দা ইকাইবগা লোয়নবা নোকমি নোকম্নিবা মিংয়েং অমনা মশক তাক্লবা হোংনরকখি। ঐগী চিনবান্দা তোংলম্বা অখিবা ৱাহৈশিংহুনা করম্লা অহুক থুনা মাঙখ্রিবনো অহুগা মহুৎশিনবা ৱাহৈহু পাইপিল্লকখ্রিবনো হায়ফম খঙহৌদে, চোংথোকখিবনা হানখি — 'মুংশি'।

নাক-য়েংতা লেপমিম্লরিব্বা ময়াম্লা তারম-উরমপম্রা হায়না ঐ থোইনা খম্বক্লদ্রে, মুংশিনি খঙলকপদা অশাওবগী মহুৎশিন্দুনা লাকখিবা হরাও তুজুংবনা ইশা পুম্বা থক থক নিক্লকই। মকম ইথঙ খঙদনা মিংলু অনিদা পি অর অর শিম্বরকখি।

মানা করিগুম্বা হায়নিংবা থব লৈরবস্থ ওনশিল্লুবদি ঙমখিদে। থাম্বা ঙমদবা পিগী ঈহৌনা মিংলু অনি থুমহৎতুনা লৈরি। য়াম্না ৱানা ঈনোং অত্থু থিলবা তুংদা অমুক হন্দুনা য়েংলুবদা স্থংশি লৈরমদ্রে। তুংলোমদা খোঙকাপ অনি-অহুম হন্দুনা য়েংলুবদা থর লাপ্তুক য়াম্না স্থুংঙাইতনা লুকথত্থুনা লৈবা উরে। তাল চাকবনা ঐনা মাবু য়েংলি হায়বত্থু মানা উথিবগা পুক্লিংদা থজিক্কুং অপেনবা লাক্তুনা হান্নগী লেপফমদা লেপ্লে। ভৌনখ্রিবা ইবাংত্থুগী শামিন থব ফংখিবা ইন্দোমচানা হংলকই—‘কৈদোবে? কনানো?’ ঐ তাকখিদে, লোংতুনা থমনিংখি; অত্থুনা য়াংনা খুমখিবনি — ‘কৈস্থ তৌদে।’ ঐ স্থুংঙাইত্তে করম্না হায়গনি, হবাওবনা নিক নিক লওত্থুনা লৈরে। ৱাথল লমজেল থঙহৌদনা য়াঙথংলক্কুনা থল্লকই - ‘মাগীত্থু থাবল চোশি হায়বা ওইবমগনি, মীয়াম মবকসিদা ঐবু য়াম্না ৱানা থিরকপা ওই-ফম থোকই। চহি অস্থুক কুইবসি মফম কদাইদা লৈকবিবা? মানা ঐবু তাশেংনা থিবকপা ওইববদি হৌজিক ঐগী নক্কা শোইদনা লাকখিগনি। করিগুম্বা থবদি হায়নিংলে, করম্না তাঙ্গা পীসিগে?’ ৱাথল অস্থুম .তৌরম্বদগী ঐ মীনা ইনশিল্লকপগুম ময়ায়দা চেনশিন্দুনা থাবল চোংবা য়াওকংবে। মত্থু ঐগী লৌশিংনা হায়রিবদি স্থুংশিবু কৌরিবনি, অত্থুবু নিংলুবগী ওন্নবদা যেং ওই খুং অনিমক পাথং অনিনা চেনশিন্দুনা পায়ররে। হৈনিং হৈনিংদনা অমুক্কুং কোইবা থুংবগা পাথং অনিমক্ক হায়জবগা থোবক্কুনা ইন্দোমচাগী মনাক্কা অমুক লেপলুই। ইন্দোমচানা চৈবকখি — ‘কৈদোবে? কনাবুনো নংনা ঙাইরিবা?’

ঐ থুমললুবা তৌদনা তুংলোমদা হম্না হম্না য়েংত্থুনা লৈ। স্থাশিনা নক্না চংশিল্লকপগা ঐগী মিংনা হন্দক্তি ময়েক শেংনা মাবু কৌবা ঙমখ্রে; অমুক চোংবা য়াওক্লনবা মাঙলোমদা চেনশিল্লি।

মায়োক্লনা হোৎচিল্লকপা পাথং মরিনা য়োরকত্রিংঙদা মুংশিনা ঐগী য়েংকী খুং পায়থ্রে, ঐ খাই পাথংলি। থম্মোইমুংদা নোকথিবদু মপান থোকথিবা মাল্লি, মুংশিনম্মু ঐঙোন্দা মোমোন নোক্লুনা য়েংলম্লি। পরেং শম্বা য়াওরুবা মতম অদু ফাত্তবা মাম্মু ঐম্মু ইতাও তাওনা চৎথিবনি। মানা চোংবা হৌনবা ঐগী খোঙদা য়েংলগা ঙায়দুনা লৈ।

ঐংখোয় চোংবা হৌরে। অহানবদা মাগী মথুং য়াম্না লুমই, তাল চানা হাইবা হৈতবনা ঐনা ফুগংতুনা পুবগুম রায়। ঙাইহাক্কী তুংদদি য়াম্না য়াঙনা হাইরকপগা ইরোয়ননা মখোঙম্মু তান্দা নেংলকই। খোঙকাপ মঙা-তবা মরক মরক্তা পোৎথাবা নত্তনা খুংকোয় তংবংলক্তি কন্না চোংলে। 'ফজৈ ফজৈ' হায়না তুংদগী কন্না লাউনবকপম্মু য়াওনৈ। নোংপোক থংবা মচিদগী শকথঙদবী মুপী অহল অমনা ঐংখোয় অনিমক্তা কা থিলি লাল্লকই। ঐগীদু হাপফম লৈত্তবনা ইকাই - ইকাই মঙোন্দা পীখি, মদু মাগী ফুবিৎথাওদ হাপখ্রে।"

"ঐম্মু নবু মায়োক্লনা অথাম্নদগী য়েংখিবনি।" রাবী তারম্বী মানবীনা নিংশিংলগা থৎলকই, "থরাই য়াওবা শানানবা পাথংদু কনানো খঙনিংবনা ননাক্তা লাক্লে কন্না হোংনখিবনি, অদুবু অমদুনা কনমন্না থামখিবদগী নাম্থাকপা ঙমখিদবনি। তংশনমক নখোয় অনিগী জুরাদা ঙমথৈ লৈতনা ফজখিবনি।"

রাশিনা নোল্লগা মানবীদা খঙৈন ইল্লি, মানা থাগৎ-লকপগী মমল খঙনা মমিং থংলকই, "অদুনা করি থোক্লে, থাদোকপা হৈতনা উফক্কুম নপুনা লৈবিদু খঙব্রো? লাইবক ফোকো, শিবা ফাওবা পুন্না চৎমিন্নৌ।"

"ঐগীনা নপ্পা নংগীনা পুনবা," মানবীনা ফৈরেংনখিদনবা হোংনৈ, 'অদুদগী মথাদি?"

মশা থজিক্তং কোমথোক্লবী রাশিনা স্বর শাংনা হোল্লগা হায়, "হুমাংনা চোংলবা খুং নাম্বোকখিদনবা মুংশিনা কন্না কন্না পায়শিল্লকই।"

নংহৌররোই মতাঙুম মানবীনা থংলি, "ওইগী পাখংচুদি নখুং পায়দনা চোংখিব্রা?"

"চরদা! কনা কনানো মরোন ফনা য়াম্না শিনখিবনি, থংলিহে নংসিমা।" রাশি মথা চংথৈ, "ঐথোয়গী পরেং মতেক্তু ফনা শাংনা পোংথাবা ওইনা চোংদনা চৎপগী তাঙ্গা অমা থোক্লরে। মহু ভাইরম্বা মুংশিনা ঐগী খুং থাদোক্লগা খুদোম্বীনা লাইরিক ইবগী মওং হায়ফেং উৎলগা মঙক ইল্লকই। করি ক্লাস তম্নে হংলিবনি খঙহুনা ঐগী খুংশা তবানিথোই উংখি। মহুদা মা য়াম্না হবাওনা উই অহুগা মাসু য়াম্না অথাপ্পা মফম অমদা লাইয়েকপা তমহুনা লৈরুবনি তাক্লকই। মা হৌজিক্তি য়ুমদা লৈরে, নোংমা ঐগী শক্তম অমা শোইদনা য়েকনি হায়না ঐবু খঙহনবগা লোয়ননা লম্বীদা থেংনববসু কৌরকউ, মরক-মরক্তা উনসি হায়নসু নিংশিংই। চিন্না ভাংথোকপা ভমদবগী অন্নাবা-চৈনা থাভহুনা মুংশিগী মাইথোং অহাংবা মথকলোমদা থম্নবা কন্না হোৎনৈ। ঐগী খুংনি কাউখিবগুম কন্না কন্না পায়শিল্লকই, রা থব হাযনিং হায়নিং লৈবগী মওংনি। নাকন্দা তপ্না লৈথোকখিবা মমিৎ অনিমক্তা পিরা না শিনগ্রবদা ঐ মঙোন্দা য়েংবা ভমদ্রে, ঐগীসু কন্না ঈহৌবকপনা কনাবুসু উবা ভমখিদবনি। মতম অহুদা মাইক্তা লাউরকই — 'লেদিজ এণ্ড জেন্টলমেন, রারী তোকপীয়ু, থাবল অসি লোইগদবা মতম কুইশিল্লকত্রে, চানবীহুনা থরাই য়াওনা চোংবীয়ু, পোল্লোয় ফজহনবীয়ু।'

লাউরকখিবহু ঐথোয়দা ওইরমদোবোই হেক নিংলুই। মুংশিগী মখুৎতু থংচিং চিংলগা চোংবা হৌনবা চাইনা লৈরম্বা শম

থোঁমজিনগে ছোংনবদা শহুম চাউরপ ঐগী ভক লৈরুবদা মুংশিংনা কা হেন্না পুথোকখ্রবা ইচাই চাইরবা শন্না খর মুংশিগী জেকেংকী কোচিদা কন্না লোতুনা লৈখ্রে। ঐ মতোন্দা চেপশিনবা নক্তুনা চুন্না চৎপা য়াদ্রে। ফিভমতু খঙবদগী মুংশিনা চোংবা লেপতুনা পল্লিবা শমশিংতু লৌথোক্লগা মখুংনা পুতুনা তুংগী শয়ক্তা ভিলহনখ্রে। মিনিট মথায় অমরোমগী থবক্লি। মাগী খুং য়েক্তা পায়রম্বা পাথং ফনা য়াম্না লাপংখ্রে। শমজিন্নবা তান্নরুবদা মতম খর চংগদবা উবদগী মুংশিনা মাঙ চিংতুনা থরাই য়াওনা চোংবা হৌরকখি। শক খঙনবা খঙনদবা অয়েংবা পুম্নমক্কী মিংশেং মুংশিদা থম্মৈ, মরমদি মাগী খোঙ-খুং অমিমক্কী তাল চাবা খুংহাই-খুংনোমদা অয়েংবশিংনা থাগংনখিবনি। ঐস্মু মাগী তুং ইনবা হোংনবা লেপখিদে।”

মানবী তপ্না তপ্না মুংদগী যুগংতুনা নোক্লকই, “মুমিংতু খোইদৌ শাঙগংখ্রব', নংগী থরাই য়াওমনবা মতৌদুদা মুপাতুদদি মশক খঙলগে খন্দুনা ঐ চোংবা তেংতুনা তুংদা লেপলুই, নখোয় মপা য়ৌবকপা ভাইবনি, অতুগদি ঢল শাইত্রম খংলেপ লেপখি। থাবল চোংবা লোইবগী চরাংনবা মবক্তুদা নখোয় ভাইতাক লেপমিন্নখিবা উই। অতুদগী মুপাতু উখিদ্রে।”

“ফনা কজনা য়েংলম্বা জাংনি” রাশি চিন্দা নোকই, মায়থোং কুপ্তে, মিকুপতুগী কায়নখিবগী অরাবনা চিংখিবনি, হায়রকই, “থাবল চোংবা লোইবগী লাউথোরকপদা ঐ ইভাও ভাওখিতুনা মুংশিগী মখুং থাদোকপা ভমখিদে, মানস্মু চেংনা পায়শিন্দুনা থমখি। অতুবু ময়াম লাংনরকপতু উবদা তপ্না তপ্না থাদোবক্লে। ঐ মতোন্দা অমুক্তং য়েংলম্নগা মুপীশিংগী লেপকম মায়কৈরোমদা চেনশিন্নরিবী লৈশাবীশিংগী তুং ইল্লে। মুংশিনা ঐবু লেপতুনা য়েংহৌরি। ইহাং হাংলবা, ইয়াং য়াংলবা খুং

পুন্থনা হন্দোমচাগী মনাক্তা লেপ্লবদা লম্মাংনরবা মীশকথুম ইঙাও ঙাওই। থাবল চোংবীনা শিন্নরম্বা করি চিরোম্লো, ঐবু অহুম হায়না পঙথহনখিবদো, লাকখিকম থঙহৌদনা ইমাগা য়ুমদা চংলক্লে।

অহিং অহু ঐ মুংশিগী মশক্তা উথিবনা তুমশিনবা য়াদনা লৈরে। কুইনা থাঙকম থঙদনা কমুঙদা ওন্দুনা লৈরবদা ঐ তেবল মথক্তগী চে-কলম লাম্মুই, ইবা হৌখি। পুন্সিগী অহানবা ইজবা মুংশি চিঠি অহুনা অঙাওবীগী চোইরোল মাল্লবমু য়াহৈশিংহু কাউদনা লৈবি।

মু'শিবা,

নংবু ঐগী থম্মোইমুংদা মতম অমুক কুইনা থম্লক্লবসিদমু খোয়রবা চিনসিনা ফোংদোক্তনা লৈক্লবগী ইরালনা ঙসি ঐনা পোংথাকম থঙদনা য়ারিবনি। নংবু নিংশিংলকপা মিকুপ্ত' লাকপা মিংলুগী ঈহৌ খিংবীনবা নংগী খুং লাম্বা নত্তনা উপায় অমা লৈররোই। ঐগীনি লৌবা পুন্নমক নংগী লোইনা ওনখ্রে হায়বসি ঙসিদি তশেং তশেংনা তাক্লবনি ; ঐসি নংগীনি।"

"য়া ! য়োই য়োই, ফজনা য়োই।" মানবী পাইথংখিগদবগুম মশা পুম্বা য়াংথংলক্তুনা বাশিগী লেংবান পায়রগা থোক থোক নোয়কই, "হায়মু, মহু করম্না, কদায়দা পীখ্রিবনো ?"

রাশি লুমথরকপা মিং উইশিন্দুনা থাঙই, কংলবা খৌরিনা অমুক্তং খৌম্নৈগা হায়, "থঙহৌদনা পাবা থোক্তনা চোংখ্রবা য়াহৈশিংহু লেম্নদি মাঙহল্লরোই, থম্মোয়মুংদা লেংদনা লৈরবা মাগী মথুং য়োঁথ্রসমু থন্দুনা চিম্না শায়বগা য়োংশিনখ্রে ?"

মানবী ঙাইহাক্তং লুকথরুরগা স্বর শাংনা হোন্দোক্তুনা হংলকখি, "অহুগী মথা য়ারীদি ?"

"তাহনবনা পেন্দ্রে, মথঙদি উহল্লগে।" য়াশি কপ্লোক্তা হায়রকই।



# মৌগীনমক

ডাক্তব অকন অঙোগী চান্নবা মরুপ্নি। শিনফম মাক্লদবনা মখোয় অনিগী অঙাং ওইরিঙৈদগী চান্নজদকপবু ময়েং থক তাহনবা ঙমদে। তোয়না উনবা নত্রবস্থ পুন্সিগী অরা-মুংঙাই শরুক য়ামিন্নবদা লেংজুম পুন্নিবনি। অমনা অমগী য়াইফবা নিংন্নবসি মপোকসিমগী য়াংম্নদস্নুনি। অঙোগী ইমুংগী থৌদোক্তা অরুন য়াওত্রবদি য়ারেপ তাবা ঙমদবগুম অরুনগী ইমুংদস্থ অঙোগী য়ানা কল্লি।

থাদোইনা তেলিফোন্দগী 'য়া অমত্তং তানসি' হায়রকপবু য়ান্না লুনা লৌহুনা অরুন ওসি নোংমাইজিং মুমিংকী থজিক্কুং কোয়া তাঙা য়েংলগা মুংথিল পোথোপ্তা চেন্নকপনি। মানা কাদা চংলকপদা অঙৌ, থাদোই অমদি তোম্বী য়া থম্মবা হৌরম্মে, মশক উবদা অহুমক্কা হয়াওবা উংলি, মুমগী মরু ওইবা মীশক থুংলবগী মুংঙাইজবা ফাওই। পংথাগী শহমদা হাই-হুম্নিবা থোঙনাউগী পর্দা পুনশিন্নিবী থাদোইনা তোম্বীদা য়েংলগা হায়রকই, "ইবেম্মা, য়াফমচু ডাক্তরদা হৌদোক্রসিদে।"

তোম্বী ফম্মদগী হৌগংলকপগা ঈরোয়নবা হায়, "হোয় ইনম্মা, হৈ মহি থজিক্তং থক্লগা ডাক্তরস্থ ঙাইহাক ইংথহনখিসি কৈদোগে।"

ত্রিক্তদগী পুংথোরকপা হৈ মহি গ্লাসতা হৈরপা ডাক্তরদা তোম্বীনা লানশিল্লি। মঙক নোমতক নোমতক য়া ঙাংবী তোম্বীগী

মাপদা হাইরিবা অপাকপা মাইদ. শাংলবা তকশমদগী মাঙ্গরক্তুনা থবাক্তা ঙাম্লিবা কেয়েং কুনমরিগী লিককাং, পুমহৈগী পাম্বোম মাবী খুজেং অমিদা খুজি পোপচাওবী, নামীগা শম্লবা শমজিগী কিশি মরী অমদি খোংজোমনুবীগুম চঙংননা উরবা খুংশাশিংগী খুদোপশিং উরগা মশা পুম্বা সনানা যোম্নে হাম্নবম্ন মায়বনি। অরুন হৈ মহি তম্না তম্না থক্লপা মাগী সনা মরামহু শেল ওংহোক্তুনা পারুই, অছুগা পুক্লিংদা মাহং অমম্ন নৈনরি — ‘চয়ে চম্না কজবী, কেয়ে কেনা মথোইবী তোম্বীনা মমাঙদা অম্নুক মাম্না লৈতেংগী পোং শিজিন্নবা অমুক্তম্ন উথিদ্রি; ঙসিগীদি মরোল অমদি শোইদনা লৈরমগনি।’

মামক্কী তেম্বানগুম্লবা চিমবানবু শীংনতুনা কজবা ভাম্নরিবা হৈয়াই অমুনবগা পাংথক ওইরবা থজাই অনিনা তোম্বীগী চহি লোংলি। অম্নুকী লিক্লাদগী হেম্না লম্রবা মিং অনিনা ওংলপ ওংলপ য়েংলকপদা থাদোইনা মচনগী শক ঙন্দা চাউথোকচে. মাবু শীংথাবা ওইনা পকশিন্দুনা নিংশিংথি, “তামো, ঐথোয় তোম্বীনা পুথংলকপা মাকমনি. কুইরবনি মানা হৌদোরকপসি, ঙসিদি নৈনরদি হায়হুনা তামোবু কৌজবনি।”

থাদোইগী লেপঙাঙদা লৈতাম্বমী মঙং উহুনা মুংঙাইজম্রবা অংঙৌ মথুংনা মমাম্নদা মাম্ন-নাম্নগা কৌশিম্নি. “কম্নরোদনা নংম্ন।”

থাদোইনা তোম্বীগী ময়া নক্লা কম্নবদা মথোয় মহিগী সভাহু ভম্মাই তম্মাই মায়ে'ক্লরে। ডাক্তব অরুন অঙৌদগী হৌনা মথং মথং য়েংলগা হায়রকথি. “কয়া মাম্না লুবা মাকমো থাদোই? বুদ্ধিকা মাম্না চংনগদৌরি জাংলো?”

অঙৌনা খুম্বা হৌই, “লায়না লুবা মৌ থিবগী মানিদা।”

“করম্বগীনো?” অরুন শেংনা থঙনিংবনি।

থাদোইনা খুমথি, “অহলগীনি তামো, মচা মুংশিগীদি।”

তোম্বী মাঙগী রাকম ফুগৎপা হোৎনহুনা য়াওশিল্লি, “ডাক্তর, ঐখোয় তামো-ইনম্মদা ঐনা হৌদোকচবদি কুইরমলি, অডাং অহল মুংশিস্নি য়ুম পালহনসি হায়বসি ; অদুবু য়াবা কৌবা লৈখিদ্রব। হৌজিক চহি হায়গৎলক্লবসিদদি তুংগী রা য়ায়া খল্লক্লবা মাল্লে।”

অতৌ তোম্বীগী রা ওকুনা শন্দোক্লা হায়নবা হোৎনরকই, “ঐখোয়স্মু খন্দবদি নত্তে, মানা ইতুক তুকখনা লৈবা উরগা মুংঙাইত্রিবনি। অদুবু লাকদৌরিবা মৌ অহুনা খিং খিং লাওবা মতৌদা কৎথোকপা অমদি পেম্ফোকপগী খৌনা লোয়নহুনা হয়াও-হয়াও লৈররবদি মফবা, অদু নত্তহুনা মুংশুক মুংজানবগী মতৌ খজিক্কং উৎলকপদা ঐখোয়গী অরাবসি শরুক অনিদা কাগদৌরিদো।”

থাদোইনা শম্রখৈ, “অঙাংগী ফিভমসিদা ঐখোয়না কনাগী মচা মশুবু মৌ ওইজগে হায়রুদৌরি ; মীনা তথি তথি হায়রকত্রা হায়বস্মু কিরিবনি। অপাম্বা অনিংবা কয়া লৈরবস্মু করম্না করি হায়রগা ফোংদোক্লবা শুমগনি, লাইবক্লা অা য়োৗনা খৌরবসিদা ইকাইবস্মু নংলবদি হিংনিংখিগত্রা ?”

ডাক্তরগী মথুং অনি খবাক্তা কারন চল্লম্বদগী খংখা থাদরগা ওকখি, “হে, হে ! অহুগী ওইরে। মুংশি য়ুম পাল হনগদবনি। ঐ মাগী চহিবু কাউরুরে, নত্তে, কুনমঙাদি শুরম্রগনি। মতম চারে, য়াবে য়াবে, চপ চারে।”

“কুনমঙা হেল্লবনি, তৌবগীবুদি থেঙনা লুহোংবগী চৎনবীসি পাক্তক্লনা য়ানরবনি, মীয়াম্না পাম্নরবা।” থাদোইনা হায়।

ডাক্তর মশাগী রাহু শোগৎনবা হোৎনৈ, “থেংনা লুহোংবগী অফবা লৈ, কাম্নবহু মশাগীতা নত্তে, লৈবাক্কী অমস্মুং মীয়ামগীনি। অদুবু ইচা মুংশিগীদমক্তি ঙল্লিমখৈ ফবনি। ইশু উনিং-শেম্নিংবগী

লম্রাংন ঐথোয়দা রাথল অসিনা নম্লরিবসি? ঐথোয়না পাঙ্গল লৈরিবৈ, চেন-চোংবা ভম্লিবৈদা ইশুগী থোনা মতীঙ থোক্কনিংই, কাংম্লিংবনি। রাথল-পাঙ্গলনা শাম্লক্লবদা হৈনিংবা পুম্নমক তথ্বাইদা হৃম্বখ্রগদবনি।"

তোম্বীনা মবুং-মনম্মদা য়েংহুনা লৈ, ডাক্তরগী হায়নিংবা লোইদ্রি হায়বা চিনবান অনিগী লাপ্পবনা তাক্লি। ডাক্তর চংথৈ, "ধর্ম্ম থরনা য়ুম্বানদনবগী পাউতাক নী। মহুগী মঙুংদা খৃষ্টান ধর্ম্মস্থ যাওরি। বাইবলদা হায়— 'য়ুম্বান্দবনা খাইদগী কৈ, অহুবু মৈচাক অহু থাঙবদা রাগদবা লৈরবদি য়ুম্বানবস্থ কায়দে।' হিন্দুগী মিংয়েংদি য়ুম্বানবনা ধর্ম্মগী মপুংনি। ইসলামগীদি মী ওইনা পোক্লবদি য়ুম্বানগদবনি হায়বসিনি।"

তোম্বীস্থ ডাক্তরগী রাফম শোগৎলকই, "মসিদা নাম্মা শোইরবশিংগী রাফমস্থ য়াওরবনি। পুবান ইতিহাসনা শাক্ষি পীবি, মিংতাংবা ধৃষ্ট্ররাম্রনা মুপী অংথোইবী গন্ধারীগা পান্নথি; চায়াম পোক্কুনা খুংকন-পাঙ্গনবা নিংথৌ ওইহুনা পানখি। থোঙতেকপা তৈমুরনা রানী কয়াগী মপু ওইহুনা ভারতবর্ষদা মতীঙ উৎনবা হোৎনখি। রাফম অমনা, মীওইবা ঐথোয়সি অতোপ্পগী মতেং লৌদবা য়াদবা মতাং য়াম্না লৈ; অঙাং ওইরিবৈ, নারক য়েক্লকপদা অমদি অহল ওইহুনা পাঙ্গল লৈরক্কুবা মতম। মরিল তেংবা সেবাদি থরাই অমদি ঈগী মরিদা লৈবনি, অতোপ্পশিংগীদি তাং থর অহুম য়াওবগদবনি। খুংশিগীদমক থম্লুরগা তামো-ইনম্মনা তুংদা মিং উইশিনবা ভমদবা হায়বহুদি থোকহনগনুসি।"

মুন্না তারম্বা অডৌ ডাক্তররোমদা ওনশিল্লকই, "রাফম-সিমদি ঐথোয় য়ানরে অহুবু ডাক্তরদগী ঐথোয়না মুন্না থঙনিংবা থরদি ··· ···· ···।"

থাদোইস্সু মবক্তা য়েঙ্গী, "তামো, মতাং অসিগীনি ঐখোয়না কৌজবা।"

"ঐ ভাব ভারে," অরুনস্সু হায়গে নিংলম্বনি, "মহু মেদিকেল সাইন্সকী রানি। লোম্বোক্তবা হায়বসি মপা-মপুদগী লোনরকপা অশোয়বা নত্রগা লায়না অমা নত্তে। মীয়োল্লিভেদা শোয়খিবা লাইবক থীবগী থোদোক অমনি। মঙোন্দগী অশোয়বত্থ লায়না ওইনা মচা-মশুশিংদা শন্দোকখিগদবস্ম লৈতে।"

"অদুবু ময়াম্না চিংনবদি লৈবিবা।" থাদোইনা থংলি।

"নো নো, থাদোই, নো।" ডাক্তবনা নাখৈ শেংনা ভাব্রবা হোৎনখি, "মসি থাবা নাল্লাদা চেন্নগদবা কবিস্সু লৈতবনি। সাধাবন মীওই চুম্বা মমা-মপানা মবোল থোক্তবা মচা পোকপা যাওনবগুম লোম্বোক্তবা মুপা-মুপীনদি মচা লোম্বোক্তবা শুকপোক-মক পোক্লোই হায়বদি লানগনি। অদুবু ঐগী রাফম সিমদি চুম্নবনি, কুপ্পা থিজিনবদা লোম্বোক্তবা মুপা নত্রগা মুপীনা যুম্বান্দুনা পোকপা অঙাংশিং চামদা চামা শোয়দে, হেন্নত্থুম বুদ্ধি-লৌশিং থোবা, মীওই ফবা অঙাং ভাক্তা ওই। লাপ্পা যেংলুম্নু, লৈকাই-থুল, মনিপুবগী কাংলুপ কয়াগী মনুংদা উগনি।"

অতোপ্পা কাদগী লাকপা তেলিফোনগী ক্রিং ক্রিং মখোলনা ডাক্তবব্ রা ভাংবা লেপহল্লে, হায়নিংবদি লৈরি। অঙৌ হৌগংতুনা চৎখি। রা থর ভাংনকরপা হল্লক্তুনা ডাক্তবদা হায়বৈ, "যুমদগীনি, অঙাংশিংগী পাউনি, য়াম্না থুনা লাকহল্লি ই।"

"অদুদি তোম্বী, থাদোই, ঐ অমুক য়ৌথ্রগে।" ডাক্তরনা হৌগংপগা অঙৌগী মখুং পায়দুনা মেল্লকই, "ইচাগীদমক অফবা মৌ অমা য়েংদবা য়াদে। ঐ থঙই, ইচাদা অতৈ অশোয়বা অমত্তা লৈতে। বুদ্ধি থৌই। থঙবা থুই, মশা কৈ। মীমুংসি চেল্লি। অসি মঙায়। অফবা ইশু শোয়দনা ফংগনি। লোম্বোক্তবগী রাসিদি

ঐখোয় মীওইবসি অহৌবদদি লোল ভাংনরম্বা নত্তে, খুৎ-শাগী ইঙ্গিত্তা পাল্লকপনি। ঐগী য়াদি থবক থুনা চংশিনসি। ঐ চংলে।"

ডাক্তরবু খোঙ্গান কাওবা খিন্দোকলুরগা হান্নগী মফমদা ফমথরবা অঙোনা শোল্লি, "ডাক্তরগী থবক হায়রবসি অশেংবা ঈশ্বরগী সেবামক্তি, নোংমাইজিং ছুটি অসি কাওবা ঙাইহাক্তং মিনিট তরা ফানা পোৎথাবা ফংজদবনি।"

মিনিট অনি অহুম ফস্রি হায়রবা কাউবমথৈ মাগী, মাগী য়াখন্দা লুপতুনা তুমিন তুমিন লৈরম্বদগী তোম্বীনা অচিকপা তাম্ভোরকখি, "হৌজিকসু ইনম্মগী চিংনবীবা লৈবীরিব্রা? মীপুম খুদিংমক্না হান্নদগী অহুম হায়নবকপনি, মুংশি লুহোংবদা অকায়বা করিগুম্বা লৈবোই। থবকসি পাংথোক্লুবা চংশিনবদা ঐদি লেপখ্রবনি, ঙসিদগীবু হৌরুবিবসিনি। অদুগা অমনা, য়াফমসি মুংশিদসু তাকপদি কমদৌবা?"

"ঙাইখো ঙাইখো, ইমাই পেম্মা, হৃষেং শোয়রগা য়েংবা ঙম্লাই।" থাদোই মখুৎ হাই।

"কবিগী শোইকনি হয়্যগে।" তোম্বী লায়খোক্না খুমখি।

তোম্বীনা মচিন শেমতক ঙাঙখিবহুদা ঙসি মানা চৎলুবগী অফবা পাউ অমা পুরক্লম্বা যায থন্দুনা কুপ্পা যেংবী থাদোইনা থোদোক্লুবা হোৎনৈ, "লৈগেকা হায়বা যাওবক্লুব্রনে?"

'থঙাদ্রেদা ইনম্মনা হন্থমনখ্রবসিদা।" তোম্বীনা মাগী পাউ ফুমতুনা থয়গা থাদোইগী অশোনবা লংথোকখিনবা হোৎনবা তোক্কে, "ঐখোয়গা থবক তৌমিন্নবী থোবালদগী মুপী অমগী মবুংহু মুংশিগুম্বনি, ঙাংবা ঙমজদবা। মচাশিংহুদি মীওই ফর ফরবা ঙাক্তা; অমনা ইঞ্জিনিযর, মথৎনা সেন্ত্রেল সার্বিসতা মপান্দা লৈ অহুগা অতোম্বহুনা পুলিস ওফিসর। মুপাহুবু তে স্থনা লোনবদি লাইরদনা মীনা কল্লক্কে।"

হন্দক্তি থাদোইস্নু য়ানিংবা উৎলি, "অহুগীবুদি ইনক হেক নক্কা ঐস্নু অমা উরে। অরাংলোমগী মৌ শখিসি রাংথৈদগীনি। মমাহু মরোল থোক্তে। মাগুম্বা মৌ লৈকাইসিদা য়াওরিব্রা? শক্তা, লৌশিংদা, থবক্তা। মনাওশিংহুস্নু মঙোন্দগী হেনবা লাই মচাগুম্বা ঙাক্তনি।"

"অহুনি ইনম্মা ঐথোয়গীস্নু ঈশ্বরনা ফনা তমজরমগনি, মনিপুরসি মুপী য়াম্না লেম্নি হায়নরিপোৎনিদা।" তোম্বীনা নোকপদা থাদোইস্নু য়াওখি।

সোফ'দা মথোঙ অনি তিংথোক্রগা ফৈনা ফম্রিবা অঙৌ নোকফেং তৌবগা মনম-মচনগী রাবীদা য়াওশিল্লকই, "তহা তহাবদি য়ারোই। থিকেনম্বনা থা লাম্বা ফংদনদগী কাবকপা মাহিংস্নু য়েংবা ঙ্গুংঙ'ইত্তবনি। অহুবু ঐথে'যনা য়েংগদবদি লৌশিং লৈনী; মরমদি অঙাংগী লৌশি মম'দগী থব হেন্না ত্তানগদৌবি।"

রায়ীনা ঙমখিহুনা মপান্দা নোং থিকখি হায়বা থঙনখিদে। নোংপোক চীংয়া নক্কা থল্লকপা চুমথংগী ফজবা পোঙনাউদগী যেংনা য়েংনা অঙৌ কন্তুক-ন্নমতক হায়, "নত্তে, তোম্বী ইবেম্ম', নংনা চৎলুবগী পাউহু অহুম লোংতুনা পুখ্রগোরা, নচৌ অহুক বম্না ফেংলুবপবু?"

"তামো পাউসি মমল থর কাহল্লিবনি।" তোম্বী নোকই।

"হোয়নে ঐস্নু পাউত্ত ফবমগদবা মানবনা য়াম্ন তানিংলিবা।" অঙৌ তোম্বীদ' য়েংহুনা লৈবিবনি।

তোম্বীনা থাদোইদা ওনশিনখি, "অঙাহুগী মশক্তি উরকত্রি। মমাম্নবীহু ঐথোয় আসোমগী মরি-মতা অমগী অঙাংনি, মানা ঐঙোন্দা য়াম্না চেকশিন্না ইঙ্গিৎ থর উৎসকপদগী লম্বী থজিক্তং ফাৎনবা হোৎনরুবনি। গা গা তৌকবা য়াবস্নু নত্তবনা লৈকাই অহুদা মরুপ অমগী মচা লুহোংবগী পোংপাং পীবা শাহুনা অঙাং

অহুগা চিক্লা অমুক্তং ঙাংনথোকে হোংনরব্বনি অহুবু চৎখোকখি হায়হুনা উনবদি ফংলকত্রে। ঐগা লোয়নরবী অচেৎপী মরূপহুনা মাগী পুক্নিংগী ন্না পুন্নমক থঙবগুম তোই ; কুপ্পা ন্নান্নী শারকই।"

থাদোই ঙাইঙমদনা হংই,

"য়ানিংই হায়ব্রো ? অহল লমন্দি গুনা লৈরি হায়ব্রা ?"

তোম্বী চৎথে, "মাগী মরমদা হংবা য়াবা হংলে। য়ানিংবগী ন্নানি। মমা-মপা লৈরি। মাম্মা অহল ওইকন্নু নত্রি। মবুং অমগা মখোয় অঙাং অনিতনি। মবুং অহুনদি মঙোন্দা আশা কয়া থম্লিবা ফাংনিদা ; লাইরিক লাইগু য়াম্মা হৈহন্দুনা শরাইবী অমা ওইহন্লিংলিবা। মাদনা তোপ তোম্বা ন্নাখলগী চক্র অমদা উংলিবনি হায়। অহুবু মাগী লোনচৎ শাজং, লৌশিং-লৌমান, পুকচেল-খোইজেল অমদি থৌগু-থৌচংকী মরমদা য়াম্মা শীঙথারকই। মানবু ভোগে থনথ্রবদি চপ মুংবীনি, হায়থ্রগনা পং ভৎপা।"

"অহুগী লিংজেলহুমক্নি ঐনা পাম্বন্নু।" অঙোৌ মথুৎনা সোফাদা বুব বুষ ন্নৈরগা থংলকপনি "মশক্তি ?"

"থাবা, থম্নানমীচাক লিশিং লিশিংগী মরক্তা পুমখোই খোইনা ঙানবহু।" তোম্বী মশানা উরক্লবগুম থাজহন্দুনা তমই।

অঙোৌ থংলাউ লাউরকই, "ভালো ! মশকু উরক্লম্নবদি পুর্নিমাগী থানিবু হায়রমগনিসে।"

থাদোইনা ফাথৈ, "শকী ন্নাসি থমথিসিদা, হুকান্দন্নু খোকই হায়নৈ। মীয়োনদি লৈবা ফংদে, পুকচেল তম্বদা থোক্কে। অনিসিগীনি ঐখোয়না মৌ লাক্লমদাইদা শিধা থিম্নরিবসি, হৈক্লক কাবন্নু য়াওনরিবনি।"

অঙোৌ ফিজিনা মমিৎ অনি তপ্পা শেংদোক্লগা হায়, "ঙাইখোদা নখোয়বু, ফজবা হায়বসি লুহোংবগী কৈথেল্দা খ্বাইদগী মমল হন্নবা পোৎশক্নি, শকন্নু লায়দে, লুবনি। নিংথিবী, খোইদাজবী

মমৌথু মাও থাহন্দুনা মীয়ামদা মেন্নবদা মনেম ওইবীশিংনা পেনজ-মুংভাইজবন্থ নখোয়মু ফংনিংলমগনিদা। মৌ মশিং য়াম্নগনবস্থ নত্তবা। মনাও মুপাহুগী হায়রা মনিপুরদা লৈহক্লোইকা হায়বদাইনে, মকমস্থ খঙদ্রিবঁদা।"

"ইমাই পেন্মা ভাংজরিবা হায়বহুনি, মাগুম্বনা ঐবু থাদোকপা ভুম্পোং নত্তেদা।" থাদোইনা ফজনা মচা করথি।

"ভাইথো মাগীহু তোকখিসি," অঙৌ তোম্বীদা য়েংলকই, "মরমস্থ ওকপা, মশকস্থ ফজবা, অদুদি ঐথোয়গী ভাক ভায়বেনে, মমিংদি করি কৌই হায় ?"

"রাশি।" তোম্বীনা ভাকই, "শাপৈনা নোংমাইপেম।"

"বাশি! রাশি হায়বা ?" অঙৌগী মঙক তোম্বী য়েনা শাংদোরকখি।

তোম্বী ইঙক ঙক্না য়েংলকই, "তামো, অঙাংহু মশক খঙবীব্রো?"

অঙৌনা খুমদ্রিবঁদা থাদোক্তস্থ চোংশিল্লকই, "নহাক্নগী অঙাংদুরনে ? নোংমা লাই য়েকহনবা লাক্লম্বদো ?"

"হোয়নে হোয়নে।" অঙৌ মম্মিং লংখংপা হন্দ্রি, মুপী মচা অত্তুনা কবম্মা মুংশিদা লৈপে খনখ্রিবনো, কদাইদা খঙমক্রত্তমা; মত্তুদি ভয়্রকপ্রা ?"

তোম্বীনা খুমই, "তামো মহু শিকখিমুসি, মানা মুম্মা থম্লগা লেপখিবা ওইরমাগ্লে।"

"ভাইথোনে অঙা শা নখোযবু।" অঙৌগী খোল খজিক্লং হাবগংলকই, "মহুনিনে ঐখোযনা মুম্মা হংনগদবা, নৈমগদবা। ভসিনা অমা হায় হয়েংনা অমা খুম তৌবী জাংভু ওইরম্লবদি কহা মাঙ খুজাই কায় তাবোইদ্রো ? ইকাইবা ময়াম অমা নমদা খোল্লম্রবদি ভুংদা নিংভম্রদবনা পুক থন্দুনা লৈহৌরোইদ্রো; মুম্মা থিহৌ-হংহৌদবা য়াদরনি।"

তোম্বী শমজিন্নবা কন্না হোৎনৈ, "চুমই তামোগী রাকমচু, অহুবু অঙাংচুগা ঐগা মায়োক্নচুনা রারী শান্নত্রিবনিনা পুমথন হেক খল্লুবা মতাং চাফাংত্রি।"

অঙৌ মমায় মথকলোমদা থাঙ্গৎতুনা খাম্বা ঙম্মোইদবগী মওংদা শোন্দুনা লৈ, "অঙাংচু ফজবনি, মুংশিবনি, ঐনা ইচা ইমৌকা ওইজরবদি খনথিবচুনি। ঐ থাজবা ঙমত্রি। অঙাংচু লেম্বনি, মমিং মনা শিংবনি, তপচবনি, ইচা-ইমৌকা ওইজরবদি খনথিবচুনি।"

অঙৌগী মন্তোচু য়েংলগা মনম-মচন নোক নোক্তুনা থংনবা কাদা চংখি; খাদোই ময়ুমদা হনগদবগী শেম শাবনি।

ফজববু পামদবা কনাম্ব লৈরোই। নিংথিবা ফজবা পোৎশক্তা তাইবংগী মিৎ থমনিংই। শংবান্নবা অতিয়া, মশক মওং কয়া শেমচুনা পাইবা লৈচিল, চুমথাং, অহিংগী থা-থরাম্মীচাক, অরাংবা চীংজাও, ঈমায় চোল্লবা পাং-তুবেল, তেনরা রাহোংগী শঙ্গু, লৈশক লৈচু কয়া শাৎলবা লৈকোল অমদি মহে মরোং চুম্বা লোবুক্নী ফজবনা তাইবং মীতুইবগী থম্মোইবু মথুং খৎতুনা কৌশিল্লকপগুম চিংশিল্লি অতুগা অপেনবা কৌবা খুদোল অমা তম্রগা থাদোবকই। মখোয়গা নিংয়েংগী রাংমা লান্না লাপ্নত্রবম্ব পীরম্বা খুদোল পোং অচুনা পুক্লিং-থম্মোইবু তেকখৎহল্লি। অচুবু তাইবং মীগী ফজবা শক্রম উরুরবদি কল্লক মীংশেবা কৌবা পোৎশক অমা শিন্নরমচুনা রাখলবু পোৎথাহন্দে, থম্মোইসুংদা মৈরি অমা চুরমই, মচুদা চাকখংলকপগী মৈঙান অচুনি শাবি-শানৌশিংনা য়েংনিংলিবা। মরম অচুনা রাতেম্নকপদা, শাবি-শান্নৌশিংনা মমিং কুপ্তুনা থিনরিবসি ফজবনি।

ফজবা শক্নী মরমদা অমুম খল্লুরগা অঙৌ মচল তোম্বীনা লৈশারিঙৈ মতমগী রাচু নিংশিংলকই। মানা মচলগীদমক তৌরুবা

নাপলদু মমৈদা অশাওবা ওল্লকখিবনি। চম্নদবী নিঙোলশিংগীদমক মমা-মপা ওইবশিংনা য়াজবগুম মুম্নরকপীশিংগীদমকসু মৈশা লাংলিবনি। লাইওইগ্রবা মমা মপা অনিনা মচা তোম্বীগীদমক মতম অদুদা কম্নাদা য়ানা মীয়া মীশা থাওখিবা, মখোয়গী মুংশা খিবা মতৌদু য়েংহৈদে। অদুগা মবুং অমনা ফংখিবা মুরুবা, শাওনিংবা, ইকাইবা 'ময়ামদু হৌজিক ফাওবা অতোগী কোক্তা লৈরি। থোৎ-নৌবা, মুংশিবা অমদি নোঙ্গবগী হায়ক্ত-য়াহৈদগী হৌরগা অয়াকপা, অথাবা অমসুং তুকচ্চবা য়াহৈ খোনফম কয়ানা অতৌগী নাকোং ফুনখি। নিংখিবা শুম্ফৎপা লৈতেং কয়াদগী হৌরগা ঙকি-তুজুংবা পোকহনবা থাও-তা য়াওনা অহল ওইরবা মমা-মপা অনিগী নাদা তাহনখি, মিংতা উহনখি। মায়কৈ কয়াদগী ফুজিল্লকপা পাউনা নাকোং থল্লে, লাকখিবা মীনা ইমুং ফুল্লে। পাথং মশা মশানা নোম্নরবসু য়াওই, থরনা কৈরোয় লৈকাইগী অহল-লমনশিংগী থুংথাংদা। মদু তোম্বীদগী খোকপনি; মানা অরেপ্পা মীশক অমত্তং পীরম্লবদি য়া অদুক য়াম্নল্লোইদবনি। 'অহলশিংনা ফবদা ফরে' হায়বা তোম্বীগী চিম্না থোঙ লাওনা হাংবগুম থোক্তুনা পাথং কয়ানা আশা কোকথোং পুরগা খোঙজিন্দা লেপ্লবৈ। ময়ামদুগী মরক্তা অতৌগী চান্নবা মরুপ থরসু য়াওথোকখ্রে। চাউনা নিংবা কাইখিবা মীশক্তা মাগী খ্বাইদগী চান্নজবা মরুপ ডাক্তর অকন। অপওবদু ইকাই থাওদা মরুপ মপাংগী লক-পক য়েংলিঙৈদা নাম্থোকখিবা। মথুম পাল্লু পাল্লু হায়নরকপা ইমুংগী য়াশিংবু থৌওইদনা নাম্থোক্তুনা লাকপদা হৌজিক চহি য়াথৈ শুবক্লবা মতম অসিদতা থওনরক্লবা — মানা তোম্বীবু কয়া য়াম্না মুংশিখি হায়বদু। ওসিদি, অঙাংলা অহল্লা থওদবা মরুপকী পূন্সি মবেন্দা অতৌ মুংনাংদবা ওমদে। মসি ফজবী অমনা থম্মোই অমদা য়ৈথিবা চৈথেংনি।

অসুম ভাইহাক খল্লুবা রাখন্দু নমশিল্লগা অঙৌনা কৌথোকখি, "থাদোই, তোম্বীচু খৌবাং লোইরবদি অমুক্তং নখোয় অনিমক লাকখো।"

তোম্বীনা মাঙ খংহুনা মনম্-মচন অঙৌগী মাঙদা লেপ্লে। অঙৌনা অমুকস্মু নৌহৌনা নিংশিংলকই, "ঐখোয়না খন্নগদবসি অহানবদা মাগী পুক্লিংনা লেপ্পগী চাং, মখংদা ইমুংগী অহল-লমনশিংগী রাকম, অহুমশুবদা মরি-মতা অমদি কৈরোয় লৈকাই। মশানা লেপ্লবস্মু অহল-লমন, ইমুংগী মীশিংনা খিংলবদি অরুবা লৈ। অহুগা অমুকস্মু কৈবোয়-লৈকাইগী পুকখিনথোলস্মু অচৌবা রাকায় ওইহনবা ঙম্বনি। মরম অহুনা রাকম অসি লোঞ্চা লোম্মুপ্পনা চংশিনবা চুমদে। মতম চংজসস্মু মীশক শুনা নোঞ্চহৌসি; ফনেক ফিবান তৎনা, খুকউ কুবোন হুনা, রানা খিরুবা মৌদি য়ুমডাকপী ওইবনি।"

"ভাইবীখোদা, ওস্থে'ক্লস্মু কোখবীগ্রে," থাদোইনা য়ানিংদনা খংখি, "অহলশিংনা য়াব্রবদি ?"

"তোক্লেদনা।" অঙৌনা ইয়াং য়াংনা হায়দোকখি, তৌবতবু মুংদদি খোইবাংলিবনি।

থাদোই য়ানিংদনা মাঙলোমদা খোঙকাপ অমা কাখৎলগা তোম্বীবোমদা ওনশিল্লি, "অসিবু যাবিত্রনে, রানি হায়দবু। মৌ খিবগী লোলসিদি 'খুৎ চম্লু, কোম্মা খন্নৌ' অসিনা মফরে হায়-নবিবনি। অর্জুন্না শুভাত্রা লাকলুই, কৃষ্ণনা রুকমীনি। তুংদা শাগৈশি চু মুংশি-চান্নবনা পৎ তৎনৈ। লক্ষীসিদা নক্ষ্গী তোংজবসি থাইনা য়েলহৌভৈগী রাবী ময়ামসিনা অমুক চাউনা তাক্লিবসিনি।"

"সনমুক্তগী নিংবদি থুংখি অহুবু লৈবাক অনি মাঙনবগী মরূদি হুনখিবগী বাস্মু অহুমক ইতিহাসতা থেংনরমগনি।" অঙৌনা য়েংলি।

*তোম্বী শিৎবমথৈ নোক্লগা হায়, “হন্দকী মোসি মৈরোইগী হেন্নেন. চিত্তোরগী পল্লীনী য়োরকদৌরিনা।”*

অংঙৌ মপানদোমদা নোং হাংখিবা মতুংগী হাইদোরকপা মুংশাদা য়েংলগা তোম্বীদা হংলকই, “মথংদি করি হুমিংতা উননবা য়োংনগে খল্লি?”

“খুৎ অনিনা হুকপগী খুরৌ তামোনা হৌজিক্তা তাকপীগ্রি. ঐ তাঙ্গা য়েংজখিগে।” তোম্বী ডাংনা ডাংনা মপান থোকপা হৌই।

থোঙ্গাল মৌনা থিন্দোরকপা মবুং-মনম্মা অনিনা তোম্বীদা পাউমেনবা লেপখিদে।

# ৭

## লোক্তাক্পা শাক্তি

রাশিনা কলেজ চংপা-হল্লকপগী লম্বী অমদগী থক হোংদে। মানা কলেজদগী হল্লকপদা মরক মরক মুংশি লম্বীদা থেংনৈ। উনবা মফমদা মথোয় অনি য়েংনৈ অহুবু লেপমিন্নহুনা তাংন-শান্নবদি কৈদৌঙৈদস্নু ত্তৌথিদ্রি। মথোয়অনি শকথঙনৈ হায়বা কনানস্নু থঙলম্লোই। রাশিনা লোয়নরকপী মমান্নবীশিংবু খঙহল্লিংদবা লৈবদগী শরুক য়ান্না হেন্না মুংশিনা লোৎনিংই। মিংচানবা অমদি তুংদা য়েংনহৌই হাযবা খঙনখিবা মরোলনা মুংদা মতম শাংনা শাংনা তন্নবা পাউনা মথোয অনিমকপু পেলহনবনি। মুংশিগী রাথলনা নোংমগী শিন্থা, মথৌদা য়ৈথায়বা পীড্রবস্নু তৎতনা নিংশিংবা অমনা রাশিগী থম্মোই মনিং তন্না লৈবমক্তি ঙমদে। মতোন্দা মুংশিগী রাথন্দগী হোরকপা ঈপোমসি সমুদ্রগী জোয়ারগুম্বনি, তোর্ব্বান থুম্না হায়গৎলকনি অহুগা অমুক হন্থখিহুনা ইকং কংহৌই; মতম অহুদনি মানা থাঙঙমদনা চাক্লিবা।

ঙরাং মুমিদাংয়াইদগী মুংশিগীদমক থল্লুবা রাথলগী পরেং অমনা অস্রম অস্রুম শাংদোরক্তুনা রাশিবু পোংথাহনখিল্রে। মহৌশা চংপা লম্বীহুদা ঙরাং প্রাক্তিকেলদা নাইতোম তাহৌবদগী মথন্তা কলেজদগী হল্লকপদা মানা থল্লকখিবা রাথন্দু পঙনা থোক্লোই খঙলবস্নু লাইরবা মীবু শেনফু থুনবগী য়াগনা ঙাইহাক্তং

ওইরবস্নু মুংঙাইহনবগুম্বনি। তোয়না কিস্থরবা আশাগী চেকপল মথক্তা য়াম্না হৈ-শিংনা চেকশিন্না মশাবু ঙাকশেন্দুনা লাকপদা লম্বী নাকন্দা মশা-মরেং ফম্না হৌবা গুলমোহোরগী উরুমদা মুংশি মথন্তা ফমহুনা লৈবযা উরুরে। মুংশি মঙোন্দা ঙাইরম্বগুম য়েংলকই, নোকমি নোকমি হৌগংলকই, করিগুম্বা রা থর হায়নিংবগী মওংনি। রাশি মথল্লা লাকপগী থুদোং চাবা মাঙহল্লিং-দবগী লাংতক্লবা হৌরে। তুং-মাঙ অমুক্তং য়েংলপা সাইকলদগী কুমথহুনা চংশিল্লক্লিবা মুংশিবু ঙাইহুনা লেপখি। মুংশি য়াম্না নক্লা চংশিল্লকপদি তৌদে, লম অহুমলোম লাপ্পা লেপ্লগা হংলকই, কলেজ চৎলুব্রা হায়বনি। মহুভনি মানা হংপদবগী ঙাইরম্লিবা, থাজগুম ইংলবা মায়থোং উনিংবগীনি লম্বীহুদা ভৎতনা চৎখিবা, অমুবা লৈচিলগী মপৈগুম্লবা শম্লাংহু য়েংনিংবগীনি চোকথবা থঙদনা লৈবকপা অমদি অরুবা ঈশিংনা ঈমায় চোল্লবা পাংকুম্লবা মিংপু মিংচাননি·বগীনি গুলমোহোর মথোঙদা ফম্লকপা। হৌজিক মহাক কবি মথা হায়গনি, নোম্বহুনা লৈগ্রে। রাশি ভাঙ্গা মাঙহল্লরাই মতাগুম মথোয় অনিগী থঙনবা লোন্দা থুজিল্লকখি, "হয়েংদি ছুটিনি. ঐ কলেজ চৎলোই, কোয়বা থোক্লকনি। নং সাইকল অনগা পুং তারেং তাবা মতমদা মফম অসিদা লৈরম্মু। নথন্থা লাকদবনি, শোয়গনু।"

মুংশি মঙক নোম্মী থুই, হরাওনা শোয়রোয় থঙহল্লকখি। মমল য়াম্রবা মনা ফংবদা মুংঙাইবনা ইথক থক্কৎহল্লবা মীশক্‌ম মুংশি রাশিনা ময়ুম পা না সাইকল থোহুনা চংখিবা য়েংহুনা লৈহৌই।

রাশি য়ুম য়ৌরকপগা মফি মরোল হোংদোক্লগা অহংবা ঈশিংগী গ্লাস অমত্তং থক্কুনা হিপফমদা শং তিংথোকই। থগ্নানগী মুংশানা মপান্দা জীবশিংবু কিহল্লবস্নু মথক্তা লৈবা মাগী কা মফুংদি

পংথাগী মুংশিংনা য়াম্না থুনমক ইংথহল্লে। মখুং ওইনা লামহুনা খোঙনাউ হাংদোক্লগা মচিন্দা মখোন্দি খোক্তনা মরোল থর পারকখি। মাগী থম্মোইগী লকাদা মুংশিগী মিংকী কলম্না ময়েক থর ইবকখিবহু মরোল শেংনা খঙনবা হন্না হন্না পারুবনি। রাশি ভিল য়োংথরগা থরাই রাবা মীনোক অমা লোম্না নোক্তুনা মচিন্দা শোল্লি,

—'হয়েংসি শোইদনা উনবা তারবা, অহুগা ঐখোয় অনি চংপা।' অস্নুম অস্নুম থষ্টে, তৌকগদবা থবকশিং মমিংনা শং-শঙ উই।

কলেজদা রাশিগা য়াম্না চান্নজবী ক্লাসকী মরুপ অমদি আনন্দীনি, সেকমাইক্রিন্দগী। রাশিনা মাগী ময়ুমদা কোয়রুদবা মতম শাংলে। আনন্দীনা কোয়রক্লবা হায়রকপসি কুইববনি। কৃষ্ণ জন্ম কোয়বগী থুদোংচ'বা লৌহুনা মরুপ অমগা লাকনি হায়না ঙবা দি আনন্দীদা চেংনা শিন্নরম্বনি। মখোয়গী ঙায়োকফমগী শঙদা ঙা ফাহুনা চাবা অমদি নাপল রাংনা চাংজো নাইথিব্রবা লে'ক্তাক পাংপু কল্লক পেন্না য়েংবনচিংবগী থৌরম পরেং অমা য়াংলম্বনি। তংশংনা মানা লোয়নগে থল্লুবদি মানবীগনি, মহুতা ঙাইহুনা লৈবিবী মানবীদা হাযকবদা শোইদনা হরাও হরাও য়ারকদবনি; অহুবু কলেজদগী হল্লকপা লম্বীদা রাশিনা মাগা লোযনগদবা মীশক হোংথিবনি, তাঞ্জাবু লুনা থনবা ঙমগ্রে।

'মসিবু ফজরিব্রা ?' মুংদা লৈরম্বদগী বাশিগী চিন্দগী থোকখি, 'ঐ অয়োনবা শাজং হৌরবা কো।' অস্নুম অমুক্লা লুথনা অমুক্লা থেন্না থলম্বদগী লৌখিবা রারেপ শোগংগ্রে — 'কয়া ফজদে হায়রবা মথৈদি য়ারে অহুবু অমোংপা র'থল পক্তবনা চিংনফম অমদি ইকাইরুফমদি লৈতে।'

অহিং চুপ্পা রাথল তৌহুনা রানা ঙাইথিবা অয়ুক্তু লাক্রে। থাউ মমুংদা অপাকপা চে, কলম, পেন্সিল অমদি অচা-অথক থর

অকাউবা লৈতনা হাপ্পা লোইরবদা রাশি সাইকল ইথোরকই। ইমুংগী মীশিনা মানবীথোয়দা কোরবা চংপনি লোনবদগী থর হেন্না মমানা মঙোন্দা থাজবা থম্মখিবত্থু রাশি খঙই, ছুটি মুমিং ফাওবা পোংথাদনা মমান্নবীশিংদগী পাবা শিনবা চংলি অসিনি। লৈশ্ফে য়াওদবা মচাগী লমচংতা মমানা চাওথোকচখিবনি। চেকলমগী মতেং লৌতুনা উৎ চাইরম্বদি নত্তে, তশেংনা শিজিন্নবা পুরিবনি, অতুবু মা ঙসি অয়োনবদা থোঙ থাংলক্লি।

রাশিনা মুংশিবু অচিকপা মী-পোং অমত্তা লৈতবা মফমদা উননিংই, মতুগী থোরাংদা মাবু পুগে থনখিবনি। মুংশিনবা পাখং লৈশাবীশিংদা ফাওবকপা অনিংবা অপান্বতুবা হায়বগী পাউখুমদি মানা থুমনিংলম্রোই অতুবু থোরাংবা অমনদি কন্না ইনশিন্নকপনি হায়বসিমদি চুন্নবনি।

থৈতুনা লাক্লবনি থন্না সাইকল থোবকখিবী রাশি গুল-মোহোর পাম্বী মপা ফৌবকপদা মুংশি সাইকলগা লোয়ননা ভাইরম্বগী মঙংদা লেপতুনা লৈবা উরে। হেক উনবদা মথোয় অনি পিং লাউনৈ, মমিৎ-মনা ইথক থক্কৎনৈ। পন্থবা তৌদনা অনৌবা ঈচেল অমা শেমতুনা অচৌবা সরক ইন্না নোংচুপ মায়কৈ পাংলকখি। জিবি জ্রিরি থোতুনা মাঙ চিংলিবী রাশিদা মুংশিনা চংলিবা থবক্কী মবম-মফম হংদে, মথন্তা থঙজনবদি কোক্তা কন্না নৈনবি। রাশিস্থু করি উপায়না করম্না থঙহনসিগে থল্লিবনি।

মুংশিনা থল্লি —'ঐগীসি মঙদি ওইরম্লোইকো ঐনা মাবু মুংশি পামই হায়বসি মানা থঙলম্ফম থোক্লে। ঐগী তোঙবা মতৌসিদা মীম্নুংশি পোক্তুনা, ইতৌ য়েংঙমদবদগী ভাইহাক হরাওতনগে থনবা জাংলা নত্রগ ইচম-চম্না মরুপ-মপাং অমা ওইনা লোয়নবা পামতুনা ঐগী হেন্জিনবা রাথল অসি থাদোকহন্নবা কবিগুম্বা রা থর হায়নিংবদগী ঐবু পুরিব্রা? ঐনা মাবু মুংশিবগুম

মানস্থ ঐবু মুংশি হায়রক্রবদি ঐনা করি মথা হায়গদৌরিবা, ঐগী ইতিক লৈতে। ইচম চম্মা মরুপ ওইনা তিন্নসি হায়রকত্রা হায়বগী অমুক অম্নক য়াম্না য়ান্নীবসিনা করিগীনো? কান্নদবদা আশা পংতো তৌরুবগী ওইরকপা য়াবা অন্নাবত্থ থলহৌবস্থ চুমই। মানা ঐবু য়েংথিদে, তুকচ্চদে হায়বসিদা পেন্থোকপনা ফৈ। ঐনা মাবু মুংশিবসি মাঙহনথা, লংথোকপা, কাউথোকপা নত্রগা মফম হোংবা কৈদৌঙৈদস্থ য়াববোই। মাদি ঐগী থস্মোয়মুংদা লৈরকথিবা কুইরে, পূন্সিসিমগীস্থ অম্নম লৈরগনি। অত্থবু ঐ তুমিন লৈফম থোকই।'

বাশিস্থ থল্লি —'ঐনা মাবু অম্নক য়াম্না মুংশিরুরিবসি করিগীনো? পূসিসিমা মাগীদমক লেপতুনা লৈরগনি হায়বসি থঙহল্লসিরা? মত্থগী মতম থর রাৎথিগনি। ঐনা মাবু মুংশি হ'যব'সি মাস্থ থঙলবনিনা তুমিন লৈথিবনা ফগনি।'

রা মচেৎ অমত্তা ঙাংনদনা থঙনদবা মী অনিগী মতৌগুম মথোয় অনি তুমিন তুমিন থৌরকপনা রাবগাই লমথাই কৈথেল যৌবে। মত্থ য়েংবদা কয়াদা মুংশিথ্রবা, মনিপুরগী মথা থংবা মায়কৈগী মুপীশিংগীতা ওইবা কৈথেল অসিনা মশীং থিঙমত্রবা ইমুং কয়াগী চাথুমগী মথেল পীবিবনি। শু-নোম্বদা চোকথবা থঙত্রবী ইম! ইন্দোনশিংগী পুনফমনি, মত্থনা মথোয় অনিগী সাইকলগী থোঙজল থজিক্রুং হস্থহল্লুরবা তুংদা মুংশিগী থঙনিংবা কোক্লুবা রাশিনা তাক্লকথি, "ঐথোয়না চংলিবসি ঐগা লেংগা মান্নবী চান্নবী মরুপ অমগী মুমদনি। মথোয়গীদা চাক চারগা পাৎ য়েংগদৌরিবনি।"

মুংশি ঙক্লক তৌনা নোক্লকই। লাপ্পা লাকপগী অমদি শকথঙদবা মী উনরুগনি হায়বগী ইকাইবা শকফম থর উংলবস্থ মাগা লোয়নবগী মুংঙাইজবা অমদি মুংশিদা য়াওরি হায়বা রাশিনা উই।

সেকমাইজিন য়েৌশিল্লক্লে, থোং লাল্লগা মথা পাংনা থর থৌথরগা রাশি থোঙ্গাল অমদা চুমত্রিং চংলকখি ; মুংশিমু নক্সা মতুং ইল্লি। রাশিগী লেংগা ওইবী লৈশাবী অমা শুমাঙ মতোন কাওবা চেম্থোক্লকুনা হরাওনা লাওবকই, "হিংচাবী, ঙস্তানা লাকনি হায়বগা, ঙাইবদা শিরে।"

"ইস, কয়াম হেক থেংত্রদা ? ইমাথোয়দি ?" রাশিনা চুম্নবা হোংবৈ।

"ঙা কাগৎকদবা লৈ হায়তুনা ঙস্তা চংথ্রে," মমিংনা মুংশিদা যেংলগা নোকফেং তৌতুনা য়ুম্বু লৈশাবীনা খুম্নকপনি। রাম্না ইকাইবা থাঙতুনা সাইকলদা শোতুনা লেপ্লিবা মুংশিদা অমুকম্মু হাইফেং যেংলগা চিংনরপ নোকই, রাশিগী নাকোং মমাদা লোম্না হায়, "অসিনা ?"

"আনন্দী নংসিমা, ঐখোয় মরুপ্নি কৈদোরগে ?" মথা অমুক তারক্তুনবা রাশিনা থুজিল্লকই, "ভামোসি রা ঙাংদবনি, হায়বদি মরোল থোক্তবনি। ঙরাং ঐনা ঐখোয় অনি লাকনি হাযবম্নহু কনাগা ওইবমদৌ মাল্লুই ? ঙাইথো, হৌজিকপু কয়ামুক থেংথ্রগে ?"

"থেঙববুদি থেঙদ্রিবা, লাক্লরোইদ্রা হায়বগী থরাই রারুবহু।" আনন্দী ঙাংনা ঙাংনা মুংশিদা য়েংই, মুংঙাইতবনা মমিৎ তুকথখি।

নৌনা উনবী লৈশাবীনা মাগীদমক মুংঙাইতবনা শকফম ওনখিবহু উবদা মুংশি ইকাইজে অতুবু মতুগী মমি অমত্তা উৎতনা লৈশাবীগী রাথল য়াংথোকহম্নবা নোকুনা ভাল্লকখি, "নখোয় অনিসি নশক চপ মান্নে।"

মথোয় অহুম ওনশিন্নহুনা নোকমিন্নরে।

"চংঙকথো ইমুংদা," আনন্দীনা সাইকল থাঙ্গৎলগা রাশিবু কৌরকই, "ঙ্কি হোংদোকখিসি।"

"অমুম চৎখ্রসিদা, আদা হোংলুরসি। ইমাখোয়নদি ঙাংলোইকো?" রাশি থরাই থজিক্কং রাবা উৎলি।

"হাৎচরকনি।" আনন্দী মপাও হুমই, থংগাও শাওগংলি, "ঐ:থোয় ইমা-ইপাহু নংখোয়গীগুমদে, মখোঙ মহা চাদবনি।"

মওোন্দা রাশিনা য়েংলকপহু সাইকল মাঙ্গোন্দা থাঙ্গৎলমসি হায়রিবনি মুংশি থওই, থাঙ্গৎখ্রে। আনন্দীনা মুম শো লোনবা লোইবগা রাশিদা থাউ অনা পী, মপানা অ:চোবা অমা পায়হুনা মাঙ থারকই।

ইম্ফাল তুরেলগী তোর্বান লম্বীদা থা পাংনা কিলোমিটর মথায় অমরোম চংলগা মায় নোংচুপ ওন্দুনা অপিকপা লম্বী অমদা অমুক ইল্লে। নৌনা থোন্দুনা শেম্বা লম্বীহু মতং মতংমু ঈশিং থুম্লে। মুংশি খোঙটপ লোংখোক্লগা খোঙগ্রাউ থেকংলি, লৈশাবী অনিমু ফেনাং লোংখোক্লগা থাউদা হাপ্তুনা অনানবা লম্বীদা চংপা হৌবকই। থব চংলগা লম্বী তংখ্রে, হায়বদি ঈশিংনা পুম্না থুমখ্রে। মক্ষম অত্তুদগী লাপ্পা পাংয়ায়দা উবা শঙ অমদা আনন্দীনা থুংদাম্বী থিন্দুনা তাকই, "আসিদনি।"

মরক মরক্তা হুপ, কম্বোং অমদি থম্নাগী অশংবা শরুক থর উবা নত্তনা অপাকপা মিংশেলগুম ইরং লংনা উরবা ঈশিংনা কোয়শিল্লবা মক্ষম অত্তুদগী আনন্দীনা কম্ম' কম্মা কৌই, "ইমা, ইম!"

শঙমুংদগী আনন্দী মমা-মপা অনিমক অচৌবা তিনগী লুবাক অমমম থাংদোরক্তুনা হি অমগী মমুংদা হাপথিবা উই। মখোয় অনি হি হোন্দুনা চংশিল্লক্লে। মখোয়না লেপ্লিবা মক্ষম নপ্পা হি থাম্লরে। মপানা মথং মথং থাংথরকপা তিন লুবাকশিং য়াম্না লুম্না উই, মমুংদা ঙা য়াওরি হায়বা অহুম থওই। মমানা হিমুংদগী কাথংলকপগা রাশিদা য়াম্না মুংশিনা কৌরকই, "ইবেম্মা রাশি, নংখোয় য়ৌরক্লে। য়েংউদো ইবেম্মা, ইমাখোয়না

হিংলিবসি অসিনিদো। ইচাশিং লাকপদা কম্মিন্নবা কাওবা ফংলোইদৌরিবনি। নখোয় বাবাগা ঐখোয় অনি ঙাশিংসি কৈথেন্দা পুখংমুখিংগে। লল্লোনবী লাকনি হায়রতুনা হাপাদা খম্বা ঙসি নিনি শুরে। কৈদৌগুরবনো মখোয়গুম্ লাকখিদ্রে, ঙাদি শোকচিল্লক্লে। ঐখোয় ভঙাই কত্রবনি, কোন্না অমুক উনরসিকো।"

মপানম্ম হায়খে, "থোঙখোংদা লল্লোনবী থেংনববদি ঐখোয় তন্না হল্লকনি। অহুবু নোংদম নাইদে, চাক্তি নখোয়গীতা অতুম হোৎনবো।"

অহল অনি তহা-তহাই, পম্বা য়াদবগী মঙংদা তিন লুবাক অময়ম মকোক্ত খোঙ্গংতুনা চংখি। আনন্দী নৌ পায়থংতুনা হিন্নুংদা লেপখ্রে। নৌবু ঈশিং মথাদা খিস্নতুনা হি কাতুন। থম্লগা কৌবকই, "তপ্পা কাথংলকউ।"

রাশিগী পৃষ্ঠিদা অহানবা হিন্নুং চংবনি। মানা কাথংপা হি ফেং ফেং হাইরকপদা কিবনা কিং কমথে, হিবান অনিদা মখুং য়েং ওই অনিমক্না চেংনা পাযকই। অচৌবা হি নত্তে, মখোয় অহুম তোংবদা মপোং ফাবগুম তৌই, মুংশিন্ন তপ্পা কময়খরগা বাশিগী মিপাইবা য়েংতুনা নোকখি। 'কৈন্ম তৌবোঈ শেংগম্ন' হায়বগা আনন্দী হি হোনবা হৌবে। বাশি অথাপ্পদা মিংকম চোইকুবা ঙমদে, হিনা লেংলকপা খুদিংদা শ্বাই শ্বাই লাওবনা মমিং ঈথক থকই

শঙ মযা যৌবগা রাশিনা হুন্না লৈমাযদা চোংথংখ্রে। লৌ পরী মঙাবোমগী অকোয়বদা অচৌবা পল থোন্দুনা শেম্বা ঙায়োক পুম্রি অতুমক য়েংবদা পাং মচা অমনি, অতুগা শঙ শারিবা পুঙ অতুনা ঈথং অমগী মশক্লি। ঈপাম্বাগী মতমদা পল অমদি পুঙ অনিমক য়েংবদা খুংশেম্নি করম্না হায়গনি; থোল্লুবা ঙম্বগী ওইথোকপা উদে। হি তোংলুবগী কোক ঙাওখিবনা রাশি অকোয়বগী দৃষ্টদা

মিংয়েং খপ্পা ভমদরি অহুবু লুংশিদি মায়কৈ খুদিং ওঙ্গুনা লৈনা লৈনা য়েংবা হৌত্রে।

শঙসুংদা চংখিবী আনন্দীনা কৌশিল্লকই, "রাশি, কি হোংদোক্রসি; তামোস্নু খুদৈ হোংদোকহনসিরা?"

রাশি মাগী থাউগা লোয়ননা ইমুংদা চংখি। খুদৈ অমা পাযত্নুনা খোবক্নুনা লুংশিদা য়েংহনবদা মঙক হাইরকই। মা অমুক চংত্রে। রাশি মযুমগী শেংলকপা অতিয়া মচুগী সলবার স্যুট হোংদোকই, ফনেক অমস্যুং ফুরিংনা শিল্লে। মহুস্যু চোঙা মরুম মচুগী স্যুট হাযফেং তাই। চেংলবা খ্বাংদা ফনেক্লা চেৎনা লাকপা অমদি তপ নপ্পা মোরে ফুরিৎ অহুনা রাশিগী শাবান নাথৈ শেংনা উহল্লি। আনন্দীদি ফনেক ফিদোন চিংখৎহুনা ফুরিৎকী মহুং গমশা অমনা শিল্লগা খোবকই, রাশিদা য়েংলগা হাযবৈ, "করি ঙা চাসিগে?"

"ইযা হেক য়ায়।" রাশিনা থোইনা খল্লুদনা খুমখি, "অহুবু ঐখোয়না চানিংবা ঙা হেক্তা ফাবা ঙমগত্রনে?"

আনন্দী অবায়বা খবক্তি উৎহুনা নোকই, "শেম্বদা য়ারোয়দৌবা ঙাক্রা ওইনা তৌরসি, শোইবুমদি কাউরমদেকো?"

"নংনা হায়রববু কাউই হৌয়রব্রা, থাউদা য়াওখিবনি।" রাশি খঙনিংলি, "ঙাক্রাস্যু য়োকপ্রনে?"

আনন্দী অমুকস্যু নোকই, "ঙা মচা থাদবদা ঙাক্রা য়াওদে, অহুবু কদোমদগীনো হেক্তা চংলকই। য়াম্না লৈবদি নত্তে। ঐখোয় বাজিনা খ্বাইদগী পামজবা ঙানি, অহুনা ইন্দা মরক মরক লাকপশিংহু তোঙানবা হাপাদা থম্লি।"

মপান্দা থম্বা বালটিন পায়রগা আনন্দীনা ঙা ফারুনবা মাও চিংহুনা চৎলি।

ওায়োক পুষ্ত্রিগী কাচিন্দা শেয়া হাপা তপ্পা তপ্পা চিংথৎতুনা আনন্দীনা ওাক্রো ওামন মণ্ডা ফারগা বালটিন্দা হাপতুনা পুরক্লে। শওগী অরাংদা থাত্রাং হৌবা নোবাব পাম্বী অনিগী মরুম থুপ্পা থাবা রাগী থারাদা ঈরুম্ববা লোইংগ্রে, চাথুমগী থৌরাংনি। ইমুংদা মফি হোংলিবী আনন্দীগী মনাক নক্লা চংশিন্দুনা রাশিনা হায়জবগুম নিংশিংলুই, "ওসিসি ঐ মপুং ফানা অতিথি ওইদৌরিনিকো, নথস্তা থাদোকই হায়তুনা শাওরকপকা য়ারোই।"

"চৎথোক্লো, কনানা হায়রিবা ? চংলকপা য়ারোই, চাক লোইবগা কৌরককে। পাং য়েংগেরা, চীং য়েংগেরা, অতিয়া য়েংগেরা, কনানো য়েংগেবা, সে থিস্তা মপান্দা নৈবীরুবো।" আনন্দীনা তাম্থোরকই।

রাশি চিনবান্দগী হৌবগা মমিং ফাওগা শিম্বুংনা মথোন্দি থোক্লনা নোক্লগা মাগী থাউ পায়ত্নুনা মপান থোরক্লে।

খুংশেমগী ঈথৎ মচা অদুগী ওমথৈ চাওদে। অকোয়বদগী ল্যাকপা ঈশিংগী ঈপোম্না মুংশি হৈরমত্রবদি ইরাই লাইনা থুগাইবা ওম্নমগদবোই নিংই। থারোমদি শওগী ফক্লাংগা ঈশিংগা শোক্লরবগুম্বনি, নোংচুপ্তনা পললা কোয়শিনবা পুখ্রি। অরাং অমম্বুং নোংপোকলোমদা থোওকাপ তরা তরারোমগী লম থাক্লি। রাই নম্না তৈরবা শুমাও মচাগী ময়ারদা মনা পুংবা তুলসি পাম্বী অমা থায়, মহুগী ময়াদা ঈশিং নক্লা বতল ক্রুস অমা রাংথৎলকুনবা মতোন ককপ্রে, মথোওদা হিগী থৌরীপুল্লি। অরাংদা থারা ময়াদা হৌবা নোবাব পাম্বী অনিহু মহৈনা মরু রাম্না লুক্লে মনা উদবা মথৈ পাল্লি হায়বদা কায়দে। থারাগী মতোন্দা থমচেং ওল্লকপা থম্বালগী নৈনাশিং মচু ওম্না তাওরি। থম্না মরক্তা লোং লোংতুনা ফাওগংলকপা পোম্লিবা থম্বালশিংহু শাংপা কিবগী মতৌনি। থম্না থম্বাপনা কল্লিবা লমহু চাওদে, কৈদোম মণ্ডাগুম্বতনি।

মতুনা অউবশিংদা ভাক্লিবদি, থম্বাল পামজবা মীনা চহি থরগী মমাঙদা থাখিবা ওইয়রগনি।

নোবাব পাম্বীদা ভাতুনা কল্লিবা মুংশি উরুমগী অইংবদা পেনবা ঙমদবনা ফুরিংকী কুদাম হাংদোক্তুনা থবাক্তা মুংশিং ঋহল্লি। মনাক নক্লা চংশিল্লতুনা রাশি কয়ে। মানা ঙক্তক য়েংলুবদা লোক্তাককুম লুরবা রাশিগী মিং অনিনসু মঙোন্দা য়েংতুনা লৈরমখি। রাশিগী পাররা চিনবান কেং কেং চিংলি। শাম্ভোকলবা থম্বালগী মচু মানবা থজাই অনিবু কুপ্পবা হোৎনরকপা শমজোইশিং মুংশিংকী শাহুম্না পুথোকখিদনবা খুবাম থম্না চেৎনা পায়রগা নাতোন ময়াদা পুশিল্লকই। মতুনা মাগী মায়খোংতু অমুবা লৈচিল মরুমদা লোৎপা থাজগা পাংথক ওইহনখ্রে। মথোয় অনি রা করিমত্তা ভাংনদনা তুমিন তুমিন লৈনবনা মকম অতুদা থুংশেমগী অচিকপা অমসু লৈরে।

থামম্বা অহিংদা অভিয়াদা থোকপা থরাম্নীচাকশিংগী শক্লোন লৌরিবা ঈমায়গী থরোশিংনা মুংশিংকী ঈপোমদা হাই-হুমতুনা শান্নবগী কজবদা মাগী থোনা চোংথোরক্তুনা রাশিনা মুংশিদা মতুবু য়েংনববা খুদোম্বীনা মপা চানা খিল্লকই। মতু য়েংলগা মুংশিনসু য়েলি মরক্ত। লৈনা লৈনা ভায়রিবা লম ভানুশিংনা লাইরেন মথেক্তী কজবা শেম্বরু য়েংনবা হায়বকখি। মরক মরক মখি-কোংনা শিংলকপা মুংশিংকী শহুম্না কা হেন্না হুমদোকখিবা রাশিগী শমদোল্লা মুংশিগী লাইবক্তী হুমাং নাম্বোকলুরে। থাবল চোংবদা জেকেৎকী কুদামদা লৌথিবা শম্নাশিংতু মশক থঙহৌবগুম মুংশিনা মুন্না মুন্না য়েংই। অতুবু রাশিনা মতুদা থৌশাদনা মাগী থাউদগী অথাবা চে থর, কলম অমদি পেন্সিল থরগা লৌথোক্তুনা মুংশিগী পুক্লিং চিংশিন্নবা হোৎনরকই ; নোংমা থাবল চোংকমদা হায়খিবতু নিংশিংহনবনি। নিংশিংলক্লবা মাল্লি, মুংশি মথোল থজিক্তং থোক্লা নোক্লকই ; মানা ফেন্না থরাই য়াওবা উংখ্রে।

রাশি মশাগী ফজবদা চাওনা থাজ্জৈ, নাপল লৈজবীনি। অত্থমকপু করম্বা মীনা মশাগী শক্তম্বু মুম্না থঙবগে ? রাশিনা মশাগী কোক্তা থঙনিংই, নাতা য়েংনিংই, তুংয়ান উনিংই অমদি মপুং-মরেপকী চপ চাবা শাবান পুথোক্লিংই। ঈশিংদা নত্রগা মিংশেলদা তাবা মম্বিদা পেঙ্গদে, অতৈ মপানগী তাইবংগা তোংনদ্রুনা শেম্বা মমি অত্থ অমুক্তং উনিংলকথি। থৌরাংবা অসিনা ইনশিল্লক্কুনা মুংশিবু মনিং তম্না মাগী শক্তম অমা য়েকহনগে থন্দুনা মফম অসিদা মাবু পুরকখ্রিবনি। অস্থুম্না অচিকপা মফমদা উননিংবগী ঈহৌ মথোয় অনিমকী থম্মোইদা মতম মাম্না হৌরকথিবনি, হায়দোক্লদবা তাঙ্গা অত্থ ভাইদ্রুনা লাক্লবনি। অত্থবু রাফম অমনা রাশিবু কম্না লক্করি — মুংশি নত্তবা কনাগুম্বা অতোপ্পা অফাওব লাইয়েকপা মী অমনা মাগী শক্তম য়েক্কে হায়রবদি মা য়াবা ওনগদ্রা ? গুকওম ওয়োই অদুদি মানা পাম্লিবসিগী অশেংবদি করি ওইফম থোক্লি ?

মুংশিনা চেগা পেন্সিলগা লৌরগা অথাম্পগী চীংজ্জাও পরেং যেকপা হৌই। চিরুশিংনা থুন্দাবা কৈনৌ মনিংগী চীংজ্জাওদগী হৌরগা মার, পাইতে অমস্তুং থাদোশিংগী চীংশাং মথং মথং য়েক্লকপনা মুমিংকা নক্লনা শাগাং চীং লৈহল্লে। চীংম্নাং পরেংদা হোবা উশিংগী মথক্তা পাইবা লৈচিল মপৈ মপৈগী মচুম্নু তোঙান তোঙান তাহল্লি। মত্থগী মথংদা মুংশিনা থা-বাংদা তিংথোক্কুনা হিম্লগুম উবা লোক্তাক পাং য়েকখ্রে। পাংকী মনুংদা থাঙ্গ অমস্তুং কবাংগী ঈথং মফম চানা লৈহল্লগা অতাওবা ফুমথক্তা শাবা পিক্তক শিক্তক উবা য়ুম মচাশিং, করি করিগুম্বা মফমদা মুংশিং য়াল্লবা হুপ-কম্বোং, হিদা ইন শোল্লিবী মুপীশিং, অমত্তা চিংথদে হায়বা য়ায়। মুংশি য়েকপা থাদোকত্রি, পাংকী অহাংবা মপা অমদা মথক্তগী পাইথরকপা লম ভান্নু শত্থ অমা য়েকপা লোইবগা

পাইথংলকপা থরম্ন্ য়াওহল্লে। ময়ামতু য়েকপদা মতম তেম্না লৌথি, লোইরবগী মওংদা মুংশিনা য়েংলকপগা রাশিনা লৌগ্রে, মুনখিবগুম থুখিবনি। রাশিনা য়েংবদা মথোয়গী মাওঙদা উরিবা লোক্তাক চে অতুগী মঙ্গুংদা লৈরে। মুংশিগী মুংদা চেল্লিবা হৈ-শিংবতু উরগা রাশি পুমওক ওকই, তপ্পা থুপচিল্লগা মাগী থাউ মঙ্গুংদা হাপখ্রে। হৌজিক রাশি য়াম্না চীং-লেম্না মুংশিদা য়েংলগা মাবু য়েক্লো হায়রক্লে। মাগী ইকাইবা উরগা মুংশি মুং-পান ফাওনা মোমোন নোক্তুনা মুপা মচা মান্না রাশিগী মথুং পায়তুনা চিংথংলগা লেপহল্লে। থুং ওইনা নোবাব মশা অমদা পায়হন্দুনা চেপ্তুক লেপ্লবা মাগী পাম্বোম অনি পায়তুনা ফিভম শেম্লম্লগা মুংশি হন্দোকখ্রে। শঙগী য়েনথাদা ওাতুনা লৈবা তিন-লুবাক অমা থাংলগা বতল ক্রস মথোওদা থমলুই। অতুগা মকমতুদা মশাম্ন্ ফমথখ্রে। মরি লোন্দুনা তিংথোক্লকপা য়াম্না পাকপা অথাবা চে তিন লুবাক মথক্তা মথুং ওইনা নম্লগা মুংশিবা পুম্বনা তিল্লবা মিংয়েং অমা রাশিগী মশা পুম্বা শিন্দুনা মুংশিনা থাবকই। রাশি খাই-খাই লাওই, মুংশিদা হন্দুনা য়েংবা ওমদে, থন্না মথক্তা তোংবা থম্ব্রাংচাক য়েংতুনা লৈ। মুংশি হৌগংতুনা লাক্লগা রাশিগী মশা পায়তুনা অমুকম্ন্ হন্না ফিরেপ চুম্না লেপহল্লে। রাশি মিতুপ তিও তিও চোংই, তু চুংই, মমিং উইশিন্নিংই অমদি করি তৌগদৌরি থঙলক্তে। মুংশি বতল ক্রস মথোওদা অমুক হন্না ফম্লবগা য়েংখিবদা মানা পাম্বা ফিভম অতুমক থোক্লবদা মকম থঙহৌদনা নোকফেং তৌখিবী বাশিগী শক্তম অতুমক তানবা অঙৌবা চেদা অমুবা লৈই চিংবা হৌরকই।

মুংশি য়েকপদা পুক্লিং য়াম্না চংখি। তোয়না য়েংলকত্রবম্ন্ রাশিগী হকচাং কায়াংকী তোঙান তোঙানবা শরক্তা অমুকমুক

মাঙ্গী মিং অনিনা কাওজ্জনা চংথিবগুম ভোই। রাশি পিং পিং লাওবা হন্দে, ইকাইবগী চৈনা খাৎবা লোইদে। ফিজেং-ফিজোম্না ফনা মাম্না খল্লবস্থ লাইয়েকপা সুংশি মনিং তম্না য়েকপ্রে। থোংনা নৌবা উরবা পাক্তক তোবা কোক, শাংলবা ওকশম, চংথরকপদা কল্লপ তোবা লেংজুম, মক্কদগী হাইথখ্রিবা মতাং তাম্নবা উতংগুম্বা পান্থোম অসি, লম কল্লবা অচোনবা শংবাইগুম্লবা থবাকী অরাংবা অসি; চেংলবা খ্বাংদা লোংকম থিরিবা থোইদো, কল্লবা নিংতুদগী হাইথখিবদা মকা থোকপ্রবা লম্বুগুম পুংম্নান চারবা থোঙ অনি অমম্নুং মরাম অসিবু তাইবংগী মিংয়েংদগী অমুক্তং লোংতুনা থমংগে হোৎনরিবা থোংনাং বতকী মরাগুম শাংলবা রাই-রাইনা লেঙ হাইরিবা শম্নাং কুপথনা য়েংলুব্রবস্থ সুংশিনা উথিকল্লা হান্জোকখ্রবনি। সুংশিনা য়েকপা লোইবগী মওং উৎলকপগা রাশি-ইকাইবা হন্দোক্লবা কিং কমথে। মাম্না শাংনা লৌথিবা মতম নত্তে, সুমিংনা কোক্তোন্দা মোরকপা তমত্রি। শঙসুংদগী থোরকপা য়েঙ্খাংগী মনম্না মথোমবু পুকী অমাম্বা কিংশিংহনবদি হৌরবে।

মরক মরক্তা চেংগী-খুজুম হৈদোকপা, মরোম-মপাং হেকপা থোরকথিবী আনন্দীনা অমনা নোবাব মথোঙদা অমনা বতল ক্রস মকমদা লাম্বী কল্লমবতু উই; হন্দক অমুক থোরকপদস্থ ফিভম অঙ্কুমক হোংলঅদবদা হংনিংবা অমগা লোয়ননা নোক্তুনা লাউরকই, "কৈদৌরগে ? খংনপ্ত্ররো ?"

'কম্না ফুনখ্রে।" রাশিস্থ নোক্তুনা খুম্নকথি, 'য়েঙ্খাং মনমসিনা থাম্লনত্রবদি শিনরম্বস্থ থঙদে, চাক চারগা শাওবা কনব্রা য়েংলসি।"

"রাহৌতু থওনিংগ্রেদা। অরাম্বদি অশাওবনি, অশাওবদি অঙাওবনি, অতু ওইরবদি অঙাওবতু অরাম্বনি। কমদা অরাম্বনো হায়মি ? চাক্লা নত্রগা হায়নবীতুরা ?" আনন্দী তাংনা তাংনা ইযুংদা শিথ-রাম্বমথৈ নোকখি।

রাশি মীনা চিংথংপগুম ফুক হৌগংতুনা হোংচিল্লকই, থোক্তজিন্দা লেপতুনা লাউশিল্লে, "ময়মম্থু নংনা ওইনা হংবীরম্নো, নকশিন-তাইশিন্নবগী লাইরাদি তগ্গীরম্বা তাবা।"

আনন্দী নোকপগী মমি লৈরি, তিংনা হায়, "অদুদি লোক্তাক্তা হায়গদবা। মশাইগোনসিগী রারীশিংদু নিংশিংব্রো? কোম্নু, তোম্নু, থোইবী; মখোয় কয়'নো মানা তগ্গীথিবা। মঙোন্দবু হায়রক্লবদি শোয়য়রোই, নকশিন্নবা-থুংনবা তাকপীগনি অদুগা কায়নবম্নু খঙহনগনি।"

"কায়নববু করিগী তমজ্জে হায়বগে, মদুদা থবাই য়াওগদবসি কনানো?" রাশিনা কোংলি।

"মদুম্নু মঙোন্দা হংউ, ভসিদা ইনৌ নৌনা মিং চল্লবম্নু য়াওবম্বা য়ারি।" আনন্দীনা মত্তেক্লা য়াল্লগা শমজ্জিনথি, "তামোগী অরাম্বদু চাক্কীবা য়েংলসি কৌশিল্লক্লো।"

আনন্দীগী রাগী মমৈদা কস্তুক-কস্থানবা অমা য়াওরি, হায়নিংবা মনিং থুংদ্রি হায়বা রাশি থঙই; য়েংনকরগা মাগী অশোনবা উৎপা ওইনা থোকথিগদ্রা থল্লুবগা মুংশিগী নাক্তা লাকই। মুংশিগী থুংতগী অয়েকপা লাই লৌরগা মুম্না য়েংলুই, মশাগী শক্তমনি থঙলবম্নু থেম্নবা অমদি উরে, মাগী মথুং ইরোম লোমই অদুবু লাই মুপীদি থুজ্জি মবাং কায়না শিরি। মাগী মশক অদুক য়াম্না ফজ্জরমগনি থাজদে, কুইনা য়েংবা ভমদ্রবদা থুপচিন্দুনা থাউদা হাপল্লে।

মুংশিনা পুথম অমদা অদুগা আনন্দী অমম্নুং রাশিনা অতোপ্পা পুথম অমদা পুম্না কমছুনা মথোয় অহুম ফুঙ্গা য়োংশুবী শানা কোয়শিন্দুনা কয়ে, চাবা হৌরে। অমনা অমবু থয় হেম্না পীজনিংবনা লামশিন্নদুনা মহি তোংনৈ, অদুক হাওবা য়েঙ্গাংদি করিগুম্বদম্নু চানথিজ্রি হায়বা অহুম্মক্লা থনথিবনি।

চাক চাবা তোকুনা কোল-লিক ফেংদোকপা লোইবগা মুংশিনা কল্লিবা নোবাব মখোঙদা লৈশাবী অনিস্থু পুল্লরে। থমজেংকী মথক্তা তোংবা অশংবা ঙারাকপীদা মুংশি য়েংলি, রাশিনা মুংশিংকী চৈথেংদা অশাংপা থরো থম্বালশিংগী লৈনাশিং চোইনা ঈমায়দা কেল্লকপা উবদা থম্মোই শোক্লি অহুগা আনন্দীদি মখোয় অনিমঃ হুনা হুনা য়েংখি। মকপ অনি হনবগী মতম য়ৌরক্লগনি নিংশিং-লকপগা আনন্দী হৌগংতুনা হায়রকই, "মতোন লোয়া কারুত্রবদি চীংগী ফজবা থঙদবক্তম হি তোংতুনা মযায় যৌকদ্রবদি পাংকী নিংখিবা শক্তম উত্রিবনি। লাপ্পা উরিবা পাংয়ায়গী ফজবসি মফম আসিমক যৌরগনা হেম্না পুক্লিং হুরম্বনি। রাশি নং কিগন্থু, হিসি থর হোন্দোক্লুনা কোযকখিসি।"

মুংশিনা আদন্দীগী মবোল থঙনিংতুনা বাশিদা য়েংই। বাশিনা আনন্দীগী অপাম্বা তাক্লকপদা মুংশি য়াম্না হরাওনা হৌগংলকই। মী অনিগী মত হুনবা ত'রবদা রাশি য়ানিংদবা কম্না উংপা ঙমদরে, তপ্না হৌপংলক্লে।

মুংশিনা মাঙদা, রাশিনা ময়'য়দা হিবান অনি পায়হুনা থল ঙাক্লবা হো'ংনরিবা হি তুংদা ফম্বী আনন্দীনা য়'ম্না তপ্না কোজো-বকই। থবক অতুদা অনন্দীগী য়াম্না হৈ-শিংবা অমা লোইনরি, মুংশি থঙই। অহানবদা মায়ওন ত্তিমবম্বনি অহুবু হিনা লম চাময়োম হোন্দো'কুনা য়েলি-থরো হৌদবা অগাংবা মফম অমা যৌরকপদা মুংশি তগ' তপ্না লৈশিল্লকুনা রাশিগা মায়োক্লরে; আনন্দীনা পৌরিব' থোদাং অহুম্থু ময়েক শেংনা উরে। শঙ য়াম্না লাপথিনা নংত্রি অহুবু ঈশিংগী চাংজোদি পাক্লা উই। মরক মরক্তা তাওবা ফুম অমদি কঙগী মপৈ মপৈ থৈ মৌহুনা হোক্লিবা হি ময়পোং লুম্বঙম থল্লি। হিগী হোনবীনি হায়বা আনন্দী থক্তনা থঙবনি। ঈমায়দগী থুবাক অময়োমথক্তা বাংথংনা লৈবা হিবান

থজিত্তুং লেংলুবদা লূপথিগনি কিবনা রাশি চনিং চামাং শয়দরে, পাংকী ফজবা য়েংবা ঙমদে। থরানগী ঈপান মপুংসিদা নোয়-পেয়া উরবা লোক্তাকী ঈমায়বু মুংশিংনা জগোঈ শানবা হৌবা লাক্লে। হায়বা ইনবা ঈশিং হরাওবা হৌরকই, নিক্লি-থেক্লি-নোম্লি; হিবান্দা তাল থাররি। তাইবং মীগী শছুম ফংবদা থরোশিংনা ইকাইবা থাওছুনা নোম্থক্রে। ঙাইহাক্তুং ওইরবস্থ মরুপ ওইহৌগে মতাপ্তুম লম ঙান্নু থরদি হিগী অকোয়বদা লূপ লূপতুনা ইমরকই। পাংকী মচু লৌরিবা অহাংবা অতিয়াদগী অরাকপা মুংশাগা লোয়নবা নোংবা মতুম মতুম তারকপদা মখোয় অছুম্মক খোইনা ঙকলুদে, মরমদি মছু থরান থাগী লোনচংনি। নোংনা ঈশিংদা তিল্লবগী হরাও রারীদা পাংম্নায়ছু পুম্লিল নিল্লি। মখোয়গী রারী লেপথিবগা ইশৈনা অমুক শিলহৌরে; নোংনা হৌদোক্লয়বা কোন্দোন মপাল শাংকাইরকপদা ঙংলবা খোইশিংগী অমেঙবা ইশৈনি। অথাপ্পদা ইন চিংলিবী অমদি লাং-কাইরিবা তাইবং মীগী ঈশৈস্থ মরক্তুনা তিল্লখি। ঈমায়দা তাওবা কোঙ্গোলশিংগী মথক্লা মুমিংকী মঙালনা য়ৈরবদা চুমথাং মচু তরেংনা পাংতা কুপশিল্লক্লে থল্লুরে। ঙাইহাক্তুং চুথিবা নোংছুনা মখোয় অছুমগী ফি শুম্বা য়ানা চোংশ্রবনি, মছু মক্লা লৈশাবী অনিগা মায়োক্লরম্বদগী মুংশি মায়ওন হোংছুনা থাপ্লা মিংফম থম্লকখি।

আনন্দী লেংক্তাকী শরুক কয়াদা—তাকমু, নোংশুম, লৌশি, লফূপাংনচিংবা মচি মচিদা মথুং থিন্দুনা রাশিবু য়েংহম্লবা হোংনৈ, অছুবু তাবদগী হেম্না রাশি মমিংনা য়েংবা ঙমখিদ্রে।

থঙহৌদনা অহাঙবা অতিয়াদা শুক্রুং শুক্রুং হায়বা নাকোং য়ৈশিম্না খোংলকপা নোংগী মখোনদা রাশি থংমনখিছুনা মুংশিগী মখাংদা চেক্লেং কোনশিল্লুই। মানা লেংবদা খোক খোক নোমথিবা হি তপথরকপা ঙাইছুনা কোম্লুবা থুং হন্দোকপা ঙমদনা লৈয়ে।

রাশিগী শেম্নবীত্রবা শম্না হিবান রাংমা লাম্না ঈমায়দা তাগুনা অমুবা লিনগুম ইম্নরি। চেপ্না ওনশিল্লকপা ভুংশিনা চোংলবা শমশিংছু চিংথংতুনা হিন্নুংদা থম্লগা রাশিবু কিবা কনবা মকোক্তা খুংনা নাম্লকই। রাশিগী অকিবা ইকাইবগা পুনগ্রবদা থঙহৌদনা ফিংনা লাউরকই, "হন্নসি।"

"কৈদৌরে! শিববু অক্লক কিরিবা?" আনন্দী লরুবগুম নোকই।

আনন্দীগী মা তাশিল্লদনা রাশিনা অমুক লাউথি, "হন্নসি হায়রি।"

"করিগী কিরিবনো, নমাগু থাবীনবা লৈরবদা।" আনন্দী হেম্না হেম্না কম্না নোকপা তোক্কে।

"আস! আনন্দী নংসিমা!"

"লোংপা য়ারয়োইয়ে, লোক্তাক্লা শাক্তি, ঐনা শাক্তি।"

"আনন্দী নংসিমা ওন্থোক্লা মাংনা থনগ্রে।"

'মাংনা থনবা হায়বদি, অশেংবছ উশ্রুবকো।"

"নংগী মিংয়েংনা লাল্লয়বদি?"

"পুকচেল লেপ্তবী অমা উরেদনা।"

"শোয়রমত্রবদি?"

"অচুম্বনা হংলকথিগনি।"

"কনাদা?"

"নঙোন্দা?"

"করি হায়না?"

"কোক্তগীরা? থম্মোইদগীরা?"

"কোক্লা থম্লুই, থম্মোইনা লেপথি থুম্লবদি?"

"পাউথুম্ন মপুং কাত্রি, ওইজবা-মুংঙাইবা থিবা কোক, মীচুংশি চারবীবগী মপু থম্মোই অনিছুগী থল চুম্না ওন্দুনা য়েংলত্রা হায়না থিথিগদবা লৈরি।"

"লম্বী অসিদা অতোপ্পশিংস্থু অহুম্না খিনব্রা, খাল ওন্দুনা য়েংনব্রা ?"

"ভড়াইফদধনি ?"

"করম্বা ফালাদা ?"

"ঐগুম্বা মীওইবা সমাজগী নামা অমদি লোক্তাককুম্বা মহৌশানা নামা শাবা ফাগাদা।"

"অহুদি ফাগা থাঙ্গংলো, হৌজিকমক ওল্লোদনা।"

"ওনবা লোইখ্রে, কোক্কী 'মীচংদা লৈবা সমাজয়োম্মদা ফেন্ন লৈরে।"

"মীনম্বনি লোক্তাক্লা য়াম্লোই।"

"অহুদি মশা কংখিদনবা পি ঙাইবনি।"

মরৈদা আনন্দী নৌ পায়রি কাউখিবদগী হি অমুক নোম্বা হৌরকই। মুংশি তপ্না তুংলোমদা মখোয় অনিগী ঙাংলবা মায়খোংদা মুম্না য়েংলগা শঙলোমদা খুদোম্বী থিল্লগা হল্লসি হায়রে।

হন্দক্তি আনন্দী য়ানিংদবা য়াওদনা শঙ তম্না হোল্লক্লে। য়ারীদা ঙমখিবনা থাঙ্গ নকশিল্লুরে থঙহৌদবনি ; হল্লকপদা কুইনা চংখি। য়া মচেৎ অময়া ঙাঙনদনা মাগী মাগী য়াখন্দা লুপ্নখিবনা হিগী খোঙজেন থঙনদে।

শঙ ময়া য়োরকপদা মমা-মপা অনিনা মখোয়বু ঙাইহুনা লম্বী অথম্বদা লেপতুনা লৈবা উবে। মখোয় অহুম য়াম্না থুনা শঙদগী পোং চৈ লৌখোক্তুনা অহল অনিনা ঙাইরিবা মফম পাংলক্লে।

মখোয় অহুম্না কংফাল লম্বীদা লেপ্পবগা মমানা হংলকই, "ইবেম্মা, য়ুমদা চারুনবা মরুপশিংদা ঙা পুহন্স্রব্রা ?"

"ইহে !" আনন্দী ত্রক শোল্লি, "পুমকাউ হেক কাউই। মীফত্তা, নং নিংশিংলকপা য়াদ্রা ?"

আনন্দীনা ওনশিল্লক্তুনা মমিং লংথংলকপদা রাশিনা ফাথে, "য়ারে কৈনো, কোম্না চারগা লোইরহুবু।"

মমানা মেল্লকই, "অহুদি ইবেম্মা রাশি, ইবুঙো, ম্মোখ্রোকো। ঐখোয় অমুক চংলুথিগে। মায় পাক্লবা লাইরিক কম্না কম্না হোংনবা কাউবা য়াদবনি। ফরে ফরে, মরক মরক্তা লাকউকো।"

অহল অনিনা হিদা কাথংথিবগা মখোয় অহুম য়ুম পাংলকই। লম্বীদা রাশি আনন্দীনা হায়রথিবা 'পি ঙাইবা ওইগনি' নিংশিং নিংশিং চংলি, হংলুবদি পামদ্রে।

থোঙ্গান্দা রাশিগা মুংশিগা সাইকল কাথংনবা থুং হাইবা হৌবকপদা আনন্দী চাম্নবীগী শক্তম্বু থম্মোই ফাওনা য়েংলুরগা খঙহৌদনা মমিং অনিমক্তা পিগী ঈবা শিল্লকই, ভপ্পপ মথুং হাইথি, "চংলো মীম্নংশি চাউবী।"



## মাঙথ্রবা পাৎ

অশেংবা মুংশিবনা পুনথ্রবা পাথংনা মাগী মুংশিবীবু মিকুপ অমা কাংদনা নিংশিংই, উনিংই। মতম পুম্নমক্তা মুংশিবীবু মনাক্তা লৈহন্নিংই, উগ্রবদি লৈঙমদে। মুংশিবীগা নক্ল-লোয়নবা মী অমসুং পোৎ খুদিংমক মুংশি। মানা শেৎপা-ইনবা ফিগী মচু মুংশি, মানা চংপা লম্বী মুংশি, মাগী যুম মুংশি, লৈকাই মুংশি, খুঙ্গং মুংশি মানা লৈবা মাযকৈ ফাওবা মুংশি। মাগী মীনোক থুমই, মাগী রাহৈ খোইদায়, মানা নোক্রপদা অরাবা কাউই, মাগী অরাবদা খাঙঙমদে। মু শিবীবু মথামুংদা চেৎনা কোনশিন্নিংই, অমুক্তা নত্তে, লিশিংলক। মুংশিবীগী শম মনম নম্নিংই, মকোক্তা খুংনা নান্নিংই, লাইবক্তা খজাইদা চুপ্নিংই, মানা হোল্লকপা স্বর নাকোংনা তাবগা মমিৎতা মুম্না য়েংহনা তোয়না তোয়না হায়নিংই 'নংসে ঐগী থরাইগীসু থরাইনি।'

মুংশিবগী লোনচৎ অসিমক ঙসি মুংশিদা চপ চানা থুংলখ্রবনি। মুংদা কন্না চাকথংলকপা মৈ মুথংপা ঙমদবনা মৈশা খাঙলে, পনথৈ লোম্না রারবনি, অদুবু কন্না খাঙবদি হোৎনৈ, মরমদি মাগী মুংশিবা অশেংবনি। অশেংবা মুংশিবদা ওইজবা খিদে, অপাম্বনা চিংদে, কল্লকপনা হোইদে অমদি নমথাক চংদে। মানা মুংশিবগী চাংহু মপুং ফানা ফোংদোকপা ঙম্লবদি শুলমোহোব উরুমদা

কয়ম্লবোঙ্ক হায়না থল্লুবা অতুগীসু চাকচবনি। মাগী মুংশিবীবু মাগী শঙ্গদা মীনা নোক্লখিনি, থিনা ঙাঙনবীখিনি অমদি মমল হুন্দনা লৌনখিনি কিজবনা মুংশিনা রাশিগী মযুম থিখিদে, মীয়াম মাঙদা রারী শাননিংখিদে, কনাদসু থঙনৈ হায়বা উংনিংখিদে। মানা রাশিবু মুংশিমনবনা করি করিগুম্বা মতমদসু মাগী ওইনিংদে, পাম্মুমনবনা লাপথোরিংই। খিকনেম্বা মানা থাজ লাম্বগী ইকাইবসু ফাওদবা নত্তে।

'ঐনা নংবু মুংশি', 'মুজে তুমসে প্যাব হৈ', 'আই লভ য়ু' রাহৈশিংসি মুংশি অঙাং ওইরিঙৈদগী থঙই, হৈবা হৈ। পুক্লিংগী রাকম থরসু হৈরগা অমুমক ফোংদোকপা ঙম্মনি, অদুবু অইবা রারোলনা মাগী অপাম-মুংশিগী রা রাশিদা থঙহনবা হোৎনখিদে। মরমদি চিন্দগী থোকহনবা ঙমদ্রবা রাহৈশিংন্থ হৈনিংখিদ্রে। অদুম ওইনমক রাম্না লৌরিঙৈ মতমদগী হৌজিক ফাওবা মাগী থম্মোইগী লাইরুমদা ময়েক থরগী মিং অমদি রাম্না লেংনা লেপ্তুনা ইরক্লি—'রাশি'।

বাশিনা টি-দি-সিগী অরোইবা পরিক্ষা পীখিবদগী কলেজ চংপা লেপখ্রবনি থঙদবনা মুংশি গুলমোহোর উরুমদা কপ্পা তোকখ্রি, মুমিংনা লৈথখিবা মুমিদাংবাইগী পুংজাত্থ থক নাম্থোকখি-দনব হোংলৈ। কাংলুপ-কাংলুপ হল্লকখিবীশিংগী মরক্তা তোমখিন থোকপীতুনা রা ওরকপা উখিদবা কুইরবনি, অদুবু কৈরাকপনা উচেক লাংমৈদোং শঙ্গু শঙ্গু পাইরকপা ঙাক্তুখম মুংশি য়েংবা লেপ্লে। কলেজদগী ছাত্র-ছাত্রীশিং হন্নরকপা লোইখ্রবা অমদি থেংনক্লবা মতমদা নিংবা কায়বগী স্বব হোন্দুনা মখোঙ রাম্না লুম্না য়ুমদা হল্লকই। অদুবু মথংগী মুমিংতুসু অনৌবা আশা অমগা লোয়নন মুংশি হেক্তা গুলমোহোর উরুম তম্মকই।

রাশিনা মুংশিবু মরক-মরক্তা লম্বী-লমজাওদা উখিদবা নত্তে। মাবু থেংনবা খুদিংমা আনন্দগী রা নিংশিংখিবনি, অদুগা আনন্দীগী

রা নিংশিংলকপা মতমদা সুংশিবু হায়রকম তৌকম থওদবমথৈ উনিংলকই, কোইপি খিরুনিংই। শেংনা হায়রবদা মানা সুংশিবু মিকুপ অমা কাওবা কাউবা ওমত্রে, শাবি-শানৌশিংগী সুংদা শোক্লবা লান্দা চোংশিন্দুনা রাওথ্রবনি। অদুম ওইনমক, মাগী সুংশিবসি অরাংবা থাক্তা মশক-মওং চুম্না হায়গংলকপা ওমদনা অসুম লৈরে, মবমদি মানা কবিগুম্বা মফম মতম অমত্তদা পুক্রিংগী রা সুংশিদা তশেংনা তাকখিদ্রি; পামই হায়খিদ্রি, চিনগী রাহৈনা সুংশি হায়বা কোংদোকখিদ্রি। হৌজিক ওইদবা তাংকী মায়থুম উপতুনা লৈবা রাবক্রে, মাগী থম্মোইগী মচি মচি থুদিংমক সুংশিনা কনশিন্দুনা থমথ্রবনি, অতোপ্পা অমনা তাম্থোকপা পাক ওইথোক্লবোই। মওংসি মথন্তা থওজবম্বদগী মানবীনা ফাদোকথ্রবনি। আনন্দীগীদি মরম্নাই ওইনা চিংনবদা শাগৎখিবনি, রাশিগী চিন্দগী নাম্থোকখিবা রাহৈশিংন্থু ময়েক শেংনা লৌখিদে, চিকমাওনখিবা য়ায থনখিবনি। অদুম ওইত্তুনসু মানা হায়খিবা 'মীয়াম অমস্তুং মহৌশাগী থল' অমদি 'মশা কংদনবা পি' অনিমক মন্না হকই, য়াম্না লুনা থম্থনিডাই ওই। অসুম্না মাগী থম্মোইসুংদা নৈনরিবা রাবেলশিং অসিদগী অমত্তং মপান থোরকপদা মীয়াম্না মাবু য়োংখিগনি হায়বা রাশি ফজনা থওখি। মবম অদুনা মহৌশাগী পাঙ্গল থোনা কনথংলকপা কুপ্না শেন্নদুনা বাশি লৈবকপনি।

বাশিগী পরিক্ষা হায়দোকখ্রে। ফাষ্ট ক্লাস ওনর্সতা পাস তৌদুনা ওরাং মার্ক সিট লৌবা কলেজ চংলুবনি। মার্কতা নিংবা থুংদবা থর য়াওববসু ওজাশিংনা থাগৎলকপগী সুংঙাইবা লোয়নদুনা মথন্তা কলেজদগী হল্লকখি। মায় পাকপা সুমিৎশিংদা নরু-চান্নবা মরুপ-মপাং থিনিংবা পাউদম্নিংবা অমদি পুক্লিংবু চাং হেন্না মনিং ওমহল্লিংবা মতাং অদুমক থোক্লবদা রাশিনা সুংশিবু কন্না উনিংলক্রে।

মরম অসিদগী হঙ্গোয়বা অমদি হৈনদবা পুন্নমক নমথহনা মিকুপ নাহম শিংনা নাইতোম লাকখিবনি।

রাশিনা নিংজন্নকপা মপা থোকখি, গুলমোহোর উরুমদা মুংশি কম্লম্লে। থা কয়াগী মতুংদা উনবনি, মুংশিগী মায়থোং মকই, ওইনবগী শকফম্লি। রাশি উবগী হন্না ওবনা নোকফেং তৌরুরবসু লুকথবনা হানখি, হৌগৎলক্কে। রাশিসু হেন্দোক্তুনা চংখিদে, মপাদা চপ লেপই. মুংদা লৌরকপা বারেপ অমুক হন্না চেংশি-হনখ্রে। সাইকলদগী কুমথবগা মুংশিবু মগুক নোমহনা কৌথিবনি। অমম্ববু অঙানবনা মাঙহনখিবমুক থুনা মুংশিগী ওইনবা রাশিগী ঘোমোম্নবা মিংম্নেংনা লাপ্না ভানখি। মা নোকমি নোকমি চংশিল্লক্লে। চিনবান চিক্না থাঙবহনা পুক্লিং মুংশিবা অমদি লোয়নরি হায়বা রাশি উই, অহুগা মা মশাসু বাহৈনা ফোংদোকপা তারম্নবদি লুরমগনি, মরমদি মিংলুগী ঈহৌ য়াপঙ চিক্না থাঙলিবনি। মখোয় অনিগী লোন্দা য়াম্না চেকশিন্না খঙহন্নকই, "হয়েং পুং তরা চপ চানা মফম অসিদা সাইকলগা লোয়ননা লৈরম্মু শেংইবা য়াদে।"

রাশি কুইনা পম্বা ঙমখিদে, সাইকল থৌহনা চৎখ্রে। থা কযাগী তুংদা খোরাংবা অমা কোকহল্লগা ঙাইঙমদবা অমা মহুং ওইনা লৌহৌবগুম মুংশি চপ লেপতুনা লৈহৌখিবনি।

হায়রম্বা পুংক্ষম শেংইদনা ঙসি মুংশি সাইকল খোদোবকপনি। হৈথা অপংপা মচুগী যুরিং, অমুবা খোঙগ্রাউ অমদি বাটাগী দার্ক ভেল মচু খোঙউপ মংভান্দা য়াম্না পকচনা থোকই, থেংনবশিংনা ওনশিল্লমদবা য়াওদে।

লেপ্লকখিবা ইকুই কুইদনা পুং তরা চপ চানা রাশি সাইকল থৌহনা লাকপা উবদা মুংশি মশা ইম্নাং য়াংনা ভাওথৎলকই, মিহুল মখোল্ল থোরকই, গুলমোহোর উরুমগী থাজবা খঙহেন

হেনগৎলকই। মাদি আনন্দীখোয়রোমদা চৎকদৌবোই নিংলুবনি অহুবু রাশিনা মঙোন্দা হায়ফেৎ য়েংলম্লগা নোংপোক পাংনা থৌগৎ-প্রবদা থর লাপ্তক্লা ইম্নরক্লে। পল্লেল লমখাইদগী মখোয় অনি পুনখ্রে। অরাং পাংলকপা খোঙচৎকী পান্দম অমস্নুং লমথুংকম লমজিংলিবী বাশিতনা থঙবনি। মুংশিনা থনখিবদি আনন্দীখোয়রোমদা চৎত্রিবসি করিগীনো অসিতনি। রাশিগী ফিবেপ্তা আনন্দীগী অয়েৎপা অথিংবা থম্লকনি হায়বা থঙলম্লবদি মাগী পুক্লিংগী রাহংসি লৈরমদবস্নু রায়, অহুগা অনৌবা লম্বী অসিগী হৈনদবসি অহুক হাক্লস্নু চাউরম্লোইদবনি।

ঙসিদি মুংশিনা হান্না হংলকই, "ঐখোয়না চৎলিবসি কদাইদনো ?"

মুংশিগী লোন্দা ফজনা রায়শিল্লবী রাশিনা তাক্লকই, "থোইদোকপা পন্থ্ংফম অমা লৈতে। নংগা লোয়নবদা থম্মোইগী অপেনবা, মুংঙাইবা লৈ। অস্নুম চৎসি। তাঞ্জা চাবা মফম অমদা ঐ নঙোন্দা রা অমা হায়গে।"

মুংশি ঙক্লা য়েংলকই, যানিংদবা উৎতুনা মঙক হাইরকখি, "অহুদি হল্লসি, রারীহু যুমদা শাক্লসি।"

মাগীহু শকথঙনবা মীশিংনা উপ্রগা ফজরোই, নোক্লখিগনি কিবগীনি হায়বা রাশি থঙই।

"কনাগী য়ুমদা ?" য়ারোই, মীনা তাবা য়াবা রা নত্তে।" বাশি মায়খোং লাংশিল্লপ হায়।

মুংশিদা য়ানিংদবদি লৈবি অহুবু মাগা লোয়নবগী হরাও-মুংঙাইবনা নমথহুনা নোক্লগা হংই, "করি রানো ?"

রাশিনা খুম্নই, "কোম্না হায়গে।"

মুংশি মথা তাখিত্রে। মখোয় অনি থাত্রাং মুংশিংকা মায়োক্লনা থৌগৎলক্লি। রাশিগী শম বেনি লোন্দুনা লুতুংদা ক্লিপ

অমদি পিন্না হয়িংখোই মহুম শেম্নমক্রবদি ফনা রাম্না রাইচিন্নমগনি। উবেং মচুগী সলন্নার স্নুট মুংশিংকা মাযোক্লবদা খাউগী মশক্তা তুংলোমদা অয়াম্বা লৈরে। ওকশমগী ফিয়ান লৈফম চাত্রে, তেলঙ্গা ওনংখ্রে।

মংথোয়না খোংজ্রাম কৈথেল য়োরকপদা সয়কী নাকল অনিমক্তা মীয়াম লেপ্না উই ; পরেং লেংজুনা লৈবা হয়াগাড়ীশিংদগী কুমথরকপনি হায়বা তাক্লদ্রবস্নু থওই। লম্বী খিংবগী ফিভম উবদগী মখোয অনি নোংপোক থংবা ত্রুকান মচি অমদা লেপতুনা লৈরে। লৈবস্তা মীযামগী মায়থোং ফেংবদা নুংঙাইতে ; লাংতক্লবা, শাওগৎ-নবনা অয়ম্বনি। মবক্তুন্দা ওাওনবা তায় — সম্রাম লমথাইদা বোম ফুমহুনা লৈবে, সিকাইনা লম্বী থিংখ্র, মী অমত্তা চংহন্দ্রে।

মুপা অমনা তিও শোক্না ওাংলি, "লালহৌলুপশিংস্মু হাঁকমনখ্রেদা, অথা-অথি থক য়েংদে। মীরক্তা নোংমৈ ক'প্পা, বোম ফুম্বা, লংশিনবা ; য়েক্লবা সিকাই হাংনবনি হায়তুনা মীচম প্রজাগী ইয়েং যেংদনগুম তৌরে। মবাইনক থীববা মীচম নহা অহল, মুগী অঙাং কথা শিনববা। সিফাইশিংনা অমুক ওনশিন্দুনা নৈবদনা কয়া য়ানববা, ফিভম শোইবা কয়াস্নু য়াওনয়বনি। মবাইবক থিববশিংগী অবাবদা কনানা শকক য়াবিববপে, ময়ম্নাই তাহুনা তোকচবনি।"

পাথং মচা অমনা অহন্দু থামনবা হোংনৈ,' থুবাগীহু ল'উমল্লি ; হৌজিকসি মফম থুদিংদা মীশক শুববনি। করমদি তৌনি, ঐখোয় পুম্নমকসি কাল্লবস্নু ফুবা কান্দ্রবস্ত ফুবা হায়বা খোওফমদা লৈরে।"

মফি নাম্না শেংপা মীয়ায় ওইরবা মুপা অমনা ওকখি, "থুংলায পায়না রিভোলুসন্দা মীওইবগী থকাই চেমৈ হায়বদি শোইদ্রবনি অত্থবু মীচম প্রজাশিংগী মতেং য়াওদনা মায়পাকপদি ওইথোকপগী য়াংমদনি। মীয়ামগী মতেং ফংননবা ময়াল লৈজদবা

মীচমগী পূন্সিদা অমাঙ-অতা থোক্তনবা হোংনবমূ মথোয়গী তৌগদবা মথৌশিংগী শরুক অমনি।"

খর নহা ওইবা অমনা অমুক থংখি, "হায়নরিবা লমী অচুদা মথোয় নৈনরমগনি, ট্রেনিং তৌরমগনি। মথোয়গী মরক্তসু লাইরিক হৈবা, মতিক চাবা অমদি রাথল লৈবা মী য়াম্না য়াওরম্বা য়ায় ; য়ারকত্রহনা তৌরিবা ওইরমগনি, খর রামিল্লবা তারেদনা।"

মাগী মাগী অনিংবা, অথঙবা, পঙনা-শিংনা মথং মথং ডাংনহৌবি। মক্তম অচুদগী মায় ওন্দুনা পাখং-লৈশাবী অনিচু মুমলোমদা হল্লক্লে। থিরকপা অচিকপা মকমগী মমি উরকত্রবদা রাশি হৈনিংদনা ভুং ইল্লি। অচুবু মা খনবদি তোক্তে, করি উপায-পাস্থে শিজিন্নহনা লোৎতুনা খল্লিবা রাকমচু কোংদোকসিগে।

খল্লা খল্লা হল্লকপগী লম্বীদা মথোয় লৌশি পাং য়োরক্লে। সবকী মথক-মথা হায়বদি নোংপোক নোংচুপ অনিমক পাংকী শরুক্তি। মিংনা লৈহৌবগা শকফমদি মাঙখ্রবা পাংনি। মতম অমদা পাং ওইরম্মী হায়বগী রানি অশেংবা পাংকী মশক করিমত্তা উথিত্রবনি। পেনা অমদি খোংজোম পর্ব শৈশকপশিংনা লৌশি পাংপু শৈখারকপদা ভুংগী মীবোলনা খঙবগী রা লৈবরোই, হৌজিক্তি লোরেন ওনখ্রবনি। মতম অমদা, ইকুই কুইত্রিত্তৈদা, পাগং লৈশাবী কাংলুপ কাংলুপ কৃষ্ণ-জন্ম, রাধা-জন্ম মুমিংশিংদা হি তোংহনা পাং অসিদা থমজেং চাবা চংনৈ, শাবী-শানৌশিংগী মুংঙাই মথোয় কানফম ওইরম্মী হায়বদা নহা ওইবশিংনা খাজবা ওম্নরোই। লমজা মগুং লাংগীদমক অরা মৈচাক খাঙথিকম পাং অসি নিংশিংলক্তুনা লাংলেন থোইবীগী খরাইনা করিঙহ্নদা য়েংবা লাকপা থোক্লবদি কয়াদা খম্মোই শোক্তনি।

ঈপান খাগী ঈশিংনা খুংশেন্দু শীংনহুনা অমুক হল্লা পাং ওইহল্লগ মতাঙম মুমিংতু সরক পানিং পানিং পৈথংলম্নে।

পাংকী ময়ার মপা য়োরকপদা মায়োকনা লাকপা সিফাই পাড়ী অমনা সরক্তা পুনবা ইরোই অমা থৈনবা হোৎনবদা পাথং লৈশারী অনিগী নাকল্লোমদা য়ান্না নকশিল্লকখি। য়েৎ থংবা মুংশিনা খুদোং-থিবা থোক্তনবা মাগী মাইকল ওইরোমদা খজিক্তং লৈথোরকপদা য়াশিগী সাইকলগা লৌশিন্নংখ্রে। মফম থঙহৌদনা সাইকল অনিন্থু কন্না য়েৎশিন্নখ্রবদা মথোয় অনি শাফু কন্না হায়থরকই, ঈশিং মন্নুংদা কোক্লা মুংশিনখিঝনি। ইপা পাথৎনখিবনা মথোয় অনি মেন্দি ইতা তান্দনা ঈশিং মন্নুংদা মথুৎ কোইরাম লান্নখি, অত্তুগা ফাওগৎলকপা মতমদা অমত্তা ওইরকই। অশোক-অপন য়াওরমগত্রা হায়বা মুংশা থিবনা অহানবদা মুংশিনা বাশিগী মশা পুম্বদা কোয়মা মারুই, রাশিনম্থু মতৌ অতুমক্তা মঙোন্দা। চৈনা ফংবা অশোকপা লৈত্রে থঙলকপগা মুংশিগী মিং অনিমক রাশিগী মিংতা চংখ্রে। মুংশিনা রাশিবু মথান্নুংদা থমথিবা মতমদা রাশিনম্থু মুংশিগী খ্বাংদা চেৎনা কোনথি। অঙাংবা ফিয়ান তুপাত্তা ঈমায়দা তাওরি, সাইকলগী মনিং চাকা অমম্থু তপ্পা তপ্পা উংলি। ঈশিংনা ঈংথহনবা ওমদবা থম্মোইগী ফোং ফোং শাবা মনিল মথোয় অনিমক্তা কাওরক্রে। মুংশিবা পুম্বা লোয়নরবা মথুংনা রাশিগী মকোক্তা, মমায়দা নাল্লগা মুংশিনা অমুকম্থু শোকখিবা য়াওত্রা হংলকই। রাশিনা নোকমি নোকমি মঙক হায়বকপদা ঈমাযদা তাউবা তুপাত্তা চিংশিন্দুনা মনা অমদি পীশুমদা পকপা লৈথোম মুংশিনা চামথোক-পীরে। খজিক্তং লুকথতুনা হকচাংগী শরুক থর যেংলুরগা রাশিনা ঈশিংদা লুপশিন্নবা হোৎনরকপবু থামতুনা মুংশিনা কৈনা পমথংপনা হানখ্রে। রাশিবু অকংবা তোর্ব্বানদা থাঙ্গৎখ্রে, লোয়ননা সাইকল অনিমক লংথৎলক্লে। মুংশি য়াম্না থুনা কাথৎলকুনা মাগী ফুরিং লৌথোক্লগা কংনা শুমদোকুনা রাশিদা পী। রাশিগী সলয়ার মুট অপাবা তেরিকোত ওইবনা উনশাগী মচু শেংনা উরবদা

লেপথংপা ঙমদ্রে; মখুং কারল চন্না নোম্মহনা থাজলবনি। মাপ্পী শক্লম য়েকপা মতমদা উবা ঙমদবা, রাথলনা শাথিবা শরুক কন্না পমহুনা থাঙ্গংলকপদা উথিবনা মুংশিনা হৌজিক মঙোন্দা ওনশিল্লকত্রে।

থোৌদোক অহু কনানম্বু উরয়োই, মুমিং য়ুংবা মতমগী মী চিকপগী মথক্তা বোম ফুম্বগী পাউনা সবক অতু মথৌ য়াম্না হাঙহন্দুনা মুংঙাইনা পোংথাবা তাঞ্জানি। মুংশিনা ফুরিং পীরকথিবগী মরম থঙহুনা রাশি সরক মতাইগী চিগোংলৈ পাম্বী মরুমদা মাগী অচোংপা ফুরিং লৌথোক্তুনা অথাবা মুপা ফুরিংনা শিল্লে। তুপাঙ্গা কংনা শুমদোক্তুনা ফনেক ওইনা শেংলবদা রাশি পাঙ্গল থব থোক্তুনা সবক লৈযাঙগী অকংবা মকমদা ফমথরে। মুংশিনা নোক্তুনা মাগী ফুবিং কংনা শুমদোকপীরগা ফুং ফুং শাবা কোয়লাস সরক্তা ফৌথি।

মুংশিনা থর লাপ্পা চংথোকথিবহু রাশিবু মনিং তমহন্নবনি। মফম অহুদা মাগী মোজ্জা ফুরিং অমমুং থোঙ মোজা লৌথোক্তুনা শুমদোক্লগা সবক মচিদা ফৌই। সরক্তগী মুং থুনহুনা ঈশিংদা লাপ্পা লাপ্পা লংহুনা শাম্নরিবা মুংশিদগী রাশিগী মিংফম হোংদে, মবমদি অহুক য়াম্না ফজবা মুপাগী শাবান মানা কৈদৌঙৈদম্বু উথিদ্রি। ফজনা লেপ্পদা ফুট তরুক রাংবা পাথংহু খ্বাংগী মথক মথৈ ফি থোংদ্রে। ইঞ্চি কুনমাথোই ফনবা লেংবান্দগী লোইরোইনা ভুইথবকপা খ্বাং ইঞ্চি কুনমাপলনা কোনবনি। পাম্বোম অমদি থবাক্কী অতোঙ-অকুং নাঙ্গবা মরৈ মরৈ তাশিল্লবা অকনব তোংশা উরগা য়োংকুম কল্লমগদবোই থল্লি। লাপুক য়েংবদি নোংশাদা নোংশানি। য়ুংতক য়ুংতক হৌবা মশম অকুংপা থবাক অমদি খুদাংগী তু চোংথিবনা হৌজিকম্ব পুল্লপ পুল্লপ তাশিনহুনা লৈবহু কাওনরমদাই য়েনবাগুম থিংনা পাঙ্গলগী চাংম্বু উংথোক্লি।

খোংগ্রাউ খুদোনগী অচোংপা শুবদা নোম্বরিবা মুংশি গাড়ী লাকখিবগী শহুম অমা কংবগা লেপথংলকই। রাশিগী মনাক রাম্না নক্না মারুতি ভান অমা থামগ্রে, মনুংদগী মুপা অহুম য়াম্না থুনা মথং মথং কুমথরকপা উই। মথোয়না থাংজিল্লক্লিবা খোংথাং অমদি মিংযেং নায়েংদা হঙ্গোয়বা অমনুং শাওনিংবা য়াওনা পীশুম শুক্তুনা ভুংলোমদা থৈদোকপা হোংনরিবী রাশিদা অহুমতুনা কবেয়তুনা থাক্লা-থাক্লা নোকশিল্লি। তুংদনা ঈপাক, মাডদনা থা মচেং শানা কোয়শিন্দুনা থংলিবা মুপা অহুম, নাম্বোকপা লুববা তানকমতুদা রাশিনা মুংশি যেংতুনা কৌরকখি। ফিভমতুদা মুংশি ওকপা শংদে, হাকমা থমুংদা মৈহৌরকই, খোঙকাপ লাওনা তোংচিল্লকপনি। নকশিল্লক্লবা মাবু করিমত্তা থওইদনা মুপা অমনা রাশিদা মথুং লামথোরকপা উবদা মুংশি য়াম্না লম্না ঙংলকই, "হৈ!" খোঙ্গেন্দু সিনেমা হোলদা তাবা ওইরম্লবদি অমিতাব বচনগীনি থনগনি। রাশিনা চেম্থোরক্লবা হোংনবদা অহুমতুনা য়েম্নাও ফাগদবগী মওংদা উশিংতনা থংলগা থমখিবদা গেম্না খোইশাওনরবা নোংশা হুন্দক্তি নাকোং রৈশিনবা মথৈ লাউরক্লে, "হৈ-হু-ং!"

ময়াম কাববা অহুমতু তি থোকলুবা থুং হঞ্জিন্দুনা মুংশিবোমদা ওনশিল্লকই। মথোয় কবেম-কথাইনতুনা হৌনা হৌনা নোকই। অমনা থয়াং শেগাইনা নোক্লগা করেম্নে, "অসি ওইরেকো মাগী হিরোসি, ঐদি নহান মথৈ থঙলুদে।"

মুপা অতুনা শুগংতুনা রাশিদা অমুক ওনশিনখি, "মরোলসু খোক্তবসিদা নংনা লৈরগা কৈদোদোইবা? চোপচগ্রো? হা? ঐ লৈরিসিদি? ঙসিদি নং ঐগী য়ুম য়োরগদবনি।"

রাশি শাওখিবনা মশা পুম্না থক থক নিকই, মচিন্দগী মৈবুনশুম চোংথোরকপনি, "কেশো! নতিক মত্তে ঐমু নংগী

ওইহনবা, ঐগী থরাইনা লৈরিমথৈদি নিংলুরম্ব। সে লম্বী থাদোকউ।"

কেশোগী লাল থুজিল্লকই, "ভুতসি হান্না লোইথোকখিসি।"

হায়খিবগা মথুৎনা হাল্লকপনি, অশেংবা বোক্সিংদা লাম্লকখি। চুবা খেৎনা চৎখিবদা মশানা চেকশিলহৌদে য়াজতুনা ফুট মঙা রোম চোংথোক্লগা মুংশি শীংতুনা খোঙকম চেৎনা লেপতুনা লৈ। অহুম্মক্রা চপ মান্নানা খুং থারকই। নোংথাংগুম যাঙবা ফুট অহুমগী খোঙনা মাঙ থংবা মুপাগী চায়কংদা য়ৈহৎলগা ওইগী খুদাংনা অনিগী কিন ঙাকই, যেৎকী খুবান্না থায়াৎ শেগায়না নোকপা কেশোগী লরাইগী শম গুপ্লায় পাযশিন্দুনা মায়ওন থজিক্কুং হোংলগা মুংশিনা পাংকী ঈশিংদা লাক্কুনা লংথত্রে। হৌজিক য়েক্লবা অনিনা নাকন্দগী লামশিল্লকপা লেপত্রি। মুংশি লোংহুল অমুক্কুং হুল্লগা হঙোইগী ফিথুপ্পা পাকথৈ। যেৎকী মথোঙনা থর রাংবা মুপাগী খুবোমদা য়ৈবদা লোংনা হায়থরকপগা খঙহৌদনা হঙোইগুম থুপ্লগা চোংথৎলক্কুনা অনেম্বা মুপাগী থদাংদা কিন্না থিনবদা সবক লৈয়াঙদা লোংনা তারে। খোঙকম অমত্তং চোংথোক্লগা অনিহু হৌগৎলকপা ঙাইরিবা মুংশিনা ঈশিংদা হুম্থিবা কেশোবু য়েংলকপদা থাঙনা য়াম্থংলগ্রবা অশাংবা তিংগ্রং পানবা চিগোংলৈ মশা অমা মথুৎ অনিনা চেৎনা পাযতুনা কংফান্দগী লৈজবী পাঙল ফুদোক্কুনা রাশিনা কম্বা উকই। কাথৎনবা হোংনকবা কেশো তিংগ্রংগী চৈনা থাঙতুনা ঈযায়দা চাকতারিবা ঙান্নু মবক্তা হোৎচিনগ্রে। মতম মান্নানা হৌগৎলকপা অনিহুগী মবক্কগী থব নেম্বা মরিন থাবা উৎপত্বু করিনা ফুই উহন্দবা মুংশিগী খোঙ-খুৎ অনিগী চৈফুদা কৈনা কৈনা হাইবম্লগা কোয়লাসত্তা ফনা য়াম্না শাংনা শিংলি। অরাংবগী থবাক্তা মকম চানা থমখিবা খোঙপাক্লা ফুট তরা লাপ্পা লশিংগুম রাংনা পায়হল্লগা সরক লৈয়াঙথক্তা তাহনখিবনি।

ত্তান মাঙলুরবা অনিহু হৌগৎলকপগা মমিৎ কাক্লি কাক্লি হারৌ-হারৌ য়েংলম্লগা শিং-শিংহুনা অরাং পাংনা চেনখ্রে। কেশোম্ম মথন্তা হুন্দোক্লম্লগনি মুংশা থীবনা হুপ্লক-কৌরক্তা মখোয়বু তান্নবা হোৎনখি। মুংশি চেল্লবশিংহুবু খোঙকম অমা হেজিন্না তান্নখিদে, মখোয়না লা'থবান চীংজিনগী মরুমদা লৈশিনখিবা কাওবা লেপহুনা য়েংই।

হিংচাবগী শকফম লৌরম্বা অহুমহু উখিত্রবদা রাশিগী মিহুল নেমথরক্লে, সরক মৱায়দা লেপ্লিবা মুংশি তম্না চেনশিল্লকুনা চেজেৎ কোল্লে। মাগী লাইবক্তা মতুম মতুম তারকপবু খুংনা নান্দুনা য়েংলুদা ঈ ওইরম্লে, তারকফম য়েংথৎলকপদা মুংশিগী চিনবান্দগীনি থঙলে, মকম থব তংপম্ম উবে। রাশিনা মুংশিবু সরকী চিদাইদা ফমথহল্লগা পেকক মনা থর থৎলুই। মহু মৱানা শায়রগা মুংশিগী অশোকপা মফমদা নপ্পা হোৎনৈ। মুংশি নোকফেৎ তৌহুনা রাশিগী য়েংকী খোঙউপ লৌখোক্লুনা খোঙবীদা নাল্লকই। অঙাং ওইবিঙৈগী ইকাইবা মাঙপ্রবনি থঙহন্দুনা রাশিনা মুংশিগী মথানুংদা চংলকপদা পাখং লৈশাবী অনিহু মীশক অমত্তা ওইখ্রে। মুংশিগী চিনবান রাশিগী মায়থোং শিন থুংনা কনা কুইনা শ্রু শ্রু নৈখি।

স্বব থাবেং থাবেৎ হোন্দুনা তোঙান তারকগী রাশিনা মু.শিগী মমিৎ অনিদা মুম্না য়েংলগা হায়, "ঐনা নঙোন্দা হায়গে হায়খিনহু হাযবগে!"

মুংশি ভপ্পা মঙক থুই, থঙনিংনা য়েংই।

রাশি মুংদদি নিক নিক লাওরি, মথুংনা মুংশিগী খুং লামহুনা চেৎনা পায়রগা হায়রক্লে, "ঐখোয় অনি লুহোংলসি। ঐগী থরাই ভকচাং নঙোন্দা কংলগে লেপখ্রবনি। ঐবু মীতোপ ওইনা লৌরগনু, নংগী সেবাগীদমক ননাক্তা লেঙদনা ঐ লৈরগদবনি।"

মুংশিগী শকক্ষম খঙওন ওনখি। মুংঙাইবগা অমাবগা য়াম্লবনি। ঙাইশাক মমিংতা ঊয়া চেন্না রাশিদা য়েংলগা ঙসি কাওবদা কনামত্তগী মকমদা হায়খিদ্রিবা মরোল থর খঙহল্লকই, "ঐগী থম্মোই লকাদা নংগী শকম য়েক্লুনা থমখিবা মতম কুইখ্রে, কৈদৌঙৈদম্লু মুৎপা ঙম্মরোই। মহুগীদমক শাওগন্নু, ঐনা পুক্তা ভৌনবনি। অহুবু ঐখোয় অনি লুহোংবা হায়বহুদি পনগন্নু, ওইথোক্রোই। মরমদি, ঐ তাবা-ভাংবা ঙমদে; য়াম্না তোঞ্জবনি। নংগী অনিংবহু নখোয়গী অহল-লমনশিংনা য়ারোই, নংবু ফুবীগনি, ঐবুসু নোক্লগনি।"

রাশিনা থৎনবা হোৎনৈ, "মখোয়না ফুরবসু ঐ শিবা কাওবা থাঙগনি। পুন্সি চুপ্পা নংগা হিংমিন্নগনি, নংগা শিমিন্নগনি।"

মুংশি মঙক হাই, "মহু য়ারোই, মখোয়না নংবু ঐঙোন্দগী মুন্দুনা পুথিগনি অহুগা অতোপ্পা মুপা অমদা লুহোংথিগনি। মহুদা ঐনা পুন্সিচুপ্পা ইকাইবগা লোয়ননা মৈচাক থাঙহুনা কপহৌগনি। নংদি অতোপ্পগী মুমদা মুংঙাইনা লৈখিবনা ইরাম-লায়না কাউথিগনি।"

মফম শুকখঙ হেক খঙহৌদনা রাশিনা মুংশিগী খজাইদা লামথংহুনা খুবাক্লা শেং লাউনা থাই, চাকম্নবদগীনি। য়েংলিবা মিংনা উরকত্রবদা মুংশিগী মথামুংদা নৈহুনা রাশি হিক্লা হিক্লা কপ্লকই। মুংশি মহু থওইকদে, মরমদি মাগী হৈ-শিংনা শেমখিবা ভৌশিম্নবা রাহৈশিংনা হন্দুনা পীবকপা অহকপা চৈনা থাঙহুনা পিনা থবাক চোৎলবনি। চিনগী রাহৈদা মথা তানখিদ্রবসু থম্মোই অনিনদি অমত্তনি হায়বা য়ানখিবনা মখোয় অনি সংসার পুম্নমক কাউনখ্রে। মতম অহুদা তুংলামদসী অশাওবা খোপ্লেল অমনা চৈরকই, "ভৌঙম্বী কনানো? মসি সরক্লি, তুম্ফম কা ওইনা নিংত্রা? ইকাইদ্রো নমাইশিংদো?"

শহুম অহু মুংশিদসু ফাওখিবনা মখোয় অনিমক ইথং-থংনা লৈথোরকপদা মখুৎনা মতাং তরানিথোইগী য়েংদো অমা পায়রগা

অহল গুইরবী মুপী অমা নক্লা লেপ্লা উরে। মী অমত্তা চৎনখিদ্রবা সরক্তুদা করম্বা মতমদা অহলহুনা লাকখ্রিবনো খল্লগা ঙক্তবা ঙমদে। সোবা খুলগী অহলতু রাশিনা করিগুম্বদা উথ্রবগুমন্থু তৌই।

রাশি ইকাইবনা ঙাইহাক পঙথক্লরগা লেপখৎলই। মঙোন্দা মুল্লা য়েংলিবী অহলদা ওনশিন্দুনা নোল্লুক্লা হায়রজে, "ইমা, ঐখোয় সাইকল লৌশিন্নহুনা ঈশিংদা তাক্লরে। অচোৎপা ফি খর কংবা ঙাইবনি, তৌরিবা মতৌসিদা ইকাইমনবনা কপ্পবনি।"

"নখোয়গুম্বগী রাসি ঐখোয়স্থ খঙবনিদা ইবেম্মখোয়, উং চাইবগী তোংজববু করি ফংগদৌরিবনো? অহল-লমন য়ানদব্রো? শেংনা তাকউ, ঐখোয়নস্থ খেম্বা য়ায়দনা। নত্রগা লোম্নবগী থবক্লা, অহুদি ফত্তবনি, অপঙবশিংতনা তৌগদবনি।' অহল মুপীহু ঙাঙনা ঙাঙনা হুপ্লক্লা চাক্তারিবা ঙানুশিং মশিং থিকই, অতুগা অমুক ওনশিল্লকই, "আ চীংয়াগী যুমসি ঐখোয়গীনি, আসিদা নফি নরোল হোংদোকলুসিদনা।"

রাশি য়ানিংই, অহল মুপীগী ৱাতু অফবনি হায়না মুংশিনস্থ লৌই, অতুনা চংনবা মঙক ইল্লকই।

লৈশাবী পাখং অনিনা সাইকল অমমম ইনবা হৌরকপদা অহলনা হংই, "কারসিদি?"

ঙাইহাক ঙাইরুবা পাউথুম লাকত্রবদা অহল মশানা খনখিবতু হায়রকপনি, "সৈতান অহুম্না তোংখিবতু মাল্লি। পুথ্রিদা ঈকজহুনা লৈবী ইচা লৈশাবীদা কয়াদি উশিংতনা লংনরমখ্রিবা, মমায়দা শউন তোপ্পশিংদো। লম্বীদা চৎপা মীশিংদা লৈশাবী অমা সাইকল খৌহুনা চৎখিবা উত্রা হায়না হং হংহুনা চৎখিবনি, ফাগদবগী মাল্লি।"

রাশি করিমত্তা খুমদে, মুংশিপী লেংবান্দা য়ানবা মাগী মুরিং লৌরগা অহলগী তুং ইন্দুনা চৎলি।

# ৯

## শান্নখিসি ইতা

নোংমা কালেনথা পানথংলকপগী মুংখিল অমদা হকচিং লাংনিংবগী রাথন্দা রাশি উরুম-রারুম থিদুনা চীংখোঙগী তমম্না অমদা চৎলি। সেকমাই তুরেলনা ঙাইহাক পোৎথাবা ফংত্রা য়েংগে মতাগুম চীংয়া অতুগী মরুম থুম্না লোংফম ওইরিবা লমদমদু মানা অঙাং ওইরিঙৈদা য়াম্না নকশিন্নখিবা অমদি মুংশিজখিবনি। অহলশিংগী তুং ইন্দুনা নত্রগা লেংগা ওইবী মতা খুলং ময়াম ময়াম হৌদুনা অকংবা শীঙ চনখিফমনি। লোকলৈ, পুলৈ, হৈপা, কৈজা, চীং-কোম্বুং, হুইখোঙনচিংবা নম্বো ফানা হেকখিফম্মি। হৈজাম্পুং অমদি অমুনবা হৈয়ীং মখোঙদা পুন্নপ-পুন্নপ ফমদুনা চামিন্নখিবা কাউদরি। তখেলৈ, ইঙেলৈ অমদি মোদোলৈ চিন্দুনা নোকমিন-খেমিন্নখিবা মফমদু নিংশিংদুনবা লৈবি। য়ুমদা হন্নি কাউবমখৈ ঙৈরুপতুনা শান্নখিবা তুরেলগী ঙৈরেল অচৌবা মপাদনি মানা য়োরকখিবা। পিক্লিঙৈদগী শাগোম্নরকখিবা মফম অমা ওইবনা অচিকপা মতমদুদা মথন্তা চৎপগী হঙোয়বা রাশিদা থোইনা লৈরুদে, লৈশাবীগী লেমজবা খোঙথাংগী তাল নেংতুনা তপ্না তপ্না লাকখি।

লৈম্নেনা মীনুংশি উৎলমদবগী অন্নাবা কোকথিবদা ঙায়রিবা লোইরোইনা হায়গৎখ্রিবা চীংমায়রোমদা ঙনশিন্দুনা রাশি লেপলুই।

শহী, উপল, উম্মুং, উশোই, থাংজি, হৈক্রু, লিনপোপনচিংবগী য়েনিং হুম্লকপা উনাশিংনা মপুং ফাবা হানথ্রগনি মতাগুম রাংথংলক্লিবা হৌনাগী হানৌ মরক খেংবা য়াইপন্না পুমভান ভান্না শাংলে। মখোয়গী মরক্তা চাক্তারীবা উরেম্বী, চোঙা অমদি খোইনিংবু উচেক শলংকাক্না অয়াকপা খোঙ্গেলগা লোয়ননা তানখায়রকপা কন্নক-খন্থনবগী মতৌহ্‌ উবদা চরোয় লৈম্বাংশিংনা কন্না নোক্লরি।

লোংচরবী তুবেলবু মনিং থুংনা তাইবংগী মিংয়েংদগী থৈত্তুনা লৈহন্নবা উন্নুম, হৈবোং, হৈগ্রেং, তাইরেন, তেরা, খোংনাংনচিংবা উম্বাউশিংনা মশা-মবেং কন্না তোবর্বান কাগুপ অনিমক্তা উমং কন্দনা শেমথ্রবনি। হুমিংকী মঙালনা উনাগী কুথল অহোবা থিত্তুনা তুরেলগী ঈশিং শোক্লবা হোংনৈ। কুমগী নোংনা চামথোকথ্রবা শেক্তাগী হুগুক্লেংনা হুমিংকী মঙং লৌনবা শাজেল লেপ্তুনা শান্নরি। তেরা মতোন্দা তোংবা লমখুন্নু, পিথাদোই অমসুং তিংগোং কাংগোং অরাবা ঈশৈ তান্নে। লমথুন্নুনা মচা-মগুশিংগীদমক কপ্পবনি, পিথাদোইনা লাংলেন থাদোইবু কৌবনি, তিংগোং কাংগোংনা তাইবং জীবশিংগী মহুং শিন্দুনা ওলাংথাবু থাভলিবনি, অম্মুন্না য়াশিনা থনথিবনি। মক্কম অহু হেন্দোক্লুনা চংপা ওমদবদগী য়াশিনা চপ লেপতুনা খেংলকপদা তপ্পা য়োরকখিবা লুংশিংনা মাগী নাকোংদা নাশোন পিক্লা হায়রৈ — 'লুংশিববী ইভা, লাকখো, কাখংলকখো, ফানৌগী জগোই য়াওখিসি। নতাশিংগা মক্কমসিদা শান্নবদা উকুল হাম্নুক তৌরবা নংগী খঙ্গাই লাইবক্তা চেম্বরকপা হুন্নাং ঐনা তৈংথোকপিথিখহ্‌ কাউরব্রা ? চাওরে, শারেপ ফারে হায়তুনা ঐবু থাদোক্লগেরা। লাও, পম্বৌনা হয়াওনবা অকাংবা শীওবুন শেম্নীগে, পংলেম্না চানবীনবা য়াইপল, কৈজা নম্বো কানবা হেকনীগে। · ইভা, লুংঙাই-য়াইবী মরাং কায়গ্রপা, অয়াংবা সঙ্গ

তিনথ্রগা অরিবা মরুপপু হেক কাউথোকপসি মীওইবা নখোযগী চৎনবীরা ? ঐদি নংবু উবা মিকুপসিদা মুংশিবগী পি শিন্থরি।'

তুরেলগী ঈচেলসু খোঞ্জেল হৌনা লাউরকই —'মতমকুইরেদা শান্নমিন্নথিদবা ইতা নংগা, ঈফু কাওবীদো। ওসিদি কল্লক পেন্না শান্নমিন্নথিসি। ইথক থকপী ভাওশিন্নবী নংগী চরৈ নাম্থোকথিবদা ঈরৈল ঐনা কনবীথিবা নত্রা ? করিগী ঐবু উশিন্নদে ; চাউরে শাংলে হায়তুনা ঐনসু কল্লকনি কিবরা ?'

অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপ অনিনা মায়কৈ অনিদগী কৌরকপদা রাশি হরাও মুংওনবনা মোমোন নোকই। মরুপ অনিগী অহোংবা শক্তম য়েংবতা মতুনা মশামক্কী হকচাংগী শরুক কয়া য়েংলকথি, অতুগা করি পাউথুম পীসিগে থন্দুনা লৈ। মতম অসিদা অতুন-ওুনা খোঞ্জেল অমনা রাশিগী নাকোংদা য়ৈরৈ। খোঞ্জেন্দু তাইবং মীগীনি, মুপাগীনি। খোঞ্জেলগী লাকফম লৈতুনা থিরকপদা ভোর্বান নক্না হৌবা অচৌবা খোংনাংবত অমদা ঙারগা মুপা অমা লেপতুনা লৈবা উরে। মুপাহু মুংশিনি। রাশি মিৎপু থাজবা ঙমদনা ঙাইহাক ঙক্না য়েংই। মুংশি মৈচাক পুবা শক্তমদা ওইনবা রাহৈনা কৌরকই — "শাবী ইবেম্মা ইশানৌ, থংলেন মাঞ্জ পাম্মুবী, ঐবুন্নু নংনা কাউরগেবা ? পোংথাফম থঙত্রবা ঐগী থরাইনা নংবু কোইথি থিতুনা ঐদি লেল্লি। ঐগী নাক্না লাব্ররোইদ্রা ?"

খোঞ্জেল অতুনা রাশিগী থম্মোইদা থুম্না য়ৈরৈ, থুবাক অনিনা মায়থোং কুপতুনা ঙাইহাক চৈনা থাংথি। থঙহৌদনা মথোঙ লৈবাক শোক্নবা মথৈ য়াঙনা চেনশিল্লকুনা অমুক হন্না থাদোকপা ঙম্নরোইদবা মওংদা মুংশিবু কোন্দুনা লৈপ্রে। অতৎ অথম লৈতনা শিন্থরকপা মুংশিগী পিগী ঈহৌ মথুৎনা তপ্না তপ্না তৈথোক্লগা রাশি মুংদগী হিকপা হৌরকই, "ঐগী থম্মোইবু মুঙ

ওইনা লৌত্রা? নংগী পিরাংসি ঐগী ঈফুৎনি, নংনা লাংবা মৈশা ঐগী থম্মোইমুংদা চাকপা থাম্বী মৈগীনি, পুক্তি চুপ্পসি নংগী থোঙ্গুন লিক্তুনা চৎলগদবী ঐনি, করিগী ঐবু ৱারৌরি?"

অৱাবা মম্লেং থর তারকখ্রবগুম মুংশি লৈমায়দা ফমথরগা রাশিবু তম্পাক্তা ফৈনা পম্লক্লে। উনবগী মুংঙাইবনা মচিন্দগী রাহৈ থোকহনবা ওয়কত্রবা অনিহু অমগী মিৎতা অমনা চংনখ্রে। অপেনবগী তরংদা তাওরকপগা মুংশিনা রাশিগী য়েংকী থজাই চুপ্পকই অহুগা হায়, "ঐনা নংবু কয়া য়াম্না মুংশিবগে হায়বহু ফোংদোকপা ওমদনা তোক্লগত্র থল্লুবদা ঐগী অৱা-পোৎলুম ওইখিবনি। অহুবু ওসি নিংতম্না ফোংদোকপা ওম্বগী তাঙ্গা ফংবসিদা ঐগী থৱাইগী মুংজাইজবা পন্দোন লোম্রে। হায়মু, নং থওত্রা ঐনা নংবু কয়া য়াম্না মুংশিবগে।"

রাশি খুমদে, নোকফেৎ তৌহুনা মুংশিদা য়েংলগা লৈ। মুংশিনা ওইথংবা থজাই হম্না হম্না চুপ্পগা তকশিল্লকই, "হায়মুনে, নং থওত্রা, ঐনা নংবু কয়ামুক মুংশিবগে হায়বহু।"

"ঐনা নংবু মুংশিবগী তথ্বাই অমা।" রাশিনা খুমদোকখি।

"তথ্বাইহু কয়াম চাউই?"

"অা মাওদা উরিবা লাইমতোন চীংজাউসিমুক।"

"আসিদি হিমালয়নমু য়াম্না হেল্লিনা।"

"অহুদি মথক্তা উরিবা অতিয়াসিমুক।"

"চীংদোন কাক্লরবদি অসিদগী য়াম্না হেম্না পাক চাউবা উগনি।"

রাশি মমিৎ মনা ইচোৎ-চোইনা মানা ওমদবা য়াদে মতাগুম খুদোম্বীনা মুংশিগী নাত্তোন্দা নমহুনা হায়, "অসিমুক হেক চাউই।"

"অহুনি, ঐগীনা হেল্লি হায়বা চুমত্রদো?" মুংশিনা লৌশিং হেনবা উৎতুনা রাশিগী নাতোন পায়হুনা চিংলম্লগা মম্লানা চিকখি।

মুংশিগী মমায় কা হেন্না নুকশিন্নকপদা রাশিনা মকোকী মশম কোয়ম্বনা চিংখৎলগা চৈরকই, "ভাওশিন্নরবদি ঐ চৎখ্রগনি।"

রাশি তম্পাক্তগী শিংখম্বনা লৈমায়দা কমকম হোংখ্রে। মুংশি স্বর থবেং থবেং মচেং মচেংকী রাইনা ভাওলকখি, "করম্বা মতমদগী ঐনা নংবু মুংশিবা হৌরকখি হায়বদি থওলত্রা?"

"মুংশিবা হৌবগী মকম মতমসি অতোপ্পশিংম্ নিংশিংম্বনা লৈনত্রা?" রাশি কন্না নোকই।

"মম্বুবু নিংশিংত্রবশিংম্ব কাউনবম্ থুরগদবনি।"

"হায়রো অম্বদি, কাউদনবা, করম্বা মতমদগী হৌখি?"

"নংগী খোঙবী কায়বা মুমিংম্বদগী।"

"অচা, অম্বক পিক্না মুংশিবা হৈরিবা!"

"পোকপগা উনবম্নবম্ অম্বম মুংশিবা হৈরম্নগনি।"

"অম্বম হায়দো শকক নহান মমাঙগী মপোক অমদগী হায়মুদনা।"

"নম্ভেদা, মপোক চামগী মমাঙদগী হায়গদবনি।"

"উরগভা মুংশিত্রা?"

"উবা ফংত্রগনা হেনগৎলকই, লৈকম চাকম থওলক্তে। ঐনা মতম কুইনা লাইয়েকপা ভমম্বনা লক্লোদা লৈরিভেদা নংগী রাথন্দা লেল্লম্মী। লাইবিক্তা, টেবলদা, লৈমায়দা অমদি কাগী ফক্লাংদা নংগী নমিং তোয়না ইখি। নিম পাম্বা অমদা ঐনা নংগী মিং হক্তুনা থম্নম্ব হৌজিকম্ লৈবমখিগনি।"

"অম্বদি কবিগীনো নংনা ঐংখোয়রোমদা নোংমতম্ লাকখি-ত্রিবদি? করিগীনো লৈরক্তা চৎম্বনা নশক থক উৎলখিদবা?"

"নংবু মুংশিমনবদগী, ঐগী সঙ্গদা মীনা নোক্লখিনি কিবগী।"

রাশি মশা পুম্বা কাউথোক্তুনা মুংশিদা য়েংই। মুংশি তপ্না হৌগৎলক্লে, রাশিগী মখুৎ পায়ম্বনা চিংখৎলকই। চীংখোঙ থেংনা শন্দোকখিত্রিবা খোংনাংবত মশাদা মত্তেন্নহাশিংনা শেম্বা থৌরী

হাইবীগী কাইবাংদা রাশিবু মুংশিনা থাজংতুনা ফমহল্লে, মশাস্থ কময়রপা তপ্পা তপ্পা হাইবা হৌই। মুংশিংকী শরুমদা মথক্তগী কেল্লকপা উনাপ্পী কুয়োমশিংনা মথোয় অন্নিগী মথক্তা লৈ ওইনা চাইথরক্লে। খোংনাং মতোন্দগী পাইথরকপা নোঙ্গৌবীনা ঈশিং ময়া নকপা উশাদা তোংতুনা কু কু হায়না হৌনা খোঙলি।

নোঙ্গৌবীদা য়েংলুরগা ওনশিল্লতুনা রাশিনা হায়, "ঐসি নংগী ঈথৌ লাংবীনি।"

"ঐনা নংগী নোংইন।" মুংশি তায়বগুম খুমথি।

"ঐসি নংগীদমক ডাওরবী।"

"ঐনা নংগীদমক তেংথাবা।"

"ঐসি নঙোন্দা কংথোক্লবী।"

"ঐনা পেয়াইদ্রবা ভিক্ষ্যারী।"

"ঐসি নংগীদমক হিংলিবী।"

"ঐনা নংগীদমক শিগদবা।"

"করি?" রাশিনা ফিংনা লাউরকথি, "অত্তুমকা পঞ্জগম্ম, চন্দ্রজিনিনা মপোক অমদা ঙাইবত্তু রামল্লি।"

মুংশি খোঙ্গেল থজিক্তং খোক্লা য়ায়া পাম্মুনা নোক্লগা কাইবাংদগী কুমথতুনা মাঙলোমদা খোঙকাপ থর চংথি। চবুন চবুন ওইনা শাংলিবা লৈবাক্লে হেক্লগা নাচোম অমা শেমতুনা বাশিগী মশন হাইদোক্তুনা নাপদা থেৎলীরে। মথুংনা কাইবাং পায়তুনা তপ্পা তপ্পা অমুক হাইহন্দুনা চিরোন হৌই, "লৈরাং অসি নংগা মান্নবা ফজবীনি, খোৎপীনি।"

"অথাং কনবী লেংদবীনিস্থু হায়বীয়ু।" রাশিনা রাকংলকপনি।

"মিংথোন অমগা হায়রকে?"

"করি মিংথোন?"

"চাকথেকপী।"

"কনমন্ত্রো ?"

"অদুদি অতোপ্পা অমা … ।"

"হায়মুনে।"

"মগুপী রানী।"

"চৎথোক্কা, অদুদি নংনা মগুপী নিংথৌ তারে ?"

মুংশি নোকপা পাক থাম্বা ওমদে। রাশিনু থরাই তানা নোকই। উনালক্কগী ছুৎতুনা য়েংলকপা মুমিংকী মঙালনা মমায়দা য়ৈবদা রাশি মমিং মনা ইথক থকই। মমুন ফারবা হৈরাওগুম্নবা থজাই অনিবু কন্নবা হোৎনরিবা শন্নাংবু মুংশিংনা হুন্নকপদা থোমগৎনবা হোৎনকবনি, থৌওং ওম্লনা থোকখিবগুম লৈবাক্লে নাচোম নাম্থোকখিদুনা তুবেলগী ঈচেন্দা তাখ্রে। পনগদবা মান্না মান্না অদুম লাপথোকখ্রে ! রাশি য়াম্না পাম্মুনা য়েংই, মুংশিবু তাম্নহন্নিংই, লৌথৎহন্নিংই, অদুবু ঈচেলগা অনৌবা মরুপ ওইবদা হরাওনা তাওথখিবা নাচোমদা মুন্না য়েংলগা মুংশি রাথল অমদা লুপ্পগুম উই। রাশিদি মাগী অপাম্বা কোল্লি, হংলকই, "তাল্লুবা ফংলরোইদ্রা ?"

"তান্নদুনা লৌথৎলরোই ; পুথ্রসমু মাগী পম্বুং ফাওবা।" মুংশিনা খুমই।

"কদাই য়ৌনা ?"

'অহানবদা ইম্ফাল তুরেল।"

"অদুদগী ?"

"নিংথি তুরেল।"

"মথংদা ?"

"ইরাবতী।"

"অদুগী মথংদা ?"

"সমুদ্র।"

"অহুনা লোইরব্রা ?"

"লোইরবনি, অহুনি মখোয়গী পম্বুংকম। চীংমুংগী মুঙগার ঈফুংতগী হৌরকপা ঈশিংনা নংহৌররোই মতাঙুম চেম্মরিবা, অহুথক্তুং য়োনবা।"

রাশি মুংশিগী মুলখংলকপা রাথন্দু লাম্বা কংনবা মঙোন্দা মুন্না য়েংই। মুংশি মথা শমথে, "নং-ঐগী পুন্সিসি অহৌবদগী অরোইবা কাওবা পাউথোকংঙুম লৈরপদবা মতমগী ঈচেলনা পুহুনা চেম্মরি অশিবা কোবা সমুদ্রদা তিন্নুনবা। ঈচেঙ্গ অসিদা নংগা ঐগা খুংশয়নবা তাওথমিন্নসি। পল্লে পুন্না তোরৈ অমদা, লুপ্লে লুপ্পা ঈরেঙ্গ অমদা।"

অপাবা লৈচিল অমা রাশিগী মায়থোংদা শন্দোকখি, চিন্দগী রাহৈ থর লুম্না থোরকই, "খুংকা খুংকা পায়নহুনা তাওথবহু কিজৈ, নাম্মোকখিবস্মু য়ায়। পম্বুং অহু য়োনা পুবীনবা ঐগী থম্মোইস্মু থরাইস্মু নঙোন্দা শিন্নথরহুনি।"

মুংশি মাঙলোমদা থোঙকাপ থর অমুক চংখিহুনা লৈবাক্লে চবুন অমা অমুকস্মু হেক্লগা অনৌবা নাচোম অমা শেমহুনা রাশিগী ওইগী নাপদা চিন্নবা হোংনরকই। রাশিনা মঙক হাইহুনা নাচোম খুৎনা লৌরগা হায়, "ঐগী নাচোম কেনগ্রে, অনৌবা অমুক চিন্নরোই, রানা শেমজরুবা মপু নংগী ওইজরো।"

রাশিনা মুংশিগী য়েংকী নাপদা নাচোম থেৎলি, তনৌ-তনৌবা পাথংগী শক্তম্মু চিঙনা য়েংলগা পুক্লিংনা শীংথাই, "অসিবু কামদেবনা শাইওনব্রা ? করম্নবু থাংসিগে, ইশাবুস্ম কাউগ্রবদা।"

থৌরীহাইবী কাইরাংদা, মথুং রাশিগী লেংবান্দা থম্নগা, মুংশি ফমথরকই। রাশিগী কোক্তা মথুংনা তপ্পা তপ্পা নান্দুনা চিরোল হৌরকখি, "নংসিবু করম্বা লাইগী খুংশেল্লো ? মেমস মরুস্মু নংবু উবদা শোইদনা কল্লকনি।"

"অহুনা হেন্না কিজখ্রে। ঐবু উখিনি হায়বগী নত্তে, নংবু উখিগন্না কিবনি, অহুনা কনানম্বু উরোইদবা মফমদা নংবু লোৎহুনা থম্বা তাবনি।" রাশিনা চিরোন্দা খুমুক হনখিবনি।

"করম্বা মফমদা লোৎকনি?"

"মথোয়না উবা, লাম্বা ফংলোইদবা মফমদা হায়রিবসিনি।"

"অশুকপা উমংদরা?"

"অশুকপা উমং মৈনা চাকখ্রবদি ইকোক কোকহোই।"

"অমুবা লৈচিল মথক্তা?"

"মুংশিংনা হুমদোকখ্রগা অহাঙবা অতিয়া ওইহোই।"

"সমুদ্র ঈরোলম্নংদা?"

"কুম্ভ থিবা লাক্কনি।"

"অহুদি হায়যু করম্বা মফমদা?"

"ঐগী থম্মোইগী কাচিন্দা।"

বাশিনা মুংশিগী মথামুংদা ঙাশিল্লকই। লোন্না তাবম্বা মুংশিংনা মাগী হৌনবী খুদক্তা পাউ শন্দোকখি — 'বাশিগী মুংশিবা অশেংবনি।' উপাল-রাপাল্ল পুম্নমক হরাওনহুনা খুবাক প্রোক প্রোক খুবক্লে। তুরেলগী ঈচেল মুংঙাইবনা রা রা নোকই। লৈচিলনা মঙং মঙংগী শাথেক পুথোক্লুনা জগোই শাই। মুমিংনা লৈচিল মকমদা লুমহুনা লোন্না লোন্না য়েংবা হোৎনবি। মতম অহুদা রাশিগী চিনবান্দা ফোং ফোং শাবা অমা ফাওরকই, ইথং থংনা ফুক হৌগৎহুনা তুরেল মথাদা পান্দম য়াওদনা চেম্নখ্রে। মুংশি মতুংদা তান্নে।

মুঙলক্তা ঈচেল কয়া চেল্লিবা তুরেলগী ঈশিংদা রাশিনা ফনেক খুকউ মথক কানা চিংথৎলগা চোং-চোংহুনা চেল্লকই। লৈনাগুম খোৎলবা মখোঙনা অকনবা মুঙগা থেংনবদা নারয়্লগনি রাবনা মুংশিনা মাবু পমহুনা থাংগে রাথন্দা তান্নরকপনি।

তুংগ্লানগী অকপ্পনা হেনবনা চেনবা মঙম চংত্রবী রাশি অহোম্বা লৈঙোই-মুঙজেং মপা অমদা মখোঙ অনিমক লূনা লূনা পুৎথরে। উপায় লৈত্রবগী মওংদা স্বর থবেং থবেং হোন্দুনা রাশি কমথম্লকখি। চমজরবী বাশিগী লাইবক, থজাই, নাতোন, মমিং অমদি চিনবান চরাম্লববা মুংশিগী চিন্দা মখং মখং চখোম ওইনা চংখোকখ্রে। খঙহৌদনা মুংশা লাংলবা উকম হরাই মত্রোনগুম তেক্লা পংথবকপী অহুবু মুংশিনা তপ্পা চিংখৎপা হোংনৈ। অকনবা পাম্বোমগী উফৈদা বাশি য়াত্তাখ্রে। ফৈনা পম্লবী রাশিগী রাই রাই তাবকপা শমদোন্দা নেৎলুগত্রা মুংশা খিবনা মুংশি য়াম্লা চেকশিম্লা মখোঙ থা হুনা তুবেলগী অঙম্বদা কাখংলকই।

হানৌনা লেং লেং চংলবা তময়া অমদা রাশিবু থম্লরে, চুম্লা ফমহনখিবনি। মখোঙদা, মখুংতা, মনমদা অমদি মথবাক্তা পকপা লৈঙোই উফুল কম্থোকপীরম্লগা খোঙকাপ অহুম হম্বোত্তুনা ফম্লিবা মুংশিগী মবোল নাইবা মিংথেংদা রাশি নিক্লা থাঙলকই। মাগী মতৌ য়েংলগা মুংশিনা মোমোন নোক্তুনা শৈথাবকই।

খোইমু ইল্লকনি লোম্লা
লোংশিল্লু মায়খোংদু চেৎনা।
লৈরাং ওইনা নিংতুনা
শীঙেল মক্রি থন্দুনা
পাংতা শাৎপী থম্বালনি
চীংদা ঙানবী লিলিনি।

(ন.সি করম্বা খুংশেম্লো ?)

খোইমু ইল্লকনি লোম্লা
লোংশিল্লু মায়খোংদু চেৎনা।
মিংনা উত্রে লৈঙমদে
নাক্লা লৈরে য়েংঙমদে

নপাউ কংজ্রে খাঙডমদে
নখোল তারে লৈতাদে।
(অসিবু করি মতৌবো ?)

খোইমু ইল্লকনি লোয়া
লোৎশিল্লু মায়খোংত্থু চেংনা।
মালং শত্থুয়া খেংলমগনি
কোয়ৌ মশেক্লা শোকথিগনি
লৈচিন মোংক্লাইনা তাল্লকনি
চীংজাও পরেংনা মিৎতাথিনি।
(রাবি ঐনা নংগীদমক।)

খোইমু ইল্লকনি লোয়া
লোৎশিল্লু মায়খোংত্থু চেংনা।
পূন্সি ঈশৈ হৌবকফম
মুংশি শৈবোল খোরককফম
পাম্মু মশক খঙনফম
কায়না মৈশা লাংনফম।
(নংসি ঐগী কনানো ?)

ইশৈ লোইশিল্লকপদা মুংশিগী শকফম হোংলকই। অয়াবা শংক্লোন পুত্থনা মতুদা হল্লগা থয় থয় লাপথোকখি। মুংশি অরাংবা চীংদোন য়েংত্থনা অভয়দা কাখংপা হৌই, রাশি লৈহৌরি হায়বা খোশাক্লদবগী মওংনি। অশোংবা নারক, শহী-উচান অমদি উরীগী লাং লিং লিংত্থনা অস্থম অস্থম চীংমায়ত্থদা হায়গংপ্রে। রাশি মিপাই-থাবাইনা তাম্নত্থনা চেনখংলকই। লম্বী অত্থদা মাগী মীচং অমত্তা লৈখিদ্রে, অকংবা উনাশিংনা মমায়দা কুপশিল্লে, থাঙত্থপ তিংগ্রুং অমদি উশাশিংনা ফিজি লৌত্থনা থায়কই, মুংশিংনা মাঙদা থংলি অমদি উরীনা মখোঙ পুন্দুনা য়াম্নরি। রাশি স্বর

মপী হোল্লি, রাবনা থক থক নিকথি। মিকুপ থরগী মমাঙদা ইঙান ঙান্না উবস্বা চীংদোন্দা কুপশিল্লকপা অমম্বা লৈচিল মরক্তা মুংশিনা চংথিবদা মুংশা থিনা কপ্লকই, লৈজবী পাঙ্গল থাদুনা কৌই, "মুংশি! মুংশি! নং ঐবু থাদোকুনা চংথিবা য়ারোই। নং ঐগী থরাইনি। মুংশি! মুংশি! মুংশি!"

রাশিগী খোঙ্গেল চীংমুত্থদা খোম্থাং ঢ়য়না চংথি, মুংশিনদি থক খুমক্কে।

রাশি ফ্রং ফ্রং চো দুনা কপ্লা কপ্লা লাউবা লেপ্তে, "মুংশি মুংশি! মুংশি!"

"ইবেম্মা! ইবেম্মা! মুপীমচা! বাশি! বাশি!" রাশিগী মমানা থংনবা কাদগী চেনশিল্লকুনা হৌদোক্লে। রাশি মিকপ খোবকুনা মমিং পাংথোক্লে, অদুবু কপ্লা কপ্লা মুংদা কৌবি, রা লোইশিল্লি, "মুংশি! মুংশি! নং ঐবু থাদোক্লম্বা য়ারোই।"

মবোল খঙদবী মমানা থরাই রানা মচাবু চেংনা কেনশিনবী।

# ১৩

## মুংশি পহুং

মুংশি য়াহৌ য়াম্না ঙনখিবা সুমিংনি। ঙন্না ঈরুজখোক্লুনা ঈংথ-তপথনা লৈনবা অমম্বুং পুক্লিংগী ওলাংবা ফাখনবা মতৌ অমা চেম্নবা উই। অয়ূক ঙল্লিঙৈদগী হৌনা মমাগী নাক্তা ঙাইহাক ঙাইহাক উরূ উরূ লৈশিন্দুনা লৈরবত্নুনা করিগুম্বা থর হায়নিংলি হায়বা খঙগ্রবনি। লৈতাদবগী মিংয়েং-নায়েং, চংপদা, নোকপদা মমাঙথক্কা মায়দবা মওং অমা উবদা অঙৌশ্নু মঙোন্দা ঙক্কক ঙক্কক য়েংলক্লিবনি।

সুমিংনা য়াংথংলক্লবা মতমদা মপা থবক চংথোকপনা হানখ্রগনি থন্দুনা মমাগী নাক্তা মুংশি চংলক্কুনা ভাব্লয়ে, ঙসি সুমিদাং মানা য়াশি পুত্নুনা লাক্লগনি হায়য়বনি। লৱাই কোক্তোন যৌনা হাইগংলুবা থাদোইগী হৱাও-মুংঙাইবা মুংশা থিবগা ঈরোয়ননা তপ্পা তপ্পা কুমথরক্লবদা অঙৌদা পাউত্নু তমলুয়ে। মিক্নুপ অত্নুদগী মমা-মপা অনিত্নু পুক্লিংগী চরাঙনবনা হায়কম তৌকম খঙদবা মতৌদা পোংথাহল্লে, ঈথক-ঈপোম অমদা অত্নুম তাওত্নুনা লৈবা হৌগ্রবনি। মংখোয় অনিনা মতম কয়াগী মমাঙদগী মচাগী-দমক মঙজরকখিবা মঙ ঙসি তাইবং ফাওনা অশেংবা থৌদোক অমা ওইনা মাঙদা ভারগদৌরে থমুবদা ঙাঙখোয়কপা য়াহৈশিংদা মুংঙাইবগী খোম্থোক চেটৈ, য়েংখোয়কপা মিংয়েংদা হৱাওবগী

মশেক পকই। মখোয় অনি হৃঞ্জিন হৃঞ্জিন রাতানবা লোইশিনবা ঙমগ্রবনি।

হায়নখিবদা খোঙকম হোংদবা, মীকা ফোংদবা অমম্বুং অরোনবা ঙাক্কুনা চেকশিন্না লৈনবা রাশিনা শিন্নরকখিবা রাকম খুদিংমক ঙাক্কুনা লাকখিবা মুংশি পুংকম নকশিল্লক্রবা মতম অসিদা মমা-মপা অনিদা খঙহনবা য়ারে নিংখিবনি। ঙসিদি মশাবু রাংনা ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা ইচং খোনা মায পাকপগী চাউনা থাজবা লৈ। মুমিংনা রাতোন্দগী লৈথখিবগা মশা য়াম্না নাম্না মুংশি মুমদগী থোকখি, কনামতগা লোয়নখিদে। নিংথমখা মমৈগী মুংশা রাইহুনা শুমাঙ মচিদা থাবা ফক্তা ফমহুনা মাবু য়েংহৌবা মমা মপাগী শকফমম্ম ঙসিদি পুংতোপ তোপগ্রবনি।

মচানা থোঙ্গাল রাংমা ল'নখিবগা মুংশা খিবগী চাং হেনগংলক্রবী থাদোই হৃঞ্জিন হৃঞ্জিন ঙাঙনহুনা লাক্রবা রাকমম্ম হৌদোরকই, "অহুদি মহোয় পাবুং, চেন্নকপা হায়বহুনিনে?"

"হোয়নে," অঙৌ রাইহ খুদিং শাংনা চিংথোকই, "চেন্নকপা হায়বহু তারেদনা, রাদি শোইদনা থর চাউরগনি।"

থাদোইগী মুংশা খিবা হৃম্বহনবা ঙমগ্রবনি, "অহুদি করম তৌসিগে হায়বীরো, ঐখোয় মুন্না থন্নহৌসিকো।"

অঙৌ মশা অমুক্কুং তিংথংহুনা স্বর শাংনা হোন্নগা হায়, "করমদি তৌনি, মতম মতমগীনি। চীংগী ইচিন-ইনাওশিংগী রাহৈদা 'য়োংগী লান্দা য়োং ওইনা, শাওমগী লান্দা শওম ওইনা' হায়নবহু তারেদনা। মচাগীদমক মমা মপা ওইবা ঐখোয়না মায়রোং রাকম থোক্লিবা। ঙাইখোদা, শোইদা ঙামদনা মুম য়োরকপদা ঈশ্বরদা হায়জখিসি।"

"অঙাংহুবু তোম্বীগা পাউ ফাওদোক্লবা ঙমখিদ্রবা জাংলা; মানা ঐখোয়গী অপাম্বম্ম তারমগনি থনবনি।" থাদোই নিংশিংলগা হায়।

"মুন্না থম্লমগনি, অঙাংঙ্গু পণ্ডনা উদে।" অদৌ অশেংবা চিংথোক্লবা হোৎনৈ, "অহল লমম্না য়ারোই, অখিংবা শোইদনা পীরকনি হায়বা উরমগনি. মসিদনিসে।"

"অহুনি লুরিবসি।"

"থম্লক্লিবসি অহু নত্রনে?"

"অহল-লমন থর তাকহৌসিদো।"

"তাকদবনি, অহুবু মতম থর রাংলি হায়বনি।"

"মথোয়গী অহল-লমনশিংঙ্গু য়াম্না লৌথিরম্লবদিনে, থওত্রেদা।"

"অঙাংঙ্গু ঐথোম্লনা হাৎনবদি নত্তেদনা, ঐথোয়গী ইচা অমুক ওইজরগে অমদি ইমুংসি মঙোন্দা শিম্লজরগে হায়না খুরুমজগদৌরিবনি।"

"ঐথোয়গী মীমান্নদবা মতৌসিদা মথোয় রাবৌগনি, শাওগনি।"

"শাওকম থোকপনি, ঐথোয় ইশাদা থাংজিল্লুনা য়েংসি, মুংঙাইরোই হায়বা চুম্লবনি। মথোয়গী শাওকমসি অঙাং মুপীমচা অহুদা ৬াক ওইরক্রোই, ঐথোয়গী ইথক্তা লোইনা হৈথরকনি। মহু ঐথোয় য়াবা তাবা, মরমদি অঙাং অহু ঐথোয়গী ওইনিংবনা ৬সি অম্লুক্তগী নংনা মচানুপাবু থিংথিদে, ঐনা হয়াওবা উংখি; অরোনবা লোনচং অমা ঐথোয়দা লৈগ্রবনি। মথোয়গী অহল লমনশিংদা হৌজিকসু তাক্লবা ঐথোয়গী থৌনা করিগী লাকত্রিবনো নংসু থল্লু, চেনবা য়াররোইদবনি।"

"করি রানোদা? মৌ থিবদবু অহৌবদগী হৌনা পুংজাও থিল্লুনা কনা কনাদি চৎনবনো? লাইরিক্তা য়াওরিহুদি, পামজবা মৌ অমা ফংনবা হোৎনবদা শিজিন্নবা চিয়োনগী পাপ লেম্না কোকপী।"

"অহুনা লাইগী রানি, মীওইবা ঐথোয়গীদি পেন্দবগী মাঙোম্নসি চাউনৈ।"

"করিনো মহোয় পাবুংগীসিবু মনিঙ-মমাঙ ইথং হেক থংলে। খঙদে, অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু লাউন-খোঙনবা, থৎন-চৈনবা অমদি মুরুবা হায়বসিমক্তবু শুককং কত্তে; পামজখিদ্রেদা।"

কনা কনামক্তি মহুবু পায়বগে? থৎন-মুরুবদি অচেনবসু চেংয়োম অভানবসু চেংয়োম শোইদ্রবনি। অহুম ওইনমক মসিমসু থমসি। মুপীনা চেল্লবা হায়বসি নাকল অনিগী অহল-লমনশিং ভাইশিন্নবা থিরকপা অহানবা লম্বীনি অহুনা মসি পোৎ অমগী মপু অনিনা মমল শাঙনবগুম্বনি হায়নরিবনি।

"যানরবদি মফবা, যানদ্রবদি কম্না মুইম্নদো।"

"মহুদি শোইদ্রবনি।"

"অহুনা তারক্লিবদি উপায় থিবা; তানহৌসিকো মহোয় পাবুং।"

"উপায়হু হায়রোনে য়েংলসি।"

"পুলিসতা শিন্নব্রা, মখোয়গী কোর্ট মেরিএজ হায়বহুরা নত্রগা থৈদোকথিব্রা অমদি ভোবনা চুমগনি।"

"পুম্মক্তু কত্তা লৌশিং চংই, ইশাগীতা য়েংবা মাল্লি, ঐ যানিংদে। মহুনা মখোয়গী অহল-লমনশিংবুসু হেন্না হেন্না শাওহনগনি।"

"মুপী মশানা যানা লেপতুনা লৈবনিনা থবকশিং অসি পাঙথোকপদা ঐখোয়দা থুরৌ চেল্লোই, অহুগা তুংদসু আইনগী মতেং অসিনা মঙোন্দা পাঙ্গল হাপকনি।"

"অঙম ভানবগী থবক অহুনা অহল-লমনশিংগী থম্মোইদা মালেমগী কিশি পুন্দুনা লৈথিবা থোক্লবদি হয়েং তুংদা ঐখোয়গী মৌদা নিংঙমদবা লৈথিবা যায়; মহু মঙ্গলগী মশক নত্তে। ময়ামসি থল্লুরগা ঐ নংগী রাফমহু পুক্লিং থৌগৎপা ঙমদে।"

"মহোয় পাবুংগীহু লুখমনদ্রে, অমুক্তপা মুম্না থম্বীখো।"

"ঐ থঙলে, য়েংউসে, ঐখোয়গী ইচাক্সপাগী ফিঙমসি নংলমদ্রবদি থবকশিং অহু পাঙথোকপদা মৌ অহু যাম্না পামজহুনা

তৌরিবনি হায়বসি মীয়াম্না ভাঙনগনি। মহু খোক্কে, ঐখোয় মীফম্তা তাগনি। অহুগা শিন্নবা মীদা থাওনা ৱানবগুম্বা ইকাইবা অমা মপানগী মীনা ঐখোয়গী মোদা পীরকপদা ঐগী থম্মোই পুবা ওম্মোই। মাগী ফিরেপ য়েংলগা ঐনা মাবু লাইরেম্বী, দেবী অমগুম উই। মপানগী পুকখিনখোন য়াওদবা মাগী অচেৎপা ৱারেপ মীয়ামদা উৎনিংই।"

"অহল-লমনশিংগী অশাওবা ময়াম কাথবা ওমদবদগী মাগী ৱাথল ফিরেপ মায়থীরবদি ঐখোয়গী ফিভম করি ওইবা তারবা, অৱাবনি। মহুস্থু কাউবা চুম্মোই।"

"ভক্তিগী মাওদা মুক্তিনা থাওহুনা লৈবা ওমদে হায়নবহুদি খুরুমজরসি, মহুগী মহৈ য়েংবা নত্তনা উপায় অতৈ থিরগুসি। অহুবু অরোইবদা ৱাফম পুম্নমকসি মুপীমচা অহুগী মথুংতা লৈরে। ঐখোয় য়াম্না হেন্নস্থু ৱারগুসিদা, ময়ামসি ফিভম অমদি মতম্না শোইদনা শস্থাইনখিগনি।"

অঙৌগা থাদোইগা ৱারীদা লুপখিবনা মতম চৎখিবা থওহৌদে, অমম-অঙান শিন্নবা মতম ওইরক্লে। মখোয় অনিগী ৱারী অস্নুম থৈথরক্কুনা ৱাশিগী শক-গুন্দা তারক্লবদা অমনা শীংথাবা লোইবগা ওাইওমদনা অমনা অমুক হোই, পেনবা লৈভবনা পোৎথানদে। ইকুই কুইদনা মখোয় অনি মনেম-মকু হায়বা ফমথোন্দা হায়গৎলগনি থল্লুবদা চীংলেম্বা মুংশিং অমনা মখোয় অনিমক্কী মশাদা তপ্না তপ্না য়ৈরৈ, অহুগা লোয়নরকপা মুংশা থীবগী শহুমস্থু হন্দোকখিক্রে।

য়াচংবনা মপুং ফাবা মুমিদাংগী শক্লোন লৌরকপগা অঙৌ লাংতক্লবা হেনগৎলক্কুনা লৈতানা ফম্বা ওমখিক্রে, শোইখিগক্রা ৱাবনা থবাক্তা মথুং কারন চম্না খোঙ্গান ৱাংমগী লৈরক্তা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলুই, য়েংবা থক লেপ্লে, মীনা কৌরম্বা খুম্বা কাউখি।

ভাইভমদবা ফাথচুনা অঙৌ মুমদা অমুক হ্ৎিল্লক্রে, অহাংবা মাঙ্গোন্দা থাবা ফক্তা মথন্তা ফঠ্রে। মুমিদাংরাইদা মফম ইথঙ খঙংহৌদনা অকনবা নোংলৈ মুংশিংনা হৈথরম্বা লেম্না ইংহল্লবা লৈমায়গা থাগোম্নরুবা মুংশিংনা হম্না হন্না ইমুংদা তানশিল্লবম্ব অঙৌ মফম লেঙদনা মঙক থাঙ্কং-থাঙ্কংতুনা থোঙ্গাল্লোমদা য়েংলি। মমাঙদা ভাংশং ভাংনা চাক্লিবা মৈফুদা ওনশিনবা শংত্রিবা অঙৌনা হবাওবগী খোনফমদা ইমুংলোমদা ওনশিন্দুনা কৌরকই, “তারিত্রা? থোবকউ।”

থাদো'ইনা খোঙ্গেন্দু ফাঙুনা চেম্থোরকখিবনি। শুমাঙ মতোন্দা মুংশিগী তুং থারম্না রাশি অশংবা শাল অমা মকোক কুপ্না ইল্লগা চংলকপা উবে মখোয় চেল্লক্রবনি। থাদোই চেম্থোকুনা রাশিবু চেংনা কোনবীকই; তুলসি বত্তি কংফমদা মকোক নোলহল্লগা পুশিল্লক্রে। রাশিনা মাঙ্গোল মচিদা লাইবক কংলগা অঙৌদা খুকমখি। থাদোই হবাওবনা মখোঙ কাঙতক কাঙতক মমৌবু কোন্দুনা ইমুংদা চখ্রে।

থাদোই থিম্মদে খুদক্তা তফিং তফিং থে'রক্লগা অঙৌগী না'কোং নক্না নোম্মচুনা হায়বৈ, “সত্য, ইম সি পিক হেক থল্লিংহ।”

“থনবতা নত্তে, ভাল্লবনি। অশেংবা দেবীনি, লাইরেম্বীনি। অচম্বা মুপীকা ওইনা লৌকম্নু।” হন্নাওবনা থক থক নিক্লিবী থাদোই য়েংলগা অঙৌনা হেন্দোকখিবনি।

থাদোই, অমুক চেম্থারকই “লৈকাইগী অহল-লমন তাকপগী মতম য়ৌত্রিংব্রো, অমুম তুমিন তৌবীবিবসিবু?”

“পাথংকম্নু, ঐ চংকে তৌরম্লিবনি।” অঙৌ হৌগংলি।

অঙৌনা মুম্রে ম্নগী মুপা মচা অমদা মরি-ম্না অমদি চেংশিনবা মকপ খব কৌকনবা হায়রম্নগা থা-ম্নাংগী অহল অহুম মরি কৌবা চংখি।

করম্না শন্দোকথিবা পাউন্নো, অদোনা হন্নকপদা ইমুংম্ব লৈকাইগী মীনা থন্নম্মে, চিক্ল-চায়নবা ভমন্নে। অদুং ময়াম্না মথোয়গী মমাচৌবু য়োমম্রে, থরদি মাগী ফিজি পায়বম্ম য়াওরি। ইমুংদা চংক্ষম লৈত্তবদগী মপান্দা লেপ্পবনা য়াম্রে। নহা-অহল, মুপী-মুপা লেংবীরকপা খুদিংমক লোইনা হরাওনৈ। ময়াম্না ভাংন-শোম্নরকপগী থোম্রেম্না পুম্নিল নিম্লি — 'মশক ফজে', 'মগুন লৈ' 'য়েংবা মুংভাই', 'লেমজৈ' অসিনচিংবা। মথল-মথেলগী মত পীনৈ। থাদোইগী অকবা ধর্ম্মনা অকবা মৌ ফংবনি হায়নবম্ম য়াওই। মুপী থরদি মচি মচিদা থৈদোক্লুনা ভাংনৈ — 'ভাওবু ভাওরা ? মশকা মতৌগা করম তৌরিবা জাংনো।' 'মীরোল য়াংপা অমা নত্রগা মপূস্পিদা নিংবা কায়খিবা অমা শোয়দনা লৈরমগদবা মাল্লি।' 'মাগী ওইজবা অমা য়েংলম্বম্ম কনানা খঙবনো।' 'কংথোকপগী পূকচেল উংতুনা ফিদম অমা তানগে হোংনরম্বম্ম য়ায়।' 'মমা মপানদি ওম্মোক্লা চাকশ্রনিদা।' 'হোয়নে, হরাওবা থর থোয়চাক-লিনচাকপা থব।'

মৌ য়েংবা লাক্লম্বা থরনা মাগী মাগী থোকপা কবিনো অমমম শোল্লগা হম্নশ্রবম্ম অয়াম্বদি অভৌ-থাদোইগী মুংভাইবদা শরুক য়াহুনা ফম্নরি। মুম্নিদাং পুং মাপল্লোম তারকপদা হায়দোকপা চংলুবা কাংবু হল্লক্লুনা পাউদম্লে, "হোজিকমক থিল্লকউ, লুহোংগনি হায়রকই।"

থিল্লকউ হায়বা য়াকমসি অনৌবা নত্তে, য়েলহৌভৈদগী চংনবী ওইনা লাক্লবনি। থম্নগদবদি 'লুহোংগনি' হায়বসি কদাই ফাওবা থাজবা য়ারবনো হায়বসিনি। অতোপ্পা লোন্দাদা হায়রগনা অহল লমনশিং অতুনা থম্মোই শেনা ভাইগী মরী থম্নিংলমগত্রা নত্রগা থম্নিংলম্মোইদ্রা। কুপ্পা থম্নদবা য়াদে হায়বনা পুম্নিল নিম্লি, মবমদি থিন্দোকপুবগা হয়েং পীবরোই হায়রক্লবদি, মতুদা কনানা

করি পাঙ্গল উৎতুনা শয়েঙ ভিংলুগদোরি। থিল্লুত্রগনা, উশিত্তে হায়না শাওদোকখিত্নুবা মরু-চায়বা অমত্তনা কাথবা ওমত্রবদি। থল্লু থল্লুবগা মনেম-মকু ওইবা অনিগী মুংশা থিজবা থয়ে। থম-তায়বা তোক্তে, মাগী মাগী অনিংবা অপাম্বা পুথোকৈ। অহল-লমন মকপ-মপাংশিংগী রারোল মুয়া তারগা অভৌ ইমুংদা চংলকই।

মনেম-মকুগা রাশিগা কা অমদা চিক্লা ফমত্নুনা তানবা হৌরে। অঙৌ য়ায়া শুংশিনা তপ্পা হায়, "ইবেম্মা, হৌজিক ঐখোয়গী থক্তা থৌদোক্লা নল্লরে, মসিদা নং ঐখোয়গী মীচং ওইরে। থৌদোক অসি লোইশিন্নবা হোৎনবদা ঐখোয়গী লৈজরিবা বুদ্ধি-লৌশিং অমদি পাঙ্গল্দগী নংগী রাহৈ-পুকচেলনা হেন্না মরু ওই হায়বদি নংগী থৌদাং য়ায়া চাউই। ইমা-ইপা, অহল-লমনশিংগী রা ইনগমু, ঐখোয়বুনা হেন্না লুনা থল্লু হায়বা রাকমত্নু ঐ কৈদৌভেদমু হায়বা ওয়েই। অত্নুবু ইমুং অসিগী ইকাই-খুম্নবা অমমুং ইজ্জৎ চাওথৎহন্নবা নংনা থোঙ থাংজিল্লকপ্রবনি, য়ায়া থল্লমকম থোকই। নং লাকপগী হরাওবনা ইমুংসি থল্লে, অমুক থাদোক্লুনা হনখিবা থোক্লবদি ময়ামসি করি ওইহৌগনি, মত্নু নংনা কাউরয়োই।"

ভুংদগী থাদোইসু য়াওশিল্লকই, "সংসারসিদা মাগী শকক থুংত্রে, মীমায়দে হায়বগী মৈচাক অমা থম্মোইমুংদা পুত্নুনা লৈরবা ইচাগী চিন্তাবু নংনা ওসি ইরায় লায়না মাঙহন্দুনা ভাইবং মীরক্তা চিংথৎপিরে। মসিগী মহৈ লেম্না মাঙলোই, চাউকমসু থোকই। নংসিবু ইচারা. ইমৌরা, লাইরেম্বীরা; নংনা ইমুংসিদা চংলকপদা ঐখোয় যুগ কয়া হিংগদবোই নিংই, হিংসু হিংনিংই। স্বর্গ লাপ্পা লৈত্তে হায়বসি ওসিদি লৈয়া কোংনা, ময়েক শেংনা থওলে। মরাইবক থীরবা ইচাবু নংনা মঙাল অমা উৎতুনা লমজিংলকপসি পূক্সি মতোন লোয়া চিংথৎপীয়ু। মত্নু উনিংবগীনি ঐখোয়না হিংলিবা। ইবেম্মা, নংনা হেমসু থওলমগনি, মুম্বানবগী পম্বুং তানবা

লমজেন্দা লখী হোংবা লমজেল্লোইগী শোংথবা থয়দি লৈবনি। পুন্নমকসি মূন্না থন্নগা ঐখোয়গী অকিবা পুন্নমক নংগী য়াথল-ফিরেৎনা মাঙহনগদৌরিবনি। ইবেম্মা, ঐখোয় মুন্না থন্নসি।"

মোরাদা কম্লিবী য়াশি মরু লুক্না অহল অনিগী য়া মুন্না ভায়। অঙৌ মথা অমুক শমথৈ, "শম্না হায়রবদা নংনা য়ুম অসি থাদোক্তুনা চংখ্রবদি ঐখোয় য়াম্না সুংঙাইরোই। ভেক্ত-কায়দনা ইমুংসিগী মৌ-য়ুমুরেম্বীগী থবক্তগী নং নাম্মোকখিবা তৌগম্। অহল-লমনশিংনা হৌজিক নংবু খিল্লকউ, লুহোংবগী থবক চংথগনি হায়রি। মসিগী য়াহৈসি চংনবীনি। থবকস্ু চংনবীনি। মমা-মপা ওইবশিংনা মচাবু কন্যা দান ফংগে খিল্লকউ হায়বদা খিংবগী চংনবী লৈতে, আইনস্ু নিঙোল মমা-মপাগী মীচংদা লৈ। অদুনা ঐখোয়না নংবু খিন্দনা লৈথোকপা হায়বসি কজবা ওইরক্লোই, য়াথোকস্ু লাকপা য়ায়। মসিদা নংগী করি য়াথল লৈ? তাম্নসি।"

রাশি মমিং অমুক্তং উইশিল্লুরগা তপ্না তপ্না হায়বা হৌই,

"য়ুম পানবদা লুহোংবগী চংনবীসি য়াম্না লেমজে। মী অয়াম্বনা লুহোংবা পাম্নরমগনি। বাবা-ইমাস্ু ঐখোয়বু লুহোংবীবা শোইদনা পাম্বীফম থোকই। ফিভম্না য়াদবদগী মী থয়দি লুহোংবা পাম্নদে, ঙমজরোই হায়না নিঙাই তৌবা য়াওনৈ। ঐখোয় অনি লুহোংবগী থবক্তা মীনা থয় হেম্না য়েংনিংগনি, ঙাংনগনি। মতুদা ঐ ইকাইবা নত্রগা নিংহম্নবগী য়াফম লৈজদে। অতুগা, মতুদা য়ুম্ফম ওইরগা লুহোংলে'ই হায়নস্ু চক্রি তৌজরোই। অতুবু লুহোংবগী য়াফম থম্নবা হৌজিকমক ঐবু য়ুমদা থিনবীয়ু হায়বদি ঙমজরোই। বাবা-ইমাখোয়না থঙবীগদবদি ঐগী ফিরেপসি য়ুমগী অহল-লমন অমস্ুং মরী-মতাশিংগী মায়োক্তনি। মখোয়না মসি থুদেক্লবা কম্না হোংনরকনি, শোইদবনি। ঐবু থেমগনি, ফিহনগনি, ওংকনি। মতুদা অচৌবা শীংনবা অমা থোকনি। বাবাখোয়না ঐখোয়গী

অহল লমনশিংবু থেম্বদা চংকনি থাজদে ; তাইশিল্লবগী উপায় শিবদা রাগদবা মাল্লি। ঐগী পুক্নিনা মাঙথ্রবমু-মথোয়গী বারেপ হোংলোই হায়গ্রবদি বাবাখোয়না ঐগী ইফমদগী কব্রি আশা তৌরক্নি? ঐনা সংসারদা লৈত্রগা ... ....।”

মমিংতগী পি মতুম মতুম শিন্থনা শুং শুং রাশিনা কপ্লকপদা থাদোইশু য়াওখ্রে। অঙৌ পেনবদা পন্দোন লোমখিবনা মমিংতা. ঈরন শিল্লকই, থম্মোই শোক্না মুংশিবা উংতুনা মেল্লকই, “ইপাগী ইবেম্মা, হায়হৈদে, মাঙবা তাবা থক পনবা য়াদে। থরাই আম্মাশিংদা লৈনবা মুংশিবা মরীবু কনানসু হুন্নান্দুনা, মুন্দুনা পুথিবা ঙম্লোই। নংগী অতিংবা থম্মোইগী মমি থজিক্কুং উবদা ইপা পুমপেন পেল্লে। ঐখোয়না মুংঙাইখিরোই, মৈশা লাংহৌগনি হায়বা চিন্নোন ময়ামসিনা নংবু পুন্দুনা লৈহনবসু ইপা কয়া পামদে। রাকম অমনা, অহল-লমনশিংগী বর-অশির্ব্বাদ, য়াইফনবা নাম্বৗবা নংঙোন্দা ঙম্ভাইফদবা ওই। মখোয়গা মুক্নদনবা হোংনসি।”

রাশি লুকথরম্বদগী মণ্ডক থজিক্কুং থাংগংতুনা মাগী মরেপ্পা রাথঙ্গ ময়েক শেংহল্লকই, “বাবা ঐবু য়ুমদা থিনবীগনু। ঐবু থাদোকখ্রগে থনবীগনু। লুহোংনবা তাইশিল্লবগী মহুৎতা থাই-দোক্লনবগী শরৌ ওইগনি। হায়বগী ঐঙোন্দা অকিবা ফাওই। ঐখোয়রোমগী অহল-লমনশিংদগী লাকদবা মীয়া-মীশাগী হঙ্গোয়বা লৈবীবগীদমক ওইরবদি হৌজিকমক ঐখোয় অনিবু থাদোকপীয়ু, উপায় অমা য়েংজখিগে।”

“লোংখিবা!” অঙৌ কল্লপ হায়, “মহু থক য়াদে। পুলিস নত্রগা কোর্টকী মতেং লৌকবদা মমা-মপা ওইবা ঐখোয়গী কত্তবা থৌশিল অতুম তাগনি, চেন্নরগদবা রাকম্নি, মীফম্তা তারগদবনি ; মুংশিননবা লম্বীদা অচৌবা শীঙজেপ ওইগনি। ইপা লৈরি,

লৈবাক পাল্লি, হেন্নম্ব রাগম্ব। ঐখোয়না খুরুমজগনি, হায়জ চৎচনবা উপায় কয়া থিগনি। ইমুং অসিগী থরাইগী তুংন্নকম ওইরমী নংবু থক থাদোকপা ওয়েন্নোইদবনি।".

রাশি হৌগৎতুনা অঙৌগী মথোঙ শোক্রা খুরুমজরকই, "বাবা, ঐবু য়ুমসিদগী থাদোকপীগম্ব, ঐখোয়রোমগী অহলশিংগী খুৎতা শিন্নবীগম্ব।"

থাদোইনা মমৌবু চিংথৎতুনা কোল্লগা য়াম্না মুংশিনা নানবীথি।

হৌজিকস্থ অঙৌগী য়ুমগী ইমুং মাঙ্গোল মীনা পৈরি, তাকউবা নাইদনা মুংশিবীতুনা চংবীবকপা লৈকাইগী মীয়াম কায়নখ্রি। মীয়াম অতু উবদা মুংশি মায় পাকপগী হরাও তয়াম্বনা মায়থোং মকা লাম্না লংই, নোকমি নোকমি ইমুং-মাঙ্গোল ফাওনা হঙ্গৎ-হন্দা চৎতুনা ওাংন-শান্নবিবা পুম্নমক্কী মরোল খঙনবা হোংনৈ। চান্নবা মকপ-থরনা মাবু চেংনা কোন্দুনা মুংঙাইবা ফোংদোক্লে। সংসারদা মাগীস্থ শকক য়াওরি হায়বা উৎতুনা মথুৎ মক্লা চা, নমকিন, খুরমা, মিঠাইনচিংবা অথুম-অহাও কয়া য়েনবা য়াওথি।

ইমুং মঙ্গোন্দা ফম্নিবা মীয়াম ওাংনবা লেপ্পে, অতুম ওুং ওুং নিল্লি। থরনা মুগী থিনথিবনা চুমগনি, থরনা থিন্দবনা কৈ হায়বসিনি। অঙৌ অমদি থাদোইনা রাশিগী য়া কনাদস্থ তমদে, হায়দোক্কে। থিল্লবস্থ থর তপতক থিনগনি হায়বা অঙৌগী রাফমদগী ওাইতুনা লৈনবকপা অহিং তথ্যাই চল্লক্লে। হরাও-মুংঙাইবা ফোংদোকপদা অইংবা উন পুবা মুংশিং থওইত্রবা মরুপশিংনা মুংশিবু ইমুংদা তুমলুনবা থেম্নকই। মুংশি য়াম্না ইকাইনা চংথিতুনা মাগী কাগী থোঙ লোনশিনখ্রে।

নোংয়াই লাম্থোক্লক্লবা মতম অতুদদি অঙৌনা মুগী থিনবগী থবক অতু নোংঙাল্লগা অয়ুক্কা পাংথোক্লসি হায়জবে। লৈকাই

মীয়াম্বগী লমন কৈদৌভৈদসু শিংবা ভল্লরোই খল্লুরগা অঙৌ কপ্পিংবা পোক্লকই।

য়াম্না নকশিন্নবা মী অহম-মঙা নত্তনা কৈরোই-লৈকাইদগী মী পুম্নমক মথং মথং হন্নগে। তুম্বা চংত্রবা অঙৌনা থাদোইস্ত্র মাগী হিপকমদা মমিং উইশিনবা ভমদনা বাথল তৌরি হায়বা খঙই।

# ১১

## লৈরমথ্রবদা

অঙৌ অহিং চুপ্পা ফমুংদা ওন্দুনা লৈরে, তুমশিনবা য়াথিদ্রে। য়েনখোং অনিরক শুবদা মপান থোরকই। পান্দম য়াওদবা খোঙনা অহাংবা লৌবুক ময়া য়ৌনা পুথোরকখিবহু পুক্লিংনদি নোংঙানবা ঙাইবনি খনখি। অহুক য়ানা ঙাইরিবা নোংঙানবনা লোয়নরকদবা য়ায়াম-থৌয়াম অহুগীদমক থল্লুরগস্রু মুংনাংবনা ঙাইহাক ঙাইহাক পঙথখিদবা নত্তে। লৌবুক্কী চক্লখোক, মনা-মশীঙ, নাপী-শীঙবী ঙম্নমক উলেন থাঙহনা তুমিন তুক্মিন লৈনরমখি। নোংচুপ চীংদোন তম্নকপা থাজগী মায়থোংস্রু ইমক মকই। লৈচিলগী কৈজ্রুপ শুপত্তুনা চীংশাং পুম্নমকস্রু অতনবা মতৌদা তুম্নরি। থোঙ্গেল লোংনা থোংলকপা চরোয়শিংনা অঙৌবু য়াথল ইকা ফাজিলহল্লি। অইংবা মুংশিংনা শীঙজা উরোং পায়হনা হাইরকপগুম অঙৌগী না অনিমক শয়ী শয়ী নারকপদা চিনবান মথক মথা থক থক নিক্লক্লে, অহুবু মাগী মুংদদি ঙলাংলি, পোংলুমগী হুমাং থোরকই। থৌনা হাপ্লকপা ঙমত্রবা লন্মাং অহুদগী অঙৌ য়ুমদা হজিল্লক্লে।

অমম্বা লৈচিলনা নোংঙাল্লমদাই ফজবা লোংতুনা থমখিবগী মুংঙাইজখিবহু দাড়ী মপান্দা লেপ্লম্বী মমৌ উক্লবদা খঙহৌদনা কোকপ্রে, অঙৌ মোমোন নোকচখিবনি। অশংব শালনা মকোক কুপ্পা ইন্দুনা চিংথৈ লাইরেম্বী শক্লোন লৌয়ম্বী মমৌনা লেপ্লম্বা

মাঙ্গোন্দু পুমণ্ডান ঙাম্না পিক থম্না উখিবনি। মকুগী অহৈংবা উবদা রাশি মুংঙাইতনা হায়জরকই, “বাবা য়াম্না ইংলে, ঐ মৈফু থাগৎচগে।”

মশকপু মুংশিবা খোনফম্না অমুকস্থ থাঙ্গৎখিহনা মপোক চাম্না চংনা তাম্নকপা মুংঙাইবা অঙৌদা থুংলবগুম তৌই। মৈতান লৈফম মংমৌদা তাক্লয়গা ইমুং চংলকুম্না লতাগী লাইশোল ইশৈ কেংসত অমা খোঙ্গেল পিক্লা থারুই। মতুনা ইমুংগী মীশিংবু য়াকায়-হনবগুম খোতুম্না থাদোইস্থ মপান খোরক্লে।

অয়ুক য়েন্দা অঙনবহুদগী অহুম হোঙ্রবনি অঙৌগা থাদোইগা মুপী ময়ুমদা চংপীরুনবা মী থম্নরকপসি, অহুগা লোয়ননা মখোয় অনিস্থ চৎনবা খৌরাং তৌনবা হায়নরক্লিবনি। রাশি মনেম-মকুগী মুংনাংবা উই, অহুবু মানা হোৌদোকলুবা য়াকমগী কাম্নবা লৈ-খিদবনা তুমিন লৈখিবনি, পুক্লিংদদি য়ারক্তা ভিংগ্রুং পনখিবগুম মুংঙাইক্রে। চৈরকুদা অঙৌগী চেংশিম্নবা মরুপ থর লাকুম্না মংখোয়না মুপী ময়ুমলোমদগী তারক খোয়কপা পাউ পীরে। মুপী ময়ুমগী অহল-লমনশিং য়াম্না কম্না শাওরি, থাঙজং-তাজংদবা মতম্লি, চংপীনবা মী থনবা লুই, ইকাইবা নংবা য়ায়। লুহোংনবা থিল্লকউ হায়বসিদা য়াতোংলকনি। তশেংবদি মখোয়না পীনিংদবগী লৌ অমা তৌরিবনি, শোইদনা থাইদোক্লনবা হোংনরকনি হায়বা মীপুম খুদিংমক চাক-চখোম অমমমদি চানরিবনিনা লোইনা উমরে। পাউ অসিনা মনেম মকু অনিবু য়াম্না য়াহনবমক নত্রবস্থ পুক্লিং থরদি শোম্বহল্লে।

মরুপ-মপাংশিংনা তাক্লবা মরোলসি নোংমা চুপ্না থম্নরকপা য়াকম ওইবনা মনেম-মকু অনি চৎনবা খৌরাং তৌবা হন্ত্রি। মতম অহুদা মরুপশিং অতুনা মখোয়বু কম্না থায়ে, ময়মদি মখোয় অনি ইকাইবা নংবা শোইত্রবনি। ইকাইবনা মীওইববু শাওহল্লি,

অশাওবনা মুংশিন্নবা হন্থহল্লি। মুংশিনবা হন্থরকপদগী কায়েনবা ওই। অকায়বদা মই চৎলি। মই অতুনা লাঞ্জিত্রবী য়াশিগী মকা মৌথ্রবদি মুংশি করি ওইহৌগনি। মরুপশিংগীহু য়াম্না শাংথনা থনখিবনি। থম্নরকপদা ময়াম অতুনা অঙৌ-থাদোইগী য়াথল হোংহল্লে, ভূপী মমুমদা কোয়বা চৎপগী থৌরাং তোক্লে।

অঙৌ মুমদগী থোরক্তুনা থরাই য়াজবনা ভাইথ-মেন্থবা ঙমগদবা মী থিবা কোয়চেন চেন্নবসু কনা অমত্তদগী মচং ওইবা তেংবাং ফংবা ঙমদ্রে। ঙরাং মুমিদাংনা হরাওমন্দুনা চাবা কাউথি, ঙসিনা মুংথিল মুমিং চুপ্পা মী উনবা চেল্লিঙৈজেদা নিংশিংথিদবনি। মুমিদাংরাই য়োরকপদা চোকথরবা হকচাং পুন্থনা য়ুমদা চংলক্লে।

সোফাদা ফমথরবগা অঙৌ কৌরকই, "তারিত্রা? নং অমুক্তা লাকখো।"

অনৌবা পাউ তানিংবনা ঙাইঙমত্রবী থাদোই মনাক নক্লা ফৈয়ে, হংলকথি, "কনা কনা উনবীরবগে? হৌজিক্লা করি তৌবা তারিবা? মুমিংসু তাগদোরে।"

অঙৌ খুমদে, হামুগী হামুনি মতাঙুম য়ায়োরপ য়েংই।

"মরুপ মপাং লোইনা থৈরে? কনানসু থোনা পুথোকপীনবা লৈত্রে।" থাদোইগী য়াহংহু কন্থক তায়, লৈথংলপসু তৌই।

"খুং ফন্তবগী সেনাপতি কনানা ওইনিংগনি?" অঙৌ পুক্লিং মুংশিনা হায়দোকথিবনি, কনাদবু শাওরুনি, লফূয়োন চেনবা লাইবক্তি খুন্থম্না শুফম ওইবনি। কাম্নদে ইবেম্মা, গতি লৈরকত্রবদা চুরাম্থাবমা মতু হাংপনি; হৌজিক্তি ঐথোয় অনি লিংথোকপা য়াত্রবনিনা শীরকপা দঙি লৌরুরসি। চোপ্পা-ইকাইবা মায়থিবা -মায়পাকপা ঐথোয় অনিগীনি। হয়েং অমুক ঙন্তা ঐথোয় অনি হেক্তা চৎলুবসি। মসিদা লেপ্লসি, হন্দক্তি হোংলগনুসি।"

"ঐস্ম মহুমক পাম্লিবনি।" থাদোই চপ মুংনা লেপ্লগা হায়রকপনি।

কা মনুংদা কি থুপন্তুনা লৈরিবী রাশি মনেমশকু অনিবা ভাগুনবা তায়। মুংশিন্দা কোয়রকখিবা মীয়াম্না চারম-থরুম্বী চৈথাইরম্বা পুম্নমক শেংদোকপা হোৎনরম্বনি। লেপ্লখিবা রারেপকী অক-কন্তা মপুক্লিংদা কম্না নৈনৈ। মথন্তা লৈবা কাছুদা ভিদান্দা মখোঙ য়াম্থনা কম্লগা কক্লাংদা থেংপা লাইশিং য়েংই। লাইশিংছু মুংশিনা য়েকপনি; চী, পাং, উমং অমদি লৈকোলগী কজবনি। মরামছুগী মরক্তা কুপী মচা অমনা লেংবান্দা থাউ য়ান্দুনা কুল চংপগী মওংদা য়েকপা লাই অমা য়াওরি। য়েকখিবা য়াম্না কুইববা মাম্লি, চে অছু মনবতা নত্তনা মকুং মকুং তংলে। মথাদা মুংলি-মুংলি ময়েক থরম্ব উই। রাশিনা চংশিন্দুনা পারুবদা মাপী মিং ওইরম্লে — 'রাশি'। রাশি মুংশিবনা লাই অছুদা মথুংনা নাম্লুই।

নাশোন পিক্লা চংলকখিবা মুংশিনা তুংদগী মমিং অনি থুম্নকপদা ইথং থংলবম্ব শকথঙবা থুখিবনা রাশি লৈশিল্লক্কে। লৈকম হোংলকপা মুংশিগী থুং অনিবু ক্বাছুনা খ্বাং মপাদা ইম্বরগা তপ্না তপ্না ভাথরকই। য়েংখংলুবদা মুংশিনা মাপী লাইবক্তা হন্না হন্না চুপ্পকই, অদুগা ভাকখি—"লাই অসি নংনা অঙাং ওইরিঙৈগীনি, ঐনা য়াম্না রানা য়েকচখিবনি।"

রাশি মুংশিদা য়েংবা তোক্কে, তপ্না তপ্না লৈশিল্লকই।

মুংশি মথামুংদা রাশিবু পেনবা নাইদবগী মওংদা চেৎনা লাকশিল্লি, খজাই অনিমক ওন ওন্দুনা চুপই। রাশিনা তপ্না ইম্বোরকপদা মোমোন নোক্লগা থওহল্লি, "ঐ মরুপ অমগী মুমদা কোয়রুখিগে নং হরাও-হরাও মুংতাইনা লৈরম্মু। অদুগা করিগীনো থওরা হায়মু, ননাক্তগী ঐনা শুকচং চংথোকনিংঙ্গিবসি?"

মুংশি হরাওবনা মখোঙ রাংনা রাংনা কাম্দুনা থোকখি।

য়াচংবগী অমুবা চরৈন। মালেম্বু কুপশিল্লক্লে, রাশি মনেম মকু অনিগী য়ারেপ্প নিংশিং নিংশিং পুক্তাগী ধূপ থাউমৈ কংলি। অঙৌনা মচু উবদা যুগ যুগ কয়াদগী লৈমিন্নরক্লবী মচা মুপীগুম খৌজান পুম্বনা তিন্না য়েংজৈ।

অঙৌগী য়েংহুনা গুন্তা খোঙ্গংথিবা চাক লোইবগা ইমুংগী মী পুম্নমক চাবা তোক্লরে। মুংশিদি হজিল্লকত্রি। মুমিদাংগী মতম ওইশিল্লকপগা কৈবোয় লৈকাইগী মী থর মাঙ্গোন্দা কয়ে। ইলেকত্রিক অমদি থাবলগী য়াম্নবা মঙালনা অঙৌগী গুমাঙ-মাঙ্গোল পুমঙান ঙাল্লি। কোয়রকপা মী মথং মথং চংনরকই। মমা-মমাগা লাকপা অঙাংশিংনা মথোয়গী মমাচৌগী মনাক নকপা তাম্নৈ। মতম অহুদা শহুম চাওনা তোম্বী চংলকই। ইমুংদা মথোঙ কানশিনবগা খোঙ্গেম্না মশক তাক্লকপনি, "ঐ হরাওবদা থম্লে, লেইরবনি। ইয়া মুংশি হিবোনি। লাইরেম্বী অমনা ইমুংসিদা ঙাল্লবে। মহাক ইমাদগীসু হেনবী ইমানি। ইমুংসিগী মহারানীনি, ঐখোয় পুম্নমক্কী থরাই হাম্নীনি। ইয়াবু চিংথংপীরে, ঐখোয় হিংলগনি।"

তোম্বী মুংঙাইবা ফোংদোক্তুনা মনম্মদা কোম্লে অহুগা হংলে, "হৌজিকপু অঙাংহু করম্বা কাদা লৈবগে?"

তোম্বীনা ওবাংদগী মবুং মনম্মগীদমক শম্নেঙ তিংলবা ঙমথিদবগী মবম লৈ। মা মপুরোইবগী লায়েংবা গোহাটি চংলুবনি। ডাক্তর অরুন উদবসু কলিকাতাদা কনফরেন্স য়াওবা চংখিবনি। মথোয় অনি উদবদা থাদোই মতু য়াম্না শোল্লুরবনি। হৌজিক তোম্বী চেংথোরকপদা অঙৌগী থৌনা ফনা য়াম্না চাউথংলক্লে।

কনাগম্ব ওনশিন্নহুনা রাহং-পাউহংনত্রিবৈদা তোম্বী রাশিগী কাদা চংলকই। নোম্বহুনা থুরুম্লিবী রাশিবু চেংনা কোনথংলগা হায়, "অহুনিদনা মুপী অথোইবী, নংনা ইমুংসিগী থরাই হাপ্পবনি,

পুন্সি চুপ্পা অরাংবা ফিদমসি পুন্থনা চৎলু। নং ত'শংনা দেবীনি।"

রাশি তপ্পা খুমখি, "অহল-লমনশিংগী খোজানি, করনি।"

মপান্দা ভুং ভুং নিরকপদা ভোম্বী খোঙনাউদগী য়েংথোক্লুই; মুপা মুপী মীয়াম অমা শুমাঙদা লেপ্পা উরুই। মাঙ্গোন্দা হাল্লা কমদুনা লৈরম্বা অহলশিংনা মখোয়বু ইমুংলোমদা চংবীনবা হায়জৈ। মুপী মরূমগী মীশিংনি হায়বা খঙদুনা ভোম্বী মপান থোরকই। অঙৌপা থাদোইগসু ভহা ভহা থোবক্লগা লেংবীরকপশিংদা খুরুমজদুনা ইমুংলোমদা লেংশিনবীনবা হায়জৈ। অহল খর মাঙ্গোলগী ফজ্জা কমথরে, মুপী খরনা ইমুংদা, অতৈদি শুমাঙদা লেপদুনা লৈনৈ; য়াম্মনখিবনা খুদক্তা কমকম শিনবা ঙমখিদবনি।

মুপী মথুমলোমগী মীয়ায় চল্লবা মুপা অমনা লূম্না ঙাংবোই লাউবোই হায়রকই, "অসোমদগী থিনবীরকত্রবনিনা ঐথোয়না ওইনা লৌবা লাকচরবনি। ঐথোয় কুইনা লৈজররোই, অঙাংচু পুথোকপীবকউ, পুজরগে।"

অশাওবগী স্বর খর পকপা রাহৈশিংচু ভাবদা কমেন্দা ফম্বা লৈকাইগী অহল অমনা ফাথনবা কল্লা হোৎনৈ, "অমুক্তা লেংশিনবীখো, ইথবীয়ু।"

নহা অমা মৈ হৌনা শাওরকই, "ভাকপীরিবচু করিনো, ইংথবা হায়বদি? মুম্বিৎ নিনি শুরক্লে, অসোমজা ওইরম্লবদি করি থোক্কনি, তুমিন্না লৈবীগত্রা? থম্বীবা মতম ওইরে। ভিংস্ত্রাক অশিবনা ঙমু অচংবা থেমদুনা কয়া কুইনা থম্বীখিদোরি? মীশিংসি য়াম্না উশিংমজ্রে, য়েনরসি হাম্বরিত্রা করিনো।"

লাকমিন্নবা খর অহল ওইরবা অমনা নহা অচুবু থামখি। নাকল অনিমক ঙাইহাক তুমিন তুমিন লৈনৈ। অঙৌনা অমুকসু অহলশিংচুদা ভিংথোক্তুনা থুরুমই, হায়জৈ, "ঐথোয়না লানবা ঙাক্তনি, ঐথোয়গী অশোয়বনি, ঙাকপীবা নিজরি।"

থাদোইগা তোম্বীগম্ভু থোয়জুনা থুরম্লে, ঐথোয়বু ঙ্গশিবীয়ু, অয়াম অহই পুম্নমক ভাকপীয়ু।"

লুতোন্দগী'জুপী অমনা থেকথরকই, "থাদোই ইবেম্মা, অঙাংহু নংগী মৌ ওইবদা মতিক চারোই, হয়েং তুংদা ননিংথুংলক্লোই। নংগীসি চাংয়েং তৌবা ওইরিনিনে? ওক্লে, ওক্লে। নথোয় মীশিং-নাশিংবগী মতৌগুম অঙাংহু ইঙ্গিং-শাগিংকী লোল রায়শিনপনি থাজয়দ। উচেক্কো মীয়োল তম্বীবা রাবনি, য়োংদা লৌশিং তাকপা লুবনি; কায়রোই ইবেম্মা, মীকা রান্না কোংক্রিউ নৌরিভেলা থাদোরকউ।"

থোনম্ম অতুমক্তা অমনা অমুক শমথখি, "মীয়োল হক্কবীদো, লাইরিক তম্নপা লাইশু থঙদবীদো, মহুদা হান্না পুথোরকথো, মচিন হংগে। মানা অসিদা লৈদোরিসিবু মৌ ওইনরা, মরোল খোক্কবা অঙাঙবা শেম্নবা মীনাই ওইনরা?"

লৈশাবীওই-মৌওই তৌবী অমনম্ভু নোকহায়নরকই, "পুবদা ঙমদবা পোংলুম অমা অতোম্পশিংগী কোকথক্তা থোঙ্গংনবা হোৎনবা মীশিংনবু কয়া রান্না ক্ষগনি হায়বা অপঙবী চাকচাদবীহুদি থঙপোৎ নংতেনে।"

রাইহেশিংসিনা থাদোইগী থম্মোইদা তাশোন্না লেংবগুম চৈনা ফাওই। মশা থক থক নিক্রম্বদগী থংলেক লেকথরকই। তোম্বী মহু উবদা মনম্মবু কোনশিন্দুনা মনিংকা য়োনবা পুশিমখ্রে। থাদোই হিপকমদা তপ্পা হিপথরকপগা লাইবক্তা হুমাং মরিক মরিক্কা নিংথমগী অইংবা শীংনহুনা পুমচোৎ চোংনা ফাওপংলকই। মথুংডা হুমাই পায়হুনা কম্না হুম্নিবী তোম্বী মনম্মগী অরাবা অমদি মুংঙাইতবা মাঙথিনবা থেমজিন্দুনা হায়, "পেন্দবগী হায়জবনি, মথৈ ফংনা হায়জসনু, রাশি নংগীনি ইনম্মা, মা শোইদনা ইমুংসিগী মৌ ওইগনি। ইনম্মা থাজবীয়ু রাশি নংগীনিকো।"

থাদোই স্বর থবেং থবেং হোল্লি, কপ্পা কপ্পা হায়, "য়ারোই, তোম্বী নং চংলু, অসিদা লৈথোকস্নু, রাশি পুহনখিবা য়ারোই।"

তোম্বী মপানলোমদা খোল য়াংথংনরকপা তায়। থাদোইগী ফিভম যেংবা চংলকপী লৈকাইগী মৌ শথিদা শিন্নরম্নগা তোম্বী চেম্থোরকই। রাশিগা অহল অনিগা রা ঙাঙনবিবা কাদা চঙহুনা তারুই।

অহল অমনা য়াম্না তপ্পা রাশিবু থেমহুনা থাজহম্নবা হোংনরি, "ইবেম্মা নশাগী ঙাক য়েংহুনা যাম্না থাভবা অমদি নিঙাই তৌবস্নু ফত্তে। ইমা ইপা, অহল-লমনশিংগী অপাম্বস্নু থর য়েংগদবনি, মথোযনা হায়বা ইনগা হান্নবসি মচা ওইবশিংগী তৌফম থোকপা থবক্নি। নংনা হৌজিক চৎপা ঙম্নোই হায়বসি কনমল্লি। অপোকপা-অপোকপী. নাওয়োক-নাওকোনবীবকপশিংবু থওইদবা ফত্তে, মথোয়গী অধিকারদা শীংনবা চুমদবনি। মথোয়বু মীরায়বা অমদি উশিং-থওইদবগী রাথলসি নং হয়েং তুংদা নিংঙম্নক্লোই। নংনা পামজবা মুপা অসিদা পীরোই লুহোংলোই হায়বা নত্তে শুপ্নতগী অহল-লমনশিংনা নংগী মমল থমহল্লিবা অমদি তাম্ন-থোংনবগী মতম থজিক্কুং লৌনিংই, অসিতনিনে ইবেম্মা। নংনা অতুক য়াম্না পুকচেল্ল কল্লিবা করিগীনো? তৌহৈদে ইবেম্মা, চৎনগা তৌসি।"

নক্লা ফম্লিবা অহলহুনস্নু পাংশিল্লকই, "করিস্নু চিংনগস্নু, বাজি-ইমানা য়াদ্রবস্নু ঐথোয় ময়াম লৈরিবসিনি। নংবু শোইদনা লুহোংবীগনি। নংগী অনিংবদা ঐথোয়না য়ৈথায়রোই।"

ফম্মাঙগী মোবাদা ফমহুনা মায় লোংনা লুকথরিবী রাশি মঙোন্দা হায়রিবা রাশিংসি মুন্না তায়। ঙকশম য়োনা নাম্থরকপা গমশা মকোক কুপ্পা চিংথৎলগা অহল অনিদা থুকউ লৈবাক শোক্লা থুকম্নগা হায়জরকথি, 'মামহনথোয়, নমৌবু ঙাকপীয়ু, লমহেনবী তাহনবীগস্নু। লাইবক্তা মসি থোক্লবা ঐনা য়াম্না কম্না

হোৎনজরকপগী মহৈনি ঐনা মকম অসি য়ৌরক্লিবসি। মতম শাংনা থম্লগা লেপচখিবা রায়েপ্নি। ঐ লুহোংবা পামদৈ অহুবু হৌজিকমক চৎনবদি ভাকপীগম্মু, ওমজরোই। লুহোংগদবা মুমিৎ অহুমগুং হাম্না নাকল অনিমক্তা লেপ্পবীখো, অহুগী তুংদা ঐ লাকচগে।"

তুংদা লেপ্পম্বা মুপা অমনা কুমগী নোং খোংলকপমুক হৌনা লাউরকই, "ফজনা ভম্বীগ্রেদা। চাবিসি আ য়ৌনা নৈশিনগ্রে। মসি রায়কপনা চুম্নগনি।"

মুপা অহুগী রা লোইশিন্রিবৈঙদা কদোমদগী হোৎচিল্লকখিবনো থওহৌদবা অমনা রাশিগী শয়েঙ পায়তুনা শোং চিংথৎখিবগা হাম্না থৌরাংদা নৈরম্নগী মুগী অনিনা রাশিগী শম খুদাংদা য়েৎতুনা চিংবা হৌই। রাশিনা ভোম্বীগী খ্বাংদা কোন্দুনা 'ঐবু থাদোকপীম্মু', 'ঐবু কনবীম্মু' হায়না কম্না কম্না লাউরকই। অওম ভাম্লকপা খুংশিং অহুদগী থাম্নবা হোৎনকবদা রাশি শোকপা ভারে থন্দুনা ভোম্বীনা মাবু থাদোকখ্রে। মাঙোন্দা কম্বা মীয়ামছু উপায় নৈত্রবা অঙৌদা য়েৎহুনা নৈ, মরমদি অঙৌনা খুৎ থোক্লবা থক পামদে হায়বা খওনখিবনি। মাঙোন্দগী শুমাঙ, শুমাঙদগী নৈবক য়ৌনবা রাশিবু থাঙহুনা চিংহুনা পুখ্রে; মথোঙ নৈবাক শোকখিজ্রে। মীয়ামগী খুৎতগী রাশি নাম্ভোক্লবা কম্না হোৎনৈ, ক্রং ক্রং চোংই। ঙানা কংফান্দা চোংবহুমক্কি। কপই, লাউই, হায়জৈ, "ঐবু থাদোকপীয়ু, ঐবু থাদোকপীম্মু। ঐ মুমসিদগী চৎপা ওম্লোই।"

ময়াম অহুনা ইনবা চিংবা ভোকত্রি, থিনা চৈহংলি, মুংশিবগী খোনকম অমত্তা য়াওদে।

খোঙ্গাল অনি লাম্লবা ফাওবা রাশি লাউরি, "ঐবু পুবীখিম্মু, ঙাইখো পুবীখিম্মু, ঐ মভোন্দা রা অমত্তুং হায়রমখিগো রা অমত্তুং হায়রমখিগে।"

খোম্বেল য়াকপী মুপী অননা কন্না লাউহংলি, 'মন্না মরোল খোক্তবহুদা করি অমুক হায়রমগে হায়রিবনো, মচিন্নু খুহংন্নু।"

তুং ওইরপ ইল্লকপা অমস্থু শাওবা পাংশিল্লকই, "খঙদেনে, মনিপুরসি মুপা লৈত্রবা জাংলো, অসিদা অশুক ফাম্না পামন্নুরিবসিবু, য়াবক্তবী লমহেনবীহু, ইন্নু।"

তংশংবমক অঙৌনা খুং থোক্লবা পামখিদে। উপায় লৈতবগী মওংদা য়াশিনা লাউরিবা ম'ম্বকৈরোমদা য়েংলগা মকোক হোংতুনা খাঙই। তোম্বী খোম্বেল থোক্লা কপ্লকই। হেজিমবা খবক অতুগীদমক শাওরকখিধা লৈকাইগী মীশিংবু অঙৌনা খেম্বদা পেন্দবা ফোংদোক্তুনা মহৈ মহৈ ঙাংনৈ — 'খর হেনমল্লি, উশিংতবা য়াওখি।'

ময়াম মরাঙ মরাঙ হৌগংনরকপদা অহল অমনা কাধনবা হোংশরকই, "নমজা-নমথেক্লবা, অঙম তানবা হায়বসিগী তুং তারকপা কাইনখংগী মহৈ থুমদবনি। খবকসি অসিনা অরোইবা নত্তে হায়বসি ময়াম কাউবীগনু। মথোয়না পুখ্রিবা পোং অতুগী অতোপ্পা মপূ অমস্থু লৈবে হায়বসি মুমনবা হোংনবকপা মিকুপ্তা খণ্ডলমখম থোকপনি। হৌজিক করিস্থু কায়দে, নমহুনা পুখিবনি হায়বসিমতং খঙহৌনি।"

শুমাঙ-মাঙ্গোন্দা লৈকাইগী মীশিং অহৈংবা ফাউদবা মথৈ অঙৌ-থাদোইগী অয়াবা শরুক য়াহুনা তুমিন-তুমিন ফমৈ। থাদোই মথোঙ য়াম্না নেম্না তপ্পা মপান থোরকই। লৈরম্লিবা মীয়াম অতু য়েংবদা ঙক্তক য়েংই অতুগা হায়, "মথোয়না ঙমহুনা পুখ্রবকো, উপায় লৈহৌত্রবা। ইমাগী মুংশি! ওম্বোকপনিদা মংগী লাইবকসি!"

থাদোইনা খম্মোই শোক্লা কপ্পদা লৈকাইগী মুপী পুন্নমক মখোল থোক্লা হিক্লকই, অঙাংশিংদি মমাচৌগী অয়াবা উবদা থাঙকম খঙদনা কপ্লরে।

মীরাম্বু ফাথখিরা অহল অল্পমক্না মপি তৈথোকুম্না থাদোইবু থেমই, "রাগম্বু ইবেম্মা, ঈশ্বর লৈবনি, ধর্ম্মতা কায়গনু। মথোয়ম্বু মীনি, নোংমা নেমথবা মতম শোইদনা লাকখিগনি। সনা-লিক্লাই মুম্নীদা অশাওবগী শরি শোন্দুনা থাওকম হকখিবা মমা মপা কম্না মচা মুপীগী অচেৎপা পুকচেন্দা মায়খিবা য়াম্না য়াওখ্রবনি। লৈবাক পাম্লি ইবেম্মা, পাৎলিডৈদা হয়িংদম্বু নোঙ্গৌ হায়বা মতাংহনি। রাগম্বু ঙসি নোং ঙাম্লগা হয়েংম্বু ঙসি কৌগদবনি, মথোয়না ঙমখিবা ঙসি নোংমা, ঐখোয়না মায়-পাকপা হয়েংনোংমা।"

শকক্ম কায়না য়ারবা মনম্মবু তোম্বীনা ইমুংদা পুশিনখ্রে। মপানগী মীয়াম মুংঙাইতবগী স্বর হোম্মরি। অতিয়াগী থা-থবান-মিচাকশিং থোকখিবা য়ারীহু হংনিংহুনা নকশিল্লকপগুম থম্লি, নোংপোক মৈরমদগী হুম্লকপা মুংশিংনা ময়ামগী অরাবা থঙনা তপ্না তপ্না চংলকই, অইংবা লিক্লাম্ম মুংঙাইতবা শরুক ফজনা য়ারবে। মতম অসিদা মুংশি জ্রেংকং ফুরিংথাউদা মথুং অনিমক হুমহুনা মীয়াম মবক থায়না মাগী কাদা চংখি। থর থাম্না লৈকায় অমদা লৈবা মাগুম্বা লোম্বোক্তবা মরুপ অমদা মাগী মুপী লাক্লে হায়না তম্বা চংলুবনি। মরুপতুনা মাগী মুপীগীদমক কেম্রকপা অথুম-অহাও কয়া তেবল মথক্তা থম্লগা কোয়রৈ লৈহুনা য়েংই, রাশি চংলক্লবদি শিম্নগে থনবনি। মফি মরোল হোংদোকপা লোইবগা তুমিন তুমিন লুকথহুনা ফম্লিবা মীয়ামদা হাংদোকুম্না লৈবা থোঙনাউদগী য়েংই, করিগুম্বা থর লৈরে থঙলবস্ত হংলম্বা তোদনা চাকশঙলোমদা চংখ্রে। ফম্নম্বা অহল-লমন, মরুপ-মপাং পুম্নমক মুংশিগী মতৌ ঊনিংদবদগী মথং মথং চৎনখিহুনা গুমাঙ মাঙ্গোন ইহাং হাংহৌরে।

ইহাং হাংনা চিক্লবা চাকশঙদা মুংশি মহৌশা মাগী চাক শরুক থফম উপুদা য়েংহুনা চপ লেপই, রাশিনা থাংদোক্লবা

ৱায় থল্লুবগীনি। মৌ অনৌবীচু চংলকপগী শামিন ফংজরবদা মশানা লৌখোক্লুনা চাবা হৌরে। মরক্তুদসু রাশিনা মনাক্তা লাকজরবদা মাগী চিংনবা চাউথংলক্লুনা চাবা লেপ্লে, মথুং হায়রপা মাগী কাদা লাকখি। ঙুংশিনা য়েংখোকখিবদা মপান্দা মী অমত্তা লৈবা উত্রে; থবক লোইশিনগ্রবগী মওং তাক্লে।

ঙুংশি ফমুংদা মখোঙ য়াম্বক্লুনা ঙাইহাক ফমই, অছুবু লৈত্তাবা ঙমদে, য়াম্না খোইরাংই, রাশিগী লৈফম প্রপ প্রপ থিনিংই। মমাগী কাগী পার্দা হায়দোক্লুবদা ঙুগী অনি মমাগা রারী শাহনা লৈবা উই, রাশি য়াওদে, অছুবু হংবগী থৌনা লৈত্তবনা ময়ায় কাগী সোফাদা ফম্লে। ফক্লাং ঘড়ী য়েংবদা পুং তরা হেল্লে, তুমদনা লৈনরম্বসু য়াওরদ্বা য়ারি। ঙুংশি মপান থোরক্লুনা লোমথা মথুরাগী থোঙ নয়্রই। তুম্নরম্লে। মথং য়ুম্লোম্নবশিংগী থোঙসু নয়্রই, লোয়না তুম্নগ্রে। ঙুংশি অম্রুক হঙ্গিলক্লুনা মাগী কাদা চংলাক্লে। য়াম্না হৈনিংদনা ফমুংদা হিপথরে। মমিং উইশিনবা য়াদে, তোয়না তোয়না য়াওল্লি। টেবল মথক্তগী ফিঙ্গা মেগাজিন অমা লৌরগা কৈজুপ থ্বাং মথৈ শুপতুনা মখোল থোক্কা চেনাশিংহু ফরং ফরং হায়দোরকপা মতম কুইরে। ঙুংশি থঙহৌদনা ফমুংদগী ফুক হৌগংলক্লুনা ঘড়ী অমুক য়েংলুই। পুং তরামাথোই চপ চানা তাগ্রে। ঙুংশি স্বর শাংনা শাংনা হোল্লকই, মপানলোমদা মশাবু ইঙ্খোকচরকই, মাঙোল মচিদা লেপলুই। অমুক ইমুংলোমদা মফম থঙদনা ইনশিল্লকই, লংফৈদা লৈথিবা মনাও ঙুপাগী কাদা চংলক্লুনা ফমুংগী কাংথল হায়দোক্লুই; কনাসু তুম্লমদে। অতিথি-শিংগীদমক থগ্বা অরাংথংবা কাদা লাকখি, ফমুং অনিমক ইহাং হাংই। মফমত্তুদগী মমায় লৈথোক্লগা ঙুংশি মপাগী ফম্মাঙদা লেপ্লে, করিগুম্বা থর হংগে চংলকখিবনি, অছুবু মমাগী কারোমদা অমুক

লৈখিনগ্রে। মচানা তোম্বিবা পুম্নমক্তু অঙৌ কাংখল মক্লুংদগী উই, খঙই, মাশিবু খিরিবনি।

তোম্বী মনম্মগী থম্মোইদা পোৎথেনবা হেৎনবদা অসুম কয়া খল্লুরে, হক্সিন হক্সিন হায়খিবনি, "ইনম্মা, অরিমদা য়াম্মুসে, শমতং নাতংনবমখৈ ফুনখিবা কয়া কাইনখ্রবদা তাইশিন্নদুনা নুংঙাইখিবা লোকাইদি। তামো ইনম্মগী মী মাক্তে, অমনী মথংদা অমা থাজিজনা থেংহনসি। অসিগী মচা অতুগী পুকচেলসু ঐথোয়না উরে, মাবু পাক হেক থেম্বদা, কিহনবদা চংখ্রদবা ঘাল্লে। মীওইবগী থম্মোইগী মরী থদংপা নুবনি। মাশি শোইদনা ঐথোয়গী ওইগনি।"

তোম্বীনা ঙাওখিজৈদা মুংশি চংলকখিবনি, কম্মাঙদা লেপত্তুনা মনেগী মমাংগদা মুম্না য়েংত্তুনা লৈরে, মওক ইমক্কপগু মাশিবু হংলিবনি হায়বা মাগী মায়থোংনা তাক্লকই। থাদোই শককম য়েংই, মিৎলু ঊহৌরকপনা নিক্লা থাঙবা চিনবাহংগী মাহৈ থোক্তে, মচাদা য়েংবমু ওমদে। পুক্লিংগী অশোনবা নমহৎত্তুনা তোম্বীনা তাকখি, "মাশি মথোয়গী অহল-লমনশিংনা পুখ্রে, নুংঙাংবগী মুমিং লোনবা ঐথোয়না চংলগা তকশিল্লুবা তাখি।"

মঙোন্দা মুম্না য়েংবা ওমদবা মনেগী মতৌদা অশেম্বা মাকম যাওরে থঙত্তুনা মুংশি মথা তারমদনা থোরক্লে। মাগী মমিৎ মনা ইথক থকই, থোঙকম চোই, অনানবা লম্বীদা চংপগুম, মংোক ইঙাও ঙাওনা তপ্পা অম্না মপান থোরকই। ঙাইহাক মকম থঙদনা অহাংবা অতিয়াদা য়েংলম্লগা মাগী কাদা অমুক হক্সিনখ্রে।

গুমাঙদা তিং তিং হায়বা কাবগী হোর্ন অমা হক্সিন হক্সিন তারকপগা তোম্বীনা মনম্মদা হায়, "ঐ লেক্লিংবনি, অহুবু মারোইদৌরি ইনম্মা, মথোয় মামো মশা কম্রি, ঐ তঙাইফদনা লাকপনি। ঐবু লৌবা লাক্লে। ইনম্মা, থম্মোই শোম্থগনু। মুংশিবু থেমজিনসি, মতম থরদি মাবু কুপ্পা শেন্নবা তাবনি।"

তোম্বীনা মপান থোবকপদা দাড়ী মপান্দা লেপতুনা লৈরম্বা অঙৌদা ওনশিল্লমখি, "তামো ঐ চৎচরে, ঈশ্বরনা ভম্বা অমা লৈজরম্লগনি, হেন্নস্থু ষারুরম্নসি।"

অহুক হায়জরিবনি, তোম্বী মুংশি উনরম্বগী থৌনা লৈতবনা কার থুনা কাখৎখি।

অঙৌ হাংদোক্তুনা লৈবা মুংশিগী কাগী থোঙনাউ ময়াদা চপ লেপই, অকনবা নোংলৈ-মুংশিংনা পুমচাই চাইথায়না মাঙহন তাকহন্নবা সংসার অমদা মথন্তা হুন্দোক্লম্লবগুম তক্তু তক্তু য়েংলকই। ইকাইবা অমদি পুক্লিং মুংশিবনা ষারুকম থঙদে। কামুংদা হিক হিক কপ্লকপগী মথোল তাবদা অঙৌ য়েংদবা ঙমখিদে; মুংশি মমায় মোন্দা উপশিন্দুনা থম্মোই-মৈচাক থাঙবা হোৎনরি।

অঙৌ য়েনথাদা কমতুনা কপখি, থোঙ্গেল থোক্তুনবা হোৎনবদা ষায়স্থু ষারে। থেংলবা মতম অতুদা য়ু ঙাওবা পাথং অমনা লৈরক্তা কন্না কন্না লাউতুনা চৎলি — 'ঐ পেন্দে, মুংশিরবা মরুপ মুংশিগীদমক থল্লুবদা ষায়, পেন্দে।'

কন্না কন্না লাউরম্বদগী অন্নাংবা মুব পান্দুনা য়ু ঙাওবনা শক্লকই —

হা কবুই কৈওইবা
মনিং মমাং হোয়্রোং হো
নতু লৈমা কাং কোক্লে
কাং কোক।

# ১২

## ঐ চেন্নরোই

অমুক হন্দুনা চেনখিগদ্রা চিংনবদগী ইমুংগী মীশিংনা কন্না শেন্নরম্বদু খরগী মথৈ কোমথোরক্লবস্থু রাশি মপুং ফানা মনিং তম্বা হায়বদুদি ওইদ্রি। অন্নাম্বা মতমদা মা কান্নুংদা লেপ্লি, চাবা থকপদা হৈনিংদ্রি। থাখাই অমরোমসি মমাদি মনাক্তগী ইহেন হেন্দোকদ্রে, দাবীস্থু কনখৎলকই। রাশিগী মচিন চুমদ্রিমথৈ চারোই-থক্লোই হায়খ্রে। চরা মরিগা লাপ্লবদা মমাগী শকফম কায়, ফিভম শোকখি। মচান্নুপী চেনবদা মমা য়াওই হায়নবা মীয়ামগী মীনোক মীচৈদা মরাল লৈজদবী মমানা থাওখিবা চৈনা উবদা রাশি নিংঙমদে। মমানা মাবু কয়াগী মতিক মুংশি হায়বা মা থওই, অদুগা মানস্থু মমাবু লাইমক্লি নিংজবনি। অঙাং ওইরিভৈদগী মমাগী অরাবা য়েংবা ঙমজদে, মপান থোক্লা মচিন্দা শোনখিবা লৈ — 'ঐনা হয়েং চাউরগা ইমাবু মুংঙাইনা লৈহনগনি।' অদুগা হৌজিক্লা মতুগী ওন্ন-তৈনবদা মমাদা অরাবা খুদোন তমদুনা মৈশা থাওহল্লি খল্লুরগা মশাবু করি করিগুম্বদস্থু অতোনবা জীবগী থাক্তা চিংথজে। খল্লু খল্লুবগা বাশিগী মিৎলু ঈফুৎ অনিদগী তংতনা ঈহৌরকই, অমনা অপোকপী পলেমগী অদুগা অতোপ্পদুনা লৌশিনবীথিবী মনেমগী। য়েংৎ ওই ঈফুৎ অনিগী ঈরেলদা মাগী থরাইনা হন্না হন্না লুপতুনা লৈরবনি।

ওসি অযুক্তগী রাশিগী মওঃ হোংই, মপান থোক্তুনা অওান অশা য়েংলকই। মংলম্বা নোং হাইদোকখিবদা লৈহৌবা তশেং তংশেংবা অতিয়াগুম মাগী শকুম তগপ তগপই। অংশেংবমক মা রারেপ অমা লৌগ্রবনি, থরাই মাওহনবগী শরুক চাউথংহনবনা ফৈ হায়বসিনি। মশাগীসু মমাগীসু। অতুনা মমাদা ইথা থাজদনা ওনশিন্দুনা থেয়কই, "ইমা, ঙুক্তুলাবসি। ইমানা য়াদবা থবক ঐ অমুক হন্না তৌরবোই। ঐমা, ঐবু ওাকপীয়ু।"

পিবোইনবা মচাগী সু শিবা খোনফমদা মমা কপখি, চেংনা কোনখি।

ইমুংগী মীপুম তিংনা হরাওনৈ, রাশি পুক ওয়ে ঙুং ঙুং শিনখি। কা হেন্না অরুবা মী থবদি তৌশিন্নবনি ওাংনৈ। রাশিগী মুলিবা অরাম খোরাংবনা তাম্বোকখ্রে ; চাক্ত ঈশিংগী মখিজাগা লোয়বনা পাইখ্রে অওনবসু য়াওখি। অতুম ওইরুমক মখোয়গী চিনবা মপুং কানা কোকত্রি, শেন্নবা লেপত্রি। মখোয়না খনখিবতু রাশি য়ানিংদবা ত্তোদে, মরমদি মানা মু'শিগীদমক মিংলুগী পিয়াং খাম্বা ওমত্রি, মনেম-মকুগী খোজান উরি, মাগীনি খল্লুরবা ইমুং অচু নিংশিংলকপগা চপ চপ লেপ্পি। মা মুংশিগী মত্তৌ খওনিংই, মনেম-মকুগী পাউ তানিংই। কন্নানা মখোয়গী মরমদা মাগী মকমদগী চিন কাংথোকপীরকনি, কৈদৌওেনসু পামক্রোই হায়বা খওখিবদগী রাশি তুমিন লৈখিবনি।

বাশি রাথল হোংবগী পাউ মথং মথং লানখিবনা মানবীগী নাকোং য়োই। মাগী অরাবা শককম উনিংদবদগী থৈতুনা লৈরুবী মানবী হরাও হরাও চেন্নকই। ঈরু মাইথজতুনা মমাগা চাক চানিহুগ্রবী রাশি য়ান্না চিং-লোয়া মথস্তা হিপ্লি। মানবী চংলতুনা মনাক নক্সা ফম্লে। মানবীনা রাশিগী খুং অনি চেংনা পায়তুনা নিংওমদনা য়েংই। মমিং অনিমক পিরাংনা থংরগ্রবনি। রাশি

মানবীগী মতৌহ্ নিংঙাইদনা ফুক হৌগৎলি, মখুৎনা লামহুনা থোঙনাউগী পর্দা হাইদোক্লগা অনাবা মীগী থোনফমদা হায়রকই, "মানবী, হুংশি তাইবং মীনি, ঐ লান্দবনি।"

মানবী পুক্লিং হঞ্জানৈ, রাশিগী মায়থোংদা তারিবা পুক্লিংগী মরোল পাবা হোৎনহুনা হায, "তোক্লসি মহুগী রাহু, কাউথোকপ্রো; পুমকাউ কাওখ্রো। নিংশিংলক্লবস্থ মপোক অমগী রানি লৌরো। থল্লুবগী কাম্ন-তোংজবা লৈবরোই।"

রাশিনা হুংশিবু হুংশিবে হায়বা থঙবা মিংকুপ্তুগী মরুপ অমা ওইবগী হায়ফম তৌফম থোকপা অমত্তস্থ মানবীনা থাকুনা থমখিবা লৈতে। মাগী চক্রিদা থাঙবা ঙমদবদগী তেংবা'বা তাখিবী মরুপ্পা মমা-মপাদা মাঙজোননা থঙহনখিদে হায়বগী মীচৈ-থোম্থি তাখিবা রাশি নিংঙমদে। মাগীদমক য়াইফবা নিংলিবী মরুপ্তা ওইনবা তোক্তে, হায়রকখি, "অহুবু মানবী, মশাগীতা য়েংবা মীওইবনা অতোপ্পগী যাম্না থনবীবা মতৌ উৎনবস্থ হোংনবা শাবি।"

মানবী কনাবুনো ফানবা হোৎনবদা মমিৎ মনা চপ য়ুংই। বাশি করেম্নবগী মীনোক্না লোয়নন য়ুংথংলপ চৎথে, "ফনহুম নোক্লিংই, নোং-হুংশিং মরক্তা চাম্নকবা লৈহুম-উক্রাক্লুম্বা তাইবং পূন্সি মতেকসিদা! ঐ রায়েৌদবা ঙমদে, ঐগী কৎথোকচবগী মহৈহু মথোয় কল্লকপ্রা? ঐ পেন্দে, তশেংনা পেন্দে।"

মানবী মঝপ ওইবগী রাঙাঙ তোক্তে, ফেল্লকই, "নংগী পূন্সিগী তাঙ্কক তাঙ্কক খুদিংমক্তা অপোকপা-অপোকপীগী শকক য়াওরি। নংগী অরা-হুংঙাইগী মহাওস্থ মথোয়না ফংই। নং মথোয়গীনি, মথোয় নংগীনি। হৌজিক ফাওবদি নংগী অনিংবহু মথোয়গী অয়াবা চ'ই। মমা-মপাগী অয়াবা য়াওদনা মথোয়গী অপাম্বগী মায়োক্তা লোঞ্জা লোম্থ্নপ্পনা থবক তৌবা মচা মীয়াম সমাজদগী

শোথাই তাগল্লি। মথন্তা লিংবা সমাজদা লৈবা মী চল্লব্রবনি, লৈখা তারবনি। লৈখা তাদনবা মচাবু মমা-মপানা মতম চানা কপহৌবা হায়বসি মখোয়গীদি মথৌনি। নত্তোন্দা মখোয়গী য়েংথিবা, কল্লকপা লৈতে, মুংশিবত্তনি। নিংখিবনা চুমই থন্দুনা নং মখোয়গী বা তানিংদে, মখোয়না রারকপবু তাথি, হেন্দোক্তুনা নিন্দা তৌরি। ঐনা নংগী বাথল চুম্না লৌদে।"

মানবীগী বা লোইশিনবা তাইওমদনা রাশিনা থংখি, "লোম্হোক্তবা মুপা অমগী মুপী ওইবগীদমক মীয়াম্না ঐবু হম্বনা য়েংগদৌরিবা? লৈখা তারবনি লৌনগদৌরিবা? মুম পান্দুনা ইমুং অমা লিংবা হায়বসি থম্মোইদা য়ুক্ষম ওইবনি। চুশিন্নবা থম্মোইশিংগী ময়োল অমথক্তনি হায়বসি মানবী নং য়ানিংব্রা? মুংশিগী থম্মোইগী লোল ঐগী চিন্দগী খোকহনবত্তুনি ঐনা লৌগে লেপলুবা খৌদাং, অচেৎপা লাইনিং। কংগদৌরবা ময়োন্দা ইথুংনা ঈশিং চাইজত্তুনা মশা-মরেং ফল্লবা, মপুং মরৈ ফারবা উপাম্বী ওইহন্দুনা মাগী মরুমদা পৃন্জিগী মিকুপ অমত্তং ওইরবস্ত্র পোৎথাজগে হায়ত্তুনা শাগৎলুবা ঐগী আশানি। ওইজবা কংলগতা নোকপা হৈবা, পীথোকখ্রগা ওলাংবা তাইবংগী পুকচেল তশেংনা ঐ তুকচৈ।"

মানবীনস্ত্র থংলকই, "উ পাম্বী অত্তুনা লৈকংলাদা থারুবা খোল্লবদি মাস্ত্র নংস্ত্র কংলে। নোংগী বাসিদি তারকপস্ত্র য়ায়, তারত্তবস্ত্র য়ায়; ঈশিং হাম্না য়েংবা হায়রসি অহিংবা জীবশিংগী তত্তাইফদবনি। খৌশাহৌদবদগী কাইনথংজা অকংবা উপাল মথোত্তদা চাকথেল্লবা হুংশা থাজত্তুনা নিংত্তমদবগী পোৎলুম থাবা হোৎনবদা পাপ তানশিনবা কয়া অমা য়াওনখ্রবনি। মত্তুনি মুপী ওইবী ঐখোয়না কিন্নরিবসি।"

মতেক্কা য়াম্লকপদা রাশি চৈনা ফাওই, থাওওমদবনা ওকখি, "মুংশিগী মুংগী ওইবা মতিক-মঙাল, কালাগী গুন মখোয়না থওদে, নংদি থওলমগনি। মরমদি, মাগী য়াথন্দগী পোকপা সংসার অমা নংগী কাদা থেংলি। ঐ মানা য়েকপা অতিয়াগী লৈচিন্দা তোংহনা চেক্লাশিংগা পাইমিন্নগনি, অৱাংবা চীংগী উমংদা শজি-শঙাইশিংগা চেন-চোংহনা শান্নবা পাম্মী, ঈমায় চোনবা পাংকী থরো-থম্বালশিংগা ঈফু কাউবী শান্নগনি, ঈচেল কনবা তুরেলদা লেমলৈ ঙাশিংগা ঈরোইমিন্নগনি, লেং-লেং চংপা ফৌনাগী লৌবুক্তা উথুমশিংগা ঈশৈ তান্নগনি, বসন্তগী হঙ্গাম মপাল মরক্তা কুয়াকশিংগা ফজবা তান্নগনি, মথল-মথেল, লৈশক-লৈচু কয়াগী লৈকোন্দা খোইমুশিংগী ইশৈ শোইদনা তাবা ফংগনি। মুংশিগী কোক অমদি খুংতগী থোয়কপা মহৌশাগী ফজবশিং উবদা মুংঙাইবা ফাওরোইদবা কনা লৈ? পুক্নিং য়াথলগী মুংঙাইবা অহুবু নত্রা অহিংবা জীবশিংনা থিনরিবা? মুংশিনা ফংবা মহৌশাগী থৌজান মখোয় পুম্নমক্কা থওদে।"

"ফজবা পোংশক য়েংলগা নত্রগা মুংশিবা থাগৎ য়াহৈ তারগা পুক থনবদি য়াদেদো; লাইয়েকপা কনাদি থুয়া তুশিংনা হিংনবগে?" মানবীগী মরৈ থৈথরকই।

"অচাউরম কাবগী য়ায়া? ফম্লাইবা, ইনাক খুনবা, পৈশিল্লিবমথৈ পেনবা নাইদবশিংতুগী য়ায়া? অকে-অমৌ, অহাও -অথুমদা ঙাওনবশিংতুগী ওইরিনিনে? নোংমা ঐনা নঙোন্দা হায়খিবতু কাউথ্রমাল্লে, মাগীদমক থল্লগা ঐগী পুক্নিং লম্বোইথ্রবনি। নোংমদা চেং খুয়া অমগা ঈশিং খুজোক অমগা ফংলবদি লোইরে। মতুগীদমক্তদি মুংশিগী অচৌবা শয়েঙ অনি লৈ, করিস্নু য়াকম থোক্তে"

মানবী মুংগী অশাওবা মপান থোক্তনবা থামহনা য়াশিদগী মমায় লৈথোকুনা ঙাইহাক লৈ। য়াশিস্নু স্বর চনিং তানা হোল্লগা

মখোঙ অনি শৎ তিংথোক্লুনা মথুৎনা মমায় খুমহনা ঙাইহাক লৈকবগা শমথরকই, "অহুবু মানবী, ঐ অমুক হন্না চেল্লরোই, মসি ঐগী অরেপ্পনি।"

মানবী রাশিদা ইঙক ঙক্না য়েংই। রাহৈ থরসি মাগী চিন্দগী থোরক্লবনি মমানা চরা হেন্দুনা অরাবা থাঙখিবা, ইমুংগী মী পুম্নমক্না মিংশেল থাঙহনা থেম্নখিবা। চুপ্নে, রাশিগী পুক্লিং ওপ্লে। রাশিগী মুংশিবা পম্বোগী চৈরাক মাঙদা কুইনা থাঙবা ঙমদনা মনিল্ল ওইনা পাইপ্রে। শোয়বা হায়বসি মীওইবগী হৌনবীনি, শোইথিদ্রি হায়বা কনাদি লৈ; রাশি মীওইবনি, শোয়রুরে, অহুবু হৌজিক্তি অচুম্বা অকবা লম্বী থিরক্লে। রাক্ষমশিং অসি মানবীনা মমিৎ অনি কোরোক কোরোক ওৎতুনা মকোক উক উক লৈবা মথৈ থল্লুবগা থংলাউ লাউরকই, "ও রাশি! অহুনিদনা! ইমা ইপাবু হরাওহনবা হায়বসি মচা ঐথোয়গী ইথৌনি।"

মানবীনা মাগী পুক্লিংগী মরোল শুনা ফাবা ঙমদ্রি থঙহনা রাশিনা ময়েক থর শেংনা মথা চৎথৈ, "ঐনা তবারক চেল্লবসু মথোয়না তরারক থাইদোক্লনবা হোৎনগদৌরি। মুপা অহুদা লৈহল্লিংদবনা আইন তুইন, অথা-অথি করিমত্ত য়েংলোইদৌরি হায়বা ঐ উরে। মহুনা মুংশিগী থম্মোই হন্না হন্না থুগাইগনি, ইনেম-ইকুবু অরাবগী ঈরেন্দা তরারক লংথগনি। রাথোক মরাম-হুদগী নাম্বোক্লবা ঐথোয় অনি মৈচাক অসি য়েন্নহনা লাপথোক্না লৈনবনা ফরগনি লোরে।"

মানবীগী মমায় থর হেন্না পাকথোরকই, মমিৎ অনিসু য়ান্না হেন্না লাওথোরকই, রাশিদা চাগদবগুম য়েংলম্নগা থাম্বা ঙমহৌদনা হায়দোকখি, 'করিগী মৈচাক পুজরুনি, নচিন্দা শেংউ, অহল-লমন থারক্লগে হায়বনা পরেং লেপ্তু্না ঙাইরি, কুক কুক ইম্না কিউদা লৈ।

ঙসি অয়ুক্তস্থ কেশো লাক্লম্বনি। নংগীদমক মথাই থাবা ফাওবা ঙমগনি হায়রম্মী। মুপা অসিগী ফিভম য়েংউ, মরল মথুম, শাগৈ ·নাতৈ, মশক-মতৌ করিদবু য়াংলিবগে? অচৌবা সহরশিংদা বঙ্গলা, তুকান প্লোট, সনা লুপাদা থোঙনেংনরবা অসিগুম্বা মীশকপু ঐথোয় অসিয়াইদা মশিং কয়া গুনা লৈরিবগে? তাঞ্জা হায়বসি তোয়না লাক্তবনি।"

কেশোগী য়া পল্লকপগা বাশি পিং লাউথ্রবনি, পীগুম অনি থেঙ্গাইনগদৌ মতাগুম নকশিল্লখি। মাগী থুক্তা তাদনবা খর থুনা মুংশিগী য়ুম য়োখ্রিবনি হায়বা রাশিনা মানবী ফাওবা খঙহনখিদে, মথন্তা চংনজবা য়ানি। লাইরিক মথা তমথররোই হায়না লেপখ্রিবস্থ মাবু কিবদগীনি। কেশোগীচু শেংনা মুংশিবা নত্তে, লমন শিংনবনি হায়বা মাদি মুম্না খঙই। মানবীদি মসিগী অবোনবদা কাপ্পরিব। তেনসি খঙখি-উখিদবনি। কেশোগী ইকাইবা খঙদবা লোনচং হৌজিক ফাওবা থাংজিল্লক্লিবা থোঙথাং অচুনা হেন্না হেন্না ময়েক শেংহল্লক্লে। মাঙগী থোদোক মথং মথং নিংশিং-বদা মনাক্তা মানবী ফম্লি হায়বা ফাওবা বাশি কাউথ্রে।

—রাশিনা পুংকক চাউরকপা মতমদা য়াওশঙ পেচকার মুমিং অমদা কেশোনা মমিংতা অবের চাইশিল্লকপদগী থুপ্পনা থাঙবা ঙমখিদে, ফ্রং ফ্রং চোংচুনা কপখি। মীয়াম মাঙদা কয়াদা ইকাইবা নংখিবা। কেশোগী লমহেনবা শাজংতা শাওরবা মুংশিনা চোংথোক্তুনা মাগীদমক ফুনখিবনি।

—কলেজ ছাত্রশিংগী মীথন্দা মায়খিরবা কেশোনা শগোল রারুম শামু রারুমদা ছাত্র-ছাত্রী কয়া কিহনখি। ফ্রেসর্স মিটতা রাশিগী অচাপোৎ শরুক মমায়বী ময়ামগী মাঙদা মথুংতগী কেশোনা লাক্লুনা চাথোকখি। মাবু ইকাইবা পীগে হোৎনরকপনি হায়বা ময়ায়স্থ খঙখিবনি। রাশি মুমিংতু মমায় থাজংপা ঙমখিদে।

—নোংমস্থু বাশি মমাম্নবী ময়ামগা কলেক্তদগী হল্লপকপদা লম্বী থংত্তুনা থাবম্বা কাব অমদগী কেশো কুমথবকখি। লেপ্তুবা য়াদবদগী লেপ্লবী য়াশিদা চিঠি অমা পীনবা কম্না হোংনরকই। মমাম্নবী য়াম্লমত্রবদি য়াশি মাযখিবম্বা য়ায়।

—লৌশি পাংকী থোদোক ফোং ফোং শারি। পূন্সিবু তেমশিংনরকপা অচৌবা থৌবাংনি। কেশোদা মতুগী হৈনবীহু অত্থুম লৈখিগনি।

হৌজিক বাশি মশা তাববা উচেক্‌স্বনি, অউবা খুদিংনা ফানিংবা তাঙ্গ'নি। মুপা মযুমদা লৈতবদগী, মমা-মপানা কেশোদা থাজনিংবগী অমদি মরী-মতাশিংগী মতেং খুদোংচাবা লৌহুনা শাফু কম্না য়ৈরক্লগনি থল্লুরগা বাশি ম'য়'থাং লাংশিন্না মমিং উইশিন্দুনা য়াথল তৌই। কৈ লৈবা মফম লাস্তোকহৌদনা মুমিং তাশিল্লকপনা হাল্লকদৌরিত্রা, য়াদবা ঙমদে।

য়াশি য়াথল অমদা মুল্লে থঙত্থুনা মানবী য়া ঙাঙদনা তুমিন লৈরম্বনি। বাশিনা কদায ফাওবা কেশোবু তুকচৈ হাযবা ফাবা ঙম্নবা কন্না হোংনহুনা অমুকস্থু হৌদোকই, "মনিং থুংত্রবা মীদি শাওই, শাওববা মীনা হৌন-লোনচং থিরক্তে। নংগী নফমদগী ফংখিবা নিংবা কায়বনা মাবু অশাওবা শক্লোন চেলহল্লে। নংগী থৌজাল য়াহৈ অমত্তুং ফংবদা কাত্তি থাববা শামুশুম তেখিগদবনি। কেশো অত্থুক হাক্লা ফত্তবা মীদি নত্তবনি।"

মানবীগী অঙাংস্থু অহলস্থ মানবা য়াঙাঙদা রাশি নোকই, ফিজিনা লাইবক্তা কাবকপা হুমাং তৈথাক্লগা হায়, "মানবী যুনা মুথুপ্লা, অঙাংনা নিংথাদা ঐনা কেশোবু পিল্লিঙৈদগী মুম্না থঙত্রবনি।"

হেন্দোক্লা শিংদোকখিবা পাউথুমদা মানবী মথা তাফম থঙদনা উঙখি, তুমিন লৈ। মানবীগী মতৌদা মুংঙাইতনা রাশি

মথা শমথৈ, "অদুবু মানবী ঐনা কেশোবু থাগংলি, মাগী থৌরাং ফোংনা চঙশিল্লকপগীদমক। মানা তুমিন লৈরম্লবদি ঐ মাগী লাংদা থুদ্রুনা খুদোংথিবা নংলদ্রস্মু য়ায়।"

মানরী রাশিদা ভক্তক মুম্না য়েংই। রাশিনা মাগী কোক্তা রাই-চিল্লিবদু লৌথোকপীনবা শেংদোকখি, "মানবী নং ঐগী রা থুদ্রে, ঐনা হায়বদি হৌজিক ঐ কেশোগী খুৎতা তাদনবা হোংনবনা খুদক্তা পায়থৎকদবা থবক ওইনা লৌরে।"

কেশোগী রাকম থোইনা কাম্লকম খণ্ডত্রবদা মানবী রাকম অমা অমুক নিংশিংলগা হায়রকই, "মুপী চেল্লুববা মুপা অমম্ভু কম্না থেংলবনি। চেল্লুবা মুপীদু মানখিত্রে, থাইদোক্লুপ্রে হায়। মুপীদু অতোপ্পদা লুহোংনবা কম্না শিন্নখ্রে। মুপা অদু মুংভাইতবগা ইকাইবগা পুনখিদুনা মপান থোকপা ভমত্রে। মতিক-মগুন মুমলৈ-কৈরৈদা শিংথানবা মীশক্তি। অসিগুম্বদা ইকাইবা ভংকপীখিবা হায়বসিমম্ভু লেম্লদি মাঙলরোই।"

হন্দক্তি রাশি কংনোক নোকখি, অদুগা শুগৎতুনা হায়রকই, "মানবী ওক্লে, তোক্লো। অরৈবগী অপাম্বদা পোংকী মমল লেপ্পনি। লৈবক অমা শৈশক অমা, শকফম অমা পুক্লিং অমা। ঐনা লেপ্পা মীওইবগী মমল নংগীগা থেম্নরি। ওইজবতা খিবা, শোংজবতা য়েংবা লুহোংবগী কৈথেল অমা খুম্নাই অসিনা থরাই যাওনা শেমগৎলক্লবদি তাইবংগী তাঙলবা অথোইবা মহাও অমা ময়েং হম্বকপা শোয়ত্রবনি। ঐ মুংশিগী মুমগী মাজোল কাক্লরবীনি। ইনেম ইকুগী য়ুমদা অহিং য়ারেক্লুরবীনি, ইপুরোইবগা মোলাং পুল্লুরবীনি। ঐ য়ুমদুগী মৌনি, মুংশিগী মুপীনি। উশুক্লুম লাইনিং কনজক্লবগী মহৈ ওইনা মুংশিগী খুয়াদা ফমজবা ফংলুরে। ঐনা পুংজা থর লৈজরম্বা য়ুমদু য়ুগ কয়া ছিংনকম্নি লৌই। অতেনবা মতমদা শেমজরম্বা মবীদু পুন্সিসিমগী তৎনবা ওয়রোই। ঐনা ইমুং

অহুদগী লাপ্না লৈরে হায়বগীদমক মথোয়গী ওইদ্রে থনবশিংছু থঙজদ্রবা লৌশিং য়াংপা মীওইশিংনি। মীওইবগী থরাই হকচাংগী অশেংবা মশকপু ইকাই খুম্নবা হৈদ্রবা, ভুত-প্রেতকম্বু মাম্নবা উবা মথোয়গী য়ারীদা ঐগী নাকোং ফুন্নি।"

রাশিগী চয়েংনবা য়াকমদা মানবী খোয়দৌ শিকই। য়াখিবনা য়ামাঙবগী ফিভম য়োরকপদা শাওরপ ফেল্লকই, "অহুদি রাশি, নংগীসি তাংনি, মুংশিদা অমুক চেল্লরোই হায়খিবহু নমথাক তৌবা ওইরিনিনে? খঙলে নাম্থোকখিবা য়ানবা ঐ ফাওবদা উং চাইবা ঙম্লে, ওইদবদা হালেংবা লৈত্রে।"

"ঐনা তাং তৌবনা করি ওইজবা ফংগনি? নংনা থাজরোইদবা য়াবু ঐনা ঙাঙলুবগী করি কাম্নগনি?" রাশি ইচাই চাইরবা মশম খোমগৎতুনা শমজি চেংনা পুম্নগা চৎথে, "অহন্ল-লমম্না য়াদবা থবক তৌররোই লেপথ্রবনি। মরম অহুনা হৌজিক্তি ঐ সন্ধি পাম্মী, লেপ্নখিবা য়াকম ঙাক্না চৎননিংই।"

"করি সন্ধি? কনাগা কনাগগী মরক্তা লেপ্নগদৌরিবা?"

"ঐগা ইমুংগী মী পুম্নমক্কগী মরক্তা; ঐনা মথোয়গী মায়োক্তা থবক তৌদবা অমম্মুং মথোয়নম্বু নমফু হাফুদা ঐবু লমজিংগে থন্দবা।"

মানবী ফাগি য়ারকত্রে। রাশিগী পাউথোংগুম্বা য়াহৈ য়াতাদা হৈনদ্রে, ঙাইহাক. শাওনিংবনা ঙাঙথোক্তনা লৈ। অমুকম্বু থঙনিংবনা চাউথৎলক্রবদা তকশিল্লকই, "অহুদি নং য়ুম পাম্নরোই?"

"অহুমক্তি হায়খিদ্রিনা।"

মানবী মথা য়াহংগীদমক মচিন কাথোরকপগা রাশিগী মমা কা মখুংদা চংলকই, হায়নিং হংনিংবা কয়া য়াংলিবনি অহুবু মথা চৎথবা য়াদবা মতাং থোকপনা য়া ওনথি, "কাম্নদবদা হকচাং য়াহনবা হায়বসি অপঙবশিংগী থবক্নি, য়াম্না য়াম্না চাশিল্লু, চাকা শাওনখিবা লৈতে, থরাইগম্বু খৎনরম্লোই।"

মমানা মানবীবু রা হংনিংদুনা কৌখোকপা লাকপা। ওইরমগনি হায়না মখোয় অনিমক্তা থনখিবদু চুম্নে, মানবীদা হায়রকখি, "অছুনি ইবেম্মা, নংগী মরুপ্তা থর মেল্লম্মু। হৌজিক নখোয় অনি রারী থর শাম্নরম্লগনি, ইমানস্মু নঙোন্দা হায়নিংবা থর লৈ, মপান্দা ঙাইহাক ক্ষমলুখিসি, কুইরোইদা।"

মানবী রাশিদা য়েংলম্লগা মপান থোকখ্রে।

অমুক্তগী হৌনা ইমুংসি কেশোগী রাদা চিবোন চিবোন পিক থনখ্রবনি। মাগী রা অমথক্তুং ইমুংগী মীশিংনা ঙাইরি হায়বা রাশি থঙই। মমানা মানবী কৌখোকখিবস্মু মরম অছুগী ওইগনি হায়বস্মু মানা উখ্রবনি। রাশি মুন্না থনবা হৌই, পাউখুম হৈতবা য়াদবা মতা নি; মঙোন্দা হংলকপা য়াবা রাহংগী পাউখুম মুংদা শেম্বা হোংনবকই- 'ঐ ইমা বাজিখোয়না য়ানিংদবা থবক অমত্তা তৌজবরোই। মসি ঐগী অচেংপা রারেপ্পি। ঐবু হৌজিকমক অংতাপ্পা মুপা অমদা লুংগাংদুনা যুম পালহন্নবা শিনবীবস্মু ত্তৌবীগনু। ঐনা রাথল নৈতবদগী লাইবিক মথা তমথবা পামলুদবনি, হৌজিক্তি তমথনিংবগী ঈথিল অমা কন্না লাক্লে। ঐ চহি থরদং লাইরিক তমজখিগে, অনিংবসিদদি থুংহনবীযু। লাইবিক তম্বা লোইবগা অহল-লমনগী অপাম্বা ইঞ্জগে, মতম অছুদা ঐ হায়বা ইন্দবী অমুক ওইজরোই।'

মাগী মুংদা নৈনরিবা রাকমসিনা মমা-মপাবু থেম্বদা মায় পাক্লবদি কেশোগী চৈথেংস্মু থর হন্বখিবা মায় হায়বসি রাশিনা থল্লুবনি, মরমদি কেশোগীদি মানা হোয় নত্রগা মায় হায়বদা থেম্নবা করিস্মু লৈতে। রাশিনা মপান থোক্তুনা লাইরিক তম্বনি মানা ঙাইরিবসি; মতু ওইরবদা মাগী মথুংতগী রাশিনা নাম্হোকখি-গদবসি কদাইদনো থল্লিবনি।

মানবী মায়খোং মকশিল্লপ চংলকই, হংনিং হংনিংদনা হংলবনি, "কেশোনা ঐগোন্দাভাক হায়রব্রা থম্লুবনি, ইমুংগী মী পুন্নমকুন্থু খেংলন্নবা জাংনিদনা। ময়ামসি য়া লোইখোক্লয়ে, নংগী মত মঙাইবে। কেশোগী অহল-লমন চংলকুবা ইমাখোয়না শিন্নরি, মসিদা নং করি থল্লি ?"

হান্না থঙদোকখ্রবা য়াকম ওইরমগ্রবদি য়াশিগী ঈ ফনা য়াংনা হাইগংলমগনি, শাওনিংবনা নোকহায়নৈ, "মানবী নং ঐগী মীচংদা লৈত্রে হায়রগা শাওগনি। ঐনা হায়খিবা সন্ধি, য়াশিন্নবগী মতাংদি নং করিশু হৌদোকখিদ্রে ?"

য়াশিগী খোন য়াওই অচুবু মানবী নেমথৈ, "নংগী য়াচু তাবদা অহলশিং হয়াওনৈ, অচুনবু নংগী অনিংবা ঐবু হংহল্লিবসিনি।"

"অচু ওইরবদি মানবী, ইমা-বাজীগা অরুবা য়া অমত্তং তানগে, অতোপ্পা কনামত্তা য়াওহল্লকমু।" য়াশি চেকশিনবা উংখি।

# ১৩

## বারেপ্পসি

“হেলো, কনা ওঙ্ক়বীরবনো ?”

“অনিল, ইনাও ইবুঙো, নয়াম্বা রাজেননি।”

“এ! তামো ! থুরুমজরি, কদোমদগীনো ? কুইরবগী তুংসিদা।”

“অসিদগীনি, জনকপুরীদগী।”

“কয়া কুইরবগে কাশ্মীরদগী লাকপীবা ?”

“নহান থুংলবনি।”

“তামোবু চুম্না কোয়বীরকপ্রা নত্রগা ত্রান্সফর লাকপীরিব্রা ?”

“ত্রান্সফরনি।”

“ইতৈমখোয়দি ?”

“পুল্লপ হোংলক্লবনি।”

“মুংঙাইবা পাওনি।”

“ইনাওবু ঙসি অচিন অফাইকা লৈব্রো ?”

“সবদরজংদা থবক অমদি লৈজে, কুইগদবদি নত্তে, তামো করি তাকপীগদবা ?”

“ঐ নংবু উননিংবা, কোয়থোরকউ হায়নিংলিবা।”

“ঐ হল্লকপগা চেঞ্জয়ল্লগদবনি। য়ুমগা তেলিফোনগা অমুক্তা।

“৫৫ সি ব্লোক ৫৭৩৮৪২৬।”

“তামো, ইতৈমবু অমুক্তা।”

"মখোয় পোৎ-চৈ খর লৈবা খোকখিং, কোম্না শাম্নরো। অনিল, নথন্তরো লাক্কদোবিবো ?"

"তামোবু ইথন্তা লেংবীরক্তে হায়বীবদাই।"

"বেবী শুদ. অহুনি পুন্সিগী মরুপ হায়বসি, মোষ্ট রেললকম, শেইবনুকো, বাই।"

"ফনি তামো, বাই।"

অনিল লাইরিক পাব্রিবৈভদা মকপ অমনা মাগী তেলিফোন লাকই হায়না কৌরকপদগী রাবী শান্নকুবনি। মাগা মেজর রাজেনগা উনদবা মতম কুইবে। পোক্লফম হৌরকফম ভিন্নববমু মমাঙদা শকথঙনবকখিদবা মেজর বাজেন অনিলগা কাশ্মীরদা অহানবা ওইনা থেংনখিবনি। শকথঙনবা হুমিৎতুদগী মথোয অনি পোকমিন্নবা মচিন মনাওমকুম হুংশিনবা মরুপ ওইরকখ্রে। রাজেনা মথোগীদমক দিল্লীদা লাকপা খুদিং অনিলগা উনরমদনা থক হনখিদে। হৌজিক অনিল রাজেনগী ইমুং উনিংবনা ভাইঙমদ্রবনি।

দিল্লী বিশ্ববিদ্যালয়গী ছাত্রশিংগী লৈকম জুব্রী হোলগী নাইতোম লৈবা মাগী কাগী হিপফমদা অনিল ভাইহাক ভিংথোক্লি। হাংদোক্তুনা লৈবা থোঙনাউদগী কেম্পসকী অকোয়বদা হৌবা আশোক্কী মতোন্দা তোংবা খুমুশিং য়েংতুনা জনকপুরী চংপগী মতম পাবিবৈভদা মাবু কৌরকখিবগী থোঞ্জেন অমমু তাখি। হৌগৎলকপদা থোঙনাউ ময়াদগী মুপী অমনা হায়বকই, "রিলেক্স, মুংভাইনা পোংথাবীযু, ঐ অদোমু ওৎচরোই।"

"জুলি, প্লিজ বি ইন, হেক্তা হান্না শাওদোই হোৎনবা। ঐসু থোরক্লগে তৌরম্লিবনি।" অনিল ভাঙনা ভাঙনা মফি হোংনবা হোৎনৈ।

জুলি কা মনুংদা চংলকপগী মহুৎতা থোঙকাপ খর হন্দোক্লগা বেরেন্দা মচিদা লেপতুনা লৈ। অনিল য়াম্না থুরকখি, কাম্নী শো লোল্লগা জুলিগা লোয়ননা গেটলোমদা থোরক্লে

মখোৌ চিন্নবা সরক্কী মতাইদা গেট ময়া নক্না থাম্বিবা অশংবা স্থুজিকি কার অতুদা জুলিনা খুদোম্বী থিন্দুনা হায়, "হন্দক পাপানা লৈবীরম্মী হায়বা কারত্নুনি।"

"বেরী এক্সেক্তিভ, য়াম্না ফজে।" অনিল ফজবত্থ শেংনা থাগৎপনি, "নংদি খুংলোয়রব্রা ?"

"মপুকপু য়াম্না তপপ্রে।" কারগী থোঙ হাংদোক্তুনা জুলিনা হায়রকই।

কার তপ্না চংপা হৌরকপগা অনিল জুলিদা ওনশিল্লি, "ঐ শোইদনা লাক্কে হায়রে, রাননবা করিগীনো ?"

"ঐনা লাক্লিবসি রাদনবনি। চিনবু থোঙনা ইকাই খুম্নবীবা অফবা ওজা অমনা ভাইবগী পাম্না তম্বীরকথিবসি কুইরেদা, ফনা ফজনা ফারে।"

"ওজা অত্থুগী তমজনফম হৈনবী খঙজিনবীবগীদমক থাগৎচরি।"

"অত্থুনা তহা তহা চেঙ্গরকপগী অদোম শাওবীরম্বস্থ খঙদে।"

'অশাওবা মীগী সঙ্গস্থ হৈনবীরম্লোই, তনবীরমগনি।"

"অত্থুগীবু হায়রবদি লৈবীহৌবা য়ারে।"

"ফরে য়াম্না থাগৎচরি ; বাই, বাই।"

অঙাংবা লাইটকা মায়োক্নবা তাঙ্গা চপ হেক চাটৈ, অনিল থোঙ হাংদোক্তুনা কুমথনবা হোংনৈ। অনিলগী য়াম্না মানবা লিলাগী মতৌ এক্তিংদা জুলিনা মনা পায়ত্থুনা চিংশিল্লি। মথোয় অনি লেংবান্দা খুত্থুম্নাপোপ পোপ থানত্থুনা কম্না নোকথি।

মোরিসস নিঙোল জুলিগা অনিলগা সেনিয়র সেকেণ্ডরী স্কুল অমদগী হৌনা কলেজ বিশ্ববিত্থালয়দস্থ ক্লাস অমত্তদা পুল্লক্রবনি। তোঙান তোঙানবা লমদম কয়াদগী তম্মিন্নরম্বা ছাত্র-ছাত্রী অয়াম্বা শক উনখিব্রে, অত্থুম কাউথোক্লক্খ্রে ; লৈবুঙ মঙ্গুংদা পুম্না চাউমিন্নরকপা লৈশোনা শারেপ ফারকপগা মাগী মাগী থোকপা

মথাই মথাই পাইথোক্লখিবগুম্বনি। অতুবু অনিল জুলি অনিদি শেংনত্রি। মখোই পাম্নবা হোৎনবদা অনিলনা মমা-মপা অমদি পোক্লফম লমদম লাপ্লরি। পরীক্ষা থরনা পুনখিবনা দিল্লি থাদোকপা যাত্রি। অতুবু জুলিগীদি হিংফম খিবগা মরী লৈনদে। লৌশিং তাম্না তাম্না মরুপ্ ঙাইবনি, শঙবনি; অনিলবু থাদোক্লম্বা ঙমদবগীনি। মাগী থাজবা, ইকাই খুম্নবা অমদি মুংশিবা কৌবা মুংগী মরী অমনা অনিল তম্না থর থর চিংশিনখিহনা হৌজিক্তি মশাবু অতোপ্পগী ওইনা উজবে, হায়বদি অনিলবুসু মাগীনি থম্লে। অনিলদগী মতেক মতেক তমখিবা মৈতৈলোল চংনবা মানা ঙাঙবা ঙম্লে। মানা দিল্লীবু অমুক্কী মতিক য়াম্না মুংশিজখিবসি অনিলগা উনফম ওইরক্লবগীনি হায়বা মথন্তা থঙৈজে। অচৌবা কোম্মুং অসিগা চেম্নহনা লাকখিবা য়াথোক-থোদোক, অকনবা নোংলৈ-মুংশিং, মৈহৌ-লাম্পোক, অইং-অশা অমদি অময়-অঙান ময়াম অমগা তোংনহ্রবা চহি তরাগী পৃক্সি তাঙ্কক অসিদা অনিল মাগী লম্বী অনানবগী চৈশু ওইরকহ্রবনি; অনিল য়াওদবা লম্বী ইমম মম্বগুম তৌখ্রে। মরমদি অনিল মাগীদমক পুমথোই থোইবা মঙালগী মশক্নি।

মমা-মপানা জুলিবু মহৈ-মশিংদা মপুং ফাবা মীশক অমা ওইহন্নবা দিল্লীদা থমখিবনি। মচান্নুপীনা লাইরিক য়াম্না তম্নগা সরকারগী অচৌবা কম্নাইবী ওইহনগে হায়বগী পান্দম মখোয়দা লৈখিবা নত্তে, মখোয়গীদি লৌশিং-জ্ঞানগী য়ানি, মহুসু ভারতকী লৈমায়দগী, নোংচুপলোমগী অচৌবা সহরশিংদগী নত্তে, পরম্পরা ঙাক্না চংনবী লৈবা মফমদগী। মপা মপুগী হৌরকফম ভারতপু মমা মপা অনিনা য়াম্না মুংশিজবগুম জুলিনসু লুনা নিংই। ঈথং লৈবাক মোরিসসকী মহৌশা তোঙানবা শক্লোন অমা লৈরম্নবসু হৌবকফমু মুংশিজবা মীয়াম্না খুন্দাখিবা লমদমসি

রাখল অসিমক্লা ভারতকী লৈমায়গী শরুক অমা ওইনা উই। মতু উবদা জুলি পেপ্পরিবনি।

জুলি লেন থুগাই থুগাইহুনা কার খর য়াঙলপ থৌগংলকই। লালকিলা, রাজঘাট ফ্রেণ্ড কোলোনি, আশ্রম মথং মথং লাম্হো-রক্লুনা গ্রেটর কৈলাশরোমদা লৈশিল্লকখি। সবদরজং মেদিকেল তাবা রিংরোদতগী থৈদোরকপদা অনিল মঙোন্দা গুক্তক য়েংলকখি, লম্বী ওন্নরে হায়বনি। মরমদি মংখোয় অনি জুলিগী মশা য়েংহন্নবা হোস্পিতালদা লাকখিবনি, জুলিনা ওরাং মুমিদাংরাই তেলিফোন্দগী হায়রকখিবা থবক্তি। লম্বী ফজনা খঙবা জুলিনি, মঙোন্দা ত'ক্তবা অতোপ্পা থবক অমা লৈরে খঙহুনা অনিলনা হংলকখি, "কদাইদনো? করি থবক লৈরিবগে?"

জুলি অনিলগী রাহংদা থ ওইদে, অহুম থৌরকই। অরাবা মীঙ্কমদগী থোরকপা মীগী শকক্ম চেনবা, থোং নৌবনা ভাইহাক্তং পাদোক্লম্নবগুম, জুলি ইশুক শুকথবা মতৌ অমা হোংলকপদা অনিল য়াংনা লৌরকত্রে। অস্নুম অস্নুম লাপথোরক্লুনা অহাংবা মকম অমা য়ৌরকপগা অনিল অমুকস্নু হংই, "কদাইদনো চংলিসিবু?"

"সুরজ কুণ্ডদা।"

"কৈদোবা?"

"চীংয়া-তময়া. অহাংবা লম্ফাংগী অচিকপা মকমদা ঐগী অনাবসি ডাক্তরগা তানবা চংলিসিদি।"

জুলিগীসি ফাগিনা হায়বা নত্তে, মুংদগী অশেংবা উৎনবা হোংনরি। অনিলগীদমক হিংলিবনি খল্লগা, অনিলগীদমক পোংখাক্ম থওদবগী লায়না অমা মঙোন্দা থুংলরবদা শাওরক্লবনি, রারোবা মপান থোরক্লবনি। জুলিগী মতৌহুদা অনিলস্নু মথা ভারুদনা লম্বী অন্থুদা লাকখিবগী মরম অমস্নুং মাগী ওনথিবা শকক্ম-গীদমক মথন্তা নৈনৈ।

অতোও-অকুৎ, অনেম-অরাং, থেক-থোয় মনিং তম্না চৎপা লম্বী অমা ইল্লকপগা গাড়ী মশিং হম্ম্ম্রে, যাম্না লম্না লম্না চৎলে। অঙাংবা, অমুবা অমস্থং অরাংবা মচুগী মুঙজাউ মরক্তা তাম্না তাম্না হৌবা চিগোংলৈ পাম্বীশিং নত্তনা অশংবগী শরুক উবা ফংথিত্রে। অদুগে মালেম লৈশেমভেদা চীং ওইগে হোংনরুবদা ওমহৌদবগী খোইশাওনবনা ইচাই চাইখাইদুনা লৈবা মানবা অতোংবা লম্মাং অমা পাক-শম্না লৈ। মচু কয়ানা লংখল হাপতুনা শাবা চরৈনা কুপ্পা লমজাউ অদু য়েংবদা ফজদে হায়বদি য়ারোই। মিনিট অমা কানা চুমথ্রিং চৎরবা লম্বীদুদা জুপ্পি ফনা কুইনা থোরক্রবা তুংদা চিদাই ওইবপ মফম চাবা য়েংদুনা গাড়ী থামখ্রে। য়েৎলোমদা লোইবোই হায়গৎলগা অতেম্বা মফম অমদা লময়েং-বশিংগী ফমফম শঙ অমা লৈবা উই। চজরকপশিংবু নোং অমদি মুংশাদগী কয়নবা শেম্নবস্থ মুংশিৎপুদি মনিং তমহনবা ফমফম শঙ অদু তম্না জুলিনা মাঙ চিংদুনা মথোয় অনি কাখৎলকই।

মথোয় অনিগী ফমফমদা মুংশিৎনা তপ্পা তপ্পা হুম্লবগা অনিল মায়গৈ মরিদা লৈনা লৈনা য়েংবা হৌবে। খা মায়গৈ থম্রগা অতৈদি দিল্লী সহরগী মশেক মঙাল উবি। কুতুব মিনার, জমা-মসজিদ অমস্থং হেন্দোক্না রাংবা দলাল থরগী মতোন নত্তনা দিল্লী অথাপ্পদগী যেংবদা মপুম ওইনা অশংবা সহরনি।

ফমফম শঙ অদুদগী য়াম্না লাপ্পনা থর রাংখৎপা মফম অমদা লৈবা রেষ্টুরেন্ট অমদা মীয়ামগী ভাওন-শানবা, নোক-থেবগী খোঞ্জেল অদু তারমন্রবদি লমদম অদু পুমচিক চিক্রমগনি। রা থর হায়নিংই উৎথ্রবস্থ জুলিনা হৌদোরকপা নাইত্রবদা অনিল ওনশিল্লকই, "মফম অসিদা লাকপগী মরম ঐবু খঙহল্লরোই?"

"মরমদু ডাক্তর মশানা মুম্না অমুক্তং য়েংহল্লগা হায়রহনগে তৌবনিদা।"

"মকম ওমজ্রনে? ডাক্তরদি সবদরজংদা, রামলোহিয়াদা, ইসকোর্ত্তা, এপোল্লোদা, সুরজ কুণ্ডদা নত্তে।"

"থকয়েনথিল্ল, ডাক্তরনা অনাবগী মুংঙাইতবগী মরোল হায়া তায় হায়বা ঐস্ু থঙইদা।"

"অদুদি হায়রোদনা। মফম অসি নত্রবদি থক হায়বা য়াদত্রা?"

"য়াদে, রাগী চানবা মফম লৈ, নত্রবদি হিয়াঙ হোল্লিউদা তুম্বাগী শেল থোবা তাবনি।"

"রাসি থঙনিংবনা তোয়না হংনিংলকদৌরি।"

"মতুদা মমল কারকদৌরিবনি।"

"রাংমল্লা হায়গৎথিজুনা ঐনা মমল থীবা ঙমত্রবদি, শোৎপদি য়াগত্রা?"

"য়ারবোই হন্দক্তি, রাফম কয়া নংনা কুইমল্লা শোৎলকপদগী হিসাব শুবদা য়াম্না রারে।"

অনিল জুলিগী নোক্লিংদবা মায়থোং য়েংদুনা লৈ অদুবু মাদি ঙাঙবা লেপ্তে, লুম্না হায়, "ওসিদি নাথৈ শেংনা রারেপ্লরসি।"

"করি রাগী?"

"লুহোংবগী।"

"কনাগী?"

"অনিলগা জুলিগগী।"

"ও, ও, ঐখোয় অনিগী ইনাওশিংগী।"

অনিল থোঙ্গেন থোক্লা কম্না নোকপদা জুলিনা শাওরপ য়েংলকই। মাগী চান-তাবা রাথল ঈচেন্দা অনিল তাওবক্লে, তপ্না হংই, "অদুবু ঐখোয় অনি লেপ্লবদুনা চৎনবা য়াগত্রনে?"

"য়াত্রবদি কনা কনানা লেপ্লগনি?"

"অহল লমনশিংনা, মায়গৈ অনিগী পুল্লগা।"

"থবকসি নকশিনসি। চেন্নগা কোন্না লুহোংবগী চংনবী ঐ পামজদে, শেংনা লুহোংবগী চাউথোকচবা অমনা ইশাগী লৈত্তেং ওইহনা পুন্সি লেঙ্গিংই।

"মহু ঐগীস্ন অপাম্বনি। অহুবু অহলশিং যানহ্রবদি, কৈংদৌবা তাবা?"

"তানিংদে, ফত্তবা হান্না খল্লিবা করিগীনো?"

"অহু ওইরবদি ঐখোয় অনি লাপথ্রগনি অসি নত্রানে? নংনা সমুদ্রনা কোয়শিনবা দেশতা, ঐনা চীংনা খাজিনবা লমদা।"

"অহুম ভাওঙ্, মহুদা নংগী ভোংজবা লৈবমগনি; হব' ওবমগনি।'

"করি উপায়দি লৈরি?"

"উপায় হায়রবু ঐখোয অনি শোইদনা লুহোংবা।"

"মহু খোক্লবা লম্বীহু যেংসি, লুদ্রনে?"

"কবিগী?"

"নখোয়গী অহল-লমন্না নংবু থাদোকপা ওয়োই হান্না নংনা ঐওোন্দা তোয়না হায়খ্রে। ঐগীস্ন অহুনি, থাদোক্লবা য়াবোই।"

"পুন্নপ হেক লৈববদি য়ারেদনা।"

"মফমদি।"

"নখোয়না লেপ্পবা মফমদা।"

"য়াওগা শুগম্নগা মখেল লাম্নবা হায়নবদো? অমনা মনিপুর, অমনা মোরিসস।"

"দিল্লীদা পুল্লবদি য়ারেদনা?"

"ওইখোকপা লুই।"

"কবিগী।"

"পোক্লফম থাদোকপা হায়বসি অহল ওইরক্লবা মতমদনা হেন্না পায়দে।

"অহুদি নংনা মফমসিদা থবক তৌনবা লাওলিবদি করিগীনো?"

"হিংকম খিবা, হিংবা ওয়নবা।"

"হিংকমহ্ ঐনা পুথোক্লবদি ?"

"ঐ নংগী নথা পোল্লে, মহুদি য়াবা ওয়োই।"

"খ্বাইদগী মনিং ওম্বা মুপা অমগী মুপীনি হায়না ঐনা চাউ-থোকচরবদি ?"

"ভাং কুইনা চৎতবনি। অতোপ্পগী মরন্দা পূন্সি লেনবা মীগী ফমকম সমাজদা চাউনা কনবা ওমদে, নিংথৌ মচা-মশুদগী হৌরগা। ঐগী হৃমাংমন চানিংই, ইশাগী পাঙ্গল থাংদোক্লুনা দেশকী সেবা ভৌনিংই।"

"মহুদা ঐস্থু নংগী ভুং ইনজগে চপ চানা লেপ্লিবনি। অহুবু খেল্লবা থরদি লৈরি, নংনা লৈবাক্কী হায়, ঐনা মীওইবা জাতিগীদমক। ঐনা উবদি ঐখোয়গী থবক মফম পুম্নমক্তা লৈরে। চহি চহুমগী মমাঙদা লৈরম্বা ইথৌ পুরেনশিংগী হাকথক্তগী ইপাগী মতম ফাওবদা তানশিল্লকপা লল-থুম পুম্নমক ঐগীনি, খাইনা ঐবু লাইবক ফবীনি হায়নৈ অহুবু ঐদি মিংথোন্দু তশেংনা কিজৈ ; সম্পতি ময়ামসি শেন্নবা ওমজরোই। নিউয়োক লণ্ডনগীহ্ উজরুত্রি, ঐগীদি দিল্লীগীসিনা ওকচরবনি। লল-থুম্না তাইবং মীওইববু তমথিবা, পাঙদবা, ইকাই-খঙদবা, পঙথবা অমদি অঙাওবা শেম্বা ওম্বনি, ভোয়নস্থু শেম্লিবনি। অহুমক্লা ইনাক খুনবশিং স্বর্গ ফংদে হায়না ধর্ম্ম অয়াম্বনা তাক্লি। ঐ ধর্ম্ম থাজৈ।"

"অরাংপনা থম্না লৈরবা ঐখোয়দি শেলগীদমক শুবা-নোম্বা তাবনি। লল তাল্লু, তুংশিন্নু, লম্না থরাইনি হায়বস্থু অখোইবা গুরুশিংগী পাউতাক্লি।"

"ঐগীদমক অমদি ঐগী ইমা-ইপাগীদমক থনবীহুনা লল তানশিনবগী রাথল থাদোকপীহুনা কংথোকপা অমদি মীওইবগী সেবাদা লমজিংবীয়ু।"

ধর্ম্মগী সভাদা ভাঙ্গদবা ৱাহৈশিং জুলিগী চিন্দগী থোৱকপদা অনিল মরু লুকথৈ, মথোয়গী ইমুংগী সম্পত্তিগী অচৌবা মশেক -মণ্ডাল অমনা য়ৈরবদা মাগী মায়থোং থংমক মকশিন্নি; অদুবু জুলিগী পুকচেল চাউবগী ওয়থৈ ওনবদি তোক্কে। মরাওদা জুলিনা অসিগুম্বা ৱাকমসি খওহল্লম্বা থোক্লবদি মথোয় অনিগী মরী অসি য়ৌনা নকশিন্নবগী থৌনা অনিলদা লৈরম্লোই। ৱাস্ত-পাদবা মমা-মপাগী অমত্তা পোকচবী মচানি খঙলবসু মাগী ইনাকখুনবগী চাং অনিল ৱাখলনা থক লেপখিদ্রি, জুলিনসু করিগুম্বা মতমদা তাকখিদ্রি। অদুমক্তা অনিলনা জুলিবু লোয়ন-তিন্নবা অমদি মুংশিবা ওমলুবনি। ওসি জুলিনা খব কাংথোরকপসিদা হংলুবগী মহুংতা খঙলুদনবা লৈথোক্লিংবা ৱাথল অমা ফাওরি, মরমদি মিতৌবনা মথুং খংলকদ্রা কিরকখিবনি। অনিল তশে'না মশাগী হৃহাংমন খক্তং চাজগে খঞ্জরকপা মুপানি।

জুলিনা মখা তাগদবগী মচিন লেংলকপগা অনিলনা খামদুনা মথাগী সরকলোমদা খুদোম্বী খিনখি। অচৌবা মুঙজাউগী মরক্তা লিং লিংতুনা থেক্লা খোয়না চংলিবা সবক্তুনা শগোল তোংবা মুপা অমবু অতোপ্পা শগোল তোংবা তবানা কম্না তাম্নবা উরুই। শগোলশিংদু খুরুপ খাদুনা চেন্নরি। মাওথংবা শগোলদু পাইবমুক য়াওই। তান্নরকপশিংদুনা নোংমৈসু তৎতনা কাপ্পি। মদু উবদা জুলি ইপা পাথংলি; অনিলদা ভাশিল্লগা মুংশা য়াম্না খিনা হায়, "করি মতৌনো! হাংনদৌরি!"

অনিল পুক্লিং চংনা য়েংই অদুগা শোম্বাংনরপ খুমকখি, "হাংনদৌবিবনি। কনানা ওম্বগে য়েংসি।"

খুদক্তা মাঙদা চেনবা মুপানা ওনশিন্দুনা নোংমৈ হন্দুনা কাপ্লকপদা অতানবা মরক্তগী অমা শগোল মথক্তগী লোকথাদা তাখ্রে। তান্নবা লেপ্তে নোংমৈ মথোলসু কুংশিল্লকই। তুংগী

মুপা অনিস্থু অমুক শগোল মথক্তগী হাইখ্রে। জুলি কম্নাক থক থক নিকই, মিহুল তিঙ তিঙ চোংই। মরক্তুদা অঙকপা অমনা হাগ্না নোংমৈনা পান্দুনা লোকথাদা তাখিবা মুপাহু টুপীনা উফুল কম্থোক কম্থোক্তুনা সরক মচি য়োনা কাখৎলক্লগা চুরুট অমা চমথৎতুনা হাওনা থকখিবা উই। মতুদা জুলি গুক্লা য়েংই।

অনিল তপ্না তাকপা হৌরকই, "ওইদবা মথামসি অশেংবা মালহনবগীদমক মনা লৌনগদৌবিবনি। হৌজিক্কী সংসারদা মিংনা উবা মারী শেম্বশিংনা ঙাঙনবা এম্নন হায়বহু অসিনি। অশেংবা মালহনবা গুম্বগী মতিক মনাস্থু চাউরিবনি। যুগসিগী পুজিনি।"

ফিগ্ন নম্বগী থবক্তি হায়বা জুলি খঙলে। রেষ্টুরেন্টকী অকোয়বদা পৈরিবা মীয়াম্না খুবাক খুহুনা হগ্নাওনা লাউনরকই, "রেল দন! রেল দন!"

চাইথাইকরবা য়াথল অমুক থোমজিন্দুনা অনিল য়েংলগা জুলিনা মাঙগী য়া শয়্নৈ, "হায়বো, অহল-লমনশিংসি কবম্বা মতমদা উনহনসিগে?"

অহিংদা মরাং কায়না চুখিবা নোংনা চোংহন্নবা লৈমায়গী অইংবা থেংমহুনা শিংলকপা মুংশিংনা হুন্নকপদা জুলিগী ছারি ফিজি ফিনা শেম্নবা য়ারে। লুকথখিবা অনিলগী থম্মোইদা তাইশিম্নবগী পাউতাক অইংবনা পুরক্রে, তপ্না হায়রকই. "রাক্ষম চপ মান্নবদা ঐথোয় অনিগী অপুনবা চিঠি অমমম অহলশিংদা থারসি।"

জুলি অনিলগী য়াহু ঙাইহাক নৈনৈ। মতম অসিদা অতিয়া পুম্বা কিন্থরকদবগুন নোংথেক নোংলাউগা লোয়নবা অকনবা মুংশিং মথা মায়কৈদগী লৈচিল মপৈ মপৈ পুহুনা শিংপা হৌরকই। মরোল মরোল নাইনা কোক্তোন থেংনা প্লাইরকপা অমুবা লৈচিল য়েংলগা অনিল জুলিদা ওনশিনপ্রে, "হল্লসি, ঐথোয় থবক অমা লৈরিবনি।"

"কদাইদা ?"

"সবদরজং হায়খিবদাইনে ?"

"অহাংবা মকমসিদা য়ারেপসি লৌনবা পল্লুবা ওইরম্লেদনা। নংগী রাহৈ খরনা ঐগী অনাবা কনা য়াম্না কপংহল্লে, অদুনা নংবু ঐনা ডাক্তর কৌখ্রিবনি।"

অা মাঙদা থঙখ্রবা রাহু ইথঙ হেক থঙদবা শাহুনা অনিল জুলিদা য়েংই। জুলিনা মাগী পোক্লকম নিংশিংলকপগা সুরজ কুণ্ডদা হেক হেক চংনিংই হায়বসি অনিলদা তমখ্রবনি। মখোয় অনিগী চহি তরাগী সুংশি লম্বীদা ওসি জুলিনা মখোঙ থ্বাইদগী লৃম্না থাংখিবগী মরমস্তু অনিল থঙলক্লে, মাবু ঙাইরকপা কুইমল্লে।

হন্দক্তি অনিল চুমথ্রিং হায়, "হয়্নসি।"

"অসুক থুনা ?"

"ঐখোয় অনিগী থবক লৈবি।"

"অদুনা কদাইদা ?"

"জনকপুরীদা, তামো রাজেনগীদা।"

"কনা রাজেন ?'

"মেজর রাজেন, দিল্লীদা ট্রান্সফর লাক্লে। ইমুং পুম্না হোংলক্লবনি।"

জুলি ইথং থংবদা সুংঙাইবা য়াওরি। মাঙদা অনিলনা থাংলিবা খোঙকাপ ইন্দুনা হংলকই,

"মচন্দুস্তু য়াওরক্লিনিনে ?"

"অহুদি থঙদে।"

"কৈদৌঙৈ উনরিবা ?"

"ওসি অয়ূক ভেলিকোন তৌরকপনি। মংবুস্তু নিংশিংলকই। ঐখোয় অনি লাকনি হায়খ্রবনি।"

"ফজবনিকো।"

"নঙোন্দগীদি হেন্দবা মাল্লি।"

"মায়া করেদা, মারেপ্পবগী থবকসি তামোদা শিন্নরগে।"

জুলি জনকপুরী তম্না চুমত্রিং থোরকই। রাজেনগী যুম থিবদা মানা থোকখিদে। গেটতা গাড়ী থামলুবগা মঞ্জুরী চেম্থোরকই, ভাইরমগী মণ্ডংনি, তরায়া নমস্কার ওক্লে, "ইনাওখোয় ভাইরম্নিবনি, চংলকউ।"

হয়াও হয়াও চেম্থোরকপা রাজেমা লৈশাবী পাখঙ অনিবু ইমুংদা পুশিল্লকই। সোফাদা ফমথবগা হৌরপ লাউখি, "ইবেম্মা, থোইথোইবী, নংগী তামোখোয় য়ৌরক্লে।"

থোইথোইবী চেনশিল্লকুনা মথুং লোয়রৈ, "হায় তামো! হায় জুলি!"

"হায় থোইথোইবী!" কোয়রকপশিংসু হয়াওই।

থোইথোইবীনা মনম্মগী নাক্তা ফমথবগা জুলিনা হংখি, "মুংভাইরিকো?"

"হোয়, মুংভাইজরি। তামোখোয়সু মুংভাইবীরি" থোইথোইবীগী তথক তথকপা মতোৎ থজিক্তং হোংলয়ে।

"মুংভাইরি ইবেম্মা, জুলিবুসু তোঙাম্না হংউ।" অনিলগী কাগী হোই।

মঞ্জুরী নোক্না নোক্না ইরাঙ-লাঙই, "ইনাওশিং লাকপসি করি চাসিগে?"

"করি চারুনি, ইতৈমনা পীজবা; ঐগীদি ইরোম্বা শোয়রগা লোইরে।"

পুন্নপ নোকমিয়ৈ।

"থোইথোইবী হৌগৎলকই, মায়োক্নবা অনিল জুলি য়েংহুনা হায়, "চা শেমজরুখিগে।"

চাকী থোরাংগীদমক হৌগৎলকপী মঞ্জুরীগী ফুং ইন্দুনা জুলিসু চাকশঙলোমদা চংখ্রে। রাজেন মায়া চেকশিনবা মতৌ অমদা হায়রকখি, "অহুদি ইনাও ইবুঙো, ঐগী কারোমদা লেংশিনখিসিদো

কাদা কুলরগী অইংবা মুংশিং হুম্নকপগা। রাজেন না হৌই, "ঐনা ইনাওবু কৌবদি উদবা কুইবগী য়াম্নসু উনিংবা অদুগী মথক্তা মকম অমসু লৈবগীনি। অসিনিদা, কাশ্মীরদা নখোয়না উখিবা খোইথোইবীগী হয়াও-তন্নাখ্রদু মাঙগ্রে, হৌজিকসি মঙোন্দা ইহৈ হৈনিংদবা অমা লৈরে। লাইরিক হৈনিংবগী রাথল মঙোন্দা লৈতবগুম তৌবসিদা শাওরসিরা খল্লুরবসু মাবু মী ওইহন্নিংবনা পুক্নিংসি কম্না ফাথত্থুনা থাডলি। অঙাং ওইরিঙৈদগী মনিঙাই অমা ইচেন চেম্নবগুম, লোয়নবদা য়াথ্রবা। দিল্লী চংলগনি তাবদগী মাগী হৈনিংদবীসি হোথ্রবনি। ঐগী পান্দম য়ৌদনা মাসি ফৈরেংনখিগদ্রা কিশিল্লক্লে। থর কুপ্না শেম্নগদবসু ঐগী থৌজিনসি নংনা থঙলিবত্থুনি। হৌজিকপু ঐনা তৌরিবসি অযুক্কী পুং নিপাল নংনবা য়ামা কৃষ্ণপুরমদা চেনবা মুমিদাং পুং নিপান্দা যুম য়ৌরকপা, মাবু লমজিং লমতাকপগী মতমসি ইবৈ লৈরকত্রবনি; অদুগা ইচম্নিংদা। অত্থুনা ঐনা তারকদৌরিবদি, মাগী অফ-ফত্ত য়েংশিনবীবগী থবকসি ইনাওদা শিংম্নরগে নংগীসু নচম্নি হায়বসিনি। জুলি নখোয় অনিগী নতেং ইয়াম্বনা নিজবি। নংনা তৌগদবসি, অহানবদা, মাবু মীয়াম-মরক্তা পুথোক্তুনা অফবা জাতি-কাংলুপ কয়াগী চাওখৎপা পূন্সি মরেন উহন-থঙহনবা। অনিশুবদা, অয়াংবা থাক্কী মহৈ-মশিং তম্নিংবা পোকহনবা। অহোইবদা, মশাগা থোং মাম্নবা থন্দুনা পূন্সিগী মরুপ শেম্বগী রাথল লৈহনবা। মসিনি নংনা পায়থৎকদবা থবক। হাম্নসু হায়গ্রে, ঐগী থোদাংদি শেল-থুমগী য়ানি, খুৎতি জুলি নখোয় অনিগীনি।"

থোইথোইবী চংলক্তুনা চা কপ অনি থম্নম্নগা থোকখি।

থোইথোইবীগী মরমদা হংনিংবা থয় লৈরবসু রাজেম্না তুবং শমজিল্লকপা হানখিবনা অনিল তুমিন লৈখিবনি। য়াম্না ফাম্নবা ইনবা মনাও অমগী মতৌদা অনিল থুমখি, "হোংনত্থুনা য়েংসি তামো।"

থাজবা থম্মীরিবা ঐখোয়স্থ অত্থমজায়দা ; অদুবু খোইখোইবী অকবা মীশক অমদি ওইহন্দবা য়াদে।"

অনিলগী অচেৎপা য়াদা রাজেন পেয়ে। মাগী হিরম অমদা থংচোং চোংবগী হৈনবীদু তৌই, "ইনাও ইবুংঙো; মনিংগী লৈকোলসি অমুক্তং য়েংলুসিদো।"

"ফনি তামো।" অনিল হৌগৎতুনা চা কপ কা লোয়ননা রাজেনগী তুং ইল্লি।

রাজেন মানা লৈরিবা ভারাগী য়ুম অসিগীদমক য়াম্না চাউথোকচৈ। মিটর য়াম্খৈ শাংবা, কুন্ত্রা পাকপা ইখোলগী অকোয়বদা মিটর অনি রাংবা চেকপল চেকশিন্না থায়। নোংপোক মোংচুপ চপ য়ুংনা চৎপা সরকলোমদা ওন্থোক্তুনা শাবা কা তরুকী য়ুম মখোন নাইদে, মপান্দগী য়েংবদা চম্না উই, অদুবু ময়ুংদদি য়াম্না নাল্লি, ফজ্জে। য়ুমগী মথা অমদি নোংপোকী অহাংবা লমদা শেম্বা লৈকোল পিকচরবস্থ মগুন লৈ। য়ুমগী মপুদি রাজেনগী গুরু, থবকগী পোৎথাপ্নবা, সিফাইগী অচৌবা ফম্নাইবনি। সিফাই ওইজরবস্থ নিশাদগী লাপ্না লৈবা, মখৌ থভবা, পুকচেল সেংবা রাজেনগী লমচং থভবদগী য়ুমসি মমিংগী ওইবা অপিকপা ভারা লৌত্তুনা মঙোন্দা শিন্নরিবনি। শাংলিবা দেশ-বিদেশকী লৈশিংগী অমদি মাগী গুরুগী মরমদা রাজেন য়াম্না কুইনা অনিলদা য়ারী শারে।

রাজেনগী হৈনবীদু অমুকস্থ তৌরকই, "ইনাও ইবুঙো, জুনি নংখোয় অনিগী লুহোংবসি করম্বা মতমদা পাঙথোক্লবা থম্মরি ?"

"তামো," অনিলনা নোক্তুনা খুমই, "য়ুম হাম্নবা অমা লৈবদাই — 'পাথং-লৈশাবী অনিসি পং তংনা মুংশিনৈ, অদুবু পাখংনা পামদে হায়, লৈশাবীনস্থ য়াদে হায়রি।' মতুদা তারে। পুনগদবগুমস্থ তৌই, অমুক্না লাপথোক্লবদা মতাম্কই, হায়কম থভজ্রি।"

"মরমদি ?" রাজেন সিকাইগী পাউথুম ভাইবগী মিৎয়েং শিজিন্নৈ।

"তামোনা থওবীরিবফুনি, মানা মোরিসসতা লৈবা অহল ওইরবা মমা-মপাগী অমত্তা, পোকচবী মচা, ঐগীনা পোক্কম খাদোকপা ওয়রোইদবা মনিপুরদা লৈবা ইমা-ইপা, ভাইশিয়রবা লুরিবনি।"

"নাকল অনিগী অহল-লমনশিং পুম্না অমুক্তং খল্লহনসি, কান্নগনি থল্লি।"

"থবক অহুগীদমক তামোনা ময়ায় চেনবা মী ওইবীবা তারে।"

"চেনবা নত্তে, লেপকদৌরিবনি।"

মচিন মনাওগী হুংলিনবদা রাজেনগা অনিলগা মথুং চেংনা পায়নহুনা কম্না নোকই। তাপ্তাহুমক্তা চাক লোইবগী পাউ মজুরীনা ইমুংদগী লাউরকই।

পুং তরেৎ চপ চানা তাবা মতমদা অনিল অমসুং জুলি মুমদা হল্লক্লে। কায় থোনা থোনা জুলিনা হায়, "থোইথোইবীদা ওাওনবা পাথং য়ান্নমগনি। মুগীসি ওথাক কক্লে।"

অনিলা জুলিগী য়াহ্ রানিংই, অদুবু অতোপ্পদা থৈথি, "হাকুম কালেন থা অমা চুপ্পা কাপ্পীরগী মকম কয়াদা ঐখোয় অনিগী অয়াং-অপা য়েংশিনবীহুনা লোয়নবীথিবা তামো রাজেনগী মীয়ুংশি অমদি অচোবা পুকচেল কাউথোকপা য়ারোই। হৌজিক মানা ঐখোয় অনিদা থবক অমা শিয়রক্লি। মসি ঐখোয় অনি চেকশিন্না পাঙথোকপা তায়।"

"করি থবক্লো ?"

"থোইথোইবীবু হয়াও-তয়াম্বগী সংসারদা পুরকপা।"

"অহুদি নংগী চপ চানবা শিনকয়িনা।"

জুলিনা অনিলগী পুকচেপ্তা খুনিংনা থিনখি।

# ১৪

## অসিবু গঙ্গারা ?

অনিলনা হন্দক পায়থংখিবা থবকসি চাংয়েংনি, হিদাক য়াওদবা লায়েং মথল অমনি। থোইথোইবী পোপ তুনা নাবমক নত্রবস্থু চাবা-থকপদা থওই-থৌশাদবা অমদি মথি ফোংলকপা পুক্লিংগী ওলাং-থোইশাওনবা অমনা হকচাং ময়েং য়াম্না তাহল্লুরবনি। মসিগী মতাংদা রাজেনগা মাগা তেলিফোন্দগী রা তানবা লেপখিদে। মঙোন্দা শিন্নখিবা থবকী থৌরম পরেং নিয়ম নাইবা চাংয়েং অমগী মথাদা পাংথোকপা হৌরকপদা কান্নবা থর উরকপদগী অনিল পুক্লিং হেন্না হেন্না চংলকখি। থোইথোইবীনস্থু মাগী লমজিং-লমতাক অমদি য়াইফনবা থনবীবা পুকচেন্দা চাউনা ইকাই খুম্নৈ, হৈনিংদবা উংতে। অন্থবু রাকম অমদি, অনিলনা থোই-থোইবীগী রাথল মুংভাইতবগী মরম হংদে, থোইথোইবীনস্থু তাকখিদে।

অনিলগী কায়াং থায়না চংথরকখিবা চাংয়েংগী অহানবদা থোইথোইবীবু অফবা মরূপ মপাংশিংগা তোংন-তিন্নহনবগা লোয়ননা সংসারগী তোঙান তোঙানবা জাতি কাংলুপ কয়াগী মীওইশিংগা উনহন্দুনা মাগী মাগী ন্যংকী ওইবা চংনবী লোনচং থওহনবনি। অনিগুবদা, ইতিহাসকা মরি লৈনবা মকম কয়াদা পুন্থনা নিংথৌরেনশিং অমস্থুং মহাপুরুষশিংনা পাওথোক্লবা থবকশিং

উহন্দুনা পুক্লিং রাখল চাউথংহনবা। অহুমশুবদা, মহৈ মশিংগী অহেনবা লৌশিং জ্ঞান হাপকংনবা লম্বী থিবা। অরোইবদা মনিং তম্না পৃন্সিগী অকবা মরূপ থজনবা তাঙ্গা শিনবীবা। থৌরম পরেংসি মথং মথং পায়থংনবা হোংনবদা লৌথিবা জুলিগী থৌদাংস্থ শীংথাবা য়ানা চাউখিবনি।

থোইথোইবীবু জুলিগী কারদা পুন্থনা দিল্লীগী মনুংদা পাংথোকপা উৎসব, মেলা অমদি ফিল্ম নম্বগী থবক কয়া জুলি অমস্তুং অনিলনা য়েংহনখ্রে। ঙুমিদাংরাই থুদিং মরূপ-মপাংশিংগী য়ুমদা কোয়বা পুন্থনা থোইথোইবীবু রারী-রাতায় শাবগী হৈনবী অপাম্বা ফাওহনখ্রে। লাল-কিল্লাদা হৌজ মণ্ডারক য়ুরোপকী লমকোয়বা ঙুপা। ঙুপী কয়াগা লোনয়াম থোকপা দর্শকশিংগী মথেং লৌহুনা রারী শাম্নবগী তাঙ্গা লৌথি। মতম অমগী অকল-অথৌ অকে-অমৌশিংগী পুনফম-তিনফম ওইরম্বা অণ্ডাংবা ঙুংপাক্তনা শাবা অচৌবা লানবন অহুগী মনুংদা থোকখিনা ঙুংশি-ঙুংওনগী রারীশিং তাবদা থোইথোইবী থোইজংই। লোনয়াম ঙাঙবা বঙ্গালী দর্শক অমগী লৈশি-লৈথোন হাপ্পা রারীদা মেমথোইবীতা নম্ভনা মীয়রৈবাকী লমকোয়রকপী লৈশাবী মৌ কয়াশু মুনখিবনি। মাগী রারী তারগা সংসারগী খ্বাইদগী ফজবী ঙুপীশিংসি ভারততা লৌহনা পোকখিরমদৌবোই নিংই। ভৌবগীদি, নিংথৌ রাণীশিংগী ঙুংশি রারীনা লম লম, জাতি-কাংলুপ খুদিংমকী সাহিত্যগী অহানবা মচাক ওইখ্রিবনি।

অচৌবা চীংহুম অমদা সিড়ি শেমহুনা শাখিবগী মওং মানবা জমাজসজিদতগু থোইথোইবী ইয়ানী, টর্ক অমদি কাবুলী ঙুপীশিংগা ঙুমিদাংরাই থোঙকম কয়া অহুংবা ঙুংশিং লাংমিয়হুনা ফম্মিয়ৈ। অমুবা কিমা কুপশিনখ্রবা মথোয়গী মায়খোংগী কর্জবগী চাং লৈহাউ অপোয়ওম নিংথিরবা থুংশাশিং য়েংলগা থোইথোইবীনা লেপখিবনি।

শান্তি বন, শক্তিস্থল, বীর ভূমি অমদি রাজঘাটতা চীন, জাপান অমদি কোরিয়াগী মীওই কয়াগা থোইথোইবী মুমিৎ চুপ্পা কোয়মিল্লখি। মখোয়গী দেশশিংদা মুপীশিংগী ইজ্জৎ সনমান থাংনা থাঙ্গৎপগী থারীদা থোইথোইবী য়াম্না পেঙখি।

নোংমনা অনিলনা থোইথোইবীবু লোটস টেম্পলদা বাহাই ধর্ম্মগী মরমদা ভাওবা তাই অমদি শিঙ্গাপুরী থরগ। কম্মিন্নহুনা তামিন্নখি। মফম অতুদগী অমুক থোরকুনা বীরলা মগুরদসু পবেং লেপ্পা য়াওকই।

অফবা তাপ্পা য়েংহুনা জুলিনা হৌবদগী নোংমা মখোয় অহুম ইন্দিয়া গেটকী অমর জ্যোতিদা লৈ-শু কৎলয়গা কুতুপ মিনর পা লকখি। মফম অতুদা অফ্রিকাগী নেগ্রো গ্রূপ অমগা থারী শান্নবগী মতম থব লৌকই। মতম অমগী মখোয়গী সমাজদা মুপা-মুপীগী অপাম মুংশিগী লম্বীদা অথিংবা লৈতবা, মপুং ফানা নিংতম্নবগী থারীদা থোইথোইবী ইকাইবনা লৈথোকুনা থাঙখি।

চিরিয়া ঘবদা মতম শাংনা কোয়রম্লগা নোংমা অনিলনা লৈশাবী অনিবু জন্তুব-মন্তরদা পুন্নকখি। য়ুমদা হল্লিংবগী থাখল লৈত্রিবী থোইথোইবীবু মফম অতুদগী আপুঘরদা অমুক পুরকুনা মুমিংতু পেনবা মথৈ অঙাং মবক্তা মেবি-গো-রাউণ্ড শান্নহনখিবনি।

অনিলনা দিল্লী সহরগী অথন্নবা মফম কয়াদা থোইথোইবীবু লেপ্তনা পুরকখিবসি অচৌবা হোটেল রেষ্টুরেণ্ট, কৈথেল অমসুং শান্নবুং য়ৌশিল্লক্লে। কেয়থোক চংথোকপা অনকপা অরাপ্পগী থোঙচৎ খুদিংমক্তা থোইথোইবীগী ফিজোনগী মরমদা জুলিনা থোইদোকপা মিংয়েং থমখি। নোংমা শেংগ্রবা ফি অনিরক হন্না শেংহনখিদে। মপান থোকপদা সদরার ইমুংদনা ফনেক হৈনজবী থোইথোইবী ছারি অমসুং থোঙগ্রাউ তোয়না শেংলে। কনাউট পেলেস অমদি লৈমুংগী পালিকা বাজারদগী মমল খাইদগী য়াম্বা

ফি-রোল য়েংবদা থোইথোইবীনা মগুক ফনা হাইরবসু জুলিনা ফজবত্তা থিন্নুনা লৈবীখি।

থোইথোইবীনা হায়জবদগী লন্নী-লমথাগুদা থেংনবা অনিল অমদি জুলিগী মরুপ মুপা মুপী কয়ানা মাগী লৈফম খঙনবা হোৎনরকপা খুদিংদা কনাদসু অশেংবা তাকখিত্রি। পাথং থরগী থোইদাবগী হুরান মিৎয়েংদা থোইথোইবী মায়থোং কাহংনা মকশিনখি। মহুগী মওং উবদগী তুংদদি অনিলনা থোইথোইবীবু মুপা অমত্তগা, মক ওইনা লোন্দিন্নবা মৈতৈ পাখ শিংগা, মায়োক্নহুদা রারীনবগী মতম থক থমখিত্রে।

তাজ পেলেসকী ঈরোইহুনা শান্নফম পুখ্রিগী অংকোয়বদা কম্লিবা মফি ফজনা শেংতবা মুপী-মুপাশিংদা থোইথোইবী থক ওনশিন্দুনা য়েংবা ওমখিদে। মোর্ষ্য শার্তোন্দসু মা অহুগুম্বা মফমদগী লাপ্না হন্দোকখি। বার্কোস, নিকুলাস, রিম্পিনচিংবা চাফম-পোংথাফমশিংদা থোঙলকপা মন্ত্রশিংগী মেওলবা মুর অমদি শক্লকপা মুংশিরবা ইশৈনা থোইথোইবীবু পুক্লিংদা থক্তিক্কং লাংহল্লবসু থন্নুংদা তাল থাবদি ওমদবগুম উই। প্রিয়া কমপ্রেম্নতা মুপীশিংগী অকে-অমৌগী লৈতেংশিং অমদি ফজবা ফিজোল কয়াবু মতম চংনা য়েংহনবদা অপাম্বা অমত্তসু মথুংনা থিনখিদে। মুমিৎতুদগী জুলিনা থোইথোইবীগী মখক্তা থর হেন্না চেকশিনবা মিৎয়েং থম্বা হোরে, মরমদি লৈংতেদা থওইদ্রবা লৈশাবীদি মুংদা উংবা অমা লৈরবনি।

তেল্লবা মতম থা অহুমগী মমুংদা জুলি অমসুং অনিলনা থোইথোইবীবু দিল্লী পুন্নগা থঙনহল্লে হায়বা য়ারে, লোয়ননা সংসারগী তোঙান তোঙানবা জাতি কয়াগী মীওইশিংগা শকউন-হন্দুনা রারী শান্নহনবদগী মথোয়গী সমাজগী ফিভম অমদি চৎনরোল কনা নিংথিনা থঙহল্লে। কোয়রু-য়েংলুবা পুন্নমক্তগী থোইথোইবীনা

খুাইদগী থোইদাজখিবা অমদি হনগনি হায়বা কাউবমথৈ লেঙদনা য়েংনিংখিবা মফমদি ইন্দিরা গান্ধী অন্তরজাতি এরোপ্লেন তাফম্নি। দেশ-বিদেশকী তোঙান তোঙানবা শক-চু কয়াগী মীয়াম থুংলৈ, চংখি। মথোয়দুগী মরক্তা উনবগী হয়াওবা কায়নবগী কপ্পবা কয়া য়াওরি। মথোয়বু লাপ্না য়েংলিবী থোইথোইবীনা মমিৎতগী মপি শিন্থবা অমুকস্সু মোমোন নোকপা জুলিনা উই।

অনিলগী থৌরম পরেংগী অনিশুবা চাংয়েংস্সু মায় পাক্লা পায়থংগ্রে। থোইথোইবীগী রাখল লৌ শিংদা অচৌবা শাফু পীবা ঙমগ্রে, অদুগা মদুনা মাগী পূন্সিগী হৈনিংদবা তম্বরকপা শকফম থরদি তাম্থোকগ্রে হায়বা অনিসনা উরে। হৌজিক অনিল অহুমশুবা থৌরম পবেং লৌথংপা হোংনরি। মসিগী মতাংসি লাইব্রিক পাহনবগী থবক ওইনা তৌখিবনা অনিলগা থোইথোইবীগা য়াম্না তোয়না উনবা হায়বদু ওইখিদে। সেক্সপিয়র, দিকনস, তোলস্তোই টেগোর, প্রেমচান্দনচিংবগী লিসা য়ারী অমদি শৈরেং লাইব্রিক কম্না পাহল্লবগী তুংদা রাজনিতি অমস্নুং মতমগী য়াকম নৈনবা মেগাজিন কয়াস্সু থোইথোইবীদা শিন্নখি। তুংদা মৈতৈলোন্দা ইবা গীতা অমস্নুং বাইবল পীরুই। ওস্তা নাইনা পারুবা নত্রগা তমলুবা নত্তবনিনা লাইব্রিকশিং অদুদগী অফবা লৌশিং-জ্ঞান য়াম্না থোমলুবা ঙমত্রবস্সু থোইথোইবী তোঙান তোঙানবা মতম অমদি খুম্নাইগী চংনরোন্দি ফনা নিংখিনা থওরল। নিংথৌ লৈঙাকপশিংগী তৌবা ঙম্বা, অফবদা ওইরো ফত্তবদা ওইরো, চাক্তাংবগী, লাইচংকী, নোংলৈ-নুংশিংকী, ঈচাওবগী, লালগী, য়ুহারহাবগী লোয়ননা নুংশি নুংওনগী য়ারী অমস্নুং থৌদোক য়াথোক কম্না অমনা থন্না লৈথ্রবা সংসার অসি মপুম ওইনা য়েংলুবদা অয়াবনা থল্লি হায়বা থোইথোইবী নিংখিনা থওলকই। অস্নুম্না অয়াবনা থল্লবা তাইবংবু পান্মুবা লৈতনা, তুকচ্চবা উংতুনা অমস্নুং তাথি-তাওইনা করম্বা মীওইবনা মাগী

অবোইবা মতমদা চৈ-থাংলম্বগে? মখোয়না সংসাববু থাদোক্লমদাই মতমদা পাম্মুজ্জনা শোনখিবতু কনাবুনো, করিবুনো? স্বয়না তংলমদাই ফাওবা কাউওমদনা নিংশিংখিবতু করি ওইফম থোকই? সংসাববুবা নত্রগা পূন্সিবুবা? জগৎ অসিদা থরাই পানবসি মথন্তা ওইবয়বদি মাগী পাম্মুবতু অতুক যাম্না চাউরমগত্রা? চাউবয়োই। মসিনা তাক্লিবদি থরাইনা শোঙ্গবিবসি পূন্সি ময়াম্মি, ময়ামতুগী মবক্কুগীস্ত অমুক থোইদোক্লা নক্লবা অমগীনি। অম্বয়া মীওইবা জীবগী তমলুবা নাইদবা পাম্মুবা হাযবগী ঈহৌসি নমথবা হোংনবদা লমজিং লমতাক পীবা লাইবিক থব হঞ্জিন হঞ্জিন থোইথোইবীনা নৈনকই। মমৈথংদা মতুনা মাগী থম্মোইবু হেম্না হেম্না রাহন্দুনা অমম্বং ঈথৌ লাংবা হেনগংহন্দুনা মরুভূমি ময়ায়দা ককওওনববগুম থোক্লবদা অকনবা মৈশা থাওবা তারকই। মুংগী ওমচাক্লবসি মুথংনবা উপায় থিবকপদা নোংমদি থোইথোইবীনা অনিলবু কৌথি। মথোও যাংবা পাখং হোবি হোবি চেল্লক্কুনা পাউহংলৈ। ইথা হেক থাজরুদবা রাফম অমা থোইথোইবীনা হাযজররক্লে, "তামো, ঐবু য়াম্না চিকপা মফম অমদা অমুক্তা পুবীযু। মী পোং তাদবা চী থোঙ চীংরাগী ভুবেল মপান্দা। অকনবা ঈচেলনা যৈবদা থবো থরো ওল্লিবা মুঙলক্তা শামহনবীযু। অশংবা উ-রাগী মতোন লোম্ন' কুপ্পবা উবীগী থাংপোক মন্থুংদা অমুক্তা ফমহনবীযু। অচৌ অচৌবা মহল, দলাল, কারখানা অমদি মীয়ামগী নিল-থোংবা পুম্নমকসিদগী থৈদোক্কুনা ঐবু মিকুপ থবদং অচিকপদা পুবীযু।"

অনিল থোইথোইবীগী রা তাবদা ঙকপদগী মুংডাইতবনা হেল্লি মচম্না ভাওবা তাবদগী চংলকপী মঞ্জুরী মমিংতা ঈবা শিল্লি। অনিলদা ঙাওনবা তাঙ্গা পীদনা থোইথোইবীনা শমথরকই, "কাশ্মীবগী চীংশিংচু ঐগী চংজফম মরুপ ওইরম্বনি। ঐবু অম্রম

মখোয়গা লাপথ্রগদ্রা ? তামো, হৰিদ্বারসি হিমালয় চীংখোঙদনি হায়নবা তায়, চীংলক্তগী চেম্থোরকপা গঙ্গাগী ফজবা মীয়াম্না শীংথানৈ। মখোয়গী সঙ্গদা ঐবু অমুক্তং পোংথাহনবীয়ু।”

থোইথোইবীগীসি মুংশি লায়না ওইফম থোকই হায়বসি জুলিনদি অহৌবদগী পনথ্রবনি। কাশ্মীরদা অরোনবা মুংশিনবা লৈথিদ্রা হায়বগী রাহং লাকথ্রবনি। রাফম অসিগী মতাংদা অনিলনা রাজেন্দা হংনিংখি। অদুবু রাজেন্না কয়া হায়নিংদবা উৎথিবদগী মা তুমিন লৈথিবনি। হাকুম কাশ্মীরগী মফম কয়াদা কোয়মিন চৎমিন্নবদা থোইথোইবী পুক্নিং মকা লামথি, হরাও-তয়াম্মী অমসুং মাগী তথক তথকপী মতোনা পুম্নমকপু মুংঙাইহনখিবনি। মরকসিদা করি থোদোক লৈথিদুনা থোইথোইবীনা ফিভম অসিদা তারকখ্রিবনো হায়বসি অনিলদা তোয়না লাকপা রাহংনি। অদুবু রাহংদু মুংদা অদুম থম্লগে থল্লে। হৌজিক থোইথোইবীনা অচিকপা মফমদা পুক্নিংগী অহংবা ফংগনি থল্লিবসিগী অচুম্বদি কনানা থঙগনি, মশাতনা লেপচগনি। রাখল মুংঙাইবা মুমিংতা অহংবা ফাওরক্কনি হায়বসিনা অনিলগী রানি।

জয়পুরগী থাঙ-পাংকী ফজবনা অমদি লক্ষ্ণৌগী কোক ঙাওনৈ হায়নবা ভুল-ভুলৈয়ানা থোইথোইবীবু অপেনবা ফাওহনবা ঙমথিদ্রবা তুংসিদা মশানা থল্লকপা হরিদ্বার লমদমদা অনিল শোইদনা মাবু পুদুনা চৎলগে য়ারে ; অদুগা লোয়ননা হিন্দুশিংগী অশেংবা মফম্নি হায়নরিবা বৃন্দাবন, রাধাকুণ্ড অমসুং মথুরাগী শ্রীকৃষ্ণ মণ্ডিরদা পুদুনা পুক্নিংবু শেংদোকচনবা তাঞ্জা অমত্তং ফংহল্লগে লেপ্লে। রাফম অসি জুলিবুম্ব থঙহনথ্রবনি। অনৌবা লমগীদমক ঈখৌ লাংবী জুলিনা থোরাং অদুদা হেন্না থরাই য়াওরকখি।

হিমালয় পাংগদবা মুমিৎ থুংলরে। অশংবা সুজুকি কারগী মনিং সিটতা ফজনা কেরবী লৈশাবী অনিনা ঙানথোইরবদা

অনিলগী পুক্কিং ঈথক-ঈরাং চুংদ করম্না হাম্নগনি। জুলিনা থাংজিং মপাল অম্নগা থোইথোইবীনা শংলেন মচূগী হারি শেংলি। কুচু-কুমেন, মপুং-মরৈ, শাওং-শাদাদা অনিহু হায়ক্তেং মাম্নবা লেংনি। থোইথোইবীগী শম্না মনাম ভানা শাংই অহুপা জুলিগীনা থোইভক্না মাম্বনি। জুলিনা আর্যন্দগী, থোইথোইবীনা মঙ্গোলিয়ান্দগী কাম্নন চংনবা শক্লি। লাইবক্তা মপ্না বিন্দিনা মুপী অনিমক হিন্দুনি হায়নবদি খণ্ডহল্লে। থোইথোইবীগী নাইল অনি ফনা হায় হুম্মী, জুলিগীনা মতুম অম্না নপ্লগুম উই। ওকশমগী চরিক্তি মচু অমম্ভনি, অমুবনি। মথোয় অনিগী খুজ্জিগী মখোলনা কার অহু ফাওবা মুপী ওলহনগ্রবগুম্মী। মথোয় অনিদা হম্না অমুক্তং য়েংলুবদা করি নিশানো মফম খণ্ডদবা অমনা অনিলগী কোক্তা শং হায়গংলকই, মশাপুম্না ফং শাগংলক্তুনা নোকখেং ভোম্নগা হায়রকই, “য়াংরেকো ?”

অনিলনা কার থোবা হৌরকপদা মঞ্জুরী মচা অনিগা খুং হ ইতুনা য়েংহৌই।

অনিল মীরট ফাওরগা চুমত্রিং থৌরকখি। থোঙনাউদগী চংলকপা মুংশিংনা অশাবা নমথগ্রবদা নিংথমথা থুংলয়ে তাক্লে। কেসেভক্কী মুংশিবা ইশৈনা মথোয় অহুম্মক ওাওনিংবা থামথ্রে। সরক্কী নাকল য়েং-ওইদা হৌবা নাশিক, বোমোই, নিম অমম্মুং ওলমোহোরনা কার মনুংগী শকহেনবী অনিবু মুম্না উহৌদবদগী মুংঙাইতবনা চেপথ চেপথ য়েংহুনা লেপহৌই। মপোং লুম্না গাড়ী চিংলিবা যণ, ইরেংই, শগোল অমদি উটশিংগী মরক থারনা তাম্নবগুম থোনম্নিবা অচৌবা অপিকপা গাড়ী ময়ামদগী লিংথংতুনা অনিল মাঙনা থৌরকপনি। জুলিনা মাঙলোমদা চুমত্রিং য়েংই, মহু মাগী রাথন্দা অনিলবু শেমম্নিবনি। থোইথোইবীদি নাকল অনিমক্কী লৌবুক্তা থবক ওরিবা মীরক্তা চোংথহুনা য়াওখিবা কুইবে। অশংবা মনা-মশীঙ অমুনবা মহৈ-মরোং অমদি লৌমীশিংগী

যরক্তা লৈনা লৈনা চেন্দুনা শাম্নরিবা ম্নাহোংশিংগী ফজবনা মাবু ওমখ্রে। শাংলবা লম্বীদা মপুশিংগী তুং ইম্নরকপদা ম্নারবা শা-ওম্নশিংনা লেপথংতুনা শাওনা য়েংহোবা থোইথোইবীগীদমক অচৌবা কুমহৈনি।

সরক মপানগী রেষ্টুরেন্টশিংদা অনিলনা মরক মরক্তা থাম্বদা কার মমুংগী লৈশাবী অনিনা মখোয়বু নেম্ননিংবগীনি উথোকথিবনা ওকুম হেক কুমথরকত্রবদা অনিল মচিন্দা মুরুম মুরুম শোম্নগা থোগংলকথি। অদুবু হৌজিক মাগী ম্নাথলনা তুংলিবা মকমদি থোইথোইবীগী মুংঙাইবা খিবদনি।

মখোয় হরিদ্বারদা মুমিদাং ওইনা থুংলরে। মকম অসি জুলিগীমু অহানবা খোঙদাববনি। মকম চাবা থুংকম মতম চংনা থিকববা তুংদা মারম্নারী হোটেল অমদা পম্লে।

নোংঙাম্নকপগা থোইথোইবীনা খোঙনাউ হাংদোকলুবদা ওকথিবহু মতুংদা লেপম্নবী জুলিমু য়াওশিম্নকই। মখোয়না লৈরিবা হোটেল অদু তুরেল মপান্দা শাবনি হায়বা মুমিদাং ওইখিবনা অমদি খোঙনাউ চেংনা থিংখিবনা থঙলুদবনি; অহুমশুবা মথোলদগী য়েংথখিবদা অকনবা ঈবাউথোলগা লোয়ননা ঈচেল কনবা অপাকপা তুরেল উকবে। অনিলমু মতম অদুদা ম্নাহৌরমহুনা মখোয় অহুম য়েংমিম্নরম্নবদি য়াম্না থুনমক খোঙনাউ খিংলমগনি। তোর্ব্বান অনি লাপ্পনা উবা অম্নবা ঈশিং উরুবগী নত্তে মখোয়না গঙ্গানি থঙখিবহু, তুরেল মমুংদা অঙনবা অয়ুকুদা পৈরিবা মীয়াম য়েংলগা লেপখিবনি। শক-চু, শাওং-শাদা অমদি মুপা ওইবগী মভিক-ময়াইদা থোইদোক্না চংথোম্নবা শাধুশিংগী পরেং পরেং ঈশিংদগী কাথংম্নক্লি, কুমথনরি। মখোয়গী মশাদা ফি মচেং অমা ফাওবা থোংনদে। চোংলবা অপাবা ফিনা উনশাগা নপ্পখিবদা মাঙ-তুংগী অকুং-অতোঙ ফজনা ময়েক শেংনা উরবা

লৈশাবী-মো ময়াম অমসু মুপাশিংগী মরক্তা লুপ্নি। মচি মচিন্না য়েংলবা শানা ফম্লিবা মুপা মুপীশিংনা মখোয়গী অরাম খোরাংবনা থল্লবা মিংপু মপুক থলহল্লি। করাম চাওবা মিংশিংছু পরুনা খক উদব্রা? নত্রগা, খোওইনা মানা কোত্নুনা য়েংহল্লিব্রা? অথিংবা লৈতবক্তুগী থোইথোইবীনা খল্লুবনি। করিগুম্বা তুরেল মপান অসিদা নিংথৌ দেবীদকী মহল লৈরম্লবদি মাগী রাণী মশিং কয়াদা হেনগংলমগনি হায়না জুপ্নিনসু খনখি। লৈশাবী অনিনা থোঙনাউ পম লোনশিল্লগা চপ মান্নানা হায় "অসিদবু ঐখোয লুপ্ল্ গব্রা?"

"অসিবু করিনো?" থোইথোইবীনা তুকচ্চবা য়াওনা শমথবনি, "ঘাট খুদিংমক্তনি তৌরিবা মতৌছু।"

অনিল তুম্লি খম্না মখোয় অনি ঙাওনবনি, অত্থবু মানা খওদোকপনা হানখ্রে; কৈজুপ মন্নুংদগী শোল্লকই "ইহে! ঙসি য়ান মুমিংনিদনা।"

অনিল খওলে, ফন যাম্না পাপ কোকনি, পুন্ত ফংগনি, নিংজবা পুন্নমক থুংগনি হায়রবসু লৈশাবী অনিত্থুনা কৈদৌমুংদা ঘাট কুমসি হায়বা য়াররোই। মরম অত্থুনা মা কৈজুপ মন্নুংদা লেমত্থুনা লৈখোকপা য়াদ্রে, খুদক্তা হৌগৎতুনা চীন-য়া, মায় মিং শেংদোকপা লোইখোক্লে। মফি-মরোল হোংবা লোইবগা মুপী অনিদা হংই, "চীংলোমদা খব হায়গংলগা থোইথোইবীনা পামজবা অহাঙবা, অচিকপা চীংমুংগী তুরেল হায়বত্থু ফংগনি। মত্থুদা লুপলুরসি। হল্লক্লগা অলকা, অঞ্জলী, দক্ষিশ্বর মন্দিরনচিংবা কোয়রসি। চীংখোঙ অমদগী চীংখোঙ অমা তাম্না খোরীদা য়ান্নুনা চৎপত্থুসু মুংঙাইবনি। ঙসি অযুক্কী ঈরুজফমসি থোইথোইবীগী পুক্লিংনা চিংবা মফম্মদনি, মফমত্থুদা চারুবা চাকসু হাওগদবোই খল্লি। নখোয় লোইশিল্লো, চংনবা তৌরসি।"

মীরক তিনবা য়ানবা হান্নবা শেমহুনা লৈরম্নবী মুপী অনিবু মাঙ চিংহুনা অনিল মথাদা কুমথরক্লে।

মেনেজরদা বিল শেংলম্নগা অনিল গাড়ী থোঁদোকলুরে। অথুবা লম্বীদগী তপ্না তপ্না থোরকুনা অপাকপা সরক তারকপগা অনিল তুংগী অনিদা তাক্লক্লে, “চংকদৌরিবসি ঋষিকেশতনি। য়াম্না থাপ্না নত্তে, কিলোমিটর কুনমঙাগী লম্বীনিদা।”

লৈশাবী অনি ঙক্কক য়েংনৈ, মু ঙাইবসু ফাওই; য়ানিংবা য়ানিংদবা মথা তাদে।

চীংগী লম্বীদা চংপা হৌরকপগা থোইথোইবীনা থোউনাউদগী নাকন্দা য়েংবা হৌরে। থেক-থোইনা চংলিবা লম্বীনা অম্নম অম্নম অরাংবা চীংজাউদা হায়গংলকপগা কেসেটকী ইশৈসু হেন্না হেন্না হৌগংলকই, মুংশিবসু হেনগংলকই। সরক ময়াগী উচান পাম্বীশিংদা তোংলম্বা চোংঙা-থোইনিংশিংনা খোংবা লেপ্লগা কার মনুংগী ইশৈ তানবা মঙক চেপথনরি। ইশৈদা লুপথিবনা থোঙনাউদগী ফুজিল্লকপা অইংবা মুংশিং থোইথোইবী কাউথ্রবনি। ‘সজন উস পার হৈ, মিলনেকো দিল বেকারার হৈ’ তাবদা মথোয়না চীংদোন অহু হেক লাম্থোকপগা কনাগুম্বা মুংশি ঈথৌ লাংলবা মুপা অমনা শোইদনা ঙাইবমগদবোই মাগী থোইজিগী মিহুল ফ্রং ফ্রং কাপ্লকই।

মিনিট নিফুগী তুংদা ঋষিকেশ য়ৌবে। মফম অহুদসু অঙনবা অয়ুক ওইরম্মি। মথোয় উবদা হোংচিল্লকপা পাঙাশিং অহুগী মরক্তগী চহি কুনগী মথা ওইবা, মশা পিকপা, কুচু পানবা নহা অহুদা অনিলনা লুপা য়াম্থৈগী নোট অমা পীরগা হায়থি, “টুরিজম কাউন্তরদগী গাড়ী থাবগী টিকেং অমত্তং কল্লকউ, অহুগা নংনা লমজিংলগদবনি।”

মখোঙ কোত্তক তৌবা নহাক্কু লমক্কেনস্থ মাঙলম্নে, টিকেং পুবক্লুনা অনিলদা শিন্নরগা হায়, "অহানবদা লক্ষ্মন জুলা চংসি, মথংদা মী তাদবা মফম ম্নোনবা তুরেল মপানগী লম্বী চিংগদবনি।"

জুলি অমদি খোইখোইবীগী শকফম মুন্না য়েংহুনা লৈশাবীশিংনি হায়বা লেপথোক্লগা দর্শক নহানা চিন্দোন-লৈতোন কবা উংলকই, "বাবুজি, ঐনা লোইনা হোংনজগনি। চাক চাফম অফবা, অহাওবা মফমস্থু তাকচগনি।"

অনিলনা নমথৈ, "অহায়বহু তৌনসি, য়েনমন্না হৈ-পা শা'রকথিন্নু।"

চীংমুংগী তু'রেল ওইরিনা গঙ্গাগী মথক্তা শাবা কজনা লৈতেংলনা খোঙ অহাইবী অহু লাপ্না য়েংবদা নাওশুমগী মংং মান্নি। মহুমক্তা খোঙহুবু লক্ষ্মন জুলা কৌনবনি। য়েংবদা পুক্নিং হুই। হুমিদাংগী মতমদা লাই'রেম্বীশিংনা খোঙ অহু লান্দুনা শান্নরমগদবোহ্ন নিংই। মথাদা ঈচেল কন্না চেন্নিবা ঈশিংগী ঈরাওখোম্না চীংমায় কাগুপ অনিমক্তা য়েরকপদা খোরকপা খোঙ্কেন্দু লাইয়াম সন্ডাগী শৈহৌ আলাপ্নি হায়গনি। অশংবা মনা পুঙনা উজ্জাউশিংগী মমি পুহুনা চেন্নিবা অন্নবা ঈশিংহু উবদা চোংথনিংলোইদবা মী তাঙনা খোকনি। থোংগী ময়ায়দা লেপ্নিবী লৈশাবী অনিবু অনিলনা কো'টা নম্নবা হন্দোক্লুনা লাপ্না য়েংবদা সীতা উর্মিলা মচিন মনাওনা করিগুম্বদা খোঙ অহুদা লান্নমগত্রা থনথিবনি।

অন্নাংবা উচান মরক লিংতুনা লাকপা হুমিংকী মঙাম্না ঈশিংদা য়েরবদা মিং ইথক থকহল্লবা ফাওবা খোই'খোইবী মফম অহুদগী থক হে'ন্দোকনিংদবগুম উরু উরু লৈনা লৈনা য়েংবা লেপ্পে। মাগী মুংঙাইজবগী মতৌ উরগা অনিল মোমোন নোক্লুন হায়রকই, "লুপ্নরিবা ময়ামসি কাউথ্রত্রা ? খোই'খোইবীনা পামজনা

শোনখিবা মফম য়োনবা লম্বী চিংগে হায়ছুনা পাখং অসিনা ঙাইরিবসি কুইরে।"

পাখংনা লম্বী চিংবা হৌরকই, মচিনম্বু লেপ্তে, "মীনা শোকত্রিবা গঙ্গাগী ঈশিংদা লুপহনগনি। পাপ পুন্নমক কোক্লগদবনি। বাবুজীগী অপাম্বছু ফংনবা হোৎনবদা ঐ বাবা করিমত্তা কিদে। ঐগী তুং ইনবীরকউ।"

তুরেল মপানগী অখুবা লম্বীদা ঈচেল হঙ্গংনা য়াম্না কুইনা চৎলবা তুংদা মীওইবগী মনিল মখোল তাদবা মফম অমা থুংলুরে। কুক কুক ইম্না তোবর্বান শেম্নগা অচোবা মুঙজাউশিংগী কারক মরুম থুম্না লৈবা ঈরেল মচাশিংগী ঈশিংগী অরুবা চাংদম্নফম লৈত্রে। থর থেম্না পাকপা ঈরেল অমগী মপাদা অনিল লেপ্লগা মুপী অনিছু ঈরুজনবা হায়রকই। লমজিংলকপা পাখংছু লেপ্তুনা অসুম কাখৎখিছুনা মরুম অমদা ফমথত্রে।

তথাই লুপ্না মুঙজাউ-মুঙপাক্লা ইকোম কোমশিল্লবা নিম শারবা ঈরোলঙুংদা মুপী অনি লুপতুনা শাম্নবা হৌত্রে। ঈশিং কিদবী জুলিনা ঈয়ায়রোমদা লাপ্লা ঈরোয়ছুনা চৎথোকলুই। য়া য়া চেল্লিবা ঈরাওথোল নমগংতুনা জুলিনা কৌরকই, "লাকওদনা।"

মাগীছু কাউবদগী হায়খিবনি, শেমদোক্লগা অমুক হন্না লাউরকখি, "লাপ্লা চৎখিন্নু।"

থোইথোইবীসু হায়নিংলম্লিবনি, লমদমছু চিকমল্লে। অনিল লমজিংলকপা পাখংনা ফমখিফমদা য়৷েরুই। মহৌশা ফিভম ক৷য়হন্দনা শেম্বা ফজরবা ঙায়োকফম অমা ওইরম্লে। য়েংবদা পুখ্রিম্ন মাম্লি, তুরেলসু মাম্লি। পল খাজিন্দুনা শেম্বা অমুবাগী মওং মানবা তুরেল ঈপাক্তা য়োংকী থরায় থন্দুনা য়োকপা ঙানি। পরেং পরেং মরী মরী চেন্দুনা শান্নরিবা ঙায়ামছু য়েংবদা কুমহৈনি। অনিলনা ফম্মিন্নরিবা পাখংদা হংই, "করি ঙানো য়াক্লিবসি?"

"মশাদা লৈবা ঙা।" পাথংনা শম্না তাক্লকথি।

ভুবেল মশাদা লৈবা ঙা য়োক্লি হায়বকপদা অনিল মানা অঙাং ওইবিবৈঙেগী ব্লা অমা হেক নিংশিংলকই।

—নোংমা লৈকাইগী গঞ্জা থকপা অহল খরগী মনাক্তা কমহুনা অনিল মখোয়না ঙাঙন-শানবা ব্লারী তারম্মী। খ্বাইগী অহল ওইবহুনা অচাকপা তিকি অমা মখুংনা হাইব হাইবহুনা হায়— 'লৈবাক মচাশা, অতোখোয়, ঐখোয় মী ওইবরোই। ঐখোয়না তৌগদবসি করিনো? অয়ুক্কগী য়োপাক-বেরচানগা নৈনকবদা নোংমগী নামংনা চে, কিলো অনি, শাবোন অমা, বিড়ি মতুম অমা, মৈখেৎ অমদগী হেন্না ফংদ্রে। মহুম্ব নুমিং খুদিং শুফম লৈবম্ব নত্তে। নোংফাদোক বোরি অমগী শেল থুপ্পবা হোৎনকবদা য়ুমদা শম ফোয়নৈ। নোংমতা য়েঙ্গাং অহাওবা অমা চাবা ফংবম্ব নত্তে। পোৎয়েং-থৌয়েং পুনিঙাই লৈতবনা মরূপ মপাং শাগৈ নাতৈ পুমতং। অহুনা, ঐনা হায়গদবদি, ঐখোয় শেল পায়সি, ইনাক খুনসি হায়ববদি শায়োক ফার্ম, উচেক-ব্লায়াগী পোলট্রি ফার্ম, লিংথৎসি। নংগী নংগী লৈজবা উ-ব্লা, ব্লাচেং, পায়া পুথোক্লরকউ। মমাঙচীংগী অকোয়বসি থুংনা শম্বল খারগা শা য়োকখি, পোলট্রি ফার্ম শেমসি।'

থর নহা অমনা মৈ চাক্লবা কক্রে থংনবদা লাল্লগা চিন্দগী মৈখুগা লোয়ননা হংখি— 'করি শানো, করম্বা উচেক্লো, য়োকদবসি?'

চিন, নাতোন অমদি নাকোংদগী মৈখু তপ্পা তপ্পা থোকহল্লগা ব্লা হোদোকথিবা অহলনা অমুক্কং থোদেমহুনা খুম্লম্মী— 'অতো নংসি, ফনদি চাউরে হায়ববু লৌশিংদি য়াওক্রি। করি শা য়োকউনি হায়গে, চীং মশাদা লৈবা শা-উচেকশিং; তোকপা, লমহুই, কৈশাল, শজ্ঞি, শঙাই, লাইরেন, লময়েন, উরেম্বী, চোঙা, থৈরোয়, শাবি ফাওবা য়ারবনি।'

মূম্না তারম্বা অঙাং অনিল থংনোক নোক্লগা শং হংলুই, 'মচিন্নাক্তি করি করি পীজগনি ?'

অহল্লুনা ইয়াইহেক লাইনা তাক্লকখি — 'মখোয় মশেল অঙম অঙম হাংলগা চানরেদনা।'

অনিল ময়ুম ফাওবা পুক্লি পায়হুনা নোক্লগা হল্লকখিবনি। মতমহুদা য়াম্না নোক্লিংলম্বা, শুফম-চংফম থঙ্জত্রবা অহলশিংহুগীগা মাম্নবা য়ায়ী ময়াম্না ওসিদি অনিলগী থম্মোইদা থক থক থিল্লরি। তুরেলগী তোর্ব্বান নাকল অনিমন্তল, অঙম্বা চীংমায়শিংদা, চহি য়াম্লবা উচান পাম্বীনা কৃক কৃক ইম্নরিবা মফমদা মুমিংকী মঙাল মুমহুনা য়াংবা তাম্নরিবা উত্তোনশিংদগী চোকথবা নাইদবা তাম্নাগী ইশৈনা অনিল ভাইহাকসু শুমগ্রবঙম তৌই। ঈরাওথোলগী তাম্বাদা খোইনিং-চোঙাগী মুংশিবা ইশৈদা, অচিকপা চীংঙ্গুংগী মুংওনবা দৃশ্যগী চিয়োন্দা, অক্লবা ঈচেলগী নাওথেমদা খোইখোইবীগী হৈনিংদবা পুম্নমক মাঙগ্রবদি মুংঙাইজগনি হায়না থম্নুবগা মাবু কৌয়কপগী খোজেল তায়, "করিনো, নুজবা কাউবীয়ব্রো ?"

অনিলনা য়েংথখিবদা অনৌবা ফিজোল হোংগ্রবী নুপী অনিনা তোবর্ধান মুঙপাক অমগী মথক্তা লেপতুনা শম কংনবা কল্লী। মখোয়গী মংথৌ লোইরে থঙবদগী অনিল ঈশিংদা চোংথগ্রে।

অরাম্বা কুইনা থাঙবা হৈতবা অনিলগী তুং ইম্লুনা নুপী অনিসু মপুক থম্না চানরে। মথুংতা লুপা চাম্না পায়হুনা দর্শক হয়াওনা হনগ্রে। খোইখোইবী পোং অমা কাউরম্নবঙম নিংশিং ঙিংশিং কার মঙ্গুংদা কাথংলকই। থর চংলগদি থঙলক্লে, কাউরম্বহু চীংঙ্গুংগী গঙ্গানি।

# ১৮

## কনাদগী তম্লুই ?

হিমালয় চীংজাউগী উনগী অক্নবা ঈশিংনা মুত্তজাউশিংদা য়ৈ মৈছুনা ঈচেল কয়া রা রা খোঙ্জেলগা লোয়নননা পম্থ্ংকম জালকপগী খোঙচং অছু থোইথোইবী নিংশিংছুনা লৈগনি। অশংবা উমংগী মরক থম-থম্না অরাংবা চীংমায়শিংদা শেপ্পা হৈকোল-লৈকোলশিংনসু মাপ্পী পুক্রিং হুগ্রবনি। কম্মিয়রিবা জুলিনসু মখোয়গী ঈরুজকমছু পিকনিক্কী মফম চাবা কজবা মকম্মি থম্মা ঋষিকেশ থাদোক্লয়ে।

য়াম্না তপ্পা গাডী থৌরিবা অমিলনা মুম্না থন্নুবগা হায়রকই, "অক্নবা ঈচেল, অহাংবা মুংশিং, অশংবা উমং অমদি চেক্লাশিংগী শৈরোল মরক্তা ডাইহাক তিন্নুবা ফংবসিদা থম্লাই হকচাং পুম্না শেংদোক্লবা মীশক অমা ঐ ওইরে।"

জুলিনসু পুক্রিংদা কাওবা অপেনবছু অহুম হায়, "হৌজিক্তি ঐঙোন্দগী হেন্না শেংবা মী লৈরম্লবোই থল্লিবনি।"

"মুংশিজরবা মফম অসিবু য়াংনা শীংথাবীবা য়াহৈশিং অছুনা ঐগী মুংডাইজবা হেনগংহনবীবগীদমক থাগৎচরি।" থোইথোইবী নোকপদা অপেনবা য়াওরি।

থোইথোইবীগী মুংঙাইবা মতৌ উবদা মরূপ অনিগীদি আ য়োপ্রে। অনিলগী চিন্নবান্দা থোইহী থজিক্কং তৈ, "কান্নব্রা অমরবা লাইমন চেনবা রাথল পুন্নমক গন্নাবা চামথোকপীগ্রবা থোইথোইবীনা চীংজাউগী অচিকপা উমংনা ভম্বীরকপা অনৌবা ইশৈ অমা ঙংলক্লবদি ঐ কয়াদা হরাওগনি।"

থোইথোইবী করি খুন্নকপগে হায়রবা জুলিনা ঙাইরি, পত্থদে, "মথোয়না ভম্বীরকপা ইশৈদা নত্তে, মেল্লকখিবা রাস্থ য়াম্না লৈ।"

"করি য়ানো ? অহুম্ব নঙোন্দা শিন্নরকপ্রে, মপান থোকহল্লরোই অসিনিনে ?" অনিল মপাউথম্বনি, থোইথোইবীগী লুশিনবা মতৌদা পেন্দবদি লৈরিবনি।

"মীনা চেল্লকপা পাউ লোৎতুনা থমদে।"

"অহুদি ?"

"নংগা লাকমিন্নরিবা অনিসি মপোকসিমগী কায়নহনগম্ল, চেংনা শিল্লরকপনি।"

"ও, ও, অহুগী ওইরবদি লাপত্রিভেসিদা পাউ হন্দোক্লম্মু— মপোক লিশিংলক কায়নরোই।"

অনিল চানবা তাহুনা গাড়ী থাম্বদা মথোয় অহম কন্না নোকই।

হন্নকপা লন্বীদা মিনিট মঙারোম লাক্লবা তুংদা অনিলনা লৈশাবী অনিদা হায়বকথি, "মঙমম্ব ঙল্লি, মকম অমদা ঙাইহাক পল্লুথিসি।"

"কদাইদা ?" অনিমক্না হংই।

"দেখ মৈদানদা, ভমগী লম য়েংফমদা, মীনদি মকমতু করি কৌনবনো খঙদে; ঐথোয়গী কাংবু অমনা থোল্লম্বা মিংনি।" মেরা থা হায়বসি অথাম্না লমদম য়েংবগী থ্বাইদগী মুংঙাইবা মতম্নি। তান্না নাম্ভোকহনবা চুমদে।"

অনিলগী বাকমচু য়ানিংই নত্রপা য়ানিংদে হায়বা করিমত্তা খুন্নক্তে, অনিমক তুমিন লৈ। লমকোয়বশিং পুবা তেক্সি ময়াম অমা থৈনৈ, তুংদা মাওদা পরেং পরেংনি চেল্লিবা। ময়ামচুগী ঈথক ঈপোম লৈশাবী অনিদস্মু অচুমক থুংলখি।

থর থোরবা মতুংদা পরেং লেংচুনা সরকী মতাইদা থাবা কার মরক্তা অনিলস্মু য়াওরুরে। কারদগী কুমথরকখিবা মুপা মুপীশিংচু অয়াম্বনা মপান লৈবাকী মীশিংনি। হেকপা কুইত্রিবা অশংবা মন্নাগা লোয়নরিবা মমুন ফারবা সেবনা সরকী নাকস অনিমক পুমঙাং ঙাংই। মথুংনা চবুন চবুন পায়চুনা হৈ হারীবী গবরালী মুপীমচাশিংনা পুমলাও লাওই। লৈবাকী চকুদা হাপ্পা দহী য়োনবীশিংনস্মু মথোয়গী পোং শিংনবা কপ্পা কপ্পা লাউরি। জুলি কুমথচুনা লমকোয়বী মুপীশিংগী মরক্তা সেব লৈবা য়াওরুই। মানা মানা মহেক্লে খল্লুনা হায় চুম্মা চংলিবী, মকা ফল্লিবী জাতি কয়াগী মুপীশিংচুদগী জুলিনা থর হেন্তক লেমজনা উবদা থোইথোইবীনা মুংঙাইবা কোঙদোক্তুনা অনিলদা য়েংখি। অনিলস্মু মচু খল্লম্বা ওইরমগনি, জুলিদা মুম্না য়েংলপা দহী চকুদা থুদোম্বী খিল্লি; অমত্তং লৈরকউ হায়বনি।

ময়ামদগী মাও থাচুনা অনিল থোগংলে। ইকুই কুইদনা লৈত্তেম মাল্লবা অপাকপা চীংদোও অমা য়োরক্লে। লন্তক লন্তক হোবা উচান পাম্বীগী মথোও থুদিংমক্তা মুপী মুপা কয়া ইরাও লাওনৈ। অনিল মফম অচুদগী ফুট চামঙারোম উচান মরকী লম্বী মচা অমদা থাইরগা শুমাও অমদা গাড়ী থারুই। টুরিজম ওফিস উরে, কাউন্তরদগী টিকেং লৌবা অনিল কুমথখ্রে, কারগী চেকশিন থোরাংনি।

মথুংনা কুপোন পাম্বরগা হল্লকপা অনিলনা লৈশাবী অনিদা হায়রৈ, “নথোয় অনি হুমাং লৌথোকপা তারি।”

য়া লৌশিনকম খঙদবনা মঙোন্দা য়েংলিবী মুপীশিংদা অনিল খুদোম্বী খিল্লগা তাকই, "আ উ লল্লা হৌবা চীংদোনসিদনা য়েংবা হেন্না মুংঙাইবনি। অসি য়ৌনা কাখৎসি।"

অচুম্বমক্কি মিনিট কুনগী অঙম্বা কাখৎপগী থবক্তা থোইথোইবী অমমুং জুলি পাঙ্গল চাংয়েং ওইনা চপ চানা থোকখি; স্বর মপী হোন্দুনা অনিলগী ভুং ইনবা হোৎনৈ। চীংদোন য়ৌবদা মথোয় অনিমক হুমাংনা লুপখ্রে। অদুবু উচান পাম্বীগী উরুমদা অইংবা মুংশিংনা মথোয়বু ঙাইহনা নৈরম্বনা অরাযনা হন্দোকখিবদা মতম কুইনা চংখিদে। উচান মনাগী থারবা ফিদাদা মথোয় অহুম ফমথরে। অরাংথংবা মায়কৈদি মুংশা লাংবা চীংদোম্না অয়োই অথম নাইদনা শন্দোকখিবা মরম্না মথোয়গী মিংয়েং থারোমদা থয়ে। চীংলোন থরগী য়াংমদা অনেম্বা নৈতেম মান্নবা তম্পাকী লম মিংনা উবা ঙম্বগী ঙমখৈ লাম্না শন্দোকখ্রি। মদু য়েংলগা অনিলনা নৈশাবী অনিদা ওনশিল্লকই, "মুন্না য়েংউ, করি ওইনা শীংথানিংই?"

থোইথোইবী কমালনা মমায় অমুক্তং তৈথোক্লগা খুম্নকই, "শকহেনবী ঐথোয়গী ইমানি।"

"ফজবা মালেমসি ঐথোয়গীনি।" জুলি য়াকং অমগা লোয়নরকই, "অদুবু মাগীদমক চাউথোকচনবা, মগুন শক শোল্লবা ঙাইবং মীওইবা ঐথোয়দা পীবীবা মতমসি য়াম্না তেনমল্লি। মীওইবনা পেনফম থোক্কে।"

"জুলি ঙাইথো, মীওইবা কাংলুপকী তেংথা-নাওইবা তোকখো; ফজবসি শীংথারকউ হায়বনি।"

"ঐগীসি শীংথারিবনি, পুন্সি চুপ্পা ফজবশিংসি শক-শোল্লবসু পেল্লোই হায়বনি।"

"নংগীহুদি খঙলে, চিন্দগী ফজবা রাহৈশিংহু থোকহনবা ঙমদ্রে।"

"হৌজিকমকীদি ভমত্রে, কোন্না শৈরেং ওইনা ইবগে।"

"অদুদি খোইখোইবীদগী তাবসি।"

"জুলিনা হায়খিবদু ঐস্মু খল্লি, মুংনাংই," খোইখোইবী লৈশিল্লকখি, "শীংথাকম খঙদনা কজ্জরবা মাংলেমসিদগী ঐংথোয় নোংমা মাঙখিগদৌবিবনি।"

"কদাইদা ?" খোইখোইবীগী য়াম্ব মমল য়াওদবগুম অনিল নোকখি।

খোইখোইবীনা খুমদ্রিংঙদা জুলিনা অংপেনতান্না খুমকই, "কনাগসু উনবরোইদবা মফমদা।"

"ঐনা কন্না খিরল্লবসু খক উনবরোইদবা ?"

"উনবরোই, মফমদুদি অংবোংপা ঙাক্তনি, হায়বদি লোং-লিবসু থিবকপসু অমত্তনি।"

"নংদি কনাবু কিদুনা লোংতৌরিবা ? মায়থীরবা নত্রগা কিববা মীভনা লোংপনি।"

"সংসারগী ওইদবা মযাম, মপুসু নত্তনা অংচৌবা মপু শাবশিংসি কিত্রনে ?"

"ঐসু অশেংবা মপু অমনি খল্লুরিবসি লাল্লবা, নংনা কিনিঙাই ওইরবা ? অদুদি অশেংবা মপুদু কনানো ?"

"ঐগী, নংগী, মাগী খক পন্দবা, মশক উরবসু খঙবা ভমদবা খঙনবা হোংনরুরগা হেন্না উদবা, মানা ওইফম থোকই।"

"নংগী অশেংবা মপু তাকপগী ওজাদি কনানো ?"

"অচুম্বা।"

"লৈফমদি ?"

"লৌশিংদা।"

বেয়াজাওগী ইমুংদা চক্রিজাওনা মুমথনবগী মরৈনি। হৌদোক-খিবা য়াফমগা মরী ইরৈ লৈনদনা অসুম অসুম লাপথোকখিবদা

থোইথোইবীনা কান্নদবনি মতাগুম পং থৎলকই, "ভামো সেব লোঃথাকপীরকউ, চাসি।"

"হোয়নহে!" অনিল ভাংশং ভাংনা খুদাপ ফানা চাউরবা সেব অহুম মাগী নাকলগী থাউদগী লোথোক্লগা অমমম লৈশাবী অনিদা পী অহুগা হংই, "দহীসিদি ?"

জুলিনা মখুৎ হাই, "ভায়বীথো, হাপকম চন্দ্র।"

য়েৎনবা লেপখ্রে। থোইথোইবীগী ময়ানা থোকপা হৈ মকু হুন্দোকপগা উংভোন্দগী থৈরোয় শব্দ অমা হোৎখবকই। মাগী শকক থুংসক্কে মতাগুম উচান মশাদা ভোংবা ভেনয়া মানবী অমা মচিন লাওনা লাওনা কাথোক্লুনা হৌনা থোংলকখি, 'তুই' 'তুই'। উচেক অহু মুন্না য়েংলগা থোইথোইবীগী পুক্কিংদা ফাওরকপা য়াহং মপান থোরক্লে, "নংবু নপীজ্ঞা কায়নরবী চেক্লারা? অহুক চাক্লা তেংথারিবদি ?"

থোইথোইবীগী য়াহংদা ইকাইরবগুম উচেক অহু ফ্রং হেক পাইখ্রে, অহুগা অথাপ্পা উপাল অমদা ভোংখিবা উই। মকম অহুদগী মাগী তেংথাখোল হেন্না হৌনা ময়েক শেংনা তাহল্লকই।

হৌজিক মখোয় অহুমগী য়াথল চীংদোন লোম্না কায়কখিবগী মরমদা হল্লক্লে, ভারত ইমাগী ফজবদা। মচু কয়াগী চরৈ থোনবীসি কোতি চামাগী মমানি। মচা খুদিংমক মান্নবা থোংদা য়াইফহল্লিংবা হায়বসি মমা ওইবীগী লাইনিংনি; অহুবু ইমাসিনা মচাশিংগী থেন্নবগী পল মথুংমক্লা থুগাইবা ঙমদ্রি। য়াইফবা মচা তরা য়েংলগা চাকথুংদ্রবা লিশিংগী অরা চৈথেং উশিন্নদবগী হৈনবী লৈরিব্রা হায়বগী য়াকংকী মালোম অমদি থোইথোইবীদা লৈরি। মসিগী প্রমান ওইবা মরম অমা থোইথোইবীনা মতমতুদা নিংশিংলকই।

—রেলরে ষ্টেসন অমদা ভাইহাক পল্লিবৈদা মোতাই-শুদাইনবী চাজেনবী মৌ নহা অমনা কমলা থরগা লফোয় থরগা মমাঙদা

থম্রছুনা যাত্রিকশিংদা লৈহন্নিংবনা তঙক তঙক য়েংলগা ফম্বা থোইথোইবীনা উরুই। লুপা ভরেৎ পীবা লফোয় লকাং অমগা লুপা অনি পীবা কমলা মন্নিগা লৈবদা লুপা কুনগী মোট অমা পীরম্মী। মৌ নহা অছুনা বোরাথাউ মথাদগী পৈশা অচোইবা লৌথোক্লগা হনগদবা পৈশা কম্না পাই। মিনিট অনিরোম চংনা হোংনৈ, পাকম থঙত্রমাল্লে মনাক্তা ফম্বী মঙোন্দগী থর হনবীছুদা হংখি। অমছংম্ব কনা কুইনা লুকথছুনা পারুরে; থঙত্রে। মথোয়গী য়াম্না পঙজবা অমদি চমজবা মতৌদা মুংঙাইমনখিত্রছুনা মঙোন্দা মঙা হল্লকদবনি হায়বা অশেংবা তাক্তনা লুপা কুন্দু পোংকী মমলগা চপ চানরে হায়না থোইথোইবীনা মীনমখ্রে, য়েংবদা কপ্লিংবা ফাওরকপা মীমুংশিনি। রেলনা তপ্না তপ্না চৎপা হৌরকপগা লাউন-থোংনবগী থোঞ্জেন তাছুনা থোইথোইবীনা থোঙনাউদগী মঙক লিংথোক্তুনা য়েংলুবদা মানা লফোয়- কমলা লৈবা মুম্না য়েংহৌবা মমিং শুকপা য়াং চাউবা মুপা অছুনা চাঞ্জনবী মৌ নহাদগী লুপা মঙা নমছুনা লৌবা হোৎনবা উই। থা মঙাগী মচাবু লৈমায়দা থম্নগা লুপা মঙা মুম্নরিবী মুপী অছুগী মথজাইদা চৈরোং মানবা থুবাক্তুনা শেং লাউনা থাখি অছুগা অথীবা রাহৈনা চৈহৎখি— 'পন্দী, নংনা বাবুনী অসিদগী নমথাক তৌছুনা লোহৌবা নংত্রা? কদাই বাবুনীগী লুপা কুন্দু হন্দোকখিগে। লুপা মঙাগী মহুৎতা কুন ফংখ্রবা মুপা মীয়াম মরক্তা মাঙখ্রে। মৌ নাহা মচা তপ্না লৌথৎলগা মথজাই নাল্ল নাল্লগা কপতুনা লৈবদা অকোয়বদা লেপতুনা য়েংবা শ্রী অমক্তনা মাগী মীচংদা চোংথোকখিদে।

অশোনবমু অকনবনা ভুহৎপা হৌনশানি, অছুগা অনেম অরাং অরৈ-লৈত অমম্নুং অপঙ অশিং মশা মশাগী লাইবক্না তম্বনি হায়মসি ইমানা মচাশিংদা তম্বীছুনা লৈরমাল্লে থম্নুরগা থোইথোইবীগী মুংদা উংবা অমদি লৈরিবনি।

অনিলনা পুখংলকপা ৱাকমগা ওয়খিবা ৱাথলবু ফাথছুনা মিংকম হোংলকপী থোইথোইবীনা সনারৈ, মচু কয়াগী কোসমো, হাওবৈ অমসুং পেক্রুকা পুমণ্ডান ভান্না শাৎলিবা লৈকোল অমা উরুই, মায়োক্লবা চীংমায়গী উমং মচি অমদনি। মতুদা মা থওহোদনা মথুং থিল্লি, "জুলি, যেংউ মথোয়সি মশানা হৌজবা মান্দে।"

"ফজবসি ঐসু য়েংলম্লিবনি।" জুলিসু লৈকোন্দুদা লুপ্লমনি, "থাদোকপীরয়বা লৈকোল্লি। থোকমনগী লৈরাংনি লৈকা ফল্লিনশিংসি।"

"থোকমন্না অসুক ফজবা, থরাই য়াওনা শেমগৎচরম্বা মালিনা করিগুম্বদা য়েংবা লাক্লম্বা থোক্লবদি কয়াদা নুংশিরমগনি?"

"ভন্দোক্লম্বগী পাম্মুবা শরুক অনিদা হেনগৎকনি।"

জুলিনা পাংশিল্লকপদা থোইথোইবী ফুক হৌগৎতুনা থওইবীদ্রবা লৈকোন্দু য়োনিংবগী লাংতক্লবা মতৌদা খোঙকাপ মঙা তরুক থাংদোকল্লুবগা লেপতুনা লৈ। অনিলদি অৱাংলোমদা মবোন মরোন লেপ্লিবা চীংজাউশিংদগী হিমালয়গী অশেংবা শরুম তাকপা চীংদোন অমত্তং ফংনবা থিবি। উবা ফংবগী লমথৈ লাপ্লি নিংশিংলকপগা লমজিংবগী মথৌনি থন্না হায়, "চীংলোন কয়াসিগী মরক্তা মতম চুপ্পদা উন্না কুপ্পবা; অমুবা মুঙগী শরুক থর থর নত্তনা অশংবা মফম উত্রবা চীংদোন কয়াসু য়াওরিবনি। মথোয়হু মুন্না য়েংলুরবদি পৃথিবীগী শরুকপু মান্দে, অভিয়ারোমদা হেন্না নকপ্রে।"

জুলিনা শমথখি "অতুননি পাণ্ডবশিংনা স্বর্গগা শম্নববা লম্বী ওইনা উথিবহু।"

"চুম্মীনহে! মথোয়গী মরক্তগী অমদি স্বর্গ য়ৌথি হায়নৈ।" অনিলনা ফাগি ভাবকই, "ঐখোয়সু লাইবক য়েসিরা?"

লেপতুনা ভারম্বী খোইথোইবী তাপ ওন্নকই, "ভুলিনা য়ারোই, ভনমল্লি, ত্রৌপতি লমখাংদা লৈহৌখিবনি। অদুগা অমনা, স্বর্গ কাবগী অথল্লবা ট্রেনিং অমা লৈবনি; মশক ফজবা লৌশিং চাউবা অমদি পাঙ্গল কনবগী নাপল পকপশিংদি ট্রেনিংস্থুদা য়াওহন্দ হায়নবনি।"

"ঐখোয়দি মতুদা য়াওবা য়াফম থোকই।" অনিল্ন য়াপা খিদনা ডাওখনি।

"পাক হেক য়ারোই, মিংঙ্গল পরীক্ষা হান্না খাগদবনি।"

"পরীক্ষাগী মওংদি?"

"মশানা শেম্বা রাহংগী পাউখুম মশাগী লোন্দাদা ইরগা মশানা য়েংগদবনি। পরীক্ষা থাকম্না খম্মোইদনি।"

নংদি পরীক্ষাদু য়াওরুরব্রা?"

"য়াওরুরে, মায়মু পাকশ্রে, ট্রেনিংগীদমক কৌরকপা ভাইরি।"

তশেংনা থোইথোইবীগী অওই ভাবা মতৌদা মখোয় অছুম কন্না নোকই। মখোয়না নোকপগী খোঞ্জেন্দা খংদুনা চোঙা শঙ্গু অমা উতোন্দগী পাইখি। মখোয় অছুম নোকপা লেপ্লে, অদুবু শাংনা শমখদুনা ফাক ফাক নোকহৌবগী খোঞ্জেল ভায়। অনিল তুংলোমদা লৈদুনা য়েংলুই। মশা থাকপা সুপা মরি নোক নোকুনা মখোয় তন্না চংশিল্লকখি। সুপী অনি মরিদুগী শকফমদা হঙ্গোয়বা ফাওই, তু চুংই; মথুং লায়দুনা চেংনা পাল্লশিন্নে। মখোয়গী মিংয়েংদা মরূপ ওইবগী মতৌ উদে, উংশিংতবা অমদি ময়াম্নকাবগী মীনোক লেপ্ত। মাঙ থাবা সুপানা অনিলদা তুমহন্নগে মতাঙুম থাজ্ঞাক য়েংলগা করেম্নকই, "হিরোশাবা! ঐখোয়না হায়বা ফজনা ইল্লগা নখাই হিংগনি, নত্রগদি যমগী লৈবাক য়োখিবা ভাবা।"

অনিল খুমদে, হৌম্ন হৌগৎতে, মুপী অনিদা চেপ্তক য়েংলকই। খোঙ্দা থিবা মুপাহুনা মথা হায়রৈ, "ইনাক থুনবা নখোয়গী শেলনা ঐখোয় হিংলিবনি, কয়া য়াওরি? লোইনা পীরক্কদবনি।"

খোঙচৎ অসিগীদমক পুরকখিবা শেনকমগী লুপা লিশিং মঙারোম খোইখোইবীগা লোয়নরি হায়বা অনিল থঙই। দাকুশিং অতুগা মুক্রবা ফরোই থন্দুনা খোইখোইবীনা শেল পীখোকখিনবা অনিলদা য়েংলকই। জুলিম্ন খোইখোইবীগী য়াখন্দু ফাওই। অনিল করিমত্তা থঙদবা শাহুনা তুমিন লৈখুবদা খুদোংথিবদগী নাম্বোক্রবনি খন্দুনা জুলি য়াম্না থুনা খোইখোইবীগী সেগতগী শেল লৌখোক্লগা দাকু অতুদা পীবগা লোয়ননা নোঙ্গৈ, "ইবুংশিং, লুপা লিশিং মঙা অসিতনি ঐখোয়দা য়াওজরিবা।

তুং ওইবপ লেপ্পা মুপা অমনা তমখিবা শকফম চেনবত্তদা মমিং থৎতুনা হায়, "সরদার, মখোয়দা লন থুম য়াম্না য়াওরি।"

সরদারনা ক'নোক্তা লাউরকখি, "হে! ইবুংকাম্ন ত'যজবা শাবি। অয়োনবীসা! সনা লুপাদগীম্ন হেনবা নখোয়গী মমল য়াম্বা পোৎশিংম্ন নখোঙনা খোংনা অহাঙবা মফমসিদা কংখোকপা লাক্লবা নত্রনে? নখোয় অনিনা হিরো শাবসিবু মুন্নবসি তংদ্রা, ঙসিদি ঐখোয় মরিগী ওইবদা হবাও হরাও যাখোকউ।"

কিথি-কিক্রম য়েংলিবী খোইখোইবীদা মরক্তগী মুপা অমনা মথুং লাম্নকপদা অনিল থঙহৌদন। হৌগৎলগা লাউরকই, "হে!"

পাউখুম ওইনা শেল লৌথিবা মুপাহুনা অনিলদা কিম্না থিল্লকই। য়াম্না উশিংতবা খুৎনি। অনিল ফজনা লৈখোকখি, লোয়ননা মুপীদা লাম্বা খুংতু ওইগী খোঙনা কাওখৎপদা মুপাহু চৈনা খাওত্তুনা তুংদা হনগ্রে। খোঙফম অহুম চোংখোক্লগা অনিল শীংতুনা লৈ। মুপী অনিবু তুংদা থর থাপতোক্লা লৈনবা মথুং

হাইরুবগা দাকু অনিনা কুজিল্লকই। অনিল লোংনা থেকথরগা মখোঙ ষেংনা মাঙ থংবা দাকুগী শেগ্রাক্তা শাফু কয়া কাওরগা য়েংকী কিয়া অতোপ্পতুগী করাঙদা থিনথি, মকম চানা পানথিবনি। অমনা তুংদা হনথি, অতোপ্পহুনা কয়া লাউরম্লগা কুম্থিবদগী হৌগংলকত্রে। হৌজিক দাকু অহুম পূন্দুনা কুংফুগী শাজেল তৌনা তৌনা হোৎচিল্লকই। অনিল মখোয়গী মমাঙদা লোংহুল অমুক্তং হুল্লগা পাকথহুনা হঙোই চোংই। কু·কুদা ওজা থনবা সরদারনা খোঙকম লৌহুনা খোইদো মপাদা কাওরকপদা অনিলগী মশা পুম্বা পংথাঙুম উঙহুনা মশক লোৎথি। থঙহৌদে, খুজেংদা য়ৈথেল্লবা দাকুনা তুথরকপগা করম্বা মতমদা য়ুংথংলকপনো উহন্দনা অনিল খুবাম অনি থাহুনা দাকুতুগী লবাইগী শম শুপ্পায় পায়শিল্লগা লাকুনা লংবদা উচ'ন পাম্বী অমদা য়ৈহৎতুনা তাংখ্রে। হৌজিক অথাকপা সবদার ওইগী খুৎনা নাকন্দগী অশাংবা ছুরি অমা শৎলগালৈ লৈতুনা চংশিল্লকই। ছুরি শিজিন্নবদা য়ায়া হৈ-শিংবা উৎতুনা অসুকী মতিক থুনা থিল্লকথি; থরাই রানা য়েংলিবা জুলি অনিলনা নোম্বতুনা তুমিন থাঙথিবদা থিনখ্রে থন্দুনা লাউরকই, "ইমা!"

ঙাইহাক নোম্বরুবা অনিল মাগী অনি পুনশিন্নমুক চাউবা দাকুগী খুজেং চেংনা ফারগা মমায়দা য়েংকী থোঙনা মরিরক নোংতুনা য়ৈথংলি, ওহুগী থোঙনা চনীঙদা শাফু কয়া কাওবগা থাদোকপদা মপুন্সিদা অমুক্তমু মায়থিথিত্রি থঙবা মুপাহু ঙাওরি ঙাওরি ছুরি হায়হুনা লৈ। অনিল লোংহুল হুন্দুনা তুংলোমদা থর লাপথোক্লরগা কৃষ্ণ-মাদা চেপ্পা লৈথি। করম্বা থুম্লগা কাওথিবনো থঙহৌদনা দাকু মকোক অহু উপথু উপথু চেনথিবনা অঙম্বা লোক্তা য়ুংশিনখ্রে। লাপ্তক হন্দোক্লগা স্বর হোনবা হোৎনরম্বা মুপাহু মখোয়গী ওইরে থঙরুবা পুপা লিশিং মঙা থাদরম্লগা মথাই হিংনবা ল্যোকথারোমদা হোৎথথি।

জুলি অমদি থোইথোইবীনা শেংনা উহৌবা কাওবা-থিমবা-শুবা নত্তবদা অতৈ থুংকুগী চৈনা কয়াম্ব কংনখ্রিবনি। পাংকুই কুইত্রবস্থ মিনিট তরামণ্ডাগী কজবা লাল অমনি। অমিল মশা পুম্বা হুমাংনা পুংলুপ লুপ্লে। মাগী য়েং-ওই অনিমক্কী খুংশাশিং চাউনা চাউনা পোমথংপা য়াওরে, য়েক্কবশিংগী অকনবা মম অমদি শরুগা থেংনখিবগী ওইগনি। পাম্বোম, লেংজুম, থবাক, থোও অমস্তুং মায়গী মফম থরদা হুবাৎতুনা ঈ থোক্লে। জুলি অমস্তুং থোইথোইবী য়ুংশা থীনা অনিলগী নাক্তা চেনশিন্দুনা অশোকপা মফম য়েংখি, থীনা শোকপা য়াওদে থঙলবদা নে তাই। অনিল মর শাংনা হোল্লগা নিংঙমদনা হায়রকই, "নখোয়বু থরাই রাহম্বা ঐনা মফম অসি তানা পুয়কপা ওইনা থোকপ্রে। মহুগীদমক ঐবু তাকশীয় হায়জরি।"

জুলি কপ্পোক্কা চৈরকই, "তানিংদেসে! ফিস্নদা নত্তনা নংগুম্বা মুপা উজগ্রি। নংগী পাম্মুনা লোৎলম্বা নত্তিকপু উংথোকপ্লে হাযবগী শাওবীরিব্রা? থরাই রাবগী চাংবু হায়রুরবদি ঐথোয় শিগ্রবগুম্বনি।"

থোইথোইবীগী মায়থোং চিং লেম্বনা থল্লি, মমাওদা অমুক্তা উংখিত্রিবা মিংয়েং অমা অনিলদা থম্লগা তপ্পা হায়, "নং মুপানি।"

রাংনা থাগংপদা হায়দোকখিবা 'নং'বু শেমদোক্লবা হোংনহুনা মথা তারকখি, "তামো অতাওবা মুপানি। অহুবু ঐথোয় মফম অসিদা কুইনা পম্বহুনা লৈবা চুমদে।"

মুপী অনিনা তকশিল্লকপদগী অনিল মাও থাহুনা কুমথরংক্ল।

জুলিনা কারগী কুপোন কাউন্তরদা শিল্লকরগা ত্রাইভবগী ফমফমদা ফমগ্রে। কেবিনেট হাংদোকুনা চৈনা ফহনবা মোলোম থোইথোইবীদা শিল্লরকখি। অশোকপা মফমশিংদা থোইথোইবীনা মোলোম থরাই চংনা তৈরি, পিরাংনা থুম্রবা মমিংনা অনিলগী

মায়খোংবুম্ন হুনা হুনা যেংই। অনিলনা থোইথোইবীগী খোংলনা খম্মোই উবদা লোয়না থাগংলি।"

"বিলেস্ক, নো তেনসন প্লিজ," জুলিনা অনিলদা ওনশিল্লুনা মোমোন তৌহুনা মুংঙাইতবা মাঙখিনবা হোংনৈ, "তপ্না অম্নম থৌজপে, অহুগা ইংখনা, বিলকুল অরামসে।"

লোইরোইনা হাইথরকপা লম্বীদা জুলি ময়ায় ওইবা থোঙ-জেল্দা থৌবকখি। কারম্ন ইশোগী থোঞ্জেল অমত্তা থোকহল্দে। তুমিন তুমিন লৈনরুরবা তুংদা থোইথোইবীনা য়াম্না চেকশিনবা য়াঙাঙ-থোনকমদা হোদোরকই, "তামোগীহুবু করি স্তাইলনি হায়গনি, শম্লিং-শায়াং, জুদো, কুংফু, কারাতে ?"

"নো মেনসন, থোইথোইবী, প্লিজ। তুমিন লৈখিসি।" জুলি মথা তাবক্তনবা হোংনৈ, "ওইনিংবা ওইজসম্নু, বিএল্লি পার্ফেক্ট এণ্ড য়ান্দবকুল, ঐথোয়দি ভকপতনি।"

অনিল নোক্লকই, "কবিম্নু কাযদেদা, পাম্বোম খর তিংলুবগী য়ানি, চেনবম্ন য়াদবা মতাং থোকখিবা।"

"অহুবুদি খঙইদা, চুমত্রানে জুলি ?" থোইথোইবী নোক্লুনা জুলিবু খব হেন্না য়াংখংহনখি, "তামো কৈম্নু তৌদে, নং মাইন তৌপম্লু, ঐ য়া খর হংগদোবি।"

থোইথোইবীনা অনিলদা চেপ্না হ'য়কেং য়েংলগা হৌবকই, "তামো, করম্না মতমদা, কনা ওজাদগী ফুনবগী মহৈসি তম্বীখিবগে ?"

অনিল খুমলক্তে, নোক্তমক নোকই।

"তামো, তাকপীনিংদব্রা ?" থোইথোইবী তকশিল্লি।

অনিল মশা পুম্বা উয়া-উয়া থেক-থোংতুনা ঙাইহাক শায়কবগা খুয়কখি, "জুলি, খজিক্তং তপথৌ, ঐ য়ারী লিবা তারি।"

পাউখুম ওয়রে খল্দুনা থোইথোইবী অনিলদা ভক্তক য়েংই। গাড়ী তপথখ্রে, অনিলগী য়ারী হৌরকই।

— অঙাং ওইনা চহি তরানিথোইকা হায়রকপা মতম অহুরাইদা তমখিবনি। ওজানা ইপা পোকপা ইপুনি। মতম অহুদা ইপু চহি মরিফু নক্সগনি। নোংমা ঐখোয় তামোনা পুবীহুনা ক্রস লিনা হিরো ওইবা ফিস্ম অমা য়েংলুই। মথং নোংঙানবদগী ক্রস লিগী মওং মায়বা, মাগী মত্তৌ তমহুনা কাওবা থিনবা, লাউবা অমদি চোং ফনবনা ঐগী শাম্নবা ওইবে। মহুদা লৈকাইগী অতে অঙাংশিংস্থ লুপ্পবনি। ক্রস লিগী মুংশিং ওথাক কনথিবনি. মুপীমচা কাওবদা থুংলখি। শুমাঙদা ঐনা চোং-ফনবা হুনবা, লেকথবা অমদি উপ্না তুহুনা শাম্নবা ইপু মাঙোন্দা ফম্নগা মুম্না যেংলম্মী অহুগা হবাওনা নোকখি। মথং নোংঙাম্নমদাইদা তামো ঐখোয় অনিবু ফমুংদগী চিংখংলগা মপান্দা পুথোকই। মাই-মিং তাথোকপনচিংবা অবুকী থবক পুম্নমক লোইহল্লগা ইপুনা ঐখোযবু মুমিং অহুদগী হৌনা মমাঙ শঙোইদা ফুনবা তহীখি।

থোইথোইবীনা মরক থংলকই, "ইপুদি কনাদগী তম্না ওইরমগনি?"

"অহুনি ঐনা লিগদৌবিবা।" অনিলনা খঙহনখি।

— য়াম্না নহা ওইনা চহি তবামঙ'গী লেংদা খুনগী অহল অমগী তুং ইন্দুনা ইপু অন্না লৈবাক্তা চংখি। মচিন মনাও যাম্বগী মথক্তা লাইরবগী চৈথেংনা অপোকপা অপোকপী অনিনা নিংথিনা চাগোন-নাউকোনবীদে হায়বগী ন্নারৌবনা ইপু চংমিন্নবা পুম্নমক্লা যুমদা হল্লসি থেম্বদা য়াদনা অন্না লৈবাক্তা লৈহৌবে। মথং মথং, লম অমদগী অমদা অম্নুম লাকপদা ইপু পোংশিংগী কোমুং ম্যাংগাং থুংলৈ। মফম অহুদা ইপুগা থাগিদগী মন্দলে পাংলকপা মৈতৈ নিংথৌ শাগৈগী অহল অমগা থেংনখি। মাখাহু চপ চানা অহল ওইববনি। মাস্থ ইপুগুম য়াম্না নহা ওইরিঙৈদা মরী মত্তাশিংগী থোঙুন লীবা অন্না লৈবাক্তা লাকখিবনি।

অশাংবা শম লুরাইদা চেৎনা শমজি পুনরা, নাত্তোন গুমাণ্ড অমদি থদাং কোয় কক্কবা অহলগী শকফমছু সাধু লখোইবা মাল্লি, রাশক চেংপা, মরিল লৈবা মীতানি। চহি মতাংদুদা মমিং মন্না লুরি, ময়া ফরি। মাগী ধর্ম্মদি ইয়েং য়েংনরে, অহুবু ঈশ্বরগীদমক চাবো থকপদি করিমত্তা তৌদে। মানা ইপুবু য়াম্না লুনা তৌরম্মী, অহনা ইপুনমু মাবু থাদোক্কুনা চংপা গুম্নমদে। চহি কুয়া হৌখিবা থঙ্গহৌদে, ইপু অহলছুগী তুং ইন্দুনা খুঙ্গং সহর কয়া চংলম্মী।

মু তুংরেল মরিন্দা ইরাবতী তানবা মখোয় লাকখি, অচৌবা হি অমদা অরা মপা নিপালগা মখোয় তরা তাওথরকপনি। হি থাংকমদগী নোংমা চুপ্পা লাক্লবা তুংদা অশুকপা জঙ্গল অমা কাওছুনা চংপা হৌরকই। চাক চাবা মতম য়ৌশিল্লক্লবদা হিহোনবশিংনা তোর্বান নক্না হি থাংলে। অকোকপা মফম য়েংছুনা মাগী মাগী কাংলুপ্পা চাখুম অছুম থোক্লে। মপা-মচানি হায়বা ময়া পুম্না সনা য়োম্বা, মশা নানবা অনিদি মচু তাবা মথেন্দা তপ্পা হোংনৈ। চাক চারমদাইদা হিরোয় তরুক্কু য়ু ফজনা থক্লরে। চাবা তোক্লবগা হিদা কাথংনবা পোং-চৈ লোইশিনবা মতমদা মশা নানবা মপা-মচাবু মপা তরুক্কুনা কোয়শিন্দুনা অচৌবা থাউ অমা পীয়ু হায়না তক্লবা হৌরকই। মখোয়না তাঙনরকপদগী খঙলে, থাউছুদা সনা থন্না য়াওরি। থাউ চেৎনা পায়রিবা পাথংবু ফুবদা নত্তনা মপাবুমু চৈ থাবা হৌরক্লে। ফিভমছু মুম্না য়েংলম্বা স্নাখ্বা শাওরকই, কম্না লাউরকখি, "তাইখো! নখোয় হাকমল্লে।"

মপা-মচাগী মীচংনি থন্দুনা স্নাখ্বাদমু লমহেনবশিংছনা অপ্পীবা রাহৈ খোন্দা শিজিম্নরক্লে। থর থর হেল্লিল্লকুনা খুং থারা য়াওরক্লে। স্নাখ্বানা য়াম্না হৈ-শিংনা মশা তাকথোক্লগা ইপুবু তুংদা

লাপ্পা ইম্বোকখি। ইপু স্নাখ্বা শোকপা তারে খন্দুনা হোৎচিন্নুবদা অমুকম্সু ইম্বোরকই। তুংদদি ইপু স্নুংঙাইরবা কুমহৈ য়েংবগুম খোকখ্রে; স্নাখ্বানা অমমম খন খন্দুনা ফুখরকখি। অমুক হন্না খুৎ হল্লক্তনবা শেগ্রাক্কা, খজিন্দা, পুকনোপ্তা কাওখৎলগা মশম লাক লাক্তুনা তুরেলদা লংখখ্রে, অমদি লৈরাইগী স্নুংদা মকোক্কা কন্না য়ৈখিবদগী ঈশিংদা লুপখ্রে। অতুম ফাওগংলকখিদ্রে। হুয়ানবা লমহৈনবা মঙাহু মথাই হিংনবা ঈবোয়হুনা তুরেল য়াংমগী উমংদা যাওখি।

কিবনা খক খক নিক্তুনা, চৈনা খাঙবদা য়া ঙাঙখোকপা ঙমদ্রবা মপা-মচাবু হিন্নুংদা থা গংগীরে, মখোয় মবিতা তোংলবা হিহু খোঙজেল য়াঙনা তাওখবকই। লম্বীদা মপা-মচানা পুরকপা সনা-লুপাগী তঙ্খাই অমা কংলকপদা স্নাখ্বা মঙক হায়রগা কন্না কন্না নোকখি। লুপা অমা ফাওবা লৌখিদে।

মন্দালে থুংলে। অহুবু স্নাখ্বগী মরী-মতা অমত্তম্সু মফম অহুদা লৈরমদ্রে। পুন্নমক চাকতাঙবগী তুং ইল্লকখিদা লাইচং অমদা নোঙ্গাখ্রে। খল্লকপা আশা কাযববদা স্নাখ্বা মনিপুর খোক্লিংবগী য়াখল মাঙখ্রে। চহি তরেৎ চুপ্পা ইপুনা অহল অহুগী মতুং ইন্দুনা মফম অমদগী অমদা কোয়চং চৎলম্মী। মী তাদবা উমং, চীংমুং, লোক-তায, পাং-তুরেল মশিং থিঙমদনা লান্দুনা চৎপা মতমদা অহল অহুনা ইপুদা মাগী অবোংপা মহৈত্ত তম্বীখি। মীঙোন্দা হান্না ফুনবা হৌবা য়াদে, চেল্লবা মীবু তান্নহুনা ফাম্সু য়াদে হাযবসি তম্বীবা হৌদ্রিঙৈ মমাঙদা ইপুবু য়াশকহনখিবনি।

অনিল স্বর শাংনা হেল্লগা অঙাং ওইথবৈঙে মতমহু নিংশিংলুরগা খোঙ্গেন তপখবকই, "য়াশক অহুমক ঐখোয়বুস্তু শকহল্লগা ইপুনা স্নাখ্বাগী মহৈগী শরুক খর তামো ঐখোয়নিদা খঙখবীরম্বনি। ঙসি ঐনা উৎখিবা থোদাং খরগা মবী লৈনবা য়াবীসিনা ঐগী ওজা কনানো হায়বহু খোইখোইবীনা খঙলগনি।"

অনিলগী ৱারী মুম্না তারবী থোইথোইবী পাম্বোম অনিনা অনিলগী ওকপম্নদা চেৎনা কোনশিল্লকই, অদুগা ওাইওমদবশুম হায়, "চুম্মী, ঐ ৱারীদু থওলে।"

থোং নোংবী থোইথোইবীগী পাম্বোম অনিদগী নাহোরুনা হোৎনরিবা অনিলগী অওকপা ফংনা হৈনদবা শকফম কারগী শকয়েং মিংশেলদা ময়েক শেংনা জুলিনা উই।

হল্লকপগী শাংলবা লম্বীদা থোইথোইবী চিন্তা পুম্নমক কোকথ্রবশুম নিংওাইদনা অনিলদা ওাথছুনা তুমখি।

# ১৬

## খুজিংগী মরীদা

হন্দক মরক্তি অনিল মখোৌ য়াম্না চিন্নবনা মখম ওইহনা থোইথোইবীবু নিংশিংলুবা ওমখিত্রে। পরীক্ষা অমগীদমক কন্না হোৎনরি খণ্ডলনা জুলিনস্থু মাগী মনাক্তা লাকখিদবা মতম ফনা শাংলে। চাবা তুম্বগী মতম নত্তনা অতৈদদি মা লাইব্রেরীদা লৈশ্রবনি।

সোমদা থোইথোইবীন। অনিলবু তেলিফোন্নগী খিবদা অমুক্তা ফংনা ওমদে: অহুনা মা অয়াম্বা মতমদা জুলিদগী পাউ লৌবা তাখি। দিল্লী সহরদা মথন্তা চংপগী থোনা লৈরম্নবদি মা অনিলবু কোয়খি খিরমগনি। অনিলবু উনিংবা অমদি মাগী মরা-মপাউ তানিংবনা পোৎথাফম খণ্ডদে, চানি থক্তি খণ্ডদবগুম উই। মাগী রাখলগী মওং, চহি অমরোমসিদা, অহুম থোক্তা মজুরীনা উবা ফংলে। কাশ্মীরগী তথক তথক্তা ইবাও লাওবী, মরকী চিন্তা পুবী তুকথবী অহুগা হৌজিকমকী মরক মরক মোমোন নোক্তা লাংতক্কবী। মাগী হোংলক্লিবা ফিভমসি কুপ্না য়েংলিবী মঞ্জুরীনা রাজেন্দদি থক ওমত্রি। জুলিনা তাক্লকপা অনিলগী থবক হাওগদবা মতম হুম্রিং কেলেণ্ডরদা য়েংবসি থোইথোইবীগী হৈনবী ওইরে, লৌমীনা অতিয়া য়েংবগী মতৌনি।

য়ানা ঙাইববকপা চয়োল থুংলবগা অমুক ঙম্নাদা থো'ইথোইবীনা অনিলদা তেলিফোন তৌরুই। ফংবা ঙমদবগী খোইশাওনৈ, জুলিদগী পাউ ফংবা ঙমত্রা য়েংগে হোৎনখি। জুলিনা তেলিফোন থা'ঙংলকপগা নোক্নুনা হায়ববকই, "থোইথোইবী, নংনা খিবিবা মীছু অসিদা লৈ, য়াবী শাগ্নী।"

তেলিফোন্দা অনিলগী খোঙ্গল তাবদা থোইথোইবী হরাওবনা শকক অনিদা য়া'খৎলি, হায়ববকপা য়া পুক্লিং চংনা থঙনবা হেৎনৈ, "থোইথোইবী, জুলিগা ঐখোয় অনিনা থৌরা অমা লেপ্লরে, নঙোন্দা তেলিফোন্দগী থঙহনসি থম্লবম্রিবা। ফবে চপ চারে, হৌজিকমক শেম-শাবা লোইরগ্রে। আগ্রা, মথুরা চংকদবনি, মতম লৈববদি বৃন্দাবনসু চংলকসি।"

থোইথোইবীগী থমুংদা নোকপগী মমি ম'য়াথোংদা ফা'ওরকই, মনম্মগী মনাক্তা চেনশিল্লকুনা হায়রে, "ইনম্মা, ঐ থবক অতৈ ঙম্রোই, শাম্মো অনিলগা জুলিগা হৌজিক য়োবরুগনি: আগ্রাবোমদা কোয়রুগদবনি।"

থোইথোইবী ঈকজ্রফমদা চংখিবদা ঙংবা হৌখিবা ইশৈ কেবা লোয়রবা ফাওবা লেপখিদে। জুলিনা মাপ্নীদমক লৈবকখিনা সলবার স্যুট ঙসিদা চিংথোরবপনি। মমাঙদা অম্রুক্তসু অশুক যাম্না তৈখিদ্রিবা, শঙবিদ্রিবা যাম্নবা ক্রিম, লিপস্টিক, কাজলনা থোইথোইবীগী মায়থো কন' যাম্না ওলহনগ্রে। লাইবক মথা চৎথরপ নপ্পা বিন্দিনা ফজবা শক্কী বাশিংসু হাপগ্রে। মিংশেলগা মায়োক্নরুবদা পেঙ্গবহুনা মাগী দুপাত্তা ফং হায়গৎলগা লৈথোরকপদা তুংলোমদগী চংলকপী মনম্মগা মায়োক্নরুই। মঞ্জনী মচনগী ফজনদা চাওথোকচনীনি, অহুবু ঙসিদি ঙকখিবনি। হৈনিংনা কেথিবহু মঞ্জুরী হম্নবগা য়াখল তৌহুনা মপান থোকখি। থল্লকই 'হৈনিংবনা কেনিংলকপা', কেরিননা য়ে হম্নবা, য়েংহম্নিংবহুবুনা শীংথারুবগী,

লীংথারুবহুবু নরুনিংবা, নরুনিংববু চায়নিংবা, চায়নিংবগী অতোপ্পা মখিং অমনা জুংশিনবা। মহৈথংদা অনিলসে পিগমিলন তারক্লনে, লুরিকো। হোয়দা, অহুবুদি ওইরোইদা, জুলিনা করি য়েংহুনা লৈদৌরিবা ?'

মঞ্জুরীগী রাথলগী চৈথল মপুং কাপ্রিঞ্জৈলো খোঙ্গান্দা কারগী হোর্ণ মখোল তায়। চেম্বোক্লুনা মঞ্জুরীনা পেং হাংদোকলুবগা কারদগী কুমথরকপা অনিল অমদি জুলিনা মথুং লোয়রহুনা নোল্লুকপা উংলকই, "নমস্তে ইতৈমা — নমস্তে ইনম্মা।"

মঞ্জুরীনা মখোয়বু ওকুনা কৌশিল্লি, "নমস্তে, চংলকখো জুলি, খোইখোইবী লোইশ্রবনি। চা থকখিসি। ইবুংঙো অনিল, নংখোয় তামোনা নংবু শেংলম্বনি।"

"হোয় ইতৈমা, উনদবা কুইরে, ঐসু তামোদা শানিংবা রারী থব লৈরে।"

মখোয় অহুম কমকম কাদা চংলকপগা খোইখোইবী ট্রেদা চা কপ মরি হাপতুনা পুশিল্লকই। অনিল লোকাদা কমথবগা খোইখোইবী য়েংহুনা লক্কে, "সত্য! তাজমহলদা কিল্লকা নম্নবা খোক্লবদি ছিংবোইন ওয়রে হায়হুনা রাংখোক্লদা তোক্লবনি।"

খোইখোইবী চিনব'ন ফাওবতং নোকই, জুলিদা ওনশিন্দুনা অনৌবা স্লট নিংশিংলকই, "কমদোই ?"

"অনিলনা হায়খিবহুনি, পক্লবা ফজবগী রাদি।" জুলিগী থাগং রাহৈ শমজিনখিবনি।

চাকশঙদা চংলুবী মঞ্জুবী হোটলাইন দাবা অমা পুখোয়রকুনা হায়রৈ, "খোইখোইবীনা নখোয়গী খোঙচৎসিগী পাউ তব্দা ঐ অহা অহা শেমখিবনি, রাওরিবসি দোসা, পরোথা, সম্বর-চতনি উকমা থয় থয়নি, মহাও য়েংলু।"

"থাগৎচরি ইতৈম্মা, অদুগা ইতৈমানা নোংমা পীজখিবা ইদলিহু করিগী মহাওনো, থক কাওরম্নোই। মহু শেম্বদুবু কনাদগী তম্বীকবনো ?" চা কপ থম্মথা মঞ্জুবীগী মীয়োক মীচান্দা পেল্লবা অনিল ভাভনা ভাভনা হৌগংতুনা নিংশি লকখি, "অতুদি ইতৈমা, ঐখোয়গী লম্বীসি শাংই।"

মঞ্জুরীনা থিন্দোবকপদা হায়রকই, "মঙ্গল ওইযু।"

মনিংগী ফমফমদা মুপী অনিনা মফি মখোল শেমজিনবা লে'ইদ্রিংঙদা অনিল কাব থোবনা হানখ্রে। চুমদ্রিং আগ্রা তম্লকখিবনি।

য়াঙনা থোরকখিবনা কিলোমিটর চন্নিগী লম্বীদা পুং অহুমদগী য়'ম্ন' হেন্না চংখিদে। গাড়ী থাকমদগী মিনি বস অমদা তাজ-মহলগী থোঙ্গাল নক্না মখোয় অহুম ল'ক্রে। অনিলনা কাউন্তরদগী টিকেৎ লৌতুনা মখোয় মনুং চংলকপদা মীথামগী অচৌবা মীতিন অমা কায়নবকপগী মওংদা তোঙান তোঙানবা দেশ কয়াগী মীনা মচি মচি খুদিংমক্তা কোয়বাও লাঙনৈ। টিকেৎ খোমজিনফম অথুবা লম্বী লাম্থোকপগা দর্ণক ময়'ম হোৎচিল্লকই। মখো'য়গী মচিন্দগী সংসারগী তোঙান তোঙনবা লোল কয়া তায়। কন্তমর মুম্নদা মখোয় থৎনবস্নু যাওবি

মওক্ত' কেমেরা শ্নানবা অহল অমা অনিলগী নাক্তা চংলক্তুনা ফোটো কাপচপে হায়রৈ। শেংবোই শেংদবোই মানা মনিপুরগী করম্বা মফমদগীনো হংলৈ। মনিপুবী ভাংলকপগী মায় ভাকপা ওইনা থে'ইথোইবীগা খুদক্তা পীবা ফোটো নম্বদা শ্নানখ্রে।

তাজমহলগী মথায় চপ চানা থোকপা রাংথৎনা শেম্বা মফমদা ফমতুনা ফোটো নম্নবা হোৎনরিবা মীশিংনা মাগী মাগী অহান অকোন পাল্লি ভাইতুনা লেপ্পরি। মমায়দা ছমা'না অর-ম শিন্থরবস্নু মুংশাগী মৈশা কাউনখ্রবগুম উই। জুলিথোয়গী পালি

লাক্লে, মখোয় অহুম ফমকমদা ফমথরে। ফোটো কাপ্পা মুপানা ময়ায়দা ফপ্পা অনিলগী মকোক্তা থুং অমা থাঙ্গৎনবা তাকই, মতুনা তাজমহলগী ময়ায়গী অচৌবা তোম্বগী মতোন্দা নমলুবগুম উহনগে, য়েংবদা য়ামনমু ফজবনি হায়রকথি। য়েংতা ফপ্পী খোইথোইবীনা অনিলগী কোকথক্তা মখুং থম্নবা হোৎনবদা য়াম্না নকশিনখি, অনিলদা পুন্না ঙাথখিবনি।

তাজমহলগী শুমাঙ য়ৌনা চিংলিবা অশাংবা, ঈশিংক'ম্নী পুখ্রি অনিনা চপ্পা, লম্বীদা চংলুবগী তাম্হোরকপদা খোইথোইবী ঙাক শেনবতুগা অরায় অথুমদ থংনরক্লপদা অনিলদা মুংঙাইবগী ঈনোং কারকই, মরমদি হরাওবনা খোইথোইবীগী থগুংদগী য়াহৈ-শিংতু তাম্হোরকপনি হায়বা মানা থগই।

তাজমহলগী যুমথক্তী পাক চাউবা কাথংতুনা য়েংলুবা মীথক্তনা থগগনি, লাপ্পা য়েংলগা য়াথন্না শাবগা য়াম্না খেন্নৈ। মী লিশিং লিশিংনা পৈরবমু অহাঙবা মফম মবাং কায়না লৈ। খোইথোইবী যুমথক মপান অকোয়বদা অমুক্তং চংলুরগা যমুনা তুরেলগা তাইনবা মচিদা লেপতুনা য়াম্না কুইনা লৈখি। লিরি লিরি শিংপা মুংশিংনা পুরকপা যমুনাগী ঈবাওখোল তাক্লই, ইশৈগী মতুংতা তেংথাখোল ওইনা তাবদা খোইথোইবী পেন্দে। থগুইবীয়বা তুবেলগী অরাবা শরুক যাতুনা মুৎবংনখি। অনিলনা কুমথনবা হন্না হন্না হায়রমমবদি খোইথোইবী ফনা কুইনা তুরেলতু য়েংলমখিগনি।

তাজমহলদগী কুমথরকপগা য়েংলোমদা লৈকোল মচা মচানা কৈদোম নাইনা লৈরিবা অমোনবা তিংথৌ নাপীগী লম্পাক মচি অমদা উরুম লাংবা মফম য়েংতুনা অনিল ফমথরকখি। মখোয অহুমগী ময়ায়দা অথাবা কি শন্দোকুনা অচা-অথক য়াউবা থাউ

থল্লে। মজুরীনা পীরকপা দাবা হাংদোকলুবদা মখোয় ভশেংনা তিল য়োংনখি। মনা পুঙবা উজাউ উকমদা, মুংশিংনা ভম্না ভম্না চুম্লকপদা চাক য়েল্লাংগী মহাউ য়াম্না হেনগংগ্রে। মজুরীগী মখোল থাগংপনা য়াংলি খল্লখিবনি।

মফম অতুগী উকম্না কৌশিল্লুব্রা, মখোয়গা য়াম্না নক্লবা মচি অমদা জিন খোংগ্রাউ শেংপী গোরা মুপী অমগা অককপা শেংপা মুপা অমগা ফমথরে। মুপাগী কৈগন্দা মোন থাংহুনা চহি কুনগী লেংগা ওইবী মুপীহু শং তিংখোকখি। মখোয অনি য়েংনবা ভোক্লে। মুপানা চাম্নবীগী মকোক, মনায়, পাম্বোমদা নাম্ন নাম্নপা নোম্বহুনা হম্না হম্না চুম্লকই। মতৌ অতুদা হৈনত্রবী খোইখোইবী ফমফম হোংনিংবগী মঙ' উংলি। জুলিয়ু মুংঙাইত্রবনি। মখোয় অনিগী য়াখল উত্থুনা অনিলনা য়াম্না লায়্থোক্লা হায়, "থংনদৌ শকক মুংশিনসনু।"

অথুন-অহাওগী ক্ষনম ভাবদা কোয়শিল্লবা থৈরোয় ময়ামদা মখোয়গী য়াখল ওনশিল্লে। চেন চোংহুনা শাম্নরিবা ময়ামহুগী মরক্তা অনি অহুমদি অচাপোং পীরক্লবা মথুং লোম্নহুনা নমস্তে তৌবৈ, মতা অমা ওইনা য়েংবদা মুংঙাই। পুকী অয়াম্বা কোকথ্রবদা মখোয় অহুম তৌগংনিংত্রে। ময়াং কায়বা উকম, অমোনবা ভিংখৌ অমদি অহৈংবা মুংশিংনা শুম্নবশুম থোক্লে। অনিলনা লম্বৌদগী লৈবকপা সাম্বাবানা মিং-না খঙ্গিক্কুং শিংগং-হল্লবদা মখোয় অহুম অমুক তাজমহললোমদা ওনশিল্লকই। অনিলনা হৌই, "শাহজাহান মভিক লৈবা নিংখৌরেলনি। হয়াগাড়ী-বেলগাড়ী মপক খঙত্রিদে অমদি লম্বী থোংগী অয়াবা মায়োক্লরিদে মভমহুদা অমুক য়াম্বা অঙৌবা মঙপাকশিংসি থাম্নবা লমদমশিংদগী হোম্নকত্রিবনি। মসি শাবদা চংখিবা শিল্পী, শেল, চহি অমমুং পাঙ্গল অয়াম্নবা নত্তে। ভোবগীদি, হোজিকী মভমগী

হিসাব য়েংলুরবদি মঙোম্দগী শেল য়াম্না হেন্না চংবা, কজরসু হেনবা য়ুম কয়া পৃথিবীগী অচৌ অচৌবা সহর খুদিংমক্তা মখীং থিঙমদনা লৈরে। অদুবু মতম অদুগী মালেমসিদা হিংনরম্বা খুম্নাইশিংগী ফিভমগী হিসাবতা য়েংলূরগনা ঙক্কবা শুকঙম ভয়োক।"

জুলিগী মরম্নাই হিসাব পীরকই, "শেল য়াম্না চংবা, মহৌশাগী ওইবা অভাঙবা পোংচং অমদি হৈশিংবদা শীংথানবগী মথক্তা সুংশিবগী চাং লেপ্পবা পোংশক অমা ওইনা ঙক্কবা ওইরমগনি।"

"থোইথোইবী নংদি?" মুম্না ভারিবী লৈশাবীদা অনিল পাউমীগী রাহং ভৌই।

থোইথোইবী ভপা লুম্না হায়, "মমতাজ কায়নবদা শাহজাহান্না থাংখিবা সুংশি মৈচাক্তু থর থর মাঙখিবগী মহুংতা চহি চামগাগী মতুংসিদনা হেন্না হেন্না চাউথংলকপসিদা ঐ য়াম্না কনকই। মাগী মোঙফমদা তাজমহলগুম্না ফজবা ফুরা অমা শাবীগনি অদুগা মীওইবনা অসুম্না নিংশিংবীগনি হায়রবদি মা খুদক্তা শিরাগে হায়না অমেরিকাগী লমকোয়বী সুপী অমনা মপুরোইবগী মফমদা শোল্লি হায়নবতু চুমগনি।"

"মাসু সুঙভৌগী ফুরাসিদা ভাওখিবা জাংনি।" অনিলনা অঙাংগী রাঙাঙ তমখি।

"মতুসু লান্দে, অদুবু মরাম্না লৌনরিবদি থরাই অমমা মাবু অসুকী মভিক সুংশিখি হায়বতু থঙহন্নিংবগীনি হায়বসিনি।" জুলিনা পুক্কিংগী রা হায়।

অনিল কোচি কোংলি, "অদুগীদমক ওইরবদি ইহুনা থম্বা নত্রগা চিনহায় রারীগা থেম্বা করি লৈরি? থোইবীগীদমক থম্বা লৈলাগীদমক মজম্ব, মায়োকিগীদমক শমরৈশাংগী রারীনবগুম মথোয় অনিগীসু ইহুনা থম্বসু য়াইদনা।"

"কনানা ইদৌরিবা ?" থোইথোইবী ফিংনা হংই।

"হায়বক্লবদি ঐনস্ব ইবা য়াবনি।"

"ঐনা হায়রবদি ঐগীদমকস্থ ইগত্রা ?"

"ইবোই, নংগীদি ইরোই, নিংশিংবস্থ থোক্লোই।"

"খঙদবা নংনা করম্না নিংশিংগনি ? নিংশিংবা হায়বসি ভাক্ত উরুবনা পোকহনবনি।"

"ভাক্তরবস্থ নিংশিংত্রবা, খঙলুরবস্থ কাউথ্রবদি অশেংবা করি য়ারী থোয়কনি ?

"ওকাউ হেক কাউথিদনবা, য়ারী মপুম ওইনা থোবক্লবা ঐনা নংগী থম্মোয়স্তুংদা কুন্দুনা লৈববদি ?"

"অহাণ্ডবা মকম লৈরমথিনি নিংলুরস্থ। মফ্ শিক্সিয়গে খন্নুবগীস্থ কান্নগদবা মান্দে, মবমদি ভাম্থোক্লবা মীনক্লা লৈ।"

অনিলনা য়ারীগী মপা চানা জুলিদা নোকুনা য়েংলুই। ভাশিন্নদনা নাকল্পা ওয়েম্থোক্লিবীতুনা ফেল্লকই, "অতুম হায়নৌদা মী-কা পকশিন্ননদি ফত্তেকো।"

থোইথোইবীদা মীওম্বগী মতৌ অমা য়াওরকপদা অনিল কয়া হৈনদে, য়েথেক্লবা হোংনরকথি, "লৈমা-নিংথৌ লৌশিং লৈবশিংগী মুংশিবদি মেরাগী অতিয়াগুম শেংই, রাংই ; মী মচাশিংগীদি ইভেনগী অতিয়াগুবনি, ভাইহাক লৈতনা মশক ওনবা লৈচিলনা কুপশিন্দুনা ইমম মমহনবতু।"

"মুংশিনববু অপণ্ডবগী, অশিংবগী হায়নো কাংলুপ অনি থায়দোক্লবা হোংনরিবা মীশিংতু মমিং পান্নবস্থ থক উত্রবশিংনি. ওইথোক্লরোইদবা থবক্তা খঙ-হৈবা শাহুনা ঈশিংগী মচু ভাক্লবা হোংনবগুম্বনি।"

"মুংশিবনা ঈশিংগী মতৌ ভাম্মী, অশেংবা মচু ভাক্তে, অসিনিনে ?"

"নত্তে, মহু মীনম্বনি। খুৎকনবা মচুনা ৎেম্বদা ইনবা ঈশিংগী মতৌ অশেংবা মুংশিবদা লৈত্তে হায়বা থগুদবা মীনা মুংশিবগী অশেংবা মচু থক উবা ঙম্লোই।"

নারোন্দা কাপ্পরিবা ৱারীদা ফোটো নম্বা মুপা লাকখিবা উহৌদে। তোঙান তোঙানবা মফমদা নমখিবা ফোটো তরুক অনিলদা পীরগা মুপাহুনা হায়, "বাবুজী, লুপা চামা মরিফু থোক্লে, অহুবু চামা হুম্ফু্হু পীরো। অহুগা বাবুজী, অসিদা থাজবগী মরোলহু ইবোদো।"

অনিল ফুরিংথাউদগী শেল লৌথোকুনা পীরগা মুপাহুগী মোটবুক্তা মরোল থর ইহুনা থাদোকখ্রে। জুলিগা থোইথোইবীগা ফোটো পুক্লিং চংনা য়েংলি, মরেক শেংবদা পেম্মহুনা থম্মুংদা নোক্লে। হায়ফেং চেপথহুনা ফোটো য়েংলম্বা অনিল হৌরকই, 'ফজৈকো, তাজমহলনা ফজবনে, থোইথোইবীনা অমুক্তোইবা মরোল অমা।"

"হৈথুনবা হৈবীম্বু।" থোইথোইবী পাউথুমগীদমক থৌবাং লৈবম্বমক্তি, "হৈগেকপনা পাওম্রবম্বু।"

"অত্তগীবুদি, মথোঙদা থাদবকপা ঙাইবদি লাইবনিদা। মনাম্বু ফংগদৌরিবু।"

"মনাগীদমক মথোঙদা ঙাইবশিংগীদমক্তি অথুইবা হৈহ কেম্লকপনি।"

থোইথোইবীগী মরৈদা কিশিদগী হেম্মা লৌথীবা কুরুং তারকপদা মুংঙাইবগা য়ানিংদবগা অনি য়ানশিম্মহুনা থম্মোইমুংদা খুহুম শীংই, মরূ হকপা ৱাহৈ থিরিহৈদো উথত্তগী য়োং অমা ফন চোংথরকই। পরোখা হাপ্পা থাউ চিংহুনা চেনখি। মিনবেল ঈশিং থম্না য়াঙবা বোটল অনিগী অরূম্বনা নিংবা কায়হল্লবা য়োং থাউ থাদোক্লম্মগা উথক্তা কাখৎখ্রে। য়োং তানবগী চবাঙনবনা অনিল

অমসুং থোইথোইবীগী নারোন্দা শোক্লরম্বা লাল নমথগ্রে। ন'কন্দা নহা ওইরিবা গোরা মুপা মুপী অনিগী খিক থাক হৌজিক ফাওবা লেপত্রি। মুপী অহুনা ফুরিংবী কুদাম তপ্না তপ্না লৌথোকপা হৌরকই। মথোয়গী হেক্তিনবা মতৌদা লৈশাবী অনিনা ফমফন হোংনিংবহু অনিলম্ব য়ারে, হায়রকই, "অশাংপা লৈ মরাম্না কোয়শিল্লবা মুণ্ডপাক 'অসিদা ফল্লগা ফোংচো অমত্তং লৌশিদো।"

মথোয় অহুম্মক চপ মাননা হৌগৎলি। তিংথৌগী লম্পাক শম্লগা অনৌবা ফমফম তম্না লাকপদা অনিলনা হায়, "তোঙান তোঙানবা জাতিগী লোনচং মথল মথলনি। লুহোংবা কুইত্রিবা অমেরিকাগী মুপা অমনা কুমহৈ য়েংবা চংমিল্লগদবা মাগী মুপীনা মমুং ফাওনা উবা তপ নপ্পা ফিজোল শেংত্তে অমদি মমায়দা তৈ-য়েক্লুনা কেবা রাংলি হায়বগী শাওবনা টিকেৎ শেগায়রগা ফমত্থনা লৈথোকখি। অমরোমদনা মথোঙনা লম্বী শাংনা লাকপগী রারবী, চোকথববী টকীগী মুপী অমনা হুমাং শৌমনবদগী কাউথোক্লুনা মীমাঙদা মায়থুম খজিক্তং হায়গৎলুবগীদমক মপুংবোইবনা মণ্ডক কক্লুনা হংখি।"

থোইথোইবী অনিমক্তী কা হেনবা লোনচং পামদে, ফত্তে হায়নিংই। অতুব চিন্দগীদি হায়দোক্কে।

মুমিৎ য়াম্না লৈথগ্রে, অনিশুবা গেট ওইনরিবা মীয়াম পুনফম শণ্ডজাউগী উরুম্না মথোয়গী ফমফম অহু য়াম্না ইংথহল্লে। মফম অত্তুদগী মথোয় অহুম তাজমহলদা ওনশিন্দুনা ফমথরকই।

"শকহেনবী মমতাজগী মশক লৌতুনা
হন্না পোক্লুনা ফুরা ওইনা
লেপ্লি অঙকপা তরেংত্তা চন্দুনা
তাকপীগে খন্দুনা মীপুম খুদিংদা
মুংশিবদগী হেনবা লৈতবনি তাইবংদা।"

জুলিনা মচিন্দা অমুম্না শোল্লকপনি।

ফাগিদগী চান-তানা মুম্না তাবম্বা অনিল নোক্কুনা হায়, "তৌরিসিদি করিনো, কবি চংবা ম্নাওনরেনা।"

"অচুদি সম্মেলন অমা পাঙথোকপা হায়রবচুনি।" খোইখোইবী থরাই তানা নোক্লকই।

অনিল চানবা তায়, "ম্না! ম্না! ফজখ্রবা ম্নানি অচুদি, নঙোন্দগী হৌরো।"

"মুপানা হৌদোনি কৈম্নু।" খোইখোইবী থজিক্কং কেথৈ।

অনিল তাজমহলদা মুম্না য়েংলগা ফিভম শেম্লকই, নোককেৎ তৌবকপগা থিবা হৌই,

"উহৌদে চেংলৌ ঐনা নখোয় অনিগী
থঙহৌদে খোয়দানবম্নু ম্নাইবীম্নুংগী
অচুবু ম্নাম্না ফজৈ মমতাজ নংসি
হেন্দোক্না চাউই নিংথৌবেনগী মুংশিবসি
তাক্লি ফুম্নাসিনা মাঙদা লেপ্লিবা
চান্নবীগী শককমচু কাউঙমথিন্নবা।"

খোইখোইবীনা শমথৈ,

"মুংশিবা কৌবা মুংগী অথুপ্পনা
চোংথোরক্কুনা লেপ্লিবনি শক্তম লাংচুনা
থঙহনগে মতাগুম নমু তাইবংদা
থাজবগী লংগুংনা পুন্নরিবশিংদা
য়োক্কুনা থমগনি তৌওম্বা মপুনা
মুংশিবা কৌবচু মাঙহনথিবা লৈত্তনা।"

জুলিগী পালি লাক্লে,

"নোংথেক-নোংলাউগী মীচৈ তা
নোং-মুংশিংকী ইশৌ খাং
মুংশা-উলেনগী চৈনা পু

লৈচিন মৈথুগী চিন্তা থোং
থাবল-লিল্লাগী চিরোন্দা কপ
থাওলি কল্ল ভৌরোক ভৌবী।"

অনিলগী পালি তাবনি, অতুৰ মান্না তুমিন লৈম্রবদা থোইথোইবী শরক শিদনবা হোংনৈ,

"লৈম-নিংথৌশিংগী মুংশিনবা
অতোন-অতাশিংগী চাল্লবা
লৈত-লাইরশিংগী পাম্নবা
লৈশক অমত্তনি মনম মাল্লবা।
থরাইনা চংথিবগী থাইনা মৈচাক
মুংশিবনা ওনথ্রবদা মঙলান মশক
শেংনববদা কিল্লনা পস্থোগী চৈরাক
ভেংথাবদি ওমদনা মীকা কোংনা
থৌনা লৈনা শাহজাহানওমনা,
থাভনবা মাওরি মীওই 'লক্তা
ভবীয় মীন্নামদা নংনা 'মুক্তা।

অনিলগী চিন্দগী অমূক থোরকই, "থওনবগী হৌরককম নক্লবনি
নক্লবগী পোক্লকম থাজবনি
থ'জবগী লাককম মুংশিবনি
মুংশিবগী হৌরককম ফজবনি।"

"থভনবদা' নক্লনি'বা লওজবনি
নক্লবদা থাজবা পঙশিবনি
থাজতুনা মুংশিরুবা রানবনি
মুংশিরুবা ফজবদা কপ্রবনি।" ফজবগী মকম অনিলনা চাউনা পীবকপদা মুল্লা তারগী জুলিনা ভাইওমদনা থংথিবনি।

থোইথোইবীনা রাতেল্লবা হোংনরকই,

"অপাম্বগী ওমথৈ লৈতে
কল্লকপনা মীশক থওদে
মীহৌবস্থ অচুম্বা উদে
ফুংশিবদি মশাগী য়েংদে।"

কংথোকপদা য়্রাংনা থাংগৎনিংবা রাথলনা পুল্লপ পুনশিনখিবগুম মথোয় অহুম অমগা অমগা য়েংনহুনা লৈ। ওাইহাক তুমিন তুমিন লৈনরম্বদগী জুলিনা নিংশিংলকই, "মতমদি আ য়ৌগ্রে। কোটোগী রাহু কমদৌবা৹ তোক্লসিদা। রাধাকুণ্ড, বৃন্দাবন অহুদগী মথুরা৹ মতম্থু নংথিগক্লো?"

"হোয়নহে!" অনিল মড়ীদা পুংশিং য়েংলগা হায়, "পোং-চৈ চিংথবা নিংশিংউ চংলসি।"

মথোয় অহুম তাজমহলদা ওনশিন্দুনা য়ায় ইকাই খুমনা য়েংলয়গা মপান থোয়ক্রে।

লালকিলা মপা য়ৌরকপদা কায় থৌরিবা অনিল তুংগী লৈশাবী অনিদা ওনশিল্লকথি "থোইথোইবী, আগ্রাগী লালকিলাসি চংলুখিসিরো? দিল্লীগীগা ইথেন থেয়দেদা।"

থোইথোইবীনা খুম্লকই, "পুল্লপ য়েংথোকগ্রবদি অমুক লাক্লিংলবোই থরম্থু থাক্লমখিসি।"

"বৃন্দাবন রাধাকুণ্ডম্থু মথংগী ওইনা থম্লসি।" জুলিগী মত পীরকপনি, "চুমজ্রিং মথুরা তম্লসি।"

ট্রঙ্করোদ তাবগা অনিল য়াম্না য়াওনা থৌয়কই। মথুরা লমথাইদা ওাইহাক পল্লে, ইরোই ময়াম্না লম্বী থংতুনা থম্বদগীনি। সরকী নাকল অনিমক্তা পাক-শম্না লৈপ্রিবা লৌবুকী মরক থায়না থাম্লনা তাংজ লিলগী মশক লৌরিবা লম্বী মচাশিংদা খুজং ফুপীশিংনা মকোক্তা সনাবুন পুহুনা পল্লেং পল্লেং চংলি। মথোয়গা থোজাপ মশিং তাম্লরিবা য়াও হামেংশিংগী মরক্তা রাহোংনা

জগোই শারি। নোংচুপ অভিয়াবু খল্লিবা নোংজাবীনা মক্কম শিনবা থুংনা সনা মকুপ চাইথোয়ক্লে। মতম অদুদা অনিলগী কার শ্রীকৃষ্ণ মন্দিরগী অচৌবা খোঙ্গাল য়োরক্লে।

অনিল গাড়ীদগী কুমথবগা মীয়ায় চল্লবা পাওা অমা চেনশিল্লকুনা হায়রৈ, "বাবুজী গাড়ীসি খর চংলগা থাসি, মখা তাবস্নু ঐ চিংজগে। ঐ ইক্ফাল নাগা মপান্দা চহি কুন লৈরম্বনি, শ্রীগোবিন্দগী সেবাদা থরাই য়াওজরম্বনি।"

অনিল মুপা অদুগী রা তায়, অদুবু মথাদি য়াম্মনা হায়খরকপদা থওইখিত্রে, নাম্বোক্লবা উপায় থিরকই, "হা" জী, ঐখোয় অতোপ্পগী মত্তং লৌজররোই। অদোম্না চানবীরবদি ফজরবা খুজি জুরা মবি, য়াহোং মতুগী হুমাই অনি অদুগা অনৌবা ভজন কেসেত্ত মরি লৈবীরম্মু। গাড়ী থাফমদা কোম্না উনরসি।"

মুপা অদু লৈহৌরে। খোঙউপ শেন্দল লৌথোক্লরম্লগা অনিলগী তুং ইন্দুনা জুলি থোইথোইবী কাখংলকই।

শ্রীকৃষ্ণ য়াঙ্গোনকম্নি হায়বা মন্দিবদু ভক্তশিংনা কূক কূক ইম্লরম্লে। মরম চাদবদা হেক্তিন্না থাজবগী হৈনবী লৈতবা অদুম্মক্লা। চপ মান্নবা থনখিবদু উনবগুম তৌই। মপুং ওইবা অচৌবা মন্দিবদা কাখংলক্লে। য়াচংবগী মতম অদুদা মন্দিরগী অহাঙবা চিথেক্তগী মায়কৈ খুদিংদা ওন্দুনা য়েংখিবদা কংশগী লৈবাক অদু মতমগী থাউমৈ মঙালনা য়াম্না নিংখিহল্লে।

য়াধা কৃষ্ণগী মুংশি-মুংওন উংপা ফজরবা মূর্ত্তি অমদি অয়েকপা লাই ময়াম য়েংলুরগা থোইথোইবী তাজমহলদগী হৌরকখিবা মুংশি ঈখিলনা ঈনোং কাখংলকুনা কোক্তোন য়ৌনা হায়গংলকদি। জুলি অমদি অনিলদি ফক্লাংদা ইবা গীতাগী শ্লোক খর পাবা হোংনৈ। ঈশ্বরগী থৌজান্দি লাইবক মত্রগা তাঞ্জা হায়বদুগী মখা পোনপ্রমালি থম্নুরগা থোইথোইবী য়ারোবগী য়াকং

থম্লম্লে, লাপ্লা মথুং লোম্লহনা খুকমজরকই, "হে প্রভু! ঐনা নংবু মুংশিন্ত্রৈ হায়বসি মতং খঙবীয়ু, থোইদোকপা লমনস্থু তাঞ্জরোই।"

থোইথোইবী খঙহৌদনা মিংলুদগী ঈরা শিম্বরকপগা কৌরকই, "জুলি, তামো, কুমথরসি।"

অরাংবা সিড়ীদগী, চিক্ল-চায়নবা ঙমত্রবা মীয়াম মরক্তগী, মথোয অহুম য়াম্লা রানা গাড়ী থাকম য়োনবা লাক্লে। মনা পানবা প্লা'স্তিক থাউ অমা পায়বগা ভাইরম্বা পাওনা হায়রকই, "বাধে, বাধে, বা'বুজী মঙ্গল ওইরবনি। মমল য়াম্লা হোংনা ফংলবনি পোংশিংসি, লুপা চামরিতনি।"

অনিল হিসাব তৌই — লুপা নিফু, নিফু পীবা খুজি জুরা মবিগী লুপা চামা হুম্ফু, হুমাই অনিগী লুপা চামা, কেসেতকী লুপা চামা কুন, অপুনবা লুপা চহুম মবিফু। লুপা চহুম মরিফু পা'ওাগী খুংতা পীরগা লোইশিল্লি, "ম'সি অদো'মগী অরামনস্থু য়াওববনি।"

পাওা শেঙ্গ মুম্লা থিবগা নোক্তুনা হায়, "বাবুজীনা পোংকী মমল ফজনা খঙলে, লুপা তরাদি থোইনা পীবীয়ু।"

গাড়ী মনুংদগী অনিলনা হায়রকই, "নমস্তেজী, ভসিগীদি অ'সিনা যানবসি, কোম্লা অমুক উনবসি।"

অনিল চিল্লবা মীবক্তা গাড়ী তপ্লা তপ্লা থোরক্লে। ভাইহাক লেপ্লা মতাং অমদা মুপী অনিদা ওনশিন্দুনা হায়বকখি, "কেসেত-শিংহু ঐগীনি; অতৈনা নথোয়গীনি।"

লৈশাবী অনিনা খুজিগী ফজবদা থাগংনরকই। জুলিনা হংলকখি, "জুরাদা মমল কয়া কয়া চিংলিবা?"

"নিফু নিফু।" য়াম্লা খঙবা উংতুনা অনিলনা তাক্লকপনি, "মথুরাগী খুজিদি য়াম্নস্থু পাম্নবনি।"

"কনা কনানা পায়রিবা? মমলনা করয়া খঙলুরিবা? জুলি তকখৎলকখি।

অনিল ঙাইহাক ইক আক তৌরম্বদগী খুময়কই, "হেরা ইতৈমা মজুরীগী অমত্তং লৈরকউ হায়বদগী নহান ঐনা মীনা বাজারদগী লৈবদা চুকান্দারনা ভাক্লকপদগী খঙবনি।"

জুলি নোকই, "ঙাঙঙ্ ঙাঙঙ্ লৈতোন্দা শক পান্দবনি। কৈমু কনানমু হায়গদবা লৈতেদা।"

"হাইমা, খুজিগী রারীমু লৈমানি। ঐখোয়বু খঙজবকা য়াদব্রো?" থোইথোইবীনা কামশিল্লকপনি।

অনিল খুমদে, রাফমচু থৈদোকখিবা য়ানবা নমহায়নৈ, "ঈশিং পীরকউ।"

থোইথোইবীনা ইশিংগী বোটল লাল্লগা তকশিল্লি "খুজিগী রাবী ভাক্লরোইদ্রা?"

"মমল য়াম্বা পোং চেকশিন্না লোৎনবনি, তোক্লো থোইথোইবী।" জুলিনা হন্না য়ৈরকই।

"অচুগী রাদি অনিল কৃষ্ণ ভক্তনি," অনিল মকা লামতক নোকই, "চন্দ্রাবলীগী রা রাধাদা তমদে, রুকমীনীগী মরম সত্যভামাদা হায়দে।"

অনিল গাড়ী থোৎনা নোম্বচুনা লৈখ্রে। ফুরিংথাউদগী রুমাল লৌথোক্লুনা মিংতগী শিম্বরকপা পি তৈথোক্লি। লৈশাবী অনি ইঙক ঙক্না য়েংনচুনা লৈরে।

# ১৭

## মীরৈবাক্কী চেক্লা

অথুক্তা অনিলনা থোইথোইবীদা তেলিফোন তৌরকই। পাং কোয়রুসি হায়না হৌরকপদা ইঙক ঙকখি, থল্লুই — 'দিল্লীগী মন্নুংদবু পাং লৈরমগদ্রনে?' থম্না থম্না হোয় হায়দোকখিবনি। অনিল উরগা মুংঙাইজবী থোইথোইবী শেম শাবা লোইহৈনা হায়নখিবা পুংশিং য়েংহৈনা লৈরে।

মুংখিল পুং অনি চপ-চানা অনিলগা জুলিগা থুংলরে। থোইথোইবী হাপকংলগা অনিল মথা মায়গৈ পাংলকই। ফজরবা মুঙজাউ ময়াম চৈখাইহৈনা লৈবা অচৌবা লম্মাং অমদা ফাওহৈনা লাকপদা থোইথোইবী মায়কৈ খুদিং লৈ লৈহৈনা য়েংই। ফনা শাংনা চৌংগী মওং মানবা অরাংবা লমদমগী লম্বী অমদা চংলবা তুংদা থোইথোইবীনা হংখি, "করি পাং কৌবগে? কম্না য়াম্না লাপ্পজাংনো?"

জুলিনা তাকই, "ববথল কৌই, লাপত্রে, হরিয়ানাগী মন্নুং চনবনি। মাঙদা উরিবসি ফরিদাবাদনি, অচৌ অচৌবা উদ্যোগ কারখানাশিংগীদমক শেমগংপা সহরনি; অসিগা নক্করে।

"নংগী অথমবা মফমসিগী মরমদন্থ তাকউদনা।" অনিলনা জুলিদা হায়।

জুলিস্ন তাকে থল্লম্নিবনি, হায়রকই, “অকোয়বদা উরিবা অরাংবা লমদমসি সুরজ কুণ্ড কৌই। মকম অসি ঐ য়াম্না মুংশিজে, মরু ওইনা নোংজুথা অমমুং নিংথমথাদা। মসিনা ঐবু মোরিসসকী সমুদ্রা মপান হেক্তা নিংশিংহল্লি।”

জুলিনা য়াম্না শোম্নবা খোনকমদা লোইশিনখিবত্তু পোক্লকম নিংশিংলকপগী ঈহৌনি হায়বা থোইথোইবী খঙই, অত্তুনা মাম্নু তুমিন লৈরে। অচিকপা য়েংত্নুনা নানশিল্লকখিবা তুম্নিংবনা লৈশাবী অনিবু উইথহল্লে।

“য়োরে, কুনথরে।” অনিলনা খোঙ খীন্দুনা কম্না লাউরকখি, “বরথল পাংকী ফজবা য়েংলো।”

থোইথোইবী মমিং পাংখোরকপদা ইঙাও-ঙাওই। শিং নানবা সরক অমমুং উমং মচা অমা নক্তনা ঈশিংগী শরুক উদে। অনিল কার থানবা কাউন্তরদগী টিকেৎ লৌরগা লৈশাবী অনিবু পাং ময়া য়ৌনা খোঙনা চংনবা মাঙ থাখি।

বরথল য়ৌরে। পাংপান্দা হৌবা উ মথল করা অমদি কোয়রকপশিংনা মুংঙাইনা ফম্বা য়ানবা শেম্বা মকমশিং য়েংবদা তাইবং মীগী খুং য়াম্না চংলবা মকমনি হায়বা খঙই। অত্তুম ওইনমক মহৌশাগী ফিভম ঙাক্না থম্বগী খুদমম্নু লৈতবদি নত্তে।

ওরু ওরুবা তিংথৌ মথক্তা জুলিনা অপাকপা ভৌবোং অমা থাত্তুনা মথোয় অত্তুম কমথরে। থোইথোইবী অচা-অথক্কী থোইদোকপা য়াথল তৌরুদে, অদুবু জুলিনা থাউদগী কাজু বাদাম, চুরমা, অমদি ফ্লাস্কতগী হৈদোরকপা ফঙ ফঙ শারিবা কোফি মাঙদা থমই। অনিলস্নু ঙসিদি তৌরগে য়াওনা বরজর, ক্রিমোল, হোট ফুদেস চোকলেট, মসরুম পীজা, তন্দুর রোতি অমমুং অরেসপুরা বাম্মতিগী দাবা মথং মথং হাংদোরকই। ঙসিদি থোইথোইবী ময়ামত্তু য়েংলগা অরাম্বা ফাওনা মোমোন তৌই,

অহুবু জুলিদি হৈনিংনা উদে। নিংশিংবা অমনা থোকহনবনি হায়বা থঙথ্রবা অনিল মহু তাম্থোকখিনবা হোৎনবদা বাদাম থর লোৎথংলগা লৈথরকপা মুমিংকী মশেক্লা পুমঙাং ঙাংহল্লবা থোইথোইবীগী মায়থোং য়েংলগা হায়, "থোইথোইবী মুম্না য়েংউ, ঐগা জুলিগা কনানা হেন্না ফজ্জে ?"

"এঃ নংবু ফজবোই নিংব্রা ?" থোইথোইবী অঙাং মালহন্দুনা খুমই।

"হায়যুনে মখাহু, ঙারী চবুন ……।"

"অহান্বা।"

"আস, ফৌ শংবাই " ।"

"অখেৎপা।"

"য়াম্না শীথরে, অহুবু ঐনা ফজ্জরমত্রবদি জুলিনা পাম্নমগদ্রা ?"

"হা ইবুঙো, তথেল্লৈ চিল্লগা নাপল তোবা, লৈগী ফজবা য়েংলকপদা নঙোন্দা ওইররবোই নিংলমাল্লে।"

"অহুদি ঐগী শকসি অরায়বা তারে ?"

মথোয় অনি মথোল থোক্লা নোকই, জুলিদি চিনবান্দগী হেনখিদে। থোইথোইবীগী 'তামো' দগী 'নং' না তোয়না মহুৎ শিনখিবগী হৈনবী মতম থবগী মমাঙদগী তাবা ফংখিবনি, ঙসিদি কুংশিল্লক্লি। রাহৈ অসি শিজিন্নবদা মঙোন্দা মুংঙাইবা য়াওরি, মহুগী মরম কবি ওইক্নম থোকই হায়বা জুলিনা খল্লুবনি। রাকমসি অনিলস্থ খনখিদবা নত্তে অদুবু হংনিংবদি পোকখিদে, মাগী রারী চৎথখি, "থোইথোইবী ঐ নংগা লোয়নবা য়াম্না মুংঙাই।"

"থাগৎচরি, ঐনা অমুক হেন্না মুংঙাইজরিবনি হায়বদি খঙবীদব্রা ?"

"করম্না ? থাজ্জদবনা খঙদবগী মতেং পাংলি।"

"রাগী অথুবা মখুন্দা চংবা মুংশিংকী মথোল মুংশিবনি ?"

"অহুগীরাদি, বাঁসি মখোন্দা ঙাওজরিবনি।"

"চুমথাংগী মচু করিনা থোক্কহল্লি, নোংনা নত্রগা মঙালনা ?"

"অনি পুন্নগা।"

"অহুদি ভাঙ্গানা শেম্বা মুংশিবা-অপেনবা, অহুগা ফজবা-খোইদাবা থঙবীরে, থাজবীরো।"

"রাকমহু ঐগা লোয়নবদা ন‍্গী মুংঙাইবগা মবী শমজ্রি।"

"তুমদবা ন‍্বু হৌদোক্লরোই।"

জুলি না থর হায়নিংবগুম উরবমু লৈখোক্লুনা তুম্মিন লৈপ্পবদা থোইখোইবী থৌবা হেনগৎলকপগী মঙংদা মরী হৈরে লৈনদবা রাকম অমদা থংচোং চোংই, "লৈখোমদা ভারবা শমজিগী লৈহাউ খুনগৎতুনা শেংনা চামথোক্লগা নাপদা চিনবগী মহুৎতা পরিজাৎনা শিনগে থনবা অচুম্বা পুকচেল ওইগদ্রা ?"

"ফজবমু, মনমমু পবিজাৎনা হেল্লবদি ?"

"শমজিদা চূহৌবা লৈহাউ মনম পারিজাৎনা কোকহনবা ঙম্মোই।"

"লৈনম অনি চেল্লবা শমজি হেন্না নাপল চাউগনি।"

"মহু কৃষ্ণ ভক্ত ওইবা নখোযগী মতম্নি, রাম ভক্ত ওইবা ঐদি য়াবা ঙমদে।"

"রাবন অমা ইন্নরক্লবনি।"

"কা‍্লক চেনবা অঙাংগুম কাংক্রম চাহ্লনা তোকচনি।"

জুলি অমুক লৈশিল্লকপদা অনিলগী মায়থোং মহৌশাগী মহৌশানি অহুবু থোইখোইবীদি ফাগি য়াওদবা শকফম চেল্লি, চেকশিন্না ঙাঙবা উই। মখোয় অনিগী রারীগী অর্থ কয়া লৌশিন-কমদি থঙদনা মাসু য়াওশিল্লকখি "ফিভম অমসুং তাজাগী রা রায়া পয়খ্রে। অচুম্বনি, পোং খুদিংমক মখোয়গী মথা পোন্না লৈ। মখোয়বু কুপ্পা শেল্লবা মী অশিংবনি। অশংবা উতুপ

ঈশিংদা থাদবদা লুপথিগনি, মতম চুপ্পা ঈরোলজুংদা অতনবা মতৌদা তুমখিগনি, অদুবু কংহল্লগা থাদরবদি হৈনিংনা তাওজনা মশা থিংনা সমুত্র পাংথিগনি।"

থোইথোইবী জুলি রা নৈনৈ, অর্থ ময়ায় ওইরপ চংলি। অনিলস্তু মাগী রাস্থ ফানবা হোংনবদা চাবদা পুক্লিং চংবা শায়। মাগী মতুং ইন্দুনা লৈশাবী অনিস্তু অপাম্বা মথেল খন্দুনা চাবদা লুপ্লে। থোইথোইবীদা পিকনিক্কী অশেংবা নুংঙাইবা ফাওরি। অনিল জুলিগী রা থাদোকখিবগা থংহায় হায়বকই, "থোইথোইবী কুমসিগী মেরা পুনিমা হৌখ্রবস্ত নোংমৈ অমুকস্তু লাকনি।"

"লাকনি, হিয়াঙ্গৈগী, শজিবুগী, থা খুদিংগী। অদুবু মুখংপা ওমত্রবা কাওমৈগী মৈথুনা কুপতুনা থমগ্রবা থম্মোইগী লৈকোল অমদা অনৌবা পুর্নিমাগী থাবলনা কৈদৌনগনি?"

অনিলনা ঙাঙথোরকপা খোনকমদা থোইথোইবী ওকশোইমক শোইদনা কাশ্মীরদা পাম্মুবগা শেংনতুনা মুংশি লায়মন পুরি হায়বগী থাজবদা মুক্ষম ওই হায়বা জুলি খঙই। অদুগা থোইথোইবীনস্তু মথোয় অনিনা অচুম থনগ্লে খঙবদগী কোচি থাংলিবনি।

থোইথোইবীগী পাউথুমগী লীখুন লীদুনা অনিল থুম্নকখি

"কাওমৈদু মুখংসি, লৈকোলগী লৈরাংশিংনা মনিং তম্মা ফুগাইনা শাংপা ঊনববা। লৈকোল য়োৌবা লম্বী তাকউ।"

"য়োৌবা ওয়্যোই, য়াম্না পিকপা, থুদোংথিবা লম্বীনি। সহরগী ফজরবা, পাক্লবা লম্বীগুম্বা নত্তে। ওক্রবা উমংগী উমানা কুপতুনা লম্মাংনরবা মী অনতং ওইরবস্তু কন্নবা লোৎতুনা লৈজবনি।"

তুংদা মী থরগী খোঞ্জেয়া নিল্লকপদা জুলিনা য়েংখি। মপা অদোমদা মথোয় অনিস্তু য়েংলুরে। পংলাপ লাপ্তুনা অভৌবা কুর্তা-পাইজামা শেংপা অহল তরামুক্রা কোরশিল্লবা পণ্ডিত অমনা

অকংবা শীঙকক মপৈ অমা মৈ থাগৎপা হোৎনরি। চেং-থোইদিং অমদি পিণ্ডগী পোৎলম অতুনা করিগুম্বা যজ্ঞ অমা পাঙথোকপগী মওং তাকই। মথোয় অহুম পণ্ডিতনা চাকথৎলকপা মৈদা চেং-থোইদিং লংশিন্দুনা মন্ত্র থীবা য়েংছুনা লৈরে। ঙাইহাক লৈরগা মুপা অমা রাইমুগী মওং মানবা মথোঙ য়াম্না শাংবা অশিবা উচেক অনি থাউ মন্নুংদগী লোৎথোরক্তুনা মৈথক্তা থমখ্রে। মথোর পুম্নমক থব হন্দোক্লগা কম্লি, শীঙ মৈবি লুম্না চাকথৎলকই।

মরম থওনিংবনা অনিল কমতুনা লৈবা ঙম্লকত্রে, মথুং শে দোক্লগা ফিঙৌ শেংপা অহলশিংতুগী মনাক য়ৌনা চংথি। মথোয়গা ফনা কুইনা রাবী শাম্নরুববা তুংদা অনিল হম্লক্তুনা কম্লবে। মাগী মতৌগুম মবম থওনিংবী লৈশাবী অনিদা ওনশিন্দুনা তাকপা হৌরকই, "অহলশিংসি সমাজ সেবক ঙাক্তনি, মথোয় উচেক অনি সংস্কার তৌবা ওইরম্লে। নথোয়স্থু তাবদা ঙক্লমগনি। উচেক অনিচু মীবৈবাক্তগীনি, সাইবেরিয়াদগী নিংথমথা লেম্নবা পাং অসিদা শাইদাংবা লাকথিবনি, রানা পাইরকথিবনি। লাইবক থিবদি মথোয়গী কায়দো.কম কত্তবা অমদি সহরগী মুংশিং ফংবনা মুমিং মঙানিগী মমাঙদগী নারকপা থেংনথি। শা-উচেক লায়েংশঙদা পুতুনা লায়কম্নবা হোৎনরুবনি, অতুবু অরেম্বা তাখ্রে। বিদেশী ওইরবা, লাপ্নবা মফমদগী লাকপা জীবশিংবু মুংশিবা অমদি ইকাই খুম্নবা উৎতুনা লমদম অসিগী ধর্ম্মগী হৌনবীদা ময়ামম্লিনা মথৌ-মঙম পাঙথোকপীবগী থবক্তি তৌরিবসি।"

অনিলগী রা ভারগা জুলি অম্নুম অম্নুম নোম্ছথি অমম্নুং রুমালনা মপি ভৈথোকপা উরে। অহলশিং অতুদা ইকাই খুম্নবা উৎতুনা লাপ্না য়েংলগা অনিলদা হংলকখি, "ময়াম অসিদা লুপা লিশিং অনিদং দান তৌজবা যারোইত্রা?"

"য়াকম থোকই," অনিলগী মত পী, "মথোয়গী থবকপু অপেনবা, থাগৎপা ফোংদোকপনি।"

মুপী অনি কোল-লিক লোয়শিন্দুনা মথুং শেংদোকপা লোইরে।

অনিল লুপা লিশিং অনি জুলিগী খুৎতগী লোয়রগা অহলশিংগী নাক্তা চৎখি। য়ানগ্রে, মানা অহল অমগী খুৎতা শেল পীরগা মৈতৈগী চৎনবীদা নোম্বতুনা খুরুমখিবনি। মতুদা অহলশিং অতুনা দানগী মতিক শরুক চামদা হেনগৎহন্দুনা মুংঙাইবা ফোংদোক্লে, মুংশিবা উৎলি। পাংকী অকোয়বদা কন্নিবা, লেপ্পিবা অমদি চৎলিবা মী পুন্নমক্তা তৌনরিবা থবক্তু ওক্লা য়েংনৈ।

উচেক অনিগী সংস্কার লোইতুনা ফিঙৌ শেৎপা অহলশিং হয়্ংগ্রে। জুলিগী মুংঙাইতবদি মাঙহনখিবা ওমদনা লৈহৌরি। মাগী মতৌ য়েংলগা থোইথোইবীসু মমিংতা ঈরা চেল্লি। ফিভম অতু শাংথহনবা অনিলনা পামদে, অনিগী অৱাবা তাম্মোকখিনবা হৌরকই, "মীমুংশিদগী ধর্ম্ম পুন্নমক হৌরকপনি। অসুম্না হৌজিকী মালেমগী মীরক্তা অকবা সামারিটানশিংবু কৌথোকপগী মতম হেল্লবনি।"

"অনৈবনা মতাইদা, অরুবনা ময়ায়দা লৈবা পুম্রিগা পাংথক ওইরবা মতমসিগী ধর্ম্মগী তোর্ব্বান্দা লেপ্পা থৌরাংলবা মীনা করম্বা ঈশিং থক্কদৌরি? হে প্রভু! নংদি পুন্নমকপু উরমগনিকো!" জুলি মমিং অনি উইশিন্দুনা লৈখ্রে।

অফবা মরুপকী সঙ্গনা পুক্লিংগী অৱাবা অমসুং হৈনিংদবা কোকহল্লি। মুংশিনবগী সঙ্গদা লোল, লম অমদি চৎনবীগী ওমখৈ মাঙহল্লি। জুলি মীরৈবাক মচানি হায়বা অয়াম্বা মতমদা কাউথ্রবনি, অতুবু ওসি কুমিদাংৱাই পাৎপান অসিদা উচেক অনিগী রাহৌনা পোক্লকম মোরিসসবু কল্লা নিংশিংহনবতা নত্তনা মমা-মপানা মিৎমাঙদা লেপ্পরে। ভাঙনিং-শক্লিংবা পুন্নমক মাঙখিদুনা তুমিন লৈনিংলি।

থোইথোইবীনা তুমিন লৈথিবগী মতমদি তোঙাল্লি। অনিল অমদি জুলি অনিমক্কী থম্মোই থোং-নৌই, মীমুংশিনা থল্লি হায়বা মানা অপুম অস্থুম ময়েক শেংনা থঙলকপনি। তমথোকখিদবা খুজিগী রাকমদা অনিল লোংপা ওমদনা কপখি, অদুগা ওসিনা মীরৈবাক্কী উচেক অনিগীদমক জুলিনা মপি শিন্থুরি। অদুবু ওসি ফাওবদা মশাগী মুংগী ওইবা অরাবা অনিলগা শোরুবা রাহৈগী লান্দা থর থব উংপা নত্তনা মিংকী পিনা ময়েক শেংদোকহনবদি য়াওখিদ্রি। জুলিগী অরাবা নমথগে থন্দুনা থোইথোইবী হায়রকখি, "ঐ নোংমা জুলিগা মোরিসস চংকদোবি থল্লুবগা য়াম্না হরাওই, মুমিংতু লাপহল্লিংদ্রে।"

জুলি মঙক নোনথংলকই, তপ্না হায়, "ঐসু মুমিংতু য়াম্না থুনা লাকহল্লিংলে।"

মথোয় অনি কবম্না মতমদা ভাঙনখিবনো হায়বা অনিল কম্না নিংশিংবদা ম'য় পাকত্রে, হংবসু পামখিদে।

জুলি শমথৈ, "ঐগী অনৌবা ইমুংগী মরুপ ওইরখিনি থল্লুবগীসু মুংঙাইহন্ত্রে।"

"নথোয়গী অনৌবা ইমুংহুদা ঐদি হৌজিক্কীবু লাল্লিংবনা খোঙ থাংগংলবনি, তাম্হোকপীরকপা য়াওনরকত্রা হায়বসু কিজরিবা।"

থোইথোইবীনা মাবু পকশিল্লক্লে থঙহুনা অনিলনা হায়খি, "অদু ওইরবদি তাংকী মবুং ওইবেদনা।"

থোইথোইবী মায়থোং শিন থুংনা, মথোন্দি থোক্তনা, লৈথোক্লগা তপ্না নোকই। অনিলদা হংবগুম হায়, "মপু ওইনিংবা মীওইবনা মশাগী পোৎপুম্ন মশক থঙনদবসি কোঙ্গায়নি। অদুগা, ঐগী মীগী পল শাবদা থরাই য়াম্না য়াওনম্লেদা।"

"তৌওবা মপুগী শাম্নবুংদা মপু পান্দবা পোৎয়াম অমা চাইথাইদুনা মুম্নহনবদগীনি।" অনিলগী পাউথুমনি।

"অদুদি কনাদগী থঙই ?"

"নংনা হায়, জুলিনসু ভগ্নী, ইশানসু তাকই।"

"করম্না ?"

"নংসু, মাসু, ঐসু অপান্ববু তাল্লি, ফজবা মুংঙাইবগী মপূ ওইনিংই।"

"পাউথুমদু ঐগী রাহংদা হল্লিল্লে।"

"হল্লিল্লকনি, অউঙবা সংসার অসিদা অরোইবা পাউথুম রাহংদা হল্লিলকফম থোকই।"

"অদুদি নংগী পাউথুমগীদমক ঐগী রাহং, ঐগী রাহংদা নংগী প'উথুমগী কান্নবা করি লৈরি ?"

"সমুদ্র লান্না লমশাং পাইবা উচেক্না ঈথংকী উপান্দা তোংদুনা ঙাইহাক পোংথাবা ফংবগী মুংঙাইববু কাউফম থোকপ্রা ? কান্নফম লৈতে হায়গেবা ? অদুগা ঙাইহাক অরা পোংথাফম অদুবু পম্বুংফম য়োরবনি হায়বদি য়ারিব্রদো ? অশেংবা পাউথুম তানব লুবনি।"

"তোকপীরোবা খিত্তা", জুলিনা লাউবকই, "সমুদ্র-ঈথং, পাইবা-থোংপা।"

চিনলান থালানগী রারীত্ত ঙাকপীয়ু হায়জবগুম থোইথোইবীনা জুলিদা য়েংলকখি। অনিল হৌগংতুনা পাংকী লৈরায় নক্না চংগ্রে, লৈশাবী অনিবু কৌরকই, "লাও, পাংয়ায় য়োনাহিসি হোল্লুসি।"

জুলি হৌগংতুনা চংগ্রে, অদুবু থোইথোইবীদি থাউদগী কেমেবা লৌথোক্তুনা লৈথরগা হায়রকখি, "ঐ ফোটো নম্বগী থবক্তু ওইনা তৌরগে। কাশ্মীরগী দল পাংতা হিদগী ওন্থতুনা ঈয়ায়দা তাশিনবদগী হিগী থবকসি পুম্নপেন পেনথ্রবনি।"

থোইথোইবীগীদু কদাই ফাওবা চুম্বনো হায়বদুদি মশা থক্তুং থগুজবনি।

পাখং লৈশাবী অনিনা ফজরবা পাংকী ঈয়ায়রোমদা হোন্দোকখিবগা খোইখোইবী মুঙ মচা অমা খুন্দুনা ঈশিংদা পান্দম য়াওদনা লংখরুই। মহুদগী হৌরকখিবা ইপোয়া মাবু করম্বা মকম য়োনবা পুখ্রিবনো হায়বসু মথন্তা খঙজবনি। মানা লেপ্লিবা মকমহু ঙাইহাক কাউরুরবা তুংদা মায়োক্লবা উপালদা তোংলিবা উচেক অনি য়েংলগা মচিন্দা শোল্লকখি।

—"পাইবা তন্বীখি মপীনা শাগন নৌরিবা চেক্লা'চাবু
খল্লুদবনা পাইথিগনি নোংমা খাদোক্লম্লগা মশাবু
য়েংহুনা লৈহৌই মপীদো খায়না মৈচাক পুহনা
নোক্লা পাইখি চেক্লা'চা হিংনবনি হায়হুনা।
পাইমিন্নরকখি চেক্লা অনি পূন্সি খোঙলোয় শেমহুনা
নোংদোন খেৎলবা চীংদোন মশীং খীঙমদনা লান্দুনা,
লমলানবা উপাল-বাপালদা য়ারেকফম থিমিন্না
লেনমিন্নখি উহৈ অমা মচেং মচেৎ চামিন্না।
শাখপ তোয়রকখি উনরখিনি খন্না নিংথমথানা লোয়বদা
শান্নরখিন্নি শোইদনা হায়রম্বনি মরমদমগী মপীজাশিংদা
ও! ফন্দোক্লরোইদো! ফজরবা শাগন অনি অমুক হন্না
কুপশ্রবদা মতম চুপ্পা অমম্বা কৌবা লাংনা।"

খোইখোইবীগী ফোটো অহুম নমখ্রবা তুংদা পাখং লৈশাবী অনি কংফান্দা অমুক কাখংলক্লে। অয়ুক্কী হৌজিক ফাওবা মতেক মতেক নত্রগা অশেম্বা মীনোক নত্তনা মখোয় অহুম পুম্না খম্মোই মকা লাম্না নোকমিন্নবদি ঙম্মরকত্রি। জুলিদা লাকখিবা নিংশিংবগী মমিনা অনিবুসু নল্লখিবনি। কুংশুক-মুংজানবা নত্রবসু হৈনিংদবা মতৌ অমদি চেন্নহুনা লৈরে, খঙনরবসু মহু কোকহম্নবা হ্রোংনরুবদা মায় পাকপা ঙমদবগী অরাবনা হেন্নহুম চাউখংহল্লে, নোং মংবা মুঙিৎকুম ইফক ফকচিনবগী মতৌনি। মসিগী মথক্তা

খঙদোক্লবা মুংগী চিন্তা অমমমস্থ লোয়নরি হায়বা উনরি। হংনবগী মহুৎতা রাখলনা লামহুনা পুথোক্লবা হোৎনবা মথোর অহুম্মক লেপত্রিবনি। নক্লবা মরুপশিংদস্থ অসিগুম্বসি লৈনরম্ফম থোকই, মরমদি নোংমা ফাদোক চফু উয়ানস্থ কেৎনৈ হায়নবা লৈরিবনি। অস্থুম্না তমথোক্লত্রবা অরাবা খঙদোকপগী মহৈদা থর হেন্না থরাই য়াওবী থোইথোইবী হৌরকখি, "পুক্লিং রাথলগী মমি মায়থোংদা তায় হায়নৈ।"

"হায়নবা নত্তে, চুম্লিবনি।" অনিল থোইথোইবীদা ওক্তক য়েংলকই, "অহু করি তৌরবা ?"

"অহুনা চুম্নবদি ত'মোনা মুংঙাইতবা অমা লোয়নরি, জুলিনা অরাবা পুরি।"

"নংস্থ পেন্দবা অমা ফুম্লি।"

"ঐগীদি শোয়রম্বা য়াই।"

"পৃথিবীনা নথন্তবু চিংশিন্দুনা লৈবা মতমদা অহুম্না হায়জৌ।"

"অহুগীবুদি, অরেঙৈ-অথম লৈত্রবা শুন্দ্রংনা ঐথোয় পুম্নমকী থক্ত' অচান-মীরাই নাইদনা কুপতুনা লৈ হায়বা ঐস্থ য়াজে।"

"অহু ওইরবদি মরম পুথোক্লসি।"

"মতিক চাবা প্রমান্দা রায়েনগী য়ুম্ফম ওই, ভাবনা শাবা চংনদে।"

"য়ারবনি। ঐনা নংগী, নংনা জুলিগী, জুলিনা ঐগী।"

"অহুদি হৌরসি।" থোইথোইবীনা তকশিল্লি, "ঐগী পেন্দবা করিনো ?"

"ঐথোয়না পাম্বা থবক অমা লৈরে হায়না লৌরসি।" অনিলগী পালি হৌই।

"হোয়, লৈরে।"

"মহুবু পাঙথোকপা ওম্বগী রাংমদা লৈগ্রবদি ?"

"খোইরাংই।"

"ঙমগনি থন্না পাঙথোক্লবা হোংনবদা থিংলবদি?"

"শাগুনিংঈ।"

"অয়েংপা পীরবদি?"

"থম্মোই য়ায়।"

"অচুম-অরান খিদনা নমথবীববদি?"

"পেন্দে।"

"অহুনি নংনা ফুম্লিবা, তামোগী থোৌদাদগী ঐস্থু শোক্লা পেন্দ্রিবা।"

"ঐ য়ানিংদে, নংনা ঐবু নমথবা লৈখিদ্রে।"

"অহুদি মীনম্বনি, হায়শিন্নবনি।"

"অশেংবনি নংনা ঐগী মরমদা করিস্থু থওদে। অখিংবা অয়েংপা অমদি নমথবা অমত্তা তৌখিবা লৈতে। নংগীদি শুপ্নতগী ঐবু উহনবনি, ঙমহনবনি, অমম্ভুং থওহনবনি। ঐনা নংবু থাগংফম খোকই, পেন্দে হায়বহু লানগনি।"

"নংগী মিংয়েংহু শোয়রে, অথাপ্পগী চাংদোনগা অতিযাগা শম্না উরে। ঐবু নংনা পেনফম থোক্তে।"

"মউ মকা চুম্না, চাউনা হৌনবা উগী মশা থায়, মহৈ-মরোং চুম্নবা ফৌবু উকায় তকথায়। মথক থোংবশিংনা মথা-তাবশিংবু য়াবক-য়াতেম্না স্থুংশিবগীনি, ফহম্লিংবগীনি, নংগী অরানবা লৈতে।"

"হৌজিক্কি নস্থু য়ারে, নংনা পেন্দবা মাঙহনবা ঙমদ্রে। অহুবু নংগী পেন্দবগী মরম ঐনা হংখিদ্রে, হংবস্থু তৌরোই।"

"খুংনা লাম্বা ফংবদা কৈয়াক শিজিন্নবা য়ামথনি।"

"ফংনবা লামজরগে ইথন্তা, পেন্দবহুতং মাঙহনথ্রো।"

"ঐনা মাঙহন্নবা হোংনবদা নংনা য়াইখোকপ্রবদি কমদৌনি?"

"নংবু পেলহন্নবা হোংনবনা ঐগী পুন্সিগী থৌদাংনি লৌরগনি। মন্থু অরাইমন্নি।"

"শোয়ন্ত্রেকো?"

"রাশক্লবনি।"

অচৌবা শনত্তায়নি। মায়পাকপগী মীনোক অমা থোইথোইবীনা নোকখি। অনিলস্থু মঙোন্দা হন্নাওনা য়েংই। মথোয় অনিগী মরোল কানবা হোংনবদা ওক্লা য়েংলিবী জুলিদা থোইথোইবীনা ওনশিল্লি, "অদোমগী অন্নাবা হায়জরগে।"

"ঐদি থোইনা লৈতব্রা খল্লি, অতুবু উরবদি হায়ন্নু।"

"তামো অনিল।"

"এ! করম্না?"

"অহানবদা মাগী য়েথোকপগী হৈনবী।"

"খুং অনিনা চথোম হুক্লদে ঐস্থু খঙই।"

"অতোপ্পা মরম অমস্থু লৈরি।"

"নেগেতিভ মার্কিং লৈবনি, চেকশিল্লু।"

"তামোনা অতোপ্পা মুপীগা লোয়নবা।"

"ঐ মতুমদি খঙদে, তশেংনা মাগী অতুগুম্বা সঙ্গ লৈত্রা হায়বতু মঙোন্দা হংলবদি ঐগীদমক নংনা পীবা পাউখুম চুম্না থোরকপস্থু য়ায়।"

"ঐ হংলরোই, ঐনা মুপী ওইরুবনা খঙবনি। ঐগী থবক লোয়রে। হৌজিক্তি অদোমগী পালি থোক্লে।"

জুলি মাঙলোমদা হাইথরকপা শম মথুংনা থোমগংলি। থোইথোইবীগী রাকমদা ইচং থৌনা য়ানিংদবা উংপা ওমদে। অনিলদি কন্না য়ানিংদে, লাউরকখি, "থোইথোইবী! হিগাইরাহু কনাদগী তমলুই?"

"থোইথোইবীনা নোক্তুনা খুম্লকখি, "রায় পীগ্রে, অপিল কে'ম্না চংনসি। হৌজিক জুলিগী রা তাসি।"

জুলি লৈথোকপা যাদবগী মণ্ড'দা যাম্না লূম্না হায়রকই, "অনিলগী মুংঙ'ইতবগী মবমদি জুলিনি।"

থোইথোইবী অমদি অনিলগী চিন্দগী মতম অমত্তদা নোকপগী খোঞ্জেলগা লোযননা খে'কখি, "কবম্না ?"

"থাদোকপা ঙমদবগী।"

"প্রমাম্না যুক্ষম ওইহল্লু।" অনিলগী অকনবা দাবীনি।

"মথ'গী তারিখতা, মবী লৈনবা চে-চাং পুথোক্লগে।" জুলিনা মথা তাবক্তনবা যেংখি।

মুংশিংনা সভা কাযনবগী পাউ লাউথোকখিবদা উনাশিংনা রা রা খুবাক খুত্তুনা নিম্লবকই। পাংকী ঈথক ঈ'পোম্না লৈরাযদা যৈত্তুনা কাইনবা যাওবকখি। মমশিল্লক্লবা অতিয়াদা জুলি অমুক্তং যেংলম্লগা নাপী মথক্কী ভোবোং ফিদা চিংথংগ্রে; কার থাক্মলোমদা মানা ম'ঙ চিংত্তুনা চংপা হৌই।

# ১৮

## খোয়োল হাওবসু অসুম্না লেনখি.

খিরকউ অমুক্তদি ঐবু
ঐনা থিবগুম নংবু।

লুর' লাইজ ঈরোলমুংদা
ৱাংল' লোইবী চীংশাংদা
কল্ল' নোংলৈগী শাফুদা
ইংল' উলেন মরক্তা
নাপল থোইনা কাফৈনা
লুরেন ৱাংনা চৎফৈনা

মশীং লাকওমদা লুপ্পক্লে
হুমাংনা তংতনা চামথোক্লে
মায়রোং কুইনা য়ারক্লে
য়াথৈ নিক্না থাঙলক্লে,
থাঙবা কনবা হকচাংনি
হনবা হৈত্রবা থৌনানি,

নংগী থোঙ্গুন লীবদা
পাম্মু লথ্বী য়েংবদা।

মায়খিরেদো অহুবু নিংশিংবগী চৈথেংসিদা
হিকথরেদো তমথিনা কাউওমদবগী লম্বেলসিদা
চংলবদা পুক্নুনা পুন্সিসিমগী লাইমনসি
মুৎওমদনা চাক্লবদা থম্মোইম্নুংদা মৈচাকসি।

ভাংলৌ লৈনা থেংলক্লগা
অচিকপা মানা হেল্লক্লগা
উক্লরগা থাবল ঈপোম
ময়েররগা মালং শহুম

পুবীখ্রে পুক্লিংবু লাপ্পা
ভুম্নিংবা কৌবদগী নাথৈনা
উননিংবগী অকনবা ঈথৌনা,
ঐগী থবাই ওইখ্রবীহবু
লমদম তাম্না লৈখ্রবীহবু।

ও! করি ইরাল লঙজকহনা
অস্থুম্না ওংলিবনো অরেপ্পা লৈতনা,
পুন্দুনা ঙকশমদা মুংশি খৌরীনা
হোইহনা নমদা পান্মু শাক্তৈনা
পুবীরে থরাইসিবু মঙলান্দা
তামখ্রবী মাগী মফমদা।

চেল্লি মুংশি ঈচেলসি হঙ্গৎনা
অঙাং ওইরিঙৈ তোরৈহ তম্না
শঙমিন্নফম অঙাংবা মচু রা ঙশঙদা
শান্নখিবহ মুংশি রারী থাবল চোংফমদা
য়োরুই লমদাংহন্নু ঈরৈ চেল্লবা
শাউমেন্নখিফম নোংরেন খুৎপায় চেৎনবা।

ঙমদ্রে কুপখিবা মতমগী লারোই
ঙমদ্রে থনখিবা লাপ্প ফিজংনা
অহুঙৈগী শকফমহ নিংথিবী
নকুরিঙৈ মতৌহ তথকপী
মেংদা শানা ময়েংবীদো
হায়নিং হায়নিং হায়দবীদো।

খোংগংলুরে লৈচিনথক্তা পোংলুমসে পুখিনবা
য়াচংলুরে মালংদা অয়াবসি হুমখিনবা
লেপলুরে ভোর্য়ান্দা মৈচাকসিবু মুথংনবা
খিরুরে নশৈ চাকফম নিংশিংবসি চাকখিনবা।
ভেংথা ইশৈ শকমিন্নরে অশুকপদা ভাম্নাগা
অহিং কয়া পাইমিন্নরে পন্থ্ং নাইদ তন্দনগা,
কাউখিনবা শক্তমসি ঐবু তংতনা ওংলিবা
হুন্দোকখিনবা থৌজানসি নংনা অশ্রুম উংলম্বা।
উকবনি ঐনা ন বু লায়মন মশক থগুনবা
নিরুবনি মুংশি-মৈহুম থম্মোই অসি চুনবা
তমলুরে ঈথৌ লাংবা মিংলু লাইজ কংদনবা
থুংহোবে কায়নবদি পুন্সি চুপ্পা য়াজনবা।
লেনবা ভাবে মপোকসিমদি নংতবু শোন্দুনা
মুংশিবসি কবিনো নঙোন্দগী তমখিবনা।

লোক্তাক পাংকী ঈয়ায়দা, নাইভোম তাওবা ফুমগী মথক্তা শাবা অপিকপা থাংপোক অমগী মম্নাঙদা ফমহুদা মুংশি থম্মোই কায়না ভেংথারি। পিনা থ্ম্নবা মিং অনিনা অরুবা লাঈজ-ঈপাক লাম্না য়েংবদি লেপ্তে, য়াশি লাকখিনি য়াথন্দনি। য়াশি লাকত্রি-ফাওনা শঙ অসি থাদোক্লরোই লেপথ্রবনি।

মতম কুইনা মংলম্বা নোংনা অথাকপা লৈতনা হৈথগ্রবা তুংদা অভিয়া মকোয় পুমশেং শেংলে, শংবান্নবা মচুনা শনখ্রে। মালেমস্তু শংলেন মচুনা কুপথ্রবনি। অহবু, ঈমায় চোল্লবা লোক্তাক্তি অপাকপা মিংশেলগী মশক লৌহুনা মশেক-মঙাম্না পুল্লং লংলবদা থরো থম্বাল নাপল থাদোকুনা লুফেং লুফেং থাগুনরে।

কোকথক্তগী খনবীনবা লৈত্রবা মুমিংকী মঙালনা য়েবদা লুম্বু লুম্বু শারবা ঈমায়দা মশা য়াম্না য়াংনা হি অমা লাকপা উই। নাইতোম তোংলকপা হিরোয়চু মুপীনি, অস্থুম অস্থুম নকশিল্লকপগা মাগী মশকম্ব শেংনা উরক্লে, য়াশিনি। হিচু শঙলোমদা তম্লক্লি। মুংশি হরাও-মুংঙাইবনা তুজুংখ্রে। অচুবু ঈখৌলাংবগী মফম ওইনবনা কনশিনথিবদগী মুংশি ফমফমদগী লেঙদে। মুংশিবু উবদা য়াশি হরাওবনা তৌফম থঙখিত্রবগী মওংদা অয়াপ্পদগী মথুং অনি তিংথোরকই, চিংথংপীরো হায়রনি। মুংশিনা হম্না য়েংলকত্রবদা থম্মোই শোক্লা কৌরকই, "শাবী ইবুঙো মুংশিবা, থংলেন মাঞ্জ পাম্মুবা, মচিঞ্জাক খিবা উমাইবীগী মতৌগুম্ন ঐগী থয়াইনা নংবু মালেমগী কাচিন-কোয়া থুংনা থীরকপনি। লাও, ঐবু চিংথংলো।"

মুংশি ওইনবনা ফারবা খুং তপ্প' তপ্পা তিংথোকলুই। নৌরবী মুজাগী খুংনা চেংনা পায়তুনা ফুমথক্তা চোংথংলকপগা মুংশিগী মথামুংদা চংবনা হানখ্রে। মিংলু অনিদগী ইঙা ঈহৌরকপনা মুংশিগী থবাক ঈচাওরবদা হিক্লা হিক্লা কপ্লিবী চায়বীবু মকোক্তা মথুংনা তপ্পা নানবা হৌরকই, ওইনবা মাঙথরে। মুংগী য়াহৈ চিন্দগী থোকহনবা ঙমখিদ্রে, থম্মোইমুংদগী মৈহৌরকপা য়াকং ময়াম ফাথনবা মথা চিক্তুনা থাঙলিবনি। য়াশি নিঙোলগী চরৈ মচিনা পাম্মুবগী মিংলুদগী অতং অথম লৈতনা শিস্থরকপা পিগী ঈহৌ তপ্পা তপ্পা তৈথোক্লগা হিক্লা হিক্লা হায়রকই, "করিগী অচুক য়াম্না য়ারৌরি? ঐস্ত থঙই, নং লৈফম থঙদনা য়ারমগনি, হায়ফম থঙদনা চাক্লমগনি। ঐনা চাকপগুম চাক্লমগনি, ঐনা কপ্পগুম কপ্পমগনি। নংগী মনাক্তা লৈনিংবনা, নংগী নশক উনিংবনা অঙাওবীগুম থাঙখিবনি। থোৎতুনা থাঙখিবা থোঙনা নাম্মোক্লবা লমজিংবীবা ঙমখিদ্রবদা শিরগে থল্লুই, অচুবু নংগীদমক থল্লুরগা

হিংজুনা লাক্লি। মুংশিবা, ঐবু খজুক ৱারৌরিবা করিগীনো ?"

মুংশি মুংগী ৱাকৎ লোইজ্রি, লুম্না ঙাঙই, "মতম পুম্বা নংবু নখোঙ পুন্দুনা থমখিত্রা, নচিন মেন্দুনা লৈহনত্রা ? হৌজিক্তি করম্না লাক্লিবা ?"

"চুম্মী মতম লৈখি, ঙাম্লাম্নু ফংখি, খুরৌ খোকপা হোৎনখিবনি।" রাশিনা শেংদোকুনা খেমজিল্লি, "তাম্লা ঙাইবা ৱারক্লে, থম্লাইনা নংবু থীরক্লবনি।"

"করিগী থীরিবা ?"

"অহুম্না হায়গন্নু, নংনা ঐগী অম্লাবগী চাং খঙদবা মাল্লি। ঐগী পিসি নখুৎনা অমুক্কুদি তৈথোকপীখো।"

রাশিগী ম'য়থোং মু‚শিগী মথাম্নুংদা অমুকম্ম লোৎত্রে। শেন্নবীত্রবা শম্লাংনা মথোয় অনিমক পুয়োমখ্রে। মুংশিগী থম্মোই মহী চেল্লে, রাশিগী চেংলো মায়থোং মথুং অনিনা থাঙ্গৎলি, মুম্না য়েংলগা হায়রকই, "য়ে'উ, ঐগী থাংপোকসি মুংশিত্রা ? ঐনা হৈত হৈত য়াম্না রানা শাবনি। পল্লেপফম খঙদবা ফুমথকসিদা মানা ঐগী চংজ্রফম্ন' মুংশিংনা পুবা মাযগৈদা মাস্থ ঐস্থ অস্লুম চৎলি। নোংমনা নোংচুপ্পা, নো‚মনা অল্লাংদা, মথাদা, নোংপোক্তা ওম্লিংবা মায়গৈদা ওল্লি ঐ করিমত্তা মুংঙাইতবা তৌদে। মরমদি, মাগী মরুম খুপ্পা ঐ ন‚গী মুংশি মৈচাক থাঙলি, অহুগা নংবু ঙাইরিবা ঐনা লাকদবা মায়গৈস্থ খঙদনা য়েংবদা চোকথম্লবা ঐগী মিংনি।"

"মুংশিবা ঐগীদি কনাদা ওইগনি চংজ্রফম, নথাম্নুংদা নত্তনা। কোনশিনবীম্নু ঐবু চেংনা মৈচাক পুম্বা মুথংপীহুনা।" রাশিগী পি লেপ্তনা শিন্থরি।

মুংশিনা রাশিগী কোক্তা অমুকম্ন তপ্পা তপ্পা নাম্লগা হায়, "চাম্নবী, থম্লাইগীম্নু থম্লাই ওইবী, তোক্লসি কপ্পা, পিগী মমল লৈরকত্রে। সে ঙাইহক্তং ফম্মু, ঙসিদি পুকমেন-পাউমেম্লখিসি।"

বাশি তপ্পা ফমথবগা নুংশিদা চাক্লা ঙেই। ফুমগী চিদাইদা শাংপা কক্লা মপান অমা থংলুহনা নুংশিনা য়াশিগী নাপদা থেংপীরে. পমশা মচিনা মাগী চোংলবা থজাই অনিবু কংনা তৈথোকপীরগা হাযবকখি, "পুন্সিবু থ্বাইনা অয়াবা শংবাই মুংঙাইবা লাইতং হাযনৈ, অহুবু ঐগীদমক্তদি নুংঙাইবসি মেরুক অমম্ম ফাদে। মহুম্ম নংথক্তনা পীবীখিবনি। নংগী আশাদা ঐ চাউবকই, নংগী মঙলান ইপাক্তা তাওবকই, নংগী য়াথন্দা হিংবা তম্রকখি। নং ঐগীনি হাযবা মীযামদা ফোংদোক্তুনা ঐগী যুমদা লাকখিবা মুমিংতু করম্না শীংথাগনি. পোং থুদিংমক হবাওববা মিংনা সনাগী মচুশুম উখিবা মুমিংনি, পোকচবগী মহৈ য়াম্লে থনবা মুমিংনি। লাই ফাওবনা কল্লক্লে হায়বা মীওইবগী মপোক্লি হায়বহু চুম্রগাদোবোই মিকুপ থবহুদা থনখিবনি। ঐসু মী অমনি হাযবগী চাউথোকচবা অমদি হবাওবনা ইশাবু পুমকাউ কাউহনখি। অহুবু নুংঙাইরবা পু ফম থবহু ঐগীদমক মশীং কক্লা তন্বীরকখিবগুম, শাংথনা ঐগী নাক্তা লৈনিংদবগুম হেক্তা চংখি। কযাদা নুংশি হৈতনা ঐবু হুন্দোক- পীবয়্লে। নংগী থোঙ্গুন লীকবগী কান্নফম মাঙথ্রবগুম্বনি, নংগী নুংশি ইশৈ শকুনা পুন্সিগী অবোইবা মিকুপ ফাওবা নংবু ঙাইবগে থন্দুনা থাংপোক অসি শাকবনি। হৈক্রুক, থরো, থমচেং, লোরৈক্লে, পুলৈ অমদি লাইফনা ঐগী তিংফম্লি। খোয়োল হাওবম্ম অম্মম্না হিংলম্মী। লোক্তাকী লাইজনুংদা তামিন্নখিবা নংগী নুংশি শকম্না ঐগী মরূপ ওইরক্লি। মহু থওহুনা নমি অহু লোবা লাক্লিত্র', হায়যু শকাহেনবী, ঐগীদমক করিম্ম থাক্লয়রোই থনবরা?"

"ওম্নো'কপনি! য়ারৌবনা নংবু লাঙ্গোর্ম চনপ্রে, তৌজিকম্ম মহুদগী নাম্নোকপা ঙমত্রি। য়েংউ নথুংনা শোক্তুনা ঐগী থম্মোইগী মৈশাসি, নকশিন্না তাও থাঙওমদবগী স্ববসি। খিংঙমদনা চেম্ব্রিবা

পিগী ঈচেলসি কনাগীদমক্তো, নংনস্থ খণ্ডবীত্রবদি ঐদি করম্না হিংখিগনি ?"

"ঐ নংবু ন্নারৌদে, ন্নারৌনবা মরমস্থ লৈতে। নিংঙমদবগী চাকচবনি। করিগী ঐনা নঙোন্দগী মীনুংশি হায়বন্থ নিরুরিবনো! ঐঙোন্দা উৎপীবা থৌজালগীদমক নংনা মীন্না-মীশা চৈনা থাঙবা, মরাল লৈবা মীগুম ফাত্থনা পুন্দুনা পুবীখিবা, অঙাওবীগুম শীংথা-বীখিবা মন্নামন্থ নিংশিংলুরগা তেংথাত্থনা কপচবনি। কংথোকপবু চম্নবীদবা, থৌজালবু শীংথাবীদবা, মীনুংশিবু অপঙবা শীবদা হৈ-শিংলবা মীওই কাংলুপ্তগী লাপ্না থৈদোক্লুনা ঐ লোৎচবনি। ঐগী পূন্সি হুন্দোকপীরম্নবা মার্মেদনি। অত্থবু পোৎথাকম খঙত্রবা থন্নাইনদি নংবু কোইথি থিথি, তোকউ হায়বা থক য়াদ্রি।"

"ঐগী থন্নাইনা নংবু হেম্না কম্না থিবনা ননাক্তা ঐ লাক্লিবসিনি। অর'বা পুম্নমক হুন্দোকখ্রো, মুংঙাইতবা থুদিং কাউথোক্লুনা অমুক্তং মোমোন নোকউ, ঐগী মৈচাকসি মুথংলু। করিগী শকথঙদবা মীগুম ঐঙোন্দগী লাপথোক্লবা হোৎনরিবা, ঐবু লমলানবী ওইনা লৌরবরা ?'

মুংশি করিমক্তা খুমদনা তুমিন লৈগ্রবদা পাংকী ঈশিং শাওত্থনা ঈথক ঈপোম হৌনা নিক্লকই, মুংশিংনা য়ানিংদবা উৎত্থনা লৈন লৈন শিংলকই। বাশিগী মতৌ য়েংঙমদবনা মুংমিংনা লৈচিল মরুমদা লোৎখি। পাৎতা চাক্তারিবা উচেক-ন্নাম্না পুম্নমক মুংশিবু ওইনা চাউমল্লি হায়না ন্নানিংদনা লাউনবকখি। মতম অত্থদা মুংশি ইঙাগী নোংহৌ থুংলবগুম পিগী ঈবা হৈথত্থনা রাশিবু তম্পাক্তা পমথৎত্থনা ওন্না থোইনা কপ্পকখি।

পুক্লিংনদি কপ্পবোই থল্লবস্থ থাম্বা ঙমদনা লৈরে। মুংশিনা ন্নাশিবু পমত্থনা হি লৈবা মফমদা পুরক্লে। হিনুংদা শাবী-শানৌ অনিনা মায়োক্লনা ফমত্থনা মোমোন তৌনন্নকপদা লোৎলুবা মুমিংকী

মঙাল থুংলরে, পাংকী ঈশিং মপুক নেম্রে, মুংশিংনা মাপদা পেঞ্জবগী চিবোন হৌরকই, লম ঙাম্নুশিংনা ঈমায়দা মশা ফন্না জগোই শারক্লে। রাশিনা নৌ পায়ত্তুনা তপ্না তপ্না ঈয়ায়বোমদা হি হোন্দোবকপগা নোকপা কাউকরবা মুংশিনা পোমশাংনবা থরো অমা থংলগা রাশিগী মায়দা নান্দুনা হবাওনা নোক্লকখি। রাশিসু মমিংতগী নোকপা হৌরগা পাম্মু মাযথোং মুম্না য়েংত্তুনা হায়, “ঐগীদমক য়েংলগা নমিং অসি থোনখিবা ওইরমগনি, মুংশিবা।”

“ঐবু রাহনগে থন্দুনা রাশি পুম্নমক হৈজিল্লগা নংসু পোক্লখিবনি।” মুংশিসু হরাওনা নোকই।

“ঐসি নংগী ওইথ্রবনি হায়বা হৌজিকসু যানিংদবগুম তৌরিবা কবিগীনো।”

“ঐগী থরাই নংগী ওইথ্রে, নঙোন্দা শিন্নথ্রে হায়বদি থঙলবা নত্রা?”

“পাম্মুবা, ঐসি নং ওইনা হিংলি, নং ওইনা শিগনি।”

ঈমায়দা তাওনা হিগী মনুংদনি কাউথিবগুম রাশি মথুং যেং তিংথোবকই, মাবু মুংশিগী মথামুংদা কোনশিনবীমু হায়বনি। মুংশিগী মায়থোং হবাওবনা থনখি, রাশিবু পাম্মোম অনিনা কল্লক পেন্না কোনশিনখি। ছমাং মবিক মরিক কারকপা পাম্মুবীগী লাইবকপু মথুংনা তপ্না তপ্না নাম্থোকপীরপা মুংশি মকম কয়া হোং হোংত্তুনা চুপ্লকখি। লৈনাগুম থোংলবা রাশিগী মশাপুম্না হিকথবকপনা পুবা রারবদা স্বর থবেং থবেং হোল্লকপগা শেন্নবীত্রবা হি উরু উক লৈবত্তা নত্তনা থোক থোক নোম্লক্লে। সংসারবু কাউথ্রবা শাবী-শানৌ অনি অমত্তা ওইনা হিমুংদগী ঈশিংদা ওল্হথ্রে। মীরেপ অনিগী চাং ঈরোলমুংদা লুপথরুরগা মথোয় অনিমক ফাওগংলক্লে। থারিকথা অমমুং য়েলিনা লৈ পরেং ওন্থনা ঙকশমদা য়েংলবী রাশিবু হিথক্তা ইনথংলগা মুংশিসু কাথংনবা

হোংনৈ। ছি অহাংবা মফমদা য়াঙনা লাপথোকখি, মাগী খোঙদা য়েলিনা পুন্দুনা মুংশি তাম্নবদা পাঙ্গল ইথোক থোকত্রে। নৌ য়াওব্রবা রাশি মনিং তম্না চংলিবা ছিবু ফাবা ঙমদবনা থরাই রানা মুংশিদা য়েংলকই, মখুং খংতুনা কৌরকই, 'মুংশি!' 'মুংশি!' মুংশিনস্থ অহৌবা খোঞ্জেন্দা মুংশাখিবগা পিরোইননা কৌখি, "রাশি! রাশি! রাশি!"

মুংশা ফুইনা ফুইনা হোন্দুনা মুংশি ফমুংদগী লোংনা ইথং থংনা ফুক হৌগংলক্লে। মমিং মনা ইচোই চোই, মশা পুম্বা হুমাংনা পুংলুপ লুপখি। মঙনি থঙলকপগা মরাইবক্তা খুবাক্লা মথোল হৌনা শেং থাই। হায়নিংবা ফোংদোক্লিংবা কম্না রাংনা চংথ্রবী রাশিগী শক্তমহুনা মঙনি হায়বা কাউহন্দুনা ফনা কুইনা রাহন্দুনা মশা পুম্বা থক থক নিক্লা খাঙখি; মাবু তাইবংদগী তোঙান তাহন্দুনা থম্বীরে। মুংশি রাথল অমা লাক্তুনা ফমুংদগী হৌগংলক্লে। ঘড়ীদা পুংশিং য়েংলুবদা অহুম চপ চানা তারম্লে।

মুংশি মপান থোক্লুরগা মমায় মমিং তাথোক্তুনা ইমুংদা অমুক চংলকই। মফি মরোল হোংবা লোইতুনা পুং অমুক য়েংলুরগা সাইকল মপান্দা ইস্থোরকই। মমাঙথক্তা অম্মম্না মনিং তম্বগী শাজুং থঙজখিদ্রি, মমা মপাগী কা অমত্তদা চংতুনা তাক্লমত্রে। তারমদাই থাগী মঙান্দা মুংশি সাইকল থৌদোরক্লে।

মুংশিনা সেকমাইজিন থোং য়োবদা নোং থর থর ভাস্থোরক্লে। আনন্দীথোয়গী থোঙ্গাল মপাদা লেপ্তুনা ভাইহাক রাথল তৌরম্নগা খা পাংনা থৌথরকখি। ভায়োকফম শঙ তম্নকপনি, লম্বী থর ফগংলম্বনা হিথাংফম য়োনা সাইকল ইন্দুনা চংলে। লম্বী থমফম মচিদা সাইকল শো লোল্লম্নগা হিদা তপ্না কাথংলি। চেকশিন্না হোন্নকপা হি শঙ ময়া য়োরক্তুনা মফম চানা থাংলগা মুংশি ঈথং মচা অত্তুদা কাথংখি। শুমাঙদা চপ লেপ্তুনা শঙলোমদা

ওনশিল্লুবদা মুংশিগী মিহুল তিঙ তিঙ চোংই, শো লোল্লবা শঙগী অচিকপহুনা শিম্বহল্লকপা পি মথা চিক্কুনা খাঙবা হোংনৈ। নোবাব মথোঙদা লেপ্পুনা স্নাহৌত্রিবা পাংপু য়েংলুই। অহিংগী লিক্লা হৈদোকপদা হায়হুম্না লেংলিবা থম্না অমদি মচিগ্নাক থিবা হৌরকপা চরোয় থর নত্তনা পাং অহু পুমচিক চিক্লি।

নোংপোক চিঙ্খদা পানা শন্দোরকপা লৈচিলনা সনা মচু লৌবকপগা পাংকী মশক ওল্লক্লে। মুংশিংনা থোকহনবা ঈপোমদা লম ভান্নুশিংনা হয়াও মথোই ক'হুনা মবী মবী পরেং পরেং তান্নহুনা শামবা হৌরক্লে। লাং কাইবা অমদি ইন-চিংবা মুপা মুপী কযানা মচি-মচিদা লাঙবা হৌবে, অবায়-অথুমগী খুল্লং ইশৈস্নু শক্লরি। মুংশি পাংকী শক্তম অহু হোংলকপগা অন্নাবগী চাংস্নু অস্নুম অস্নুম হেনগংলকই। হিম্নু দা নোংনা চোংখিবা মপা অহু য়েংলগা থম্মোই নিন্না খাঙলকই। মিংকী পি খাম্বা ভমত্রবদা লেপকম হোংক্লনা বটল ক্রস মথোঙদা অমুক লেপ্লে। মফম অহুদগী মহৈনা লুপ্লবা নোবাব পাম্বীদা লেঙদনা য়েংই, থম্মোইমুংদা রাশিগী শক্তম অমুক হন্না য়েকহৌবনি।

হৌজিক মুংশি মফম হোং হো হুনা ফম্মী, লেপই। হন্দক্তি পিনা মায়থোং পুম্বা চোংলবদা থারাদা কুমহুনা ঈশিংনা তাথোকপা হোংনরুই। ঈশিং লাম্লিবা মুংশিনা শহুম অমা ফংহুনা মথক্তা য়েংথংলকপদা আনন্দী মমা মপাগা লোয়ননা নোবাম মথোঙদা লেপ্পুনা মাবু য়েংলম্বা উরুই। মুংশি থংপ্রেক থংই। মথুং লোম্নহুনা অহল অনিদা খুকম্মী অহুগা আনন্দী যেংহুনা য়াম্না ইকাইনা নোরুই। পাউখুমদা আনন্দীদি নোকপা ভমখিদে, মুম্না য়েংবস্নু ভমদে। মাগী অন্নাবা উংলুরগা মুংশিনা হেম্না মুংঙাইগ্নরোই খন্দুনা রাশি শঙলামদা চংশিন্দুনা থোঙগী শো হাংলুই।

মমাঙদা করিগুম্বা মতমদা আনন্দীনা মাগী মরূপ রাশি অমস্তুং মুংশিগী মরী অমদি মখোয়গী থোদোক্কী মতাংদা মমা-মপাদা থক তমখিদ্রি। ঙসি অহল অনিনা মুংশিবু অঙাওবা ওইনা শীংথারকপদা আনন্দী থম্মোই পুবা ঙম্লকত্রে, মমা মপাবু শঙম্নুংদা কৌশিন্দুনা থোকখিবা থোদোক্কী রারী-রাথোঙ মরিক চুম্না তমখ্রে। রারী মুম্না তারম্বা মপানা মানা থল্লুবা হম্হবা রাথল অতুগী নিংঙমদবনা থুমহৎতুনা অন্নাবগী স্বর শাংনা হোল্লগা লাউরকখি, "হা কৃষ্ণ! করি লিল্লা কৌবগে!"

মমাস্তু মমিংত্তা ঈরা শিম্না হায়, "অসিবু য়েংহৈবা লিলারা! মুপীমচা, রাশিগী লৈফম কনাদস্তু থঙহনখিদ্রবকো, থৈদোক্তুনা লোৎশ্রবনিনে? ফনা থৈত্তুনস্তু মাগী রাথন্দা লৈবনিদা।"

আনন্দী চিনবান অনি কেং কেং চিংনা থাঙই, ঙাঙবা ঙমদনা নোম্মে।

মপানা শমথখি, 'অসিবু কনাগী মবাল্লনি হায়গনি। মুপীমচা অত্থবু থম্মোই পান্দনীনি থনফম থোকত্রি; অত্থুগা মখোয়গী অহল লমনশিংস্তু মীম্নুংশি পক্কে হায়না লৌবা লানগনি। মরমদি, করম্বা মমা-মপা ওইবশিংনা নামা শোইবশিংদা মচা থাজনিংগনি। অত্থবু রাহং অমদি লৈরি, মুপীমচা অত্থুনা ইবুঙোসিবু মীয়ামদগী তাদে হায়না থনবা ঙমখি হায়বসি মুপী ময়ুমগী মীশিংনা করিমত্তা থঙশিন্নখিদবা মাল্লি। মাগী থাজবা অমদি কৎথোকপনা লমজিংতুনা থম্মোই শেংনা য়ুমলিংনবা লাংজরুবা থোরাং অমা থুদেকপীখিবত্থু লাইথক খিবনি।"

আনন্দীগী মমা হায়নিংবনা খিংবা ঙমদ্রে। "হৌজিক্তি য়েংউ, অঙাংসি অঙাওবগা পাংথক ওইরে। চেকশিন্না শেম্নবীবা চংই। মাগী ফিভম শোকচিনখিদনবা অমদি মাইফনবা শিনবীবগী থ্বাইদগী ফবা লম্বীদি মুপী অমা য়েংলগা লুহোংবীবা।"

"অদুস্থ অমুক খাইদোক্লবা থোক্লবদি," আনন্দী তহ্না তহ্না থংলি, "মাগী কিভম করি থোকনি, হেন্না শোকনি, অদুগা অহল-লমনশিংনা করম্না খাঙগনি, হায়বদি মমা-মপা অনিদি হৌজিক মাগীদমক কপ্লা কপ্লা খাঙলি।"

আনন্দীগী মমানা অহলগী রাঙাঙদা হায়, "লম্বী লাওনা ফাংকদবনি। মুপীগী মমা-মপা, মবী-মতাশিংগী অয়াবা হান্না লৌগদবনি।"

আনন্দীগী মপানা রারীদু শমজিন্দুনা নিংশিংলকই, "ইবুঙোসি য়ুমদগী মথস্তা লাকপা ওইরমগনি। কনাদস্থ লাকথিকম তাক্লম্লোই। চংথিকম খঙদবনা মবম ওইদুনা ইমুংগী মীশিং থরাই য়াম্না রানরম্লগনি। মহাক য়াম্না থুনা চংহনথিবা চুমগনি।"

"মথস্তা চংহনথিবা চুমদে।" আনন্দী মমানা খল্লবা উংলি, "থম্মোই কায়রবা মীগা অঙাওবগা নক্লবনি। থাঙকম-লৈকম খঙলকত্রদুনা থোক্লক্লবা মীনা য়ুমদা হল্লিংলোই। কৈরেংননা চংথিবা থোক্লবদি ফরোই, মথোয় বাজিনা মমুম ফাওবা চংগিম্নরুবনা ফরোইদ্রা?"

আনন্দীগী মপা ঙাইহাক রাখল তৌকরগা হায়রকখি, "ঐসি থবক্তি য়াম্না চিল্লিবনি, অদু ওইরবস্থ অঙাংসিগী অহল-লমনশিং উনরগা মতুংদা অমুক লাকহন্দনবা অমদি শেম্নবিনবা হায়রম্বস্থ ফগনি। অদুনা মুপীমচা, আনন্দী, নংগদি লোল ফাওনবগুম উই, চংলসি হায়রু।"

আনন্দী মপান থোরক্তুনা মুংশিগা রারী শানৈ। মানা হংবা রাহং কম্না মুংশিনা খুম্লিংখিদে, লোয়ননা ইকাইবা অমদি অৱাবনা কুপ্লবা মাগী মশক আনন্দীদা উংনিংদবনা অয়াম্বা মতমদা লুকথদুনা, লৈথোক্তুনা লৈখ্রে। শুপ্লতগী মা চংলোই, শঙ অদু খাদোক্তুনা অমুম লৈগরনি হায়বা খঙহল্লি। আনন্দীনা হম্না হম্না থেমলুবদা মমৈথংদদি মুংশি রারোবনা মমিং মমায় পুমঙাং ঙাংগ্রে।

মুংশিগী মতোদা আনন্দী থম্মোইমুংদা মৈহৌরকই. মুংঙাইতবনা প্রোক প্রোক চাক্লকখি; মমা মপাগী নাক্তা লাকুনা হায়রৈ, "চৎসি হায়বা য়াম্রে। মকম অসিদা পোৎথাকম ফঙগনি থন্দুনা লাকপ্রবা ওইরমাল্লে। ঐ কম্না হায়বা পামদে, নমফুদা মাবু তাম্মোকপা ওইনা থোকদোরি। ঐনা খল্লিবা লম্বীসি য়েংবনা ফগনি খল্লি। থরদি কোইবে, মতমম্তু চংবা। মাগী মনে অমা লৈ। মাবু য়াম্না থনবীনি, ঐখোয়বুম্তু ওম্মোক্না লুনা তৌখ্রবী। মঙোন্দা ঐনা পাউ অসি হান্না পীরুবনা ফগনি। অহল-লমনশিংদা হেক থংহায় হায়রুবস্তু ফজদবগী মথক্তা পুক্রিং য়াম্না মুংনাংহনগনি। মনেনা অহলশিং থন্নাই ব্রাদনবা শিনবগা লোয়ননা মুংশিবু লৌরনবা থোরাংস্তু শোইদনা হোৎনগনি।"

অহল অনিমক আনন্দীগী ব্রাকম য়ানিংবা উৎলি। আনন্দীনা মমাদা শিন্নরমখি৹ "ইমানা থর চেকশিন্না চানা থক্রুবস্তু য়েংবীরম্মু, মশাসি য়াম্না চোকথনম্তু উরে। ঐনা হল্লকত্রিফাওবদি মথস্তা থাদোকখিবস্তু তৌবীগনু।"

আনন্দী মুংশিদা করিমত্তা তাক্লমদনা হি তোংথৎলে। ঈশিংদা য়েববা মুমিংকী মঙালনা মিং-না ইথক থকহল্লবগী মথক্তা মাগী পুক্রিং ওসিদি য়াম্না' তয়াং-তশোই, চনিং তাদে। মুং-পান অনিমক্তা রাশিবু শাওনিংবনা পীক থল্লি। চৈবা হৌরকই — 'মসি পুম্নমকসি মানা থোকহলিবনি শকহেনবী লিন্দাওবীদো।'

য়ুম য়োবকপা ফাওবা আনন্দী মচিন্দা মরুম মুরুম শোনবা লেপ্তে। মফি-মরোল হোংবা লোইরবদা বস থাকমদা থোবক্লে।

বস মমুংদা আনন্দী মুংশিগী মরমদা নত্তনা অতৈ থল্লুবা শংখিদে। পিনা মমশিল্লবা মমিৎ অনি শেল্লরিডৈদা মীনা কৌরকপা থুম্বা ঙমখিদে।

আনন্দী তোম্বীখোয় খোঙ্গান্দা কিথি কিরুমদা তপ্না চংলকখি। ইমুংদা তোম্বীনা ভাংবা শকপগী মখোল তাররগা মঙোন্দা থোনা থর লাকই। মাঙ্গোন্দা কাখৎলকপগা মাবু ইমুংদগী তোম্বীনা উংথোকপনা হানখ্রে, কৌরকই, "হায়, ইবেম্মা আনন্দী, চংলকউ চংলকউ।"

য়ুম অসিদা রাশিনা মাবু তোয়না পুরকখিবদগী তোম্বীনা মাবু মচাগুম মুংশিনা তৌখ্রবনি। আনন্দীনা সোঁকাদা হেক ফমথবগা লোৎপা ঙমদ্রবা অরাবা অমা লোয়নরক্লি হায়বা মিংলৈ থুবী তোম্বীনা হেক্তা উথি, হংলকই, "ইবেম্মা আনন্দী, করি পাউ লৈরবগে? ইনেনা নংবু উননিংবসি করি হায়রুনি, ইদকী থানি হেক হায়রো, নং পাউ অমদি লোয়নরক্লি, তম্লো।"

আনন্দী তোম্বীদগী লৈথোক্লগা খুৎশানা উরোকথোং শাহ্না ভাইহাক থাওলুরগা থোনা লাকপা ভাইথি। মাগী মচিন কাথোরকপা য়েংলিবী তোম্বীদা ওনশিল্লকই, "তামো মুংশি ঐথোয়রোমদা লৈহৌই, ইনে।"

"করি হায়রবা! মুংশি নখোয়রোমদা লৈহৌই হায়বা?' তোম্বী য়াথন্দা য়াহংহু মথন্তা হংজরিবনি। অয়ুক্তা মনম্মনা মঙোন্দা মুংশি লৈরমদ্রে হায়না তেলিফোন তৌরকখ্রবনি। মুংশি খিরুনবা য়াফম হৌজিক্তা মাগী তামোগম্ তেলিফোন্দা য়ারী তৌরম্লিবনি। তোম্বীগী মরনাই য়াদগী থৈথরক্লুনা হংলকই, "ইবেম্মখোয়গী য়ুমদ্রা নত্রগা অতোপ্পা মফমদরা? করম্বা মতমদা য়ৌরকখ্রিবনো?"

"ইনে ঐথোয়গী পাৎকী ভায়োকফম শঙদা লৈহৌবনি। সাইকল য়াওরকই, করম্বা মতমদা থুংলখ্রিবনো হায়বদি খঙদ্রে। মঙোন্দা হংবদদি নোংভাল্লমদাইদা থুংলথিবনি হায়।"

আনন্দী ভাইহাক নিংশিংলগা মখা তায়, "ঙসি অয়ুক ঙন্তাদা বাজীনা ভায়োকফমদা চংখিবদা লানশিন্নবা হি লৈরমদ্রে। লম্বীগী

মচিদা শো লোনবা সাইকল অমা উরম্মী। বাজীনা ইওক ওতুনা শওলোমদা য়েংখিবদা নোবাব অনিগী কারক্তা মমায় নোংচুপ ওন্দুনা মুপা অমা লেপ্তুনা লৈবা উরে। বাজীনা কম্না কম্না কৌরম্মী। অতুবু মুপা অতুনা করিমক্তা তাদবগী মওংদা হম্না অমুক্তম্ য়েংলকখিদে। মতম কুইনা মুপা অতুনা য়েংলকপা ওাইতুনা বাজী লেপ্লম্মী। ওাইরুবগী কান্নবা ফংব্রবদা বাজী য়ুমদা লাকুনা ঐখোয়দা তৌয়ে। অতোপ্পা হি রায়তুনা ইমাগা ঐখোয় অহুম শও তানা চৎখি। ঐনা চিংনখিবতু চুম্লয়ে, তামো মুংশি ওইরম্লে। য়ুমদা হনখ্রসি খেন্বদা য়াদে, মওক হাই, শাওরকই। কম্না হায়রুবস্ পামদে, মথন্তা ফৈরেংননা চৎখোকখিগদ্রা রাই। ফিভম অসিদা ইনেগা তানজগে লাকচরিবনি।"

তোম্বী আনন্দীদা য়েংলি, অতুবু য়াম্না থুনা মাগী রারেপ লৌনবা হোৎনবদা কনাবুম্ উদবগুম্বনি। তপ্না তপ্না থংনবা কাদা চংখ্রগা তেলিফোন তৌরুই; খোরকপগা হায়রৈ, "ইবেম্মা আনন্দী, চা থকখিসি, অতুগা ঐখোয় চৎসি। ঐ খেমগে, নংনস্ তেংবাংবীয়ু। অসিনি ইবেম্মা, লাইবক খিবগী মপোকসি।"

তোম্বী ওাইহাক নোম্থরুরগা মপি তৈথোকুনা শোনখি, "হো মুংশি! ইনেগী মুংশি! নংগী তাইবং তোওান্দে। নওোন্দা মৈসি কম্না চুরয়ে, ঐ খওই; নং থাওবদা রাজরবনি।"

আনন্দী তোম্বীগী থৌরাং লোইবা ওাই। মরকুদা তোম্বীনা কৌহনখিবা গাড়ী ড্রাইভরস্ থুংলরে। চা থকপা লোইবগা মখোয় অহুম সেকমাইজিন পাংলকই। গাড়ী মমুংদা তোম্বীনা আনন্দীদা হংই, "নংগী মরুপ অতুগী পাউকাদি করিমক্তা তাখিদ্রেকো?"

"তাখিদ্রে ইনে," আনন্দীগী খোনফমদা রারোবা য়াওরি, "ঐখোয়বু নিংশিংবীরমখিনি হায়ববু থাজখিদ্রেবো। মখোয়গী

ইমুংগী মীশিংদা মাগী অশেংবা লৈফম হংন্নুগদবস্থ হঙোয়বে, কনাস্থ খঙনদেবু হায়রি। চহি অমদি অা হেনখ্রে, ঈশিং মন্নুংগী লৈতুম ওনথ্রবা বাশিগী রাসি তোকপনা ফবগনি খল্লে।"

তোম্বী রাশিদা মরাল শিবদি পামদে, অতুবু শাওদবস্থ ভমদে, ল্যাইবক্তা তায়নতুনা হায, "শোংখবা লৌফমদা মবেক তাবা হৌনশানি। কনাদবু শাওকনি, মরাইবক্কীনি।"

আনন্দী মুংভাইতবা থৈদোকখিবা ভমদে। হায়রকই, "তামো মতু শোয়া উবে, মীনা কবেম্লনিংবা মতৌ চেল্লে। মত্থ খল্লুবদা ইনে ঐগী থম্মোই শোকই।"

লুত্তোন যৌনা কাখংলক্লুবা হোংনবা অশাওবা অমা ফাখবগা তোম্বীনা হায়, "ফত্তবদা নোক্লবগী চুকংবসি কলিদা খুদৈ কংদে হায়রৈ। অরাবা উবগা নোক্লবা ভম্বসি পান্দবা য়েক্লবনি, মী মচানি। মু শিগী পৃন্সিসি ঐখোযগী ইবক্তা নত্ত্রনে?"

আনন্দী তোম্বীগী অকনবা লোন্দু খঙনবা হোংনতুনা তুমিন লৈ। মুংশিগী য়াইফবা মুমিং অমা পুবকপা হায়বসি কনাগুম্বী পুকচেল চাউবী অমগী খুংগ্তা লায়না থোকপা যায। মীওইবনা পুকচেল চাওবা অমদি ওইজবা থাদোকপগী রাবী কম্না তৌনৈ, মশা মশাদি মত্থদগী তুং হন্দুনা চংলি। অসিগুম্বা লোনচংকী ঈবৈদা মশামকস্থ লৈতুনা লৈরে খল্লুরগা মুংভাইতনা শোল্লকই, "ঐস্থ অরানবদা য়াওখি, রাশিবু পুক্লিং থোগৎপা ভমখিদে। নিংভমদবা অমনা ঐগী কোক্তা হৌজিক্তি তয়ালাই শাররে।"

তোম্বী রাথল অমদা লুপখিবনা আনন্দীগী রা থোওইনা তাদে, নৈনক্লদে। অতুগা আনন্দীদি মচিন্দগী হায়দোকখিবা রাশিংতু নৈনতুনা লৈ। তোম্বীনা লুপখিবদি রাশিগুম্বা পুকচেল চাওবী অমত্তা থোরক্লবোইদ্রা, থিরুবদা ফংবা ভমগদ্রা, কবম্না থিগনি অসিনি। অতুগা আনন্দীগী রাথল পরেংনা মুংশিনা বাশি নত্তবা

অতোপ্পা মুপী অমদা পুক্লিং লুপ্পা ঙমগত্রা হায়বদনি। অনিমক মাগী মাগী রাখলগী ঈরোলমুংদা লৈখিবনা মকম থঙহৌদনা ইম্ফাল তুরেল লাল্লক্লে। থোংগী অরোইবা মচিন্দা ত্রাইভরনা লম্বী খঙদবদগী লেপ্পবদা আনন্দী মঙ হন্দোক্লুনা খাবোমদা পাংখিবা লম্বী তাক্লকই।

আনন্দীখোয় শুমাঙদা গাড়ী থারম্লগা মুপী অনিচু ঙায়োকফম শঙ তম্লক্লে। আনন্দীনা হি হোন্দুনা ঈথৎ মচাদা থুংলখি। মখোয় লাকখিবা মুংশি খঙখিদে, মমায় নোংচুপ ওন্দুনা নোবাবতা ঙাহুনা ফম্লিবা মুংশি সংসার পুম্বা কাউখ্রবগুম উই। শঙদগী মপান থোরকপা অহল অনিনা তোম্বীগী শক গুন্দা পেল্লি, তরাম্না ওকই। তোম্বীনসু নোল্লুকপা উৎতুনা অহল অনিগী নাক্তা চংশিনখি। আনন্দীগী মমানা হৌদোকই, “ইবেম্মা য়োবীরকপা য়াম্না ফরে, ইমুংগী মীশিং মুংশা থীনবম্লগনি খন্দুনা অঙাংশিং থারকপনি। মরোল পুম্লমক ইবেম্মদা অঙাংনা তম্লম্লগনি। ঐখোয়গা রাবী ইশা শানিংদবগুম হৈখোঙসিদা অসুম ফমতুনা লৈরকখিবা কুইরে। ইবেম্মবুসু উত্রিমাল্লি।”

তোম্বীনা অমুকসু মখুং লোম্নহুনা খুরুমজবগা হায়, “লমন চাউনা তোনশিনজরে। ইবেম্মা আনন্দীতা নত্তনা অহলশিংনসু য়াম্না রাবীবে।”

মুংদগী ঈহৌরকপনা তোম্বী মখা হায়থবা ঙমজ্রে। ফিজিনা চেম্ববকপা পি তৈথোক্লগা মুংশিগী মনাক্তা লাকই। মাগী নাশোন কংবদা য়েংখৎলকপা মুংশিগী কোক্তা মখুং থম্লগা তোম্বী থোম্বেল থোক্লা কপ্পকই। লোক্তাকী ঈমায় চোল্লবা ঈশিংনা তুমিন থনখিবগুম তোই – ‘ইশাইকোনসিদা অনৌবা রাগ্নি অমসু থোক্লরে।’

# ১৯

## মাগী ৱারীনি ঐগীসি

"অঙাং অতোম্বা,

নং ইনেবু অস্থুক কুইনা কাউরিবা করিগীনো, চিঠি ইবক্তবা কুইবেনা। ইনেনা নংগী নপাউ য়াম্না তানিংবনি ; মতম চুপ্পদা নংগী যাইফনবা ঈশ্বরদা হাযজরি হাযবসি কাউরোইদবনি।

মতম অস্থুক কুইবসি তামো-ইনম্মনা অচৌবা থৌদোক অমগী মরমদা নঙোন্দা তাক্কনা লৈ হায়বসি ঐ খঙই। অতোপ্পা মকপ মপাংশিংদগীস্থু নংনা পাউসি থক তাক্রে হায়বস্থু ময়েক শেংলে, মবমদি নংনা মসিগী মরমদা ঐখোয়দা হংলকখিবা লৈত্রি। থোকখিবা থৌদোকশিংস্থু তাবদা স্থুংঙাইবোইদবা মরম ওইবনা ঐখোয়না নঙোন্দা তাক্লকখিদবনি। স্থুংঙাইনিঙাই ওইবা পাউগীদমক্তি মীওইবা থুদিংমকসি ঙাইঙমদবনি। ঐখোয়না নংগী কোক্কা করিগুম্বা মখল অমত্তগী স্থুংঙাইতবা লৈহম্লিংদে হায়বসি নংনা য়ারমগনি। অস্থবু ইবুঙো, ঙসিদি, পাউসিনা নংবু য়াম্না স্থুংঙাইহল্লোই খঙলবস্থু ইনেনা নঙোন্দা তাক্কবা য়াদবা মতাং লাক্লে। মতম অমদা তামোনা মমঙ্গ লৈতবা পাউগুম নঙোন্দা শম্না খঙহনখিবস্থুগী অশেংবা মশক অমদি মস্থুদগী মথা তারকপা ফিভম শন্দোক্লা হায়রগে। রাফম অসি অতৈগী নত্তে, নংগী তামোগীনি।

অঙাং ওইরিবৈদগী নংগী তামোগী মঙং নংনা খঙলিবদুনি। মা অয়ানবা থবক তৌবা হৈত্তবা, মীনম্বা য়াদবা, অতোপ্পশিংগী অয়াবা য়েংবা ঙমজদবা থম্মোইদা মীমুংশিনা থম্না লৈবা মীশক্লি। অহলশিংবু কিনা চৎপা, হায়বা ইনবা লমহেনবশিংগী সঙ্গদগী লাপ্না লৈনিংবা নহানি। জীব হাৎতবগী ধর্ম্মবু মানা চেৎনা ঙাক্লুবা হোৎনবদু নংনা খঙলিবদুনি।

অদুবু ঙসিদি অঙাং, নংগী তামোগী লোনচৎ হোংখ্রে। পামদবা শাজ্জৎতা হৈনরে। মা য়ু য়াম্না থক্লে। তামো-ইনম্মনা হায়বা তানিংদ্রে, ঐনা তাকপা লৌদ্রে। মঙোন্দা তামো ইনম্মনা শেল পীরুবা নত্তে, অদুবু য়ু ঙাওরগা হেক্তা হল্লকই। মতৌ অসিদা ঐথোয় হায়ফম খঙদনা ৱায়। অদুবু লমহেনবা মী ওইনা মঙোন্দা কম্না শাওবস্মু ঙমদ্রি, মদুগী মরম লৈ।

নংগী তামো মুংশি কায়না মৈশা লাংলে? মাগী থম্মোইদা মুংশিবা কৌবা তিলনা চিকখিবদগী মা নারবনি। মাবু লায়েংগদবা ডাক্তর অমত্তনি, ফংবস্মু ঙমদ্রে, মমিংনা ৱাশি কৌবনি। অনা লায়েংসিগী হিদাক পুম্নমক মাগী খুৎতা লৈথ্রবনি।

অঙাং ওইরিবৈদগী মুংশিনা ৱাশিবু য়াম্না মুংশিজখি, মথাইমককুম। ৱাশিনস্মু মাবু থম্মোইদা লোৎচবা মরূপ ওইরকখিবা জ্ঞাংনি। মতম চারে খন্দুনা মথোয় মীয়ামদা ফোংদোক্তুনা য়ুম্বানবগী লম্বীদা খোঙদাবা হৌরুরে। ৱাসি তাবদা নং ঙকলমগনি। মুপী অদু নংগী নতৈমা ওইনা য়ুম য়োৌরক্লম্লে। তামো ইনম্মনা হায়ফম খঙদনা হয়াওবগা লোয়ননা মমৌ ওইনা ওকখি, মচা নিঙোলগুম য়াম্না মুংশিনা কোনশিনবীখি। ফজববু শীংথাবদা মখৌ ওইবা নংগী তামোনা পামজনা খোয়দারুবা মতিক চাবীনি। নংনা উরম্লবদি নতৈমা অদুগীদমক কয়াদা চাউথোকচরমগনি। য়ুম অদু মা চংলকপদা ইঙান ঙানখি, পিক থনখি; তুংদস্মু অৱাৎপা অমত্তস্মু থক

লৈয়রোইদৌবগুম থম্নখিবনি। মুংশি সংসারদা অমুক হন্না পোক্লবগুম হবাওজ্জে, মাগী শরুক্না খ্বাইদগী হেন্না চাউবা মুংঙাইবনি থম্না নোকচখি। মৌ য়েংবা কোয়রকপা মকপ মপাং পুন্নমক্তা মানা হয়াওনা কোল্লি, য়ারী শাই, পীক্ত-পীথক তৌহুনাময়ামদগী হম্বন্রে হায়বগী মুংঙাইবা উৎতুনা লাওবা হন্দে। মাগী য়া ঙাক নংস্তে, অসিগুম্বা মুমিৎ, পুংফম অসিদা হয়াও-মুংঙাইবা উত্রবা মীগী তাইবংদা করি চন্নফম লৈগনি।

তমো ইনম্মগী হবাওবস্নু তম্বনা য়াংলগদবনি। মুমিৎতু মখোয় অনিমক চহি তবা মঙাগী অঙাংগুম কোয়চেন হেক চেঞ্জবনি। মখোয়গী মতৌ উবদা লৈকাইগী মীশিংস্নু হয়াওনবনা জগোই শাদে হায়বা মখৈতনি থাক্লখিবা। য়াশিগী শক-গুন অমদি অতোপ্পনা তম্বদা থোক্লবোইদবা, থোইদোক হেন্দোকপগী পুকচেল অহুদা লেংবীরকপা খুদিংমক্কা য়াংনা থাঙ্গৎতুনা ইকাই খুম্নবা অমদি অপেনবা উংলমখি। ঐগী হয়াওবদি ময়ামদগী ইতোপ তোপ্পনি। ময়াই কাবা নিশা অমা চাকনগুম ইশা পুম্বা ফোংফোং শাগংলকখি, অতুগা মী অমত্তগা চুম্না য়ারী শান্নবস্নু ঙমখিদে। অহুবু য়েংউ, অঙাং অতোম্বা, ঐখোয় পুম্নমক্কী হবাওবহু অয়াবদা ওম্মোকখিবদা মতম চংখিদে; শাওবনা মৈ হৌরবা মুপী ময়ুমগী অহল-লমন, মরী-মতাশিং ফাথবা ঙমখিদ্রে। বাশিবু নমহুনা পুরগা চৎপ্রে। উপায় লৈত্রবা তামো-ইনম্মা মথামুংদগী মচা মুন্দুনা পুখিবগুম ওম্ন-থোইনা কপ্পুনা লৈহৌই।

রাশিবু নমফু হাফুদা পুখিবা মতমদা ঐখোয় পুম্নমক করি য়েংহুনা লৈ, পান থোক্লিত্রা হংনিংলমগনি, হংস্নু হংনরক্লিবনি। মহুগী মরম হায়গে। রাশিবু নম হাহুনা পুখিনবা মথল-মথেলগী নমফু শোইদনা শিজ্জিন্নরক্কনি হায়বা তামো থঙখিদবা নত্তে। মরুপ-মপা শিংনা অতো বদা লেপহৌবা য়ানবা থৌরাং তৌসি

হায়বদা তামোনা য়াখিদে, মুক্কবা অমদি অঙম তান্নবগী থবক গুকপাম পামজখিদে। মহুদা থোজোয়নরকপগুম্বা মতাং থোরকপদা মমৌনা থম্মোই শোকনি য়াজৈ। মহু খন্দুনা তামোনা মীখা পোনখি। উগী য়াগী মথা থাবদা পংথি-পুমথিবগুম্বমক্তি লৈত্রবস্থু মীথানবীদবগী চৈনা অমদি তামোনা খাঙহৌই।

পুকচেল চাউবী মুপীমচা অমনা নকশিন্নহন্নবা হোংনজরম্বা ইমুং অনি লাপ্পা হন্দোক্লখি। মমুম য়ৌখিবদগী রাশিগী মচিন মেনংগ্রে, মপাউ অমত্তা নাম্থোকহনখিদ্রে। মাগী লম্বী থংগ্রে মশক উহনখিদ্রে। থৌনা য়ৈথেকপীখিবনা মানা নিংহন্নখিবগী পাউদি পুনরকখি। মীনুংশি চাউবী অমনা অপোকপা অপোকপী অনিগী অয়াবা থঙদ-উদকম থোক্তে, মা মুঙ অনিগী মরক্তা হা ওইদুনা য়াহং অমত্তগী অশেংবা পাউথুম পীয়ু হায়বা য়াখিদ্রে হায়নরকই। তশেংনা হায়রবদা ঐথোয়গী ইমুংগী মী ওইগে থন্না থাংজিল্লম্বা থোক হন্দোকথ্রবগুম উই। মশাস্থু হৌজিক্তি ময়ুমদা লৈত্রে; লৈকমস্থু খঙনদে। হংলুরগস্থু তাক্লকদবা লৈত্রবনা ঐথোয়গী মীশিংনস্থু থৌনা পুথোক্লিংদ্রে। ফিভম্না তাকপদা হৌজিক ফাওবদি মাবু কনাগুম্বা মুপা অমত্তদা থাজখিদ্রি।

নংগী তামো মরক অমদি রাশিথোয়গী লৈকাইদা মথক্তা হেক হেক চংলি। মাগীহু লৈকম খঙদনা চাকচবদগীনি। অঙকপদি মুংশিনা ঙসি ফাওবা রাশিগী মুম খঙনবদি থক তৌদে, মসিনা তাকপদি মানা কনাদস্থু অকায়বা তৌনিংদে। কায়নখিবগী য়ারী খঙবা মীশিংনদি মতৌ য়েংবা মুংঙাইতবনা লাকহল্লিংদে হায়নরকপস্থু য়াওনরকখি। মরক অমনা অমুক মুংশি য়ুমদগী ইচৎ চৎথোক্তে, লাই কম্না য়েকই। পাং অমগী মপান্দা লেপ্পী লৈশাবী অহু অয়েকপা মান্দে, অমুকী মতিক ফজৈ, রাশি মক্লি। মহু উরগস্থু ইমুংগী মী পুন্নমক মুংঙাইতবনা লৈঙমদে।

অভাং, হৌজিক্তি নংগী তামোগী লোনচৎ পুমহোং হোংগ্রে। য়ুমদা ইরৈ লৈনিংবগী মতৌ উদে। য়ু থককমদা মাগী পোৎথাকম ওইখ্রে। তামো ইনম্মনা কৌকত্রিমথৈ হল্লকনিংদে। হল্লক্লগম্ব কান্নুংদা থোং হেক লোনশিন্দুনা চাক ঈশিং চানি থণ্ডনা লৈথোকই। মাবু শেন্নবদা ইনম্মদি য়াম্না রাজরবনি। মঙোন্দা নোক্লিংবগী শকফম উথিদ্রে, কনাগম্ব রাবী শানিংবগী মতৌম্ব লৈতে। হৌজিক ফাওবদা মাগা রারী থর থর শান্নবা য়ারিবা মীশক অমথক্তনি। লৈশাবীনি, মমিংনা আনন্দী কৌই, সেকমাইজিন্দগীনি। রাশিগী অচেংপী মরুপ্নি। মাগী রারীনি ঐগীসি।

বাশিনা নোংমা আনন্দীগী য়ুমদা কোয়বা চংপদা মুংশিগা লোয়নখি। মুমিং অত্তুদা মখোয় অহুম পাংয়ায় য়ৌনা হি হোন্দুনা লোক্তাক্তী ফজবা য়েংলুই। মুংশিগা আনন্দীগা শকথঙনবগী তাঙ্গা ওইখি। অত্তুগী মতুংদম্ব মখোয় অহুম খোঙফম কয়া অমম্ব পাংকী মচি মচি শিন থুংনা কোয়ত্তুনা কুইনা কুইনা ঈশিংদা তাওত্তুনা লৈখি। মুংঙাইরবা রারী কয়া শানৈ, থংনৈ, নোক্লে, শাওনৈ। য়ুমদা হনগনি কাউনখি। রাশিনা মুংশিগীদমক থাংজিল্লিবা খোঙফমত্তু হন্দোকহন্নিংবগী রাফম ঈঙ্গিং-শাগিত্তা ফোংদোক্লরকপদা লৈশানী অনি চিন্দা-পাউদাম্নে। কুইনা থংনরগনা মখোয় অনি পিনা হেক থামখিবনি অত্তুবু মুংশিগী য়াম্না চন্বা মিৎয়েং অমদি মচিন খৌবা লৌশিং উরগা আনন্দী মুংদা হৌরকপা অশাওবগী নোংলৈ মুংশিং ফাথত্তুনা রাশিগী রাখলনা শাগংলিবা সংসার অত্তু উনিংবম্ব ফাওরক্লে। মরম অত্তুনা মমৈথংদদি রাশিগী লম্বী ময়ায়দা লেপকে থনখিদ্রে, মুংশিগীম্ব চান্নবা মরুপ ওইখ্রে।

রাশি মুংশিদা চেল্লে হায়বা পাউ তাবগা অনন্দী মরুপ অনিদা হরাওবা ফোংদোক্লবা মুংশিগী য়ুম পাংলকখি। অত্তুবু ককচিং কৈথেলগী মিনিবস থাফমদা মরুপ অমনা রাশিগা মুংশিগা

থাইদোক্লখিবগী ৱারী য়াম্না মরিক চুম্না তমথি। মুংঙাইভবা পাউ অতুনা আনন্দীবু য়াম্না ৱাহনখি। মুংশিদা থেমজিনবা ৱাহৈ থর হায়রুনিংবনি, অতুবু মানা পুরমগদবা মৈচাক অতু থল্লুবদা আনন্দী সেকমাইজিন হনবগী গাড়ীদা মক্ষম খঙহৌদনা কাথংতুনা ফমলুরে। ৱাশিগী মথক্তা শাওনিংবা অসুম অসুম হেনগংলকপনা মাবু খুদক্তা উননিংবা ৱাথল লাপ্পা চংগ্রবনি।

বসকী সিটতা ফমথৰগা আনন্দী মরূপ অনিগী অচৌবা ৱাথোক্তু করম্না তাইশিন্নগনি, মথোয় অনি অমুক হন্না পুন্সি লৈপুন শেম্বগী ওইথোকপা লৈরিব্রা হায়বগী নৈনবনা মাবু মীনা কৌবদা তাখিদে।

ৱাশিগী য়ুমদা চংলুদ্রবস্থ আনন্দী চান্নবী মরূপকী পাউ লৌবদি লেপ্পা লৈখিদে। ৱাহং পুম্নমক্কী পাউথুমদি ৱাশিগী মথুংতা লৈরে থল্লুবগা অমুক্কুংদি মাবু য়াম্না উননিংহুনা লৈরে। অতুবু অতোপ্পা পাউ অমনা অমুক ঙকহনবগী মথক্তা থরাই ৱাবস্থ আনন্দীদা পোকহল্লরে; ৱাশি য়ুমদা লৈত্রে, অথাপ্পা মক্ষম অমদা চংগ্রে। মাগী অশেংবা লৈফম মমা মপা ফাওবনা খঙদে মহায়নরে। আনন্দীগী ঙাঙনিং চৈনিংবা পুম্নমক ৱাশিগী লৈফম খঙব্রবদা প্রোক প্রোক চাক্লা থাঙগ্রে।

মতম্না মীওইবগী অকাউবা পুরকই, নমথুনা শরুক থুংহল্লি। অকাউবনা অৱাবা মাঙহনখি। অৱাবা ময়েং তারক্লবা জীবশিংনা হিংনিংলকই। মসি মতম্না মীওইবদা পীবা অচৌবা খুদোলনি। মতম্না আনন্দীবুস্থ মুংশি-ৱাশি অনিগী ৱারী খৌদোক ফনা নিংথিনা কাউহনগ্রে। অতুবু নোংমা অয়ুক অমদি আনন্দীগী মতম কুইনা তুম্নুরবা অৱাবা মিকপ থংথোক থোকহল্লরে, ইথামক থাজরুদনা মুংশি মথোয়গী মাঙ্গোন্দা কাথংলকখি। মুংশিগী মায়থোং য়েংবদা ৱাশিগী মৈচাক থাঙকম খিরকপদা মাবু কাংজেম্নরবনি হায়বা

আনন্দীনা উই। অদু ওইরবস্যু মুংশি চংখ্রবা মতুংদগী মা অহিং মুংখিল পোংথাবা ওয়্রকত্রে। মানা মুংশিবু চপ চানা ওলাংথা য়াংমা লান্না পুথোকপীবা পাম্লক্লে। মা য়াশিবু হৌজিক থোইনা থল্লুদ্রে, নিংশিংলক্লবস্যু নাওকম্না মমা কাংজেম্লদুনা মুংদা মৈরি হোই।

ইবুঙো, মথা তারকপদা আনন্দী ঐগা তোয়না উনবা ল্যাকখি। ঐস্যু মথোয য়ুমদা ইতং-তংতনা য়োক্লই। ঐথোয় অনিমক্না য়াশিবু থাজবদি মাগুহনবা ওমদে। অদুবু মাগী থৌরাং অমুক হন্না পায়থংলুবদা মায় পাকপা ওয়্গী ওইথোকপদি খুংনা ল্যাম্বা ফংবগী য়াংমদা লৈক্ত্রে। মরম অদুনা ঐথোয় অনি যাম্না কুপ্না য়াফম অমা থম্নবা হোই। মুংশিবু বাশিগী নিংশিং চক্রদগী চিংথোকপা অমস্যুং লৈতাহনবা হায়বসিনি। মচুগীদমক আনন্দীনা পায়থংলকপা থবক পুকচেল চাউবগী মতৌনি। ইকাইবা পুম্নমক থাদোক্লগা মানা নোংমা য়াফম অমা হোৌদোক্লে। মাগী য়াফমদুদা ওকপগা পেনবগা পুনখিদুনা মুমিং কয়ানিমুক ঐগী ওইবা য়ারেপ পীবা ওমদনা লৈখি। তুংদা ঐঙোন্দা লৈরম্বা অকা-অপুন অমদি চিংনবা পুম্নমক মাওখ্রবদা ঐনা আনন্দীবু চেংনা কোন্দুনা ইচামক্নী থম্না হন্না হন্না চুপখিবনি। ঙাংলবা মথঙ্গাইদা শিন্দুরকপা মপি তৈথোকপীরগা ঐনা মাগী পুক্লিং থৌগং য়াহৈ কয়া হায়খি। মাগী অনিংবদু মমা-মপা অহল লমনশিং ফাওদাক্লবা হোংনবদা ঐনা লৌখিবা থৌদাং মচা নত্তে, মায়স্যু নিংখিনা পাকখিবনি পুকচেল চাউরবা অহল অনিনা অমত্তা পোকচবী আনন্দীবু মুংশিদা থাজগে হায়না য়াবীরক্লে। মুংশিগী মতৌ য়েংবদা মথোয় তশেংনা থম্মোই শোক্লা য়ারবনি। ঐগী মুংঙাইজবা হায়নিংঙাই লৈত্রবনি, তাঞ্জা চাবদগী কক্লা মপান্না সনা থানগদৌরি থঞ্জখিবনি।

আনন্দী ফজবগী চাংদা য়াশিদগী তাবা নত্তে। মাস্যু লিশিংদা অমত্তনি। তুম্নবা নাত্তোন, পারপ তৌবা চিনবান অনিনা কুপ্না

কক্নোই মরূগুম চাং মান্নবা লংলবা য়াশিং, মরাং কায়রবা মুশুক মুবা পানা শঙ্কল থারবা লুরবা পুখ্রিগুম্বা মিং অনি, মচুগী মথক্তা নিনি পানবা থাজগী মশক লৌবা পীশুম অনি, অহিংগী মচূ-লৌবা খোইখোইনা শাংবা শম অমদি অথাপ্পা চীংদোন্দা অথেংবা অহিংদা মকোয় শেম্ন চাক্লিবা লম্মৈগুম্নবা মায়থোং পুবী তোঙ্গানবী লৈশাবী আনন্দী নত্তনা তাংনা উবা ফংগনি।

অমুক মতৌ লৈবীসিগী পুক্লিংগী বা তামো ইনম্মদা ঐনা তাকথোকখিত্রি। শোইনখিবগী অকিবনা থাদোকত্রিবননি। নোংমদি ঐ মুংশিবু ঐখোয়গী য়ুমদা কৌখি। অহানবদা ঐনা মভোন্দা আনন্দীগী মশক ফজবা, মপুক-মপাউ ফবা মীমুংশি চেনবা অমদি পুকচেল চাউবগী মরমদা ব়ারী তৌই। মানম্ন আনন্দীবু লৈচিন পক্লা থাঙ্গংলি। অতাংবা লৈশাবীনি হায়। আনন্দীগী-দমক মা য়াম্না চাউখোকচরিবনি শোল্লকখি। ঐ হোৎনবগী অফবা ফল ফংলগনি থন্দুনা নোকপা হৌরুরবনি, অদুবু ঐগী হরাও মীনোক তম্নকপদা খোঞ্জেল খোকপা ভমদনা মায়খীবনা চৈথারম্রে। আনন্দীগা লুহোংনবা তৌরসি, ব়াশি কাউখোকখ্রো হায়রুবদা মুংশি নৈ হৌরকই, শাওবনা থক থক নিকখি, অভাংকা ওইরম্নবদি কূরমগদবোই নিংই। ঐনা ফনা কন্না মথা তানা থেম্বা হোৎন-খিবনি, মায়খিরকপদগী শাওনিংবত্নম ফাওরকখ্রে। মুংশি ঐগী চিন্দগী ব়া অমত্তা তানিংদবগী মওংদা হৌগৎতুনা চৎখি। মুমিং অদুদগী হৌনা মা আনন্দীগা উনবগী পাউ তাবা ফংখিদ্রে। অদুবু আনন্দীদদি ঐনা মুংশিগী ফিরেপ অদু শেংনা তমখোকপা মতাং চাত্রি থনখি, মরমদি মুংশিগীদু মরূপ ওইবগী ইকাইজবা ওইরম্নম্নু ব়াব্নি থল্লুবননি।

মহৌশাদগী আনন্দী য়াহৌ ভল্লি। লাইরবা মমা মপাগী মতেং পাংবদা অরাবা থভদে। শেম্নোক পীকপা লৌমী মমা-মপাগী

থন্দুনা মনিং তম্না শেং-চাবা ঙমজদে। মাগী থরাই য়াওবা অমদি ষ্টাইল কনবা য়েংলগা মমা-মপা অনিনা লাইরিক তমহনবতা নত্তুনা মংঙান্দা আশা পুম্নমক থম্লিবনি। মখোয়গী আশা মরক্তুদা ঐস্থু লোম্না য়াওশিন্দুনা ঐগী সুংশিজবা পুম্বা নোংমদি উৎকে হায়বগী মঙ অমস্থু কম্না মঙথিবনি। মুমিংত্তু আনন্দীনা য়াহৌরক্তুনা মপান থোরকপদা অমম্বনা ঙম্লম্লি। চিংখৈগী ঙাঙানবা ফিজোম্না কুপ্পা চৌংশাং পরেং য়েংহুনা আনন্দী মাঙ্গোল মচিদা লেপ্লিঙৈদা থোঙ্গান্দগী মুপা অমা চংলকই। মুপা অহুনা শুমাঙ মংতোন য়োরকপদদি মশক থঙংলে, শাজৌনি। শাজৌ চংলক্তুনা হায়রৈ, "ইবেম্মা আনন্দী, অহিংদা নখোয়গী শঙ মমুংদা মৈ ঙানবা উই, নখোয়গী মী লেক্লিবোই নিংহুনা ঐনা কম্না কম্না কৌবনি অহুবু কনামত্তনস্থু খুম্লক্তে। ঙা হুরানবা কাংবুরা করিনো হায়বা ঐ চিংনৈ। নখোয়গী মী লেকখিবা য়াওব্রা? ঐ পাউসি তমগে লাকপনি।"

"ঐখোয়গী মী লেকখিবা লৈতে, খুরাবু" আনন্দীনা খুমখিবনি, "থঙজরে খুরা, ঐ বাজৌদা তমজরগে।"

শাজৌ চংখ্রবা তুংদা আনন্দী রাথল তৌহৌই, শোইদনা মুংশি ওইরমগনি। শঙগী শাইজিন্দা শো লোংতুনা থম্মী হায়বসি মাদি থঙবনি। আনন্দী মমা-মপাদা তাক্রফম থোক্লবস্থু তাকপা ঙমদ্রে; ঐ রা খুমাঙ য়াম্না চাওশিনগ্রে হায়বা থঙদবন্দগীনি। থম্লকপদা ঙাইরিঙৈদা উবা ঙম্বা তাইবং মীনা নাকোং অনি শুগ্রবদা লৈকাই থুন লান্দনিঙাই করি মরম লৈ। আনন্দী থাজখিদৌরে পাউদা থরুন তৌনরম্বা থুঙংগী অমদি অথাপ্পা সহরগী কাংবুনা মথি কোংবা হৌরকখ্রবনি। মহুদা মমা-মপা ওথাক মাথা শারিবনি। মশাগী অমদি মমা-মপাগী ইজ্জংকীদমক আনন্দী অহলশিংবু তাক্লমদনা মথন্তা পাংকী শঙ তম্না মম্লি মম্লিবহুদা তহা তহা চেম্লকই।

লম্বীগী অথম্বদা মথোয়গী হি লৈরমত্রে ; শাজৌগীদি লৈবা উই। আনন্দী পন্থদনা শাজৌগী হি হোন্দুনা শঙ ভমকথি। শুমাঙ মচাহুদা লেপ্লরে। শঙগী থোঙ তথ্বাই হাংদোকুনা লৈবা উই, পম্ববা তৌদনা মনুং চংলকপদা লৈমায়দা ভিংথোকপা কৌনা কক অমগী মথক্তা মুংশি লোংনা অশিবগা পাংথক ওইনা তুম্লি। অহিং চুপ্পা কাংনা চিকথিবনা মুংশিগী মমায় ফুৱিনা চায়ে, চকক য়েরে। প্রাস্তিক থাউদা য়াওবা থকপা লোইহৌত্রবা য়ুগী মনম্মা পুমহা হ্যরে। মুংশি য়ুগী নিশানা স্তান য়াওদনা তুম্নবনি হায়বা আনন্দী থঙই, অত্তুগা নিশানা চিংতুনা অহিংদা শোইদনা লাকখিবা ওইরমগনি হায়বসি আনন্দীগী য়াথলনা লামখিবনি,অত্তুবু সাইকলনরা নত্রগা থোঙনরা হায়বদি থনবদা থোকত্রে। মমা-মপা অমদি খুঙ্গাশিং খঙহন্নিংদবনা মুংশিবু থৈদোকখিনবা আনন্দী লোম্না চেন্নকখ্রিবনি, অত্তুনা মা ইকাই হঙ্গোয়বা ভমমক থাদোকুনা মুংশিগী মশা নোমহুনা হৌদোকলুই। মুংশি মশা মথৈদি লেংই, অত্তবু মমিং পাংথোকপা ভমত্রে। হায়গৎপা ভমত্রবা মুংশিগী ভকশম থবাক নপ্পা কোনশিন্দুনা আনন্দীনা কন্না চিংথৎপা হোৎনরুই। পাংত্তা মী থুংনরবনা হাল্লগনি থল্লা মুংশা থিনা হোৎনরিডে মরক্তুদা অহোবা থোঙ্গেল অমা আনন্দীনা তায়। আনন্দী মুংশিবু থাদোক্লম্নগা মপান্দা চেঙ্গোরকই।

লাউরক্লিবা থোঙ্গেন্দু ভাবদা, আনন্দী পুমঙক ভকই। থোঙ্গেল লাকফম থিরকপদা হিথাংফম তোর্ব্বান্দা মীয়াম অমা লেপত্তুনা লৈবা উরুই। মথোয়ত্তু অয়াম্বনা মথুৎতা নোংমৈ পায়বা সিফাইগী ফিজেৎ শেৎপা লাম্মীশিংনি। মথোয়না মাইক শিজিন্নহুনা লাউশিল্লকপনি, "চংজো, থুংলাই থাদোকউ, নত্রবদি নথোয়গী হিংফম লৈত্রবনি। শঙলুংদা নত্রগা মচি ময়াদা লোৎতুনা লৈবনা কান্নরোই। য়াম্না থুনা থোরকউ, নত্রবদি নথোয় শিরগদবনি।"

অকনবা রাহৈশিংসি মথং মথং লাউশিল্লকপদা আনন্দী ঙাইহাক বুদ্ধি চোইরুই।

সিকাইশিংনা শঙলুংদা নহারোল লালহৌবা লৈরে হায়না থাজরে হায়বা আনন্দী খঙলক্রে। মা তহা তহাদে, রাখল মাঙদে। ইমুংদা অমুক চংলনা মুংশি হৌদোক্রুই। হন্দক্কি মুংশিবু পুরা কোন্দুনা চিংখৎপনি, হমহম্নবা হোৎনবদা মঙক হায়গংপা ঙমদরে, মমিৎন্থ থক পাংথোকউ য়াদে। মুংশি তুখখিবনা হাল্লে। উপায় লৈত্রবুনা আনন্দী মনমদা চিংথংতুনা পোথংনবা হোংনৈ, মন অনি লুমহু নাম্বনা হানগ্রে। আনন্দী থোনা হন্দে, মথুং পায়হনা চিংবা হোংনৈ। মতম অদুদা অহৌবা নোংমৈ মক্ক অমনা ফক্লাং ফাঙনা হুইস হায়না চৎখি। আনন্দী মপান্দা চেম্থোরক্তুনা মথুং থাঙ্গংলগা কন্না কন্না লাউজখি। মানা লাউবদু মাইকী খোঙ্গেলনা নমখিবনা মশা ফাওবা মুন্না তাদে, অদুবু লাউবদি তোক্তে, "ঐখোয় মীচম্মি, লালহৌবা নত্তে, শংসি ঐখোয়গীনি। অসিদা মীতোপ কনাম্ত্র লৈতে। ঐখোয় মীচম্মি।

মাইকী খোঙ্গেল ফাওদুনা মাগী রাহৈশিংদু চৎখিবা ঙমদ্রে, আনন্দী মমিংতা ঈন্না চেন্না অশিবগুম তারিবা মুংশিদা অমুক্তং রেংলগা হি তন্না চেম্থোরক্লে। করি থোকদোরি থল্লুরগা আনন্দী হি হোনবদা মঙম চৎত্রে। মতম অদুদা তুংলোমদগী চংশিল্লকপা খুঙ্গাশিংবু সিফাইশিংনা তানথায়বা হোৎনরি, মদুদা আনন্দীগী মমা মপাম্থ য়াওবা উই।

আনন্দীগী হিনা তোর্বান নকশিল্লকপগা সিকাই অনিনা মাবু শয়েঙ নামা নামা পায়দুনা চিংথংলগা অতোপ্পা অমনা তুংলোমদগী মমিং অনিমক অমুবা ফিনা পুনশিনখি। আনন্দীনা কপ্পা-লাউবা করিমত্তা তাবীখিদে মাগী মথুং অনিবুমু তুংলোমদা চেংনা পুনশিনবীগ্রে। আনন্দীনা কপ্পা কপ্পা রা থর ঙাঙলকপদা

তুমিন লৈনবা লাউশিন্নরকই। মাবু কমহল্লগা মৈতৈলোল কজনা খোকপা সিফাই অমনা হংলকখি, "নহারোল পার্টি য়াওবা কয়া কুইরে, নমিং করি কৌই ?

আনন্দী শাওনিংবগা থক্কৎপগা লোয়নখিবনা খুক্ষম খণ্ডদে, তুমিন লৈ, উপায় লৈতনা কপখি।

অমুকন্নু হায়রকই, "নথাই কনবীগনি, শেংনা শেংনা হায়য়ু। করি পার্টিনো ? নমিং লৈফম তাকউ।"

আনন্দী শাওনিংবনা রা ভাঙবা খোকত্রে। অকিবা, মুংঙাইভবা অমদি ইকাইবনা পুন্দুনা কপথোরক্লে ; লুরবা তানকম্নি খণ্ডলকপগা পুক্লিংগী ঈহৌ পুন্নমক কাথহুনা হায়রকখি, "ঐখোয়গী করি ইয়ালনো ? ঐখোয় মীচন্নি, ঐখোয়গী শণ্ডা লৈজরুবনি।"

আনন্দীনা ভাঙবদি তাদনা মথোয় মশেল ভাঙনরিবা সিফাইশিংগী মরক্তগী অমনা হায়, "সার, অতৈদি হৌজিক কাওবা খোবকত্রে। মথোয় শীংনহুনা লৈববনি। গ্রেনেড নত্রগা মোটোর কাপশিনবনা ফরোইদ্রা ?"

সিফাইগী রাহু তাবদা আনন্দী খণ্ডহৌদনা লাউরকখি, "ভাইবীখো, মহু তৌবীগন্নু, নোংমৈ কাপপীগন্নু, মুংশি শণ্ড মন্নুংদা লৈ।"

সিফাইশিংহু রা লাওনা নোকখি ; অমনা হায়, "কয়ামুক য়ায়া মুংশিনবনো ? শিমিন্নগেদি হায়ত্রদনা নথন্তা চেম্বোরক্লিবদি করিগীনো ?"

আনন্দী কপতুনা হায়জবা লেপ্তে, "মাবু কনবীয়ু, য়াদি মরোনম্নু খোক্তবনি। তুমহুনা লৈহৌবনি।

সিফাই মকোক্লা আনন্দীগী মথজাইদা খুবাক্লা শেং লাউনা থাখি, অহুগা ভংহুনা হায়রকই, "লমহেনবী, নখোয়নবু অক-ফন্ত করিদি খণ্ডগনি ? লালহৌবা য়াওশিন্নুবগা নন্নুমদি পান্নিংলক্তুনা

অকংবা অকংবা ফারবনিনে, নোংমগী লম্বা বিবদা নখাই ফাওবা পান্মুরকত্রবনিনে? অসিদা লৈরিবশিংসি চুং-ফিরান চাবা মীওই ফরবা, থাকুনা থম্লবা ভাক্তনি, হোরেন অপাম্বা থম্লবা ভাঙ্গা পীবীগে, বচিন শেংউ।"

আনন্দী অশাওবা ফাথরগা হায়রে, "ঐ মীচম্নি, মহাক মীচম্নি, করিম্ভ খঙজদবনি, ঐখোয় ঐখোয়গী শঙদা লৈজরম্বনি।"

সিফাই অমনা লাউশিনরকখি. "ঙরাং অহিং থাজদা নোংমৈ কয়া থিম্লুই? শেংনা ভাকউ, নখাই কনবীগনি।"

আনন্দী করিগুম্বা থর হায়জগে থন্নুনা মচিন কাথোরকপগা 'ফায়র' হায়না লাউথিবা তায়, লৈবাক থক থক নিকপা, অহৌবা মখোল অমা লোয়নরকখি। আনন্দী থঙই শঙদা কাপথিবা বোম পোকখাইগ্রে। খোঙ্কেল অত্তনা নেমথরকপগা মা লেকথরক্তুনা লৈমায়দা তুথরকখি। সিফাই থর হোংচিন্দুনা লায়কয়ে। মখোয় বোম কাপশিনবম্ল লেপ্লে।

মিকুপ অতুমক্তা এস. পি. অমনা লুচিংবা পুলিস কাংবু অমা মকম অত্তুদা থুংলখি। এস. পি. আনন্দীগী মমিং, মখুংতা, পুল্লিবা পুম্নমক লোখোকহন্দুনা য়েংবদা আনন্দী মমিং পাংলবম্ল রা ভাওবদি ভমত্রি। মাবু য়াম্না থুনমক মমা মপাগা লোয়ননা গাড়ী অমদা হোস্পিতাল তম্না থাগ্রে।

মখা ভাবা থবকম্ল এস. পি. গী য়াথং মতুং ইন্না থুঙ্গা অহল মরিগা লোয়ননা সিফাই তরাগা হি মরিদা কাথংতুনা শঙ তম্না চংশিনখি। শঙ য়োবদা অহলশিংগা লোয়ননা পুলিস মকোক্তা খোঙ হাংদোকুনা চংগ্রে। মনুংদা মুপা অমথক্তং অশিবগী পাংথক্তা তুমহুনা লৈবা উবরে। শঙমুংতু মুনম্না হারে। মুগী নিশাবা নহনি থঙহুনা এস. পিনা মুক্তাওববু শোং চিংথংখি। লেংবদা মারবা মুংশি মমিং ফাক্লি ফাক্লি পাংখোরকই। অহলশিং উবদা

মথুং লোয়ম্ভুনা থুরুম্নকই মথংদা এস. পি. অমুক য়েংলকই, হন্দক্তি খুং শোক্লনবা মথুং তিংখোরকই। এস. পি. না মথুং শোক্লগা চিংখৎত্তুনা হায়, "অসিনা তৌরম্লিবসিনা করিনো? নং ঐ লাক্লম্বা নম্নাইবক ফরিবনি বন্দু।"

পুলিস মকোক্লা ময়ামদা ওনশিন্দুনা হংই, "ময়ামদি মুপাসি শক খঙবীব্রা?"

"মশক্তি খংজদে সার," শাজৌনা খুমলকপনি, "কদাইদনো অমদি উখিবগুম তৌই।"

"ঐগী মরুপ্নি।" এস. পি. মমিং অনিদা মথুংনা নোইখি।

মুংশিবু হিদা হাপকংত্তুনা কংকাল তানা পুরক্লে। নোংমৈ কাপখিবা সিফাইশিংনা ইঙক ঙক্লা য়েংই। খুগাশিংদা রারী রাখোং ফরিমত্তা হায়রমদনা সিফাই পুম্নমক এস. পি. না পুত্থনা চংখ্রে। মুংশিসু মখোয়গী মরক্তা য়াওখ্রে।

মী ফুনবা, নোংমৈ কাপ্লবা হোৎনরম্বা ময়ামছ চংখ্রবা তুংদা খুনগী পাখং লৈশাবী ময়াম মুরুম মুরুম, চিবোন চিবোন ঙাংনরকই, "মুঙাওবা রাখোক ওইহল্লম্বা মুপাছ আনন্দীগী মরুপ্নি। মরোল খোক্লে, মুংশি কৌই। আনন্দীগা য়াম্না মুংশিনৈ হায়নৈ। মাগী শাখংদগী ফর ফরবা মুপা কয়ানা হায়বদা আনন্দী মনা মেল্লি। খঙদে মী মীগী রাখলনি।"

আনন্দী হোস্পিতালদা লৈরে। রারী রাতাই ফজনা শানবা রাত্রি, ডাক্তরনসু থিংলি। মঙোন্দা খম্মোইগী অনাবা লৈ হায়বসি মমাঙদা খঙলমদবনি। রাম্বরুবা থোদোক অত্থদগী হায়গংখিবা বি পি হৌজিক ফাওবা হম্বহনবা ঙমদনা লৈরি। ঐ মাবু য়েংবা তৎতনা চংলি। ন্মোংমা এস. পি. সাহেব লাক্তুনা মবাল লৈজদবা আনন্দী অমদি ভুংশিদ্বা য়েংবীখিবা অরানবা মিথয়েং অত্থগীদমক নিঙমদবা ফোংদোক্লমগা হুনখি। আনন্দীগী পুকচেল চাওববু রাংনা খাঙ্গৎলম্বনি।

হোস্পিতালদা আনন্দীবু উনবা লাকপা মী খুদিংমক্কা সিফাইশিংগী লমহেনবা থৌওং অহুবু কাউথোকখিনবা মায়ী কয়া তৌনৈ। অহুবু লৈশাবী অহুগী নাকোংদা য়ৈখিবা লুজনবা মাচৈশিং অহুনা মংকোক মন্নুংদা মচিন থৌরবা তানা খিনগাইরকপগুম চৈনা থাভবদা হেক হেক য়াম্থরি। মাগী অকনবা অনাবা হৌরকপা খুদিংদা সুংশিবু কয়া কয়া কৌবকখি। সুংশি হিংলি হায়বসি আনন্দীগী থাজবগী মাংমদা লৈত্রে হায়বা খঙনরে। ডাক্তরশিংগী থয়াই য়াওবা অকনবা লায়েংং চংথরবমু আনন্দী নোংম নোংমগী য়াবা হেঞ্জিল্লকখি। মাথল লায়নাদা হৈশিংবা ডাক্তর অমগী পাউতাক মতুং ইন্না হিংলি খঙনবা সুংশিবু মনাক্তা অমুক্তং পুবকসি থন্নংবে। থবক অহু ঐনা শিনবদা তাবে।

অযুক অমা ঐ ওস্তা নখোযগী যুমদা চংলুই ; সুংশি উনবনি। ঐনা মাঙ্গোল কাথংপগা ডাক্তর অরুন সুংশিগী কাদগী থোরকই। ঐ ইওক ওক্তুনা ডাক্তরদা য়েংখি, মঙোন্দগ য়া থর হংনিংবগা লোয়ননা কৌরুবনি, "তামো ডাক্তর।" ডাক্তর ঐঙোনদা য়েংদনা নোকংফেং তৌই অহুগা হায়রকখি, "সুংশি চাবা-থকপদা থওইদবা কুইরবা জাংনি, মালস্থ্‌ টি সনদগী থোকপনি। অহুগী মথক্তা যুগী লায়নাসু য়াওরি। ঐ ওরাং সুম্মিদাং পুং তরাদগী মাবু শেন্নরকপনি। বি. পি. য়াম্না নেম্লি। হিদাক পীরম্লবনি, লায়হৌ অসিনা নেমথ্রগা অহুম ফঙ্কবক্লগনি। ঐ কুইথবা ওয়রোই, অথুবা অমা লৈরে, য়ারোবীগন্থু।"

ঐবু উরগা তহা তহা হেক চংখিবা হায়বসি ডাক্তর অরুনগী হৈনবীনি। মথা য়াহং থয় হংনিংলবসু নংহৌত্রবনিনা ঐ সুংশিগী কাদা চংলে। ত্রিপ য়াল্লশী। তামো-ইনম্মা মায়থোং লাংশিন্না সুংশিগী নাকল য়েং-ওইদা ফম্লি। মথোয় অনিমক য়াম্না চোকথনা উরে, ঐবু উবদা মথোয়গী থংম্মোই থরদি চাউথংলকপগী মতৌদা

ইনম্মবা হায়, "তোপ্পী নং লাকপা করে, মুমিৎ হুন্নি শুরে তৌরিবা মতৌসিদা, মমিৎ ইপাং পাংনিংদবা। ডাক্তরনদি করিম্ভু তৌরোই হায়, অদুবু ···।"

ইনম্মা নাকন্দা ওম্বোক্তুনা মপি তৈংথোকই। ঐ চংশিন্দুনা মুংশিগী লাইবক্তা থুংনা নান্নপা মমিৎ পাংথোকহন্নবা কন্না হোংনকই, মশা নোমহুনম্ভু য়েংই। মুংশি তপ্পা তপ্পা মমিৎ অমুক্তং পাংথোরকই, অদুবু ঐঙোন্দা য়েংলমদনা অমুক উইশিনখ্রে। মশাস্থু মৈ থোক্কা শারি। মাগী ফিভম অদুদা ঐনা তৌগে খন্দুনা লাকখিবদু করিনো, অরেম্বা তারে। ঐ হোস্পিতাল্লোমগী বা করিমত্তা হায়দোক্কে। তামো-ইনম্মগী মহুৎ শিন্দুনা মুমিৎতু মুংশিবু সেবা তৌদুনা লেপ্লে। সেকমাইজিনগী কাংবু হোস্পিতালদা ঐবু ঙাইহৌরিবশিংদা পাউ পীখিগে খন্দুনা তেলিফোন ওংলুই, লাইন কাওনদ্রে।

মুমিদাংবাই পুং মঙা চপ চানা ডাক্তর অরুন অতোপ্পা ডাক্তর মরুপ অমগা লোয়ননা লাকই। মথোয় অনি কুপ্পা তানবদা মুংশিবু মথং অমুক্তগী হোস্পিতালদা পুথংপনা করগনি থৈ। ঐস্থু মথোয়গী রাকমদু য়ানিংনা য়ুমদা হন্নকখি।

মথংগী অমুক্তা মুংশিবু হোস্পিতালদা পুনবা ঐ কার পুদুনা চংলে। তামো-ইনম্মা অদুম্মক থরাই-রাবগী ফিভমদা ঙাইরম্মি, মরমদি মুংশিদা অহোংবা, কনথংপগী ফিভম অমত্তা উদে। তামোনা মাগী মরুপ অরুনদা ঐখোয় য়োৌরক্লগনি হায়না তেলিফোন্দগী খঙহনখ্রবা তুংদা মুংশিবু কারদা হাপকংলে।

হোস্পিতালদা মিং চনবগী থৌরাং পুম্মক লোয়বগা লাকমিন্নবা মুংশিগী মরুপ, মু থর থকচন্নবস্থু মাবুদি য়ান্না লুনা তৌজবা পাথং অদুদা অমদি তামোদা শিন্নরম্নগা ঐ আনন্দীনা লৈবা য়ার্ডতা পরপ পরপ চংলি। থোঙজিন্দগী য়েংথিবদা আনন্দীনা লৈহৌবা

রেম্ব হাওনা লৈ। ঐ পিং লাওই। লোম্নবা বেদশিংদা লৈবা অন্মারশিংগী সেবা ভৌন্নিবশিংদু ইগুক গুক্লে, মায়থোং নাংশিন্না উনৈ। চিংন-চিংননা ঐ অহাওবা বেদকী ময়া নক্না চংশিন্দুনা থংননা লেপ্পী মুপী অমদা হংলুই, "ক্লেদসিনা ওয়াং লৈহৌবী অন্মাবদু কদাইদা চংগ্রে ?"

মৌ নহান্না পোম্বাংলরকই, "পুথংগ্রে।"

ঐ হয়াওবনা মুংদগী মপান ফাওনা নোকে তৌই, কদুনা পুথখিবা ওইরমগনি থল্লুবনি।

নাকনগী মৌ অমনা হংলকই, "সেকমাইজিনগী লৈশাবীদু নক্রে ?"

"হোয়," ঐনা ওনশিল্লুই, "কয়া কুইখ্রে পুথখিবা।"

"লৈতবদি অহিংদনি, অদুবু পুথোকখিবদি কুইখিদ্রে।"

ঐ শ্বাই পাথংগ্রে। কোক উরু উরু লৈখিদুনা বেদতা কিং কয়থৈ। অনা লাকপা চাইদুনা বেদকী মচি পায়দুনা থাংই। অহানবা তারকখিবীদুনা হায়থবা লেপত্রি, "ময়া মপা ওইরশিংনদি করম্না থাওলমগনি, মশকা-মতৌগা, মরাইবক থীবা হায়বদুনি, মাগা মুংশিনজবা পাথং অমবু সিফাইশিংগী থুংতগী কমনবা হোংনবদা শোকখিবনি হায়নৈ। পাথং অদু ওম্বোক্না চাকলমগনি।

ঐ মুপী অদুদা অমুক ওনশিল্লমগ্রে। কোক মম্নুংদা উওলবদু পিনা অমুক পাংশিনক্রবদা থাওফম থওদনা মপান থোরকখি।

তাগোগী মনাক্তা চংদুনা মুংশিবু চেকশিন্না য়েংশিনবীনবা হায়জরম্লগা ঐ য়াম্না চিনবা থবক অমা লৈরবগী মওংদা হোন্শিনতালগদগী থোরক্লে। অাইতম্রবু ময়াম লখী ইন্দুনা থোইলকই, আনন্দীগী মশক অমুক্তং অয়োইবা ওইনা য়েংহোগে থন্দুনা হোংনরম্মনি। অদুবু অয়েম্বা তাগ্রে, ঐনা মংথোরগী থোক্লাল মপা য়োবদা ইম্ফাল তুরেল মপান্না মাগী মশা উং ওনখিরম্লে।

মকপন্থনা ঐ কপ্পা য়াবা কপ্পম্নগা মুমদা হল্লক্লে। থাঙ্ থক্তা কেমথ্রবী লৈমাং অহুম্নীদমক ঐ মুমিং কম্নানি ভেংথাখি। মুংশিগী মনাক্তা ভোয়না চংপা শুমখিদে। আনন্দীগী অস্তি মুমিংতা মুংশি নাবা কহনা মুমদা পুথরক্লে। ইনম্মনা পাউ পীরকপদগী ঐ মুমিদাংল্লাইহুদ মুংশিগী ফিভম য়েংবা লাকখি। ঐ মাগী হিপফমদা কমহুনা শঙ্গোম থজিক্তং পীথরুবা শেমহুনা লৈরিঙৈদা ঈয়া চেল্লবা মমিংনা ঐঙোন্দা। মুন্না য়েংলগা মুংশি হংনিংবা অমা ফিংহুনা লৈরে হায়বা ঐ উরে। ঐনা মাগী মকোক-মমায়দা নাম্নগা পুক্লিংগী ওলাংবা ফাথহন্নবা হোৎনখি। মশাহু থজিক্তং কোমথোরক্লবদা ইকায়বা থাগুহনা থগুহল্লকই, "আনন্দী করিগী ইনাক্তা লাকত্রিবনো? ঐ নারি হায়বা থগুত্রবা জাংলা? মুংঙাইরিঙৈ মতমদি তাইবংগী মরুপসি য়াম্বনি।"

মুংশিগী য়াহংহু ঐ পাক হেক পাউথুম পীবা ঙম্নমদে। অহুবু অশেংবা য়াহু তাকথোকপনা ফরগনি থন্দুনা ঐ য়াম্না য়ানা মঙোন্দা ভয়ে, "আনন্দী ঐথোয়গী ইরক্তা লৈত্রে, সংসার থাদোকখ্রে। মাবু অমুক হন্না উরয়োই।"

ঐগী য়া তাবদা মুংশি মপুক্লিং য়ারোনা মঙক হাই, থঙ্গহোদনা মু-ঙাইজদবা অমদি নিংঙমদবা অমগা লোয়ননা নোকফেৎ তৌখি। মমিংনা ঐঙোন্দা য়াম্না কুইনা ঈরা শিন্না য়েংলগা থগুহন্নবা হোৎনরকই, "আনন্দী শিখ্রে হায়বসি মীনম্বনি, নঙোন্দা হায়-ত্রিল্লিবনি। মাবুম্ন ঐনা উবা ফংলোইদবা মকমদা মমা মপানা য়াম্না লাপ্না লোৎখিবা ওইরমগনি।"

য়াহৈশিংসি থগুহন্নয়গা মুংশি মমায় লৈথোকখ্রে। মাগী থাজবহুদা অহুম লৈহনবহুনা ফরগনি থন্দুনা ঐ য়ারী মথা তাক্লদবা তুমিন লৈরে অহুবু ঐগী মিংকী পি থাম্বা ওন্নক্তবনা মপান থোয়কখি।

অঙাং অতোম্বা, হৌজিক্তি নংগী তামো লোক্তাকী শঙহুদা অমুক হল্লা চৎখিরে। অদুবু লোক্তাক পাং য়েকপদি তোকত্রি। মতোন্দা অহায়বা মী মাওত্রা নত্রগা মশাগী রাখল্লা, মানা তোয়না তোয়না পনবা অমা লৈ, 'রাশি এরোপ্লেন তোংহুনা চৎখিবনি, এরোপ্লেন তোংলগা শোয়দনা হল্লকখিল্লি।' মরম অদুনা লৌবুক মপানগী থোংনাং মথোঙদা এরোপ্লেন পাইরকপা য়েংবসি মাগী মথৌ ওইনা তোরে। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা নংগী তামোবু লৈত্তাহনবা হায়বসি রাশি নত্তনা কনামত্তনা ঙমগনি থাজত্রে। লুরিবদি রাশিগী লৈকম থঙদে, মহাকী পুকচেল্লা অহোংবা লৈরমগত্রা করি থল্লমখিনি হায়বস্থ ঙম্লত্রে। মহাক মনিপুরগী রাংমদা লৈখ্রে হায়বদি চুল্লে; সংসারগী করম্বা মকমদা লৈরি হায়বা থঙদবনা কনানা মাগী থোঙ্গুন লিকপানি। অদুবু অঙাং, ঐনা নতোন্দা নিংশিংহল্লিংবা অমদি নতৈমনা নংগী মৌবু কোন্দুনা ইমুংদা পুশিনবহু ঐ য়াম্না উনিংবনি।

অঙাং অতোম্বা, ঐগী রারীসি লোয়শিল্লগে। নংবু নয়াম্বনা মুংশিবগুম নংনস্থ নয়াম্বগীদমক থনগদবনি। নং নকোক কাওবা চিক্কনা লৈবা ওইম্নু। হোংনবা খুদিংদা মঙ্গোল ওইম্নু।

নংগী নানে

তোম্বী

তোম্বীনা মকুং অঙাংগী মচা অনিবু মানা হেক পোকচবা মচামক্কুম মুংশিবনি। মুংশিগী লুহোংবগী রাকম হৌদোক্করকপা মুমিংতগী মৌ অদুগীদমক সনা লিক-কোন ময়াম অমা থোনগে হাক্কবগী রাথন্দা লুপা কয়া কয়া চংনা লেপশিল্লুই। রাশি উনবা অহানবা চৎপা মুমিংত্তা মানা শিখিবা লৈতেংশিংহু মুংশিগী মৌগীদমক লাংজখিবনি। ডাক্তর অকল্লা মত্তু উবদা ঙকখিবনি।

মঙ্গল ওইখিদ্রে থন্দুনা কায়থোকপ্রবা লৈতেংশিং অহু আনন্দীগীদমক অমুক শরুক অনিদা হেনগৎনা শারুরবনি। ময়ামহু মাগী লুখুম্রগী মোন ময়াদা ইচাই চাইরি। ময়া অতোম্বদা ইবা লোইরবা চিঠি মকোক্তগী হম্না মুম্না অমুক পারগা সনা লিক-কোনশিং অহু নৈহৎলগা মমিংতা মপি অতং অথম লৈতনা শিন্থহুনা তোম্বী কপখি —

"ইমাগী আনন্দী
শীঙেল অরেম্বা
লৈরাং অতিঙ্বা
চিম্নদনা কেনখিবা
পাম্মুইদা !"

# ২৩

## লিলা কোঙবা

মঞ্জুরীনা থোইথোইবীগী হোংলকপা মওং কুপ্না য়েংশিল্লি। দিল্লীদা লাকপগী অহানবা থা থরদা ওইরম্বা মাগী লোনচং রাথল য়াম্না হোংখিবা উই। মুংশুক মুংজানবা, ভাউনিং-হায়নিংদবা, চাবা-থকপদা থোওইদবা অমদি চিন্তা পুবা শক্লোন ময়ামচু হন্দোকখ্রবগুম তৌই, হৌজিক্তি থবক থুদিংদা হৈনিংদবা মতৌ লৈরে। অমুক মুংথিল হিপকমদা লেল্লগী মানা মপান থোক্লা কেমনিংবনা ইরাঙ লাওলক্লে। মতম অমদা মচনগীদমক রাজেন অমসুং মঞ্জুবী মুংশা থিবনা রা ভানবা লেপখিদে, নিংশিংলকপা অনদগী অনিলবু কৌহনা মাবু অকবা লম্বীদা লমজিংবীনবা শিন্নখিবনি। হিরম অসিদা অনিল শীংথাবা য়াবা হৈ শিংবা মীণক ওইরম্লে, মায় পাকখ্রে; থোইথোইবীগী চিন্তা পুম্নক ভাঙ্হোকখ্রে। অহুবু লুপ্লিবদি, রাজেন অমসুং মঞ্জুরীগী রাথল অকা-অপুম্নবা অমনা অমুক রাই য়াম্না চিলহল্লরে, মরমদি, থোইথোইবী মিংশেল তোয়না য়েংলকই, ফজবা ফিজেং থি, লৌশিং পকপা রাঙাং তোয়না শিজিন্নৈ, জুলিগা মথোয় অনিগী শক ফজবগী চাংদম্নবদা হেন্না পুক্লিং চংই, ময়ামসিগী মথক্তা অনিল উদবা মুম্নিংতা মা লৈকম থঙদনা ভাওই। তোয়না তিন্ন-তোংনবা পাথং লৈশাবীশিংগী অপাম মুংশিনা চৈথাইরকুনা

থম্মোইগী অন্নবা মশক মাওদকপগী চৎনবী চেং মরম চেং তাবা, ফৌ মরম ফৌ তাবা হায়বা য়াকমসি মঞ্জুরী হান্নদগী খওদবা নত্তে। মরু মঙা ভরানা উৎলকপা নংখিত্রে, খোইখোইবীগীদি মনিং হোরবা শংবাইদগী ওয়ো-ওয়ো হৈখরকপনি ; অনিল লাকপ্রা য়েংবদা গেটতা ভোয়না খুনিং কাংলবীনি। কুইনা খাওলম্বদগী য়ারকত্রহনা ভন্নকপা মঞ্জুরীগী পাউদগী য়াজেন মুংশা থিরক্লে, মরমদি জুলিনা মাগী খুজেংদা মবুংনি হায়রহনা লংগুং পুনখ্রে। মঙোন্দা জুলি অমদি খোইখোইবী অনিগী খেন্নবা করিস্নু লৈতে, চপ মান্ননা মুংশি।

অমুম্না চিংনবনা য়াংখৎলক্লবদা মঞ্জুরী ওসিদি খঙদোক্লবা য়াত্রে হায়বা চপ মুংনা লেপহনা কুপ্পরনা ইংহল্লবা কাদা মথন্তা কপ্পিবী খোইখোইবীগী নাক্তা পুথমদা আলু, ভিলহৌ অমস্তুং ফুল-কোবী হাপহনা য়েঙ্গাং শেম্মিন্নবা শাহনা ফন্নে। মঞ্জুরীনা তি ভিগীখোঞ্জেল পিকথহল্লগা হৌরকই, "ওসি ওরাংসি অনিল ইরাক লাক্তে, করি অচিনবা লৈত্রবা জাংনো খঙদে।"

খোইখোইবী খুমদে, মাপ্প য়াহৌবদগী য়াখন্দুদা লুপলম্মিবনি।

মঞ্জুরী শমথরকই, "মথোঙ ওস্তোক্লা য়াংত্রবা, হান্নখিবদম্ম শোইগন্দবা, ঐখোয়গী ইমুংগী য়াম্না থনবীখ্রেদা।"

"ইথুং লাম্ভোক্লগা মথুৎস্নু লাম্ভোরকপা হৌনসানি, তামো ইনম্মনঃ মাবু মুংশিনা-লুনা তৌবহ খঙবা।" খোইখোইবী চম্না খুমই।

"করিনো পোকমিন্নবগুম হেক মুংশি। মশক-মতোগীদি থমখিসি য়েংউ; পুকচেল-খোইজেল, বুদ্ধি-লৌশিং, সভ্য, মাগুম্না নক্লবা ইপ.া অমত্তং লৈজরবদি পেঞ্জপ্রনিদা।"

"করিনো ইনম্মা, অমুক য়াম্না নক্লরিসিদি? নোংমদি অসিদগীম্নু হেন্না নক্লরকখিনি।"

মঞ্জুরীনা খঙনিংবা পাউখুম নকশিল্লক্কে খন্দুনা মচং ওইবা য়াহংগীদমক মচিন কাখোরকপগা খোঙজিন্দগী দিংদোং মখোল তায়। য়াজেন হল্লকপা মতম য়াম্না য়াংলি, অতোপ্পা মী ওইরমগনি খন্দুনা খোইখোইবী খোঙ হাংজুনবা খোকখি।

খোঙ হাংদোকলুবদা অনিলগা শকখঙদবা সরদারজী পাখং মচা অমগা লেপতুনা লৈরম্মী। হৈনিংলমদবা শুম্মক খঙহৌদনা মাঙখ্রবী খোইখোইবীনা হয়াওনা কৌশিল্লি, "চংলকউ, জুলিদি ?"

খোইখোইবীগী য়াহংদা পাউখুম পীদনা অনিল শক তাকই, "খোইখোইবী, মরূপসি কুলদীপ সিংহনি, ইনাওগুম্বনি।"

খোইখোইবীনা মখুং লোম্নবগা কুলদীপপ্পা হানখি, "নমস্তে জী।"

মপান্দা ভাঙনবত্থু মঞ্জুরী ফজনা তায়, ইমুংদগী কৌশিল্লকই, "অসোমদা চংলকউ অনিল। বৈঠিয়ে, কুলদীপ হায়রবনিকো ?"

কুলদীপ মখুং লোম্নে, "জী ভাভী, নমস্তে।"

অনিলগা নক্কনা কুলদীপস্থু ফমথরে। পাখং অনি নে তাক্লিভৈদা খোইখোইবীনা নমহং তৌরকখি, "য়াওয়কত্রবদি কৈদৌরে? খংনখ্রব্রো ?"

অনিল অচম্বা পাউখুমদা মরম অমা তাকপগুম তৌই, "খংনখিবকাদি খঙহৌত্রে, লাপ্পখিবদি লৈরে।"

"য়াম্না লাপ্পখ্রবা অাংলা? উনবা ওম্বগী য়াংমদা ?"

"উনরবস্থু ভোবর্ধান য়াংমা য়াংমদা লেপ্পরে।"

"য়াংমা য়াংমা খঙদনবা নখোয় অনি অতুক কম্না খোং অমা শাখিবক্থুদি ?"

"তেকখ্রেদনা। মাগী খোংখোঙনা কেপেনা ওইরম্বদগী; ঐগীনা লৈঙোই মথক্তা খিল্লুবদগী।"

"করম্বা তোংজবগী ঈচাওনা ফুকথেকখ্রিবনো খঙনিংব্রেদা।"

"পুক্নিংগী হোংলকপা ঈহৌবু কনানা খিংগনি, মাগীসু, ঐগীসু। অকনবা মুংশি ঈহৌরকপা অমনা ইরায় লায়না ফুক্তেকখিবা ওম্ববু।"

"আস! ঈহৌ-ঈচাওদ্রু ওথাক কল্লমগনিবো"

"হোয় ঈথক ঈরৈগা লোয়নরকপনি। ওসিদি ঈহৌরককম মরুদা চপ চানা রাকংলুবগে খোরক্লবনি।"

খোইখোইবী চিনবান ফাওবতং নোকফেং তৌরগা অনিলদা য়েংই, অদুগা মাগী রাহু কয়া থওইদবগুম তি বি বন্দ তৌরুই। চাকশওদা চংলুবী মঞ্জুরী খোরকুনা হায়রৈ, "ঐ থবক হোৎনরুখিগে। অনিল, ওসিদি চাক চাদনা চংখিবা য়ারোই।"

মঞ্জুরী খোকখিবগা ঘড়ীগী পুংশিং তরুকলক য়ৈরকই। দেং দেং লেপখিবগা অনিল মাওগী রা শমথৈ, "মরুদা রাকৎপা খোরকপসি ঐগীদমক্তি অরায়বা ওইদ্রে। ইকাইবগী পল মথক্তা রা মাওখিগদ্রা কিবনা থক থক নিকুনা লাকচবনি।"

"কবিগী অদুক কিরিবা, হুরানবগী রা য়াওরব্রনে? রাকৎপা চৎপা মীনা অদুক য়াম্না কিখি হায়বা ওসিথক্তং তাজরি।"

"ঐগী রাকৎ-মবোল য়াম্না লুবা।"

"ফরেনে, রাযেনগী মমিদি রাকৎকী রারেংদা তায, অইবা মশানদি থওই গায়নৈ।"

"অচুম্বনি, অদুবু রাকংকী মরোল তাদনা রায়েন চৎথখিবনা ছানখিগদ্রা কিরিবা।"

"অদুদি পারো তাবসি, বিচাবপতিনা রায়েন থুনা লাউখোকদবগী ডাইরিবনি থল্লো।"

"ঐগী রাকংকী অহানবা মরোল: মাওদা উবা পোং থুদিংমক্তা মীওইর্বনা য়েংলুদে, য়েংলুবথক্তু মশক থওই, য়েংলুব্রবদি উরুরবসু নিংশিংবনা পুরক্তে, মসিদা করি মত লৈ?"

"নিংশিংলুত্রবা পোংতু মীহুগী নক্কবা ওইত্রে, মানা ফনা য়াম্না নক্লে হায়জরবস্থ তাংনি খনগদবনি।"

"অহুদি, ইশাগী শক তোয়না নিংশিংদে, ঐগী নত্তে হায়সিব্রা ?"

"অশেংবমক নংগী নত্তে, নংবু তোয়না য়েংহুনা নিংশিংলিবা মাগীনি।"

"ঐনা বিচারপতিগী শক তোয়না নিংশিংই, ঐগীনি হায়বা য়ারব্রা ?"

"য়াদ্রি, মশাদা তাক্কনা নংনা মাবু উবা ওইরমগনি, য়েংলুদ্রিবনি। য়েংলুদ্রিবা পোৎ নংগা নক্করোই।"

থোইথোইবী চৈথাইরবা মফি মরোল অমুক্তং লোইশিনতাশিল্লগা সোফাদা ওাথরগা অনিলদা চেপ্তুক য়েংই, অহুগা ফিভম অহুমক্তা কুলদীপ্পা থোইথোইবীদা। মঞ্জুরী চা কপ অহুম পুশিলক্কুনা টেবলদা থম্লগা করিমক্তা ওাওলমদনা থোকখি। অনিল মথা তারকই, "অনিশুবা য়ারোলঃ শাবী-শানৌশিংগী মুংশিনবা তুরেলগী ঈচেলদা তাওবা কৌদৌনি, তোরৈ অমত্তদা পন্দুনা লৈনিংদে, ওাইহাক পল্লুরবস্থ তোরৈ অমদা লাম্নবা হোংনৈ, য়ানিংব্রা ?"

"মুংশিবদি কংবা নাইদবা অমুরানি, অনৈবা ঈচেলনস্থ য়োবা ওমদবা। তোরৈ লাম্না চেল্লিবা ঈশিং অমোৎপা পুরিরনি। মরম অহুনা কৌদোনা থিরিবদি অমুরানি।"

"করম তৌসিগে ঐগী মুংশি কৌদৌ ঈচেল ইম্না কম্না চেম্বরক্রি?"

"মহু থিংনবা নখুৎমক্কা অচৌবা পল অমা শাগ্রবহুদি ?"

"হৌরকপা ঈচাওনা কনবনা মতিক চাদবা পন্দু পাথোরকপনি হায়গ্রেনা।"

"ঈচাও লাক্কবা মরুদা নোং চুথিদ্রি। নোং হৌরক্কবা অতিয়াদা অমম্বা শক্তমস্থ উংথিদ্রি। কুমসি মুংশা শারকপা কুইরবনিনা ইকং থোক্লি।"

"মশাগী অক্তনবা ঈকুৎতগী হোরকপা ঈচাওনি।"

"অদুগীদমক্তি য়ারুকম লৈতে, ঈকুৎ থোকহল্লিবা মালেম মশানা ইরায় লায়না ঈচাওহ্নু চুপশিল্লখিনি। হাঁ জী, কুলদীপ, বতাইয়ে, বিন বাদল বরসাট, বিন বরসাট বাঢ়, কৈসে? নোং তাদনা ঈচাও লাকফম থোক্তে।"

থোইথোইবীনা কুলদীপ্তা ওনশিন্দুনা নোক্লকপদা পাথ'হু হৈ-শিংনা খৈদোকখি, "মৈ কুছ নহী জানতা।"

অনিল য়ারীদা থোইথোইবীনা মায় পাকপ্রে খঙনা নোকপা য়াওই, মচিন্দি পোংথাদে, "মথং য়ারোল: মীওইবনা ঙমজরগা পেমৈ। অদুবু, নোঙখিনি, হায়জখিনি খল্লিবা মীনা মায়থিজি। য়াবীনিংব্রা?

"অঙম তান্দুনা পেন্নবদি ঐ থক তৌদে, অয়ানবা হায়খিদবগী মুংঙাইবদি লৈ।"

"ঐগীসি অঙাওবগী চোইরোল তারক্লি; তৌকম খঙলক্তবনা ফুদিংতা মাঙজোং চোংবা।"

"কন্না চোংউ, ফুদিংকী চরু থানা লৈবনা নখোওম্নু তেক্লোই।"

"অদুগা কঙাওনদুনা লৈখোঙদা ফম্বনি। মতোন লোম্না শাংলিবা লৈহাউবু লাম্বা ফংদবনা কেল্লকপা ঙাইবা।"

"ঙাইরুরম্নু কেল্লক্লরোই, মালংবনা ছমদুনা পুখ্রগনি।"

অনিল থওইরুত্রবা চাগী কপ চিনবান্দা থম্লগা মশা পুম্বা ছরু-ছুরা থেক-থোংদুনা তিংথংলকই, হায়গদবা য়া খোমজিনবগী মতৌনি। থোইথোইবী মঙোন্দা য়েংদুনা মখা য়া ঙাইরি। অনিল কুলদীপকী লেংবান্দা মথুং থাজংলগা ইকাইবা থাইদোকপ্রবগুম হায়রকখি, "থোইথোইবী ঐ ঙসিদি নখোঙদা তুজরগে লাকচরবনি"

থোইথোইবী মমিং শরুক অনি লাওথোক্লা অনিলদা য়েংই, ফাগিদি থাদে, "চিংথংশীনবা জুলি কৌরখো।"

"করি বাক্লো ঐনা নংবু অসুক ওক্লিবসি। লমহেনবা থন্মোইসি অহিং-লুংথিল অনিমক্তা নঙোম্দা লুপথিবনা পোৎথাকম থত্রবনি।"

"অছুম তৌ হায়বদি কনানা হায়রিবা ?"

"নংবু থেংনহনবা তাঞ্জাহনা।"

"থাগৎচরি, তাঞ্জাবু মমল থঙনা ইকাই খুম্নবীবগীদমক।"

"নংগী থৌজাল ফংত্রবদি পূন্সিসি মমলগনি। পৃথিবীগী মঙাল ফংজরগা চাউথোকচবা পুনিমাহু ঐস্নু অমুক্তদি ওইহল্লু।"

"অছুম হায়গন্থু, পৃথিবী ইকাইথিত্থনা লোৎথিত্থনা তোকনি। মাস্থু মুমিৎতগী মঙাল নিরুবনি।"

"থোইথোইবী নংনা ঐগী রারোল পুম্নমক অশোংবা নারক্তা লাংশিনগ্রে, লৈচিলগুম্নবা কুনচাক্নবা পাউথুম্না কুপশিন্দুনা থম্বীরে। ঐগী রাহংগী পাউথুম অকোকপা মফমদা পুথোক্তনা অমুক্তদি ময়েক শেংনা উহল্লু। হায়নু, নং ঐবু লুংশিত্রা ?"

থোইথোইবী থন্নাই তানা থোজেল থোক্না থিক থিক নোক্লগা চিং-লেম্বা শক্তম উৎহনা হায়রকখি, "করিগী লুংশিদনি, নংদি ঐগীনি। ঐগী অরাবা উবিগদৌরিবা, য়েংবীগদৌরিবা মীশক্তি নংতনি।"

সোফাদগী ফুক হৌগংহনা অনিল থোইথোইবী মনাক নক্লা চংশিল্লি, অছুগা থঙহৌদনা মখুৎ পায়হনা চিংথৎহনা হন্নাওবনা পন্দোন লোম্না নিল্লা হংলুই, "থন্নাই ওইবী, মহু নংগী অশেংবা পাউথুমলা ?"

কা হেল্লা নকশিল্লুবা অনিলবু থোইথোইবীনা মথবাক্তা মখুৎ ওইমা কম্না ইথোক্লগা য়েংকী থুবাক্লা মথোল হৌনা মথজাইদা শেৎ লাউনা বাখি। থোঙজিল্দগী মথোঙ কান্জিল্লকপী মজুরীগী মখুৎতগী লৈমায়দা চাম্না ট্রে গ্রেং লাউনা হৈদোকগ্রে। ট্রেদা

য়াওরকপা দহী, পাম্বোথা, কোফি পুমচাই চাইরে। মঞ্জুরী ইথং থংনা লাউরকখি, "কৈনোগে স্নুপী মচা, করি মতৌনো?

কুলদীপকা অনিলগা য়েংনৈ। ইকাইখাংদা নোক্লবা মক্লি। মখোয় অনিগী ইকাইবা মতৌ উবদা স্নুংঙাইজত্রবা মঞ্জুরী থেমজিনবা ওইনা অমুকন্থু চৈরকই, "অহুবু হৌনত্রো, স্নুপী মচা মাঙ্গদবা।"

খোঙফম হন্দোক্লুনা সোফাদা অনিল য়াম্না তপ্না ফমথপ্রবদা থোইথোইবী অনিল তম্না চেনশিল্লকুনা চেংনা কোল্লগা নোং খোংবঙম হৌনা কপখোকখি। অনিল ইঙক ঙক্লা থোইথোইবীবু ইম্বোকপা হোংনৈ। থোইথোইবী তপ্না অমুক হন্দোক্লুনা সোফাদা ফমল্লুরগা মমায় শিন থুংনা মথুং অনিনা কুপ্লগা কপতুনা লৈরে। মঞ্জুরীগী অঙকপা হেন্না হেন্না চাউথংলক্লুনা থোইথোইবীগী নাক্তা ফয়্লে। থোইথোইবী পিন্নাংনা থুম্লবা পুমঙাং ঙাংলবা মমিংনা অনিলদা মুম্না য়েংলগা হায়, "অনিল নং ঐগী অঙাংনি। ইতৈমনা নংবু স্নুংশিন্থনা অস্নুক কুইবসি লক্লহুনা লাকখিবনি। ইতৈমনা লক্লবসি, থর হেঞ্জিনখিবদা নং ন্নারোরত্রা, লাও, ইতৈমগী নাক্তা। নবু চেংনা কোন্দুনা কুইনা পুরক্লবা অন্নাবসি কোকহল্লগে।"

অনিল মনে তোম্বীগী ঙন্নাংতা থুংলখিবা অশাংবা চিঠিগী মরোল নিংশিংলক্লুনা নমিংত্তা পিগী ঈন্না চেল্লকই। মঞ্জুবী অমস্নুং কুলদীপ পুমঙক ঙক্লা য়েংনৈ, হংফমস্নু থঙনত্রি।

"নংনা ঙাঙথোক-তোংথোরকপা পুম্নমক নম্নাম্বগী মহুং শিনবনি থন্দুনা য়েংলক্লি, ঙারকপনি; মহুদা ঐনা অস্নুক ন্নাম্না স্নুংঙাইত্রিবা করিগীনো, কনানস্নু হায়ফম ঙাকফম থঙলোই।" থোইথোইবী মন্না লৌবদা ন্নাবামথৈ হিক্লকই, "নং ঐগী অঙাংনি, পুন্সিসিমগী মন্নীনি।"

খোইথোইবী না ওাজখোকপা ওমখিত্রে, থম্মোই পুবা ওয়কত্রবদা নোস্থতুনা মাগী কারোমদা চেনশিনখ্রে। অনিল মপি তৈথোক্লপা মণ্ডুরীদা হংলকই, "খোইথোইবী মতুনা অতোপ্পা মিং অমসু লৈব্রা, ইতৈমা ?"

"লৈ, মাগী অশেংবা মিং রাশি কৌই, মাগী তামোগ্পা ঐথোয় অনিনা মুংশিতুনা খোইথোইবী কৌবনি।"

"ইতৈমখোয়না নহান মমাগুদগী তাকপীদ্রিবদি করিগীনো ?"

"মরম লৈবননি।"

অনিল মুংগাইবা অমসুং অরাবা অনি তোংনতুনা থওনিংনা য়েংলিবা মণ্ডুরীদা তাক্লকই, "ইতৈমা, ঐ মুংশিগী মনাওনি, রাশি ঐগী ইতৈমনি ; মরাইবক থিরবা ঐগী ইয়াম্বদগী থৈদোকুনা থম্মীরবনী।"

অনিলসু থাম্বা ওমদনা কপথংলকই, রাশিগী কাদা চংলকুনা মথোও শোক্লা থুরক্লৈ অহুপা হায়জরকই, "ইতৈমা, ননা ওবু ওাকপীয়ু। ঐগী মুংশিজবী, চান্নজবীথক্কবু মমল রাংনা থাঙ্গংলপা অতোপ্পবু শিংথাদবগী পওজবা রাথলনা ইতৈমগী মকমদা অচোবা ইয়াল অমা লওজখ্রে। ঐগী অচোবা পাপ অসি ইতৈমনা অমুক্তদি কোকপীতুনা নচামক্লি লৌথংপীয়ু।"

"নংগুম্বা ইনাও অমা ফংজবদা ঐনা কয়াদা মুংগাইরিবা, কয়াদা চাউথোকচে। ঐগী অরাবা মৈচাক পুন্নমক নংনা কোক-হনখ্রবনি।" রাশিনা অনিলগী মকোক্তা নানবীরগা মমাই থাঙ্গংতুনা মরাইবক্তা হল্লা হল্লা চুপ্লকখি।

মথোয় অনিগী মংতৌচু থোওক্তিন মরাদা লেপ্লিবা মণ্ডুরী অমসুং কুলদীপ মুন্না য়েংলি। মথোয়সু মিংতগী পি তৈথোক্লি, থম্মোই অনিগী মুংশি মরীগী ঈভিন উথদা করম্বা পিনা তুমিন্না লৈবা ওমগনি?

মুমিং তাপ্রে, রাজেন্দ্রি হল্লকত্রি। অনিল রাশিগী মনাক্তা কম্বদা লমদম তাম্না মনিপুরদা লৈহৌরবী মমাগী মনাক্তা কম্বগা

চপ মান্নবা মুংভাইবা কাওই। অনিল মাভ অমদি তুংগী রা তাপ্পাসিদা মতৈমাদা হংনিংত্রি। অদুবু রাশিগী মনাক্তা লৈবদা পুক্লিংদু য়াম্না চাউথোকখ্রে। অদুমকপু কান্নুংদুদা কম্লিবা মখোয় মরিগী য়াথলগী ফিজং তথ্বাইদমক হাংদোক্লিবনা মুংভাইবগী মপুং ফাবে হায়বদি য়াত্রি।

অনিল খুদক্তা নিংশিংলকখিবা অমা লৈ, সংসারদা ঐগী ঐগী হায়বা কাথল অমমম লৈ। অদুক মুংশিরবা ময়াম্বা রাজেনবু পুংকম অদুমক্তা উনবদা হঙ্গোয়রকই। মনিপুরদা ইমুং অনিগী মলোম কোরক্ত্রি। মরম অদুনা ইমুংগী মুপী অনিদুবু খুরুমজরম্লগা অনিল কুলদীপকা লোয়ননা থোরক্লে।

তেক্সি অমদা অনিলগা কুলদীপকা কাখৎলকপনি। লম্বীগী খ্বাইদগী হেন্না মথৌ চিনবা মতম ওইবে, লয়োং খুদিংগী অভাংবা অমদি অশংবা লাইটকী মথা পোন্না চেল্লিবা গাড়ীশিংগী থোঙজেন য়াম্না তপখ্রে। লাজপট নগর য়ৌরকপদা পুং অমা হেন্না চংথি। অনিলনা তাকপগী মতুং ইন্না 'চেঞ্জ য়ুঅর কেস' হায়না চাউনা সাইন বোর্দ থেংপা দুকান অমগী মমাঙদা তেক্সি থামহল্লে। ভারা ফংলবা দ্রাইভর হরাওনা চংথিবগা মখোয় অনি দুকান অদুগী মনুংদা চংলকই।

মিনিট মঙাগী মনুংদা কুলদীপপু জুলি ওলহনখ্রে। অনিলদি কুলদীপ ওইনা অদুম লৈথ্রগদৌবোই নিংলুরবনি। শক শেন্থগী থবক্তা মীশিংদুগী হৈ-শিংবদু থাগৎনিঙাইনি। অনিলনা দুকান্দার-দুদা লুপা চামঙা পীরগা কাগি তৌথি, "ঐগী মরুপ কুলদীপ মাঙহনখিবা য়ারোই, শিংগদবনি।"

কুলদীপকী মহুৎতা জুলি লোয়নদুনা অনিল নোক নোকুনা দুকান্দগী থোরক্লে। জুলিগী য়ুম য়াম্না লাপ্পা ওইদরে, খোঙনা চৎপদা পুংখায় অমদগী হেল্লোই। মখোয় অনি শাজেল ওইনা

খোঙ লম্বী ইল্লকখি। লম্বীদা জুলিনা নোকুনা হায়, "সত্য! য়াম্না ফবা এক্টরনি হায়বা ঙসিদি ময়েক শেংনা খঙলে। ঐবু থাদোক্লম্নে খনবা হৌরক্লম্লবনি। নংনা খোইখোইবীবু স্নংশিবদা ঐস্থু ম্লাওনা মাবু স্নংশিখোকপ্পবনি।"

"হায়হৈদে, তোল্লো। খোইখোইবী নত্রগা য়াশি হায়নস্থু নংনা কৌকম থোক্তে, ইচে হায়না ইজ্জংকা; ইজ্জংকীস্থু মতিক চাবীনি।"

"ঐনা মাবু মুপী অখোইবী ওইনা লৌপ্রবনি।"

"একটিংগী য়াদি ঐদি নং কুলদীপ ওনখ্রে খন্দুনা থবাই য়াম্না য়াক্লরবা জাংনি।" অনিল কম্না নোকখি, "শায়রিবা য়ারী ময়ামহু শুকখঙ হেক খঙদবা শায়দনা নাকল য়েং-ওইদা য়েংবহু। করি, পুং অনিরোম ফম্বদা 'নহী জাস্তা' দগী হেনখিত্রে। নখোনবু ফজনা লোংখিনে, মরজুদা পঞ্জাবী খংবা অমত্তং চংলক্লম্লবদি করি য়োকনি?"

"অহুগীবুদি ঐস্থু চংনবা য়ানা হৈরিবনিদা।"

মখোয় অনি ভাইহাক নোকলুরবা তুংদা অনিলনা হায়, "ঙসিগী লিলাহুদা ইতৈম্না মঞ্জুরীগী পার্টস্থু পকই, তানা তানা তাদবী শাবহু। মাগী মিংয়েংদা ঐনা খঙবদি ঐবু খোইখোইবীনা স্নংশিরে অসিনি।"

"মা হায়রুগস্থু ঐমকস্থু মিহুলসি অা য়োনা কাংপ্রববো।" জুলিগী খুনিংনা খিনবগী হৈনবীহু তোরকই। অনিল মখক্তা স্নংঙাইরবা মঙলান অমদস্থু ভাওরি হায়বা খঙনা হংই, "অহুদি থম্নসি, মনাগীদমক খল্লবদি কনাদা তারে?"

"ঐখোয় ইতৈমদা। স্নেংউ, কম্নাদা কজনা লোংলম্নিবা। ঐবু খঙনা খঙনা খঙদবা শাহুনা অস্থুক কুইবসি থাঙলম্নিবা। অহুদগী হেক্লোতুনা ঐঙোন্দা মিৎয়েং কারন চনবা শাহুনা নংবু চিংনহনবা

ঙম্লিবনি। নংনা অসুম ঙেং ঙেং হায়জিন্নকপত্থদা ঐস্থ চুম্নবোই নিংলূরবনি।"

"মানা মতেক অমা অত্থম শান্নবত্থগী কান্নবা করি ওইকম থোকই?"

"ঐবুদি থঙলে, নংগী রাখল পুকচেল কয়া চাওই, কয়া লুই হায়বা য়েংবনি।"

"তোক্লো ইকাইরক্লে। মুসী ওইশিন্নুরবনিনা চিংনবগী মহৈ অমদি পকহল্লয়ে। ইশানা য়াজরবনি। ঐখোয়নিগী ঙসিগী শক্লোনসি ইচেনা থঙখিবা খোক্লবদি ঐখোয়সি পুকচেল মচাদা তাগনি, য়াম্না ইকাইরক্লেবো।"

"ইতৈমা মঞ্জুরীদি করিমত্তা থঙহৌদে, অত্থগা ইতৈমদদি ঐনা ঙাঙখি-লকখিবা পুন্নমক্তু নংগী চিংনবা কোক্লবনি হায়দোক্লয়ে। কুলদীপপুনা নংগী মী ওইনা অয়োনবা ৱারীত্থ তাহল্লিবনিস্থ তাক্লম্বনি।"

"ইমা! আস! করিগী? ইকাইবনা শিরে।"

"য়েংউদো, নত্রবদি ঐগী পাপত্থ। অত্থবু ঙক্লিবদি ঐনা তৌবিবশিংত্থ তৌশিন্নবনি হায়বসি ইতৈমনা হান্না থঙলয়ে। মানা য়াম্না কপথিবত্থ মরম অমা লৈবগীনি হায়, মত্থ হংগে থল্লিস্তৈদো নখোয় চংলকপনা হানপ্রে। ঐ হৌজিক য়াম্না থঙনিংলক্লে। হোরেন তেলিকোন্দগী হংলগে।"

"অসিনা হায়নরিবনি খোঙ্গুল লিরগা শাগী লাং থাকপা, চীন য়েংলগা হুরানবা ফাবা। ঐখোয়গী তোম্বা কাদোকপ্রে।"

"মাস্থ ঐখোয়গী লাংদা থুরিত্থদি?"

"মাগী মুমিং শুরক্লবা। তৌবগীদি, মমাঙদা শান্নখিবা ৱারী কয়াদা মানা ইঙ্গিং-শাগিংতা থর থর উৎথিবদি অত্থমক লৈথিবনিদা, ঐখোয়না লুশিন্না থল্লুদবা।"

"মা হায়গনু, ইচে হায়বু হায়রগা। থাইবো জুলি, ঐনা ঙকপা অমা লৈরে। মানা তামোবু কাউত্রি, ঐবু মনাও মুপানি খনা মুংশিন্নি, অদুগা অদুক কন্না লোৎলিবনা করিগীনো ?"

"ঐনা খনবদা অহল-লমনশিংনা নমতুনা থাইদোক্লবা হোৎনখি হায়না ইনে তোম্বীনা ইরকপা চিঠিগী পাউ মংনা ওসি অযুক তম্মখিবা অদুগী তাক ওইরোই। নঙোন্দা ঐনা হায়বা কাউখিবগীনি, ইচেবু নমতুনা ফানবা মুপা অমা কন্না শেন্নরি হায়বা। ইনাক মঙ্গুরীনা নোংমা ঐঙোন্দা তমথ্রুবনি, মঙনমু ইচেগী মুংঙাইকম খঙদবগী মরম অমা ওইখিবনি। মুপা অদু আয়োনা ইনাক খুনবা, মায়মু ঙমদি হায়। মাবু কিবদগী ইচেসি লোৎলিবা জাৎনি। যুমগী অহল-লমন ফাওবা ইচেগী লৈফম খঙহন্দনা তামো রাজেন্দ্রা অয়োনবা ঙাক্তা থম্লকপা ওইরমগনি।"

"অমুক কুইবসি ইত্তৈমনা মরী-মতা, মরুপ-মপাং অমত্তগা পাউ ফাওনদনা করাদা রানা থাওলম্লিবা। জুলি, ঐখোয়না মাগা কাশ্মীরদা ইহান হায়না উনবা মতমদা মানা ঐবু খঙবগী মওং উদে। মকম অসিদা লাকপদমু অদু মঙাই। অদুগা অসিনা অমা মমাঙদগী খঙলকপগুম তাঙলিবসিনা করম তৌরিবা জাৎনো ?"

"ঐদি খঙলে, মানা নংবু দেখ মৈদাম্মা খঙখিবনি।"

"করম্না ?"

"'নং অঙাংনি' হায়খিবনু। অদুগা মানা নংগী মুনবগী ওজা কনানো হায়না কন্না হংখিবনু। তামোনা মঙোন্দা মাগী ওজাগী মরমদা রারী লিখিবমু লৈরবা মায় ; অদুনি মানা 'রাবীমু খঙলে' হায়না নংবু মচাগুম চেন্না ফোনখিবনু।"

"সত্য, প্রাইভেট ডিটেক্তিভ অমা লিংখৎকে থজিবসি পোইদনা মায় পাক্লগনি।"

"অদুগা অসিমু থল্লু, নঙোন্দা 'তামো' কৌরম্বদগী 'নং'দা ওইখিবনি।"

"মহুদা ঐ শাওনিংখিবনি। ঐগী ইতৈমা অরাম্বা নত্তে। ঐখোয় লাইবক ফরবনি।"

মখোয় অনি জুলিগী থোঙ্গাল য়ৌখিকম থঙহৌদে। থোঙ্গান্দা জুলিগী থবক পাংবী মৌহু চহি তরেংকী মচানুপা অমগা ওইদুনা লেপ্লম্মী। মখোয় অনিবু উবদা মুপী অহুনা হরাওনা কৌরকই, "মদম, খানা তৈয়ার রখা হৈ, বাবুজীকে ভী।"

"নহী" অনিলনা জুলিগী লেংবান্দা মখুং থম্লগা হায়রকই, "ঐ চাররোই, চংলগে। তামো রাজেন ভুমিন লৈথোকনি থাজদে। জনকপুরীগী অনৌবা পাউ লাকপগা থঙহল্লকে; বাই, গুদ নাইট।"

জুলি অনিলনা ভেস্লিদা চংখিবা য়েংদুনা লেপ্লহৌই।

অনিলনা হোষ্টেল য়ৌরকপদা পুং নিপাল চপ চানা তারে। চাক চাফম হোলদা ছাত্রশিংনা পুন্নাও লাওনবা মতম্নি। অনিলনা ফম্বা টেবলদা নহা ওইবা ছাত্র অমনা চাক পুথম অনি থম্লে। পুথম অমা মঙোন্দা লানশিল্লগা হায়রকই, "হেব প্লিজ, সার। য়ু লুক বেরী ইলিভেদ।"

"সিওর?" অনিল পুথম লৌই, "থেঙ্ক য়ু।"

অনিল চাবা তোকপগা হোষ্টেলগী বেরেন্দাদা কোয়না চংজুনা লৈ। তশেংবদি রাজেন্দা তেলিফোন তৌসিরা থনবগীনি। অদুবু মতৈমনা রাজেনগা মখোয় অনিগী মরক্তা থনখিবগুম থোক্তুনা কাদা চংলক্লে।

অনিল কাদা লাইরিক অমা ফাক্তোকুনা য়েংই। মিনিট তরারোম ফারে, মরোলদি অমত্তমু লৌশিনকম থঙদে।

ফমুংদা লোংনা হিপথরুবদা মকোভোম্বীগী চিঠি নিংশিংলকই। আনন্দী নিংশিংলকই। মতৈমা রাশিগী অচেৎপা পুকচেল থজুই।

মমা-মপাগী ইকাইবা অরাবা উরকই। ময়াম্বা মুংশিগী মৈচাক থওই, থাওমলোইদবা অরাবা অতুগীদমক থওহৌদনা থজাই অনি চোংখি। মমাগুদা মায়থোং তাইকেং তাইনা মমেং তাঁরবা ময়াম্বা উই, মথুং তিংথোক্তুনা চেংনা কোন্নবা হোংনরুই, অতুবু মরাম্বনা শাওনা ইম্মোরকই। মৈচাক থাওনা নোম্বতুনা কপ্পি। অনিল থম্মোই' পুবা ওয়কত্রতুনা মপি তৈথোক তৈথোক্তুনা মপান্দা থোবক্লে। ছাত্র অমা মনাক্তা লাক্তুনা তাক্লে, "অনিল ভায় আপকা ফোন।"

অনিল য়াম্না থুনা চংতুনা তেলিফোন থাঙ্গৎলুই, "হেলো।" রাজেন ওইরম্লে। সিফাইগী অরুম্বা থোংজেলদা হায়রকই, "ইনাও ইবুঙো, নথোয়না তমজরুবা লিলাতু ওসি মুমিদাংরাই ঐগী য়ুমদা ফজনা ফোংখ্রে হায়না মঙ্গুবীনা তাম্লে। নয়াম্বা ঐসু ষ্টেজ থোক্তবা পার্ট অমদি পুখিবনি। ঐ মমাওদা থোইথোইবীদা থোকখিবা রাথোক্তী মরীদা করিমত্তা হংখিদে। মঙ্গুরীশু অতু মওায়। ঐথোয়গীদি মাবু মচৈ মশিং মতিক চানা হৈহন্নিংবনা মাওওইনখিবনি। অহল-লমনশিংনা কযা য়ানিংত্রবশু মরাইবক থিন্নবা নংগী নয়াম্বতুদা পীরোই-খোংলোই হায়বগী ঐওোন্দা থোইদোকপা রাকম লৈখিদে। ঐনা ইচনবু নয়াম্বদা পীনিংদবগী লোৎতুনা থৈদোক্তুনা থম্বা ওইনা নংনা খল্লম্বা য়াই। মতু নত্তে। নং রারোগন্থ। থোইথোইবীনা হায়জবগী মতুং ইন্না ঐনা মাগী চেকশিন থোরাং লৌখৎখিবনি। মতুগী মরম নং খওলকনি।

অনিল, ইনাও ইবুঙো, নংগুম্বা মুংশিন্নবা ইনাও অমগা মরী থক ওংনিংদে। অতুবু রাশিবু নংগী মতিক চাবী নতৈমা ওইনদি থল্লোইদৌরি থল্লুরগা ঐ থম্মোই পুবা ওমদে। ঐ ইকাইবনা লৈক্রক্তা চংন্দিংলে। ন' রাশিগী থোঙ্গুন অমুক হন্না লিরক্তবনা করগনি থল্লি।

রাজেনগী ইমুংনা নক্ষ্ হাফু শিজিন্নখিবা ময়ামত্থ নিংঙম্লক্কবগী শোনবনি খল্লুনা অনিলনা হায়জখি,"তামো, ঐখোয়গী অহলশিংত্থনা লানখিবা ঙাক্তনি। রারৌবীগনু। তামোগী য়াথংবু ননাওনা ফিগাও শানা য়াজরি।"

"অত্থবু ইনাও, রাশিগী রাকমগীদমক্তদি নং ঐগীদা লাক্লগনু. জুলি ওইনা থারকউ।"

"ফনি তামো, ননাও ইনক্কগনি। অত্থ তামো ঐখোয় ইতৈমবু অমুক্কা।"

মী ওনশ্রে খঙবগা অনিলনা কৌরকখি, "হেলো ইতৈমা!"

লূম্না খুম্নকই, "ইনাও ইবুংঙো!"

রাশিনা হিক্ক কপ্পগী মখোল তাবদা অনিল মপি তৈথোকই করি হায়সিগে কাউখিবনা অমুকত্থ কৌই, "ইতৈমা।"

"ইন'ও ইবুঙো।"

"তামোনা ভাকপীরকপশিংত্থ ইতৈমত্থ তাবীরবনি লৌজরে।"

"জুলি ঐগী নাক্তা ঙস্তা লাক্লবা পাউ অমুক্তং পীখো। নংগী রাদি তামোগী রাকমত্থ ইল্লো। ঙাঙনগদৌরিবা রাকমসি খেংথবা ফত্তে। ঐবু মীতোপ ওইনা লৌনরম্নগনি খল্লুরগা ঐ পোৎথাকম খঙদনা লাকপনি। লাইবক ফবনা নংবু ইনাও ওইনা ফংজত্থনা হৌজিক্তি লমলানবী ওইরোইদৌরি। ঐ মপোক অমা ফংলগনি।"

"ঐসু খল্লি, করি পুক্ষ তৌজত্থনা ইতৈমাবু ইমা শকপী ওইনা ফংজগদৌরিবনো?"

"তামোনা অরোনবা ঙাকপা হায়না পনখিবত্থ কাউগনু। ঊরুম নিংথৌদি লাইবনি, মনাই কুম্বীতাবনা হেন্না লুই হায়নবা লৈ। চেকশিনসি। সেকমাইজিন্দা লৈবী ঐগী চান্নবী মরূপ অমদা মুংঙাইরবা পাউসি পীখিগে খনবনি মত্থ ফাওবা পীখিরোই হায়না থাঙত্থনা লৈরি।" রাশি ফাগিদা নোক্লকখি।

"আনন্দীদা ?" অনিলগী চিন্নলান খাগান্দা নাম্থোকখিবনি।

"হা ! করি হায়বা ? নং মাবু খঙব্রো ?"

"খঙদে শুকখঙ হেক খঙদে। ফজৈ হায়না মমিংদি নহানবাই তাখিবা, ইতৈমগী মরুপ হায়বত্থু মা ওইরমদোবোই নিংলুবনি।"

"নংসিমা ফজবসি পনংগ্রেদা, জুলিদগী হেনববু কনা লৈরিগে ?"

"মথুরাগী খুজিত্থু ইতৈমদা চাত্রা ?"

"চপ হেক চায়, করিগীনো ?"

"সুম তৌবা, ঐখোয় তামোদো মুপীনা খুজি শিবসি য়াম্না পামজবনি। মানা য়েকপা লাই মুপীশিংসি খুজি মরাং কায়না শিহনবনি। ইথা থাজদনা নোংমা মানা ঐঙোন্দা মাগী খুজি খোনগদবা মুপী লৈরে ফজবা খুজি থারকউ হায়না চিঠি থারকখি। ঐনা ফজবা মথুরাগী খুজি লৈরুরে, থাখিগে খল্লিঙৈদা মানা চেল্লুবা মুপীত্থু থায়দোক্লগ্রে হায়বা পাউ ফংখি। মত্থুদা ঐগী থম্মোই য়াম্না শোকখি। মরাইবক থিরবা ইয়াম্বনা ওমচাক্লনা থাঙলমগদবা মৈচাক্তু নিংশিংলুরগা মিংতগী পি হেক্তা শিন্থরকই। হৌজিক্তি খুজিগী মপু খঙলবনিনা উপু ওইনা লৈরগে।"

অনিল নোকই, রাশি নোক্লক্তে, নাতোনগী অরাঙবা মহি চিংখৎপগী মখোল তায়।

"ইতৈমা করি তৌরগে তুমিন লৈরিবত্থুবো ?" অনিল কল্লপ লাউই।

"কৈস্থু তৌদেদা।"

"ভাঙনরিবা রাফমসি জুলিস্থু য়াম্না ভাহল্লিংই।"

"ঐস্থু মত্থুমক খল্লম্লিবনি, ইনাও, মানা য়ানবা চংলুকো।"

"অত্থুদি ইতৈমা, গুদ নাইট।"

"গুদ নাইট।"

অনিল মাগী মুংঙাইবত্থু মী খুদিংমক শরুক য়ারমগদবোই নিংহ্নুনা কোয়না য়েংলুই, অত্থুগা তেলিফোন দাইলদা অমুক নমখি, "হেলো।"

খুমকই, "অনিল, জনকপুরীগী অনৌবা পাউরা?"

"ফরমগদবা মানব্রা?"

"ফত্তবা পাউ নংনা তমগন্দে।"

"অত্থুদি তাব্রবসু য়ারেকো।"

"ঙাইখোনে, করি করি হায়নরগে?"

"হয়েং লুহোবংগী ব্লারেপ্পবা তারে।"

"লিলাগী মহৈনিনে? কনাগা লেপ্পদৌরিবা?"

"নংগা! ঐবুদি মরকসিদা তামো রাজেন্না য়াওহন্নিংদে, মাম্ম।"

"করিগীনো?"

"ঐ খঙদে, মরোল পুম্নমক হয়েং নংনা খঙলগনি। য়াম্না ঙম্না চৎগুকো।"

"হৌজিক্তগীবু চৎনিংলবনি।"

"গুদ নাইট।"

# ২১

## ঐ ওক্কবানি

"ঐ কাশ্মীর চৎনবা তুলিহন এরোড্রোমদা মতম চানা থুংলে। কলিকাতা ফাওহনা পাইগদবনি। পুন্সিগী এরোপ্লেন তোংবা অহানবনি। কাখৎলমদাইহু মীপাইবনা থক থক নিকই। খঙনবা পেসেঞ্জরস্মু অমত্তা য়াওদে, খেংনদনবস্মু লাই খুরুম্লিবনি; মরমদি ঐগী খোঙচৎতু অংয়ানবনি। ওইরোমগী মতাই সিটতা ফমলুরে, য়েংলোমদা থংননা ফয়মবহু মুপানি, য়েংবদা নহা ওইরি, পাখং মাল্লি, মশকস্মু ফজে। এয়র হোষ্টেসশিংনা খ্বাংদা বেল্ট ফাজিল্লু পাইগদোরে হায়না তাক্লকপদা ঐ হুমাং খ্বাই খ্বাই কায়, বেল্ট অহু ফাবস্মু হৈত্রে। থংনবা পাখংনা ঐগী বেল্ট ফাবীরে, অহুগা এরোপ্লেন মমুংদা য়েল্লকপা অচাপোৎ চাও হায়রকই। ঐ করিমত্তা চানিংদবনা মমাঙগী থাউদা হাপচিল্লি। ঐনা য়েংথংবা নাকন্দা ফম্বা চহি য়াঙ্খোরাম শুরবা অহল অমনা কাক্তোক্লিবা খবরগী হেদলাইনশিংহু য়েংবা শারুই। অহলহুগী খবরহু পাক্কম খঙদনা মখুং থক থক নিক্রম্মী। এয়রহোষ্টেস চংলক্তুনা অহলহুদা হায়রৈ, "প্লিজ বি কাল্ম, রিলেক্স।" মুপীহুনা চংশ্রবা তুংদা অহলহুনা হায়হৌই, "নখোয়নদি কিপঙ্গু কৈস্মু তৌরোই হায়রিবা, ঐনদি খবরগী মন্নেক অমত্তস্মু লৌশিনক্কম খঙগ্রবদা।"

পেসেঞ্জর ময়ামহু মখোল খোক্তুনা মোমোন নোক্লে।

এরোপ্লেন পাইথৎলক্লে। মুংশিরবা মনিপুর তম্পাক লৈহোরে, চীংলোন কম্নাগী মথক্তা পায়বা হৌরক্লবনি। ঐগী চৎখিফম খঙহৌদ্রবা মরূপ অমদি ওম্না খোইনা খাঙহৌরিকো থল্লুরগা ঐগী মিংতগী পি শিন্থখিবা খঙহৌদে। ঐগা ফম্মিন্নরিবা পাথং-ছুনা ঐঙোন্দা য়েংলগা তাকপোই থেম্বোই হায়রকই, "করিগী অহুক থম্মোহৈ শোল্লিবনো, তোংলিবা ময়ামসি থন্নাই পানবা মীওইবা ঙাক্তনি; মথোয়না কিদনা নংনা অহুক য়াম্না কিরিবা করিগীনো ?"

মঙোন্দগী ঐনা হেন্না কিদ্রিবনি, ঐনা কপ্লিব[illegible]মরম মাদি করিবু খঙলমগনি।

পুং অমা মথাইবোমগী তুংদা কলিকতাগী দমদমদা এরোপ্লেন তারে। এরোপ্লেন্না লেপ্পগা এয়র হোস্টেসনা লাউথোরকই, "দিল্লী পাংবীগদবা পেসেঞ্জর পুম্নমক কুমথবীরো। ইশা ইশাগী লগেজগীদমক কলেকসন হোলদা লেংবীয়ু। দিল্লী ক্লাইট খুদোং চাদবা অমদগী কেন্সেল তৌরে। ময়ামগী খুদোংচাদবা অহুগীদমক মুংঙাইতবা ফোংদোকচরি।"

ঐ ইঙাও ঙাওই, মফম কদাইদগী ঐগী সুটকেশ অমদি এয়র বেক লৌরুগনি, কদোমদনো চংকদৌরিবনা। ঐগী মীপাইবা উরগা ফম্মিন্নরিবা পাথংছুনা হায়রকই, "য়ারুমু, করিগীনো পাথং-লিবা ? ঐসু দিল্লী য়োগদবনি। ঐ নগাকপু লোইনগনি।

ঐ ময়াম কুমথবত্থুদা য়াওরে। মুপাহুগী তুং চান্না ইনবমক্তি ঙমদ্রি। মানদি ঐঙোন্দা হন্না হন্না য়েংবগী মওংদা চৎলি।

অচৌবা হোলদগী ঐগী পোংচৈ শুনা ফংলে, কদাইদনো ঐনা চংকদৌরিবসি খল্লিঙৈদা ইংলিশ অমদি হিন্দীদা শিন্ন শিন্ন লাউথোরকপা অমা তায়, "এনেসন প্লিজ, মেজর রাজেনগী মচল, ইম্ফালদগী দিল্লী পাংলকপী মিস রাশিগী টিকেংকী শেল কাউন্তরদগী

লৌবীরো। অদুগা মহাক্কী মথা তাবা খোঙচংকীদমক রাজধানি স্পিসিএল কেবিন্দা রিজার্ভ কনফার্ম তৌরবনি। হাওরা ষ্টেসন্দা চংপীরো। মিস রাশিগী মী দিল্লী ষ্টেসন্দা ঙাইরমগনি। মথা তাবা রারী শাননিংলবদি মেজর রাজেন নং ৭৩১০২৫৮ দা লেপ্লি।”

ঐ পি. সি. ও. দা তেলিফোন তৌকই, তামোগী খোঞ্জেল তাবদা পুক্নিং মুংশিবনা কপ্লিংবা পোক্লে। তামোনা হায়রকই, “থোই, করিস্নু রাগম্নু। নং মুংঙাইনা লাকদবনি। নংগা তোং-মিন্নরক্কদবশিংদু লৈবাকমচা তাবা মী ঙাক্না ওইবমগনি, অরাংবা ক্লাসকী কেবিন্দনি। ঐ ষ্টেসন্দা নংবু ঙাইরমগনি। রাগম্নুকো।”

ঐ এরোপ্লেনগী মহুৎতা রেলগাড়ীদা চংপা, তারে-মীনা হায়নবদা পুং তরানিপাল্লোম চংই। কদাইদগী তেংগনি, কনাগা চংমিন্নগনি, ঐ ইঙাও ঙাওনা তৌকম খঙদদুনা উক উক লৈদুনা য়েংলিঙৈদা এরোপ্লেন্দা ফম্মিন্নরকপা পাথংদুনা তেক্সি অমা পুবক্লগা ঐগী মাঙদা থাররে। মগাক্না তহা তহা ঐগী পোং পুন্নমক তেক্সিদা থাঙ্গৎলগা ইশাবুস্নু কাথংনবা হায়রকই। ঐ তেক্সিদা মংগা ফম্মিন্নরে। মানা তাকপদা ঐখোয় হাওরা তম্লিবনি। রেলস্নু চংকদবা মতম য়াম্না শংনা লৈরম্নরোই। ঐনা মাবু শকথঙদবগী কোইজ্ঞানবদু কোক্নবা ঐঙোন্দা মুম্না য়েংলগা তাক্লকই, “ঐগী মিং রমেশ কৌই। নহাক্কীবুদি তাকপীদ্রবস্নু রাশি কৌই খঙজরে। ঐ বেঙ্গলোরদগী কম্পুটর ইঞ্জিনিয়ারিং লোইরগা কানাদাদা কম্পানীগী থবক অমা ফংলে। দিল্লীদগী পাসপোর্ট অমদি বিসা পক্না ওইহল্লগা থবক মফমদা চংখিগদবনি। ঐ নহাকপু দিল্লী ফাওবা লোয়নজগনি। হন্জোয়বীগম্নু।”

ঐগী থুম্ফম থোকপনি, “করিগী হন্জোয়রকনি, লাইবক ফজিবনি।”

চিন্দদি হয়াওবা উৎলগা থম্মোইনুংদদি চিংনদবা ভমথিদে। শকথভনদবা মীশক অমগা অশুক শাংবা লম্বীদা কয়ম্মা চৎমিন্নগদৌরি? পুক্লিংদা ত্তোয়না ত্তোয়না হংথিবা য়াহংনি।

স্বর হোনবা ভমদবমথৈ মীনা কুক কুক ইম্নরবা হাওরা ষ্টেসন থুংলে। ঐবু ফমফম কাল অমদা ফমহন্নম্নগা মুপাহু মিনিট ভয়ারোম মাঙলুরে, মমায়দা হুমাং মরিক মরিক কানা চংলক্লুনা হায়রৈ, "য়ারে, কারসি।"

ষ্টেসন্দা থাহুনা লৈরবা রেলগাড়ীদা রমেশকী তুং ইন্নুনা কাথংলে। মানা মতম থর মাঙলুবহু ঐগী সিট নম্বর অমসুং কেবিন নম্বর নোটিশ বোর্দতা য়েংলুবনি হায়বা মানা য়াম্না থঙনা ঐগী সিট তাক্লপহুদগী থঙলে। ফজনা লৈত্তেংলবা নাম্নবা কেবিন অহু ময়ায়দা অনেম্বা ফক্লাং পার্টিসন অমা লৈ, মহুগা নাকল অনিমক্তা তুম্ফম অনি অনি থায়। ঐগী তুম্ফম্না নিপানশুবদা ঐ ফমথরে। নাকলগী তুম্ফম অমদা পুন্না ফম্মিন্নরিবা নহা ওইরিবা পঞ্জাবী মতৈ-মনাওহু লুহোংলকপা কুইত্রিবা মাম্লি। মথোয় অনিগী কেনবগী মতৌহু উবদা ঐ কয়া হৈনদে, লৈথোক্লুনা লৈ। অহুবু থংনবা তুম্ফমহু ঐগী শরুক্তি হায়রবনিনা ঐ থাদোকপদি য়াররোই থঙনা ঐগী থোকপা কুম্থহুনা লৈরে। রমেশ ঐবু থম্নম্নগা মথাদা কুমথগ্রে, পুংথাই ফানিংশিং হন্নকত্রে। মাগী পোৎ-চৈশিংদি ঐগী নাক্তা থম্নম্লি। ঐ মুংশা থিরপ ত্তোই। পঞ্জাবী মুপীহুনা ঐত্তোন্দা য়েংলগা হংলকই, "নংগী মুপাদি কদাইদা চৎগ্রে?"

"থঙদে।" শাওনিংনা খুমথিবনি।

ভাইহাক লৈরগা রমেশ নোকমি নোকমি কাথংলকই। ঐত্তোন্দা অহুল চিপ অমা পীরগা হায়রৈ, "য়ানরে, মেনহেক তাইহে।"

মানা তাকত্রবমু ঐ থঙলে, মরিশুবা ফমুংহু রিজার্ভ কনফার্ম তাহল্লুবনি। শেলগী খুদোংচাবসি মফম খুদিংদা লৈতবা নত্তে।

রেল চংপা হোরে। মশা নান্নবা মুপা অমা চংলক্লুনা ঐখোয়গী কমুংগী ফি-রোল, মোন ম্বাওনা, অরুবনা মহুৎ শিন্নে। মোনমোন লাওবা মোম্প্যাক, ফজবা মোন, শিং নানবা অথাবা কাম্বা উরুগা ঐ হিপথনিংলে। ঙাইহাক লৈরগা মুপা অমনা অমুক চান-থরুবা পুরক্লুনা থন্নে মথেল য়াম্মী পঞ্জাবী মুপীহ্নুনা লিক্লি অমা মথুম হাংদোক্লুনা গ্রাসতা হৈরকপগী মনম তাবদা মুনি হায়বা ঐ থওই। ঐঙোন্দা গ্রাস অমা পীরকপদা ঐ ঙক হায়দ্বুনা লৌথিদে রমেশনা য়েন মকৈ ফ্রাই অমমুক পীরকই, মহুস্নু ঐ লৌদে। ইথুংনা য়েরুম অমথক্লুং লৌরগা চায়। অচম্বা চিঞ্জাকী মরমদা য়াম্বা থঙবা শাহ্নুনা রমেশনা পঞ্জাবী মতৈ-মনাওগা য়ারী শান্নে। ঐ পরোখা অমা চারগা ঈশিং খর থক্লুনা তুথরগে হোংনরিঙেদা রমেশনা সর্বত গ্রাস অমা পীরকই। মাগী ইচ্ছং য়েংহ্নুনা ঐ সর্বততু থক্লে। ঐ হিপথরে ঙাইহাক উইথরুরবা ওইরম্যাল্লে ; অচোবা ষ্টেসন অমদা পুমলাঙ লাঙনরম্মী। খোঙনাউদগী য়েংথিবদা মোগল শারাইনি। ঐ ইশাসি ফ, ফং শাগংনা মু.ঙাইবা, ময়াইকাবগী মওং অমা লাকই। রেলস্নু তপ্ন তপ্না অমুক চংপা হোরক্লে।

স্পিসিএল কেবিন মস্নুংহু মঙ্গা মচুগী জিরো বহ অমত্তা থাল্লে। মীশক থংকাঙনা মন্নে। রমেশতি মাগী ফমুংদা লোংনা হিপতুনা চুরুট অমা থক্লুনা লৈবা উই। ঐ মপাল খোক্লিংলকপদগী তোইলেংতা তপ্না তপ্না চংথি। ঐগী তুংদা মুপা ইম্নেরকপগুম তোই ; হন্না স্নেংথিবদা রমেশ ওইরক্লে। মানা খোঙ হাংদোকপীহ্নুনা মস্নুং চংহন্নগা ঐবু মপান্দা ঙাইথি। ঐনা থোরকপগা ঐগী খুং য়েং তাপ পাররকই, ঐ স্বাই পাথংনি মিহল তিঙ তিঙ মাগী তুং ইন্দুনা চংলি। মানা ঐবু ঐগী কমুংবা তপ্না কমহন্নগা মাদি মাগী হিপফমদা অমুক হিপথক্লে।

ঐঙোন্দা ফাওরক্লিবা ঈথক ঈরাং নেমথহন্নবা পাইবগুম চেল্লিবা রেলগাড়ীগী খোঙনাউ হাংদোক্লুনা থাবলগী মঙান্দা অশংবা মনা মশীঙ অমদি তুমিন তুমিন লেপ্লিবা হৈনৌগী বনশিং য়েংলুই। কা হেন্না ইংশিল্লকপদগী থোঙনাউ থিংজিন্দুনা অথাবা কাম্বা চিংথংলগা হিপথরে। ঐ রমেশতা তুং ওনশিন্দুনা অনেম্বা ফক্লাংলোমদা চেপশিল্লুবনি। ঐগী মিং মপামক্তা থুদোম্বী থিংজিনবা য়াবা মথুল অমদগী পঞ্জাবী মতৈ মনাওম্ব উরুরে। মফি অমত্তা থোংত্রবা অনিতু মুরুম মুকমসু ঙাংনৈ। মশম মনা ইকা ফারবী মুপী অতুগী খোঙজি থুজিগী তাল নাইবা ক্রিং ক্রিং মথোন্দা ঐ পুমগুম শুমংগ্রে, থক থক নিকই, য়েংলোই হাযবসু ঙমত্রে। মতম অতুদা ঐগী কৈজুপ কাম্বগী মঙ্গুংদা খুং অমা লামশিল্লকখি। রমেশকীনি, ইনাক্তা কন্নবতু উববনি। ঙাইহাক্কী তুংদা মথুং অনি শুবক্লে। ঐগী খুবোমদগী হৌরগা ফিন্নুংগী মফম খুদিং নংল্লকই। নমগনগী ফুবিংকী কোচিম্ব লৌথোক্লুনা মথুং অনিতু মনিং য়াম্না তমংগ্রে। ঐ স্বর মগী হোল্লি, মাবু ইম্বোকখিগে নৈথোরকপদা ঐগী চিন মাগী চিনগী মঙ্গুং চংগ্রে লোয়ননা ঐগী কম্বা মঙ্গুংদা হিপথবকই। ঐনা উথিবগুম পঞ্জাবী মতৈ মনাওনা থোযবু উদনবা মথুল অহোবতু ঐগী খুংনা য়াম্না কুইনা মেনখি। মাগী ওইপ্রবী ঐবু য়েংলগা নোংঙল্লকপদা রমেশ য়াম্না চাউথোকচৈ। ঐম্ব হায়কম থঙদবা মুংশিবা অমনা মঙোন্দা কন্না চিংশিনখিত্নুনা মতম চুপ্পদা মথান্নুদা নৈনিংখি।

অতুবু কুইখিদে, আলিগব য়োবকপদা পুমঙান ঙাম্বোরকপগা মুমিদাংগী অমথনা পঙথহল্লুবা থোওংতুবু থল্লুরগা ঐ কপখি। মাগী সর্বতকী লাংদা থুগ্রবনি। অতুগা মীওইবদা নৈবা শাগী অপাম্বতু নিংশিংপুরগা ইশাবু য়াম্না হম্বনা থগ্গখি, তুকচবসু পোকখি।

গাজীয়াবাদ য়োরক্তুনা দিল্লী নকশিল্লক্লবা মত্তমদা রমেশনা মাগী মথাঙ্গুংদা ঐবু চেংনা কোনবিখি। ঐ থাম্বা ঙমদনা কপখিবনি। মানা ঐগী মায় মখুং অনিনা থাঙ্গৎতুনা মুয়া য়েংলগা হায়, "নংসি ঐগী ওইগ্রবীনি। ঈশ্বরনা অস্রুম ওইয়ু তমখিবনি, ঐ য়াম্না লানখ্রে। অদুবু নং নখ্বাই কবিমত্তা রাগন্নু চহি অনি চপ চানা লৈরগা ঐ দিল্লীদা লাকনি, হায়বদি মনিপুর থোরক্কনি। মত্তম অদুদা ঐনা নংবু শোইদনা থিরক্কনি। কবি, হৌজিক নংন' লৈরুগদবা মফমদুবু বাদামী বাপ হায়বা নত্রা?"

"কবিগুম্বা মফম অদুদগী ঐখোয়না হোংখিবা থোক্লবদি করম্না থিবীরক্কনি?" ঐ য়াম্না ইকাই ইকাই হংখিবনি।

"হোংগদবা লৈরবা নত্রগা কবিগুম্বা খুদোং চাদবা থোক্লবদি ঐঙোন্দা খুদক্তা পাউ পীবকউ। ঐগী লৈফমদি, ২৮০১ জোন ষ্ট্রিট, মার্থম, ওন্টারিও, কানাদা। নংগী শক্তম্ ঐগী থম্মোইমুংদা পুদুনা চংলবনি।" রমেশনা ঐবু কুইনা কোনশিন্দুনা থয়গা ঐগী কোক্তা মখুৎনা নাল্লগা মমিৎত' ঈরা শিম্না য়েংলকই।

নই দিল্লী য়োরক্তুনা রেলদগী কুমথরমদাইদা রমেশ রাথলনা ফম্বংনবগুম লেপখি। ঐবু খুং পারদুনা মথাদা পুথরকই, অদুগা ঐগী পোং পুম্নমক থাংথবীরে। মাগী পোং লৌথবা চংখ্রিঙৈদা তামোনা ঐবু কারদা কাথৎহন্দুনা ঐগী পোংশিংসু থাংগৎপনা হানখ্রে। ঐ মংঙোন্দা চংলে হায়রম্বা কাওবা নংখিদ্রে।"

"জুলি, মসি রাশিগী রারীনি, মশানা ঐঙোন্দা পিবনি। মসিগীদমক্তি ঐখোয়না নথন্তা কৌরিবা।" পখুবীল মাস।

মুমিদাংদা অনিমনা হায়রকখিবা কাউদনা জুলি অমুক ভম্ভাদা জনকপুরী তম্না কার থৌরকই। রাজেন অমম্বুং অনিম মুপা ওইবা মখোয় অনিনা লেপথোক্লবা মাবা রাফম্বু নাকোইননা

থৈদোক্লবগী মরমসি লুরক্ষম থোকই থন্না থৌনা থর হন্থরকখিবত্থু চুম্না থোক্লরে।

ঙাইহুনা লৈরম্বী মঞ্জুরীনা মাবু থোঙ্গান্দগী ইমুংদা পুশিল্লকখিবনি, রাশিদি ফম্মুংদগী হৌগৎলমদ্রি। মঞ্জুরীগী মায়থোং মক্লা উরবস্থু মোমোন নোকপগী হৈনবী থাদোক্তুনা চা কপ অনিগা জুল্লিগী মনাক নক্লা ফম্লখি। থেকোই নাকোই কান্নফম লৈতে মন্তাগুম চুমদ্রিং হৌরকখিবা মাগী রারীদা মাঙজোননা পল্লকখ্রবনি, “নখোয় তামোনা অনিল লাক্তুনবা হায়রকখিবা রারোলহুনা নংস্থু মাস্থু কৈনোমা শোইদনা থল্লমগনি। হৌজিক্তি নং নিংশিংলকফম থোক্লে, রারী অসিগী মরমদগীনি নখোয় তামোনা নোংঙানবা ঙাইওমদনা চৎথোকখ্রিবা, নখোয়দা শক উংপা ফাওবা ইকাইজখ্রবা। করিগুম্বা মতমদা মচনবু চৈ-থাংবা থঙজরকখ্রিবনি, অহুবু ঙসি অহিং চুপ্পসি ঙাঙবগা চৈবগদা ঐখোয় অমত্তস্থু তুম্নখিদ্রবনি। রাশিদি হায়ফম থুমফম থঙদবনা কপ্পা নত্তনা উপায় লৈখিদে। কপমনখিবদগী মংকোক কাংথংপা ঙম্লম্লোই, ঐনা খনবদা হৌজিক ফাওবা হৌগৎলকখ্রিবসি অহুনা ওইরমগনি।”

জুলি মথা রাফমসি অশায়বা নত্তে থঙলে, মরমহুদি লাম্বদা রারি। মাগী থঙনিংবহু উহুনা মঞ্জুবীনা পরীংদা তারকই, “মসি পুম্নমকসি রাশিনা থোকহল্লিবা, মাগী মরাইবক। নখোয় তামো রাজেন্না অনিলগা মরি তংনবা পামদে, রাশিবু মতৈমা ওইহল্লিংই। মুমগী অহল-লমনশিংবু ফজনা ভাব তাহন্দুনা তায়শিন্নবা হোংনগে হায়বসি মাগী অরেপ্পা রাখললনি। লুরিবদি হৌজিক মা মসিদা মচিন কাথোকপা ঙম্বগী রা লৈরোইদৌরি। মরমদি লুরবা, চাউরবা পল অমা লৈরে। হায়বদি রাশি মমা ওইখ্রে। অঙাংহু মুংশিগী মচা নত্তে। রমেশকী মচানি। মুপানি। রমেশ থোরকখিনি রাথন্দা রাশি মঙলান্দা তাওহুনা হরাওনা লেল্লকপনি, ঙাইরকখিবনি।

অঙাংছু হাকুম হিয়াঙ্গৈদা পোকখি, ঐনা হৌজিক চেন্নিবসিনি। মীয়াম্না ঐগী অঙাং ওইনা উহন্নবা হোংনবদা নংগী তামোগা ঐখোয় অনিদি মাহিং কানা ৱাখি।"

জুলি ইপা পাথংলি, লাওনা পাঙথোকখিবা মিং উইশিনগনি থঙদে; ইকাইবগা ওকপগনা মুংদা মখোল থোক্লা ঙংখংলকখি, কল্লপ হংলকই, "অহুগা হৌজিক রাশিনা ঐখোয়বু মুংশিবা শারিবা, মতুম্দ্ মাগী তোংজবা থিরিব্রা ?"

মঞ্জুরী য়াম্না হৈ-শিংনা জুলিগী ওসাংবা ফাথনবা হোৎনহুনা হায়, "ৱারীসি রাশি মশাদগী তাবনা হেন্না মরিক চুমগনি। অহুবু মানা শানিংদবা মতাং থোকপন্নু লৈবা য়ায়, অহুনা ঐখোয়না নৈনবসি মপুং ফানবা মানা ঐঙোন্দা শিখিবা তমখিবশিংহু অমত্তা চিংথদনা নঙোন্দা তম্নবনি। মানা হায়বগী মতুং ইমা রমেশ কানাদগী অচৌবা কম্পানী অমদা থবক তৌবনি। চহি অনি লৈরগা মানা য়ুমদা থোরকপদা রাশিবু লৌরগনি হায়না ৱাশক্লম্মী। মহুদা ঐখোয় থাজহুনা লাকখি। অহুবু পঙফরবী ইচল লৌনম লাংদা থুংব্রে, নহা ওইবগী অপাম্বনা শুয়ে্র। থাজবা য়াবা চিঠি, মরী-মখোঙ, ঈ-পাউ অনম্তা ফংবা ঙমখিদ্রবদা ঐখোয় ইকাইবগী কোমদা পুংথরে। রাশি ওকুবী তারে, অঙাংনা লমজা। মচনগী পূন্সি ইজ্জং কন্নবা হোংনবদা নংগী তামোনা লাংখিবা মৈশাহু য়েংহৈদবনি। মচনগী তুংগী পুন্সিদা থুরৌ চেন্দনবা অঙাং অহু মাঙহনব্রসি হৌদোক্লবদম্নু মা কয়া পামখিদে, ধর্ম্মগী মী ওইনা তৌই, অহুগী মথক্তা থাশিংম্নু য়ামংব্র। অহুনা অঙাং অহু ঐগী ওইনা লৌশিনবা তাখি।

নংগী তামো ৱাথল অমগী মথাদা দিল্লীদা ট্রান্সফর তৌরকপনি। হন্দক অনিসনা ফোংলকপা লিলাসি নংলমদ্রবদি রাশিবু মপা চানবা নিপা অমদা লুহোংবীগে হায়না ঐখোয় চপ চানা লেপ্পরকপনি।

অহুবু মৈবু ফিনা কয়াদি কুইনা কুপতুনা থম্বা য়াগনি, রাকমসি হন্দক ঐথোযদা নৌহৌনা নিংশিংহল্লে। অচুম্বা পাম্বা মীনা অংরোনবা থবক তৌবদা মায় পাকন্দবনি। অসিগুম্বা মতাং অসিদা ঐথোয়না ভাওগদবসি কদাইদনো? অনিলগা মায়োক্নহুনা রারী শাবমু ভমজরোই। য়েংউ, ইনাওমক্নি থঞ্জবা অনিলবু নংগী তাযোনা থৈহুনা চংশ্রবনি।"

জুলি তারিবা রারীদগী মথা তাহল্লিংদবনা মনা মেল্লিংবা তাপ্পা লাক্লে, অশাওবগী মীহুলনা মুংদা দং দং য়ৈররি; অহুবু হুংদবদি ভমথিদ্রে, "ইনম্মা, রাশি হৌজিক করি থল্লি? মানা মুংশিবু তশেংনা থাদোক্লগে থন্দুনা মুপা অহুগী ওইবদা য়াথোকখিদ্রবা হায়বহুগী রারীহু অমুক্তং লিবীবদা অকায়বা লৈব্রা? ননাও য়াম্না থভজনিংই।"

"মহু লিগে, তমগে হ'য়নগীদমক নংবু কৌরিবনি। মহু মুম্না তারগা অনিল নংথোয় অনিগী ফিরেপ লৌ। রাশিগীমু করি মত লৈ হায়বহু মুম্না হংখিগনি। মৈশা লাংজরবা, ইকাই-ফিরুক থুম্নবা অমদি থভজদ্রবা মুংশিগী থরাইবু চাউনা নমথাক তৌবগী পাপ্তি ঐথোয়না পুহুনা চংপা তারিব্রা?"

"পাপ পুন্যগী রাকমসি থমথিসি, ইনম্মগী রারীহু হৌবীরো।"

"অম্নম তৌবা জাৎনি, ঐথোয়গী ইনেম ইকু, অহল-লমন-শিংনা ইচনম্নুপী রাশিবু মুংশিদা তশেংনা পীনিংখিদে। মসিদা নংথোয় রারোকম লৈতব্রা থল্লি। মরম অহুনা মাবু য়াম্না থুনা অংতাপ্পা মুপা অমদা মযুম পালহনখিবা নত্রগা মুংশিগা উনবা কংলোইদবা অথাপ্পা মফম অমদা থৈদোকখিবা পামখিবনি। অমরোমদনা রাশিনা য়াম্না তাথীবা কেশো হায়বা মুপা অমনা কম্না তকশিল্লকপা অমদি নম হাহুনা মাগী ওইনবা হোৎনরকদবা থৌওংদগী মশাবু নাম্থোকচনবা ঐথোয়গী লৈফম বাদামীবাগ,

কাশ্মীরদা লাক্নে হায়না লোঙ্গা পাউ পীবকখি, অংবানবহ্ন ভাক্লা চংপীনবগীদমকস্থ হায়জরকখিবনি।

রাশি অমদি সুংশিগী রাখোক্নী মভাংদা ঐখোয়দা কনানস্থ পাউ পীরকখিবা লৈতবনা মকমত্তু করিমত্তা খঙলুদে, মসি শেংলবনি। অচুম্বহু ঈশ্বরনা খঙবীগনি। মতমত্তুদা ঐখোয়না মনিপুরদা লৈরম্বা থোক্লবদি সুংশিনা অসি য়ৌনা থম্মোই কায়রম্লোই। অহলশিংগী অকনবা য়ানিংদবগী মীচংদা লেপ্লমগনি হায়বগী রাখন্দা রাশিনা মবুং ঐখোয় অনিবুম্ন পুংকিন্দা কিথিবা জাৎনি।

মপান্দা পুখোক্লুনা মহৈ তমহনগে হোংনবদা য়াক্লকথিদ্রবী মচম্মা অস্মুম্না পাউ পীরকপদা নংগী তামো হবাওখিবনা করি অমুক হায়রুনি, খুদক্তা দিল্লী ফাওবা পাইবক্লবা এরোপ্লেন টিকেৎ থাখিবনি। দিল্লীদা মবুংনা মচনবু এরোপ্লেন তাফমদা ভাইবা হরাওনা চংখি।

জুলি, মথাদি, মথক্তা রাশিনা ঐঙোন্দা লিখিবা রাবীহুনি; মানা বাদামীবাগ থুংলববা মচুং থা মবিগী তুংদা মশিংতা মপি শিন্থনা ঐঙোন্দা লিখিবা রারীনি। মতম অহুরাইদনি অনিল নখোয অনিগা ঐঙ্গোযনা জোহন তনেলদা কোয়বা চংখিবহু।

জুলি, ঐ নঙোন্দা রারীসি লিখোকপদা ইকাইবা ফাওরিবনি। রাশিনা মাগী অংবানবসি ঐঙোন্দা কুইনা লিখোক্লনা লৈখিবনি। অঙকপদি তৌবিবা চক্রসিদা মাপী মাযখোংদা চিন্তা অমগা লোযননা আশা অমস্থ শাগংপগী মওংদা মরক মবক্তা মোমোন মোমোন নোকপস্থ ঐনা উখি। মতুদা ঐ খৌশারুদে। মনিপুরদা অহলশিংনা য়ানিংদবা থবক তৌকই হায়বহুগী মরম ফাওবা হংহুনা মাবু মথাই সুংভাইতনবা নত্রগা ইকাইবা নবা য়াথিবগী ফিভম অমত্তস্থ পোকহল্লি দে। মবুংগী রাস্থ অহুনি, হৌগ্রবদি হৌগ্রে। হঙ্গংনা নৈনরুবসি বাথল চোইহনবা নত্তনা কাঙ্কর লৈতবনি।

তুং ভারকপা পুন্সিদা শীংথানবা মীশক ওইরগা লোইরে। শম্না হায়রবদা পোল্লোই ফরবদি য়াইকবা চিংবনি। অতুগা মহু পুম্নমক থল্লুবা ওম্নথিবনা মচনবু মুংশিমনবদগী।

অহুবু অভকপদি, থোইথোইবী মশা য়াই শওথিব্রে, লোৎপা য়ারকত্রে। ঐনা লিথিবা মথক্কী য়ারীসি শেংনা তগ্নে। ঐ চিংদৈ মরমদি মা মনিপুরদা চেন-চোংবগী য়াথোক লৈখ্রিবনি। অতুনা নোংমা অহিং অমা ইনেংম্বোক্তা অচিকপা তাপ্পা য়েংহুনা ঐনা তেলিফোন্দা য়াবী শাথি। ইনেংম্বোক্তা ঐবু চেৎনা থাজহন্দুনা অমদি প্রমান থুদম কয়াগা লোয়ননা হায়রকথি, "থোইথোইবী মশা শেংনা চংথি। মানা লিরিবা রেল মম্নুংগী য়ারীহু চুমগনি। রমেশ অঙাং অতুগী মপানি। ফরবনি। ভাইহম্নু লাকচগনি। মহুগীদমক মঙোন্দা চৈবী থাংবীগম্নু।"

অরুবা তানফম লাক্লবনিনা ঐ মবুংদা তগ্নে। রাজেন মুপাগী মতৌদা ঈ কানা শাওথি, অতুবু তপ্পা তপ্পা নেমথরকুনা নিংভমদনা মপি শিম্বুথি। মরমদি মা হৌগৎলক্রিবা নহাশিংগী অশোনবা লোনচং ফজ্ঞনা থভই। ময়ামদগী ইথোইথোইবীনি থজ্ঞবী মচনগী লাইনকপু শেগ্বা মপুদা তাইনহুনা য়ারৌথি। নোংমা মবুংনা য়'ম্না পুকচেল চাউবা উংতুনা ঐভোন্দা হায়, "থোইথোইবীগী অঙাং ঐথোয়গী অঙাংনি। রমেশনা ধর্ম্ম থভনা থিরক্লে মাগী ওইরে, ফরে; থিরকত্রে থোইথোইবী লৈশাবী ওইনা মতিকচাবা মুপা অমদা লুংহাংগনি। য়াফমসি মঙোন্দা চপ চানা লৈগদবা লিংজেল্লি। পুন্সিগী মায়থিবা তাক্কক থুদিংমক্তা ঐথোয় নোঞ্জহুনা চংজগদবা নত্তে, চপ চানা শীংনগদবনি, নত্রবদি ঐথোয় করম্না হিংগনি ?"

রাজেন য়াঙাঙ য়াথন্দা লানফমগী গুন পকপা মুপানি। মাগী য়াফমসি তংশেংনা ঐগী চিন্দগী থোকথিবগুম্বনি, মরমদি ইচন

থোইথোইবীগী মতু নাম। তেকপা য়াদে হায়বসি ঐগীসু অয়েম্মনি। মাগী পোংলুম য়াংহম্নবা ঐনা অশেম্বা য়ারী কয়া তৌহনা থাবুম ফারকপা ঙাইথি। ঐগী য়াথন্দা নখোয়গা লোয়ননা শালিমার অমদি অকবর লৈকোনশিংদা কোয়বা মতমদা মসিগী শামিন করিমতা কংনরমগনি থাজদে।

মতম য়োবক্লবদা থোইথোইবীবু সোবা মেডিকেল কলেজদা পুহনা অঙাং উনরে। মুপানি। থোইথোইবী হায়নিঙাই লৈতনা হল্লাওজথি। অহুবু মাগী মবুংগী য়াথং মতুংইন্না লাইবক থীবীসি মচাবু মথাঙ্গুংদা কোলহনখিদে, নোংমতসু ফৈবাথক্তা পমহনা খোয়াং অমৃত মবিক অমা ফাওবা ইলহনখিদে। অঙাং চেনবগী অয়াবা পোংলুম পুম্নমক ঐগী ওইথি। নখোয় খ্বাইনসু হৌজিক ঐগী অঙাংনি লৌনবিবসিনি।

ইবেম্মা জুলি, য়াশিনা মশাগী অশেংবা ইজ্জং ঙাকথিদনা অমদি ইনথংসকপগী অপাম-মুংশিবু খুহুম চনবা ঙমখিদবগী নিংঙমদবা থোদোকসিনা নংগী তামো! থম্মোই য়াম্না শোকথ্রে, ময়মদি অনিল ময়াম্বগী মহুৎ শিন্দুনা চাকদবক্তু মা ফজনা থঙই। অসিগুম্বা ফিভমসিদা অনিলনা য়াশিবু মতৈমা ওইনিংথিগদ্রা? নংনা নচেনি হায়না ইজ্জৎ থমথিগদ্রা? য়াহংশিং অসি ঐথোয় মুম্না থম্নসি, নৈনখিসি, ভহা ভহা লুহোংবগী মতম লেপ্পদা তামো য়ারোই। মহাক অশেংবা পাম্বা, লমচৎ য়োকপা মুপানি। মানা তোয়না হায়বা য়া লৈ — ‘শা, উচেক য়ায়ানা চাবা ওকুনা থয়্যবা মচিঞ্জাক অতৈনা চাবা উরগা মীহোৎনা অমুক তাম্মোক্লপা হঞ্জিন্দুনা চায়, তাইবং মীদি লুথাক হঞ্জিন্দুনা চানদে।’

জুলি য়া ঙাওফম থঙদে, পাউখুম পীফম থোক্তে; পঙথগ্রবগুম্মী। মাগী পুক্লিংগী য়াতু নৈননবা তাঞ্জা পীবা ওইনা মঞ্জুরী থক্লা চানবা থয় লৌথোকলুনবা চাকশঙদা চংথি।

হৌগংলকপদা ভাইরীবী রাশি থোঙজিন্দগী চেপথতুনা জুলিদা নোক্তুনা য়েংলগা হায়রকখি, "ভাইহাক্কুং লেংশিনখো; ঐ ঈরুজ্ঞখিগে।"

জুলি মমায় মমিং পুমশুং শাংলকই। ওরাং অহিং চুপ্পা মানা থনখিবা, শাগংখিবা বাগ অকনবা য়ুহায় অমনা নিংখাই-হনখিবগুম থোকখ্রে। মানা থঙ্গখিবনি, মতৌ মচেনা লুহোংবগা মোরিসসতা পুগনি, মফমতুদা হোনিমুন কংহনগনি। মতুগী খুদোংচাবা লৌতুনা মনেম-মকুনি থনপ্রবা অনিসগী মপা-মমাবুসু মফমতুদা পুগনি। অনিল মখোয় অনি মোরিসসতা চাউনা লুহোংগনি মাযগৈ অনিগী অহলশিংনা লেপ্পবা মফমদা অনিল মখোয় অনি লৈগনি। মানা অশেংবা মপু ভাক্কুনা অনিলবু থবক তৌহল্লিবা কম্পানীদু মচে রাশিদা শিন্নগনি। থাংজ খুদিংগী কম্পানী অতুদা থবক কাবদগী অনিল থাদা লুপা লিশিং অহুম কংহুনা মাগী মহৈ তম্বগী মতেং ওইনরিবনি। কম্পানীগী অশেংবা মপু থওখ্রবদি অনিল মংভান্দগী লাপথোক্লুখিবা যাই হায়রনা য়াম্না থবাই য়াবকপদু কোকথোক্লবা মতম লাক্লগনি থন্দুনা হরাওবা হৌকরবনি। অতুগা জুলিনা মতম কয়াগী মমাঙদগী থল্লকপা অমসু লৈরি; তাপ্পা চাবা মতম অমদা মুংশিবু অমেরিকাদা পুতুনা মমিং লৈরবা ডাক্তর কেলবীন্দা য়েংহনগে হায়বসিনি। মরমদি, নোংমা চেফোং অমদা ডাক্তর কেলবীন্না না তাবা রাংপদগী ভাঙথোকপা শুমদবা মুপা অমবু লায়েংতুনা মরা ভাঙহনখি হায়বা পাউ অমা থেংনখি। মানা শাগংচরুবা আশা পুম্নমক অরেম্বা তাবগম্রা থল্লুবগা জুলিগী কোক লৈমায় শোক্লা নোম্বরকপগুম তৌই।

মঞ্জুরী ট্রেদা কোফি অমদি বিস্কুট হাপতুনা পুথোরকুনা হান্নগী ফমফমদা অমুক ফম্নরে। রারীগী মখাদা হায়রে, "ইবেম্মা লৌথুপ-লোকোয়দা রাবী তৌবসি ঐগী হৈনদবীনি। শেংদোক্লবনা

অমোংপা পুম্নমক মাঙহনখিগনি হাযবসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি। অতুনা ইবেম্মদা হায়জগদবদি ইবুঙো অনিলগা অমুক্তা য়াম্না মুম্না তাম্নবীরুখো। ঐগী রাদি ঐথোয়গী হুংশিনজবা মরী তৎনদনবা ঈশ্বরনা লমজিংবীসন্নু। অতুগা ইবেম্মা নং ঙসিদি রাশিগা য়ারী শাম্নহন্নিংদে। মঙোন্দসু অরোৎপা থম্বগী হৈনদবী লৈবনি, হন্দক্তী মতাংসিদা ঐনা ঙকপা থর লৈরি। হাযবদি মুম্না থিজিন্নিংবা অমা ফাওরি। মানা থীমম্না ইকাইবা নংবগী রাক্ষম লাকপদা ঐথোয় লাপথোক্লখিগদ্রা চিংনৈ।

বাশি ঈকজবা লোইরগা মফি মরোল হোংতুনা মুপী অনিগী মরক্তা ফম্রে। যাম্না চিংলেম্বা শকফমদা জুলিদা য়েংলগা হায়, "মুপীগী মচু য়াম্বনি। ইনম্মগী রারীতু নৈনরুখো। থরাইমক্তি থঙ্গবী সীতাবু পঞ্চপতি বন্দা হুন্দোকপা ঙম্বগী মালোম লাইওইরবা শ্রীরামমক্তসু লৈখিবনি। অতুগা ঐনা নঙোন্দা হায়জগদবা অমদি হযেং অমুকসু ঙসিগী মতৌগুম নথম্তা অসিদা অমুক্তং কোইথোক্লকউ। কাউদবী, শোইদবীদা।"

জুলি 'ফনি' হায়বয়রগা বিদায় পীরম্লে।

# ২২

## থুদোল অমগীদমক

হুমিদাংৱাইদা অনিলনা তেলিফোন্দগী জুলিদা জনকপুরীগী করি ৱাফম লৈখ্রবনো হংলকই। জুলিনা লোয়শিন্নবা য়াদ্রি, থওনিংবা পুম্নমক মথং অযুক ফাওবতংদি ৱানা ঙাইখিসি হায়রগা শমজিনখিবনি।

জুলি অহিং তুমদনা থল্লি, ৱাজেন অমসুং মঞ্জুরীনা ঙাইগী মরী থম্লিংদবগী বাশিগা তান্নরগা অশেম্বা ৱারীসি থোকহল্লিব্রা ? ৱাশিবু শেংনা মমা ওইখ্রব্রা ? মাসু পুক্নিং ওল্লকপদগী মুংশিদগী থৈদোক্লবা হোংনবদা মবুং-মনম্মগী তুং ইল্লিব্রা ? ঐখোয়গা মরূপ ওইকবগী মুংশি চান্নজবসি পং হেক থদংপা ঙমদবদগী অকবা ৱাফমসি পুংথোরক্লব্রা ? ৱাশিগী মাযথোংদা সনাগুম লংখংলক্লিবনা কবিগীনো? মানা অনিল ঐংখোয় অনিবু মচা মনাওগুম অসুক য়াম্না মুংশিবা মিংয়েংনা য়েংলিবসি তৱাই তবাই লৌকম থোক্লিব্রা ? ৱাশিগী চিন্দগী ৱা তানিংবনা জুলি অহিংদু মমিৎ তুমশিনবা ঙমদনা য়াম্না ৱানা খাঙখ্রবনি।

জুলি ঙসিসু ওস্তানা মঞ্জুবীগী থোঙ্গান্দা গাড়ী থাকয়ে। ৱাজেন ত্রিব কেশ অমগা লোয়নহুনা থোঙ্গান্দা লেপ্লম্বা থেংনৈ। মাগীদু ধৈরিবনি হায়বা জুলি থওই, অদুবু মচন শকপীবু য়াম্না মুংশিনা ইমুংদা চংনবা হায়রম্লগা তেক্লী কাথংখ্রে।

রাশি ঈরু মাইথক্তবা লোইরত্না চেম্থোরকই, ভুলিবু মখুং পায়ত্না ইমুংদা পুশিল্লকখিবনি। নাস্তাগী পোংলম মরাং কায়না থম্লবা টেবলগী অকোয়বদা মজুরী মথোয় অহুম ফম্লে। অহানবা মিকুপ থরদি য়া ঙাঙনদে, ভুমিন ভুম্মিন লৈনৈ। রাশি কোফিগী কপ চিনবান্দা থম্লপা রাথল অমদা মপা থঙদনা যে'বা উই। কপ টেবলদা থম্নগা মা'যাক্লবা মুপী অনিদা মুম্না অমুক য়েংলগা তপ্না হায়বা হৌরকই, "লিলাদা নোকপা য়া ওই, কপ্পা য়া ওই, শাওনৈ, য়েংথিনৈ, ফুনৈ, ওইদব' ঙাংনৈ, অতুগা মমৈথংদা অচুম্বত্তু ফোংদোক্লবা হোৎনৈ। ঐগী পুন্সিমু লিলানি, ঐনা শেমজবনি, শাম্লজবনি। ঐগী লিলাদদি নোকপগী শক্তি য়া ওদ্রে। মসিগী মতুংদা অচৌবা মীনম্বা অমগী শক্রোনম্ন ঐনা লোৗখ্রে, হৌজিক ফাওবা মায় পাক্লি। মতু অতৈনা উথিবা থঙথিবা লৈতে, ইনম্মতনা য়েংথিবা শক্তি। মরম অতুনা অহ'নবদা ঐগী রারী হৌদ্রিঙৈদা ইমা শকপী ইনম্মদগী ঐনা লংজখিবা ইরু'ল, ঙাওখিনা ওইদবা ময়ামগী পাপ পুম্নমক কোকপীনবা নিজরি।"

রাশিনা মনম্মদা থুরুম্বদা ফম্লিবী মুপী অনি ইঙক ঙক্লা য়েংই য়াম্না চিং-লেম্বা মতৌদা রাশি মথোয় অনিনা তানিংনা ঙাইরিবা রারী হৌরকই, "মুংশিগা ঐথোয় অনি হিন্দু ধর্ম্মগী চৎনবীদা লুহোংখ্রে হৌজিক অমুক নৌহৌননা লুহোংবগী রাফম থম্লফম থোকত্রবনি। রারীসি অশেংবনি। নোংমা মুংশি ঐথোয় অনি লৌশি পাংকী ঈশিংদা সাইকলদগী ওম্বত্না চোৎলবা ফি হোংদোক্লবা সোরাগী ইমুং অমদা চৎখি। ইমুংতুগী অহলত্ত মৌলবী ওইরম্লে। অহলত্না মুংশি ঐথোয় অনিগী মুংশিনজবা মতৌতু উবদা অপেনবা পোক্লনা মতাং চাবা মতমদা ঐথোয় অনিগী পুন্সি লৈপুন ওইবদা ভেংবাংগনি তাকপীখি।

মুংশি ঐখোয় অনি চেনবগী পুংফম উনফম ঐনা লেপ্পনি। পুং অহুম চপ চানা ঐ ইস্কাল হায়গৎপা গাড়ী তোংলগা সোরাগী মামা মৌলবীগী য়ুম তম্না চংলে, মচানুপী লৈশাবী মচা অমগা মখোয়গী পাংকী লৌশঙদা ঙাইরমগে হায়বা মুংশিদা খঙহনখ্রবনি। পুং অহুম মথাই তাবা ফাওবা মুংশি লাকত্রে, ঐ মুংশাখিবা ফাওরক্লে। নহাক্তুগা লোয়ননা মামা মৌলবীগী য়ুমলোমদা অমুক লাকপগা লাপ্পা মুংশি বসতগী কুমথহৌবা উরে। নহা অহু ঐগী লৈফম তাকহল্লুনবা থাগ্রে। মতম অহুদা মথা মায়পৈগেদগী নিংথমথাগী মতম অতুগা ইচা চানদনা অকনবা নোংগৈ মুংশিং অমা লাকপা উই। মুপী মচাহুম্নু মহু উত্থুনা কম্না চেনখি। মুংশিদি খৌশাদনা ঐনা লৈরিবা শঙ তম্না ইহা হারক্কে। নোংনা হানখিবা তারে খন্দুনা ঐ মাবু কৌবা ফনা য়াম্না লাপ্পা চেংস্থাকলুবনি। মুপী মচাহুদি খুনয়া য়োংগ্রে। মুংশি ঐখোয় অনি লম য়াম্বৈবোম লাপ্পরিঙৈ মতমদগী লেন মতুম মতুম ফুথরকপা হৌরে। মুংশিংকী মাঙ থানা মুংশি ঐগী নাক যৌনবা চেনশিল্লকুনা থুনমক মাগী শউনগী জেকেট লৌখোকখি, ঐবু ঈথাঙ লৌরী অচৌবা অমগী মরুমদা ফমহল্লগা মা মশাবু জেকেটনা কুপশিল্লগা ইথক্তা ননশিন্দুনা থম্লে। খোঙবী, খুৎপীমুক চাউবা লেম্না মুংশিগী কোক্তা, নমগন্দা, মখোঙদা কোক-কাক মখোল খোক্লা থাবহু খঙই। মিংটি তরা অবেপ্পা লৈতনা হৈথখিবা লেম্না ঐগী খুজেং য়ৌনা থুয়েল্ল, অহুবু লেম্না ইশাদা থাবগী চৈনাদি ফাওদে। নোং-মুংশিং লেপপ্রবা মতমদা মুংশিনা ঐবু নক্লবা শঙ অমদা মাঙ চিংহুনা পুশিল্লে, ঐখোয় অনিমকী মথক থংবা ফি পুমচোং চোংলে। ঐ হুংবনা থক থক নিক্তুনা ৱা ঙা বম্নু থোকত্রে। মতম অহুদা ঐগী অচোংপা ফি পুম্নমক লৌথোক্লগা ৱাচেংকী কাংথক্তা চৈথায়হুনা লৈবা চরু মরক্তা মুংশিনা ঐবু হিপথহনখি। মশাগী অচোংপা

ফিম্মু লৌথোক্তুনা ঐবু মানা চেংনা কোম্নপা লাইবক্তা, চিন্দা মাগী মশাবা স্বয়না কাম্বতা নত্তনা ইশা অপুম্বা কম্না নোংইথি। ঐগী অইংবা থয় কহুনা পাঙ্গল লাক্লে, মরমদি ঐ য়া ভাংবা ওয়ে, অহুগা মুংশিবুম্ন ঐনা কম্না কোনশিম্নবা ইকাইবা য়াওদনা চিংশিল্লুই। ফিভমহুদা মুংশি হৌগংখি, অচোৎপা মফি শেৎচিন্দুনা থওহল্লকই, "ঐথোয় ধর্ম্মগী মতুং ইম্না লুহোংব্রি।"

মাগী য়াকমহুদা অপাম্বনা পঙথরুরবা ঐ ইকাইবনা মুক হৌগৎতুনা অচোৎপা ফি তন্না শেৎচিল্লে। মুংশি ঐথোয় অনি মন্নি-মন্নিবহুদা মামা মৌলবীগীদা চংলে, অকংবা ফি হোংদোক্তুনা মৈ ভাইহাক য়ায়রবা তুংদা ঐভোন্দা য়াথল অমা ফাওরকখি। মহুমক মামাদা ঐনা হায়জবদগী মচা মুপা অমা থুনমক গাড়ীদা থাখিহুনা থোংজামদগী ব্রাহ্মন অমা ঐথোয়বু লুহোংবীনবা কৌহল্লুরে। মামা মৌলুবীনা দরকার ওইবা শেল, পোৎলম খুদিংমক থুদক্তা লাংবীহুনা মুংশি ঐথোয় অনিগী মফম অহুদা লুহোংবগী থবক পাংথোকপীখিবনি। লুহোংবা লোয়রগা মশামক য়াওনা ঐথোয় অনিবু মুমিদাংহুদা মুংশিথোয লৈরক মচিন য়োনা গাড়ীনা থিনবীবম্নগা মামাহু হনখ্রে।

চেম্নকপা অহিংগী মীয়াম চরাঙনবা মরক্তুদা থয় থেংথরকপগা ঐথোয অনি ফমুংদা চংলে। অহুবু মাগী মশাহু লায়হোগী ঈনিল অমা লৈরম্লে। অচৌবা লেম্না মকোক্তা, মনমদা, মশা পুম্বদা মৈথিবনা মফম কয়াদা থামহৎতুনা লৈরে, পোমথৎপগী চৈনা য়াওরি। ইথিন-থিনগায়রবা মশাহু কোকম্ন কম্না চিকই হায়। মহুগীদমক হিদাকম্ন থোরাং তৌহোদবনা ঐনা হিংতর শিজিম্নহুনা মতম কুইনা হিপা য়ৈথি। য়াম্না থেংলক্লবদা ঐথোয় অনি ফমুং পুনবগী হয়াওবনা মা মশা মুংঙাইতেদি হায়থিজ্রে।

মথং অমুক্তগী মুংশি নাবা ফরে, মশা থিংনা হৈনিংলে। মুংথিল চুপ্পা ইনাক্তা ঙাক লৈনবা হোৎনৈ। মুমিদাংল্লাই য়ৌরক-পদদি মশাহু ঈথক-ঈরাং হৌরক্তুনা ঐবু ওংকদবগী হোৎনরকই, অহুবু মা অহুক য়াম্না হৌন-থঙদবা নত্তে, মরুপ অমগী য়ুমদা কোইরুথিগে হায়বল্লগা চৎখ্রে। ওস্থোকপা লাইবক্রি! মুংশি হুথিল্লকত্রিভৈদা ইপামগী মীয়াম অমা লাক্তুনা ঐবু নমহুনা পুৰীরে। ঐ মুংশিদা ল্লাহৈ অমা কাওবা হায়নরমত্রে।

য়ুমদা ঐ পুক্লিং ল্লারৌবনা করিমত্তা চানিং থক্লিংথিদে। মুংশিনগী মৈচাক অমুক্তী মতিক কল্লি হায়বসি শিরগে থল্লকপা মতম অহুদা প্রমান ওইনবা য়াম। অহুবু ঐ ল্লাথল অমদা শিথিরোই হায়নদি লেপ্লে। মপাম্থোংদা মুংশিগী মুপী ওইখ্রে, অহুবু ঐগী নিংবা থুংবগী থুদম ফংদ্রি; মহুগীদমক নিংঙমদবনা মৈহৌরে।

মুংশিগী য়ুমদগী লাকপা মুমিং তরানিশুবদা ঐ ইশা শেংত্রে, লাই-তিনগী পোৎ, চাথুমগী পোৎ শোকহল্লে। ইমুংগী মী পুম্নমক পোৎলুম অমা থাংথবগুম্মী, ইমানা খব হেন্না হরাওবা উংথি। ঐ লৌশিংগী পাঙ্গল হায়নবহু নিংশিংলক্তুনা ইনেম ইকু অমদি মুংশিবু পুরা কাউথ্রবগী মওংদা য়ুমগী মীশিংদা উৎনবা হোৎনৈ। মহুনা মরম ওইহুনা মখোয়না ঐবু শেন্নবা খর কোমথোক্লে মপুং ফানা নিংতমহনবদি ওইদ্রি। ইমাদি ঐঙোন্দা চিংনবা হুম্রিবনি।

চেল্লুবা মুমিংকী তরামন্নিনি শুবা মুমিংতা ঐ ইশা শেংদোক্লবা চেংহী লুম্ভরে। ঐগী মুংদা লৌরিবা ফিরেপ্প থঙহন্দবদা ঐ ফনা ফজনা মায় পাক্লে, ঐনা ঙাইথিবহু মুমিং তাবা, অথেংবা অহিং।

মুমিদাংগী চাক চানহুনা ঐগী ফম্মাঙদা শংবোই থেম্বোই ফম্নরম্বা ময়াম হুম্নখ্রে, ফমুংদা তুম্বা চংনখ্রে। ইমাথক্তদি ঐগী ফম্মাঙদা থাবা ফক্তা ছিপফম শেমহুনা লৈহৌরি। মাগী থম্মোইদা

ঐসি হন্দুনা চেনখিগনি হায়রবগী অকিবা লৈরিবনি। ঐ ফমুংদা চংলে, অহুবু হিপথদনা কাংথল মনুংদা ফম্লি, তুমথোকখিনি থল্লুবগীনি। থঙহৌদনা থোঙনাউ মিংশেলদা নোংথাং কুপ্পা উই। অকনবা নোংহৌ অমগী অইংবা মুংশিৎ থুংলবগা নোং হৈথরকপা হৌরকই। য়ুমথক্তা য়ৈবা অমদি চুরিদা তাবা শাইজুমগী মখোলনা নোং চাং অমদা কম্না চুরি হায়বা তাকই। বাজী কম্না নাখোকপা তায়। ঐনা পুং য়েংবদা তরামাথোই চপ চানা তা'রে। তুম্লক্লবা কুইববা ইমাহু অশিবগা পাংথক ওইনা তুমথখ্রে। ঐনা ঙাইরকপা তাঞ্জা থুংলরবদা ঐ ফমুংদগী নাশোন পিক্লা তপ্না কুমথরকথি। মুংদদি থক থক নিক্লি। থোঙ তপ্পা হাংহুনা মপান থে'রকপদা ইলেকত্রিক মঙাল অমত্তা উদে, থামম্বগী মথক্তা নোংজুগী অহিংনি। ঐ থোঙদগী ফেনাং লৌথোক্তুনা ছাটিন অমা থন্দোক্লগা শুমাঙদা কুমথরকই। ঐনা চংকদৌরিবা লম্বীহু ফনা শাংই। ময়াম্না য়ারীনবদগী তাখিবদা, হমেং অঙৌবা থোকফম, শ'গোল মকোক পানবা মী থোকফম, য়াতোন্দা মী তোংহুনা লৈবা মফম, তোঙ্গা ফনেক শেংপী অঙাং থোকফম অমসুং ঙান্নু পরেং চংফম লম্বী মতেক কথা লানপদৌরি। শুমাঙ ময়ায় য়ৌরকপগা ইচে চাউবীনা নো'মা হায়খিবা খঙনিং হেক নিং'শিংলকই — "মুংশিবগা লোয়্না উনবা অহিংদা থোকপদা মীনা ফাহল্লে'ই হা'য়রবদি তুলসী মনা অমা যাদা চিকউ, মনা অমনা নাতোন্দা থেংন্নু। অহুগা পাম্মুবগী মকা য়োগে থল্লবদি অশোয় অঙাম থোক্তনবা মহাদেববু নিংশিংউ।"

ঐ অসিগুম্বসি কম্না থাজগনবা মীদি ওইদবনি, অহুবু ঈবাক্লববা মীনা অতাওবা ইকা লায়কই হায়নবগুম্বনি, ঐ তুলসি মনা অমা চিন্দা উমললগা মশা অমনা নাতোন্দা থেংলগা থোরক্লে। থোঙ্গাল য়ৌরকপদা লমচিকপী, মোরে হঙোই, কৌজেং-হায়ৌ

অমদি মকুগী মখোলনা ঐবু পুক্লিং য়াম্না শোম্থহল্লে। মমাণ্ডদা নিংশিংখিবা লম্বী মতেক মতেক অদোমদা ওনখিবদা মুগুক মুবা পরেং অমা নোংলকুদা লেপতুনা লৈবগুমস্থ তৌই। অতিয়াদা য়েংখংলুবদা অরংবা শরুক অমত্তা উদে, মালেমস্থ মিংয়েংদগী মপুং ফানা লোংখ্রে। মতম অতুদা ইচে চাউবীগী য়া অনিরকগুরকপা ওইনা নিংশিলুই। ঐ মিংতগী পি ঈহৌরকই। মনীং চীংগী চীংদোন্দা লৈবা মন্দিরদা ভাম্থোইরিবা শীব মহাদেবগী খুযাদা চহি কুমওন খুদিংগী ঐ হৈকং লৈকংপা চংচখিবনি। মন্দিরনা লৈরিবা মায়গৈদা ওন্দুনা ঐ খুকউ খুদক কুন্দুনা কপতুনা অরাপ্পা মকমতুদগী হায়জখি, "প্রভু, ননাই তোল্লবীবু মুংশি মকাদা য়োৌহনবীয়ু।"

কিগনবদা ঐ মুমিদাংদা মনিংথোংদা খুজুম হৈদোকপা থোকপা ভমদবীনি। অতুবু অঙকপনি ঐঙোন্দা অচোবা থৌনা অমা থুংলরে। মুংশি পন্থুং তানবা লম্বীদা অকি অথংনা থৈদুনা চংখি হায়বতু মুমিংতুদা মযেক শেংনা খঙলে। ঐ মুংশিগী যুম পাংলক্রে।

অঙকপনি, লাইগী নোংদম্নি করম্না হায়বোই। ইশ্বাতব বমকী মমতক তৌবা মঙালদা মুংশি মরু লুক্না মাঙোন্দা ফমদুনা লৈবা উই। থম্মোইমুংগী মৈচাক মুৎনবা হোৎনবদা নোংগী মতেং লৌরম্বা ওইরমগনি। মানা ঐবু উবগা খঙবনা হানখি, ফিংগৎলপ ফুক হৌগৎলকই। ঐ অপনবা লৈতনা চংশিন্দুনা চুরিদা লৈবা বালটিনগী ঈশিংদা থোঙ হামদোকলুই। মুংশি হরাও হরাও তৈথোক্লবা ফি অমদি মশামকী হরাই চপল শীরকই। ঐগী খুৎ পায়দুনা মাগী কাদা পুশিল্লগা মখোল থোক্না ঐঙোন্দা য়া খর হংনবা হোৎনবগা লোয়ননা ইনেম ইকুবুস্থ হৌদোক্লবা হৌগৎলকই। ঐনা মচিন খুৎনা মেল্লগা তুমিন

লৈনবা হায়খি। ইকাইবা পুম্নমক থাদোকখ্রবীনি ; নিংথৌবা উৎতুনা ফমুংদা তুম্নসি হান্নবা ঙমখি।

থারবা কৈজুপকী মঙ্গুংদা কোং কোং শারবা মুংশিগী মথাম্নুংদা কুইনা লৈখি। মানা ঐবু মাগী মুগীগী থাক্তা পুথংগী-রবনিনা ঐ নিংবা থুংলে। মিকুপ খরত্থ ঐ সংসারগী অরাবা পুম্নমক পুমকাউ কাউখ্রবনি। অদুবু ঐ কুইনা লৈথোকপা যাবা মতাং থোক্তে, ফমুংদগী হৌগৎতুনা মুংশিবু মপান্দা পুথোক্লে।

ঐনা মথোঙ শোক্না থুকয়গা মঙোন্দা হায়জখি, "ঐবু যুমদা থিনবীরবা। ঐ ঙসিদগী য়ুমসিদা অমুক লৈরগে হায়জনা লাকখিবা নত্তে, নঙোন্দা রাফম অসিমক্তং হায়জরমগে লাকচবনি।" — "ঐ মুমিৎ খরনিগী তুংদা এরোপ্লেন তোংতুনা চৎলগনি, অথাগ্না মফমদা মতম খর লৈকখিগে ; অমুক হল্লকখিনি। অরাবা কয়া থাগত্থনা ঐবু ঙাইরম্মু। ঐমু নংগী মৈচাক থাঙলুপদোরিবনি। অসিমদি কাউবীগন্নু ঐসি নংগীনি।"

মুংশিনা নোকখিবত্থ রারোবগা ঈরোয়নবনি। মথুং ওইনা মপি তৈথোক্লগা ঐবু চেৎনা কোন্দুনা ঙাইহাক থম্লবা তুংদা শুমাঙদা কুমথরক্লে। ছাটিন তুপমিন্নত্থনা অতৎ-অথম লৈতনা হৈথরিবা নোংলক্ত মানা ঐবু ঐথোয়গী লৈরক মচিন য়োনা থিল্লক্লে। মফম অত্থদা এনা মাবু চেৎনা কোন্দুনা কপ্নগী থোঙ্খেল ফানবা কন্না হোংনৈ। মুংশিনা ঐগী কোক্তা অমুক্তং নাল্লগা লাইবক্তা হন্না হন্না চুপ্লকই। ঐ মথা তানা কপ্নগী থোঙ্খেল ফাথবা ঙম্লক্তবদগী মথোঙ শোক্না সাইবক অমুক্তং কৎলম্নগা য়ুম তম্না চেনশিল্লক্লে।

ঈশ্বরনা ঐগী মীচংদা লৈখিবনি, ইমুংগী মী অমত্তা মীকপ থোক্লবা রাওরমদ্রি। ঐনা ঘড়ী য়েংবদা নোংয়াই মতুং পুং অমা তারম্লে। ঐবু মুংশিগী ময়ুমদগী চিংত্থনা পুবীরকখিবদা পাউমেন্নরমদবগী অরা-মৈচাক

মাঙথিবগুম ভোরে। অম্নাবা কয়া থাঙমিন্নহুনা মতম থর লাপ-থোকমিন্নখিসি হায়বদা পুকচেল চাওবা উংলকপদা ঐ পেল্লে, পুক্লিংগী পোংথাবা ফংলে। পুক্লিং রাখল-লৌশিং ফকচিন্দুনা লৈরম্বছু হিনিংবনা মশা কা.থোরকপগুম ভোই। ঐ তামো ইনম্মগী মরুম থুপ্পা মতম থব লৈরুরগে অরোইবা ওইনা লেপ্লে। মতুনা কেশোগী খুৎতগী নাম্থোক্লবগী অকবা উপায় ওইরগনি হায়বসি চুন্নবনি। অতুনা মথং অমুক্তো বাজীগা ইমাগা লোয়ননা মানবা অমা পুররুবা হোংনরগে হাযবসি অহিং তুমদনা খনখি।

অহল-লমনশিংনা য়াদবা থবক ভোররোই হায়বা ঐঙোন্দগী অযুক্তা শন্দোকথিবা পাউদা ঐগী চান্নরবী মরুপ মানবীনা কম্নাদা হবাওনা চেল্লকখি। মাগী মতেং লৌতুনা ঐ মুমিং অতুদা বাজীগা ইমাগা ঐগী কাদা কনামত্তা তাহন্দনা কাশ্মীর চৎপগী রাকম য়ানখিবনি। বাজীনা য়াম্না থুনা অমদি অরোনবা ঙাক্লা তামোদা পীখিবা পাউগী মতুংইন্না কাশ্মীবদা লাক্লবা এবোপ্লেন টিকেং খুদক্তা থারকখি। এবোপ্লেন্দু কলিকাতা ফাওরগা দিল্লী থুংলুগদবনি। পালমদা তামোনা ঐবু ঙাইরমগনি হায়না মাঙজোননা তাক্লকথ্রে কলিকাটা ফ্লাইট কেন্সেল ভোতুনা বাজধানীদা দিল্লী চৎপা তাখিবগী রাবী ফাওনদি ইনম্মদা ঐনা শেংনা লিখিবনি। মতুগী মথা তাবা বমেশকী রাবীতু ঐগী রাথলনা শাবা উপন্যাসকী মতেক অমনি। অচুম্বা অমত্তা য়াওদবা অরানবা ঙাক্লনি।

ইনম্মা, জুলি, হৌজিক মথা তাবা অশেংবা রাবীতু লিররগে। চুম্মী, ইম্ফালদগী কলিকাতা ফাওবা বমেশনা ইজ্জংকা লোয়ননা ভেংবাংবীরম্মী। মথা তারকপদি ইম্ফালদগী মাররারী লৈশাবী সপনাগা লোয়নরকখি। মপানা ঐখোয়বু চেকশিন্না শেন্নবীরকপনি। মখোয় অনিমক মনিপুরী ঙাঙই। দমদমদগী ঐখোয় অহুম তেক্সী অমদা হাওরা থুংলরে। লাইবক ফবনা রাজধানীগী স্পিসিএল

কেবিন্দা ঐগী সিটকা লোয়না মখোয়গী রিজার্বেসন কংলে। ঐ ইশাগী ইমুংগী মীশিংগা লোয়নদনা লাকখিবগুম খোঙচৎ অদু অরাবা খঙদনা দিল্লী থুংলখিবনি।

নই দিল্লী ষ্টেসন্দা তামোনা ঐবু ভাইতুনা লৈরম্লে। ঐনা সপনা অমম্বুং মাগী মপা অকলবু বিদায় পীরম্লগা তামোগী তেক্সীদা কাখৎলকখি দিল্লীদগী তামো ঐখোয় অনি শ্রীনগর তম্না এরোপ্লেন্দা লাক্নুনা বাদামী বাগ হায়বা সিকাইগী অচৌবা হেদকাটস্তা থুংলখিবনি। মফম অদুদা ঐ চয়োল অনি-অহুমদি জেলদা লৈবগা চপ মান্নখি, অদুবু কেশোংগী লম হেনবা খুংনা মফম অদু য়েৌরকপা ভম্লরোই থম্লুরগদি ঐ য়াম্না মুংঙাইরবনি।

তামোনা ঐগী মখা লাইরিক তমথনবা কম্পুটর,লো নত্রগা জর্নেলিজমদা চাম্লগদবা অমা য়েংউ হায়না তোয়না হায়। ঐম্বু তামোগী রাকমতু য়ানিংদবা উৎখিদে, তৌবতবু লোলগী সমস্তা থম্ভিক্তুং কোকহনখিসি হায়তুনা মতম তাঞ্জা ভায়তুনা লৈখি। অম্বুম অম্বুম হৌখিবনা ঐনা মনিপুর থাদোক্লম্বসি থা অনি ফারক্লে, মতম অদুদম্বু ঐনা বাজী-ইমাদগী হৌরগা মরী-মতা মরুপ মপাং কনা অমত্তদম্বু চিঠি ইখিদে, চহি থর ইখিরোই, লৈফমম্বু তাকখিরোই হায়না লেপখ্রবনি। মসিদা বাজী-ইমা স্নুয়াতুনা লৈহৌরবনি, মতুগী মরম্না কেশোনি।

অহুমশুবা থাতুদা ইনম্মনা ঐগী হকচাংগী অহোংবা ফিভম থঙদোকপ্রে। ঐ ফনা য়াম্না লোংনবা হোৎনখিবনি, য়াখিদ্রে। ঐগী ইনম্মা রাথল লৈবীনি, মানা তামোদা খুদক্তা তাকখিদে, অদুবু ঐঙোন্দা তকথৎপদি লেপত্রি। ঐ খুমদনা কম্না থাঙখি। নোংমদি ঐ ইনম্মা সিফাই কেম্পকী মনিংদা লৈবা শীব মন্দিরদা শঙ্গোম হৈবা চৎলুই। ঐ ভগবানগী মাঙতুদা মিং উইশিন্দুনা 'ঐবু লৌশিনবীদনা থঙ্গীরিবা করিগ্নীনো, ঐগী করি ইরাগ লৈতুনা ঐবু

অন্থক রাহল্লিবনো ?' হায়বা রাকংতা কুইনা লেপখি। ঐনা মিং পাংখোরকপদা পিক্লিবা অঙাং মুপামচা অমবু মমানা মথুং শমচুনা সিড়িদা কাখৎলকপা উরুই, মচুদগী ঐগী রাখন্দা মুংঙাইবা অমা কোং ফাওরকপগুম ইনম্মগী খুৎ পায়চুনা হনমিল্লরকই। য়ুম য়োরকপদা ইনম্মগী কাদা ঐনা রমেশ ঐখোয় অনি উনখিবগী রারীসি লিখ্রিবনি. করম্না রাখন্দা লাকখ্রিবনো, চিন্দগী থোকখ্রিবনো, মাইবীগী রাহৈমুক থুখি।

ঐনা অশেম্বা রারীচু লিখিবগী মরমস্থ লৈ। ঐনা পুরিবা অঙাং মুংশিগী মচানি থঙলকপদা ইমা শোইদনা পাইশিল্লকনি, অচুগা ইমাগী মীচংদা তামো ইনম্মা লেপখিগনি। ঐনা নিজরুবা মুংশি খুদোল, মরাল লৈজত্রবা থরাইনা তাইবং ফাওভমদনা ঈ ওইনা মাঙখিগনি। মচুগী থাক য়োরকপদা ঐ সংসারদা লৈররোই। মুংশিনা ঐগী তুং ইল্লকপা শোইত্রবনি। ইনেম ইকুগী ফিভম করি ওইগনি ? ময়ামসি থল্লুরগা ঐ হিংদবা য়ারকত্রে; পীবুকমুংগী থরাইবু তাইবং ফাওহন্দুনা পাম্মুবা মাগী মফমদা খুদোল ভমগে, ইনেম-ইকুগী থৌজালগী লমন শিংলমগে লেপখিবনি। থোঙফম হোংনিলকত্রে, লেংবম্ম ভমত্রবনি। ঐগী লৈয়েংদগী ওইদবা রারীচু হায়দোকপদা মুংনাংবা লৈখিদ্রে। লাইবক ফবনা ইনম্মনা তেলি-ফোন্দগী অচিকপা অহিংদা ইমাগা রারী শান্নখিবচু ঐ লোম্না তাখি। ইনম্মনা মুনিংতুদা ভাঙখিবদগী থঙহৌবদা, মাদি অঙাংসি মুংশিগী মচা ওইরমগনি হায়না কম্না চিংনখিবনি। অচুবু ইমানা শিরগে হায়না য়াখিদে। মরমদি ঐনা য়ুম থাদোকপা মতমদা ইশা শেংনা চংখি হায়বসি কুপ্পা য়েংহৌই। ইমাগী রাখন্দা ঐগা মুংশিগা উনববা মফম মতম শুক্লে লৈতে হায়বসিনি।

ইমাগা ইনম্মগনা থাজবগী খুদোংচাবা লৌচুনা ঐম্ম লন্নাই ঈহৌ অমা শাগৎলে। ঐনা তুকথচুনা, হৈনিংবা উৎভনা লৈরবদি

মখোয় চিংনবগী মথক্তা ঐগী ইথক্তা থুদোংচাবা অমা লৌনবা হোংনরকপা য়ায় থক্কুনা মতম চুপ্পদা হয়াও হর'ও লৈবা ওয়্যগে থনখি। রমেশনা ঐবু চহি অনিগী মতুংদা শোইদনা লৌরগনি হায়বগী আশাদা ভাওহুনা নুংঙাইবা উংতুনা নোংমক্তম্ম ভাবো ইনম্মগী মকমদা মুংশুক-মুংজাননা লৈখিদে। নুংগী ওইবা ঐগী মঙলাম্না অমনি। ঐ শক্লোন-থাথল অনি চেনবী হৈশিংবী মী ওইখিবনি। মতম অহুরাইদনি নখোয় অনিগা কাশ্মীরগী ফজরবা মফম কয়াদা কোযমিন্নখিবহু। ঐনা থনবদা নখোয়না ঐগী অয়াবা শক্লোন ফাবা ঙমখিদে। নখোয় অনিগী নুংশিনবা সঙ্গহু উরগা ঐ নিংশিংলকপা ময়ায়া মরক মরক্তা লোয়া লোয়া কপখিবনি। ভাইবংবু মঙশুম ঙক্কে করম্না হায়রগনি, যায়া লাপ্পবা নীংতোপ মরূপ ওইনা লৌরুবা নখোয় অনিনা ঐগী পূন্সিগী খ্বাইদগী নক্কবা মীশক ওইববসি।

তশে না ঐ শক্লোন অনি মতম কুইনা পুরক্কবনি। নুংথিন্দা অমা হুমিদাংদা অমা। নুংথিন্দনা রমেশকা নোংমা উনরখিনি হায়রবা আশাগী মঙলান্দা ভাওবা শাবা, অতুগা হুমিদাংদনা হাযক্কম থঙদবা অরাবা মৈচাক পুহুনা থাঙহৌরিবা নুংশিগীদমক ভেংথাহুনা কয়া। কাশ্মীরগী চীংদোন্দগী ফাওগৎলকপা পুর্নিমাগী থাবল উবগা থাবল চোংক্কমদা নুংশিনা হায়নিংবা রাক্কম কয়া হাযবা ঙমদন' ঐগী ভুংদা লেপতুনা লৈবস্বা তংতনা নিংশিংলক্কুনা থাম্বা ঙমদনা কপখি। পাং উরে থাঙঙমদে, মানা হি হোল্লগা ঐনা ইশৈ ঙংখিবহু, মচোংপা ফি মানা হোংদোকপীখিবহু করম্না নিংশিংলোই। ভুরেল উরে খোইশাওনৈ, লৈবাক্লৈ নাচোম ভাওরমগদবোই নিংই। নোংজু অহিং কয়াম্ম মৈচাক মুংনবা মপান্দা ভুমদনা লৈখি। অহিং অয়াম্বা ঐখোয়গী লৈফম ক্বার্টরসকী মনিংদা হৌবা গুলমোহোরদা শেম্বা থৌরী হায়বী শাম্নক্কমদা লেনখি, নুংশি ইশৈ অভং-অথম লৈতনা খোরক্কখিবনি।

থাবুম তরেৎ হায়রক্লবা মতমদা ঐ লোম্না মনিপুরদা চেন্দুনা মুংশিগী মনাক য়োংপ্রসিয়া হায়না কম্না থল্লকপা য়াওরকখি, ঐগী হকচাংগী ফিভম মাবু উহনিংবনা লৈকম খওলক্তবনি, মহুদা মানা ঐবু উরগা হরাওজগদবা অহুতা ঐগী মিংতা উহুনা লৈপ্রবনি। মাগী মুংঙাইজবহু উবদনি ঐনা পোকচবগী মহৈ য়ালে লৌজগদবসি। অহুবু ঐ পাঙ্গল থোকপা ওমদ্রে, ঐনা ইনম্মগী মফমদা শেমখিবা য়ারীগী কিশি থোকপা মতম ওইদ্রি। মতম চানা পাম্মুবা মাগী মফমদা খুদোল তম্বা ওম্নবা মৈচাক পুম্নমক খাওখিগে খল্লে। খাওবা কনবা কৌবা উহৈগী মহাওদগী হেন্না থুম্বা লৈত্রবনি হায়নবা লৈখি।

সৌবা মেডিকেল কলেজগী চাবোক শওদা ঐবু পুশিনবা মুমিংতু পূম্সিগী অচৌবা লানফমগী মশক ওইবা চাংয়েংনি। ঐ থক থক নিকখি। থম্মোইমুংদা ঈশ্ববু নিংশিংবগা লোয়ননা মুংশিবু কৌহুনা কপখি। অরাবনা হেল্লক্লবা মতমদা ঐগী য়াথলনা মাগী মথোঙ কোন্দুনা খাওখি। মানা ঐগী কোক্তা তপ্না তপ্না নাল্লকপগা ঐ তুমথখিবনি।

ঐনা জ্ঞান তাবকপদা অঙাংনা ঐগী নাকন্দা লৈরম্লে। মুংশিবনা অরাবা চৈনা পুম্নমক কাউখিহুনা মোমোন নোকচখিবনি। অহুবু থওহৌদনা পিগী ঈহৌ থিংবা ওমদ্রে, অঙাংগী মশক মুংশিমক্লি।

তরুক্লি শুবা মুমিংতা ঐথোয় হোস্পিতালদগী য়ুমদা কুম্লক্লে। তামোগা ইনম্মগা ইপানগী য়াকম হোদোক্লরকখি। শোনবীনবা মপাগী য়াফম তারকপদা তামো মায়থোং লাংশিল্লি, মহুদা ইকাইফম থোক্লিবনা ঐনি, অহুবু থম্মোইমুংদা চাওথোকচবা অমগা লোয়ননা ইনম্মবু ইনাক্তা কৌশিনজহুনা হায়জখি, “ইনম্মা, ঐথোয় পুম্নমকী ইপাসি ভগৱাননি। অঙাংসিগী অফবা মঙ্গলগী-

দমক ভগবানগী মরুমদা শিরহুনা অমত্তা হৈ-লৈ ইনন্মনা খর কংথোকপীরুরো।"

"মহুনা করগনি।" ইনন্মনা খুমখিবনি, অহুবু মিংভগী পিদি তৈথোকুনা খোকখি। ইনন্মনা লাংখিবা পুজাগী পোংলমশিংগী মরক্তা ঐনা চেক্তেং অমা পিরা তাশিনলগা হাপখি। লৈগী মরক্তা লৈথ্রবা চেহ্ কনানস্থু উখিত্রে। অহুবু পিরোইননা মরোল খরদি ভগবান্না খঙবীসন্থু হায়না ইখিবনি — 'হে প্রভু, নংগী থৌজান্দগী ঐনা মনি মতুমসি শাগে অহুদা খুদোন তম্বা ভমজগদৌরে। মুংশিগী থোয়েন মঙলান্দা নারাসিগী শক্তমসি অমুক্তদি উহল্লু, ঐনা হরাওজবগুম মাবুস্থ হরাওহল্লু।' ইনন্মনা শঙ্গোমগী পাত্রগা লোয়ননা শীব মন্দির পাংথ্রবদা ঐগী মনি মতুম্বু মিংলু লাইজনা ঈরুজবীখি। খরাই ওইবা নারাদা থোম্লাং ইনগে হায়রুনা ফিজি কাংবা হৌরুরবনি, অহুবু তামো ইনন্মা অনিগা য়ানখিবা রাফম নিংশিংলকুনা ইচাগী চিন্দা অমৃত তাহনবা ভমখিত্রে।

ইনন্মনা অঙাংগী মমা ওইত্রে। ঐবু নাওশেনবীগী থাক ফাওবা য়োহনখিদ্রবনি। অঙাংনা থা তরুক হায়ররুবা মতমদা ঐগী শাওং ওল্লক্রে। মতম ভাইরম্বা তামো দিল্লীদা ত্রান্সফর তৌবগী ওর্দর চে পুরকুনা মুমিদাংরাই অমদি হায়রৈ, "শীংনবনা খনবা পুন্সিনি, শোইখিবা খরদা ঐথোয় হম্থগদবা নত্তে। তুংদা য়েংবগী হৈনবীসি ঐ পামদে পুন্সিদি মাঙলোমদা চংশিনবগী খবক্তি। থোইথোইবী, নং পাঙদবা মী অমগী লৌনম লাংদা থুরুরে। মহু তুংদা লাকদবা পুন্সিগী লৌশিং তাকপা থৌদোক্তি খন্দোক্লো। পুম্নমক কাউথোকত্রো। হৌজিক্তি দিল্লীদা অনৌবা পুন্সি অমা শেমগংলুনবা হোৎনরসি।"

ঐ তামোগী রাফমহু মায় হায়বা ভমখিদে, মহুনা মরম ওইহুনা ঐনা রমেশ ভাইবগী তৌশিন্নবা ময়ামদগী নাম্বোকহল্লগনি, অহুবু

মুংশা থিবা অমদি চাউনা লৈখি; কেশোগী মুম দিল্লীদসু লৈ হায়রবা তাখিবনি।

দিল্লী য়োরক্লবা মতমদা ঐ থরাই ম্রাবনা নোংমতসু তামো ইনম্মা অনিগী মাঙদা হরাও-মুঙাইবা উৎপা ঙমখিদে। মহুনা মরম ওইহুনা তামোনা নখোয়বু কৌখিবনি।

নখোয়বু দিল্লীদা উনবা মতমদা মরুপ উনবগী মুংঙাইবা থর ফাওবা নত্তনা পুক্নিংগী অরাবদি কোকহনবা ঙমদ্রি, অহুবু অনিলবুদি অচেৎপা মকশ ওইনিংখি। মাগী মতেং লৌহুনা মুংশিগী ই-পাউ লৌগে অহুগা অফবা তাপ্পা ফংবদা অঙাং পুহুনা মনিপুরদা মুংশি মক্সা য়োথিনবগী লম্বী শিলহনগে থনখিবনি। অহুবু গঙ্গানা ঐবু কৌহুনা ইনাওমুপাবু মশক খংহল্লে। মতম অহুদসু ঐ নখোয়দা ঐগী ইশক তাকখোক্লিংদ্রি, মরমদি নখোযদগী থঙজিন তমজিনগদবা য়াম্না লৈবি, মহু ঐগী কান্নবনি। ঐগী ইচাগী কান্নবা ওইগদৌরিবনি। মহুনা ঐনা নোংমা মুংশিবু লমজিংবদা মতে' ওইগদৌবিবনি। অনিলনা ঐবু মতৈমনি ঙখুবদি মহুগী খুদোংচাবা মাঙখ্রগনি থন্দুনা মতম থরদি শক লোৎতুনা লৈনিংলি। অহুগা ম্রাফম অমনা অঙাংসু থর চাউবা ঙাইবনি। মানা চাউরক্লগা মুংশি ঐখোয অনিগী লীপুন হেন্না হেন্না চেংশিন্দুনা অহল লমন্না থাইদোক্লবগী ম্রাখল থাদোকখিগনি অসিনি। অহুবু ঐ কুইনা লেৎপা ঙমখিদ্রে; নখোয়গী মাঙদা লাইবক থিববী বাশি ওইনা থোবক্লে।

ইনাও ইবেম্মা জুলি, ঐসি মুংশি নত্তনা অতোপ্পা মুপা অমত্তসু থঙজদবী মুপীনি। মুংশিবু ঐগী লাইনিং ওইথিবনা ওইদবা ম্রারী কয়া শেম্নগা তামো ইনম্মবু থম্মোই শোক্লা ম্রাহনথিবগী পাপ ঐনা শোইদনা পুগনি, মসি ইশানা য়াজ্জরবনি।"

য়ারী তারিবী জুলি অমস্থুং মঞ্জুরী রাশিগী মকত্রবা লিচংডা পেনখিবনা থম্মোই শাংকাইরকপশুম মুংশিবা পুম্বনা তিল্লবা মিংয়েংদা রাশিবু কোনশিল্লবা মথুং তিংথোক্লরকই। মতম অহূদা খোঙজিনগী বেলগী দিং দোং মখোল তাহূনা মঞ্জুরী হোৌগংখি। খোঙ হাংদোকলূবদা শকথঙদবা মুপা মরি চংলক্তুনা নোংমৈ উৎলগা লাউরকই, "তুম্মিন নৈয়ু! লাউরবদি নথাই মাঙলে খঙউ!"

## ২৩

## ঐ চৎলে

ওসি হোলিগী নুংঙাইরবা নুমিৎনি। মচুগী কুমহৈসিদা নহা অহল খাক্তনা ঙাওনরে। অয়ুক ওস্তাদগী মন্দিরশিংদা শঙ্করকপা ভজন ইশৈনা দিল্লী সহরগী মফম অযাম্বা পুম্নিল নিল্লে। ভক্তা মুপা মুপী কয়ানা মন্দির শিংদা পরেং পরেংনি। চহি খুদিং জুলিনা অনিল পুন্নো বীরলা মন্দিরদা চৎপনি, ওসিস্তু মানা জনকপুরীদগী হল্লক্লগা চৎননবা ঙাইরম্মু হায়না নোংঙাল্লকপদা তেলিফোন তৌরকখিবনি। হৌজিক পুং মাপল তারক্লবা ফাওবা লাকত্রবদা অনিল লাজপট নগরদা তেলিফোন তৌখি। জুলিগী থবক্তা তেংবাংবীনা খুম্লকই, “বাবুজী, মদম জনকপুরীদগী হল্লকত্রি।”

অনিল খল্লুই, মখোয়গী য়ারীসি কুইখ্রেদা, য়াজেনগী হায়রকখিবা মবোলগা, ওবাংস্তু চৎলুবা জুলিনা অশেংবা পাউ তাক্লমদবগা য়াফমসি য়াম্না লুশিনগ্রবা জাংলা। য়াশিবু ময়াম্বদা পীয়োই হায়রম্লগত্রা হায়বসিদা মা মুংশা য়াম্না থীরক্লে। মাস্তু য়াওনা কোক হেক চৎপা য়াওহৌদবগী পুক্নিংদা নিংকোক মিংকোক অমনা য়াম্না নুংঙাইহন্দ্রে। ঙাইওমদবনা অস্থুম অস্থুম চাউখৎ-লকপদগী জনকপুরীদা তেলিফোন তৌই; কনানস্তু পায়থৎলকত্রে, রিংদি চৎলি। ঙাইহাক লৈরগা অমুকস্তু তৌই, অহুদস্তু পায়থৎলক্তে। মিনিট তয়ারোম লৈরগা অমুক্তা হন্না কৌহুনা য়েংলুই, কনানস্তু খুম্নকখিদ্রে। অনিল তেলিফোন থাঙ্গৎতুনা

লৈরগা ভাইহাক রাথল তৌরুরগা নিংশিংলকপা অমা লাক্লুনা নম্বর হোংই, রামা কৃষ্ণ পুরমদনি, রাজেন্দা হঙ্গোইরপ কৌরুবনি। রাজেন্না হংলকখি, "ইনাও ইবুঙো, করি তৌরে?"

"তামো জুলিহু অমুক উস্তাদনা ইতৈমখোয় উনবা চংখিবনি। ময়ুমদা হৌজিক ফাওবা হল্লকত্রি, ঐনা জনকপুরীদা তেলিফোন তৌহুনা হংবদা য়ুমদা কনাসু লৈতবা মাল্লি, তেলিফোন পায়খৎলক্তে। ইতৈমখোয়হুবু চংখোকখিত্রা, তামো মরম খঙবীবা লৈবীত্রা? মহু খঙজনিংবনি।"

"এ! করিনো হায়রিহুবো? পুং মাপলদা মঞ্জুরী ঐখোয় অনি মরুপ অমগী য়ুমদা কোয়রুগদবা লৈবনি, ঐ থেংখ্রে খন্দুনা লাক্লগে তৌরম্লিবনি। মখোয় চংখোক্লম্লোই, লৈরমগনিদা।"

"তামো ইতৈমখোয় লৈতে, শেংলবনি।"

"ঐ য়েংগে।"

অনিল তেলিফোন থম্লগা ভাই। মিনিট অহুমলোমনী তুংদা রাজেন্না কৌরকই, "অনিল, থুরকউ, গরবর অমা লৈরে। য়ুমদা মী লৈবগী খুদম ফংদে, অহুবু য়ুমলোম্নবদগী পাউ লাক্লে, মপান্দগী শো লোনশিনখ্রবা ইমুংহুদা অঙাং কপ্পগী মখোল তায় হায়রি।"

অনিল তেলিফোন থম্লগা তন্না মফি হোংই। কাদগী তহা তহা চেক্ষোরক্লুনা তেক্সী অমদা জনকপুরী তম্লকই।"

অনিলগা রাজেনগা তুংথা-মাঙথা থুংলবনি, থোঙ্গান্দা জুলিগী স্কুকী কার থাহুনা লৈবা অনিমক্না উই। য়ুমলোম্নবা ময়াম্না শো থুগাইহুনা থোঙ হাংদোকপগা রাজেনগা অনিলগা ইমুংদা চেনশিল্লি। ময়াম কাদা মঞ্জুরী মচিন্দা প্লাস্তর অপাকপা অমা নপ্পশিল্লগা ফিনস্থ চেংনা পুল্লম্লে, মখোও-মথুং টেবল অমদি সোফা

চৌকিগী মখোঙগা পান! অকনবা থৌরিনা চেংনা পুল্লগা লৈবা উরে। থংনবা কাদা কপ্পকপা কুইরবা অভাংগী মখোন্দু শেল্লে।

রাজেন্না ফারম পুল্লম্বা ময়ামদু লোথোকপগা মঞ্জুরী কন্না লাউরকখি, "থোইথোইবী! জুলি!"

মঞ্জুরী রাম্বগ্রে। যুমলোম্নবগী মুপীশিংনা কোক্তা, মায়দা ঈশিং থাহনা, মখুৎ নোইহনা কন্না হোৎনবদগী মঞ্জুরী মমিৎ পাংথোরক্তুনা ময়াম অকোয়বদা লেপ্লিবশিংদা অকি-অথংগা লোয়নবা মিৎয়েংদা লৈহনা য়েংই।

কদোমদগী তানখিবা পাউদগীনো, দরিয়াগঞ্জগী গুমগুন্দা তালাস কেন্দ্রগী কোটবাল থুংলরে, দিল্লীগী নোংপোক সেক্টরগী পুলিস কমিসনর ফোবেনসি ইক্সপার্ট পুরগা লাক্লে। রামাকৃষ্ণ-পুরমদগী কর্নেলি অমসু সিফাই কুনগা লোয়ননা থুংলখি। মরক্তুদা প্রেসকী মী কাংবুনা মরোল অমা পাউ হংগদবগী কোয়নোম নোল্লি।

পুলিস কমিসনরগী ইঙ্গিৎতগী রাজেন্না হায়রকই, "মঞ্জুরী নং ইংথৌ তপথথো, জ্ঞান তানা ফজনা তম্মু, মখোয় অনিহু করম তৌখিবগে?'

মঞ্জুরী কপ্লগা হায়, "ফাহনা পুথ্রবনি।"

"কনানা?" রাজেন কল্লপ হংই।

"শকখঙদবা নোংমৈ পায়বা মুপা মবিনা।"

কোটয়াল সাহেবনা হংলকখি, "কবি ফি শেংলি?"

"মখোয় মরিমক অচম্বা ফিজোল শেংলি, মচুদি হায়বা ভয়রোই।"

অনিল টেবল মথাদগী হেন্দবেগ মচা অমা খুনগংলি, জুলিগীনি। চেন হাংদোক্তুনা য়েংবদা গাড়ী শোন্থু য়াওরি।

পুলিস অমসুং সিফাইগী মীওইশিংদু মোবাইল ফোন অমসুং ৱায়ারলেস সেটতা মাগী মাগী থোকপা পাউ কন্না চৎনৈ। রাজেন

অমসুং অনিলস্থু নম্বর হোং হোংদুনা তেলিফোন তৌবা লেপ্লে। কমিসনর সাহেব সেটতা পুক্লিং য়াম্না চংখি, ক্রাইম ব্রাঞ্চ ওফিসতগী পীবকপা পাউদু ময়ামস্থু থর থর তাবা ওয়ে, "ওথলাগী মতাই ওইনা লৈবা অচৌবা য়ুম নম্বর ৭৭ তা নোংমৈ কাম্বগী থৌদোক অমা লৈরে। য়ুমদুগী মনুংদা মুপী অনি পুশিনখিবা নক্লনা লৈবা মীশিংনা উহৌই হায়রি। মনুংদগী থোঙ চেংনা লোনথ্রবা য়ুমদু ঐথোক্লগী কমান্দো স্খ্বাদ অনিনা কোয়শিন্দুনা থয়ে। দাকু, গুন্দাশিংগী লৈকম ওইরব্রা হায়বগী চিংনবা লৈরে।"

কমিসনর সাহেব থোঙ্গানলোমদা পাইথোকখি। মাগী তুংদা পুলিস অমসুং সিকাইশিংস্থু গাড়ী য়াওনা থোগংনখ্রে। অনিলগী কারদা রাজেন চোংশিল্লকখিবা থঙহোদে। মথোয় অনি লম্বী তোপ্না থৌরকখি।

রাজেন অমসুং অনিলনা ওথলাগী য়ুমদু য়ৌবা মতমদা কমান্দোশিংনা থোঙ-থোঙনাউ ড্রিলিং মেচিন শিজিনন্দুনা থুগাইবা হোংনরম্মী। রাজেন্না লৈরম্বশিংদা শক্তাকপা হোংনরিউদো কমিসনরগী টিম কাংলুপতু থুংলরে। থোঙ হাংদোক্লে অদুবু রাজেন অমসুং অনিলবুদি য়ুমগী মনুংদা চংহল্লে। দবিয়াপগী কোটরাল অমসুং কমান্দো ইন্সপেক্তরগা লোয়নবা মথোয় তরা হোংচিনখ্রে। মিনিট অমগী তুংদা কোটরাল থোরকুনা কৌরে, "রাজেন সাহেব, চংবীরকউ।"

রাজেনগা অনিলগা চেনশিল্লি। য়ুমগী ময়ায় থংবদা, চংথোক্লা লৈতেংলবা অচৌবা কা অমগী লৈমায়দা, ঈথেংনা শেম্নবা পুখ্রিদা বাশি তাদুনা লৈরম্লে। মনাক্তা মুপা অনিস্থু তারি, মথোয়দু শিরবনি। রাজেন চেনশিন্দুনা রাশিবু পমথংলুই। য়েং থংবা লেংজুমগী মথাদা নোংমৈ মরূগী পানকম লৈরে, ঈ হাখরকপা লেপত্রি। রাজেন থম্মোই কায়না কৌখি, "থোই! ইবুংগী ইনেম্মা থোই।"

রাশি চৈনা খাঙনা মবুংদা য়েংখৎলকই, মতং মতংকী রাহৈদা য়াম্না রানা হায়রকখি, "তামো-ঐ-লোইরবনি। অপঙবী নচনবু ভাকপীয়ু।"

মমিং পাঙথোকপা রারক্লবীত্বু মকোক নোমত্বনা অনিল পিগী ঈহৌগা লোয়নবা লাউরকই, "ইতৈমা! য়ারোই, নং চংখিবা য়ারোই!"

অনিলগী খোঞ্জেন তাবদা রাশি য়াম্না রানা মমিং পাংথোরকই, পিনা থুমখিবনা উবদি ওন্নরোই, হায়রকই, "ইনাও, ঐনা তমঞ্জরম্বা খুদোল মীরায়বীগনু। হিংলম্বনি ঐ মাগীদমক। ঐ চৎলে।"

রাশি মমিং উইশিনগ্রে, অরোয়বা স্বব হোনগ্রে। রাজেন অমস্তুং অনিলনা থরাইনা থাদোক্লয়বা হকচাংত্বু চেংনা কোন্দুনা থম্মোই শোক্লা কপ্লকই।

মতম অত্থদা অনিশুবা মখোনগী খোঙনাউদগী মথাদা লাউথখিবগী খোঞ্জেল পিক্লা তায়, "নখোয় পুম্নমক মিনিট তরাগী মম্নুংদা য়ুমসি থাদোক্কুনা চৎগ্রে, নত্রবদি ঐগা লোয়নবিবী লৈশাবীসি হাৎলগনি"

খোঞ্জেল অত্থগী পাউখুমদা মথাদগী লাউদ স্পিকরদা কমিসনরনা লাউরকখি, "য়ুমগী মনুংদা লৈবা পুলিস অমস্তুং সিফাই পুম্নমক মপান থোরক্লো। ঐখোয় য়ুম অসি থাদোকপা তারে।"

অনিল . রাজেন্দা কপ্পা লেপ্লগা হায়, "তামো, ইতৈমা পুথোকপীগ্রে," পল্থবীরনু। অহুগা পাপীত্বনা লাউথিফম খোঙনাউ মপাদা স্প্রিং নেট থাবদি কাউবীগনু।"

"নথস্তা? মহু য়ারোই। কমিসনরগী হুকুম্নি।" রাজেন্না রাশি পমথৎলগা অনিলস্তু থোরক্লবা লাউখিবনি।

"ঐ পুলিস নত্তে, সিফাই নত্তে।" রাজেনগী রা কক্লগা অনিল মথক্তা চেনখৎখি।

অনিলনা অনিশুবা মথোনগী থোঙনাউদগী য়েংথখিবদা পুলিস-সিফাই পুম্নমক য়ুমদগী মিটর য়াঔরো হন্দোক্লগা কমিস্নরগী অকোয়বদা পৈথ্রে। মানা লেপলুবা কা মপাক্তদা মুপা অমা ময়াই কানা নোকপগী থোঞ্জেল তায়। মুপাক্তনা থোঙ কয়া লোনশ্রুবা কাম্নুংহুদা ঙাঙলি, "বেবী, ফজবী, য়ানবনি। নংনা ঐগী থুংতগী নাম্বোকপা ঙমগদবনু নত্তে। নংনা পান্মুনা থল্লিবত্ত কনবা ঙমগদবনু নত্তে। ইথোঙদা তুজথিবী লৌশিং লৈবী কয়ানা মথাই হিংনখি, মথোয়দা করি ময়েং তাখিবগে? মরিল থাবীশিংনা মপোৎস্ত মুনবীরগা মথাইস্ন চৎখিবা। সে, নিঙাই তৌরগনু।"

কজ্রৎ শেগাইখিবত্থ জুলিগী কিনি, লাউরকপা থোঞ্জেলদগী অনিলনা থঙবনি। মৈ হৌরবা অনিল থোঙকম থর হন্দোক্লগা চোংশিন্দুনা অকনবা শাফুগা লোয়ননা কা ওথায়বদা থোঙ হাংদোক্লে। মকোক্তা শিথা থাকপা, মরাইবক্তা পাক্লা চন্দন থিনবা, য়াং-চাউবা নাপু মচুগী ফি শেৎপা মুপা অক্তনা লেংবা ঙম্নরোই, মাগী পাঙ্গলনা লাকশিল্লে থল্লুবা জুলিবু থাদোকুনা ফুক হৌগৎলকই। অনিল য়েংকী থোঙ হায়গৎখিবা থঙহৌদে, মুপাক্তগী থদাংদা মৈ থোক্লা য়ৈখি। মুপাক্ত মতুংগী ফক্লাংদা য়ৈশিল্লে। জুলি মফি শেমজিল্লগা অনিল্লোমদা চেনশিল্লকই। অনিল মুপাক্তদা মমিংনা মুল্লা য়েংলগা মথুং ওইনা থোঙনাউ হাংদোক্তুনা য়াম্না থুনা হায়খিবনি, "জুলি, চোংথখো।"

জুলি চোংথবা ঙমদে, কিবগী নত্তনা তাপ্পা অক্তদা মানা অনিলবু মথক্তা থাদোক্লম্বা ঙমদবনি। শিথা থাকপনা হোৎচিল্লকুনা মথুং অনিনা থোম্বদা অনিল কৈনা শিংথ্রে। খুদোংচাবা ফংলবা মুপাক্তনা নেংথায়রগে মতাঙম মথোঙ থাঙ্গংলকপদা হঙোইগী ফিথুপ লোক্তনা চোংথৎলকখিবা অনিলনা মথুং য়েংকী কিয়া অচোবা থজিন্দা শাফু কয়া থিনবদা স্বর শিংক্তনা তুংদা হনখি

মিকুপ্‌ মগী মহুংদা অনিলনা জুলিবু গুপকোন কোনথংলগা থোঙ-নাউদগী লংথখি। জুলিদু করি থোকসে য়েংবা নংখিদে, মরমদি এ, কে, ৪৭ পায়বা মপা অমনা থোঙজিন্দগী দরর থপশিল্লকপদা অনিল কমুংদগী কাংথদা ওনশিন্দুনা থাঙবা হোৎনৈ। নোংমৈ কাপ্পমবা মপাদুনা হায়খিবা অনিল তাহৌই, "বোস্‌, গাড়ী মফম চানা থাদুনা থম্মে, থুবীরসি।"

শিথা থাকপগী গার্দনা তুংদা হম্মা হম্মা নোংমৈ কাপ্পগা মথারোমদা চেন্থখি। অনিল মরুম থুপ থুপতুনা তাম্মে, অদুবু য়েক্লবশিংনা লাপথোকখিবনা হেল্লি। মথা থংবা ঈনা মচু শঙলবা কাদু য়োরকপদা খুৎলায় অফবা পায়বা কমান্দোশিংদু হোৎচিল্লকই। মথোযনা অনিলদা লাউরকই, "নংগী নথৌ লোইরে, মথা তাবদি ঐথোয়গী থবক্লি, মপান থুনা থোকখ্রো।"

অনিল ঙকচানরিঙৈদা কম্মা লাউরকপা থোঙ্গেল অমা তায়, "কমান্দোজ, এক্সন।"

অনিল রাথল লাকুনা মপান্দা চেন্থোরকই, জুলিবু নিংশিংলকই, মতৈমগী মৈচাক থুংলে।

অনিল মপান য়োরকপদা অঙকপা অমা লৈখি, মহা পাপীশিংদু কদাইদা মাঙখ্রিবনো হায়রসিনি। মপান্দগী চেনশিল্লকখিবা কমান্দোশিংগা কদাইদা থৈনখ্রিবনো, করম্বা অরোনবা কা লৈবনো; থম্মা থম্মা অনিল কমিসনর লৈরিবা মফমলোমদা লাক্লে। জুলি পুলিসকী কার মনুংদা রাশিগী মকোকপু তম্পাক্তা থম্মগা কপ্লি। অনিল উরগা হেন্না থম্মোই কায়না কপথৎলকখি। মতমদুদা অচৌবা য়ুমগী মনুংদা নোংমৈ কাপ্পবগী মখোল তায়। মনাক্তা স্নিফাই অমগী নোংমৈ তাপ লৌরগা রাজেন চেনশিনগে তৌরকপদা কর্ণেল সাহেবনা থাম্মগা মথুংতগী নোংমৈ মুনখ্রে।

লেপতুনা লৈরিবা মফমদগী মিটর চনিরোম লাপ্পা লৈবা উকু পরেং অমগী মথক্তা শাবা থোং অমগী ময়া মরুম অমদা থাবা অঙাংবা মচুগী কার অমদা নোংমৈনা কাপশিল্লকপদগী মৈ হৌতুনা পোকখায়ব্রে। খুদক্তা থোংথাদগী কমান্দো সিফাই মরি কাখৎললকপা উই। কমিসনর য়াম্না থঙনিংবগা লোয়ননা ময়ামগী মাঙ থাতুনা থোং তম্না চংশিল্লি। কমান্দো সিফাই অমনা থোংথাদা কুমথতুনা অ:চোবা য়ুমগী মায়ায় থংবা কাদা থাবা থোইদোক হেন্দোক্লা লেমজনা উবা ফমফম অতুগা শম্নবা গুরুংগী লম্বীহু তাকখি, "অনিরকশুবা ওইনা ঐখোয়না চংখিবদা ফমফম অতুগী কবচ পানবা কুসন্দগী খুৎলায় পায়বা মুপা অমা ফাওগৎ-লক্তুনা মথক:লামদা চেনথংখিবা উই। মখোয়গী মীশিং মথক্কী কাশিংদা লৈরি হায়বা থঙত্রবনি, অতুনা ঐ:খোয় মরিবু গুরুংগী লম্বীদা থাজিল্লকখি। অপনবা লৈতনা লাক্লগা মচিন অসিদা ঐখোয় ফিভম শেমতুনা লুমতুনা লৈখি, ময়মদি মখোয়গী নাম্বোক্লবা লম্বী অসি নক্তনা অতৈ লৈররোই। অস্তুম্না গুরুং মজুংদা চেনশিণ্ড্রবা দাকুশিং মায়গৈ অনিদগী চপশিন্দুনা হাংখিবনি।"

কমিসনরনা মায় পাকপগী থাগৎপা শকফম উৎলগা থোংথাদগী হেক কাখৎলকপগা কমান্দোগী কমান্দরনা থ'নবা য়ুমগী অরাংবা মতোন্দগী লাউরক্লে, "কমান্দোজ, এক্সন ওভর।"

পুলিস অমদি সিফাইশিংগী মায়গৈদা অশোক অপন থোইনা য়াওব্রবদা কমিসনরনা রা:জেন্দা ওনশিল্লকই, রাজেন সাহেব, হৌনবী খর ঙাকপীবা তারে, ঐগী ওকিস অমুক্তং য়োবিখিসি, রারোবীরোই।"

জুলি গাড়ী মজুংদা হিক্লা হিক্লা কপ্পা লেপত্রি। পুংজা থরগী মমাঙদা, থরাইনা থাদোকত্রিবা রাশিনা শাগৎচরম্বা আশা, উৎলম্বা অরাংবা রাথল, থোইদাজরুবা অমগীদমক থাঙলকপা অরাবা, ইমুং অমবু শেমগৎচনিংবগী রাথল পুম্নমক্তু হৌজিক কদাইদা মাঙত্রে।

ভমহৎনিংঙাই ওইরবী তনৌ তনৌরবী মায়থোংনা মোমোন মোমোন নোক্লগা মুংশিরবা চিনবান্দগী থোকহনখিবা খোইথুম্নরবা য়ারীশিংহু মাগীদমক্তি কাগি তাগ্রে, মথোং থঙদবা মওগী য়ারী ওইগ্রে। জুলিগী নাকোংদদি পুল্লিনা লৈরিবা মখৈ ঙংহুনা লৈহৌরগনি। অদুগা জুলিনা মসিমসু কয়া থল্লি, পুল্লিসিবু মওলানগা থেন্নবা করি লৈরিবনো।

কমিসনরগী তুং থারপ অনিল গাড়ী থৌরকই। ফম্মিন্নরিবা রাজেনগা রা মচেৎ অমত্তা ভাওনদে। মথোর অনিমক্না থল্লিবহু অতৈ নত্তে, মনিপুরদা কয়া পাউ পীবা ভমগদৌরিবনো হায়বসিনি।

কমিসনরগী ওফিস য়োরে। রাশিবু হোস্পিতালদা পোষ্ট মোরতেমগীদমক থাবদা রাজেনসু ইয়গ্রে। অদুবু অনিল অমদি জুলিবুদি ওফিসতুদা ঙাইহাক পম্থখিনবা নিংশিংলকখি। ময়োক্লনা ফম্লিবা অনিলদা কমিসনরনা য়েংলগা হায়রকই, "প্লিজ অনিল, মপান্দা মিনিট অমথক্তং।"

অনিলনা মপান থোকখিবগা কমিসনরনা হংবা হৌই, "ইবেম্মা জুলি, নং থৌনা ফবীনি। ইশাগী য়েংহুনা অয়োৎপা থম্লোই, অশেং অশেংবা হায়গনি থল্লি।"

"ঐ অশেংবা রাফম পুম্নমক তমজগে।" জুলি ইচং থৌনা হায়।

"মিস জুলি, থৌদোকসিদা নংগী ইজ্জৎকী রাফমদা করি লৈ ?"

"নো সাব, ঐঙোন্দা অকায়বা লৈতে। হোয় চুম্মী অকি অথংদি থর নংজগ্রে। মথোয়গী বোসনি হায়বহুনা ঐবু শারাক তম্নবা কা অমদা চিংশিল্লগা থোঙ লোনশিন্দুনা ঐগা লাক্ল কানবগী থবক অমা চৎখি। মাগী খুৎতা মায়থীবা তারে থল্লকপা মিকুপ্তা অনিলনা থোঙ কাওথাইরগা চংলকুনা ঐবু কনখিবনি।"

কমিসনরনা বেল খিংবদা চংলকপা কনষ্টেবল অমদা হায়রখি, "অনিল বাবু চংহল্লকউ।"

অনিল চংলকপগা কমিসনরনা ফমুবা চৌকিদা মখুং থিল্লগা হায়রকখি, "অনিল বাবুসু য়াবীরমগনি, জুলি খোৱা লৈবী মপী মচানি।"

"জুলিগী মায়কৈদগী থাগৎচরি।" অনিলনা খুমখি।

কমিসনরনা জুলি য়েংহুনা হায়, "অহুদি ইবেম্মা, রাজেনগী য়ুমদগী রাশি নথোয় অনিবু ফত্তবা লুপাশিংহুনা ফাহুনা পুবদগী হৌরগা অনিলনা নংবু খোংনাউদগী লংথরকপা ফাওবগী য়ারীহু মরিক চুম্না অমুক্তা লিয়ু।"

"তমজগে সার।" জুলি নিংশিংবা পুম্নমক খোমজিন্দুনা য়ারী হৌই, "রাজেনগী ইমুংসি ঐখোয়গা খণ্ডনজরকপা, মরূপ ওইরকপা কুইরে। মখোয় ইমুংগী মীশীংসি মঙানি — রাজেন, মঞ্জুরী, রাশি, মচা অহল চহি নিপালগী কিষন, চহি অমামথাই রোমগী অঙাং মুনা। কিষনদি থা থরগী মমাঙদগী বোর্দিং স্কুলদা থমগ্রে। ঙসি অয়ুক পুং তরেংতা ঐ মঞ্জুরী অমসুং রাশি উনবা লাকখি। ঐনা থুংলবদা রাজেন য়ুমদগী থবক থোরকপা থোঙ্গান্দা থেংনৈ। মঞ্জুরী, রাশি ঐখোয় অহুম মম্নায় থংবা কাদা চা থকুনা য়ারী শানৈ, য়ারীহু রাশিগী লুহোং খোংদোংবগী মরমদনি। রাশিনা শারকপা য়ারী অমদা মঞ্জুরী ঐখোয় অনি য়াম্মা পেনখি; মুংঙাইমনগ্রহুনা ঐনা মাবু চেৎনা কোনখি। মতম অহুদা মী লাকপগী খোঙজিন্দগী বেল খিংলকই। মঞ্জুরীনা খোঙ হাংদোকলুবগা মপা মরি চংলকই, অহুগা নোংমৈ উৎলগা কিহনবগী খোনফমদা হায়রকখি — "লাউরবদি নথাই মাঙলে থঙউ।" রাশি ঐখোয় অনিবু কোক্তা পিস্তোলনা মপা অমমমনা নমহুনা থম্নগা অতোপ্পা অনিহুনা মঞ্জুরীগী মচিন্দা

অপাকপা প্লাস্তর অমনা নপশিল্লগা ফিনা পুনশিনগ্রে। অকনবা খৌরীনা মখোঙ মখুং পুনশিল্লগা সোফা অমদি তেবলগী মখোঙগা পানা করিমত্তা লেঙবা ঙমদনবা ফাজিল্লম্লে। থবক্তু লোইবগা রাশি ঐখোয় অনিবু মপান্দা পুখোরক্তুনা সরক্তা থাবা মখোয়গী কারদা ইনশিল্লগা খোরকথিবনি। খোদোক খোকফম, নোংমৈ কাপ্লফম য়ুম অতুদা মখোয়না চুমত্রিং খৌরকথি, অতুগা ঐখোয় অনিবু ইমুংদা চিংতুনা পুশিল্লি। ঐখোয়না ময়ায়গী কা অমা য়ৌরকপদা অতোপ্পা মুপা মঙা য়ু থক্তুনা লৈরম্মী। ঐখোয়বু উবদা মখোয় ময়াই কানা থাক্লা থাক্লা নোকই। নোংমৈ পায়বনা শেম্নতুনা ঐখোয় অনিবু চৌকিদা ফমহল্লে। ঐখোয়বু ফারকপা য়াওবা মুপা অমনা হংখি, "বোসতি?"

"মথক্তী কাদা, ফজনা রাম্বুপ্রবনি।" অমনা তাক্লকই।

য়ামত্রবদা ঐখোয় পুংথাই ফানিংচিং ফম্লে। মখোয়গী বোসতু য়ু ঙাওবদগী হৌগংলক্তুনা লৈবম্বা ওইবমগনি হায়বা খল্লিভৈদা শিথা থাকপা, লাইবক্তা পাক্লা চন্দন খিনবা নাপু মচুগী ফি শেৎপা রাংচাউবা মুপা অমা সিডিদগী মখোঙ য়াম্না লুম্না তপ্পা তপ্পা কুমথবকই। মাগী মিৎয়েংতুদগী ঐ হান্নদগী খর হেন্না নিকথিবগুম তৌই। মুপাতু ময়ায়গী ফজবা ফমফম অমদা ফম্লগা ঐখোয়দা মুন্না য়েংলগা হায়খি, "অমা হায়রগা অনি শুবক্লিবসিনা করম তৌরিবা?"

ফারকপা য়াওবকপা অমনা খুমই, "বোস পোৎহাপনি, ফজমনবা, অতুগী মথক্তা য়াম্নসু তগপ তগপ উবতুদা কচ্চনিংতুনা পুরকপনি!"

"মতুগী কাম্নবতুনা নখোয়না হেন্না ফংগদৌরিবা।" বোসতুনা মফৈদা খুবাক্লা য়ৈরগা হৌনা নোকপদা ময়ামতুসু য়াওই।"

ময়ামতুগী মরক্তগী মুপা অমনা মমায়দা হাপ্লম্বা অশেম্বা কোইশিংছু লৌথোক্লগা য়াশিদা নোক্তুনা হায়, "রাশি, কেশোগী খুৎ য়াম্না শাংবনি, মফম খুদিং লাম্বা ফংবনি হায়বসি খঙলরিনিনে?"

রাশি অকিবা হুন্দোকথ্রগা থোইদৌ শিক্লা লাউখি, "কেশো! পাঙদবা!"

অয়াংবা ফমফমদা ফয্রিবা শিথা থাকপনা অকাম্বা থোঞ্জেন্দা ঙংলকই, "হুং, অতু নত্তে, ঐথোয়গীসিদা লাউ-থোংবা চংনদে।"

কেশোনা ফুবিংখাউদগী লুপা চামঙা চংপী বন্দল অনি লৌথোক্তুনা বোসকী টেবলদা থম্লগা নোঞ্জখি, "বোস, ঐগী থবক পাংথোকহনবীবগীদমক য়াম্না থাগৎচবি। ঐগী মুপীসি পুজ্রগে।"

ষ্টার্ত হৌদ্রিবা গাড়ীগুম বোস থাম থামতুনা নোকই অতুগা মঙক ইন্দুনা হাযরকখি, "মাগী রাশি হায়বীতু করম্বনো?"

রাশিগী তুংদা নোংমৈ পাযতুনা শেম্লরিবতুনা লাউরকই, "অসিনি, বোস।"

বোস মমিৎ মনা লংখৎলকই, মতু মাগী মিৎতাবগী খুদম্নি, লাউরকই, "ফজ্জেনহে, য়াম্নবু থোৎ-নৌনা উই, ঐ মাবু তম্প্যাক্তা পম্লিংই, পুশিল্লকউ।"

রাশিবু শেম্লবিবা মুপাতুনা পুশিম্লবা নোংমৈ চিন্দোম্না তুংদগী রাশিবু ইল্লকপদা কেশোনা মাঙদা থংলগা অশাওবা উংতুনা হায, "মতু য়ারোই, রাশি ঐগীদমক চেল্লুবা মুপীনি; নথোয়গী অরামন পীবে।"

নাকন্দা লেপ্লা চহি কয়া মকোই ককত্রবা মুপাতুনা নোক্লগা লাউশিল্লকই, "গধা, ঐথোয়না পুবকপা পোৎ খুদিংমক গুরুদা হান্না কংপনিনে।"

অমনা অমুক করেম্নতুনা নোকশিল্লকই, "মানা ফংথ্রবা প্রসাদতু ঐথোয়না অমুক য়েম্নতুনা চামিম্লখিনি, মতুগী লুথাক্তু য়োম্লগা হরাওনা পুজখো।"

বোসম্নু করেম্নবদা য়াওশিল্লকই, "অদুগী মতুংদদি অমত্তা নত্তেদা অনিমকসি পুজগ্রো।"

শিখা থাকপনা মঙক অমুক ইল্লকপগা গার্দনা রাশিগী মথুং তাপ পায়রগা লাক্তুনা মুংশি হৈতনা চিংলকপদা কেশো নাকন্দগী পিস্তোল শংতুনা মুপা অদুদা কাপথি ; অদুবু মানা অনিশুবা মরু বোসতা ওনশিন্দুনা তমখিবদুদি থোকহনবা নংখিগ্রে, নক্লা লেপ্লম্বা মুপাদুনা থাঙনা মাগী নমগন্দগী থবাক ফাওনা লেংগ্রে। কেশো উপ্পা তাথি। অত্তোপ্পা মুপা অমনা পাগ্গৎলবী রাশিগী থুং অমুক লাম্নকপদা ঐ ফুক হৌগৎতুনা মুপাদুগী চনিংদা শাফু কম্না কাউরগা কেশোগী থুংতগী পিস্তোল লৌনবা নোম্থখিবনি। অদুবু ঐনা হৌগৎলকপা নংত্রিভৈদা রাশি ঐবু কোনশিল্লকখি, মা নোংমৈনা পানগ্রে। ঐগী খোঙগী চৈনাফংখ্রবা মুপাদুনা নোংমৈ শংতুনা ঐত্তোন্দা তম্নকপগা ঐবু কম্নবা রাশিনা কোনশিল্লকখিবনি। রাশি শোকখিবগী চঙক্লরিভৈদা শিখা থাকপনা ফমফমদগী চোংথরক্তুনা ঐগী থুংতগী পিস্তোল মুল্লগা হুন্দোকগ্রে। রাশি ঐত্তোন্দগী তোঙান তানা লৈমায়দা হায়থখি। ঐ মাবু কোনথংনবা হোৎনরুই, অদুবু পাপীদুনা ঐগী খুজেং পায়দুনা মথক্কী সিড়িদা চিংথংনবা হোংনদুনা হায়, "লাও, ঈরক্তা মুংশি-মুংওনগী থবক নং হৈনরোই।"

পাউ তম্লিবী জুলি থঙহৌদনা খোঞ্জেল থোক্লা কপথোরকই, বা ঙাওবা ঙমদনা কুইনা হিক্তুনা লৈ। অনিল মথা চিক্লা থাঙই।

জুলি অরাবদু ফাথরগা কপ্পা কপ্পা হায়, "লাইবক খিরবী ইচেম্ব ঈনা মশা পুম্বা লুপ্পা ওম্না থোইনা থাঙহৌবনি।"

কমিসনর অরাবদু শরুক য়ারগা থেম্লকই, "মিস জুলি, প্লিজ, মথা চংথবীয়ু।"

জুলি ফিজিনা মপি তৈথোক্লগা চংথৈ "মথোয়গী বোসতুনা ঐগী খুজেং তংগ্রগদৌগুম চেংনা পায়শিল্লগা লাউখি, "গার্দস মথক্কী

কাদগী গাড়ী কৌখো। নখোয় হেন্দোকখিন্নু, য়েক্লবনা কোয়শিনখ্রে। ঐ কুইরোই।"

মুপা অহুগী পাঙ্গলগা ঐগা লাম্বা ভৌনবা মাবা নত্তে। অহুবু লাইবক ফবনা মা মুগী নিশা হন্দ্রি, ঐবু থাংহুনা পুনবা হোৎনবদা মা সিড়িদগী ওম্বখ্রে। ঐ নাম্থোকহৌরে। মথক্তা চেনখৎসিরা খল্লুবদা মখোয়গী মী কাখৎখিবহু নিংশিংলকুনা মখাগী থোঙদগী চেম্থোকখ্রগে খন্দুনা কুমথরুবদা মানা ফাবনা হানখ্রে। হন্দক্তি মানা ঐগী খ্বাংদা চেৎনা কোনখ্রে, ঐবু সিড়িদা পুখৎলগা মথক্তী অচৌবা কা অমগী মনুংদা লংশিল্লকখি। থোঙ লোনখ্রে। লৈময়দা য়ৈশিনবগী চৈনা খাঙহুনা মায়োক্লবা ফক্লাংদা য়েংলুবদা থাঙশাং অমা য়ান্দুনা লৈবা উরুবে। ঐ চোংখৎতুনা থাঙশাংহু লায়গা খুৎনা চেৎনা পায়বে। মহুগী মতেংনা মিনিট তবারোমদি পাপ্লীহু ঐঙোন্দা নকশিল্লকপা ভমহন্দনা থমখি। মতম অহুদা অহৌবা থোঞ্জেলনা মপানগী মখাদগী লাউরকপা তায "নখোয খুৎলাই থাদোকুনা চংজৌ, নখোযগী হিংকম লৈত্রবনি।"

ঐ মবোলহু ভক্তক তারিঙৈদা, শিখা খাকপনা চোংশিল্লতুনা খুৎতগী থাঙ মুনখ্রে, অহুগা শম মখুংনা যেৎশিল্লগা থোঙনাউ ময়া নক্লা চিংশিল্লি। মখুং নামনা থোঙনাউ হাংদোক্লগা ঐবু মথাদা লৈবা মীশিংদা উংলগা লাউখিবনি, "নখোয় মিনিট মঙাগী মমুংদা মফম অসি থাদোকুনা চংশ্লো, নত্রবদি মুপী অসি হাৎলগনি।"

তমথিরবা মুপাহুনা অমুম্বা লাউরুবগা ঐবু কোনশিল্লগা অপাকপা ফমুংদা থাদবকই। মানা ঐগী ছারি চিংথোরকপদা থাম্বা হোংনৈ, ফনা য়াম্বা ফিহু শেগাইখ্রে। ঐগী পাঙ্গল হল্লে খঙলকপগা মানা করেম্নহুনা নৌরীবী কয়াবু শারাক তমথিবগী ম্বারীগা লোয়ননা কিহন্দুনা থেম্লকই। মতম অহুদনি অনিলনা

থোঙ কাওথায়হনা চংলকখিবা। মুপা অহুগা অনিলগা ওনশিন্নহনা কম্না ফুনরে, লোম্ননা অনিলনা মরম থঙহন্দনা ঐবু শুপকোন কোনশিল্লগা থোঙনাউদগী হুম্বরকখি।”

য়ারী মুন্না তারম্বা কমিসনর কলম্না চিনবান্দা অমুক্তং নাল্লুরগা অপেনবা শক্তম উৎতুনা হায়, “মিস জুলি, নংনা য়াশিবু কম্নবা হোৎনখি, মানম্নু নংবু কম্নবা হোৎনৈ। থরাই কৎথোকপা মানা হানখিবগী য়ানি। মাগী পূন্সিহু কৎথোক্লবা পোল্লকশ্রবীনি। নিংঙমদবদি লৈরগনি, অহুবু মাগী অশেংবা থরাইনা মপুগী নাক্তা অৱাবা থঙ্গ্রবা, লোম্বা নাইগ্রবা কমফম অমা শোইদনা ফংলগনি।”

কমিসনর রুমালনা মপি তৈথোক্লগা মথা তায়, “মিস, ঐথোম্ননা থিজ্রবম্নু অনিল বাবুগা লেংখিবা য়ারগদ্রা ?”

“সার য়ারগনি, য়াম্না থাগৎচরি।” অনিল অমম্নুং জুলি হৌগৎতুনা চপ মান্ননা খুমখি।

অনিল জুলি পুহনা জনকপুরী ভন্না কার য়াঙনা থোরকই।

# ২৪

## নুংশি মৈনা চাকপদা

য়াওশঙ পেচকাব অয়ুক অঙনবদা অঙাংশিংনা ওয়াং মৈথাবা ঙ্গুমিদাংদা চিংথহোবা, য়োবা ঙমহৌদবা, য়াশক্লগা থাদোক্লকপা য়ুমশিংদা হানবা তাম্লবগী মওংদা নাকথ খেংবা চেম্নবদা লৈরক লমজাওশিং ইয়াঙ লাঙবা হৌনরক্লে। ঙসিদি অবের, মচু মচু তৈনা-চাইনবগী খুদোং চাবসি লোনতুনা চান্নবা চানবী কয়া উনরগনি, ঙ্গুমিদাংদনা খুংকা খুংকা পায়নতুনা থাবল চোংমিন্নরগনি হায়বগী য়াথন্দা য়াহৌরকপদগী হৌনা মথোং কারকপী-কারকপা লেংগা অমনা মোমোন মোমোন নোক্লতুনা মঙলান্দা তাওনরি। মমা-মপা ওইবা অহল-লমনশিংস্তু মচা-মশুগী হয়াওজবগী ঈনিলদা অয়াবগী শক্লোন উংনদবা ঙ্গুমিংনি।

মহৌশা হায়বা তৌওম্বশিনা তাইবংবু লক্লতুনা শান্নবদা মঙোন্দা ঙ্গুংঙাইবসি অতুমক লৈবা ওইরমগনি। খঙহৌদনা নোংচুপ মাইকৈদগী হৌরকখিবা অকনবা নোং-ঙ্গুংশিংনা ঙাম্থোরক্লম্নবা অয়ুক্তু ঙ্গুমিদাংগুম অমুক মমহনখ্রে, মরোল মরোল নাইবা অমুবা লৈচিলনা অতিয়াগী শক্তম মতম চুপ্পা মখোয়না মুল্লবনি হায়রকপগুম তোই। মখোয়না ঙ্গুংশিংকী অকনবা পাঙ্গলদা তোংতুনা তমথিবা উংপা য়াওরকই। মাঙহন-তাকহল্লগে মতাগুম শিংলকপা ঙ্গুংশিংনা মপাল-মউ, মশা-ময়েং লৈথায়-থুদেক্লম্নবা উ-য়াগী মনা-মশা-মপাল

মহৈনা পুমচাই চাইরবা শুমাঙ থেলোঙ, লৈরক-খোংবান, পাৎ তুরেল, লৌবুক-লম্হাং ঈশিংনা পুমপা পাহল্লে। তৌবা ভন্না উৎতুনা তাইবংবু লরুহনা শামরম্বা মহৌশা পেল্লবা মাল্লে, চপ লেপখ্রে। অহাংবা নোংপোক অতিয়াদগী ভাম্বোরকপা মুমিংকী মশেল্লা মালেমদা অমুক থুংলরবদা মনিলগী ফজবা শাথেক উবা ফংলে; মতম শাংনা অতিয়াদা পাইরল্লবা নোংগী ঈশিংনা মালেম তম্পাক থক্তা ভাইহাক্তং পোৎথাবদা কল্লকুনা মুমিংকী মঙালনা কৌথংলকপা ওইরমগনি। লৌবুক লম্হাংশিংদা অরংবা মনি-মুক্তা চাইথরম্বশুম ঈশিংনা পুম্নং লংলবদা ময়ুম ময়ুমদা থুপশিন্দুনা নিংবা কায়নরুরবা অঙাংশিংনা লৈবুংদগী পাইথোক্লরকপা লৈশোংশুম পুম্নাঙ লাঙবা হৌনরক্লে।

অনৌবা কুমওন্না ওলহল্লবা হোৎনরম্বা ফিভম য়েংবা মুংশি মপান থোবকই। লৈরক্তা অবের থুবাম পায়হুনা চেল্লরিবা অঙাংশিং য়েংলগা ময়েং তারবা, তাইফেং তাইনা থুইরপ তৌরবা মায়থোংহু নোকফেং তৌরম্লগা মোরা অমদা ফমথরকই। ভাইহাক নোম্বহুনা ফম্লগা ইমুংদা চংলকুনা মুমিৎতু নিংশিংহৌদবগী মুংভাই-তবগা লোয়ননা মাগী মোন মথাদা লৈবা শেঙ্গোই থর লোথোক্লে, নিবা লাকপা অঙাংদা পীগে থল্লুবগীনি। মপান্দা থোরকুনা মোরাহুদা ফম্লগা লুম্বু লুম্বু শাবা মুংশা য়াই। অঙাং কনাম্বু চংলকত্রে। ইমুংদা অমুক চংলক্লে। শিংথিবা অকনবা মুংশিংনা হুমহুনা লৈমায়দা থাদরম্লবা মানা অঙাং ওইরিভৈদা য়েকখিবা মল্লবা রাশিগী শক্তমহু ময়ায়দা শেগাইরগা তারম্লে। মুংশি লৌথংলগা মমিংতগী মপি অর-র শিম্বহুনা চেহু শ্রু শ্রু নৈথায়রগা খোঙনাউদগী হুন্দোকখি। থম্মোইমুংদা ওমচাক্লবনা কামুংহুদা লৈবা ভম্লকত্রে। কুর্তা পাইজামা হোংদোকুনা সরকলোমদা ভপ্পা ভপ্পা থোরকই। চাক মপুং ফানা চাদবগী হৌনবী পাঙ্গল

য়াওব্রি, মশা ইহাই হাইরি। মুয়া য়েংলকপা মমানা মপান চংথোক্লকথা কুইরবা মচাবু শেন্নহনা চংমিন্ননিংবগী রাথন্দা। চংশিন্নকই, ওসি থোরকপগী ফুংঙাইবস্তু য়াওরিবনি। মমাগী রাথন্তু উহনা ফুংশিনা থওহন্নকই; "ঐ লাপ্পা চংথোক্লোই, য়ায়া থুনা হল্লিন্নকনি।"

থাদোই ঙাইহাক চংথোকচসন্থু থন্দুনা ইমুংদা চংগ্রে। লৈরক্তগী সরক অচৌবা য়ৌরকুনা মচি মচিদা কংলবা সরক মতাইদা থোঙ্কন য়েংহনা তপ্পা তপ্পা চংলি। তুংলোমদগী কয়া থোরকপা কার অমনা চাইথংলগা লৈথোম ঊশিংনা ফুংশিগী মমিং মমায় মফি মরোল পুমচোং চোংলে। নলাদা লৈথহৌবা ফুংশিনা মমিং মমায়দা পকপা লৈথোম তৈথোক্লগা শাওনিংবনা কারহু তায়গে রাথন্দা মথোঙ লাওতক কায়ুবদা তুবনা হায়ে। উচিন নাচিন মথা চিক্তুনা হোগংলে, ইকাইবগা ফুংঙাইতবগনা মশা থক থক নিকই। মফিদা চোংলকখিবা লৈথোমহু শাওনিংনা য়েং য়েংহনা সরক্তুদা চুয়া হায়গংলকই। মাগী মশা য়ায়া শোনবা মতৌহদা মুপী মচাশিংনা ফিমুন্নবা কারদে, অহুবু মানা কৌবদা লাকপশিংহুদি শেল পীরম্মী। লৈথোম চাইথংলম্বহনা মাবু লাকচরম্বগী চৈনা অমা ফাওই, রারৌরকহু। শাওনিংবা রারৌবহনা মথং মথং চিংথোরক্তুনা কাইনা মৈশা য়ৌরকহু। রাশিবু মমিংতা শঙশঙ উরকই। মানা লাকনি হায়রম্বা মতম হেন্নে, লৌনম তৌরে হায়বগী রারৌবনা প্রোক প্রোক চাক্লক্লে। মাগী পুন্সিসি করিবু তৌনগবনো থল্লক্তুনা সরক মমাগী মু য়োনফমলোমদা মমায় ওনশিন্দুনা লেপথি। মমা-মপা অমদি ডাক্তর অরুমা মাগী পুন্সিবু অরেম্বদা মাঙথিদনবা পীবা পাউতাক অমদি চেকশিন্না লায়েংবগী থৌরাং অমরোমদা য়াশিনা থওহৈবীব্রবা মাঙ্গী পুন্সি; অনিগী মরক্তা চপ লেপ্পি। মানা তৌয়না

রাশিদা হায়রম্বিবনি— 'হিংলিবনি ঐসি নংগীদমক।' রাহু বাশিনা কাউথোকখ্রবনিনা মাগী পূন্সি অরেম্বদা তারে করিস্থু কাম্রদ্রে থন্দুনা য়ুয়োনকমগী থোঙ্গান্দা হায়জিল্লক্লে।

মুংশিগী থোঙ থোঙজিন্দা কানশিল্লকপগা মতাও য়ুঙাওবা কাচিন্দগী চেঙ্খোরকই, "নো, নো, মরুপ মুংশি, য়ু থকপা য়ারোই। মঙোন্দা য়ু পীবীগনু।"

য়ু য়োনবনস্থু থম্মোই শেংনা হায়রকই, "নিংবা কায়বগী হৌনবী হেক্তা হেঙ্গিনবা। হন্দকসি কন্না লায়েংলি হায়বা ঐথোয়স্থু তায়। মাগী অরাবসি কোরুবা য়ুদা হেক্তা তাইনবা হোংনবা। মাগী রারীসি ঐথোয়স্থু মুংঙাইতে।"

"হা করি, মাগী রাবী?" য়ুঙাওবনা লাউবকই, "মাগী রারীদি মুংশি-রারী, কায়না রারী। মাগী মুপী পুখিবা মুমিংতু ঐ অহিং চুপ্পা তুমদনা থম্মোই কায়না লৈরক খুদিং ইশৈ শক্লুনা চৎখিবনি। মুংশিগী মপা ফরক অহলতুদা ঐনা মাঙজোননা কৈনোমা হায়জবনি, মানা শুকরা হেক য়াদে, অতুদগী ফরক অতুম তাখ্রবনি। মরুপ, থোকখ্রসি লাও, নংগীদমক ঐনা য়ু ঙাওরি। নং হিংথো, নংনা হায়বদাই, 'রাশি এরোপ্লেন তোংতুনা চংখি, এরোপ্লেন তোংতুনা হল্লকনি।' রাশি নথোয় অনি উনদবা থক য়াবোইকো।"

মুংশি য়ু পীয় হায়গে থল্লুবনি অতুবু মমা-মপা ডাক্তর অকন অমদি মাগী মতাও য়ুঙাওবগী ইজ্জৎ ফেংতুনা মপাল্লোমদা থোবক্লে। মতাওনা তান্নরক্লুনা মথুংতা চেংনা পায়রগা লাউনা লাউনা ঙাঙখি, "ঐ চাকই, শেংনা চাকই, রাশিবু উনবা মফমদা কাতুনা পুরকপা ঙমত্রবদি ঐ মী নত্তে, মুংশিগী চান্নবা মতাও নত্তে।"

নিশা পাল্লবা পাখংহুনা মুংশিবা সুরদা শল্লকই —

"মুংশি মৈনা চাকপদা
কল্লক মৈশা লাংলেদো
হো মুংশিরবী।"

মরুপতু হৈশৈ পেল্লা শকহৌরি। মুংশিবু য়ুয়োনফমদগী থৈদোক-হল্লম্বনি। লম্বী হোংহুনা মুংশি তপ্না তপ্না লাকপনা মানা য়াম্না তোয়না ফমগনবা থোংনাং মথোঙ য়োরক্লে। ময়াং কায়না উরুম লাংলবা মফমছুদা ফমথে। শিংলকপা অইংবা মুংশিং চিংশিন্দুনা মুংগী মৈশা কাথনবা হোংনৈ। ঙাইহাক কম্লগা হৌগংকেতৌই। মফমছুমক্তা নোংমা বাশিনা লৌবুক্তগী কারকপদা কিজিদা পুন্দুনা পুরকপা মিঠাই, ক্বা অমদি চনা পীরম্বতু নিংশিংলকপদগীনি। কোক ঙাওখিবনা তপ্না অমুক ফমথরে। মা থোংনাংথোঙনি হায়বসু কাউই, গুলমোহোর উরুমদা ফম্লিবনি হায়না খল্লি। মাগী রাথন্দা রাশি সাইকল তোংহুনা কলেজদগী হল্লকপা ঙাইরিবনি। মাগী রাথল, মিংয়েং অমদগী অমদা হোংহুনা কোয়চং চংলি, মরমদি মা লায়হৌ হৌরি।

মুংশি জ্ঞান মাঙতক লুকথরুবদগী মণ্ডক হায়গংলকপদা মমা লাকপা উই। থাদোই মপি থাম্লগা লাকপনি। পুং নিপালদগী থোকখিবা মচানা হজিল্লক্তবদা কোয়না থিরকপনি। মমানা মনাক্তা লেপতুনা য়ুমদা চংলসি হায়রৈ; অদুবু মুংশি মণ্ডক হাইহুনা কোম্না লাকে থুম্রকখি। উকম অতুদা ফমহুনা অঙান-অশা য়েংবা য়াম্না মুংঙাই, য়ুমদা লৈরবদি পোংথাকম থঙদে হায়না মমাদা খঙহল্লকই। মমাসু মচাগী মুংঙাইবসু তোজ্জরসগু থন্দুনা লাপ্না চংথোকখিদনবা হায়রম্লগা হল্লক্লে।

থাদোইনা ইমুং চংলকপগা তেলিফোন লাকই। তোম্বীদগী ঙহৈরম্লে, হায়রকই, "ইনম্মা সেকম্যাইজিনগী দিনগী বার্তন য়োরকত্রব্রা?"

"য়োরকত্রে, কনাগীনোনে?" থাদোইনা হংখি।

"আনন্দীগীনি। মখোয়দা হঙ্গোয়জবা থর লৈরম্বা তারে।"

"ও! হে, ভগৱান! অসিনিকো অশিবনা মাঙজবা। খঙহৌদনা খা অমা হৌখ্রবা। অদুদগী অস্তুম থর থর কাউনখিবা।"

"অদুদি ইনম্মা ঐ চৎলুখিগে। মুংশিবু চাক পীজখ্রব্রা? চৎখোকহনবীগ্রমু, য়াওশঙগী ময়াম তিনফমদা অমুক থকচিল্লুহুনা তোকনি। ডাক্তর অরুম্না করি হায়রিবগে?"

"চাদবগা য়ুগা মায়খিবা, অদুগী মথক্তা মেন্টেল-ডিপ্রেসন, পুক্কিং য়াম্না রাখিবছু। থর তপ্না ফগৎলকনি, চেকশিন্না শেন্নবা চংই হায়। হৌজিকপু য়ুমদা ভাক ফকচিন্দুনা লৈবা মুংভাইতে, ভাইহাক, হকচিং লাংগে হায়দুনা লৌবুক মপানগী খোংনাং মখোঙদা ফম্মি।"

"কুইনা থাদোকপীগনু, কৌশিনবীয়ু। ফরে ইনম্মা, চৎলুখিগে।"

"ফরে, ফবে।"

তেলিফোন থম্বগা থাদোই লৌবুক ময়াদা অমুক চৎতুনা মচাবু কৌকখিসিরা থল্লি। অদুবু, চাক থেঙবা য়াদবা অঙৌগী মতৌ থল্লুরগা চাকখুমদা চংলে। থবক তৌনা তৌনা থাদোই মচিন্দা শোল্লি, "ইমুংসি মী ওন্থোক্লা তাংখ্রেদা, খোংনাংখোঙ ফাওবতং চংহল্লুনবা অঙাং অমত্তা হেক লৈতেকো।"

চাকশঙদা থাদোইগী চাক খোংবা য়েংদুনা অঙৌ ভসি গুলাপসিংবা পোৎথা তৌরি; খোঙজিন ময়াদা ফম্বা গুলাপসিংবাদা গুলাপসিংমানা হাংদোকুনা লৈবা খোঙ খিংজিন্নবা হায়রুবদা পোৎথারি হায়দুনা মথুৎ তিংথোক্তনা লৈখিবছু ভসি অঙৌ চপ চানা তৌরি, ফমফম হোংউ, থজিক্কুং লৈথোকউ হায়বদা পোৎথারি হায়দুনা শুকয়া য়াখিদ্রবনি, অদুবু থাদোইদা য়েংবদি চহি কুনমঙাগী নহা শারি। নহা ওইরিঙৈ লুহোংবা কুইদ্রিঙৈদা মাগী হৈনবীসিদা থাদোই অহল-লমন য়ুমলোন কৈরোম্নবশিংগী মাঙদা ইকাইবা কয়া য়াওখ্রবনি। মদু নিংশিংলুরগা থংশাও শাওনিংলতুনা অঙৌবু

ভাম্বোকখিনবা হোৎনরকই, “চাক লোইরকদোরে, নচা ফুপান্থ অমুক্তং কৌশিল্লুনবা ভৌসিদো।”

অঙৌ থৌওইনা ভাদে, মথং মারী মঙক অমম্থ অমুক পায়থৎলকই, “নোংমা য়াচংলকপগী মম্নি মম্নি ভৌরকপা মতমদা ঐ নঙোন্দা চিঠি অমত্তং পীগে হাযত্বনা পরপ পরপ লাকখিবনি। মতমত্বগী নথোম্ব ফুম ইখোলগী মঙংত্বনা ইহাং হাংত্রা, মচি-মমা, মরুম-মহা লৈশিনফম, লোৎফম অমত্তা হেক লৈত্তে। উপায় অমুম থিবদা কাম্নপাং নত্তে হায়ত্বনা নংখোয় ইংখোল মমাঙদা পৈবা চক ইকুদা কাখৎলপা মতোন্দা উপত্বনা লৈক্ররে। খুৎত্তা লৈত্তুম মচা অমদি পায়বি, নংনা থাউমৈ বত্তি কৎপা খোরকপদা থাগে হায়বগীনি। তুমিন অহুম ঙাইরম্নম্থ ফগদবা, নংনা খোরকপা ঙাইঙমদবনা অম্থম অম্থম চিদাইদা চংশিনবদা মথাদা চক মপুন মথং মথং শৎথিবগী য়াম্না ঙমথনা কিম্থগদবগী ঙাইত্বনা লৈরম্বা তাঙ্গাগা খেংনরুত্বনা ত্রোং কিম্থবে। ঐ ফজনা কোক্না য়ুংশিনখিবনি, ইথক্তা ননথিবত্থ যামত্রবদা চরু মপুন কুনমুক্তি শুরমগনি। স্বর হোনবা ঙমদ্রবদা ঐ শিবা তারে থম্লে, ঐগী হেক লৈজবা পাঙ্গল ফুংদাকুনা চরু মরক্তগী ফাওগংনবা কম্না হোংনখিবনি। তাঙ্গাত্বদা ইকুংবোক লালটেন অমা পাম্নরপা চেংম্বারক্তুনা চরুশিংত্থ মচি অমদা পৈশিনবা হোৎনবম্বা ওইবমাম্লে। ঐনা শিরমদাই খোঙপাংদা চরু মরক্তগী ঙক ফুং ফাওগৎলকপদা ইকুংবাম্না থঙমনখিবদগী লাউত্বনা য়ুমলোমদা অমুক্তং চেনশিনখিবত্থদি সত্য, ঐসু থঙবত্থদা য়াওত্বনা অহুম হৌদা চেম্লক্লে।”

অঙৌ থম্নাই তানা, কল্লক পেম্না নোকই। থাদোই নোম্নিংবা থাঙলগা শাওগৎলকই, “উম, চেম্লমগনি, অহুম য়াঙনা মনিখোয তানা।”

থাদোইনা লৈশারিঙে মতাং হেক নিংশিংলকপগা মনি মমাঙদা চপ হেক্তা লেপ্লে, মাগী লাম্বাদা মুকথাইনখিবহু। মরমদি অঙৌনা মনি য়াম্না পামজৈ হায়বা মানা থঙই। অহুদা থাদোই খোইদৌ পোমখিবনি। অঙৌনা মতমচুগী রাহু মনখ্রবনি খনবা ঙমদে হায়বসি খঙবনস্থ থাদোই মরক মরক্তা শাওগংলিবনি। মুংশিবা হায়বসিনা তৌরম্লিবসি মাঙলমচংকী রারী থৌদোকশিংহু কাউথোকখ্রগে হোংনরুরগা মকা অরিবা খোক্তোক্লবা লফু লয়োনগী কল্লবা অস্থম অস্থম হেনগংলপগুম্না জাংনি। চহি লিশিং অমগী মমাঙদা শাংখিবা চিনি চম্পাগী মনমগা ঙসি শাংপগী মনমগা খেন্নবা লৈতে, মুংশিবগী মনমস্থ অসিমক্লি হায়বা অঙৌ থঙই। মরম অহুনা অঙৌনা মচা মুপা মুংশিগী মৈশাহু মাগী থম্মোইদা কন্না ফাওই। রাখলনা অদোমদা চিংখিবগা মচাগী রাফমদা তারকই, "ইবেম্মা, নরাইবক্লনি, চহি মতাং অসিদা চাথুম শেম্নহুনা লৈগদবা নত্তে। অমা লাক্লম্মী লুনি ঙানি খঙখিদ্রে; ঐখোয়গী ওইজৌ হায়বা তমখিদ্রব্রা খঙদে। মাগুম্বী অতোপ্পা পুকচেল চাউবী অমা খোরক্লনি হায়বস্থ থাজবা ঙমদে।"

"অতোপ্পা অমা পল্লুবদা নচামুপানা মঙক হায়রিবসিদি ?" থাদোই মানা খঙজবা অশেংবহু হায়বনি।

"খঙদ্রেদা ইবেম্মা, মুমিৎ চুপ্পসি কয়াম কুইনা রাখলসি পোংখাকম খঙদনা চংখিদৌরি ঐখোয় অনিসিবু, মৌ অমগীদমক।" শোল্লম্নগা অঙৌ মপান খোরকই।

মশাগী অকা অকুমদা খোশারুদমা মচাগীদমক হেন্না খনবা প্লজিগী তাঙ্কক অহু অঙৌদস্থ থুংলখ্রবনি। মানা মীওইবগী থম্বাই নত্রগা পুজিবা থল্লিবা মিংয়েংদি অমম্বা কাদা ঙানবা থাউমৈনি, করম্বা মতমদা মুংকনি খঙদবা মানা হেক মুংখিবগা কাহু অমুক মমহুনা লৈহৌবা। থম্বাইবু অন্না-অনা, অফ-মুংঙাই,

কল্লক-য়েংথি হায়না লৈবা পুন্সিগী শক্তোন কয়াবু খওজরুরো, শরুক মাঙ্খনা হিংলুরো হায়না খাদোক্লরুবনি হায়না লৌই। থরাইনা মখোয়সিদগী কিঙ্খনা চেনখত্রবনি। মখোয়বু লাকশিন্দুনা তৌফম খোকপা মখোদা য়ারে হায়বা য়াহৈ শোন্দনা চোংশিন্দুনা নোম্নরিবা থরাইশিংবু থৌনা ফবা কৌগনি, অদুগুম্বা থরাইশিংবু ফকচিন্দবা হায়বা পুক্নিংগী থৌওংনা তেংবাংগনি, অদুগা মখোয়বু হরাও-তরাম্বনা লমজিংগে চোংথোরক্কনি। অদুনা অঙৌ মতম লৈবথিবিক্তা অয়াবা য়াথন্দগী লাপথোক্লবা পাম্মী, অদুনা নহা ওইরিঙৈ পুন্সিগী থৌদোক য়াথোক মতেক মতেক নিংশিংবনা মরক মরক্তা পুরকপদু মঙোন্দা লিলা য়েংবগুম মুংঙাইবা ফাওজরিবনি। মদুগী মুংঙাইবগী শরুক্তু থাদোইদম্লু থুংহল্লিংদুনা মখোয় অনিগী পুন্সিগী য়ারী মতেক মতেক চিংথোকরপসি থক লেপ্পে।

অঙৌ ইশৈ ঙংলগা য়ুময়ায়রোমদা থোরক্লে, মচা কৌশিল্লুগে হায়বগী য়াথন্দনি। য়ুময়ায় য়োরকপদা তেলিফোন খিংলকপা, তাবদগী থংনব কাদা চংলকই। তেলিফোন থাঙৎসুবদা মচান্নুপা অনিলগী ওইরম্লে, হায়রকই, “বাজী, মুংঙাইবা পাউ অমা লৈরে।”

“করি পাউনো হায়দুনা।”

“ইতৈমা থেংনরে। ইনে ভোগ্নীনা ইতৈমগী খোঙ্কুন-জিনবা হায়রকপদু ইরাই লাইনা থেংনরে তম্বীথো।”

“কনাগানো? কনা নতৈমনো?”

“ইতৈমা রাশি।”

“হা! কদাইদা।”

“মথা ভারকপা য়ারীদি কোম্না তমজরক্লগে। মানা বাজী ইমাবু, তামোবু কাওবা লৈতে। মা ঐখোয়গী ইমুংগী মীনি থম্দুনা লৈরি। হৌজিক মাগী মবুং মনম্মগা লোয়ননা য়ারী শাক্লনবা মী থাদ্রি। পাউদু হল্লক্লপা কোম্না অমুক হায়জরক্লগে।”

"ঐখোয় য়াম্না তানিংলবনি, কাউগন্নুকো।"

"অহুবু বাজী, ইমা-বাজীদগী হেন্না কনামত্তা খঙহনবীখিন্নু"

"হোয়নে হোয়নে, ফরে ফরে।"

অঙৌ অমুক চাকশঙলোমদা চেনশিল্লকই, মচিন্দদি শোল্লি-'অসিননি ঐনা পূন্সিবু মঙগুম্বনি হায়রিবসি।' থাদোইদা তম্বদা থাজগত্রা থাজরোইত্রা খন্না লাউরকই, "হৈ! নচান্নুপাহুগা দিল্লীদা রাশিগা থেংনরে, য়াম্না নুংশিননা ৱারী তৌনরে হায়রক্লিনে। মথা পাউদি কোম্না হায়রক্কে হায়রগা থমগ্রে।"

অঙৌগী পাউ তাবদা থাদোই হরাওবনা ৱা ঙাংবা থোকত্রে, মথুং থক থক নিকই। অহুবু পাউ মরিক চুমদে হায়বগী ৱাকং লাকই, "মানা করি খল্লি, করি হায়রি হায়বগী পাউছু হংহৌত্রো?"

রারীহু শেল্লনিনে, অস্থম য়ারসি, কোম্না খঙহল্লকদবা লৈরে কৈদৌগে নংবু?"

"য়ারক্কা তিংখ্রং পলহল্লে, ঐ পেল্ত্রি, ঙাঙনরুখিনি।"

থাদোই চাক লোইশিল্লগা পি, সি, ও, চৎকে ৱাথন্দা তহা তহা হোৎনরকই। ঈরুজনবা থৌরাংগা লোয়ননা অঙৌ মচান্নুপাবু কৌশিল্লুগে থোকখিবদা মাঙ্গোল মচি য়োৗবগা নুপামচা অনি তফিং তকিংনা সাইকল থৌজিল্লকই। মাঙ থাবহুনা সাইকলদগী কুমথবগা পাথৎনা তম্লকই, "বাবাচৌ, তামো নুংশি লম্বীদা চেল্লি। তুশিনবদা মশীং থঙত্রে অঙাওবগী মওংনি। য়াম্নমু লাপগ্রে।

অঙৌনা হংই, "কদাইরোমদা?"

"লৌবুক লম্বীদা, এরোড্রোমদা এরোপ্লেন অমা তাখ্রে; মহু তম্না চেনবা মাল্লি।" অতোপ্পা অঙাংহুনা থরাই ৱানা তাকই।

অঙৌ মশা স্বাই স্বাই পাথৎলকই শকফম কায়। নুপা মচাশিংদা ওনশিল্লকই, "চৎসি লাও।"

খুদৈ অমা লেংবান্দা হায়নগংলগা তহা তহা চেনখিবা অঙোগী মঙৈত্থু উবদা থাদোই ইমুংদগী চেঙ্খারকই, হৌনা কৌরগা হংলকই, "কৈদৌরগে ?"

খুন্নমদনা সাইকল থম্নগা চেল্লিবা অঙাং অনিগী তুং অঙৌনা ইল্লি। অঙৌগী খোঙকাপ য়াঙথংলকপা উবদা লৈঙমক্রবা থাদোই খ্বাংচেং শেংতুনা তাল্লরকই। য়াওশঙ কুমহৈ য়াওরম্বা পাথং তরামুক অঙৌগী তুং ইন্দুনা চেন্লৈ। মমাচৌগী তুংদনা অপিকপা অঙাংশিং। লৈরক সরক্তা য়াওশঙ কুমহৈদা লাংনরিবা উখোং পোংফমদা য়োমশিন্দুনা অচাপোৎ চানরম্বা লৈশা পাথং, পুম্রিদা ফিঙ-ফিজাম তৌরম্বী মুপীশিং খুনিং কাংনা য়েংনরকই, মহৈ মহৈ মরম খঙনিংবনা হংনরকই। 'করিনো ?' 'কৈদৌবা য়াওনরবগে ?'

লাপ্পা মুপা অমা চেনবা উনরকখি। মুংশিনি হায়নরকই। য়াঙমা চেনবা নত্তে, মথোঙ কারন তানা য়ু ঙাওবগুম চেনবনি। তুশিনবদা মশীং খঙদ্রে।

অঙৌগী নাকল ওইরপ চেল্লিবা পাউ পুরকপা অঙাংনা তমলকই, "ঙসাই মমাচৌনা তামো কৌরম্ছু ঐ উই। পোৎ য়োনবীদগী কাংঙৌ চাহনা লৈবনি। মমাচৌ চংগ্রবা তুংদা লম্বীদা লাকপা মীশিংগা তাম্মোগা য়ারী শাম্নখি। মাগী মনাক্তা কুইনা ফম্লম্বা য়ু ঙাওবা মুপা অমনা কল্লা লাউরম্বনি, "ঐগী মুংশিরবা ইতাও য়ু থকখিদ্রে, ইতাওনা হায়রি — 'মাগী মুপী রাশি এরোপ্লেন তোংহুনা চংখি, এরোপ্লেন তোংহুনা হল্লকনি। ঙাইয়ু বন্ধু, নং ঙাইয়ুকো। নোংমা শোইদনা উনজখিনি।' অহুদগী য়ুঙাওবা চংগ্রে। মানা চংখিবা ইকুই কুইদনা অরাংলোমদগী এরোপ্লেন অমা পাইরকখি। মহু উবদা তামো মশা থক থক নিরা হৌগংসকই। এরোপ্লেন্দুনা অস্থম অস্থম নকশিন্নকুনা

এরোপ্রোমদা তাথিবা উবগা মা চেনবা হৌথিবনি। অহানবদি করিগুম্বা থবক অমগী চেল্লিবোই নিংনৈ। তুংদদি তোয়না তুশিনবা ফিভমসিদা ঐথোয়না বাবাচৌদা পাউসি পীজরবনি।"

অঙৌনা য়েংথিবদা মুংশি এরোপ্রোম ফনা য়াম্না নকশিনথ্রে তুংলোমদনা মীয়াম অমা চেম্নরক্লি, মুপা, মুপী অঙাং শুনা য়াওরে।

চুথিবা কুইত্রিবা নোংগী ঈশিংনা অকুংপদা তুংতুনা লৈথোম থোকহল্লবা লম্বীতুদা মুংশি চেনবা লেপত্রি। তুবগা কনাগুম্বা অমনা চিংথংথিবগুম ফুক হেক হৌগংলকই। মা তুংদদি থক য়েংলক্কে, এবোপ্লেন অচুতা যেংই। অঙৌ মচাবু কংগদবা রাংশিল্লকত্রে, কুর্তা পাইজমা লৈথোম লৈনাংনা পুমলুপ লুপলে। অঙৌনা মচাবু ফারগে থম্না মখুং লামথোবকপদা শাফু কম্না মুংশি হায়হৎথ্রে, লম্বীগী ময়ায়মক্তা থাংগৎতুনা লৈবা মুঙজাউ অমদা মথোঙ্গ হৌনা মকোক য়৻থ্রে। অঙৌনা পমথৎলুবদা মুংশিগী নাকো দগী, নাতোন্দগী, চিন্দগী ঈ পুমঙাং ঙাংনা চেম্থরক্লে। থাদোইস্মু স্বব মপী হোন্দুনা মীবক থায়না চেনশিল্লক্লগা মচাবু কোল্লে। মুংশি মমিৎ ঈরা চেম্না মম-মপা অনিদা অমুক্তং য়েংলম্লগা মমিৎ উইশিনখ্রে। অঙৌ মচাবু চেংনা কোল্লগা থোপ্লেল হৌনা লাউই, "ইপাগী ইবুঙো, ইপাগী মুংশি লোইজরেদনা।"

থাদোই থম্মোই কায়না লাউরকথি, "ইমাগী মুংশি, রাশি লুহোংনবা থুংলরগনি।"

কপ্লম লাউরম্বা অঙৌ থাদোই তুমিন্না লৈথিবদা রাস্থরে খঙতুনা ময়াম্না চিংথৎতুনা ঈশিং থারকই, লায়কম্নরকই। অঙাংশিংনা মথোয়গী মমাচৌগী মতৌ উবদা নোং থোংবগুম কপ্নরি। মতম অম্বুদা মুংশিগী মতাও য়ুঙাওবা চংশিল্লক্তুনা মুংশিবু পমতুনা কপ্লকথি,




"মুংশি মৈনা চাকপদা
পাম্মু মৈশা লাংবদা
মরুপ নংদি কেয়্নেদো।"

অকোয়বদা লেপ্পরিবা ময়ামদু হিক্লা হিক্লা কপ্লে। মুংশিগী মতাও ফুক হৌগৎলকুনা লাউরকই, "ঐ হৌজিক্তা রাশিখোই লৈকাই য়োরুবনি। রাশি শিরে হায়বগী পাউ মবুংনা দিল্লীদগী পীরকপদা ময়াম কপ্পহৌরি। অসি নত্রনে পুন্সি হায়বসি, কপ্পরগা লোইশিনবসি। অদুবু ইতাওগীদমক্তি ঐ রাত্রে; য়েংউ, রাশিনা অতিয়াগী লৈচিলথক্তা লেপতুনা কৌরক্লিবা, তাত্রনে নথোয়বু। ইতাওবু কৌথৎপ্রে; য়েংউ, রাশিনা কৌরি—

রারুরম্ম পাম্মুবা
হৌগংলক্লো মুংশিবা
তাইবংপান্দা নিংথৌংত্রবম্মু
মীরমলেন্দা শেৎনরবম্মু
লেংদবা মফম পাংলসি
স্বর্গদা অমুক পুল্লুরসি।

লোইরবা

অইবগী কোথ্রবশিং

1. Where is our living - ইংরেজী য়ারোং
2. লোৎলুবা চিঠি (21 March, 1999) - মণিপুরী উপন্যাস

## 'লোৎলুবা চিঠি' গী মরমদা :

......... 'লোৎলুবা চিঠি' চিঠি লোৎপনি, চিঠি থিবনি, মরক্তা থডনা ময়াম থেংনবনি। অমুকসু চিঠি ফংবনি। ঘটনানা তুং অমুক ইন্নরকপনি। পুন্সিগী অবাবা, অনংবা, অরুবা অনাবা, কজদবনা কজবা মওংদা ঘটনা প্রধান ওইনা কজনা উংপা উপন্যাসনি; কজে। পাত্রগা লোয়ননা তোকপা শুমদে। মণিপুরী সাহিত্যদা নীংথিবা অনৌবা মচল অমনি। লাইরিক অসিগী থিজা অমা ফংগনি।

তাং ২১-৩-১৯৯৯ ইং, লাইরিক মশক তাকপগী য়ারোলপগী
শ্রী পুং: মুক্ত্রো সিংহ, ভারত ইংগ্লেন্দি।

* * * * * * * * * * * * * * * * * * * *

.................. an adventurous novel, *Lotluba Chithi* authored by Ksh. Bira Singh .... The plot of the novel centres around Assam, Manipur and some other countries of Asia There are a lot of exciting and thrilling incidents. The setting of the jungle is cinematic. A team of six persons.. in Myanmar ... experiences various dreamlike exprìences.

*12 April 1999, The Imphal Free Press*
*K. Kulladhwaja, Critic.*

* * * * * * * * * * * * * *

.......... শ্রীবীরসিংহগী এডভেঞ্চরদা য়ুম্ফম ওইবা উপন্যাস মণিপুরী সাহিত্য লৈকোন্দা তাংনা থোকপা মচলনি। অইবনা উংলিবা মীওইবগী থৌনা থিতমবু নিংহল্লদনা মায়োক্নবা, মীগা মীগা পুন্নমক মশক অমদা উংপা উপন্যাস অসিদা মহে য়াম্না উংপা ওই। ... তশেংনা হায়রবদা উপন্যাসকারসি য়ারী লীবা হৈ; তোত্তান-তোত্তানবা লমদিং, ময়াদদা কুপ্না শীংথাবা থৌদোক কয়া থোক্তা থোকপদৌনা তৌহনবা ... শম্না হায়রবদা য়াম্না চাউবা থৌদোক য়াথোক ময়াম অমবু চেজম অমগী মনুংদা লোইনা য়েক্পা পুথোকপদৌনা তৌবা, মসিদা মহে য়াম্নিবসি অইবা অসিগী মগুন্নি। ..মহে য়াম্নবা অইবা অমদি ওইরে।

...... মণিপুরী সাহিত্যদা উপন্যাসকার অমদি উপন্যাস থর্‌া তাংলপ থোকই। তাঞ্জাসিদা বীরবু উপন্যাসকার ওইনা ফংবা নুংঙাই। অইবা অসিবু হয়া হয়া থাগৎনিংবগী মরম অমদি উপন্যাস অসি পাবা [illegible] লোইশিন্ন [illegible] এমদি পাবদা লেপ্পিংদবা লোয়ননা হয়া হয়া পানিংবা পোকহনবা শক্লিবা [illegible] অসিগী মগুন।

*তাং ২৯-৪-১৯৯৯ ইং, নহারোলগী থৌনাং*
*ডা: আই: এস: কাংজম, মণিপুর য়ুনিভর্সিটি।*

* * * * * * * * * * * * * *

...... শ্রীবীরসিংহগী নোভেল অসি পাররগা হিহোনবা সিনথাদগী য়ারী কয়া অদু নিংশিংহল্লি। অইবা অসিদা মাগী মহৌশাগী ওইবা ইথগী গুন লৈরে। .... অইবনা হন্দক পুথোক্লিবা নোভেল অসিদি মণিপুরী সাহিত্যগী চাউরবা লনগে অমা ওইনা অদুম লৈহৌরগনি।

*তাং ২৬-৫-১৯৯৯ ইং, প্রজাতন্ত্র*
*কাংজম মধুমঙ্গল, ইডিটর।*

* * * * * * * * * * * * * *

.... হিজম ইরাবত সিংহনা মন্দলেগী থোংচং হায়মুনা পাউদম অমা থঙ্গীয়ল্লবা কাইনথংদা শ্রীক্ষেত্রি: বীরসিংহনা লোৎলুবা চিঠি হায়না মিংথোনবা এডভেঞ্চরনা মপুং ওইবা উপন্যাস অমা হন্দক মণিপুর সাহিত্যদা খুদোল ত্তলক্লি। ... য়ারী লিবা হৈবা, থৌদোক য়াথোক শেন্দদা মপুং কাবা পাক্লিংগী য়াফমবু কেংদোকপা হৈবগী মতিক মগুন কয়া অমা য়াওরি। অকি তুজুং কাওবা অরা-অনানা শীকথনবা থৌদোক-য়াথোক্লা অয়ান্নি।

*তাং ১৩-৬-১৯৯৯ ইং, পোক্নফম*
*ইবোসনা য়াঙ্খেম, সমালোচক।*

* * * * * * * * * * * * * *

.......... 'লোৎলুবা চিঠি' তশেংনমক মণিপুরী সাহিত্যগী লোৎলুরবা মচল অমনি। উপন্যাস অসিনা মৈতৈগী থৌনা লিংজেন অমদি অওকপা থৌদোক হকথেংনবগী নিংথিজবা য়ারী অমা লীরি। থৌদোক য়াথোক শেন্দগী পরীং অমদি মকোংদোক্তী মতাংদা অইবা শ্রী বীরদা তোপ তোম্না খুদোল অমা সৈ হায়রবসি হায়নবা য়ারোই।

*সাহিত্য লৈনবগী য়ারোলপগী*
*ডা: ই: দীনমনি সিংহ, মণিপুর য়ুনিভর্সিটি।*

* * * * * * * * * * * * * *

শ্রীক্ষেত্রি: বীর সিংহগী 'লোৎলুবা চিঠি' হয়া হয়া পানিংবা, চাংথল্লবা য়ামা ফজবা উপন্যাসনি; মসিদা মীওইবা কাংলুপ কয়াগী অমত্তা ওইবগী নুংশিনবা মামথত্তা হায়বদু মহে য়াম্না য়াম্না উংলি।

*তাং ৫-৮-১৯৯৯ ইং,*
*শ্রীসনসম সিংহজীৎ, রিতায়র্ড ডাইরেক্তর, মণিপুর ফয়ার সার্ভিস।*